# শ্রীশ্রীউজ্জ্বলনীলমণিঃ

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

প[illegible] ঃ—

শ্রী[illegible] সিংহ

[illegible]

# শ্রীশ্রীউজ্জ্বলনীলমণি

শ্রীপাদশ্রীরূপগোস্বামিন লেংবা

শ্রীহরিদাসদাসনা
স্বাত্মপ্রমোদিনী টীকাগী বাঙলাদা তৌবা তাৎপর্য্যানুবাদকী
মৈতৈলোন্দা ওহোকচবা

শ্রীসুরচান্দশর্ম্মা

অকোওবা :—
শ্রীএলাংবম মণি সিংহ
এলাংবম লৈকাই
ইম্ফাল ।

# থাগৎ ৱাহৈ

ঐখোয়গী বৈষ্ণব সমাজগী অৱাংপা অমা মতম কুইনদগী লৈরকপা উবদগী অমস্নুং মথুনা মৱম ওইথনা শ্রীৱাধাকৃষ্ণগী উজ্জ্বল ৱসগী অশেংবা মহাউ ফংবদা অৱাংপা করিগুম্বা মতৌ থরদি অস্নুম লৈবগুম তৌবদগী রসকী মৱমদা মঙাল মরীক অমত্তুংতা ওইরবস্নু মখি তাহনজনীংবা রাখলনা অপঙ্ খৌনানা ৱানা শানা লাইরিক অসিদা থুংখাক্নবা শাষ্ট অদুবু মদুবু ছাপা তৌথনা কোঙ্দোকপগী মতাং য়োরকপদদি মঙ্গুম্না খোক্লবদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমিনা পীবিবা শেলগী মতেং খরথগা লোয়নননা অহেনবা মতেং অমুক কোয়না থিজরকপদা হান্নদগীস্নু অৱাং-অপা কয়া মেনবীথনা ঐগী অরাবা কোকহনবীৱকপা পুকচেন চাউৱবা ইয়াম্বা শ্রীএলাংবম মণি সিংহনা পব্লিসারগী ভার পুম্নমক লৌবিথনা ঙসি বৈষ্ণব সমাজদা লাইরিক অসিবু অনম্বা ওইনা কথোকচবা ঙমহনবীথনা লৈবাক্কী অৱাংপা মেনশিনবীবদা অমাঙ্ অতোং য়েং-বীদনা ধর্ম্মপ্রাণ ওইবা মতৌতনা অচৌবা ত্যাগ-স্বীকার তৌবীবগীদমক অনুবাদকনা ঙমথৈ লৈতনা তৌবীমল উৎচরি। থবক অসিগী করিগুম্বা পুণ্য লৈরম্বা খোক্লবদি মহ পুম্নমক ইশ্বাম্বা অসিগী শরুক ওইসনু।

লোয়নননা ঐবু লমজিংবীখিবা ইয়াম্বা পণ্ডিত শ্রীনূতনচন্দ্র শর্ম্মা, ব্রহ্মপুরবুস্নু অনুবাদকনা তৌবীমল উচ্চে।

অরোইবদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমিগী কর্ত্তৃপক্ষবুস্নু লাইরিক অসিবু ফোঙদোকপদা অথোইবা মতেং ফংহনবীবগীদমক হন্না হন্না থাগৎচৈ। ইতি—

অনুবাদক

# মণিপুরদা শ্রীউজ্জ্বলনীলমণি

লাইরিক অসি মণিপুরদা স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মমাঙদগী অহৎনক লৈরকখি। স্বাত্মপ্রমোদিনী টীকাগী অচৌবা থুংই লাইরিক অমা হজীকসু শ্রীগুরুমহুম ইবোবী শর্মাগী মন্দিরদা পূজা কত্তুনা লৈরি. মহাগী অচানবা লামায় অহ্ লাইরিক অসিগী অহৌবদা শ্লোক শাহুনা হাপচরি। লাইরিক অসিগী সাইজ ইঃ ১২ × ইঃ ৬ নি চেনা ৮৬২ নি, মৈতৈ চেদা ইবা অরিবা থুংইনি। মসিগা লোয়ননা "আনন্দ চন্দ্রিকা" কৌবা উজ্জ্বলগী টীকাগ্রন্থ অমসু লৈ, মহুনা সাইজ ইঃ ১০ × ইঃ ৫ নি, চেনা ২৫১ নি, মৈতৈ চে, অরিবা থুংইনি। মবা ইবুংঙো শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মতমদা সংগ্রহ তৌবীরম্বা শ্রীকৃষ্ণরস-সংগীত-সংগ্রহ লৈবাক অসিগী ভাঙ্না থোকপা সংগীত শাস্ত্রনি। মহ্ শাগৎপদা অথোইবা মচাক লৌনখিবা ঘনশ্যাম দাসনা ইরম্বা 'সংগীত-সার-সংগ্রহ'—মহাগীসু থুংইদা লাইরিক অমা ফংহুনা হাপা তৌব্রে। ঘনশ্যাম দাসকী "রাগরত্নাকর' কৌবা থুংই অমসু হাপা তৌহুনা ফোঙব্রে মহাসু বেঙ্গল কাওবনা হজীক থঙ্নব্রবা ওইনা থোকলি। প্রবোধানন্দ সরস্বতীগী "সঙ্গীত-মাধব" রাগমক নীংথিবা থুংই লাইরিকনি—গোবিন্দগী অমসুং থুম্নকী বসন্তরাসতা ১সিগী ঈশৈ রাগা শরুরি। রাসক্রান্ত স্তোত্র নত্রগা রাস উল্লাস তন্ত্র কৌবা থুংই লাইরিক মচা অমসু রাসকা মরী লৈনবদা ফংই। জগদানন্দ, পদকল্পতরু পদামৃত সমুদ্র, গীতাবলীনচিংবা পদাবলী কয়াসু অরিবা থুংইদা কয়া কয়া লৈরি। শ্রী৺গোবিন্দগী মন্দিরমক্তদসু থুংই লাইরিক ঙাক্তগী আলমিরা অনিথক লৈরম্মী মহ্ জাপান লান্দা লোইনা চাইথারহুনা মাঙ্খি।

স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তকী রস ৬৪ গী শৈশক অসি শাগৎপদা অসিগুম্বা ঈশৈগী লাইরিক কয়াগী মতেং লৌবা ভাবদগী মীরৈবাক্তা চত্তুনা রানা থোমলুবগী মরম শেংনা য়েক্ত্না লৈরবা থেংনবনা—থক্তী নিংথৌশিং কয়ানা কয়াগী মতিক চাউনা থোদাং লৌবিখিবগে হায়বহ্ থঙ্নবা ওমী।

শ্রীরাধাকৃষ্ণগী উজ্জ্বল-রস-তত্ত্বগী খাম্নগী হেনবা মপুং কায়বা 'শ্রীউজ্জ্বলনীমণি' অসিনা ইশাগী ইরোল্দা লৈরমদবনা অবাংপা অদুতন্ মেনশিন্নীংবা

পূকচেম্না অনুবাদকনা য়াম্নমক ৱানা হোৎনেজম্লনা থৃং থাবা হৌখি। অঙাংনা মৈ পায়ম্না শাম্নবগী দশাহ্ ভাগদবতনি—শেংনা খঙ্্‌ই, অদুমকপু মসিগী মপাম্না নোনা ভমথংলকপা নত্রগা ভক্তি মার্গদা চঙ্্‌বা হৌরকপা কনাগুম্বা মীওই অমত্তগী মকাদা মঙান মন্নীক অমত্তংনা কৃষ্ণেং অমৃত্তং ঙাংলহন্নুবা ভুম্নবদি—মহৃত্তনসু নোমজ্ঞমনগী মহৈ ফংবা ওইগনি হায়বগী নুংঙাইবা ঈহন অহুতনা লমজিংহ্নলা ঐবু থবক অসিগী চাউরবা ইচেগদা চেম্বীরকখি। অহুগুম্বা ঈহন মচা অদুবু মূর্ধনা ভগবানগী চাউববা প্রেরণামক্ষি লৌজখিবনা ভাকিবা খিবীকপু লাম্বোকচবা ঙমখি।

পারিভাষিক শব্দশিংবু গৈৎতলোন্দ ওম্বোরকপদা নাত্তৈ চানদবা ঙাক্তা থেংনবিগনি মদুবু অনুবাদকক অশোনবনি, লোনগুবদগী থোকপনি খনবিম্লনা পীরিবা থৃদমশিংবু পাবীরগা অশেংবা ওইক্ষম থোকপা ৱাহৈনা চুম্শিনবীম্লনা অচুম্বা ১শক লেপ্পিনবা পাবীরিবশিংদা হম্ন' হম্না নোনজরি।

চৎ্‌ঙরিব—

অনুবাদক

# শ্রীশ্রীউজ্জ্বলনীলমণি

লাইরিক অসিগী মশক তাকপদা শ্রীহরিদাস দাসনা মাগী গৌড়ীয় বৈষ্ণব অভিধানদা লৌখৎপিরম্বা লাইরিক অসিগী মশক অহূমক ওইনা মতাং অসিদা লৌখৎচরি। মসিনা লাইরিক অসিগী মশক মূম্না খঙ্হনবদা অচৌবা মতেং ওইগনি খল্লি।

"উজ্জ্বলনীমণি শ্রীপাদরূপগোস্বামীনা লেংবা অথোইবা রস পূম্নমক্কী অপূনবা শক্তম লৌবা শ্রীকৃষ্ণগী উজ্জ্বল (অরংবা মক্রুবা) অমদি মধুররস গী (থায়দগী হেন্না থুম্বা) মরম শেংনা তাকপা অহূগুম্বা বিজ্ঞান শাস্ত্র অমনি। অশেংবমক্তি লাইরিক অসি "ভক্তিরসামৃত" গী মথৈতাবা অকোনবা মশকনি, মসিদা গোপীভজনগী রানা থম্না য়াওই। প্রেম রসগী মশক ওইবা শ্রীগোবিন্দবু নীংজবা তারবদি গোপীনা তৌবগুম, মখোয়গী খোঙ্গুল লীহূনা ইবুংঙো মাগী মনাক্তা চঙজবা ভাই। অসিগুম্বী গোপীশিংগী প্রেমানুরাগ অনদি প্রেম-মাধুরী অসিদি মীরমলেন অসিদা তাঙনা থোক্লবদগু, মখোয়গী প্রীতিগী মতৌবু ঐখোয়গী ইরোলদা শেংনা ফোঙ্-ডমজবমকস্তু, শ্রীরূপ গোস্বামীনা থায়দগী হেন্না লংলবা অহূগুম্বা ব্রজরসক্কী মমি অমত্তং তাহনবীরমলিবা অহূগুম্বা মমি অহূগী মরাক অমত্তং ঐখোয়না মহাউ তংনজরুবা ঙন্নবদি মহুত্তনম্নু মহৈ য়ামরগদবা মশক্লি। ·········শ্রীকৃষ্ণবু ফংজনবগী-দমক্তা গোপীশিংগী থম্মোইদা ফাওথিবা থি ডমজবা অপাম্বা, থংডমজবা অকনবা থৃৎচিং—লাইরিক অসিগী শ্লোক অমদি লামায় থুদীং মক্তা ভশেং ভশেংনা উৎলি। শ্রীকৃষ্ণতবু উজনীংবা ময়াইনা মখোয়গী থম্মোইদা ফাওরকথিবা অনুরাগগী ঈচেলদা কমদৌনা অচৌবা ঈথক ইপোম চাম চাম হৌরক্তুনা কামথৎহনখিবগে হায়বহূ লাইরিক অসিদা শন্দোক্না য়েকলি। মসিদা মপুং ফানা মরাং কায়না মথাগী বিষয়শিং

অসিগী মরম তাকলি মহুদি—ভাব-হাব-হেলা, বিলাস-বিচ্ছিত্তি-কিলকিঞ্চিত, উদ্ভাস্বর, আলাপ-বিলাপ স্তম্ভ-স্বেদ-রোমাঞ্চ নির্বেদ-বিষাদ-দৈন্য, ভাবসন্ধি, ভাব শাবল্য অসিনচিংবা মতৌ অমসুং অধিরূঢ় ভাবতা মাদন, মোদন, মোহন; দিব্যোন্মাদ লক্ষণদা উদঘূর্ণা, চিত্রজল্পনচিংবা, বিপ্রলম্ভদা—পূর্বরাগ, লালসা, উদ্বেগ অসিনচিংবা, প্রেম বৈচিত্ত্যদা—মান, সম্ভোগ, রাস অসিনচিংবা।

থায়দগী হেন্না লংলবা অহুগুম্বা রসনা তিনবা প্রেম ভক্তিগী মরমদা ইবা করিগুম্বা অমকপা অমত্তা য়াওত্রবা অমদি থোয়থুম্নবা পাউতাক্তনা থনবা অসিগুম্বা লাইরিক্তি তাইবঙ্ পানবগী অতৈ লাইরিক অমত্তদসু থক থেংনবা নৈত্রি। লাইরিক মথল অনিমক অসিমক বৈষ্ণব-রস-শাস্ত্রগী বেদ মক্তি হায়বদা হায়মনবা থোকদবা নৈতে।

লাইরিক্কী মশক

১। নায়কভেদ প্রকরণদা :—

নায়কচূড়ামণি ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা বিষয়ালম্বননি। শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা শ্রীরাম অমদি নরসিংহনচিংবা অবতার নত্রগা নারায়ণনচিংবনদি অসিগুম্বা উজ্জ্বলরস অসিগী নায়ক থক ওইবা য়াদে। নায়ক মথল মরিনি মত্তদি—ধীরোদাত্ত, ধীরললিত, ধীরোদ্ধত অমসুং ধীরশান্ত। মখোয় খূদীংমক্কী মথল ৩।৩ থোকই মহুদি, পূর্ণতম, পূর্ণতর অমসুং পূর্ণ। অহুনা মরুদা পুন্না নায়ক মথল তরানিথোই গুই। তরানিথোই অসিগী অমমমবু পতি, উপপতি হায়না ২।২ থোক্রগা অমুক কুনগা মরি গুরি। কুনমরি অসিগীসু অমুক অনুকূল, দক্ষিণ, শঠ অমসুং ধৃষ্ট অসুম্না ৪।৪ থোক্রগা পুন্না মরিকুতরাতরুক গুই। নায়কক্কী গুণ মথল ৯৬ অসিমক ব্রজলীলাদা শ্রীকৃষ্ণ মথন্তদা ওই।

২। সহায়ভেদ প্রকরণদা :—

নায়কক্কী সহায় মথল মঙানি— ১। চেট, ২। বিট,

৩। বিদূষক, ৪। পীঠমর্দ অমসুং ৫। প্রিয়নর্ম সখা। দূতী মথল অনি— স্বয়ং ( বংশী ) অমসুং আপ্তদূতী ( বীরাবৃন্দানচিংবা )।

৩। <u>শ্রীহরিপ্রিয়া প্রকরণদা</u> :—

নায়িকা মথল অনি— স্বকীয়া, পরকীয়া। কাত্যায়নী ব্রত তৌজখিবী গান্ধর্ব রীতিদা শ্রীকৃষ্ণগা লুহোঙ্খিবী অদুগুম্বী গোপকুমারী পুম্নমক অদুনা স্বকীয়ানি, অদু নত্তবী ধন্যা-নচিংবী গোপকন্যা অতৈদি পরকীয়া ওাকনি। অসিগুম্বী মযুম পাত্রিবী ( অনূঢ়া ) কন্যাশিং অসিদি মপা মমানা য়োকলিবীমক ওইরবসু শ্রীহরিগী চান্নবী মক্তনি। মযুম পাল্লবী ( পরোঢ়া ) গোপীগী মথলনা অহুমনি মদুদি— সাধনপরা, দেবী অমসুং নিত্যপ্রিয়া। সাধনপরাগীসু অমুক মথল অনি ওরি। যৌথিকী অমসুং অযৌথিকী। যৌথিকীশিংগীসু অমুক মুণিচরী, শ্রুতিচরী হায়না মথল অনি অমগা অমুক লৈ। নিত্যপ্রিয়া হায়বদি শ্রীরাধা চন্দ্রাবলীনচিংবীনি।




৪। শ্রীরাধাপ্রকরণদা :—

চন্দ্রাবলীমক্তগীসু শ্রীরাধানা গুণ পুম্নমক্তা থোইদোক হেন্দোকই, মরমদি—শ্রীরাধাদি শক্তি পুম্নমক্তা তিনবীনি অমসুং

হ্লাদিনীগী মশক ওইবী মহাভাবনা লৈতেংবীনি। মহাক্তি—সুষ্ঠু কান্ত-স্বরূপা ( ফজবা শক অমদি নীংথিবা গুণদা মপা লৈতবী ), ধৃত.ষোড়শ-শৃঙ্গার ওইবী ( শৃঙ্গার মথল ১৬ না তিনবা ) অমসুং দ্বাদশাভরণাশ্রিতা ( লৈতেং ১২ ) ওইবীনি। শ্রীরাধাগী অথোইবা গুণ ২৫ নি মখুদি—মধুরা, নববয়া, চলাপাঙ্গ, উজ্জ্বলস্মিতা, চারুসৌভাগ্যরেখাঢ্যা অসিন-চিংবা। মাগী সখী মথল মঙা লৈ—(১) সখীদা--কুসুমিকা, বিন্ধ্যা অমসুং ধনিষ্ঠানচিংবানি, (২) নিত্যসখীনা— কস্তুরী, মণিমঞ্জরান-চিংবীনি; (৩) প্রাণসখীনা— শশিমুখী, বাসন্তী অমসুং লাসিকান-চিংবীনি; (৪) প্রিয়সখীনা--কুরঙ্গাক্ষী, সুমধ্যা অমসুং মদনালসা অসিনচিংবীনি অদুগা (৫) পরম প্রেষ্ঠ সখীদনা— ললিতা, বিশাখা-নচিংবী সখী নিপানি।

৫। নায়িকাভেদপ্রকরণদা ঃ— মীরমলেনগী পরোঢ়া ( মযুম পাল্লবী মচাদি পোক্তবা ) ওইবী নুপ শিংগী মতৌনা মখা তাবনি অদুগা লাইরমলেনগী মতৌ ওইবী শ্রীকৃষ্ণগী সেবাত্তবু খঙ্জবা অদুগুম্বা ব্রজগে পীশিংগী পরোঢ়া ওইবগী মতৌ অদুনা অথোইবা মশক্তি পাম্বোম অনি পানবা, মুরলী থোংবা অদুগুম্বা ব্রজেন্দ্রনন্দন অদু নত্তুনা অতৈ অমগী মফমদদি খক গোপীশিংগী প্রেম-ময়োন চোংথিবা লৈতে। রস-শাস্ত্রনা স্বকীয়া পরকীয়া অমদি সাধারণী হায়না নায়িকাবু মথল অহুম থোক্না খায়দোকপা থেংনরবসু সাধারণী নায়িকাগীদি নায়ক মথল কয়াগা মরী লৈনবনা রস মপুং ফাবা খক ওইদে তৌইগুম্বসুং হায়রিবী সাধারণী নায়িকা অসিগী মতৌমক ওইদুনসু কুব্জাগী মফমদদি মানা করিগুম্বদসু অত্তোপ্পা নায়ক অমদা খক মমায় ওনশিনখিবা লৈতবনা মাবুদি পরকীয়াগী শীংদা চনশিল্লি। অসিগুম্বী স্বকীয়া অমদি পরকীয়া নায়িকা পুম্নমক্কী মুগ্ধা, মধ্যা, প্রগল্ভা হায়বা মথল ৩।৩ অমুক থোকলি। মধ্যা অমসুং প্রগল্ভাগীদি অমুক 'ধীরা' অধীরা, ধীরাধীরা হায়না ৩।৩ অমুক থোকলি। মুগ্ধাগীদি করিগুম্বা

মথল অমত্তা লৈতে। স্বীয়া অমদি পরকীয়া কায়না মখোয়গী মথল ১৪ শুনা খায়দোকই, অহুগা কন্যাগীনা মথল অমত্তনি; অহুনা পুম্না নায়িকা ১৫ শুই। অসিগুম্বী নায়িকা মথল ১৫ অসিগী তোঙান্নবা মওং মতৌ কয়া থেন্নবা লৈবদগী মখোয় খুদীংমক্তা অমুক মথল ৮।৮ থোকলি মহুদি—(১) অভিসারিকা, (২) বাসক-সজ্জা (৩) উৎকণ্ঠিতা, (৪) খণ্ডিতা, (৫) বিপ্রলব্ধা, (৬) কলহান্তরিতা, (৭) প্রোষিত ভর্ত্তৃকা, (৮) স্বাধীনভর্ত্তৃকা। অসুম্না নায়িকাগী মথল পুম্না ১২০ শুই। অহুগা মখোয় খুদীংমক অসিগীসু অমুক শ্রীকৃষ্ণদা লৈজবা মশা মশাগী প্রেম অহুগী চাং থেন্নবা মতুং ইন্না—উত্তমা, মধ্যমা অমসুং কনিষ্ঠা (অখোইবী, ময়াই ওইবী, অতোনবী) অসুম্না অমুক ৩।৩ অমগা থোক্লকপনা নায়িকা মশীং পুম্না ৩৬০ শুই।

৬। যূথেশ্বরীভেদ প্রকরণদা :—

যূথেশ্বরীগী মথলদি অসুম্না খায়দোকই মহুদি—অহানবদা যূথেশ্বরীশিংগী মরক্তা খায়দগী হেন্না মরাইবক ফবী অদুবুনা 'অধিকা' লাইবক্তী চাং মান্নবদনা 'সমা' অহুগা লাইবক্তী চাং হন্নবদনা 'লঘু' অসুম্না খণ্ডনৈ। অহুগা মখোয় খুদীংমক অসিবু অমুক মগুণগী মতুং ইন্না প্রখরা, মধ্যা অমসুং মৃদ্বী হায়না ৩।৩ অমুক থোকলি। 'অধিকা' গা 'লঘু' গদি আত্যন্তিকী অমসুং আপেক্ষিকী হায়না মথল অনি অমুক লৈ। শুমক্তা মথল ১২ নি, মহুদি— ১। আত্যন্তিকাধিকা, (শ্রীরাধা), ২। আত্যন্তিকী লঘু, ৩। সমলঘু, ৪। অধিক মধ্যা, ৫। সমমধ্যা, ৬। লঘু মধ্যা, ৭। অধিক প্রখরা, ৮। সম প্রখরা, ৯। লঘু প্রখরা, ১০। অধিক মৃদ্বী, ১১। সম মৃদ্বী অমসুং ১২। লঘু মৃদ্বী।

৭। দূতীভেদ প্রকরণদা :—

দূতী মথল অনিনি—স্বয়ং দূতী, আপ্তদূতী। স্বয়ং দূতীগী স্বাভিযোগ (মশাগী রাকৎ) মথল অহুমনি—বাচিক, আঙ্গিক অমসুং

চাক্ষুষ। বাচিক— মসিগী মথল অনিনি—শব্দোত্থব্যঙ্গ্য অমসুং অর্থোত্থব্যঙ্গ্য। অনি অসিগীসু অমুক কৃষ্ণ বিষয়ক অমসুং পুরস্থবিষয়ক অমুম্না অনি থোকলি। কৃষ্ণ-বিষয়ক ওইরবদি সাক্ষাৎ অমদি ব্যপদেশ (হকথেংনবা, হকথেংনদবা) অমুম্না মহুগী মথল অনি অমসু অমুক লৈরি। মসিদা নাপন, নিন্দা অমদি হায়জ-নোনজবনচিংবা তৌই। আঙ্গিক কী মতৌনা—খুৎকাপ্পী কাপ্পা, শেংলি ইল্লিবা ফিবু তাং তৌতুনা নম্রগা ইকাইখুম্নব। ঙাক্কবা ওইনা শীজিন্নবা, খোঙ্‌বীনা লৈমায় তকপা, নাকোঙ্‌ হোৎপা, চন্দন থিনবা, ফিজেৎ লৈতেংবা, পাঁগুম থেকপা, সখীদা কোনশিনব, নম্রগা সখীবু ওৎপা লৈবা, চীনবান্ চীকপা লৈ পরেংনচিংবা লেংবা, লৈতেং মখোন থোকহনবা, প দ্মোম মক হাইদোকপা, কৃষ্ণগীনাম ইবা অমদি উপাধ্বীদা উরী য়েৎশিনবা। চাক্ষুষ —মিৎনা নোকপা, তংখায় অমা উইশিনবা. মিৎমৈ লৈব (প্রান্তঘূর্ণন) মিৎমৈ খুজিনব', মিৎয়েং খোয়বা, ওযগী মিৎনা য়েংবা অমদি মিৎচিনা য়েংবা অসিনচিংবা। আপ্তদূতী—অমিতার্থা, নিসৃষ্টার্থা অমসুং পত্রহারিণী অমুম্না অহুম থোকই।

৮। সখী প্রকরণদা ঃ— কৃষ্ণদা লৈবা প্রেম, লাইবক ফবা মতৌ অমদি মশাগী লৈজবা মগুণনচিংবদা খেন্নবা মতুং ইন্না সখীশিংগীসু অধিক-নচিংবা মথল অহুম লৈবনা যূথেশ্বরীগীগুম্না মখোয়গীসু মথল ১২ থোক্না লৈ। মহুগী মতুংদা থোইদোক্লিবদি লঘু প্রখরাদা 'বামা' অমসুং 'দক্ষিণা' হায়বা খেন্নবা মথল অনি অসি লৈবা উই। মখোয় অসিদি করিগুম্বদসু দূতীগী থবক তৌবা উরকই। নিত্যনায়িকা (নায়িকাপ্রায়া), দ্বিসমা অমসুং সখীপ্রায়া অমুম্না মখোয়গী মতৌ অহুমথক লৈ। মকম, মতম খেন্নবা মতুং ইন্না মখোয়না করিগুম্বদসু প্রখরা-নচিংবগী মতৌমকপুসু লাম্থোরকই। সখীশিংগী মগুণদি— শ্রীকৃষ্ণদা রাধাগী অথোইবা প্রেম অদুবু শক শোন্দুনা তাহনবা অমুগা শ্রীরাধাদনা কৃষ্ণগী প্রেমবু বর্ণন তৌদুনা রাধাকৃষ্ণ অনিমকপু মহৈ

মহৈ আসক্তি লৈনহনবা, অনিমকপু অভিসার তৌহনবা, কৃষ্ণগী নাক্তা মশাগী সুখীবু পুরক্তুনা শিন্নবা, কাগি-কায়াং তৌহনা সুংঙাই-হনবা, পুক্নীং লুগহনব, কিজেং লৈতেংগী থবক তৌবা, পুক্নীং থোদোকপা হৈবা, মরাল কুপশিনবা হৈবা, মুনগী মপুনচিংববু নমথাক তৌবা, তাকপি তম্বীবগী থবক তৌবা, মতম চানা উন্নহনবা, হুমাইনচিংবনা সেবা তৌবা, অনিমকপু চৈহৎপা, ঈ-পাউ থাদোক থাজিন তৌবা অমসুং নায়িকাগী ঃথরায় কন্নবা হোৎনবদা অথাকপা লৈতবা অসিনচিংবা তৌই। সখীশিং অসিগী মরক্তা কনা অমনা রাধাকৃষ্ণবু চপ মান্ননা সুংশিবা, কনা অমনা অথোই অহেন নাইনা মিৎয়েং মান্নদবা য়াওই। সখীশিংনা সমস্নেহামক ওইহুনসু 'ঐথোয়দি শ্রীরাধাগী মনাইনি'—অসুম্না হায়জবনা মথোয়গী লেমজবা ওই।

৯। <u>হরিবল্লভা প্রকরণদা</u> ঃ—

গোপী মখল মরিনি—স্বপক্ষ, সুহৃৎপক্ষ, তটস্থ অমসুং প্রতিপক্ষ। স্বপক্ষগী মরমদি হান্ননা হায়খ্রে। সুহৃৎপক্ষ—মসিদি নীংবা থুংনবা হোৎনবা অমদি অনাঙ্ অতা থাক্কদবদগী কন্নবা হোৎনবা। য়েক্লবগী সুহৃৎপক্ষবু (য়েক্লবগী মীচঙ্দা লৈবা) 'তটস্থ' অহুগা মহৈ মহৈ য়েংথীনবা হায়বদি অনীংবদা অপনবা পীবা (ইষ্টবাধক) অমসুং মাঙ্নবা তৌবা (অনিষ্ট সাধক) ওইরবদি মদুবুনা 'বিপক্ষ' হায়না কৌই। প্রতিপক্ষ ওইবী (য়েক্লবরোমগী মীচঙ্দা লৈবী) সখীশিংগী রাঙাঙ্ শাঙাঙ্ অমদি তৌথোরকপা মতৌ মওঙ্ পুন্নমক তৌশিন্নবা, কল্লক-য়েংথী মতৌ ওইবা, লৈত্তাদবা (থকচানবা), মীগী মতৌ য়েংঙমদবা, নাপন তৌবা, থাঙ্ঙমদবা মতৌ অমদি থোয়ব-নচিংবা মতৌনা তিন্নি। তৌইগুবসুং যূথেশ্বরী মথেনদি চীং-লেখা মগুন চেনবনা মরম ওইহুনা য়েক্লববু হেক হকথোংননমক্তি কল্লক-য়েংথীনবা মতৌ অহু তৌনদে অহুগা য়েক্লবী যূথেশ্বরীবুদি লবুপ্রখরা (হন্থবী। ভাঙ্গনবী সখী) মক্কসু মমাঙ্ মক্তদি থক কল্লক-খঙ্গন রাহৈনচিংবা

ফোংদোকলুবা 'লৈতে। শ্রীহরিগী ভক্ত ওইবা সৎজনশিংনা অসিগুম্বা কল্পক-য়েংথী মতৌনচিংবা অসিমক্তি হৌনদবনি—অম্মুম্না হায়নবা য়াওরবদি—মখোয় অক্ত রস-খণ্ড্দবমকনি। চান্নথোইবা কৃষ্ণবু পেলহন্নব-গীদমক্তা মীচঙ্ অনিমক্তা অসিগুম্বা তায়োন্নবা ভাব লৈনবা অসিদি শৃঙ্গাম্নদা মশানা ওইকম থোকপনি; বিরহগী মতাংদদি ( মাথুর বিরহ গুম্বদা ) য়েক্লবা কাওবগী মকাদা মখোয়না হুংশিবা মতৌ কোংদোক্লরিবহু মরম অসিতননি।

১০। উদ্দীপনবিভাব-প্রকরণদা :—

হরি অমস্সুং হরিপ্রিয়াশিংগী গুণ, নাম, চরিত্র, ফিজেৎ লৈতেং মাগা মরী লৈনবা পোৎ অমস্সুং তটস্থনচিংবগী মরমদা হন্না হন্না নৈনরি। গুণ মখল অহুমনি— মানসিক ( পুক্নীংগী ওইবা ) বাচিক ( রাভাঙ্গীওইবা ) অমস্সুং কায়িক ( হকচাংগা ওইবা )। পুক্নীংগী ওইবা গুণদি—তৌবীমল খঙ্বা, ভাকপিহৈবা অমস্সুং থৌজ্জানবীহৈবা অসি-নচিংবা। রাভাঙ্গী গুণদি—মীনা তানীংবা রাভাঙ্ অমস্সুং হকচাংগা ওইবা গুণনা—চহি মতাং, ফজবা শক, মশাগী মঙান, নীংথিবা-ফজবা মতৌ, য়োনা ফজবা মতৌনা তিনবা, শন্নরুবা পোৎ কাওববু মামক্তা হেক মান্নহনবা, রাহৈনা ফোঙ-ভমদবা ফজবা মতৌ, থোৎচ নৌজবদা মপা লৈতবা অসিনচিংবনি। মধুর-রসদা চহি মতাং মরি থোক্লা খায়দোকই মহুদি—বয়ঃসন্ধি, নব্য, ব্যক্ত অমস্সুং পূর্ণ। মখোয়গী মওঙ্ মতৌনচিংবদি লাইরিক্তা শন্দোক্লা লৈরে। মাগা মরী লৈনবা পোৎশিং—বঁশী মখোল, সিঙ্গা মখোল, ঈশৈ, হুংশিবা মনম, লৈতেং মখোল, খোঙ্গুল, বীণা খোংবা মখোন অমস্সুং নির্মাল্যনচিংবা; রাহোং মতু, গুঞ্জা ( চংনিং অঙৌবা ), চীংগী লৈভাঙ্, চৈস্সু, মণবী মপৈ, বেণু, সিঙ্গা, মণগী খোঙ্গাও উফুন, বৃন্দাবন উমং অসিনচিংবা। বৃন্দাবনগী মঙ্গুং চলবনা উচেক রায়াশিং, খোইমু, শজি, কুঞ্জ, উরী-রারী, কর্ণিকার

( লৈ জাৎ অমা ), কদম্বপাম্বী, গোবৰ্দ্ধন চীং, যমুনা তুরেন, রাস শারকম —অসিনচিংবা। তটস্থনা—থাবন মঙান, অমংবা নোং, নোংথাঙ, বসন্তঋতু, শরৎ-থা, পূর্ণিমা থানিন, মলয়া নুংশিৎ, উচেক-রায়ানচিংবনি।

১১। অনুভাব প্রকরণদা :—

অনুভাব মখল অহুমনি—অলঙ্কার, উদ্ভাস্বর অমসুং বাচিক। অলঙ্কারগী মখল ২০ নি। হকচাংগী অলঙ্কারনা ভাব, হাব অমসুং হেলা। অযত্নজগীনা ( মপাগী ওইবা, হোৎনরুবা য়াওদনা অচম্বক কও তুনা হায়দগী লৈজবা মতৌ ) শোভা, কান্তি, দীপ্তি, মাধুর্য, প্রগল্‌ভতা, ঔদার্য্য অমসুং ধৈর্য—মখল তরেৎ অসিনি। স্বভাবজনা—লীলা, বিলাস, বিচ্ছিত্তি, বিভ্রম, কিলকিঞ্চিত, মোট্টায়িত, কুট্টমিত, বিব্বোক, ললিত অমসুং বিকৃত—তরা অসিনি। মখোয়গী মতৌ মওঙ্‌নচিংবদি লাইরিক্তগী য়েংনবীয়ু। উদ্ভাস্বরদা—খাঙ্‌লাক, ইন্নফি অমদি শঙুন কোরথ-হিকথবা—হকাম চনবা, নাতোন ফুং লাউবা অসিনচিংবা। অতুগা বাচিক-কীনা—আলাপ, বিলাপ, সংলাপ, প্রলাপ, অনুলাপ, অপলাপ, সন্দেশ, অতিদেশ, অপদেশ, উপদেশ, নির্দেশ অমসুং ব্যপদেশ অসুম্না ১২ থক ওই।

১২। সাত্ত্বিক প্রকরণদা :—

স্তম্ভ, স্বেদ, রোমাঞ্চ, স্বরভঙ্গ, কম্প, বৈবর্ণ্য, অশ্রু অমসুং প্রলয় অসুম্না ৮ ওই। মখোয় অসিগী অমুক ধূমায়িত, জ্বলিত, দীপ্ত, উদ্দীপ্ত অমসুং সুদ্দীপ্ত হায়বা মতৌ মওঙ্ অমুক লৈরি।

১৩। ব্যভিচারি প্রকরণদা :—

নির্বেদ, বিষাদ, দৈন্য অসিনচিংবা মখল ৩৩ নি ; মধুর-রসদদি। উগ্র অমসুং আলস্য ( হকচিনবা, য়াকশিনবা অমসুং তম্বা ) অনিমক অসি কয়া লৈতে। রস অসিদদি ভাবোৎপত্তি, ভাবসন্ধি, ভাবশাবল্য অমসুং ভাবশান্তি—অসুম্না দশা মখল মরিথকী য়া পাম্মি।

১৪। স্থায়িভাব প্রকরণদা :—

মথং মথং বিভাব, অনুভাব, সাত্ত্বিক অমসুং ব্যভিচারী ভাব মপৈনা স্থায়িভাব ওইবা রতিগা অমত্তা ওইনা তিনশিন্নরগা লাই-রমলেনগী ওইবা অদুগুম্বা 'রস' কী মতৌ ওইরকই। হায়রিবা অসিগুম্বা রস অসিদদি মধুরা-রতিতনা স্থাযিভাবনি। অভিযোগ বিষয়, সম্বন্ধ, অভিমান, তদীয়বিশেষ, উপমা অমদি স্বভাব অসিনচিংবদগী হায়রিবা রতি অসি পোক্লকই। হাযবিবা মবমশিং অসিদি মমৈ ভাবা ভাবনা অম্মুম মগুণ হেল্লি। মধুরা রতি মথল অহুমনি—সাধারণী, সমঞ্জসা অমদি সমর্থা। কুব্জাদা সাধারণী, দ্বারকাগী ইবেম্মশিংদনা সমঞ্জসা অদুগা গোপীশিংগী কাদনা সমর্থা রতি হায়বসি লৈ। অদুক হাক্লা হকচিনবা নত্রগমু শ্রীহরিগী দর্শন ফংবদগী ফাওরকপা অদুগা লৈপুন রাখন্না হেক্তমক মাঙ্ওইনবা অপাম্বনা মরু ওইরবদি অদুগুম্বা রতি অদুনা হায়বিবা 'সাধারণী' হাযবসি ওই। সমঞ্জসা—এৈনা মাগী নূপীনি অম্মুন্না খনজবগী নাপন চেনবা, মতিক মগুণ তাবদগী পোক্লকপা, করিগুম্বদসু মদুদগী হেন্দোবক্তুনা লৈপুন রাখলসু হেক য়াওরকপা অদুগা মদুনা খক লেঙ্বা হোংবদি লৈতবা, য'ম্নমক লুনা শূকনা লৈবা রতিবু 'সমঞ্জসা' কৌই। সমর্থা—হায়ফম খঙ্দবা তোপ তোপ্পা মতৌনা তিনবা অদুগুম্বা বতিগী মওঙ্ অদুগা লৈপুন রাখলগা অহুম্মক শাগোন্নবা, খক থাদোরদবা অদুবু 'সমর্থা' রতি কৌই। মসিগী রতি মথল অসিদদি শ্রীকৃষ্ণবু মু চাউহনংবা, মাবু পেলহজনীংবা অদুগুম্বা মতৌতনা মতম পুম্নমক্তা লেঙ্দনা লৈ। মক, চু, চুহিং, চুহী, কোচিয়া চিনি অকেঙ্বা, সিতামিছরি অমসুং মদুগী মতুম ওইরকপগুম সমর্থা রতিনা মথং মথং কুংশিল্লক্তুনা প্রেম, স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ, অনুরাগ ভাব অমসুং মহাভাবনচিংবা ওইথৎলকই। প্রেম মথল অহুমনি—প্রৌঢ়, মধ্য অমসুং মন্দ। স্নেহ শীনা মথল অনিনি—ঘৃতস্নেহ (চন্দ্রাবলীগী), মধুস্নেহ (শ্রীরাধাগী)। মানগীসু মথল অনিনি—

উদাত্ত অমসুংললিত। উদাত্ত মখল অনিনি—দাক্ষিণ্যোদাত্ত অমসুং বাম্যগন্ধোদাত্ত। ললিতকীসু মখল অনি লৈ—কৌটিল্য অমসুং নর্ম। প্রখর মখল অনি—বৈরু অমসুং সখ্য।

রাগ মখল অনি—নীলিমা অমসুং রক্তিমা। নীলিমাগী মখলনা—নীলি অমসুং শ্যামা অনিনি অদুগা রক্তিমাগীনা কুসুম্ভ অমসুং মঞ্জিষ্ঠানি।

অনুরাগ লক্ষণ মরিনি মহুদি—মহৈ মহৈ অমনা অমবু খুহুম চনশিন্নবা, প্রেমবৈচিত্ত্য (প্রেমদা ভাওনবা), থরান্ন পান্দবা পোৎ ওইনা পোক্লনীংবগী অকনবা বাসনা অমসুং বিপ্রলম্ভগী মতাংমদুদসু লৈমিন্নবিবগুম থম্মুনা ফুংতাইবা ওবা।

ভাব মখল অনি—রূঢ় অমসুং অধিরূঢ়। রূঢ়-ভাবকী থৃদম ৬ নি—মিংকুপকী মতম কাওবদু থাঙহন-ছাইঙমদবা, মনাক্তা লৈবা মীগী খম্মোই লাঙতক্লহনবা, কল্পগী মতমবু মিংকুপ অমগুম থনবা, লৈতানা লৈবা মতম ওইহৃনসু (শুক্লংপনচিংবা কল্লিম্ভ রাওদনা) পোৎ পুন্নমকপু কাওবা পুমকাউ হেক কাউথোকখিবা মতৌ, অমসুং মিংকুপকী মতমসু যুগ অমগুম শাংনা থনবা। অধিরূঢ়-ভাবকীনা মখল অনিনি মহুদি মোদন অমসুং মাদন। মোদন—ৱোনা ভাম্বোক্লবা সাত্ত্বিক ভাব পুন্নমক্তা তিনবা মতৌ ফাওরকপদা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং মাগী চান্নবীশিং পুন্নমকী লৈতাদবা মথোঙ্ থঙহন্দদা মতৌ ওইহনবদুবু মোদন হায়না কৌই। হায়ন্নিবা মোদন অসিদি শ্রীমতী রাধিকাগী যূথতদা লৈ। মোদন অসিতনা বিরহগী মতমদা মাদন ভাব হায়বদি শুক্লংপা মতৌ ওই। মসিগী অনুভাবনা মখল ৬ নি মহুদি—১। থারকাগী ইবেম্মশিংমক্লা চেৎনা কোনজহুনা খৌগল কংজন্নিবা অদুগুবা শ্রীকৃষ্ণমকপুসু হেক জ্ঞান মাঙহনবা ওবা, ২। থাঙতমদবা অরাবা মরুক্তসু মবুংহোগী ফুংতাইনবদা থনজবা, ৩। ব্রহ্মাণ্ড পুন্নমকপু মথোঙ্ থঙহন্দবা,

৪। শা-উচেক ফাওববু কপহনবা, ৫। শিরংগ খল্লবদসু মাগী মদাদি মাবু থাদোকচনীংদবা অমসুং ৬। পুমচাও ফাওবা মজোমা- চিনব। (দিব্যোন্মাদ)। দিব্যোন্মাদ মখল অনিনি—উদ্ঘূর্ণা অমসুং চিত্রজল্প। চিত্রজল্প মখল ১০— ১। প্রজল্প, ২। পরিজল্পিত, ৩। বিজল্প, ৪। উজ্জল্প, ৫। সংজল্প, ৬। অবজল্প, ৭। অভিজল্প, ৮। আজল্প ৯। প্রতিজল্প অমসুং ১০। সুজল্প। সাধারণী রতিগীনা প্রেম ফাওবনা ঙমথে ওই, সমঞ্জসানা অনুরাগ ফাওবনি তোইশুবসুং ব্রজদেবীশিংগীদি মহাভাব ফাওবা য়োই। অদুগা 'মাদন' হায়না খঙনরিবা মহাভাব অসিদি শ্রীমতী রাধাতদা লৈ, অতে অমদদি মসি লৈতে।

১৫। শৃঙ্গার ভেদ প্রকরণদা :—

উজ্জ্বলরস—মখল অনি, বিপ্রলম্ভ অমসুং সম্ভোগ। বিপ্রলম্ভ মখল ৪ নি—পূর্ব্বরাগ, মান, প্রেমবৈচিত্ত্য, অমসুং প্রবাস। পূর্ব্বরাগ হায়বদি পাখং লৈশাবীনা তিন্নদ্রিঙৈগী মমাঙদা মশক উনবা, মগুণ তানবনচিংবদগী পোক্নকপা অপাম্বা অদুবু খঙনৈ। দর্শন (উবা)—ঙকথেংননা উবা, অমেকপদা উবা অমদি মঙদা উবা। তাবা (শ্রবণ)—বন্দী, দূতী অমসুং সখীগী মচৌন্দগী তাবা অমদি ঈশৈনচিংবা তাবদগী। প্রৌঢ় পূর্ব্বরাগদা দশা মখল ১০ নি মহুদি, লালসা, উদ্বেগ, জাগরণ, কৃশতা, জড়তা, ব্যগ্রতা, ব্যাধি, উন্মাদ, মোহ, অমসুং মৃত্যু। সমঞ্জস পূর্ব্বরাগনা—অভিলাষ, চিন্তা, স্মৃতি, গুণকীর্ত্তন, উদ্বেগ, বিলাপ, উন্মাদ, ব্যাধি, জড়তা অমসুং মৃত্যু—দশা মখল ১০ অসিনি। সাধরণ পূর্ব্বরাগদনা—অভিলাষতগী হৌবনা বিলাপ ফাওবা দশা মখল ৬ থক লৈ। পূর্ব্বরাগদনা—কামলেখ (সুংশি চিঠি) অমদি লৈ পরেংনচিংবা থানবা চংনৈ। কামলেখ—মসি লাইরিক ময়েক য়াওবা য়াওদবা অনুমা মখল অনি ওই। মান মখল অনিনি—সহেতুক (মরম লৈবা) অমদি নির্হেতুক (মরম লৈতবা)। নায়কনা

লেইবা শ্রীচৈতন্যগী করিগুম্বা থোইদোকপা অমা তৌখিবদা কল্পক-বন্ধন পূকচেল্লী ওইনবা শার্ঙ্গধরিংবা তৌববু মান কৌই। অসিগুম্বা মতৌ অসি মখল অহুমদগী ওই ১। প্রিয়সখী অমদি চোঙা-তেনবাগী মচীন্দগী ভাবদগী, ২। লৈশূন খুদম উবদগী, চৌহ্লাং থরাং হায়দোকখিবদগী অমসুং মঙ্ হাবা শেন্নাবা মতৌ উরম্বদগী, ৩। মিংমল্লা হেক উরুবদগী। নির্হেতুক মানদি মরম লৈতনা নত্রগা কারণাভাস তগী (মঁপ লাকপদগী) ওইরকই। নির্হেতুক মাননা অঙ্গসংগ্রাহ (আলিঙ্গন) অমসুং স্মিত (মীনোক) নচিংবদা অহুগা সহেতুক মাননা—সাম, ভেদ, দান, নতি-উপেক্ষা (থুরুম্বদা লৎনবা) নত্রগা অংতাম্বা রসনচিংবনা মরেং তানবা ওইরকই। মানবু অরেং তাখহনবগী খুদমদি—পি শিন্থবা অমসুং থোক্কুম মোমোন মীনোক্কচিংবনি। মানগী মতমদা গোপী-শিংনা শ্রীকৃষ্ণবু কিতবেন্দ্র (মীরৈহৎ হৈবা) কঠোর (থংম্বাই কনবা) নিরপত্রপ (ইকাইবা থঙ্দবা) অসিনচিংবা মুংশিবা মিংগোনা হেক হেক কৌই।

প্রেমবৈচিত্ত্য— চায়বগী নাক্তা লৈমম লৈনমক মুংশিবগী চাংন হেনগৎলক্ মনুংবদগী কায়নরবগুম থম্দুনা থরায় রাবা অহুগুম্বা মতৌবু 'প্রেমবৈচিত্ত্য' হায়না কৌই।

প্রবাস:— লমদা চংখোকখিববু প্রবাস (লংকৈ) কৌই— অনকপা অমসুং অরাপ্পা হায়না মসিগী মখল অনি থারদোকই। কুমিৎ খুদীংগী ওইনা বনদা মণ শেনবা চৎপবু অনকপা লংকৈ অহুগা মথুরাদা চৎপা অহুনা অরাপ্পা লংকৈনি। অসিগুম্বা প্রবাস অসিগী মতমদা চিন্তা (রাখল), জাগরণ (মিৎশেঙ্ থাঙ্বা), উদ্বেগ (লাওতরুবা), তানব (কংশিনবা), মলিনাঙ্গতা (ককচিনবা, কেনীং মৌনীংদবা), প্রলাপ (চোইভাউ ভাঙ্ব), ব্যাধি (লাইমন হৌবা, লায়থুং পানবা), উন্মাদ (ভাওচৎনবা), মোহ (ওন্নাৎলাং চুবা, তুকক তুকাই চনবা), অমসুং মৃত্যু (শিবগা মান্নবা)-মখল ১০ অসি ওই। প্রকট

লীলাদা ( অকোংবদা ) হায়রিবা মাথুর বিরহ অসি থা অহুমগী ওইন লৈ, মতম অসিদা পাণ্ডপুবা মী থাদোক থাজিন ভৌই অমগা 'আবির্ভাব' নচিংবদা ব্রজবাসিশিংগা লোয়ননা অপ্রকট-প্রকাশতা কোংদোক্তবা মওংদা ততুনা অহুমক শান্নমিন্নৈ ; মথংদা দন্তবক্রনচিংবা হাৎলগা অমুক হন্না ব্রজদা হল্লক্তুনা প্রকট বিহার ( কোংনা শান্নবা ) তৌরৈ অমসুং লীলা-সাঙ্গ ওইরে।

'সম্ভোগ' হায়বসি ব্রজগী পাখং-লৈশাবী ( রাধাকৃষ্ণ ) অনিনা হরাও মথোই কানা মহে মহে উনব য়েংনবা অমদি কান্নবনচিংবা সেবাগী মশক ওইবা থোইদোকপা ভাব অদুবু ওইনা খঙ্লৈ। মসিগী মথল অনিনি— মুখ্য ( তুমদনা লৈবা মতমদা ওইবা ) অমসুং গৌণ (মঙ্-হাদা ওইবা মতৌ )। মুখ্য সম্ভোগনা পূর্ব্বরাগনচিংবগী মমৈদা মথং মথং সংক্ষিপ্ত, সঙ্কীর্ণ, সম্পন্ন অমসুং সমৃদ্ধিমান হায়না মথল ৪ থোক্না থায়দোকই। সম্ভোগকী মচুং চন্না খঙ্নবা অতৈদি—সন্দর্শন ( যুম্না য়েংনবা ), জল্প ( ৱারা রাভাই শামিন্নবা ), স্পর্শ ( শোক্ল-শম্নবা ), বর্ত্মরোধ ( লম্বী থৎপা ), রাস ( রাসলীলা ), বৃন্দাবন ক্রীড়া ( বন মচুংদা শান্নবা ), যমুনা জলকেলি ( যমুনা ঈশিংদা শান্নবা ), নৌবিহার ( হি তোংহুনা শান্নবা ), লীলা চৌর্য্য ( বংশী, ফিজেৎ লৈতেং অমদি লৈ-নচিংববু হূরানবা ), দানলীলা (মাপূল লোবা), কুঞ্জাদি লীনতা (কুঞ্জদা লোৎপা), মধুপান (ময়াইকাবা পোৎ থকপা), বধূবেশ ধারণ (নূপী ফিজেৎ শেৎপা), কপটনিদ্রা (তুমশিন্নবা), দ্যূতক্রীড়া (চৌবর শান্নবা), পটাকর্ষণ ( ফি পায়হুনা চিংবা), চুম্বন (চুপ্পা), আলিঙ্গন (কোম্নবা), নখাঙ্কদান (খুজীন ময়ি লৈহনবা), বিম্বাধরসুধাপান (চীনবান থোইহী থকপা), অমসুং সম্প্রয়োগ (লৈপুন ওইনবা) নচিংবা। লীলা শান্নবনা সম্প্রয়োগ মক্ত-শীল্প হুংঙাইবা হেনগৎলি হায়না সিদ্ধান্ত তৌরি।

লাইরিক অসিগী শ্লোক মশীং পূম্না ১৪৫৩ নি।

---

# শ্রীশ্রীউজ্জ্বলনীলমণি

## ৱাওকম তাকপা

[ নাকল্দা পীরিবা অংক মশীং অসি প্রকরণশীনি থঙ্‌নশনি ]

### (১) নায়কভেদপ্রকরণম্



### (২) নায়কসহায়ভেদপ্রকরণম্



### (৩) শ্রীহরিপ্রিয়াপ্রকরণম্



### (৪) শ্রীরাধাপ্রকরণম্

## (৬) শ্রীযূথেশ্বরীভেদপ্রকরণম্



## (৭) দূতীভেদপ্রকরণম্

অহানবা ভংখায়গী সূচীপত্র লোইরে।

শ্রীশ্রীগৌরগদাধরৌ বিজয়েতাম্

# শ্রীশ্রীউজ্জ্বলনীলমণিঃ

## অথ নায়কভেদ-প্রকরণম্

১। নামাকৃষ্টরসজ্ঞঃ শীলেনোদ্দীপয়ন্ সদা নন্দম্।
নিজরূপোৎসবদায়ী সনাতনাত্মা প্রভুর্জয়তি ॥ (১)

---

### স্বাত্মপ্রমোদিনী

নমো গোপীজননাথায়।

চন্দ্রাবলী-প্রভৃতি-নব্যলতাবলীষু,
বৃন্দাবনেঽনবরতং বিহরন্ সমন্তাৎ।
রাধা-সুবর্ণনলিনী-গুণগন্ধলেশ-
মাত্মন্মনা বিজয়তামিহ কৃষ্ণভৃঙ্গঃ ॥ ১
রূপাভিধাদ্ভবিধো রসসিন্ধুতোঽভূৎ
ব্যক্তং যদুজ্জ্বলরসোজ্জ্বলনীলরত্নম্।
তচ্ছায়য়া নিজবিভূষণ-কাঙ্ক্ষিণেয়ং
টীকা যথামতি ময়া ক্রিয়তেঽস্য তস্য ॥ ২
স্পষ্টার্থ পদবৃন্দানাং ত্যক্ত্বা ব্যাখ্যাং সমাসতঃ।
লিখ্যতে * স্বাবলম্বায় নাম্না স্বাত্মপ্রমোদিনী ॥ ৩
তত্তৎপ্রকরণান্তেষু তদবান্তরভিৎসু চ।
টীকায়াঃ সুখবোধার্থমঙ্কা দেয়াঃ ক্রমাৎ পৃথক্ ॥ ৪
+ যস্য প্রসাদামৃতলেশলাভতঃ শক্তিঃ পুরাভূন্মম পদ্যবন্ধনে।
স এব মেঽনন্যগতের্গতিঃ প্রভুঃ কারুণ্যতঃ ‡ স্ফোরয়তু যথাশয়ম্ ॥৫

---

* স্বাধিকারীয় + বৃংহিদা পদ্যেং অনি অসিনা শ্লোক ২ গী মথংদা নৈ।
‡ স্ফুরয়তু—পাঠ।

২। মুখ্যরসেষু পুরা যঃ, সংক্ষেপেণোদিতোঽতিরহস্যত্বাৎ।
পৃথগেব ভক্তিরসরাট্, স বিস্তরেণোচ্যতে মধুরঃ॥ ( ২ )

---

## তাৎপর্য্যানুবাদ

১। লাইরিক লেংবা শ্রীমদ্ শ্রীশ্রীরূপগোস্বামি প্রভুনা হান্নবা '**ভক্তিরসামৃতসিন্ধু**' কৌবা লাইরিক্কী ইহান হানবা শ্লোকতা অপল অহুই লৈতনবগী দমক মঙ্গলাচরণ তৌখ্রবা ওইদুনসু মধুর রসগী মরমদা অমুকহন্না শন্দোক্লা বর্ণনা তৌত্রি-লৈদা নীংজবা ইষ্টদেব শ্রীকৃষ্ণবু অমদি শব্দ-শ্লেষ তৌদুনা মশাগী শ্রীগুরুদেববুসু খুরুমজদুনা অমুকসু হন্না মঙ্গলাচরণ তৌবিরি। প্রভু শব্দন—তৌবা তৌদবা নত্রগা অতোপ্পা মওঙ অমা ওইনা তৌবা ঙম্ববুসু খঙ্হল্লি। অসিগুম্বা প্রভু শ্রীকৃষ্ণনা পূর্ণমক্তগী হেনবা ওইনা ঙাম্বোইবীসনু। শ্রীকৃষ্ণদি নিত্য বিগ্রহনি, অমাঙ্ অতা লৈতবা, লেঙ্দবনি। শ্রীগুরুগী মশক ওইবা শ্রীপাদ সনাতন কৌনা মশক লৌবনি অমসুং শ্রীনন্দনন্দনগী চরণপদ্মদা অশেংবা প্রেম ভক্তি বৎচবদা পাংগল পীনহৈবনি। শ্রীকৃষ্ণনা ইবুংঙো মাগী মিংলেন-অথোইবশিংন অথোইবা রসিক ওইবা ভক্তশিংবু থৌগৎপি অদুগা শ্রীগুরুদেবনা শ্রীভগবানগী নাম শোনবতদা মশাগী লৈরেঙ্বু হৈনহল্লি অমসুং মদুবু মানদি খঙ্জদনা লেংইবা খম্ব নাইদবমখৈ শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবতদা শীজিন্নবি। শ্রীকৃষ্ণনা, ইবুংঙো মহাক্কী, তম্বদ থোক্কবা তেম্না নীংথিজবা মতৌনা—অতাবা, অউব অংদি মাগী মতৌক মগুণ নীংশিংজবশিংবু নুংঙাইহনবীরি, অদুগা শ্রীগুরুদেবনা রূপ হায়না কৌবা মাগী পোকমিন্নবা মনাউবু নুংঙাইহনবীরি। শ্রীকৃষ্ণনা, নুংশিরবা ইবুংঙো মাগী মতৌ মচেৎনা ( চরিত্র ) মতম পূর্ণমক্তা শ্রীব্রজরাজ ওইবা অদুগুম্বা নন্দগী মায়থোং মকাবামহনবীখিবা অদুগুমদুনা শ্রীগুরুদেবসু খোয়থুম্নবা মাগী মরমচৎ মতৌনা সাধু ওইবা মীশিংগী নুংঙাইজনবা ওইহনবীরি।

২। শান্তনচিংবা মুখ্যরস মখল মঙানি ( শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর )। অদুগা মঙা অসিগী মরক্তা মধুর-রসনা খ্বায়দগী হেনবা ওইনা লৈপ্রবসু লাইরিক লেংবা গ্রন্থকারনা ভক্তিরসামৃত সিন্ধুদদি ভক্তি-রস-রাজ ওইবা ( ভক্তি কৌবা খ্বায়দগী হেনবা রস ) মধুর-রস অসিবুদি য়ায়মক শমজিন্না বর্ণনা তৌবীখি। মদুগী মরংদি অহুম থোক্লা লৈ মদুদি, ১। মধুর-রসদা চঙ্জবা ভক্তমক নত্রবদি হায়রবদি শান্তনচিংবা ভক্তশিংগী দমক্তি মসি মতৌক চানদবা ওই। ২। অদুগা মধুর রসগী ভক্তনা ফনমক মশীং য়াম্না লৈদুনসু অসিগুম্বা রস অসিদদি মখোয় মশাগী সংস্কার লৈতবদগী ( রাৎনা লৈবদগী ) রস চুপ্পদা হৈশিংবা রাৎপা—অদুগুম্বা

মীওইশিংগী মকাদস্ মসিনা অরুবা অমা ওই। ৩। হায়রক্কদৌরিবা 'রাগমার্গ' অসিমক্তদস্ অথোই অহেন মতুংইন্না মপান লাইদবা অরাংপা মতৌনা অথোই অহেন নাইনা লৈখিবনা, অত্থগা মখল কয়াগী বাসনা (অপাম্ব) না পুন্নুনা লৈরবা মীশিংনস্ অমরোমদা হায়রিবা রাগমার্গ অত্থমক্তী অথূপ্পা রহস্যশিং অদূবুদি খঙ্বা ওম্নদবদগী বৈধী-মাগ ভদা পুক্লীং লূপ্পখিবনা মখোয় অত্থগী মফমদদি মসিবু ষোংদোক্লবদা মতৌক চানদবা ওই, মরম অত্থনা 'অতিগুহ্য'নি (থদ্পলেন থূপ্পনি) —অত্থনা লাইরিক অসিদা অসিগুম্বা মধুর-রস অসিভগী মরমদা শন্দোক্লঃ তাকলি।

তাৎপর্য্যদি—ভক্তিরসামৃত সিন্ধুদি ভক্ত মখল কয়া কয়াগী নৈননীংঙাই ওইবা লাইরিক্লি. অত্থমদি ওইরগা মধুর-রসগী মতাংদদি মসিদা য়াম্নমক শমজিন্না নৈনখি। লাইরিক অসিদদি রাগমার্গত্তদা পুক্লীং লূপ্পবা অমদি রস-তত্ত্ব আস্বাদন তৌজনীংবা (মহাউ তংজনীংবা) অত্থগুম্বা মধুর-রসগী ভক্তশিংনা আস্বাদন তৌনজবা য়ানবা মওঙ্দা মধুর-রস অত্থভগী ওইনা তোপ্পা শন্দোক্লা তাকলি।

---

রাগমার্গ—অপাম্বা অমা শাগোম্নবা, বিধিমার্গদা নীংজবা। রাগভক্তিদদি অহানবমক্তদগী অপাম্বা অমা হেক্তমক অত্থম শাগোম্নরকপনা শাস্ত্রগী নিয়মনচিংবা ঙাক্লদ্রবস্ পামলিবা হিরম অদু ফংননবা তানগে হায়রবদি শাস্ত্রনচিংবা নৈনগদবনি অমসূং সাধনস্ শাস্ত্রনা তাকপা মতুংইন্না চৎকদবনি (সিন্ধু ১। ২। ২৯৩)। ভক্তি সন্দর্ভ (৩১৩) না হায়রি—মমাঙগী মিমাংসাগী মত-দা 'চোদনা-লক্ষণোঽর্থো ধর্মঃ' হায়বা সূত্রনা বিধিমার্গনা হায়বদি হৌনবা হৌনদবা ঙাক্লা চৎপনা শাগৎ-লকপা মহৈ ওইনা ধর্মগী মশক উৎলকপনি হায়না তানরকপা লৈ। যামলদস্ হায়রি—'শ্রুতিস্মৃতি পুরাণ-নচিংবা অমদি 'পঞ্চরাত্র' নচিংবগী বিধি ঙাক্লা চত্রবদি য়াম্না ঐকান্তিক ওইবা হরিভক্তিমক্তদস্ অকায়বা লাকই। 'শ্রুতিস্মৃতিগী মশক ওইবা ভগবানগী য়াথংবু হিক্তোক্লবদি মহাক অদু য়াথং ইন্দবা অবৈষ্ণবনি'। অসিনচিংবা য়াহৈশিং অসিনা হৌনবা হৌনদবা শাস্ত্রগী বচন ঙাক্লা চত্তবা য়াদবনি হায়বহ্ খঙ্হল্লিবমক্তদস্ 'রাগমার্গ' দদি মদূবু ঙাক্তিবা করিগীনো হায়বা য়াহং লাকপগী পাউখুমদি—শ্রীভগবানগী নাম-গুণ-নচিংবদা মশানা অত্থম্মক বস্তুশক্তি (মপাংগল) লৈজবা মরম্না ভক্তিমার্গদদি বিধি-বিধান খক চত্তদে; জ্ঞান য়াওদ্রবস্ অয়াম্বা মফমদা অত্থম্মক মহৈ য়াম্লি। মশাগী প্রবৃত্তি (হৈনীংবা) কয়া লৈফাত্রিবা অত্থগুম্বা মীওইভদা হৌনবা হৌনদবগী (বিধি বিধানগী) কায়বহ্ লৈবনি; ভক্তি-মার্গনা—মাবু কোঙ্গয়িবা মীবু করিগুম্বদা সিদ্ধি পীবা ঙম্নবস্ মপুক্লীং লৈভাদবা

অমসুং খোয়জঙ্বা রাংপনা মরম ওইদুনা রাগভক্তিদা অদুক হাক্লা যুক্তিবা মীগী-দমক্তদি মার্গদা চঙ্জবা ওয়বা অমদি অসুম অসুম মপূক্লীং যুংজবা মতৌ ফংজররকবা শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইন্না হৌনবা হৌনদবা নিয়মশিং অদু ওাক্লা চংফম থোকই। মশানা অদুম্মক হান্নদগী মপূক্লীং লূপশিঞ্জবা ওম্লক্রবা মী অদুগীদি অসিগুম্বা হৌনবা হৌনদবা নিয়ম অসিগী কান্নবা লৈতে মরমদি, হান্নদগী অদুম্মক ভগবানদা মপূক্লীং হাপচবা ওম্বগী মপাংগল লৈরবনা। ফত্তবা মপূক্লীং চেল্লবসু অমদি রাগ-ভক্তি চংপা মীগী মতৌ তমদুনবু ওইরবসু পূতনানচিংবনা ধাত্রী ( য়োকচবী ) গী গতি ফংদুনা লানখিবগী রা তানরি। অদুনদি ভগবানদা মপূক্লীং লূপচরবা মীশিংনা অতংপা লৈতনা রাগভক্তিতগা অসুম শাগেন্নদুনা লৈজরবদি অদুম্মক অন্নানবা খুবম ফংই হায়বসিদা চিংনবা লৈরুফম থোক্তে। অশেংবা ভক্তশিংগীদি কবিগুম্বা দোষ-গুণ লৈতে হায়বদি হৌনবী ও ক্তবগী কবিগুম্বা পাপনা মখোয় অদুদা খক চঙ্লুবা ওমদে।

অসিগুম্না মশা ঈংপা ওমদ্রিবা মীশিংগীদ-ক্তি 'রাগানুগ-ভক্তি' দসু হৌনবা হৌনদবা ওাক্লা চংকদবনি। অসুম তৌনা লাকপনা মীমদা সিদ্ধি লাক্লবমক্তদসু মহাক অদুনা লোকশিক্ষা পীনবগীদমক বৈধ-ভক্তিগা হৌনবদি অদুম্মক হাক্কদবনি। অদুমদি ওইরগা বৈষ্ণব-শাস্ত্রনা তাক্লিব হৌনব হৌনদবশিং অসিবু থাদোক্লবসু মদু অশেংবা ভক্তশিংগী মকাদদি শ্রীবিষ্ণুনা পেনবিনবগীদমক ওইনা তৌই; অদুনা অশেংবা ভক্তনা হৌনবা হৌনদবগী কান্নব কান্নদবদু মশানা অদুম্মক খঙজবনা থাদোকফম লৌশিনফম খঙনা অদুম্মক চংলি হায়বা খঙ্নৈ। অদুমদি ওইরগা; রাগানুগা হায়বসিবুদি বিধিনা শাগংখিবা নত্তবনা বেদগীসু মপান থোকপা পোংনি হায়বদি নত্তে, মরমদি বেদনা তাক্লিবা মশক অওগী অপাম্বদুমদি লেঙদনা অদুম্মক লৈবনা।

**রাগাত্মিকা ভক্তি**—ভগবানদা পূক্লীং চপয়ুংনা লৈবা প্রেমতৃষ্ণা ( প্রেমগী ঈখো মরাং ) অদুবু 'রাগ' কৌই। অদুগুম্বা রাগগী মশক ওইবা সেবা-পূজানচিংবা ভক্তি অদুবু 'রাগাত্মিকা-ভক্তি' কৌই। মসিগী মথক অনিনি—'কামরূপা' অমসুং 'সম্বন্ধরূপা'। অপাম্বগী মখা পোনবা অমদি ভগবানগা নকশিন্নবা মরী থম্বা হোংনবা অদুগুম্বা পূক্লীংগী রাগ-তনা শাগংপা মওঙ অদুবু খঙ্নৈ।

**রাগানুগা ভক্তি**—( সিন্ধু ১। ২। ২৯১ ) রাগাত্মিকা ভক্তিদি ভগবানদা পূক্লীং হুকচাং চপ-য়ুংশ্রবা অদুগুম্বা ব্রজবাসিশিংগী মতৌগুম্বদু ওইজবা ফংজনবা অদুগুম্বা

৩। বক্ষ্যমাণৈর্বিভাবাদ্যৈঃ স্বাদ্যতাং মধুরা রতিঃ।
নীতা ভক্তিরসঃ প্রোক্তো মধুরাখ্যো মনীষিভিঃ॥ (৩)

---

৩। **মধুর রসগী লক্ষণ**—হায়রক্কদোরিবা বিভাব, অনুভাব, সাত্ত্বিক অমসুং ব্যভিচারিনচিংবা ভাবশিং অসিনা মধুর রতিবু আস্বাদন তৌবা য়াবগী থাক য়ৌরক্লবদি অপঙ্, অহৈশিংনা মদুবু 'মধুর-ভক্তিরস' হায়না খঙ্লৈ। ( সিন্ধু ২। ৫। ১৩১, ৩৬ )।

---

অপাঙ্বা অঙন থৌইনশিন শক্তনম লম্বীবু হায়বনি ( সিন্ধু ১। ২। ২৯৪ )। মসিগী থোইদোকপদি মানা নীংজরিবা ব্রজকিশোর শ্রীনন্দনন্দনবু অমদি শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত ওইবা মীশিংবু নক্রগা সাধক মহাক মশামক্না ভাব মান্নবা অদুগুম্বা মীবু কাওবা স্মরণ তৌনা তৌনা চুমজরবদি মশামক শ্রীবৃন্দাবনদা লেংদনা লৈগদবনি, মদু চুমদ্রবা ফাওবদা মপুক্কীংতনদি মহৌ লেঙ্দনা লৈগদবনি। সাধক অমা ওইনদি ইশানা লৈনীংবা মফমদা লৈবগা অদুগা সিদ্ধ ওইরগনা পুক্কীংনা পামলিবা সেবা অদুগী মতিকচাবা দেহ ওইন ব্রজদা লেঙ্দনা অসুম লৈচন্দুনা ব্রজদা তাম্মোই-রিবা পুক্কীংনা চৌনা পামজরিবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী রতিবু ফংজনীংবশিংনা ব্রজগী মীংশিংগী চায়বদি শ্রীরাধা, চন্দ্রাবলী, ললিতা, বিশাখা অমসুং রূপমঞ্জরী অমদি মখোয়গী অনুগত ওইবা শ্রীরূপ সনাতন-নচিংবা গোস্বামিশিংগী মরুম থুপচদুনা, মখোয় অদুগী মতৌমক্তি তৌরুবা নত্তনা সেবা ফংজগনি। সিদ্ধগী মওঙ্দনা পুক্কীংনা শ্রীরাধা, ললিতানচিংবীগী তুংইন্নদুনা অদুগা সাধক-কী মওঙ্দনা শ্রীরূপ, সনাতন-নচিংবা গুরু গোস্বামিশিংবু ইশামক্না সেবা তৌজগদবা ওই। বৈধী-ভক্তিনা তাকলিবা শ্রবণ, কীর্ত্তন-নচিংবা ভক্তি অঙ্গ পুম্নমকসু অসিগুম্বা রাগমার্গ অসিদা চুমজবা য়েংদুনা অমুক পাঙ্থোক্কনি। অর্চন-মার্গদা 'অহংগ্রহোপাসনা' ( ভগ-বানগা ঐগা অমত্তনি খনবা ), মুদ্রা ( খুৎকী তোঙান তোঙানবা মওঙ্তনা ভগ-বানবু ঈড়াংচবা ), ন্যাস ( মাতৃকা ন্যাস, পীঠন্যাসনচিংবা পূজাগী অঙ্গ মখল অমা ), দ্বারকাধ্যান অমদি রুক্মিণীনচিংববু পূজা কৎপনচিংবা আগম-শাস্ত্রগী নিয়মশিং অসিদি '**ভক্তিমার্গ**'দদি তৌহেদে। ভক্তিমার্গদদি করিগুম্বদা মাগী করিগুম্বা অঙ্গ খরা রাংথ্রবা ফাওবদা অমাঙ্বা খক ওইদে। (সিন্ধু ১। ২। ২৭০) ব্রজবাসিনচিংবদা ইকোং কোংনা লৈরিবা রাগাত্মিকা ভক্তিগী মতৌনা তিনবা অদুগুম্বা ভক্তি মখল অদুবু 'রাগানুগা' কৌই।

তত্র বিভাবেষ্বালম্বনাঃ —

৪। অস্মিন্নালম্বনাঃ প্রোক্তাঃ কৃষ্ণস্তস্য চ বল্লভাঃ ॥ ( ৪ )

তত্র *কৃষ্ণো যথা—

১। পদদ্যুতিবিনির্ধুত-স্মরপরার্দ্ধরূপোদ্ধতি-

দৃগঞ্চলকলানটীপটিমভির্মনোমোহিনী।

স্ফুরন্নবঘনাকৃতিঃ পরমদিব্যলীলানিধিঃ

ক্রিয়াত্তব জগত্রয়ীযুবতিভাগ্যসিদ্ধির্মুদম্ ॥ ( ৫ )

৫। অয়ং সুরম্যো মধুরঃ সর্ব্বসল্লক্ষণান্বিতঃ।

বলীয়ান্নবতারুণ্যো বাবদূকঃ প্রিয়ংবদঃ। ( ৬ )

৪—৫। বিভাবশিংগী মনুংদা আলম্বনবিভাবকী ৱা হায়রি ( সিন্ধু ২। ১। ১৪-১৬ ) ( রতিগী বিষয় আস্বাদন তৌনরগী মরম ওইরিবহ্ন বিভাবনি, মহ্নগী মখল অনিনি—আলম্বন অমসুং উদ্দীপন। আলম্বন অসিগীসু অমুক মখল অনিনি মহ্নদি —বিষয় অমসুং আশ্রয় )। অসিগুম্বা মধুর রস অসিদা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং মাগী চান্নবী-শিংনা মথং মথং বিষয়ালম্বন অমসুং আশ্রয়ালম্বননি। মশীং লাকঙমদ্রবা মঙ্গলগী মশক ওইবা অহ্নগুম্বা গুণ মপৈতগী তুংফম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী অসিগুম্বা মধুর রস অসিদা থোইদোক হেন্দোক্লা কান্নররা গুণ ২৫ থক্কী মরম হায়রি। মহ্নগী মরক্তসু অমুক খ্বায়দগী হেন্দোক থোইদোক্লা ঙক্লীংঙাই ওইররা, অহ্নগুম্বা থোইদোকপা গুণতনা ইবুংঙো মাগী ওইবা অহ্নগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী উদাহরণ পীহ্ননা হায়রি মহ্নদি— 'বৃন্দাবন-মরেম্মগী মবুংঙো ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বালতরু পাম্মা থিনজবিরা হে ভক্ত ওইবা পুন্নমক। মাগী শ্রীচরণগী ফজবা-নীংথিবা মপৈতনা মশীং লাকঙমদ্রবা কামদেব-কোটি কয়াগী ফজবা শক্তী নাপনবু মখল মখা উপায় কয়ানা লোইবা নাইদরমখৈ মাঙ্‌হনবীহ্ননতা লৈবা [ মসিদা পুক্লীংহুবা ( কচিবত্ন ) অমদি মপা লৈতনা নীংথিজবা মতৌ ফোংদোক্লি ], মাগী নীংথিবা মিৎয়েং-নায়েংগী মশক ওইবা অহ্নগুম্বা জাগোই শাবীগী হৈশিংবা মতৌতনা হায়রদি মথোন কাবী নুপী-শিংগী মিহৌনফম ওইররা অহ্নগুম্বা নীংথিবা মিৎয়েং-নায়েংনচিংবগী ভঙ্গী কয়ানা নহা ওইবীশিংগী মপুক্লীং লায়না চিংবা ( মতাং অসিদনা নুপীনা গুম্মৎনবা অমদি হৈথোইশিংথোইবা মতৌ উংলি ), ফৃয়না হৌবা নোংহৌগুম চীক্লা-ঈংবা নীংথিবা-শংবানবা কুচুনা মাগী ওইবা ( মরম লৈতনা নুংশিবীহৈবা ) অমদি খ্বায়দগী

* কৃষ্ণঃ—পাঠ।

৬। স্থধীঃ সপ্রতিভো ধীরো বিদগ্ধশ্চতুরঃ সুখী।
কৃতজ্ঞো দক্ষিণঃ প্রেমবশ্যো গম্ভীরতাম্বুধিঃ। ( ৭ )

৭। বরীয়ান্ কীর্ত্তিমান্ নারীমোহনো নিত্যনূতনঃ।
অতুল্যকেলিসৌন্দর্য্যপ্রেষ্ঠবংশীস্বনাঙ্কিতঃ॥ ( ৮ )

৮। ইত্যাদয়োঽস্য শৃঙ্গারে গুণাঃ কৃষ্ণস্য কীর্ত্তিতাঃ।
উদাহৃতিরমীষাস্তু পূর্ব্বমেব প্রদর্শিতা॥ ( ৯ )

৯। পূর্ব্বোক্তধীরোদাত্তাদি-চতুর্ভেদস্য তস্য তু।
পতিশ্চোপপতিশ্চেতি প্রভেদাবিহ বিশ্রুতৌ॥ ( ১০ )

---

থোইদোকপা অমসুং পূক্নীং হূনবা মশক ওইবা-লীলা-মপৈগী তুংনফম ওইবা, অচৎ-চত্র-জীবপানবা অপূম্বগীসু মবুংঙো ওইবা ( মসিদা চাংদম্নিঙাই লৈত্রবা লীলাগী মপূ ওইবা অমদি তম্বা থোক্তুবা মওঙ্গী বাঁশীনচিংবা খোংবা ), মবোন অহুম্মক্কী মথোনকাবী নূপীমখৈগী মবাইবক ফবগী মহৈগী ( ফল ) মশক ওইবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা নখোয় পূম্নমক্কী নুংঙাইবা পীনবীসনু। ( উঃ ১৪। ২ )।

৬—৯। **শ্রীকৃষ্ণগী গুণ**—অথোইবা ওইনা মধুর রসদা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ ২৫ থক লৌখৎলি। মখদি—**(১) সুরম্যাঙ্গ** ( শাবান ফজবা—সিন্ধু ২। ৪। ৪৫ ), **(২) রুচির**—( পূক্নী হূনফম ওইবা—সিন্ধু ২। ১। ৫২ ), **(৩) সর্ব্বসল্লক্ষণান্বিত** ( অথোইবা অহেনবা গুণ খিবিক্লা তিনবা—সিন্ধু ২। ১। ৪৭-৫১ ), (৪) **বলীয়ান্** ( মহাপ্রাণ-থল্লায়শিংগী হৌফম ওইবা, কনবা থৌবদা মপা লৈতবা—সিন্ধু ২। ১। ৬০ ), **(৫) নবতারুণ্য**—( সিন্ধুদা মসিবু **'বয়সান্বিত'** হায়না য়েকলি, অমত্তনি, তোঙান তোঙানবা চহিগী মতাং কয়া থোক্লা থাইদোক্লবসু নোত্নহনতা মরৈবা, ভক্তিরস পূম্নমক্কী তুংফম ওইবা, গুণ খিবীক্লা তিনবা অমদি লোইবা নাইদনা লীলা মথল মথল শান্নত্নতা মরৈবা—সিন্ধু ২। ১। ৬৩ ), ( ৬ ) **বাবদূক** ( নীংথিবা ৱাঙাঙ্ ৱাতানা গুন্নাৎপা ঙম্বা—সিন্ধু ২। ১। ৭২ ), **( ৭ ) প্রিয়ম্বদ** ( মরাল লৈরবা মীবু ফাওবা নীংথিবা ৱাঙাঙ্না পেলহনবা—সিন্ধু ২। ১। ৭০ ), ( ৮-৯ ) **সুধী, প্রতিভান্বিত** ( অথোইবা পণ্ডিতকী মতৌ ওইবা—সিন্ধু ২। ১। ৮২ ), ( ১০ ) **ধৃতিমান্** ( করিগুম্বা অপামমিহৌ অমত্তা লৈতবা অমদি শান্তিননবা মরম লৈরবদসু মশাগী পূক্নীং লৈতাবা মতৌ থক কায়দবা—সিন্ধু ২। ১ [illegible] ), ( ১১ ) **বিদগ্ধ** ( কেলি-কলা-বিলাসতা হৈশিংবা—সিন্ধু ২। ১। ৮৪ ), ( ১২ ) **চতুর** ( মতম অমত্তদা তোঙান-তোঙানবা [illegible] কয়া পূম্না পাঙথোকপা ঙম্বা—সিন্ধু ২। ১। ৮৬ ),

( ১৩ ) **সুখী** ( কবিগুম্বা অরাংপা অমত্তা লৈতবা অমদি অরা-অনা মচেং অমত্তসু পক্তবা—সিন্ধু ২ । ১ । ১৪৫ ), ( ১৪ ) **কৃতজ্ঞ**—( মচা মনাইনা তৌজবা সেবাদা মুন্না খঙ্‌বিবা—সিন্ধু ২ । ১ । ৯১ ), ( ১৫ ) **দক্ষিণ** ( নীংথিবা মরমচং মতৌনা তিনবা—সিন্ধু ২ । ১ । ১৩৭-৩৮ ), ( ১৬ ) **প্রেমবশ্য** ( প্রেমগী মখা পোনবা—সিন্ধু ২ । ১ । ১৫১-৫৩ ), ( ১৭ ) **গভীর** ( কনানসু মতীক মগুণ খঙঙম্‌দবা—সিন্ধু ২ । ১ । ১১৪ ), ( ১৮ ) **বরীয়ান্** ( মীথোই মীহৌনবা—সিন্ধু ২ । ১ । ১৭৪ ), ( ১৯ ) **কীর্ত্তিমান্** ( অমকপা লৈতবা মিংচংনা মাগী ওইবা—সিন্ধু ২ । ১ । ১৫৮ ), ( ২০ ) **নারীমোহন** ( নুপীশিংগী শুক্কাংনফম ওইবা—সিন্ধু ২ । ১ । ১৬৬ ), ( ২১ ) **নিত্যনূতন** ( মতম পূম্নমক্তা ইথঙ্‌মক খঙ্‌নরবা ওইদ্রনসু নীংথিবা মাগী স্বভাবনা খঙ্‌দবগুম অঙকপা ওইহনবা—সিন্ধু ২ । ১ । ১৮৪ ), ( ২২ ) **অতুল্যকেল্যঙ্কিত** নত্রগা **লীলামাধুর্য্য** ( পূম্নমক্তা ঙক্কবা অহৃগুম্বা লীলাগী সমুদ্র ওইবা—সিন্ধু ২ । ১ । ২০৯ ), ( ২৩ ) **অতুল্যসৌন্দর্য্যাঙ্কিত** নত্রগা **রূপমাধুর্য্য** ( ফজবা শক্লা মরোল অহুম্মকপু ঙকহনবা সিন্ধু ২ । ১ । ২১৫-১৭ ), ( ২৪ ) **অতুল্যপ্রেষ্ঠাঙ্কিত** নত্রগা **প্রিয়াধিক্য** ( মাবু নুংশি-বনা হেনমনখিবনা মিংকূপ অমত্তং উদবদা কল্প অমগুম নীংজনা ৱাবা—সিন্ধু ২ । ১ । ২১১ ), ( ২৫ ) **অতুল্যবংশীস্বনাঙ্কিত** নত্রগা **বেণুমাধুরী** ( নীংথিবা মুরলী মখোলনা অচং-চত্ত পূম্নমকপু শুক্কাংপা—সিন্ধু ২ । ১ । ২১৩ )। মসিনা ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা লৌখংপা অথোইবা গুণ ২৫ গী মশক্নি। অতোপ্পা গুণ কয়ামরুম অমসু টীকাকাবনা লৌখংলি মথৃদি—

( ১ ) **তেজীয়ান্** ( মী পূম্নমক্না মতম অমত্তদা মাবু মশক তোপ্পা তোপ্পা উবা ) ( ২ ) **বিবিধাদ্ভুতভাষাবিৎ** ( লৈবাক পূম্নমক্কী লোন শুনা খঙ্‌বা ) ( ৩ ) **দক্ষ** ( তৌঙমদবা থবকপু থুনা শং পাঙথোকপা ঙম্বা ), ( ৪ ) দেশাকালসুপাত্রজ্ঞ—( মফম মতম অমদি মীশক য়েংনা মতীক মতীক চাবা থবক তৌবা সিন্ধু ২ । ১ । ৯৮ ), ( ৫ ) **বদান্য** ( পীথোকপদা পাম্নবা লৈতবা দানবীর, সিন্ধু ২ । ১ । ১২৩ ), ( ৬ ) **ত্রীমান্** ( মীনা খঙ্‌খিবসু নত্তবা কন্দর্প-কেলি-বিলাসনচিংবগী মতৌবু খঙ্‌ত্রমাল্লে খনবা অমদি কনাগুম্বনা লৈশী-লৈথোল্লকপদা মত্থগী মরম খঙ্‌লুদবনা মশা মথন্তা হংগোইজবা, সিন্ধু ২ । ১ । ১৪১, খুদম—শ্রীকৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন ধারণ তৌরিঙৈদা ঙক্কবী গোপীমখেনা মিংফম হোংদনা ইবুংঙো মাগী খুত্তা মুম্না য়েংলি-ঙৈদা মখোয়গী থবাক **চন্দ্রাবলী** ফজবত্থ উরকপদগী শ্রীকৃষ্ণগী খুং অত্থ খজীত্তং লেঙ্‌লুবদা মত্থগী মতুংইন্না গোবর্দ্ধনসু নীক্লবদা কিরবা গোপশিংনা ইবুংঙো মাবু স্তব তৌনবা হৌরকখি, অত্থগুম্বা মতৌশিং অত্থনা বলরামবু লোক্নীংবা পোকহনখি।

তত্র পতিঃ —১০। উক্তঃ পতিঃ স কন্যায়া যঃ প্রাণিগ্রহকো ভবেৎ ॥ (১১)

যথা—২। রুক্মিণং যুধি বিজিত্য রুক্মিনীং
দ্বারকামুপগময্য বিক্রমী।
উৎসবোচ্ছলিত-পৌরমণ্ডলঃ
পুণ্ডরীকনয়নঃ করেঽগ্রহীৎ ॥ (১২)

---

বলরামনা নুংগী য়াখল খঙ্‌হ্নূনা নোক্লিবনি খনবদগী শ্রীকৃষ্ণনা ইকাইহ্নূনা মায়থোং লূকথখি—অসিগুম্নবা শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইসনু—ললিত মাধব), (৬) **পরিহাস বুশলতা** ( ফাগি-ফাবাং তৌবদা হৈশিংবা ) অমসুং **সত্বভেদ**—( অন্তঃকবণগী বৃত্তি খেন্নবা মতু’ইন্না খায়দোকপা ) অমদি **গুণাষ্টক** ( অথোইবা গুণ নিপান ) গী মনুংদগী পনবা য়াবনি খন্দুনা খবদ’গসু লৌখৎলি মহ্নদি—**শোভা** ( অতোনববু চানবীবা, অহেনববুনা উশীত্তবা, মতীক চাউবা, থোনা লৈবা, হৈশিংবা অমদি অচুম্বতমক ওইবা মতৌ, সিন্ধু ২।১।২৫৩), **বিলাস** ( বণ-লাবণ্যগা শাজৎ থোয়বা-লূম্বা-অমদি লেমজবা, মিৎয়েং হোংদবা, নোক্লা নোক্লা য়া ভাঙ্‌বা, সিন্ধু ২।১।২৫৫), **মাধুর্য্য** ( মাগী থোদৌ থৌওঙ্ পূম্নমকপু মীনা পায়হনবা, সিন্ধু ২।১।২৫৭), **ললিত** ( মখল মখা অয়াম্বা শৃঙ্গার চেষ্টাগী তৃংফম ওইবা মতৌ, সিন্ধু ২।১।২৬৭) অসিনচিংবা।

১০। ভক্তিবসামৃতসিন্ধুদা নায়ক মখল মবিগী মবম তাকলি মহ্নদি—**ধীরো-দাত্ত, ধীরললিত, ধীরশান্ত** অমসুং ধীবোদ্ধত। গুণ পূম্নমক্লা তিনবনা শ্রীকৃষ্ণদদি নায়ক মখল পূম্নমক গুনা লৈ। **অসিদসু** নত্তনা নায়ক মখল মবি অসিগী মনুংদসু অমুক **পতি** অমসুং **উপপতি** হায়না মখল অনি অনি থোকলি।

১১—১২। **পতি**—ব্রাহ্মণ অমদি মৈন-চিংববু সাক্ষী থমহ্নূনা বেদ-বিধি মতুংইন্না লুহোঙ্‌হ্নূনা লৌখিবা অহ্নগুম্বা নিপা অহ্নূনা নূপীগী পতি হায়বদি মপুবোইবনি। খুদম—রুক্মিণী-হরণগী য়াফম অদুবু মীগী মচীন্দগী হাইফেৎ তারবদা যুধিষ্ঠিরনা অশেংবা পাউ লৌরুনবগীদমক থারিবা দূত অহ্নূনা অশেংবা খঙ্‌হ্নূনা লাক্লগা হংগৎ-লখি—“কনবা থোবদা মপা লৈত্রবা শ্রীকৃষ্ণনা লানফমদা রুক্মিবু মায়থীবা পীরম্নগা রুক্মিণীবু দ্বারকাদা পুদূনা লুহোঙ্‌বগী থমক পাঙ্‌থোকপ্রে, থোদোক অহ্নদা য়াওখিবা নিংথৌমচা পূম্নমক্লা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইনখি”—শৈরেং অসিদা **ধীরোদ্ধত** অমদি **ধীরোদাত্ত**-নায়ককী খুদম পীরি। ‘লানফমদা’ অমসুং ‘মায়থী বা পীহ্নূনা’ হায়বা য়াহৈ অনি অসিনা **ধীরোদ্ধত**-নায়ককী **গুণ পূম্নমক** কোংদোকলি,

যথা বা—৩। কলিতযুগলভাবঃ কাপি বৈদর্ভপুত্র্যা
মখভুবি কৃতদীক্ষো দক্ষিণার্থান্ দদানঃ
বিহরতি হরিরুচ্চৈঃ সত্যয়া দীয়মানঃ
ক্বচিদলমলসাঙ্গঃ পুণ্যকে নারদায় ॥ (১৩)

অসিগুম্বা গুণশিং ( মাৎসর্য্য, অহঙ্কার, রোষনচিংবা ) অসিবু চেন্দ্রবদি খক মায়পাকপা ওইথোক্তে, য়েক্নবগী মহুত্তা ঐতগী জয় ওইসনু—অসিগুম্বা মতৌ অসিদসু 'মাৎসর্য্য অহঙ্কার'গী মওঙ্ শেংনা ফোংদোকলি, মরমদি, অহঙ্কার ( নাপন ) য়াওদনা খক মায়পাকপা ঙমদে। শ্রীরুক্মিণীগী অকিবা শকফম অদুতবু য়েংবীনীং-বদগী অহানবমক্তদদি মহাক্না মশাগী শক্তিবু ফোংদোক্লমদ্রবসু—অমরোমদা হাৎলুনা য়াদ্রবা মীশক অমা ওইখিদ্রনসু রুক্মিগী মায়োক্তা থাঙ্ চীংদুনা মাবু হাৎননবা থোরাঙ্খিবা মতৌনা ইবুংঙো মাগী তৌশিন্নখিবা মায়ানি ( মায়াবিত্ব )। কনবা থোবা ( বিক্রমী ) হায়বসিনা মাগী অশাউবা ( রোষ ), অফিংবা ( চাঞ্চল্য ), অমদি মশানা মশাগী নাপন উচ্চবা ( আত্মশ্লাঘা ) মতৌবু ফোংদোকই। 'দ্বারকাদা পুদুনা লুহোঙ্খ্রে'—হায়বা বাহৈ অসিদনা ধীরোদাত্তগী গুণ ফোংদোকলি ; য়েক্নবনা মায়থীরবমক্তদা 'কুণ্ডিন' কৌবা লৈবাক্তী মফম অমত্তদসু লুহোঙবা তৌদনা দ্বারকা তান্না পুরক্লগা লুহোঙ্খিবা মতৌ অসিনা অপোকপা মপানচিংবা গুরুজনশিংগী মফমদা ব্যবহার উৎপগী ( মর্য্যাদা ঙাকপগী ) নোল্লূকপা মতৌনি ( বিনয় ) ; 'রুক্মিবু হাৎপমক্তি তৌদনা মায়থীবা পীদুনা' হায়বসিনা অহকপা মরাল লৈরব-মক্তদসু হাৎপিখিদবনা রুক্মিবু 'ঙাকপিবা' ( ক্ষমা ) অমদি মাবু চানবীবা ( করুণা ) উৎপা মতৌনি ( ভাঃ ১০। ৫৩। ১ )। 'লান তৌদুনা নিংথোমচামখৈবু নৈথায়রম্লগা মাবু পুরক্নি' হায়বসিনা বাশক চেৎপা ( সুদৃঢ়ব্রতত্ব ) মতৌনি, খ্ৱায়দগী হেনবা মতিক মগুণনা তিল্লবসু মশাগী নাপন খক ফোংদোক্তবা ( অকথনতা ), অপাম্বা হিরমদা মচা মনাইশিংগী মরাল উনা উনমক অশাউবা উত্তবা মাগী চীংলেম্বা মতৌ খক হোংবা লৈতবা ( গাম্ভীর্য্য ), নীংথিবা মতৌক মঙাল লৈবা মতৌ ( সুসত্ত্বভৃত্ত্ব ) অমসুং কনবা থৌবদা মপা লৈতবা ( সুবলবত্ত্ব ) অসিগুম্বা মতৌ ফোংদোকই। অদুগা মশানা মপা লৈতনা কনবা থোবনচিংবা মথল কম্লাগা গুণ চেনবনা মরম ওইদুনা জরাসন্ধনচিংবা অতোনবা নিংথৌশিংগী মরমদা করিসু নাচুংলুদবা মতৌনা মাগী গূঢ়গর্বত্ব ( অপূকপা নাপন চেনবা ) গী মতৌ ফোংদোকই।

যথা বা ( ভা ১০ । ২২ । ৪৪

৪ । কাত্যায়নি মহামায়ে! মহাযোগিন্যধীশ্বরি !
নন্দগোপসুতং দেবি ! পতিং মে কুরু তে নমঃ ॥ ( ১৪ )

১১ । ইতি সঙ্কল্পমাচেরুর্যা গোকুলকুমারিকাঃ ।
তাস্বেব কিয়তীনাস্তু পতিভাবো হরাবভূৎ ॥ ( ১৫ )

১২ । মূলমাধবমাগাত্মো শ্রূয়তে তত এব হি ।
রুক্মিণ্যাদ্যাহতঃ পূর্ব্বং তাসাং পরিণয়োৎসবঃ ॥ ( ১৬ )

অথ উপপতিঃ—

১৩ । রাগেণোল্লঙ্ঘযন্ ধর্ম্মং পরকীয়াবলার্থনা ।
তদীয়প্রেমবসতির্বুধৈরুপপতিঃ স্মৃতঃ ॥ ( ১৭ )

---

১৩। দ্বারকাপুরগী করিগুম্বা মফম অমদা রুক্মিণীগা লৈ'যননা শ্রীকৃষ্ণনা যজ্ঞভূমিদা দীক্ষা তৌবগা দক্ষিণাগীদমক সনা লুপানচিংবা য়েনথোকলি ; অদুগা মফম অমদনা শ্রীহরিবংশনা হায়বা মতু'ইন্না পূণ্যক' হায়বা ব্রত অদু পাঙথোক্ত-বগীদমক সত্যভামানা নারদগী মফমদা পীথোকপ্রবা অদুগুম্বা শ্রীহরিনা য়াম্না হৈনীংদনা মাপা লোয়ননা রতি লীলা শান্নরি। শৈরেং অসিগী অহানবা শরুক্তা যজ্ঞনচিংবা তৌবনা মহাক 'ধীরশান্ত'নি অদুগা অকোনবগী অসিদনা চান্নবীনা থুদুম চনবা ওইবনা 'ধীরললিত' নায়ককী মতৌ উংলি।

১৪—১৬। 'হে কাত্যায়নি। হে মহামায়ে। হে ইমা যোগিনি! হে অধিশ্বরি। হে দেবী। নন্দ গোপগী মচাবু ঐগী ইপুরোয়বা ওইহনবীয়ু, নঙবু খুকমজরি।' মতৌ অসুম তৌনা সংকল্প তৌখিবী গোকুল নৈশাবীশিং অদুগী মরক্তা কনা কনাগুম্বী খরদি তশেংনমক শ্রীহরিদা মপুরোয়বগী ভাব তৌখি। 'মূলমাধব' হায়না কৌবা লাইরিক্তদি রুক্মিণীবু লুহোঙব্রিঙৈ মমাঙদা শ্রীহরিনা ব্রজগী কুমারীশিংগা হায়া লুহোঙব্রবনি হায়না ইরি অসুম্না তানখিবা লৈ, অদুবু মসিগী অশেংবা প্রমাণমক্তি করিসু ফংবা লৈতে।

১৭। **উপপতি—পরকিয়া নায়িকাগী ( অতোপ্পী, ধর্মনা য়াদবী )** অপাম মিহোদগী ধর্মবু ফাওবা থোশাদবা অমসুং অদুগুম্বী পরকীয়া ওইবী নূপীশিংগীসু প্রেমগী তুংফম ওইবা—মহাক অদু 'উপপতি'নি। ( মৈতৈ লোন্দা হায়বা তারবদি

যথা পদ্যাবল্যাম্ ( ২০৫ )—

৫। সঙ্কেতীকৃতকোকিলাদি-নিনদং কংসদ্বিষঃ কুর্ব্বতো
দ্বারোন্মোচনলোলশঙ্খবলয়ক্বাণং মুহুঃ শৃণ্বতঃ।
কেযং কেয়মিতি প্রগল্‌ভ জরতীবাক্যেন দূনাত্মনো
রাধাপ্রাঙ্গণকোণকোলিবিটপিক্রোড়ে গতা শর্ব্বরী। (১৮)

১৪ অত্রৈব পরমোৎকর্ষঃ শৃঙ্গারস্য প্রতিষ্ঠিতঃ॥ ( ১৯ )

তথা চ মুনিঃ —

৬। বহু বার্য্যতে খলু যত্র প্রচ্ছকামুকত্বঞ্চ।
যা চ মিথো দুর্ল্লভতা সা মন্মথস্য পরমা রতিঃ॥ ( ২০ )

১৫। লঘুত্বমত্র যৎ প্রোক্তং তত্তু প্রাকৃতনায়কে।
ন কৃষ্ণে রসনির্যাস-স্বাদার্থমবতারিণি। ( ২১ )

---

মসি লুহোঙ দুনা ধর্ম্ম সাক্ষী থমদুনা লৌন-লৈনখিবা নত্তব অতোপ্পা নিপা অমদি অতোপ্পী নুপী অনিনা লোন্না চান্নবগুম্বা মতৌ অদুবুনি )।

১৮। শ্রীরাধাগী চান্নবা সখী অমনা অচ'কপদা মাগী সখী অমদা ভবাং অহিংদা ওইখিবা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মীথা পোন্নবা লৈবা মতৌগী থোদোক অদু তমদুনা তাহল্লি—ঙসি অহিং শ্রীকৃষ্ণন শ্রীরাধাগী শুমাঙ্ মচিদা হৌবিবা বরই-পাম্বীদুগী মখোঙদা লেপ্তুনা অতৎপা লৈতনা কোকিলনচিংবা উচেক্কা মতৌ তমদুনা খোংথি, খুদম অদুনা মরম ওইদুনা শ্রীরাধানা লোম্না থোঙ্ হাংদোরকপদা থোক্লকলিবা মোইবুং-খুজিনচিংবগী মখোল অদু শ্রীকৃষ্ণনা তাবা ফংখিদনসু 'কনানো, কনানো অসুম্না লাউবকপা জটিলা হনুবীগী ঋাক্লবা মখোঙ্গেল অদু তারকপদগী থম্মোই শোক্লা মহাক্লা অহিং নোংশোয়রবা অদুমা বরই মখোঙতদা অদুম্মক লেনখি।

১৯—২০। অসিগুম্বা মরুম্বীগী থোদোক অসিতনা শৃঙ্গার-রসকীদি মপুং ফাবা হায়রবদু ওই। ভরত মুনিনসু হায়রম্মী—ধর্ম্মগী মায়কৈদসু কায়রবা, মীরমলেনগী লোনচৎ থাংমা লানবসু থোকপা অমগা অমগা ওইনবা ঈখো-লাংনবা ( কামুক ) মতৌ অমদি অমগা অমগা কোম্ববা, উনবা অমদি শোক্ল-শয়রবগী মতাংদদি পাক্ল হেক ওইথোকপা য়াবা নত্তবা অদুগুম্বা মওঙ্ অদুনা কামগী মায়কৈদদি অথোইবা ওই হায়রবদি অসিগুম্বা মওঙ্গী রতি অসিনা থোইদোক হেন্দোক্লা চঙ্‌খোনবা হেল্লি হায়রবসি খঙ্‌নগদবা ওই।

চ প্রাঞ্চঃ —

৭। শৃঙ্গার-রস-সর্ব্বস্বং শিখিপিচ্ছবিভূষণম্।
অঙ্গীকৃত-নরাকারমাশ্রয়ে ভুবনাশ্রয়ম্ ॥ (২২)

১৬। অনুকূল-দক্ষিণ শঠা, ধৃষ্টশ্চেতি-দ্বযোরথোচ্যন্তে।
প্রত্যেকং চত্বারো, ভেদা যুক্তিভিরমী বৃত্ত্যা। (২৩)

---

২১। মতাং অসিদা চিংনফম থোক্লিবদি—অসিগুম্বা মরুপ্বী-নিপাগী মতৌ অসিনা অথোইবনি হায়বসিদি নথস্তনা হায়বনি, অতোপ্পা রস-শংস্ত্রনচিংবনদি অসুম্বা অরোনবা নিপা থম্বগী মতৌ অসিদ হন্নবা মওঙ্‌নি অসুম্বা লৌনবা লৈ। মসিগী পাউথুমদা মানা হায়—উম্ চুম্মী, অসুম্ব মরুপ্বীগী মতৌবু ফত্তবা ওইনা লৌনবা অতুদি মীওইবা নায়ক-কী মতাংতদা ওইবা মওঙ্‌নি। শ্রীকৃষ্ণদদি মতু ওইবা নত্তে, মরমদি—ইবুংঙো মহাক্তি অবতারীনি (অবতার পুম্মক্কী হৌফমনি) হায়বদি ধর্ম্মাধর্ম্মগী রায়েনবা মপুনি, অবতার পুম্মক্কীসু কোকলেননি হায়বদি অবতারশিং অতুমক্তা ধর্ম্ম অধর্ম্মগী রায়েন চঙ্‌দ্রবদা মখোয় অতগী হৌফম ওইবিবা অতুগুম্বা অবতাবি ভগবান অতুগী মফমদদি মতু থক ওইথোক্লবা হৌনদ্রে। মসিগীসু মরম লৈ মতুদি,—অহেনবা, অথোইবা রস অতুতগী মহাউ ফংনবগী দমকনি। তাৎপর্য্যদি—মরুপ্বীবু ধর্ম্মনা য়াদে, মিংচৎ থীনীংঙাইনি অমসুং নবক তানীংঙাইনি, মরম অতুনা পোৎলোইগী মতমদা অরাবা ফংনীংঙাই মশক্লি হায়তুনা ঐখোয় মীরমলেন অসিগী নায়কশিংগী মফমদদি মসিগী অহকপা মথল কবিসু লৈতে। অতুগা রা অমদি—মরুপ্বীগা মবী লৈনবা থোদো থোওঙ্‌না মথং মথং কাব্য অমদি নাটককী মনুংচম্না লৈখিতুনা মদুবু সমাজগী অতাবা অমদি অয়েংবা ভাবকশিংনা নুংঙাইবা মচাক অমনি খন্দুনা রস চুপ্পকপা মতমদা, ভাবকশিং অতুমকপুসু অধর্ম্মনা খুগুম চনশিল্লকই, তৌইগুম্বসুং লীলাপুরুষোত্তম ওইবা শ্রীভগবান অমদি ইবুংঙো মহাক্কী মহাশক্তিতগী মশক ওইবী থোইদোক হেন্দোকপী গোপীশিংগী লীলাবু কাব্যদা অমদি নাট্যদা তাজ-উজরবদি সমাজগী মীওইশিংগী থম্মোইগী লায়না কোকখিতুনা প্রকৃতিগী নত্তবা অশেংবা রসদা লূপচবা ফংই; মরম অতুনা পরোচ-উপপতি (মমুম পাল্লবী নুপীনা থম্বা অরোনবা নায়ক) গী ভাবপু নিন্দা তৌনবদি মীরমলেনগী ওইবা নায়ক-কী মকাতদনি, শ্রীকৃষ্ণ অমদি গোপীশিংগী কাদদি অতুম্বা থক লৌরুবা য়াদে।

১৭। শাঠ্যধার্ষ্ট্যে পরং নাট্যপ্রোক্তে উপপতেরুভে।
কৃষ্ণে তু সর্ব্ব নাযুক্তং তত্তদ্ভাবস্য সম্ভবাৎ॥ (২৪)

তত্র অনুকূলঃ —

১৮। অতিরক্ততয়া নার্য্যাং ত্যক্তান্যললনাস্পৃহঃ।
সীতায়াং রামবৎ সোঽয়মনুকূলঃ প্রকীর্ত্তিতঃ॥ (২৫)

১৯। রাধায়ামেব কৃষ্ণস্য সুপ্রসিদ্ধানুকূলতা।
তদালোকে কদাপ্যস্য নান্যাসঙ্গস্মৃতিং ব্রজেৎ॥ (২৬)

যথা— ৮। বৈদগ্ধ্যানিকুরম্বচুম্বিতধিয়ঃ সৌন্দর্য্যসারোজ্জ্বলাঃ
কান্তাঃ কতি নাত্র বল্লবপতের্দীব্যন্তি গোষ্ঠান্তরে?
রাধে! পুণ্যবতীশিখামণিরসি ক্ষামোদরি!
ত্বাং বিনা, প্রেঙ্খন্তী ন পরাসু যন্মুররিপো-র্দৃষ্টাত্র
দৃষ্টির্ময়া॥ (১৭)

---

২২। হিরম অসিদা প্রাচীন কবি বিশ্বমঙ্গলনসু য়ারম্বগী বা উংলি মংদি— শৃঙ্গার রস অসিতনা মাগী অথোইবা সম্পত্তি (লল) ওইনবা, বাহোং মতুতনা মাগী অথোইবা লৈতেং ওইনবা, নক্কবা মরী ওইনা খনখিংনা মীগী মশক লৌবনু মানা পাম্বীখিবা—মরোল অহুম্মক্কী মবুংঙো ওইবা অহৃগুম্বা শ্রীকৃষ্ণতবু ঐনা চঙ্‌জরি।

২৩—২৪। মপুরোয়বা অমদি মরুম্বী—নায়ক অনি অসিগী থোদো থোওচ্‌ খেন্নবা মতুংইন্না মখোয় খূদীংগী ওইনা অমুক 'অনুকূল', দক্ষিণ, শঠ অমসুং ধৃষ্ট' হায়না মরি মরি থোকলি। নাট্য-শাস্ত্রনদি মরুম্বীগী মফমতদা শাঠ্য অমসুং ধার্ষ্ট্য হায়না অনিদং থোক্লদবনি হায়, অদুবু শ্রীকৃষ্ণদদি করিগুম্বা ভাব অমত্তসু পানশিনবা য়াদবা থোক্তে মরমদি, ভাব মখল পূম্নমক ইবুংঙো মঙোন্দদি ওইবা য়াবা ঙাক্তনি।

২৫। অনুকূল—শ্রীরামচন্দ্রনা সীতাদগী হেন্না অতোপ্পী কনাগুম্বী অমত্তসু খোয়দাখিদবগুম্না মশাগী নূপীতদা মশাগী অপাম্বা পূম্নমক হৈজিন্দুনা অতোপ্পী নূপীবু খক পামলূদবা অহৃগুম্বা নিপা অদুবু 'অনুকূল-নায়ক' হায়না কৌই।

২৬। শ্রীকৃষ্ণদি শ্রীরাধাতদা পূক্কীং লূপ্পী হায়না খ্যায়না খঙ্‌নৈ, মরমদি, শ্রীরাধাতবু উরবদি (তাবা নত্ত্রগা নীংশিংলূবদা) কৈদৌঙৈদসু ইবুংঙো মাগী পূক্কীংদা অতোপ্পী কনাগুম্বী নূপী অমগী বাখল খক খল্লবা লৈতে।

ধীরোদাত্তানুকূলো, যথা—

৯। কুবলয়দৃশঃ সঙ্কেতস্থা দৃগঞ্চলকৌশলৈ,-
র্মনসিজকলানাটী-প্রস্তাবনামভিতন্বতাম্ ।
ন কিল ঘটতে রাধারঙ্গপ্রসঙ্গবিধায়িতা
ব্রতবিলসিতে শৈথিল্যস্য-চ্ছটাপ্যঘবিদ্বিষঃ ॥ (২৮)

---

২৭। শ্রীকৃষ্ণদা রতি লৈহন্নবগীদমক বৃন্দানা শ্রীরাধাদা হায়রকই,—হে রা'ধে। মরৈশিং মবুক্কি পূম্নমক রসতনা থল্লবী, য়োনা নীংথিবনসু মতাল চেল্লবী অসিগুম্বী মথোন কা'বী নুপীমচানা শ্রীনন্দমহারাজগী সঙ্গাইনুং অদুদা কোয়না শাম্লদুনা লৈরিবনি। অদুবু হে খুনুংচেংবী। শা'বান নীংথিজবী। নহাক অসে ওস্থোক্লা পুণ্যচেনবী হায়বদনি, মবুদি য়েংউদো, ঐসি সংশয় নমক উরক্কবনি, নচু বু কায়নবদা মুর ছিংচাবগী য়েক্কবা শ্রীকৃষ্ণগী খোইখোয়বা মিৎয়েং অতনা অতো'প্পী কনাগুম্বী না'য়িকা অমত্তুদসু থক তারুবা লৈতে। মতাং অসিদা অতৈ পূম্নমক্কী চেনগৎনা লৈরবা অদুগুম্বা ফজবা নীংথিবগী লেংদবা তুংফম ফনা ওইত্তনসু শ্রীরাধাবু চুম্নগী লাইবকফবী, পুণ্যচেনবী অমা ওইনতা হায়রি, মহৈ শ্রীরাধাগী বামস্বভাব (ওইওইনবী মতৌ) অদুতবু মাঙহন্নবগীদমক্কনি হায়না খংনগনি, মদুবু কোকচুবদি বৃন্দানা রাধাবু শ্রীকৃষ্ণদা রতি লৈহনবা থক ঙমলোইদবনি।

২৮। **ধীরোদাত্তানুকূল**— (সিন্ধু ২।১।২২৬) অসুকপ মতৌনা তিনবা, নোল্লকপা, ঙানপিহৈবা, নুংশিহৈবা, রাশকচেৎপা, মথন্তনা মথন্তবু খক থাগৎপা তৌদবা, নুংদদি কনাবুসু উশীত্তবা হায়বদি মাগী নাপনবু মীনা খঙদবা, থৌনা চেনবা, শাবান মুৎতি চঙখোনবা অদুবু 'ধীরোদাত্ত-নায়ক' হায়না খঙনৈ। মাগী মাগী সঙ্কেত-তা লৈনবিনী ব্রজদেবীশিংনা অভিসার লেঙলক্লিবা শ্রীকৃষ্ণবু উজবদা মখোঙদগীনা মকোক ফাওবা— হকচাং কায়াৎ পূম্নমক্কী নীংথিবা শাথেক শাওঙনা মখোয় মখোয়গী ঈখৌ লাংনবা মতৌ ফোংদোক্লবিবদুবু উরগা সঙ্কেত-তা (অরোনবা মফমদা) লৈবিবী শ্রীমতী রাধাগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা লেঙশিনবীরকপদা মখোয় অহনা হায়জহনা অপনবা থোকহল্লবগনি থন্দুনা মথবায় নুংঙাইতনা লৈবিবী বিশাখাবু য়েংলগা ললিতানা যুক্তি চাবা রাহৈনা মাবু থেমজিনবীদুনা হায়রকই— 'য়েংউ, বিশাখা! মমিৎনা থম্বাল অশংবা লৈকাওম নীংথিজবী গোকুলগী নুপীশিং অসিনা মাগী মাগী সঙ্কেত-তা লৈনদুনা, মানা মানা হৈনজবী মিংচিগী তেন

ধীরললিতানুকূলো, যথা—

১০। গহনাদনুরাগতঃ পিতৃভ্যা মপনীতব্যবহারকৃত্যভারঃ।
বিহরন্ সহ রাধয়া মুরারি-র্যমুনাকূলবনান্যলঞ্চকার॥ (২৯)

ধীরশান্তানুকূলো, যথা—

১১। ব্রহ্মোপাস্তিবিধৌ তবপ্রণয়িতাপূরেণ বেশং গতে
ক্ষ্মাদেবস্য কথং গুণোঽপ্যঘরিপৌত্রাগস্য সঞ্চক্রমে?
বুদ্ধিঃ পশ্যবিবেককৌশলবতী দৃষ্টিঃ ক্ষমোদগারিণী
বাগেতস্য মৃগাক্ষি! রূঢ়বিনয়া মূর্ত্তিশ্চ ধীরোজ্জ্বলা॥ (৩০)

---

কাপ্পন্না মন্না কাম-কলাগী মশক ওইবা নাটিকা (লীলা) গী প্রস্তাবনা (রাহৌ-দোক) ফনসু শন্দোক্লজসন্. অঠম্মক ওইন্নসু অঘ-হিংচাবগী য়েক্লবা ওইবা শ্রীকৃষ্ণদি অসুক্কী মতিক রাশক চেৎপনি এমদি পূক্নীং লেঙ্‌দবনি মন্নদি—শ্রীরাধাদা লৈবা ইবুংঙো মাগী কাম-কলা-নাটাগী রঙ্গালয় (কাম-কলা-লীলা শান্নফম) অমদি খ্বায়দগী হেল্লবা, মাগা তিন্নবগী (নৃত্য-কীর্ত্তন-নচিংবা হৌনবী কয়া পাঙ্‌থোক্লবগী) মবমদা গৌবা হৌনবা ব্রত কয়া তৌবদা শ্রীকৃষ্ণদি থক থোয়দিং অমগী চাং ফাওবা চন্থবা তৌদে।'

শ্রীজীবপ্রভুপাদ অমদি শ্রীবিশ্বনাথ অনিমক্কী মত-তদি মসিদা ধীরোদাত্ত অনুকূল নায়ককী মতৌ পুম্নমক শুনা তিল্লবসু শ্রীবিষ্ণুদাসকী মত-তদি শ্লোক অসিদা থোইদোক্লা রাশক চেৎপা অমদি পূক্নীং লেঙ্‌দবগী গুণ অদূতবু মক্ল ওইনা লৌরি। (সিন্ধু ২।১।২২৭)।

**২৯। ধীরললিতানুকূল-** (মসিগী লক্ষণদি সিন্ধু ২।১।২৩০)। মথাদা রস চেনবা, ঈনথৎলকপা চহী মতাং ওইবা, ফাগি হৈবা, অমদি নুংঙাইথোকপা হৈবা অদুগুম্বা নায়ক অদু 'ধীর-ললিত'নি, অয়াম্বা মতমদা মহাক অসি চান্নবীগী মথা পোনগল্লি। খ্বায়দগী ভোপ ভোপ্পা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী লীলামাধুর্য্যগী (নীংথিবা লীলাগী) মহাউ ফংবদা হরাউ মথোই কাজরবী বৃন্দাদেবীনা নান্দীমুখীদা হায়রকই—'হে নান্দীমুখী। চেম্না নুংশিমনবদগী (মীনদি কনানসু মদুবু থঙ্‌নদবা), অহল্লম্মদি মঙোন্দা করিগুম্বা চৎন-লোনচৎ অমত্তবুসু হাপত্রিবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অহুনা শ্রীরাধাগা শান্নবদা পূক্নীং লুপ্পদ্না যমুনা খোঙ্‌বানগী বন থুদীংমকপু ফজবা হেল্লহল্লি। মতাং অসিদা অমদা পূক্নীং লোঙ্‌থোক্তবগী মতৌদু শেংনা ফোংদোকল্লি (সিন্ধু ২।১।২৩১)।

ধীরোদ্ধতানুকূলো, যথা —

১২। সত্যং মে পরিহৃত্য তাবকসখীং প্রেমাবদাতং মনো
নান্যস্মিন্ প্রমদাজনে ক্ষণমপি স্বপ্নেঽপি সঙ্কল্পতে।
সারগ্রাহিণি গৌরি! সদ্গুণগুরৌমুক্তবালীকোত্তমে
মুদ্রাং কিন্নু ময়ি ব্যনক্ষি ললিতে গূঢাভ্যসূয়ামরীম্॥ (৩১)

৩০। **ধীরশান্তানুকূল**—(সিন্ধু ২।১।২৭৩) ঈ'বা, তপ্পা, অরাবা খাঙ্ হৈবা, রাখল খল্লহৈবা অমদি নোল্লকপনচি'বা গুণনা তিনবা অ৩গুম্বা নায়ক অদুবু 'ধীর-শান্ত' হায়না কৌই। উজ্জ্বলনীলমণি'না য়ৌনা চেকশিনমনবদগী নো'মা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগা চীক্লা শান্নজবা ফংদহ্লনা য়াম্না রানা লৈরিহৈদা কনাগুম্বা অমিভার্থা দূতী অমনা (নায়ক-নায়িকাগী ইঙ্গিত মতু'ইন্না অনিমকপু উন্নহন্নবা হোৎনবী পাউপুবী) সূর্য্য-পূজা তৌবা ব্রাহ্মণ অমা শানা মশক লোত্তুনা লাকহল্লবা শ্রীকৃষ্ণবু স'শঙ্না মমাঙ্ মক্তা উজরবদা বিশাখানা শ্রীরাধাবু ইঙক হেক ঙকহন্না হায়রকই—'হে শক্তি মিংতা তাবী রাধে। য়েংজো অসে, নঙ্গী নুংশি ইরৈনা লাকহত্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু সূর্য্যপূজা তৌহন্নবগীদমক ব্রাহ্মণ শাহল্লিবসে, কয়াদ ঙক্কিবনো। মাগী মশাদা ঙসিদি থুদক্তা ব্রাহ্মণ ওইবগী গুণতনা য়োমথরে! মরৌশিং মবুদ্ধি অমদি শেংলি ইল্লিবা ফিজেৎ-চাকচা মতৌ অসিনা কয়া শাথীনা হৈথোই-শিংথোইবা উৎলিবনো, ঙাকপিহৈবা মিংয়েংনা মাগী মিংয়াদা লৈতে'লি, রাহৈ বাতাদনা কয়াগী মতিক নোল্লকলিবা অ২গা ফিরেপ-শারেপ অসিসু কয়াগী মতিক মোং-হাত্রিবা অমদি লম-ঙানবা শকক্ষম পুরিব।'

শৈরে' অসিদা ধীরশান্তগী লক্ষণ পুন্নমক শুনা তিল্লি। 'বুদ্ধি-লৌশিংনা, ফিজেৎ চাবচানা' হায়বসিনা থল্লহৈবা, 'মিংয়েং' অসিনচিংবনা অরাবা খাঙ্ হৈবা, 'রাহৈ-বাতা' হায়বসিনা নোল্লকপা, 'ফিরেপ শারেপ' হায়বনচিংবনা পুক্নীং লৈতাবা (শম?) ফোংদোকলি অমসুং গোপী পুন্নমকপু কাওবা থাদোক্লম্নগা ব্রাহ্মণ-ফিজেৎ শেত্তুনা শ্রীরাধাতগা শান্নবিনীংবা মতৌ অদু থঙ্হনবনা শ্রীরাধাগী মফমদা অনুকূল ওইবদু উৎলি।

৩১। **ধীরোদ্ধতানুকূল**—(সিন্ধু ২।১।২৩৬) কল্লক-কঞাউনবা, নাপন-মাঙ্ ওইনবা, শাউগনবা, থকচানবা অমদি মথন্তবু মশানা থাগৎচবা অদুগুম্বা মীওইবু পণ্ডিতশিংনা 'ধীরোদ্ধত' হায়না কৌনৈ।

হায়জবা নাম্বোকঙমদহ্লনা মতম অমদা অতোপ্পী কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমগা

অথ দক্ষিণঃ —

২০। যো গৌরবং ভয়ং প্রেম দাক্ষিণ্যং পূর্ব্বযোষিতি।
ন মুঞ্চত্যন্যচিত্তোঽপি জ্ঞেয়োঽসৌ খলু দক্ষিণঃ ॥ (৩২)

যথা—১৩। তথ্যং চন্দ্রাবলি। কথয়সি প্রেক্ষ্যতে ন ব্যলীকং
স্বপ্নেঽপ্যস্য ত্বয়ি মধুভিদঃ প্রেমশুদ্ধান্তরস্য।
শ্রুত্বা জল্পং পিশুনমনসাং তদ্বিরুদ্ধং সখীনাং
যুক্তঃ কর্ত্তুং সখি! সবিনয়ে নাত্র বিশ্রম্ভভঙ্গঃ ॥ (৩৩)

---

অহিং শান্নমিন্নরুরগা অয়ুক্তা ধীরোদ্ধতগী মতৌ ওইংনা, শাউরবী শ্রীরাধাবু থেমদ্রনা ফাথনবগী মতৌদা শ্রীকৃষ্ণনা অহানবদা সখী লুচিংবী ললিতাদা হায়রকই—'ঐনা বাশক্লিবসিনি, প্রেমনা শেংদোক্লবা ঐগী পুক্নী' অসিনা মঙ্ ফাওবদা নঙ্গী সখী অসিবু থাদোক্ত্না মিংকুপ অমা ফাওবগী ওইনা অতোপ্পী কনাগুম্বী অমগী মফমদা খক চেনশিল্লবা লৈত্রি। হে কুচু পানবী ললিতে! মচি ওইবা শরুক্তমক লৌবা, অফবা গুণ খিবীককী তুংকম ওইবা অমদি ইরাল মরীক অমা ফাওবা লৈত্রবা অসি-গুম্বা ঐ অসিগী ইকাদবু করিগীদমক্তা নঙ্না অহকপা ইরাল পীশিনবগী মতৌ তৌরিবনো?' শৈরেং অসিদা 'মাৎসর্য্য গী (নারাংবা, মী উপীত্তবা) মতৌ নত্তনা 'ধীরোদ্ধত' গী লক্ষণগী গুণ পুম্নমক শুনা উংলি। সদ্-গুণ-গুরু (অফবা গুণগী তুংফম ওইবা)—বাহৈ অসিনা নাপন ফোংদোকলি, 'মূক্তব্যলীক' (দোষ লৈত্তবা) হায়বনা মথক্তবু থাগচ্চবা (বিকত্থনতা) উংলি। রস হেনগংহন্নবগীদমক অতোপ্পী গোপীগা রতিগী লীলা শান্নরুহনা দোষ লৈরবমক্তদসু দোষ লৈতবা ওইনা লৈখত্ত্না ডাঙ্বা শকপা হৈবা মতৌ অসিনা মায়াখিত্তগী মতৌনি, 'মুদ্রা' (মতৌ) নচিংবা লোয়নবা সাটোপবাক্য (নাপনগী রাঙাঙ্) না শাউগনবা অমদি থকচানবা মতৌ খঙহল্লি অহগা শ্লোকী অহানবা তংখায় অসিদনা শ্রীরাধাতদা পুক্নীং নুপ্পা মতৌ অদু ফোংদোকলি। (সিন্ধু ২।১।২৩৭)।

৩২—৩৩। অতোপ্পী নুপী অমবু খোয়দাক্লবদসু হান্নগী নায়িকা অদুবু অহুম্মক ইকাইখুম্নবা, কিনা চৎপা অমদি পুকচেনত্তিংবা মতৌ খক থাদবা নায়ক অদুবু 'দক্ষিণ-নায়ক' হায়না কৌই। খুদমদি—সখীগী মচীন্দগী শ্রীকৃষ্ণনা দোষ লৈরুবগী মরম তারবদা শাউরবী চন্দ্রাবলীবু থেমজিল্লনবগীদমক মনাক্তা লাক্লবী গাগীনা অহানবমক্তদা মহাকমকী (চন্দ্রাবলীগী) মচীন্দগী শ্রীকৃষ্ণগী মরাল লৌদবগী বাহৈ তারবদা কিবম হজিন্নুনা বাকম অত্নমকী ফোরোয় ইন্না শ্রীকৃষ্ণগী মরাল লৈত্তবগী

যথা—২১। নায়িকাস্বপ্যনেকাসু তুল্যো দক্ষিণ উচ্যতে ॥ (৩৪)

যথা দশরূপকে—

১৪। স্নাতা তিষ্ঠতি কুন্তলেশ্বরসুতা বারোঽঙ্গরাজস্বসু-
র্দ্যূতে রাত্রিরিয়ং জিতা কমলয়া দেবী প্রসাদ্যাদ্য চ।
ইত্যন্তঃ পুরসুন্দরীঃ প্রতি ময়া বিজ্ঞায় বিজ্ঞাপিতে
দেবেনা প্রতিপত্তিমূঢ়মনসা দ্বিত্রাঃ স্থিতং নাড়িকাঃ।' (৩৫)

---

প্রমাণ তৌনা তৌনা চন্দ্রাবলীদা হায়রকই— 'চন্দ্রাবলি। নঙনা হায়রিবহ্ তশেংব-মক্তি, মমঙ কাংবদা শ্রীকৃষ্ণনা নঙগী নফমদা করিগুম্বদসু অরানবা অমত্তা তৌখিবা উদ্রি, মরমদি নঙতগী প্রেমনা মাগী থম্মোই অসি তরু তরুজরবনি, মরম অদুনা মপূক ফত্তবী সর্থাশিংনা হায়বা ওইদবা বাঙাংঙশি' অদূবু তাদুনা নকাদা নোনজরিবা শ্রীকৃষ্ণগা খক প্রেমগী মরী থদংনগনু।' শৈরেং অসিদা 'প্রেমনা শেংহল্লবা থম্মোই' হায়বসিনা প্রেমগী মতৌ অমদি ফোরোম্র ইনবা (দক্ষিণ) নায়কগী মতৌ ফোংদোক্লি অমসূং 'নকাদা নোনজরিবা' হায়বসিনা ইকাই খুম্নবা উংলি। মরাল লৈতবা মীগী মফমদগীসু অসিগুম্বা নোল্লুক শাজং অসিনা নুংশা থীনীংঙাই ওইবা মতৌবুসু উংলি।

৩৪—৩৫। মশাগী মত-দা 'দক্ষিণ নায়ক'কী খুদম উংলগা অতৈগী মতপু অমুক খঙ্হল্লি মচুদি, অয়াম্বা নায়িকাদা চপমান্নবা শাজং চংপা নায়কপু 'দক্ষিণ' কৌই। খুদমদি—মতম অদুদা ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণগী য়ারম খঙ্নীংদুনা উদ্ধবনা থারুবা 'সৌবিদল্ল' কৌবা কঞ্চুকীনা হল্লক্লগা হায়রখি — ঐনা কৃষ্ণগী নাক য়োরগা হায়জরুই— 'হে দ্বারকাগী মবুংঙো! কুন্তল নিংথৌগী মজাইবেম্মনা খতুস্নান তৌরগা (মকোক লুজবগা) ইবুংঙো নঙ্না লেঙ্বিরকপতবু ঙাইদুনা লৈজরি, অদুগা অমরোমদনা ঙসি অসিদি অঙ্গনিংথৌগী মচল ইবেম্মগী পালি তাবা নুমিৎনি, অমরোমদসু অমুক্কা কমলানা ঙসি অহিংদি ইবুংঙো নঙ্গা চৌবর শামদুনা নুংঙাইমিন্নজনবগীদমক হান্নদগী হৌনা কনশিঙ্গখ্রিবনি, অদুগা দেবী সত্যভামাবুসু শাউখিদনবা হোৎনবিগদৌরিবনি।' অসুম হায়না ঐনা লৈম-কোনগী ইবেম্মশিং পুম্নমক্কী পাউবু শ্রীকৃষ্ণদা হংগৎচরবদা দণ্ড মঙাগী মতমদি মহাক্না তৌকম খঙ্দবা মওঙ্দা লৈবীখি। (কুন্তলদেশ — হায়দ্রাবাদকী খা নোংচুপ্তা লৈবা লম অমা, অঙ্গদেশ—মুঙ্গের, ভাগলপুর, দণ্ড — পল ৬০ না দণ্ড অমা, দণ্ড ৬০ না পুং অমা)।

যথা বা—

১৫। পদ্মা দৃগ্ভঙ্গিরলং কলয়তি কমলা ভ্রূস্তুতে সাঙ্গভঙ্গং
তারা দোর্মূলমল্লং প্রথয়তি কুরুতে কর্ণকুণ্ডং সুকেশী।
শৈব্যা নীব্যাং বিধত্তে করমিতি যুগপন্মাধবঃ প্রেয়সীভি-
র্ভাবেনাহূয়মানো বহুশিখরমনাঃ পশ্য কুণ্ঠোঽয়মাস্তে ॥ (৩৬)

অথ শঠঃ —

২২ প্রিয়ং ব্যক্তি পুরোঽন্যত্র বিপ্রিয়ং কুরুতে ভৃশম্।
নিগূঢ়মপরাধঞ্চ শঠোঽয়ং কথিতো বুধৈঃ ॥ (৩৭)

---

৩৬। ব্রজগা মরী লৈনবা নত্তনদি পেনজদবদগা কবিনা অতোপ্পা খুদম অমা পীরি—নুমিদাং রাইরমদা বৃন্দাবনদগী ব্রজদা হল্লকপা মতমদা সখীশিংনা মাগী মাগী ঈখো লাংজবা কোল্লজনবা শ্রীকৃষ্ণদা মা-মাগী অপাম্বা ফোংদোক্লরবদা কৃষ্ণদু তৌফম খঙ্লম্লরোই খল্লবী বৃন্দানা কুন্দলতাবু য়েংনা হায়রকই—'য়েংউ নহাই'। পদ্মানা য়েংলিবা মিৎয়েং নায়েং মতা অসে, কমলা হায়বী অসিনা তীংলী য়াঙ্লীশিন্নদুনা হকাম লাওনা চল্লি, তারানা হাইফেংনা মপাম্বোম কাঙ্খংলি (লেংজুম কাঙলি), সুকেশীনা অংরোমদা মখুংনা মনাকোঙ্ তোংলি, শৈব্যানা মখুংনা মখাঙ্ মেত্তুনা লেপলি— অসুম্না মতম অমত্তদ চান্নবীমখৈনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মা-মাগী অপাম্বা ফোংদোক্লদুনা মাবু কৌশন্ন রক্লবদা ইবুংঙো মহাক্না করিবু তৌসিগে অসুম্না খন্দুনা পৃক্নীং মরোঙ্ মরোঙ্ তৌরি।

৩৭—৩৮। নায়িকাগী মমাঙ্দনা খোয়খুম রাঙাঙ্ ঙাংবা, মতুংদনা (মনুংদন) কা হেন্না চুমদবা শাজৎ চৎপা অমসুং অহকপা মরাল ঙাক্না লঙ্শিনবা অচুম্বা নায়ক অদুবু পণ্ডিতশিংনা 'শঠ' অসুম্না কৌনৈ। খুদংদি, মতম অমদা নোংমগী বসন্ত অহিংদা মশাগী মতম্বাক্তা মোনখাঙনদুনা চেপ্লিবা শ্রীকৃষ্ণনা য়েক্লবী নায়িকাগী মমিং পল্লকপা (গোত্রস্খলন) তাবদগী শ্যামাসখীগী মথরায় য়ায়মক শোকখি, মদুমক সখী অমদা সখী অমনা তমদুনা হাইল্লি—মঙলান চোইরোম্দা শ্রীকৃষ্ণগী চীন্দগী 'পালী' হায়বী মমিং অসিবু কৌরকপা তাবদা শ্যামাগী মমায় লাংশিনখি অমসুং অদুগুম্নবা বসন্তগী নুংঙাইরবা অহিং অদু ফাওবদু য়ুথক লীশাং অমা হেন্না শাংলবগুম খনখি। শৈরেং অসিদা শ্যামাগা চেপমিন্নরবদ ফাওবা পালীগী

১৬। স্বপ্নে ব্যলীকং বনমালিনোক্তং, পালীত্যুপাকর্ণ্য বিবর্ণবক্ত্রা।
শ্যামা বিনিঃশ্বস্য মধুত্রিযামাং, সহস্রযামামিব সা ব্যনৈষীৎ ॥ (৩৮)
যথা বা—

১৭। তম্নিতেন তপনীয়কান্তিনা, কৃষ্ণ! কুঞ্জকুহরেঽদ্য বাসসা।
অভ্যধায়ি তব নির্ব্যলীকতা, মুঞ্চ সামপটলীপটিষ্ঠতাম্ ॥ (৩৯)

অথ ধৃষ্টঃ—২৩। অভিব্যক্তান্যতরুণী-ভোগলক্ষ্মাপি নির্ভয়ঃ।
মিথ্যাবচনদক্ষশ্চ ধৃষ্টোঽয়ং খলু কথ্যতে ॥ (৪০)

যথা—১৮। নখাঙ্কা ন শ্যামে! ঘনঘুসৃণরেখাততিরিয়ং
ন লাক্ষাস্তঃ ক্রূরে! পরিচিনু গিরেগৈরিকমিদম্।
ধিয়ং ধৎসে চিত্রং বত মৃগমদেঽপ্যঞ্জনতয়া,
তরুণ্যাস্তে দৃষ্টিঃ কিমিব বিপরীতস্থিতিবভূৎ ॥ (৪১)

---

মিং অদুবু মণ্ডদা নী'শি'লুবদগী নারোন্দা পামদবা থবক তৌবগী মতৌ অদু ফোংদোকলি।

৩৯। মথক্কী থৃদম অসিদা মণ্ডগী চোইবোন ওইবদগী চিংননী'ঙাই থরা লৈবনা লৌনম তৌবা শাজংনা মরুমদা পামদবা থবক তৌবগী থৃদম অমগা অমূক পীরি—নোংমা অহিং শ্রীরাধাগা লোয়ননা শান্নমিন্নরুরগা অয়ূক্তনা চন্দ্রাবলীগী নাক্তা লাক্ত্না মশাগী মরাল অদুম্মক ফোংদোক্লরবা ওইদুনসু লৈখত্ত্না মীরৈহং রাঙাঙনা নাতৈ চাদবা ঙাক্তা ঙাঙলবা উবদা পদ্মানা শাউরঙননা করেম্নবা (অসূয়া) রাঙাঙনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রকই, 'হে কৃষ্ণ! হৃসি অহিং কুঞ্জনু'দা হিপ্লকম ওইনা থানরুরবা নঙগী সনা ফীগে কৈজোম অদুমক্তা নঙগী নরাল লৈতে হায়বদু শেংনা তাকলি। ওন্ন-তৈনবা নতৌ-নওঙ পূম্নমক্তা নশাগী নরালবু অদুম্মক মথি খোংজরি। মরম অদুনা খোইহী তৈবা চীনবান্দগী থোরকপা হৈথোই শিংথোই রাঙাঙ অদু থাদোকউ।

৪০—৪১। ধৃষ্ট— অতোপ্পী নায়িকাগা তিন্নরুবগী থৃদম ঙাক্তা শেংনা উরব-মক্তদসু অকিবা লৈতনা মীরৈহং রাঙাঙ ঙাক্তা ঙাঙলবদা হৈশিংবা অদুগুম্বা নায়ক অদুবু 'ধৃষ্ট নায়ক' হায়না কৌই। মতুদি— কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমগা অহিং নোংশোয়রবা শান্নমিন্নরুরগা অয়ূক অঙনবদা শ্যামাগী মনাক্তা লাক্লগা,

২৪। উদাত্তাদ্যৈশ্চতুর্ভেদৈস্ত্রিভিঃ পূর্ণতমাদিভিঃ।
দ্বাদশাত্মা চতুর্বিংশত্যাত্মা পত্যাদিযুগ্মতঃ॥ (৪২)

২৫। নায়কঃ সোঽনুকূলাদ্যৈঃ স্যাৎ ষন্নবতিধোদিতঃ।
নোক্তো ধূর্ত্তাদিভেদস্তু মুনেঃ সম্মতাভাবতঃ॥ (৪৩)

ইতি শ্রীশ্রীউজ্জ্বলনীলমণৌ নায়কভেদ প্রকরণম।

মশা পূম্নমক্তা লৈপুন-খূদম ঙাক্তনা ইফোং ফোংনা লৈরবন্সু অ.গা মদুবু শ্যামা সখীনা উদুনা খঙত্রবমত্তদসু শ্রীকৃষ্ণনা লৈখত্তুনা, হবচাংগী ফিবম কম্না কম্না হোংনা তাং-পা তৌদুনা মরৈগী য়াঙাংনা শ্যামাগী য়াইত য়াতা পূম্নমকপু করুবা হোংনরগা মওঙ অমা ওইনা হায়রকই— 'হে শ্যামা সখি! ঐগী ইনাদা লৈরিবসি মূন্না য়েংউ, খূজীন মফম নম্ভেনে, কংনা তক্রবা কুঙ্কুম চন্দনগী মরিনি, হে নপৃক চুমদবী! মসিমসু যাবক মহীনা চুশিনবা নত্তে. ওইত্রে মসি চীংগী লৈঙাঙ মচুনি। ঙকইদকে! কস্তুরি চন্দন অসিমকপুসু নঙগী নাকুপি কংজম মচুগুম উরিনেসে! অঃক নহা ওইরিবী নঙনা নাংং অঃক ফজ্রিবদি করিনগীনো (য়েংহৈদবা করিবু য়েংলুবদগীনো)?

৪২—৪৩। নায়ক মখল মরিনি মত্রদি— ধীরোদাত্ত, ধীরললিত, ধীরশান্ত অমসুং ধীরোদ্ধত। মখোয় অসিগী অমমমগী অমুক অহুম অহুম থোকনি মত্রদি— পূর্ণতম, পূর্ণতর অমসুং পূর্ণ। অদুনা পুম্না ৩ · ৪=১২ ওই। মখল ১২ অসিগী অমমমগী অমুক ২।২ থোকনি মত্রদি— পতি (মপুরোইবা) অমসুং উপপতি (অরোনবা নিপা, মরুপ্পী)। অদুনা ১২ · ২=২৪ ওই। মখোয় অসিগীসু অমুক অমমমগী মখল ৪।৪ থোকনি মত্রদি— অনুকূল, দক্ষিণ, ধৃষ্ট অমসুং শঠ। অদুনা ২৪×৪=৯৬ না নায়ককী অপূনবা মশীংনি। ভরত মুনিনা য়ারমদবনা 'ধূর্ত্ত' নাচিংবা নায়ককী মখলদুদি মসিদা লৌখৎলুদরে।

মতাং অসিদা নায়ক-ভেদ প্রকরণ লোইরে।

---

# অথ নায়কসহায়ভেদ-প্রকরণম্

১। অথৈতস্যাঃ সহায়াঃ স্যুঃ পঞ্চধা চেটকো বিটঃ।
বিদূষকঃ পীঠমর্দ্দঃ প্রিয়নর্ম্মসখস্তথা॥ (১)

২। নর্ম্মপ্রয়োগে নৈপুণ্যং সদা গাঢ়ানুরাগিতা।
দেশকালজ্ঞতা দাক্ষ্যং রুষ্টগোপীপ্রসাদনম্॥
নিগূঢ়মন্ত্রতেত্যাদ্যাঃ সহায়ানাং গুণাঃ স্মৃতাঃ॥ (২)

তত্র চেটঃ —

৩। সন্ধানচতুরশ্চেটো গূঢ়কর্ম্মা প্রগল্‌ভধীঃ।
স তু ভঙ্গুরভৃঙ্গারাদিকঃ প্রোক্তোঽত্র গোকুলে॥ (৩)

যথ — ১। ন পুনরিদমপূর্ব্বং দেবি! কুত্রাপি দৃষ্টং,
শরদি যদিয়মাবাল্মাধবী পুষ্পিতাভূৎ।
ইতি কিল বৃষভানোর্ল্লিতাসৌ কুমারী,
ব্রজনবযুবরাজ! ব্যাজতঃ কুঞ্জবীথীম্॥ (৪)

---

## মতীক মথংদা নায়ক-সহায়গী মথল হায়রি

১। মধুর রসদা নায়ককী মতে' পাংবা মীগী মখল মঙানি মহুদি—চেটক, বিট, বিদূষক, পীঠমর্দ অমসুং প্রিয়নর্মসখা। চেটক হায়বনচি'বা সংজ্ঞাশি' অসিদি রসশাস্ত্রদা য়াম্মক খঙনরবা মমিং ওাকুনি।

২। তেঙবাংবা (সহায়) শিং অসিগী মগুণদি — নুংশি-নু'ওনগী বা ঢায়বা হৈবা, মতম অপুন্না অনুরাগতদা পুক্নীং লন্না, মফম মতম মুন্না খঙবা, হৈথোই শিংথোইবা, শাউরবী গোপীবু থেমজনা নোঙনা মথবায় হরাউহনবা, অথুপ্পা অরুবা ছিরমদা বা তান্নীংঙাই ওইবা।

৩-৪। চেট—থিবা হৃদা হৈশিংবা, অথুপ্পা অরুবা থবক পাঙথোকঙবা অমদি পাইরক লৌশিংদা চঙথোনবা অমসুং মবুদ্ধি থোবা পাখোল্লোয় অদুবু 'চেট' হায়না কৌই। ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগী পাখোল্লোয় ওইথিবশিংদি ভঙ্গুর অমসুং ভৃঙ্গার-নচিংবনি। মহুদি, শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংনা শ্রীরাধাবু লৌশিং তোঙনা মাগী মনাক্তা পুরক্লবদা, মওঙ্ করয়া পুরকখিবগে হায়না শ্রীকৃষ্ণনা অমুক হংলবদা ভঙ্গুর

অথ বিটঃ —

৪। বেশোপচারকুশলো ধূর্তো গোষ্ঠীবিশারদঃ।
কামতন্ত্রকলাবেদী বিট ইত্যভিধীয়তে ॥
কড়ারো ভাবতীবন্ধুরিত্যাদিবিট ঈরিতঃ ॥ (৫)

যথা— ২। ব্রজে সাবজ্ঞাক্ষীবিততিভিবল্গুপ্রজ্যবচনঃ,
সখাহং ত্বদ্বংশ্যাশ্চটুভিবভিযাচে মুহুরিদম্।
কলক্রীড়দ্বংশীস্থগিতজগতীযৌবতধৃতি-
স্তয়া যুক্তঃ শ্যামে। ন খলু পরিহর্তুং সখি। হরিঃ ॥ (৬)

অথ বিদূষকঃ —

৫। বসন্তাদ্যভিধো লোলো ভোজনে কলহপ্রিয়ঃ।
বিকৃতাঙ্গ-বচোবেষৈর্হাস্যকারী বিদূষকঃ ॥
বিদগ্ধমাধবে খ্যাতো যথাসৌ মধুমঙ্গলঃ ॥ (৭)

---

সখানা হায়রকই—'ঐনা শ্রীরাধাগী মক্ষমদা হায়খি—য়েংবীয়ু ইবেম্মা। অনকপদা হৌবিবা মাধবিলতা অসিদা মেবাথ অসিদবু মপান্না য়োম্লিনেসে চক্ত্র ইবেম্মা অমুক্তবু উজরক্তিনে।' অসুম্না ওইদবা বাহে অসিদা শ্রীবৃষভানুকুমারী রাধানা কৃষ্ণগী মায়কৈ পাংলকখি।

৫—৬। বিট—ফিজেৎ লৈতে, কম্মু ফানুং শেম শাবদা অমদি অত্তৈ মচল শাগৎপদা হৈশিংবা, লৌনম চাউবা, মতম মতমগী চানবা রাঙাঙ রাতাদা হৈশিংবা অমদি কামশাস্ত্র নীংথিনা খঙবা অদুগুম্বা সহায় অদুবু 'বিট' হায়না খঙনৈ। কড়ার ভারতীবন্ধ অসিনচিংবা ব্রজগী অশীল অরাঙ কাঙবুবু (পরিচালক) 'বিট' অমিমক্তি খঙনগনি। মদুদি—শাউরবী শ্যামা সখীবু য়েংথুনা কড়ার কৌবা সখানা হায়রকই—শ্যামা সখি, য়েংউ। ঐ অসে নবুংঙোগী মরুপনি. ব্রজদা লৈরিবী নুপী অমত্তনা কৈদৌঙৈদসু ঐগী বা হীক্তোকপা লৈত্রিবনি। হন্না হন্না ঐনা হজীক নঙগী নফমদা হায়জরি—মানা খোংবা নুংশিবা মুরলীগী খোম্বাঙবা মরোল অহমগী মথোন কাবী নুপী পুম্নমকী মপুক্লোং ফাওমন্ত্রিবা অত্তুম্বা শ্রীহরি-নকপু থাদোকপা হায়বসি নঙমকী নকাদদি মদু খক অচুম্বা হায়বদু ওইগদবা নত্তে।

যথা—৩।

তুষ্টেন স্মিতপুষ্পবৃষ্টিরধুনা সন্ত্যজ্য মুচ্যতা-
মারূঢ়ঃ কুতুকী বিমানমতুলং মাং গোকুলাখণ্ডলঃ।
ইত্থং দেবি! মনোরথেন রভসাদভ্যর্থ্যমানোঽপ্যসৌ
যত্তে মানিনি নাধরঃ প্রযততে তন্নাদ্ভুতং রাগিষু॥ (৮)

যথা বা—৪। মমোপহরতি স্বয়ং ভবদভীষ্টদেবো নব-
স্রবং কমলমুজ্জ্বলং কমলবন্ধুরুৎকণ্ঠয়া
ময়া তু তদবজ্ঞয়া ভুবি নিরস্যতে রুষ্যতা
ন মানয়সি মদ্বচস্তদপি মানিনি! ত্বং কুতঃ? (৯)

অথ পীঠমর্দ্দঃ —

৬: গুণৈর্নায়ককল্পো যঃ প্রেম্ণা তত্রানুবৃত্তিমান্।
পীঠমর্দ্দঃ স কথিতঃ শ্রীদামা স্যাদ্যথা হরেঃ॥ (১০)

---

[ শ্রীকৃষ্ণনা শাউবা ফরমাল্লে চায়বা রাখলগী রথ নেংখরে অদুগা পৃথ্বীমণ্ডলগী মপুস্নু রথ তোংখৎখরে ], মরম অদুনা ছজিক থীম্বা তৌদনা, নপূক্লীং হরাউনা নঙ্গী নীংথিবী মীনোক্কী মশক ওইরবা লৈ চাইবগী থবক তৌজরো। তাৎপর্য্যদি— দোলাই তোংলিবা নিংথৌগী মথক্তা লৈ চাইখৎপগী চৎনবী অমা লৈবগুম্না নপূক্লীংদা কায়দোংলরবা শ্রীকৃষ্ণগী মথক্তসু শাউবা ফবগী ( মানভঙ্গগী ) খূদম ওইনা নীংথিবী মীনোক্কী লৈরাং খুজোক চাইবনা মতিক ওই। দোলাই তোংলিবা অদুমক্তি কমদোই? কুতূকী হায়বদি শ্রীকৃষ্ণদা হায়রগনা নুংশি-নুংওন মতৌগী ফাগী হৈবা অমদি খোয়্থুম্ববা বা ভাঙবা অমসুং কৃষ্ণদা রাস শান্নবনচিংবা তিরমশিংদা ঈরাং পুবা মত্তৌবু হায়বনি অদুগা অমরোমদনা পৃথ্বী মণ্ডলগী মপুগী মথৌসু মরৈবাকপু কোয়্‌না য়েংবা অমদি মৃগয়া ( শাতানবা ) নচিংবদা পূক্লীং চঙ্‌বনি।

৯। মান তৌরিবী শ্রীরাধাবু মধুমঙ্গলনা হায়রকই—'দেবি! নঙ্গী নীংজবা ইষ্ট নুমিৎ কৌবা লাইনা তনৌ তনৌরিবা মচু লংলবা থম্বাল মথৈ হেক্লগা ভক্তিগা লোয়ননা মকোক নোম্না খুরুমদুনা ঐঙোন্দা কৎচরিবনি ( নবুংঙোমক্লা খুরুমলিবা অদুগুম্বা ) ঐনা শাউদুনা থম্বাল অদুবু থৌশাবীদনা লৈমায় মথক্তা লংথোকপিরিবা অদুগুম্বা ঐনি। অদুদবু নঙগুম্বনসু ঐনা চায়বা রাহৈবু থৌশাদবা শারি?' মসিসু কারন-তুরন ভাঙ্‌দুনা নোকহনবগী খূদম অমনি।

যথা—৫ কালিন্দীপুলিনে মুকুন্দচরিতং বিশ্বস্য বিস্মাপনং
দ্রষ্টুং গচ্ছতি গোষ্ঠমেব নিখিলং নৈকাত্র চন্দ্রাবলী।
ক্রমস্তস্য সুহৃত্তমাঃ স্বয়মমী পথ্যঞ্চ তথ্যঞ্চ তে
মা গোবর্দ্ধনমল্ল ! ঘট্টয় মুধা গোবর্দ্ধনোদ্ধারিণম্ ॥ (১১)

যথা ব · । তবেয়ং শ্রীদামন্ ! ভণিতিরিহ বিশ্রম্ভয়তি মাং
প্রসাদো রুদ্রাণ্যাঃ কিমিব চপলাসু প্রসরতু ?

---

১০—১১। **পীঠমর্দ্দ**—নায়কমক্তা মগুণ মায়বা অদুমদি ওইরগা নায়কপু লুনা চায়া তোবা অদুবু 'পীঠমর্দ্দ' হায়না খঙ্নৈ। শ্রীদাম, শ্রীহরিগী পীঠমর্দ্দ-সহায়-সখানি। নোংমা খঙ্হৌদনা লম্বী লমখাঙদা মাবু উবদগী গোবর্দ্ধন মল্লনা মমাঙ মক্তদা শ্রীকৃষ্ণবু নিন্দা তোরকপা তারবদা য়াম্না শাউনা শ্রীদামনা হায়রকই—'হে গোবর্দ্ধন মল্ল ! করি নত্তনা নঙনা কৃষ্ণগী অথীবা মিংচৎ শন্দোকপদু তোগন্। কালিন্দী তোর্বান্দা কৃষ্ণনা শায়খিবা অঙকপগী মশক ওইরবা অদুগুম্বা লীলাশিং অদুবু য়েংজহৌনবগীদমক চন্দ্রাবলীদং নত্তনা অত্তৈ ব্রজবাসী পুম্নমক চুপ্না চৎনখিবা নত্তবরা ? মসি, ত্শেংলবা রাফমনি, অদুনা নঙগী য়াইফজনবগীদমক হায়বিরিব-সিনি। শ্রীনন্দনন্দনদি খ্বায়দগী হেন্না লৌনম চাউবনি হায়না হায়রবসু মদু নঙনা মাগী থৌশাল খঙদবতনা হায়বনি। তাজো, ঐখোয়দি শ্রীকৃষ্ণগী অথোইবা মরূপনি অদুনা মানা দোষ পক্তবা, কনবদা মপা নৈতবা অমদি ফত্তবশিংবু লাকশিনবদা পুক্নীং চঙবিব অসিগুম্বা অথোইবা গুণশিং অসিগী অশেংবা ভক্ত মুম্না খঙ্লিবনি, অদুনা কৃষ্ণদু হেক থাজিল্লক্রবদি নঙতগী ফত্তবা থোক্কনি, মদু ঐম্না তাকপিরিবসিনি। 'ঐসু অচম্বা নত্তে, গোবর্দ্ধন হায়না কৌবা অকনবা মল শায়বদুনি' অসুম্মকক্য নঙনা হায়জবা থোক্লবা অদু ওইরবদি মদুগী পাউধুম্না অসিনি হায়দুনা মোমোন নোক্লা শ্রীদামনা হায়রকই—'ঐগী সখা কৃষ্ণসু গোবর্দ্ধন থাংগৎখিবা মীনি, ব্রজদা থোকখিবা অঙকপা থৌওঙ্ পুম্নমক মানা তোখিবমক্তনি ; ঈশ্বর লায়বা মতৌনা মানা খুদোম্বী না-মতনা গোবর্দ্ধন-চীংজাউবু চম্নোল অমা চুপ্না থাংগত্তনা লৈপ্লিবনি, অদুগুম্বা মহাক অদুগী মকাদা তুমিংমক্তুম্বা ফত্তবা নঙগুম্বা অমবুদি করিদি হায়না থৌশাবীরক্ষম থোকপগে ?'

১২। সাটোপবাক্যদা (উশীত্তবা রাঙাঙ্দা) দগুগী মশক ওইবা উপায়না শ্রীদামগী ফৌরোয় ইনবা মতৌবু খুদম ওইনদুনা হুজীক থেমজিনবা রাহৈদা ভেদগী

বনে যান্তীং দুর্গার্চ্চনঘুসৃণমাল্যাঙ্কিতকরাং
বধূং দৃষ্ট্বা শঙ্কে প্রথয়তি কলঙ্কং খলজনঃ ॥ (১২)

অথ প্রিয়নর্ম্ম সখঃ—

৭। আত্যন্তিকরহস্যজ্ঞঃ সখীভাবসমাশ্রিতঃ।
সর্ব্বেভ্যঃ প্রণয়িভ্যোঽসৌ প্রিয়নর্ম্মসখে বরঃ।
স গোকুলে তু সুবলস্তথা স্যাদর্জ্জুনাদয়ঃ ॥ (১৩)

যথা—৭। প্রত্যাবর্ত্তয়তি প্রসাদ্য ললনাং ক্রীড়াকলিপ্রস্থিতাং
শয্যাং কুঞ্জগৃহে করোত্যঘভিদঃ কন্দর্পলীলোচিতাম্ ॥
স্বিন্নং বীজয়তি প্রিয়াহৃদি পরিস্রস্তাঙ্গমুচ্চৈরমুং
ক শ্রীমানধিকারিতাং ন সুবলঃ সেবাবিধৌ বিন্দতি ? (১৪)

---

মশক ওইবা উপায়না তৌবা শ্রীদামগী সহায়গী মতৌ অদু উংলি। মীগী মচীন্দগী মশাগী নূপীনা শ্রীকৃষ্ণদা আসক্তি লৈবগী বাফম হাইফেং তারবদগী ভারুগানা নোংমা অচীকপদা মাগী চান্নবা মরূপ শ্রীদামগী মফমদা করিগুম্বা লৌশিং খরা হান্না পুখোক্ত্না চংলকখি! মহাক্না শ্রীদামগী মচীন্দগী ডাংথোবকপদু তারগা য়েৌনা থাজরদুনা শ্রীদামগী বাহৈ অদুগী ফোরোয় ইম্না হায়রকই—'হে শ্রীদাম। নঙনা হায়রিবদুমক ঐসু থাজৈ, ওক্তবী নূপীগী মফমদবু করিগুম্বদা দেবীনা চানবীবা ফৌনবরা ? দেবীবু ঈডাংচরুনবা ঐগী নূপীনা কুঙ্কুম চন্দন অমাদি লৈ পরেংনচিংবা পুদুনা বনগী মায়কৈদা চংচবদু উরগা ফত্তবা মীশিংনা ফত্তবা তোকঙা কয়া শন্দোকপিবা ওইবমগনি খল্লি।

১৩—১৪। প্রিয়নর্ম্মসখা—অরোন অথূপ হেক্লিম্না খঙবা সখী ভাবতা লৈবা অমদি চান্নবী সখীশিংগসু য়াম্না য়ানবা অদুবু 'প্রিয়নর্ম সখা' হায়না কৌই। সুবল অমসুং অর্জুননচিংবনা গোকুলগী প্রিয়নর্ম সখানি। মদুদি—প্রিয়নর্মসখা অমনা মাগী মরূপ অমগী মফমদা সুবলগী মর ইবক ফবগী মতৌ উত্তনা হায়রি—'শকফজবা সুবল সখা অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী করম্বা সেবা অধিকারবু ফংদবা য়াওবগে ? শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী মখৈনা শান্নবগী রাথোক্তা খংনদুনা চংশ্রবদা সুবলতনা মথোয় অদুবু থেমদুনা নোদুনা অমুক হেক্তমক পুশিল্লুই ; কুঞ্জ-সঙ্গাই-নুংদনা শ্রীকৃষ্ণগী রতি লীলাগী মতিক চানবা শয্যা শেম্মী অদুগা রতিযুদ্ধদা চান্নবীগী থবাক নন্দুনা হুমাং শোয়বা শ্রীকৃষ্ণবু হুমাই থোগন তৌজদুনা মহাক্না হকচীক লাংহল্লি।' মসিদা য়াম্না হেন্না অরোনবা খঙবগী মতৌদু উংলি।

যথা বা—৮। যাভিঃ সাচিদৃগঞ্চলেন চটুলং কংসারিরালিহ্যতে
দোর্দ্বন্দ্বেন কুচোপপীড়মুরসি স্বৈরং পরিষ্বজ্যতে।
এতস্যাধবসীধুরুদ্ধুরতয়া সামোদমাস্বাদ্যতে
কিং জানাসি সখে ! ব্যধায়ি কতরদ্গোপীভিরাভিস্তপঃ ? (১৫)

৮। চতুর্বিধা সখায়োঽত্র চেটঃ কিঙ্কর ঈর্য্যতে।
পীঠমর্দস্য বীরাদাবপি সাহায্যকারিতা ॥ (১৬)

৯। হরিপ্রিয়াপ্রকরণে বক্ষ্যন্তে যাস্তু দূতিকাঃ।
অত্রাপি তা যথাযোগ্যং বিজ্ঞেয়া রসবেদিভিঃ ॥ (১৭)

---

১৫। শ্লোক অসিদনা প্রিয়নর্ম সখা অমনা মাগী সখা অমদা গোপীশিংগী হেন্না লাইবক ফবা মতৌবু শীংথাদ্রনা হায়রি—হে মরূপ। হায়য়ু য়েংসি, গোপীশিং অসিনা মীনা ঙম্মদবা কবম্বা তপস্যাবু তৌজরকখিবা? নঙ্দি খঙ্ব্রা—মখোয়না মখোয়গী নাংথিববী খোইখোয়বী মিৎয়েংনা কংসগী য়েক্লবা কৃষ্ণবু লেক্তনা থকচিল্লি, মপান্দোম অনিনা মহাকপু মথবাক্তা কোনশিল্লরগা মখোয়গী থাবোম অনি অদুবু চপশিনহন্দুনা পেল্লে অদুগা মখোয়না মাগী চীনবানগী অমৃতবু পেন্না অমদি হর'উনা চুপচদুনা হেক ঙাওচৎনজে। 'শ্লোক অসিদা' সখীভাব'কী মওঙ্ অদু উৎলি।

১৬—১৭। অসিগুম্বা মধুর-রস অসিদদি 'সহায়' শিংগী মবক্তা ('চেট' হায়বসিদি নত্তনা) সখা মখল মরিতবু মখঙনগনি. 'চেট' হায়বা অসিদি মীনাইতগী মশিল তৌবনা মাগী শরুক্কি। বীর-রসনচিংবদসু পীঠমর্দশিংনা মতেং ওইনৈ। মথংদা উৎলককদোরিবা 'হরিপ্রিয়া-প্রকরণ'দা হায়রককদোরিবী দূতীশিং অদুদি হজীকী নায়ক-সহায়-প্রকরণ অসিদসু মখোয়গী মতিক চানবা মপাংগল অদুক্তক লৈ হায়না রস খঙবশিংনা খঙনবীগদবা ওই। মরু ওইবা দূতী মখল অনিনি—(১) **স্বয়ংদূতী** (মথন্তনা লময়াঙ্কবী) অমসুং (২) **আপ্তদূতী** (থাজনীংঙাই ওইবা রাঙাঙ রাতা হৈবী)। স্বয়ংদূতীগী থৌদোবু মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই মদুদি—**কায়িক** (হকচাংনা পাঙথোকপা=খোঙ-খুৎ, মায়-মিৎনা চিংবনা), **বাচিক** (হৈশিংবা রাহৈ রাতানা পাঙথোকপা) অমসুং **চাক্ষুষ** (মিৎয়েং-নায়েংতনা থবক পাঙথোক্লবা হোৎনবা)। মওঙ অসুম্না **আপ্তদূতীগী** মখলসু অমুক অহুম ওই মদুদি—(১) **অমিতার্থা** (নায়ক নত্রগা নায়িকাগী ইঙ্গিততগী মখোয়গী অপাম্বা মতৌ খঙদুনা যে-শা উপায় অমা তৌদুনা অনিমকপু উমহনবা), (২) **নিসৃষ্টার্থা**

তত্র স্বয়ং যথা—৯।

সখি ! মাধবদৃগ্‌দূত্যাঃ, কর্মঠতা কার্মণে বিচিত্রাস্তি।
উপধা-শুদ্ধাপি যয়া, রুদ্ধা ত্বং চিত্রিতেবাসি ॥ (১৮)

বংশী, যথা ললিতমাধবে—(১। ২৪)

১০। হ্রিয়মবগৃহ্য গৃহেভ্যঃ কর্ষতি রাধাং বনায় যা নিপুণা।
সা জয়তি নিসৃষ্টার্থা, বরবংশকাকলী দূতী ॥ (১৯)

আপ্তদূতী—

১০। বীরা-বৃন্দাদিরপ্যাপ্তদূতী কৃষ্ণস্য কীর্ত্তিতা।
বীরা প্রগল্‌ভবচনা বৃন্দা চাটূক্তিপেশলা ॥ (২০)

---

( নায়ক নত্রগা নায়িকানা শীনজিল্লকপা মতুং ইন্না নাতৈ অমা থীদ্রনা অনিমকপু উন্নহনবা ) অমসুং (৩) পত্রহারিণী ( নায়ক নত্রগা নায়িকাগী পাউতমক পুবী, চিঠি-নচিংবা পীথোক পীশিন তৌবী )! মখোয় অসিগী তোঙান তোঙানবা সেবা মওংহনচিংবদি 'দূতী প্রকরণ'দা হায়রকখিগনি।

১৮। স্বয়ংদূতী—[ অহানবগী ওইনা মিৎয়েং-নায়েং অমসুং বংশী অনীগী মরমদা হায়রি ] মতম অমদা অচীকপদা শ্রীকৃষ্ণ দর্শন তৌরুবদগী লাঙতক্লরবী শ্রীমতী রাধাবু সখী অমনা হায়রকই—হে সখী ! শ্রীমাধবকী মিৎয়েংগী মশক ওইববা দূতী অসিগী নুপী-শুদ্ধংনবা থৌরাঙ্ অসিনি অচৎকপনি। ধর্ম্মগী চাংয়েংদা ফনমক নঙ্না সতী ওইজরবসু মিৎয়েং দূতী অসিনা ফাখিবদগীদি নহাক ছবীক অয়েকপা লাইমক্তা মায়প্রে। মসিদা স্তম্ভ হায়না খঙনবা সাত্ত্বিক-বিকার অংগী ভাবকা লোয়ননা চাক্ষুষ-অভিযোগ ( মিৎকী থৌরম থৌওঙ ) কী মতৌবু ফোঙদোক্লি।

১৯। নুমিদাংবাইরমদা গোপমচাশিং অতৈগা লোয়ননা ব্রজদা হল্লক্লিবা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশী মখোল তাবদা গার্গীনা হায়রকই—মপোক অফবদা পোকপী বাঁশীগী মিরবা খোঙ্গেলগী মশক ওইবা নিসৃষ্টার্থা (মঙোন্দা থবক শিন্নরবা) ওইবী দূতী অসিগী জয় ওইসনু। অসিগুম্বী য়াইফথোইবী দূতী অসিনা শ্রীরাধাগী ইকাই-ইকি পুম্নমক মাঙহন্দুনা মাবু ময়ুমদগী বন তান্না চিংথোকলি !!'

২০। আপ্তদূতী—বীরা, বৃন্দা, বৃন্দারিকা, মেলা, মুরলানচিংবীশিং—শ্রীকৃষ্ণগী 'আপ্তদূতী' মশুনি। মখোয়গী মরক্তা বীরা হায়বসিনা ৱাঙাঙ-ৱাতা হৈবীনি অহৎগা বৃন্দানা—চীরোন খারোন হৈবীনি।

যথা—১১। বিমুখী মা ভব গর্ব্বিণি ! মদ্গিরি গিরিণাধৃতেন কৃতরক্ষম্।
মূঢ়ে ! সমূঢ়বয়সং, মাধবমাধাব রাগেণ ॥ (২১)

১২। বৃন্দাসুন্দরি ! বন্দনং বিদধতী যৎ পৃচ্ছতি ত্বামসৌ
চঞ্চন্মঞ্জুল-খঞ্জরীটনয়নে ! তত্রোত্তরং ব্যঞ্জয়।
কেয়ং ভ্রূভুজগী তবাতিবিষমা বংভ্রম্যতে যদ্ভিয়া
ক্লান্তঃ কালিয়মর্দ্দনোঽপি কুরুতে নাত্ত প্রবেশং ব্রজে ? (২২)

---

২১। শাউরিবী কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমবু য়েংহ্না বারানা হায়রকই— হে নাপননা মাঙওইনবী ! ঐনা হায়বা থাজো, ফজবা নীংথিবদা মপা লৈত্রবা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদগী নমায় অত্থ লৈথোকখিগনু ! মগুণদা 'নারায়ণমক্তা মান্নবনি' অসুম হায়খিবা গর্গমুনিগী বাহৈ অসিগী মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণতন তাইবঙ পানবগী মঙ্গল-গুণ-মণি পূম্মক্কী থোকফম খনি ওইরিবনি অমদি নীংথিবা ফজবা থির্বাক্কিসু পূক্কেনি ; মরম অদুনা 'মাধব' হায়বা মিং অসিগী হৌরকফম থিবদা মান তৌরিবী নুপীশিংগী মান অদুবু মাঙহনখিনবগীদমক শ্রীকৃষ্ণ ফংননবা সাধনতবু খঙনগনি। অসিগী মমাঙদসু মতাক্তা গোবর্দ্ধন-চীংজাউবু থাংগত্তুনা ব্রজগী মীয়াম অপূম্ববু কনবীখ্রিবনি (মসিদা মহাক অসিবু অসিনি হায়না চাংদম্নফম লৈত্রবা মীগী কান্নখবতা তৌবা মীশক অমনি, কনবদা মপা লৈতবনি অমসুং খুৎ্নদগী হেন্না নুংশিবীহৈবনি হায়বসি ফোংদোকলি ) অমসুং হুজীক হুজীকমক্তা মহাক অসি মশাসু পাখং ঈনখৎলকপনি ( কৈশোর বয়স ), মরম অদুনা অপঙবী ! অথোইবা প্রেমগী লীচিংনা খৌন্দনমক হুজীক মাগী মকাতম্না অভিসার তৌজহো, থীহ্বগদি অতোপ্পী নায়িকা অমগা থেংনখিহ্না মত্তোন্দা নুংশিথোকখিবসু খঙদে। শ্লোক অসিদা নাপলনা মাঙ্ওইনবী' অমদি 'অপঙ্বী' হায়বা বাহৈ অনি অসি শীজিন্নবনা বীরাগী ব্যা ভাঙ্বদা খোগাক নাইদবী মতৌ অহ্ উংলি।

২২। মান তৌরিবী রাধাবু য়েংহ্না বৃন্দানা হায়রকই—'হে নীংথিজবী। মিংল্লেং তথকপী অমদি পূক্নী' হুজবী। ননাই বৃন্দানা নখোঙ থম্বান্দা খুরুমজরি। ঐনা হংজবসিদা ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা ( নুংগী অরুবা অর্থ চেনবা অহ্গুম্বা বাহৈনা ) মহ্নগী পাউখুম পীবিয়ু। অকিবগী শকলোন পূরিবী নঙ্গী পীশূম-লিন-অমোম অসিবু কনানো ? কালি কৌবা লিনজাউ মকপু লাকশিনবা ঙমলিবা অহ্রগুম্বা শ্রীকৃষ্ণমক্তা মহাক্তবু কিবদগী মশা পূম্মক চোকথ হুইখখিহ্না হুজীক ফাওবা ব্রজদা চঙলিঙ্গ-রকপা ঙমদ্রি—মসিগী অথূপ্পা মরম কন্নিনো তাকপিয়ু।' শ্লোক অসিদা কালিবু

১১। অস্যাসাধারণা দূত্যো বীরাদ্যাঃ কথিতা হরেঃ।
লিঙ্গিন্যস্তাস্তু বক্ষ্যন্তে যাস্তাঃ সাধারণা দ্বয়োঃ॥ (২৩)

ইতি শ্রীশ্রীউজ্জ্বলনীলমণৌ নায়কসহায়ভেদ-প্রকরণম্ ॥২॥

লাকশিল্লবা অহুঙুম্বা শ্রীকৃষ্ণমকপু ফাওবা অকিবা ফংহল্লিবা পীশৃমগী মশক ওইবী লিল অমোম অংগী অতোপ্পবু হুকচনবা ঙম্বা মতৌ, কৃষ্ণতদা লৈশিনবা অমদি অতোপ্পনদি শঙলূনী'ঙাই ওইদব অংঙম্বা থৃপগ্রবা মতৌ অদৃতবু কোংদোকলি। 'থুরুমঞ্জরি', 'নীংথিজবী' অমদি 'মিংয়েং তথকচবী' অসূম্বা কৌবা-ঙাঙবা অসিনা বৃন্দাগী চীয়োন হৈবা মতৌবু থঙ্চল্লি।

২৩। বীরা, বৃন্দা, বৃন্দারিকা, মেলা অমদি মুবলানচিংবীশিং অসিদি শ্রীকৃষ্ণতগী দৃতানি গোপীশিংগীদি নত্তে। শিল্পকারিনী, দৈবজ্ঞা অমসূং লিঙ্গিনী—মখোয় অসিনা শ্রীকৃষ্ণ অমসূং গোপীশিং অনিমক্তা মীচঙ-মীথায় নাইদনা চপমান্ননা য়েংবা হায়বদি অথোই-অহেন রাখল থমদবী অদুঙুম্বী দৃতী মখলনি।

মতাং অসিদা নায়ক-সহায় ভেদ প্রকরণ লোইরে।

———

# অথ শ্রীহরিপ্রিয়া-প্রকরণম্

অথ হরিবল্লভাঃ —

১। হরেঃ সাধারণগুণৈরুপেতাস্তস্য বল্লভাঃ।
পৃথুপ্রেম্ণাং সুমাধুর্য্যসম্পদাঞ্চাগ্রিমাশ্রয়াঃ ॥ (১)

যথা—১। প্রণমামি তাঃ পরমমাধুরীভৃতঃ
কৃতপুণ্যপুঞ্জ-রমণীশিরোমণীঃ।
উপসন্নযৌবনগুরোরধীত্য যাঃ
স্মরকেলিকৌশলমুদাহরন্ হরৌ। (২)

২। স্বকীয়াঃ পরকীয়াশ্চ দ্বিধা তাঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ ॥ (৩)

তত্র স্বকীয়াঃ —

৩। করগ্রহবিধিং প্রাপ্তাঃ পত্যুরাদেশতৎপরাঃ।
পাতিব্রত্যাদবিচলাঃ স্বকীয়া কথিতা ইহ ॥ (৪)

---

**মথংদা হরিপ্রিয়া প্রকরণগী রা হায়রি**

১। শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী পৃয়মক কৃষ্ণগা মান্নবা ফজবী, নীংথিবী অকবা গুণ পৃয়মক্তা তিনবী অমদি মহাপ্রেম, মহামাধুরী অমদি কলা পৃয়মক্কী হোকম ওইবী ঙাকনি।

২। কবিনা হায়রি—মনাক্তা লৈবা, ঈনখংলকপা শাবান ওইবা অদুগুম্বা গুরুগী মফমদগী কামকেলিকৌশল (কামগী লীলাদা হৈশিংবা বিদ্যা) পৃয়মক শুনা তম্লগা শ্রীকৃষ্ণগী মনাকমক্তা মদু পৃয়মক্কী পরীক্ষা হেক হেক তৌজবী—নীংথিবা ফজবা মতৌ পৃয়মক্তা তিনবী, পুণ্যগী শরুক্তা অরাংপা করিগুম্বা অমত্তা লৈতবী, তাইবঙ নুপী পৃয়মক্কী লুচিংবী ওইবী অদুগুম্বী শ্রীকৃষ্ণগী চান্নথোইবীশিংবু ঐনা খুরুমজৈ।

৩—৪। শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবীশিং অসি মখল অনি থোকই মদুদি—স্বকীয়া অমসুং পরকীয়া। স্বকীয়া—লুহোঙবগী হৌনবী কায়দনা লৌখিবী, মপুরোয়বা য়াথং হীক্তোক্তবী অমদি কৈদোঙৈদসু পাতিব্রত্য ধর্ম্মদগী (সতী ধর্ম্ম) খুবম খক চোই-থোক্তবী অদুগুম্বী মখোয় অদুবু রস শাস্ত্রনা 'স্বকীয়া' হায়না কৌই।

যথা—২। স্বনির্ম্মাণে ধর্ম্মাধ্বনি পতিপরাভিঃ পরিচিতে
মুদা বদ্ধশ্রদ্ধা গিরি চ গুরুবর্গস্য পরিতঃ।
গৃহে যাঃ সেবন্তে প্রিয়মপরতন্ত্রাঃ প্রতিদিনং
মহিষ্যস্তাঃ শৌরেস্তব মুদমুদগ্রাং বিদধতু॥ (৫)

যথা বা শ্রীদশমে ( ১০।৬০।৫৫ )—

৩। ন ত্বাদৃশীং প্রণয়িনীং গৃহেষু
পশ্যামি মানিনি! যয়া স্ববিবাহকালে।
প্রাপ্তান্ নৃপানবিগণয্য রহোবহো মে
প্রস্থাপিতো দ্বিজ উপশ্রুতসৎকথস্য॥ (৬)

৪। তাস্তু শ্রীযদুবীরস্য সহস্রাণ্যস্য ষোড়শ।
অষ্টোত্তরশতাগ্রাণি দ্বারবত্যাং সুবিশ্রুতাঃ॥ (৭)

---

৫। কবিনা হায়রি—পতিব্রতা ওইবী মতৌতদা হৈনজবী, চঙ্‌লিঙৈদসু শিরবদসু ( মীরমলেন, লাইরমলেন অনিমক্তা ) নুংঙাইবতা ফংগদবা অত্তগুম্বা ধর্ম্মগী লম্বীতদা লেঙ্‌দনা অহূম লৈবী অমদি মনেম মকুনচিংবা অহল্লম্মনগী লমজিং বাহৈ-শিংদা হরাউনা নোম্লুক্লা থাজনা লৌজবী অমদি ময়ূম মখাদা লেঙদনা লৈদুনা নুমিৎ খুদীংগী মপুরোয়বা সেবা ফংজবী—অদুগুম্বী শ্রীকৃষ্ণগী চান্নথোইবী ইবেম্‌শিং অদুনা নঙ্‌বু য়োনা হরাউহনবীসনু। পদ্য অসিদা 'মুদা' ( হরাউনা ) না হোৱা পদ অসিদা মখোয়গী পেঞ্জবা মতৌদা ( অতোপ্পনা ঈনশিন্নুনা তৌবদি নত্তবা ) পাতিব্রত্যগী ( মপুরোয়বা নীংবগী ) অশেংবা মতৌ অদুবু উৎলি! 'অপরতন্ত্র' ( মীখা পোন্দনা, মনীং তৌনা ) হায়বা পদ অসিমনা পরকীয়া নায়িকাগুম্বা মখোয়সু মনেম মকুন-চিংববু কিবনা মরম ওইদুনা মপুরোয়বা সেবাদা অপনবা লৈতবা মতৌদুবু ফোংদোক্লি।

৬। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই—হে ওইন চাউবী! প্রেমদা চঙ্‌খোনবী নঙ্‌গুম্বী নুপী অমত্তসু লৈমা লীশিং তরাতরূক চায়গা নিপান অসিগী মরক্তা য়াওবা উদে; মরমদি—নঙ্‌গী লুহোঙবা মতমদা ভিরখিবা নিংথৌ পুন্নমকপু থোশারুবা তৌদনা ঐগী ইগুণ তাবতদা অচেৎপা রতি লৈখিবনা ঐগী ইকাদা ব্রাহ্মণ অমবু পাউ পুহন-নরকখিবনি।

৭—১০। যদু শাগৈগী থানিন ওইনা ওঁানবা শ্রীকৃষ্ণগী দ্বারকাদা লৈবী

৫। আসাং সখ্যশ্চ দাস্যশ্চ প্রত্যেকং স্যুঃ সহস্রশঃ।
তুল্যরূপগুণাঃ সখ্যঃ কিঞ্চিন্ন্যূনাস্তু দাসিকাঃ॥ (৮)

৬। তত্রাপি রুক্মিণী সত্যা জাম্ববত্যর্কনন্দিনী।
শৈব্যা ভদ্রা চ কৌশল্যা মাদ্রীত্যষ্টৌ গণাগ্রিমাঃ॥ (৯)

৭। তত্রাপি রুক্মিণীসত্যে বরীয়স্যৌ প্রকীর্ত্তিতে।
ঐশ্বর্য্যাদ্রুক্মিণী তত্র সত্যা সৌভাগ্যতে বরা॥ (১০)

তথাহি হরিবংশে—

৪। কুটুম্বস্যেশ্বরী যাসীদ্রুক্মিণী ভীষ্মকাত্মজা।
সত্যভামোত্তমা স্ত্রীণাং সৌভাগ্যে চাধিকাভবৎ। (১১)

পাদ্মে চ কাত্তিকমাহাত্ম্যে তাং প্রতি শ্রীকৃষ্ণবাক্যম্—

৫। ন মে ত্বত্তঃ প্রিয়তমা কাচিদ্দেবি! নিতম্বিনী।
ষোড়শস্ত্রীসহস্রাণাং প্রিয়ে! প্রাণসমা হ্যসি॥ (১২)

---

লৈমশিংগী মশীং পুম্না লীশিং তরাতরুক মামগা নিপাননি অসুম্না হায়নবা লৈ। মখোয় থুদাংমক্তী অমুক সখী অমদি মীনাইনুবী লীশীং লীশীংনা থুজিং ওইনা লৈনরিবনি। সখীশিংদি ইবেম্মশিংগা শকৃতা-চুদা অমদি মতিক মগুণ চপ-চপ মান্নবীনি, মীনাইনুবী মখেনা মখোয় অসিনগী হুইং। অসিগুম্বী লৈমশিং অসিগী মরক্তসু নিপান অসিনা মকোকনি মধুদি রুক্মিণী, সত্যভামা, জাম্ববতী, কালিন্দী, শৈব্যা ( মিত্রবিন্দা ), ভদ্রা, কৌশল্যা ( নাগ্নজিতী ) অমসুং মাদ্রী ( লক্ষ্মণা )। নিপানমক অসিগী মনুংদসু অমুক রুক্মিণীগা সত্যভামাগনা খ্বাইদগী হেনবীনি। রুক্মিণীনা ঐশ্বর্য্যদা ( মরূল মথুম অমদি তোবা ঙম্বদা ), সত্যভামানা মরাইবক ফবদা খ্বাইগী মকোক থোংবীনি।

১১—১৪। শ্রীহরিবংশনা হায়রি—ভীষ্মকনা পোকপী রুক্মিণীনা শাগৈ-লক্তী মবেম্মনি অদুগা সত্যভামানা লৈমশিং পুম্নমক্তী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না লাইবক ফবীনি। পদ্মপুরাণদসু কার্ত্তিক-মহাত্ম্যদা শ্রীকৃষ্ণমক্তা তাকপিখিবা লৈ—'হে দেবী! শাবান নীংথিজবী কনাগুম্বী অমত্তনা নত্তোম্মগী থক হেনবা লৈতে, লৈমা লীশীং তরাতরুক চামগা মিপান অসিগী মরক্তা নহাক নথন্তনা ঐগী থবায় শকপীনি।' রুক্মিণী অমসুং সত্যভামাগী সখী অমদি মনাইগী মশীংদি লক্তা-লক্তানি অমসুং

৮। অনয়োঃ সকলোৎকৃষ্টাঃ সখ্যো দাস্যশ্চ লক্ষশঃ।
স্বীয়-জাতীয়ভাবেন নিখিলা এব ভাবিতাঃ॥ (১৩)

৯। যাশ্চ গোকুলকন্যাসু পতিভাবরতা হরৌ।
তাসাং তদ্বৃত্তিনিষ্ঠত্বান্ন স্বীয়াত্বমসাম্প্রতম্॥ (১৪)

যথা—৬। আর্য্যা চেদতিবৎসলা মযি মুহুর্গোষ্ঠেশ্বরী কিং ততঃ
প্রাণেভ্যঃ প্রণয়াস্পদং প্রিয়সখীবৃন্দং কিমেতেন মে?
বৈকুণ্ঠাটবিমণ্ডলী-বিজয়ী চেদ্বৃন্দাবনং তেন কিং
দীব্যত্যত্র ন চেত্তমাত্রতফলং পিঞ্ছাবতংসী পতিঃ॥ (১৫)

১০। গান্ধর্ব্বরীত্যা স্ব কাবাং স্বীয়াত্বমিহ বস্তুতঃ।
অব্যক্তত্বাদ্বিবাহস্য স্পষ্টং প্রসঙ্গবানতা॥ (১৬)

---

অম্বিগুম্না শ্রীকৃষ্ণদা ঃপূ'রে'য়ব' ওইনা ৎন্দে ই হাপনখিবী ঙাক্তনি। অমস্লোমদা দেবী কাত্যায়নীবু ঈড়াৎচনী গোপী লৈশাবী কয়ামকুমনা শ্রীকৃষ্ণবু মপুরোয়বা ওইজ-নী'খি, অত্থ্রা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মপুরে'য়বা ওইবগী অশেংবা মতৌ ওইদ্রনা চপয়ু'খিবনা (জাতিমক তোঙ্গায়শ্রবদসু) মখোয় অত্থসু স্বকীয়া নায়িকাগী মনু' চনবদা মতিক চাদবী নত্তে, হায়বদি মখোয়সু স্বকীয়াগী মরক্তা লৈবনি খঙনগনি।

১৫। শ্রীকৃষ্ণনা মথুর'দা লেঙ্‌শ্রবদা কনাগুম্বী নায়িকা অমনা মাবু থেমজিন্দুনা মপূক ফাবা হোৎনরিবী মাগী মরূপপু য়ে'ত্থনা হায়রকই—'ইকাই খুম্মকম ওইরবী গোপ-রাণী (যশোদা) না মিৎকুপ খুদী'দা ঐ অসিবু মচাদগী হেম্না নুংশিবীবা উৎপিন্থনদি ঐঙোন্দা করিবু কাম্নগনি? চা'য়বী সখীশিং পুম্মমক্সু ঐবু মথরায় মথরায়দগী হেম্না নুংশিবীবা অসিনসু কৈদোনরুগনি? অত্থগা বৃন্দাবন অসিনা বৈকুণ্ঠগী বন মপৈদগী ফনমক হেন্দুনসু, মত্থনা ঐঙোন্দদি করিবু তোংজগনি? গোকুল অসিদা মানা দেবী আরাধনা তৌজরকপগী মহৈ ওইনা মাহোং-চূড়ানা কোক্কী লৈতেং-ওইনবা অত্থগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অত্থনা ঐগী ইপুরোয়বা ওইনা শায়বিরম্রবদা—পুম্মমক অসি অরেম্বা ঙাক্তনি।

১৬। মতাং অসিদা লৈরিবা আশঙ্কাদি (ভা ১০।৩২।২১, ২২, ১০।৪৬।৪ অসিনচিংবা শ্লোকতা) শ্রীকৃষ্ণমকী মাথংনা (ভা ১০।৪৭।৫৮, ৬২, ৬৩ নচিংবদা),

অথ পরকীয়া—

১১। রাগেনৈবাপিতাত্মানো লোকযুগ্মানপেক্ষিণা।
ধর্ম্মেণাস্বীকৃতা যাস্তু পরকীয়া ভবন্তি তাঃ॥ (১৭)

যথা—৭। রাগোল্লাসবিলঙ্ঘিতার্য্যপদবীবিশ্রান্তয়োঽপ্যুদ্ধুর-
শ্রদ্ধারজ্যদরুন্ধতীমুখসতীবৃন্দেন বন্দ্যেহিতাঃ।
আরণ্যা অপি মাধুরীপরিমলব্যাক্ষিপ্তলক্ষ্মীশ্রিয়-
স্তাস্ত্রৈলোক্যবিলক্ষণা দদতু বঃ কৃষ্ণস্য সখ্যঃ সুখম্॥ (১৮)

---

শ্রীউদ্ধবকী ৱাহৈদা ( সিন্ধু ১।২।২৮৪ ) ৱাগাত্মিকাগী মখল 'কামরূপা'গী মতাংদা অমদি ( উ ৩।১৮ ) শ্লোকতা গ্রন্থকার মশামক্না মহারাগগী মশক ওইবী ব্রজদেবী পুম্নমকপু চপমান্নবা হেন্দোক্না-মতীক-চাউবী মগুণ চেনবী ঙাক্তনি হায়না হায়রে। ( উ ১।২০ ) ( বিষ্ণুগুপ্ত সংহিতাগী ৱাহৈদদি মতিক-মগুণ হেন্না চাউবগী ৱাকম অসিবু অমুক্তা হেন্না চেংশিলহল্লি। হন্জীক্না অমুক করিগীদমক অহ্ণুবী ব্রজদেবীশিং অদুগী মরক্তা খরবুদি স্বকীয়া ওইহন্দুনা অথিংবা ( বারণ ), অয়োনবা লীলা ( প্রচ্ছন্নকামুক ) অমদি ফংবদা ৱানা থোকপা মতৌ ( দুর্লভত্ব ) নচিংবা য়াওহল্লিবা করিগীনো? মসিগী সমাধানদি অসুম্না ভৌরি মদুদি—অসিগুবী ব্রজগোপী নহাশিংবু গন্ধর্ব্বগী চৎনবীদমি য়ানবা মতুংইন্না মনুংদদি ভশেংনা মখোয়বু স্বকীয়া কাঙ্‌লূপকীনি হায়বা ভারবদসু লূহোঙ্‌বা মতোঙ্ অহ্নদি ফোঙ্‌দবা অমা ওই-খিবনা ( শেংফাত্তবা, মিৎনা-নানা উবা নৎখিদবনা ) অয়োনবা নুংশি নুংওনগী মতৌ ( অপন অহুই য়াম্বা অমদি মহৈ মহৈ উনবা, কোন-ঙাঙ্‌নবনচিংবগী ফংন-ঙমদবা মতৌশিংসু ) ওইনা অহ্নমক লৈরম্মী।

১৭। পরকীয়া—মীয়মলেন লাইরমলেনগী ধর্ম্ম পুম্নমকপু থোশাক্তবা ভৌদনা অপাম্বতনা লাকহত্তুনা ( অতৈ মরম লৈতনা ) অতোপ্পা নিপাদা মশাবু হেক্তমক কখোকপা, লূহোঙ্‌বা-ধর্ম্মগী-নিয়ম মতুংইন্নদি ( মৈনচিংববু সাক্ষী থমগুনা নত্তবা ) লোনা লৈনখিবা নত্তবা—অদুগুবা মখোয় অদুবু রস-শাস্ত্রনা 'পরকীয়া' হায়না কৌই।

১৮। কবিনা হায়রি—রাগনা থুম্মংখিদুনা চৎন-লোনচৎ ৱাংমা লানখিবী ওইদুনসু অরুন্ধতীনচিংবী মহাসতীশিংনা ভৌখিবা কুপ্প অভিসারনচিংবা অদুবুদি লোইবা নাইদনা খাগৎনৈ; বনদা লৈবী ওইদুনসু ফজবা নীংথিবদা মখোয়না

১২। কন্যকাশ্চ পরোঢ়াশ্চ পরকীয়া দ্বিধা মতাঃ।
ব্রজেশব্রজবাসিন্য এতাঃ প্রায়েণ বিশ্রুতাঃ।
প্রচ্ছন্নকামতা হ্যত্র গোকুলেন্দ্রস্য সৌখ্যদা॥ (১৯)

তথা হি রুদ্রঃ —( শৃঙ্গার তিলকে ২।৩০ )

৮। বামতা দুর্ল্লভত্বঞ্চ স্ত্রীণাং যা চ নিবারণা।
তদেব পঞ্চবাণস্য মন্যে পরমমায়ুধম্॥ (২০)

---

লক্ষ্মীগী ফজবা মতৌমকপুম্বু নমহৎখ্রিবী ঙাক্তনি—( অসিগুম্বা বিশেষণ মরি অসিনা বিরোধালঙ্কারদা ( ) গোপীশিংগী হেন্না সভী ওইবী মতৌ, হেন্না ফজবা নীংথিবনচিংবা গুণশিংগী তুংনফম ওইবত্ন ফোংদোকলি। মরম অদুনা মরোল অহম্মকক্তা মথোয়না মপা লৈভনা মচেল্লবী অদুগুম্বী শ্রীকৃষ্ণগী চাম্নথোইবী সখীশিংনা নথোয়গী মুংঙাইবা পীনবীসন্।' মফম অসিদা 'সখী' হায়বা বাহৈনা শ্রীকৃষ্ণমক্তা মায়বা লেৎপ্রবা গুণশিংনা লৈভেংবা, মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণগী লোয়নবী ওইবা অমদি থ্বায়দগী হেনবা লাইবক ফব মতৌ—পুম্নমক অসিবু ফোংদোকলি ( প ২৯৯-৩০১ )।

১৯। পরকীয়াগী মখল অনি ওই মতুদি—চহি লোয়রিবী অমদি থয়া লিয়বী। নন্দব্রজদা লৈবী গোপী পুম্নমক অয়াম্বনা পরকীয়ামক্তনি, মরমদি, অসিগুম্বা পরকীয়া ভাব অসিভনা থ্বায়দগী-হেনবা রস-ফোকলেন ওইবা, অরোনবা লীলা শায়বদা মপা লৈত্রবা অদুগুম্বা ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণগী থ্বায়দগী হেনবা নুংঙাইবা ওইহল্লি।

২০। মতুমক রুদ্রগী বাক্যনা প্রমাণ ভোৌরি—নুপীগী ইকাইথীগনবমচিংবা মশাগী মতৌ, ফংনীংবদা পাক হেক ফংবা ঙমদবা. অমদি অপল-অহই ( অয়েং অথিংনচিংবা ) নচিংবা মতৌশিং অসিনা তম্বা থোক্তুবা কন্দর্পগী খুৎলাইমক্তা ওইহল্লি হায়বদি মতৌশিং অসিনা থুমুম চনশিল্লবা পাম্বৈনি অসুম্না থল্লি। লিপ্পবা মথক্তী, য়োনা রস খঙলবা কবি বিদ্যাপতিগী পদমক্তদসু য়াওরি মতুদি—

ফাওরক্লে চৌথেগী মঙান আভিম্না থক্তা।
মকশিনখয়ে ঙম্না মৈরা পয়েং পুম্বা॥
য়াকায়নয়ে ঙরুজন থাদোক্লমলো শ্যাম।
হৈথোই শিংথোইবী-সখীশিং মকশিন্নয়ে মায়থোং॥

বিষ্ণুগুপ্ত-সংহিতায়াঞ্চ—

৯। যত্র নিষেধবিশেষঃ, সুদুর্লভত্বঞ্চ যন্মৃগাক্ষীণাম্।
তত্রৈব নাগরাণাং, নির্ভরমাসজ্জতে হৃদয়ম্ ॥ (২১)

১০। আঃ কিংবান্যদ্‌যতস্তস্যামিদমেব মহামুনিঃ।
জগৌ পারমহংস্যাঞ্চ সংহিতায়াং স্বয়ং শুকঃ ॥ (২২)

---

থাদোক্লো থীজ্জনা হরি হৌখরে অহিং
নীংজ্জো চেংনা কামদেব উজনবা অমুক ॥ ৯
তো'খিদরে খোইমৃ লৈরাং লৈকাদা
খঙ্‌খিনি খল্লুনা হুরান শাজং মীনা ॥
গুরুজন মতৌশিং খাঙচমদ রাহৈশিং
নাপনুংদা তারোই হি'জগনি শোয়রোই ॥

২১। বিষ্ণুগুপ্তস'হিতাদসু হায়রি—অপন-অথিং য়ায়া লৈবী, শজি মিংতা তাবী অগুগুবী নায়িকা অংতনা ফ'ঙমদবী হায়বসু ওই অদুগা নাগরশি'নদি ( নিপানদি ) মহাক অদূতবু হেন্না হেন্না মিত্তানৈ।

২২। লোয়া থুপ্না উয়বনচিংবা মতৌশিং অসিবু য়াদবা অদুগা গোপীশিংগী পরকীয়া ওইবা মতৌ অসিদসু করিসু লৈতব' অচবা ওইনা লৌবা অগুগুবা মপূক করবা মীশিং অদুদা গুাতুনা অশাউবা রাহৈদা লাইরিক লেংবা অসিনা হায়রি—'ওম্মোকপনি। হিরম অসিদবু করি অমুক হায়রুকম লৈরি? অথোইবা জ্ঞান লৈবশিং পুমমক্লা য়ামরবা শ্রীমদ্ভাগবত স'হিতাদা মহামুনি শুকদেব মশামকসু ব্রজগোপীশিংগী অসিগুবা পরকীয়া ওইবগী মতিক মগুণ অসিতবু খোল্লেল লাউনা শকচত্রিবনি। ম্নোক অসিদা য়াওরিবা 'পারমহংসী' হায়বা শব্দ অসিনা (১) শ্রীকৃষ্ণগী চরণপদ্মগী মকৃ্বা প্রেমরস অদূতবু আস্বাদন তৌনজবা অগুগুবা মহাভাগবতশিংমকনা [ মার্কণ্ডেয়, অম্বরীষ ( উপরিচর ), বসু, ব্যাস, বিভীষণ, পুণ্ডরীক, শম্ভু, প্রহ্লাদ, বিদুর, দাল্‌ভ্য, পরাশর, ভীষ্ম অমসুং নারদনচিংবা শ্রীহরিগী ভক্তশিং—পদ্মপুরাণ ] খঙলবা ওইবনা, (২) পরমাত্মা শ্রীনারায়ণমকসু পরমহংসনি, মহাক্লা ইহানমক হায়া ব্রহ্মবু চতুঃশ্লোকী ( শ্লোক মরি ) ওইনা মশক তাকপিখিবনি; অমনা. পরমহংস ওইবা শ্রীব্যাসদেবনা হায়বিখিবা তাকপিখিবা ওইবনা ভাগবত অসি পারমহ'সী সংহিতানি। মসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনি মদুদি—শ্রীমদ্ভাগবতপু

যথা শ্রীদশমে ( ১০।৩৩।১৯ )

১০। কৃত্বা তাবন্তমাত্মানং যাবতীর্গোপযোষিতঃ।
রেমে স ভগবাংস্তাভিরাত্মারামোঽপি লীলয়া॥ ইতি— (২৩)

১৪। বর্ত্তিতব্যং শমিচ্ছদ্ভির্ভক্তবন্ন তু কৃষ্ণবৎ।
ইত্যেবং ভক্তিশাস্ত্রাণাং তাৎপর্য্যস্য বিনির্ণয়ঃ॥ (২৪)

---

হায়বা, তাকপা তৌখিবা, তাজখিবা, ভাগবতপু লিংথংখিবা-শাগংখিবা ( পুজান-চিংবা কচ্চবা ) অমদি অদুবু ভমজবা, নৈনজবনচিংবা তৌবা পুম্নমক জীবগী কান্নবা তৌবা মীওই হাক্তনি অমসুং খ্বায়গী কোকলেন মক্তনি। 'শুক' হায়বা শব্দনা ব্যাখ্যা তৌবগী নীংথিজবা মতৌবু খঙ্‌হল্লি, খোঙ্গেল বাংনা মহাক্না ঈশৈ ওইনা শক-শোনখ্রিবনি, অচবা মওঙদা হায়খি-হাওখিবা নত্তে, মহাক মশামক্তসু শকখ্রিবনি, সূত-শৌনক-সংবাদ অমদি বিদুর-মৈত্রেয়নচিংবগী সংবাদকী মওঙ্ অদুদা নংখিদে। 'মহামুনি' হায়বা শব্দ অসিনা শ্রীপরীক্ষিতকী সভাদা 'শ্রীনারদ, বশিষ্ঠ, পরাশর, ব্যাসনচিংবমক য়াওবা মফমদা শ্রীশুকদেবতনা শ্রীভাগবতকী ব্যাখ্যান তৌখিবনা মখোয়মক অদুদগীসু মহাক্না থোইদংবা অমদি হায়রকদৌরিবা শ্রীভাগবত পদবু লুনা তৌনফম থোকপা অমসুং প্রমাণ চূড়ামণি ( অথোইবা প্রমাণ তৌনফম ) ওইবদু কোংদোকলি।

২৩। 'ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা 'আত্মারাম' ( মথন্তা পেঙ্গবা ) ওইদুনসু লীলা শান্নবা মতমদা গোপ-নুপীশিংগী মশীংগা মান্নবা মূর্ত্তি মন্নাম লৌদুনা মখোয়গা শান্নখি।' পদ্য অসিগী 'অপ' ( ওইরগনসু ) হায়বা শব্দ অসি শিজিন্নবগী মরম অদু উৎলি—( সিন্ধু ১।৭।১০ ), আত্মারাম হায়বা শ্লোক অসিনা মশাদা অবিদ্যা পক্তবা মুনিশিংমক্তসু শ্রীকৃষ্ণদা অহৈ-তুকী-ভক্তি ( মরম লৈতবা ভক্তি ) কচ্চবদু পুম্নমকপু চিংশিনবা হৌবা অদুওবা শ্রীহরিগী গুণ অদুহনা ওইবনি অসুম্না হায়নবওম্না মতাং অসিদসু আত্মারাম-মক ওইদুনসু শ্রীভগবাননা গোপীশিংগা শান্নখিবদি মখোয় অদুগী প্রেম-মাধুর্য্য অমদি জগোই-ঈশৈনচিংবা কলাদা হৈশিংবা অসিনচিংবা তাইবঙ মীয়মলেনগী মতৌ নত্তবা অমদি অঙকপা কৌবা লাইমকপুসু হুকহন্নবা ওইবা অদুওবা গুণগী মপৈ অদুভম্না ওইখিবনি, অতৈ অমনা থক নংখিদে।

২৪—২৫। মতাং অসিদা চিংনফম থোকপদি—ফরে, প্রচ্ছন্নকামুক ( অরোনবা লীলানচিংবা ) নচিংব' ফংঙমগ্রবা লীলা কন্না শান্নবা ফংবনা গোপী-

১৫। রামাদিবদ্বর্ত্তিতব্যং ন কচিদ্রাবণাদিবৎ।
ইত্যেষ মুক্তিধর্ম্মাদিপরাণাং নয় ঈর্য্যতে ॥ (২৫)

তথা চ তত্রৈব ( ভা ১০।৩৩ ৩০, ৩৬ )—

১১। নৈতৎ সমাচরেজ্জাতু মনসাপি হ্যনীশ্বরঃ।
বিনশ্যত্যাচরন্মৌঢ্যাদ্‌যথাহরুদ্রোহব্ধিজং বিষম্ ॥ (২৬)

১২। অনুগ্রহায় ভক্তানাং মানুষং দেহমাশ্রিতঃ।
ভজতে তাদৃশীঃ ক্রীড়া যাঃ শ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ ॥ (২৭)

---

শিংনা খ্‌ায়দগী হেল্লি হায়বসিবুদি অশেংবনি, অদুবু ( গী ৩।২১।২৪ )—'মথক থোংবশিংগী শাজং-লোনচংতি মখাগী মীওইনসু তম্নীংঙাই ফিদম ওইরকই', 'ভগবানমক্না থবক থোৗরবদি মী পুম্নমক অমত্তসু মথোঙ খঙলরোই' অসিনচিংবা গীতাগী বাহৈনা প্রমাণ ওইনবা তাববদি জীবপানবা পুম্নমক অসিসু পরকীয়া নায়িকাগী মায়কৈতদা লোইনা চেনশিন্নথরো হায়রিবরা ? মসিগী সমাধানদি—'মাইফনীংবা জীবশিংনা ভক্তগী শাজং চংকদবনি' কৈদোউঙেদসু শ্রীকৃষ্ণগী মতৌবুদি থক মখোয়না তমলুবা তৌরোইদবনি'—অসুম্না হায়বা মত অসিদি ভক্তি-শাস্ত্র পুম্নমক্না তশেং তশেংনা লেপ্পবা মতনি! অমরোমদসু রামনচিংবগীদি শাজং লোগনি, রাবণ-নচিংবগুম্বগীদি নত্তে,''—হায়বা অসিগুম্বা চংনবী নীতিশিং অসিসু মুক্তি পাম্বা অমদি ধর্ম্ম তাম্নীংবা মীওইশিংদা চুম্নগী তৌন-লোনচংশিং অদুতবু লোননবা তাকপনি ; মুক্তি পাম্বা মীনা শ্রীরামগী 'শান্ত' নচিংবা গুণ, ধর্ম্ম তানবা কাঙবুনা মাগী ধর্ম্মগী ওইবা লোনচং শাজং অগুগা অর্থকামী ( মরলমথূমনচিংবা চাওখৎপা পাম্বা মী) না র'মগী নীতিগী শরুক অহ্ন লোগনি ! অশেংবমক্তি মসিমকসু ভক্তশিংগী কাদদি লোনরুক্ষম, তৌনরুফম থোক্তে।

২৬। শ্রীমদ্ভাগবত ( ১০।৩৩।৩০, ৩৬ ) তা নৈ - অনীশ্বর ( দেহাদি—পরতন্ত্র—ঈশ্বর নত্তবা অভোনবা ) ওইবা জীবশিংনদি অসিগুম্বা মনীং তৌবা শাজং মতা অসিবু কৈদোউঙেদসু থক মপূক্লীংদ ফাওবা খল্লরোইদবনি, মরমদি পঙ্‌বনা মরম ওইদনা ঈশ্বরগী মতৌ তমলূরবদি মহাক অহ্ন লেপ্লমক মাঙই। খূদম ওইনা—মহাদেবনা, সমুদ্রনৈবদা থোকপা হু অদুবু থকচিনখি—অসিনি হায়দুনা জীব অমনা মতৌ তমহুনা থকলূরবদি মাগী করি থোক্কনি ?

২৭। মতাং অসিগী শঙ্কা তৌফম থোকপদি—ভগবানদি মতিক-মগুণ চাউবনি, খঙদ-উদবা থক লৈতবনি, অদুনা মাগীদি পরকীয়া রস চুম্নদা করিসু দোষ

লৈবা নত্তে হায়রবসিবুদি চুমলে অদুবু 'ফত্তবা মী ফাওবনা কান্নবা পান্দম অমা লৈতনা করিগুম্বা থবক অমত্তবুসু খক তৌনীংঙুবা লৈতে'—অসিগুম্বা ন্যায় অসিগী মতুংইন্না খণ্ড্দ-উদবা কৌবা লৈত্রবা, জীবপানবা পুম্নমক্কী ফননবতা থনবিবা অদুগুম্বা ইবুংঙো মহাকমক্তা, রাখল থেনবা মীতনা পান্নগদবা ওইবা, হংগোইনফম থোক্লবা অসিগুম্বা শাস্তং অসিমক্তি কমদৌনা চংপিবিবনো? মরমদি, পরকীয়া রস চুম্নতনা ং ংনি থনবা নত্রগা মদুবু দোষকী মশক্কি হায়না লৌবা, মরম অনি অসিমক অপুত্রবা মীগী মফমদদি মাঙ্নবতগী মশক্কি হায়রবসি হান্না হায়ব্রবা ওইবনা। ৫ ৩° অসিবু খণ্ডন তৌরগা ( কল্লগা ) অহোম্নগম থোজানবীহৈবা অমদি হায়ফম খং নবা মওঙ্গী পরম-রসিক-চূড়ামণি ওইবা মহৌ অদুবু উৎপিবি মহৃদি—পৃক্লাং হন্চাং পুম্নমক শ্রীভগবানতদা লূপচহ্না অমদি খ্বায়দগী হেল্লবা গোপীভাবকী ফজবা, নীংথিবা মতৌ অদুবু তাজবা ফংহ্না মহৃতগী রাগমার্গ অদুবু খংথেংনা পামজববা অদুগুম্বা মধুর-রস-গী ভক্তশিং অহৃগী মফমদা থোজাল উৎপিগে হায়রবগীদ-ক চেক তাবদা মীওইবা জীবনা শ্রীভগবানদা পৃক্লাং হাপচবা গুমগদবা অদুগুম্বা মওংগী নীংথিববা লীলা অহৃ হেক হেক শংন্নবিরিবনি। মধুর-রসদা লূপচবা ভক্ত নওনদি অতোপ্পা মথলগী—শান্ত, দাস্য-নচিংবা ভক্ত মথল মবি অমদি বাস লীলাবু তাজবগী মতিক চাবা হায়রবহৃ ওইদে, প্রকরণ খায়দোকপদা ( হায়রবদি রাসলীলানচিংবা মধুর রস-গী প্রকরণদা ৩ য়রবা ওইবনা ভক্তশিংগীদি হায়বিবা রস অহৃতনা মতিক চানজবনি ) অমদি বিভাবনচিংবা তোঙাম্নবা মশক তৌপ্পনা (আলম্বন অমসুং উদ্দীপন-নচিংবগী মশক তোপ্পবনা) শান্ত, দাস্যনচিংবা ভক্তশিংগীদি মসিনা মথেংযনা পামলিবা রস অহৃ খক ওইদে। হায়রিব বাগমার্গ অসিদি খ্বায়দগী হেল্লবা, প্রেমগী অরোইবা গুমথৈ য়ৌরবা, মতম পুম্নমক্তা অহৃম মধুর ওইনজ লৈবা, (ভা ১০।৪০।২৫ ৫৮,৬১) ব্রজদেবীশিংগী মকা নত্তনা অতোপ্পা অতৈ মফম কদাইদসু মঙ ফাওবদা তাঙম-উঙমলূদবা অমসুং মদুবু খ্বায়দগী হেনবনি খণ্ড্নো শ্রীমান্ উদ্ধবনাচংবা ভক্ত অমদি শ্রীরুক্মিণীনচিংবী ইবেম্মশিংমক্লসু মিতানজফম ওইনরিবনি। মরম অহৃনা মধুর রসদা লূপচরিবা ভক্তশিংদা অসিগুম্বা রাসলীলানচিংববু তাহন-বীহৃনা মথোয়বু অসিগুম্বা রাগমার্গ অসিদা চঙ্শিনহনবীনবগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা ম্নাম্নমক থোজানবীহৈবা মতৌনা পাউতাক পীনবীখি। মপানথোংগী মিৎয়েংদদি অতোপ্পগী নুপীদা খোম্নদাবগী মশক ওইনত্তা উনবা অসিগুম্বা মশান্না ( লীলা ) অসি শান্নবসিনা ইবুংঙো মানা নুনা চান্না তৌবীরবা মধুর-রস-ভক্তশিংগী মফমদা

১৬। শ্রীমুখেন তু মাহাত্ম্যমাসাং প্রাহ স্বয়ং হরিঃ (২৮)

যথা তত্রৈব ( ভা ১০।৩২ ২২ )—

১৩। ন পারয়েঽহং নিরবদ্যসংযুজাং
স্বসাধুকৃত্যং বিবুধায়ুষাপি বঃ।
যা মাভজন্ দুর্জ্জরগেহশৃঙ্খলাঃ
সংবৃশ্চ্য তদ্বঃ প্রতিযাতু সাধুনা ॥ (১৯)

---

খ্বায়দগী হেন্না কুপা পীনবীবগী মতৌ অদুবু উৎপিরি। অমরোমদা অসুম্না অতোপ্পী নূপীগা লীলা শান্নবিগনি হায়না য়াথং তাকপিখিবা অহ্নসু থুপলেন থুপ্পা লীলাগী মতৌ, মতুদা লৈরিবা অথোইবা রস-গী মশক, অচম্বা মীওইশিংনদি মদুবু কৈদৌঙৈদসু খঙ্‌লুফম থোক্তবা অমদি পূম্নমক্তগী হেন্না তাঙ্‌না ফংন-নীংঙাই ওইবা অহ্নগুম্বা মতৌবুসু ফোংদোকলি। 'পূক্নী' হকচাং হুবা অতৈ লীলা কনমক লৈহ্নসু রাস লীলাগী বারমদি চুম্না নীংশিংলুবতদসু ঐগী পূক্নীংনা করি মওঙ্‌ ওইরকপা মহ্ ইশামক্না খঙ্‌জদে'—বৃহদ্বামন পুরাণদা শ্রীভগবাননা অসুম্না ভক্তীংঙাইগীমশক ওইবা রাসলীলানি অসুম্না তাকপিখি, ( সিন্ধু ২।১।২১০ ) পদ্যদা হায়রিবা অসিগুম্বা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অনুভাব ফোংদোকপা মতৌ অসিনা অথোইবা রস-খঙ্‌বা, মধুর-রস-তদা লপ্পা অহ্গুম্বা ভক্তখিবীক্না মাগী মখোঙ্‌মক শোক্না পূজা কৎনজফম ওইরবা শ্রীশ্রীরূপ-গোস্বামি পাদনসু মাগী পূক্নীংদা ফাওহ্না খঙ্‌বিখিবা মতুংইন্না রাসনা ফিদম ওইনবা অসিগুম্বা পরকীয়া-রসকী মশক ওইবা অথুপ্পা পীলা অসিভনা পূম্নমক্তগী হেনবনি হায়বসি অয়াম্বা লাইরিক্তসু কয়ারক হন্না তাকপিরকপ্রবনি।

২৮। সিদ্ধান্তনা মরম ওইহ্না চিংনবা পূম্নমক কোকহল্লগা গোপীশিংগী থোইদোকপী মতিক-মগুণশিংগী মরমদা অমুক হায়রি—স্বয়ং শ্রীহরিমক্নসু গোপী-শিংগী মহিমাগী মরমদা তাকপিখিবা লৈ—

২৯। 'হে গোপী পূম্নমক। নখোয়না তৌরিবা অকবতনা মাঙ্‌ওইনবা থবকশিং অসিগী মতিক চাবা লম্নদি ঐ অসিনা লোইবা নাইদবা পুন্সী অমা কংহ্নসু থক শিংবা ঙম্মরোই। মহ্নগী মরমদি—নখোয়গা ঐগা অসুম্না লোয়নবা অসিদা কামগী মশক ওইনা উহ্নসু মহ্না ঐগীদমক্তা ওইবা শেংলবা প্রেম অহ্ ওইবনা থক দোষকী মশক ওইবা লৈতে, করিনা হায়ববু—কন্নবা য়োহ্নিংগা

১৭। উদ্ধবোঽপি জগৌ সুষ্ঠু সর্ব্বভাগবতোত্তমঃ॥ (৩০)

যথা ( ভা ১০।৪৭।৬১ )—

১৪। আসামহো চরণরেণুজুষামহং স্যাং
বৃন্দাবনে কিমপি গুল্মলতৌষধীনাম্।
যা দুস্ত্যজং স্বজনমার্য্যপথঞ্চ হিত্বা
ভেজুর্মুকুন্দপদবীং শ্রুতিভির্বিমৃগ্যাম্॥ (৩১)

---

পাংথক ওইববা কল্লবা য়ুমগী অফ -অপুন পূম্নমকপু থদংলম্লগা ঐঙোন্তদা চঙজরক-খিবা ঙাক্তা ওইবন । মরম অদুনা নখোয়না তৌবা—অফবা গুণতনা তিল্লবা থোদোথোওঙ্শিং অদুনা, নখোয়গী নীংথিরবী লমচৎ-শাজৎশিং অদুভনা ঐ অসিবু লম্মন তোন্দবা গুইহমবীগদবা মঙায়, ঐ অসিনদি অতোপ্পা করিগুম্বা লম্মন-মথুম অমনা মদুবু থোকহল্লুবা ঙমগদবদি ওইদ্রে মবমদি—নখোয়গুম্না ঐনদি ঐগী ইশা অসিবু শক কখোকখিবা লৈখিদ্রি, ঐগী থম্মোই অসিনা অম্মাম্বা নায়িকা পূম্নমক্তা চাই-থোক্তুনভা অসুম লৈবন অদুগীসু মথক্তা মতম পূম্নমক্তা খায়ক্তী-খায়বুংগী ভাব য়াওদনা ঐনা নখোয়ভবু চুম্না অ ম নীংনভা লৈজবহু থক ঙমদবনা।

৩০ ৩১। অহোইনা ভাগবত ( ভগবানগী ভক্ত ) ওইবা শ্রীউদ্ধব মহাবাজনসু ব্রজগোপীশিংগী বাংলবা মহিমাবু খে ঙেল রাংনা শবখিবা লৈ—'ওস্থোকপনি। ( ফংলরোইদবা অপাম্বগীদমক থাবা খোস্থে ক ) অসিগুম্বী ব্রজগোপীশিং অসিগী খূয়' উফুম্না লৈতেংনবী শ্রীবৃন্দাবন অসিগী উবী-রারীগী মশক ওইববা ওষধি ( হায়বদি মহৈ য়াল্লগা শিবা ওইবা পাম্বী ) পাম্বীশিং অসিগী মবক্তা অমত্তং ওইনা পোকচরম্বা ফংলবদিকো—।' শ্রীবৃন্দাবন অসিতনা অদুগুম্বী গোপীশিং অদুগী, চখোক-চংশিন তৌবদা নকশিঞ্জবা মফম হায়বদু ওইবনা অতোপ্পা অমদদি পোক্লীং-লূদবনি। অচৌবা উপাল ওইনা নিরুবগীদি কাম্নবা লৈতে মরমদি, হেন্না রাংখৎ-প্রবনা মখোয়দি গোপীগী খূয়া উফুনবু থক ফংলুবা ঙমদে। উবী-রারীমক্তগীসু নাপীনা অমুক নেমথবা হেল্লি, মরম অদুনা মশাগী অতোনবা মতৌ ফোংদোক্তুনা নাপী ওইনা পোকচগে হায়বসিনা মপূক্লা পামজরিবা মতৌ অদুমকপু অদুম্মক থঙহল্লি। অসুম তৌনা গোপীগী মহিমাবু কীর্ত্তন তৌরবদসু য়ায়মক লাঙ্তক্লবা মওঙ্দা অমুকসু শকলি—গোপীশিংদি, শ্রুতি খিবীক্তী বিচারনা অমদি শ্রুতিশিং অদুমক্লা পরমপুরুষার্থগী ( য়োনা মহৈ য়ানবা ) মশক ওইনা কোয়না থিনরিব'

· ১৮। মায়াকলিততাদৃক্স্ত্রীশীলনেনানসূয়ুভিঃ।
ন জাতু ব্রজদেবীনাং পতিভিঃ সহ সঙ্গমঃ॥ (৩১)

অহুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী চরণতবু মতম পূম্নমক্তা থক থাদোকপা লৈতনা, চেৎনা মরাং কায়না কোম্নজবী ঙাক্তনি। মসিগাদ- ঙনি গোপীশিংনা শাগৈ নাতৈ (মীরমশেনগী ওইবা শৌন-লোনচৎ) অমদি বেদগী পাউতাক-লম্বী পূম্ন- কপু লায়না থাদোক্লরক-খ্রিবা। শাগৈ নাতৈ অমদি বেদগী লম্বা থাদোকপা হায়বসিদি থক তরাইবা থবক নত্তে, উদ্ধব মহারাজখোয়মকসু মং ঙংশিদে, মখোয়দি সবমহালোকসার (লোক পূম্নমক্কী কান্নবা ওইবা) অং দি সর্বংহ বেদসারগী (বেদ অপূম্বগী মচি ওইবা) মশক ওইনা শ্রীকৃষ্ণবু নীংজখিবতনি। মরম অহনা মখোয়গী ভজন মতৌ অহুদা রাগনা মরু ওইবা হায়বদি নংখিদবনা অসিগুম্বী গোপীশিং অসিতনা, মখোয়গা মান্নবা অমা লৈত্রবা খমথেংনা রাংলব অহুগুম্বা রাগতনা য়োম্নবী হায়বহু ওই।

৩২। মতাং অসিগ শঙ্কাদি—য়ারগে ফবে, অতংপা লৈতনা রাগমার্গতদা লেঙ্দনা লৈজবা সাধক-ভক্তশিংতগী মকাদা চানবীংনা শ্রীকৃষ্ণনা মথল মথলগী লীলা পূথোকপিহনা মখোয়বু ইবুংঙো মাগী মান্নকৈতদা চেন্না চেন্না অসুম থোগৎ-পিবতমক থংই—মহুমক তৌফম থোকপনি, অদুবু (ভা ১০।২৯।২৮) স্বর্গ ফংলোইদবা, নিংচৎ থীনীংঙ ই ওইবা অসিনচিংবা রা হায়হনা পরোঢা-নায়িকাবু (মীগী নুপীবু) লৌশিনবীখ্রিবা মতৌ অহুমক্তি অচম্বা মীওইশিংমক্সু মদুবু খাহংমজরক্কবা মতৌ অমা ওইহল্লি, রসিক-চূড়ামণি ওইবা অমদি তাইবং-পানবা পূম্নমক্কী ফিদম্ফম ওইবিবা অহুগুম্বা স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণ অহমক্কী মফমদা মসিনা কোকঙম-ত্রবা মায়হিংগুম থোক্লোইদবরা? পাউখুম—মহু নত্তে. লক্ষ্মীনচিংবী অথোইবী লাইরেম্বীশিংমক্সু কল্লক্কম ওইবী, প্রেমগী লম্না লল্লোইনবী (প্রেমসৌভাগ্যনা লৈতেংনবী), সতী অথোইবীগী মতৌনা তিনবী, শ্রীকৃষ্ণগী চান্নথোইবী অহুগুম্বী গোপীশিং; অহগা মখোম্নগী মপুন্নোয়বনি হায়রিবা গোপ-নিপাশিং অহুগদি মথক্তা হায়ত্রবা নিরম অহুগী মতুংইন্না অহু অহুগুম্বা রসশিং অদুবু আস্বাদন তৌনবগীদমক্তা ওইনা পতি-পত্নীগী (মতৈমনাউ) মতৌদং মান্না থোকহনখিবতনি (অভিমান মাত্রনি); তশেংবদি মখোয়গী মরক্তা হকচাংগী ওইনবা সম্বন্ধ (যৌনসম্বন্ধ) অহু করিমু লৈখিবা নত্তে; অভিসারনচিংবগী মতাংদা যোগমায়ানা ওইখিবী, মওং-মতৌ পূম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবীশিং অহুগা চপ চপ মান্নবী (ছায়ানা ওইবী) অহুগুম্বী

তথা হি শ্রীদশমে ( ১০ ৩৩।৩৭ )—

১৫। নাসূয়ন্ খলু কৃষ্ণায় মোহিতাস্তস্য মায়য়া।
মন্যমানাঃ স্বপার্শ্বস্থান্ স্বান্ স্বান্ দারান্ ব্রজৌকসঃ ॥ (৩৩)

তত্র **কন্যকা** :—

১৯। অনূঢ়াঃ কন্যকাঃ প্রোক্তাঃ সলজ্জাঃ পিতৃপালিতাঃ।
সখীকেলিষু বিস্রব্ধাঃ প্রায়ো মুগ্ধাগুণান্বিতাঃ ॥ (৩৪)

২০। তত্র দুর্গাব্রতপরাঃ কন্যা ধন্যাদয়ো মতাঃ।
হরিণা পূরিতাভীষ্টাস্তেন তাস্তস্য বল্লভাঃ ॥ (৩৫)

---

নূপীশিং অত্তগা লোয়নবা গোপশিংনা চামিন্নে, থকমিন্নে, লৈপুন্নে ; মরম অদুনা মখোয়না করিগুম্বদ শ্রীকৃষ্ণগী দোষ উকনবা ঙাম্বা থক লৈখিদে।

৩৩। হিরম অসিদা শ্রীশুকদেবগী ৱাহৈনসু প্রমাণ তৌরি মতুদি— "ব্রজবাসিশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী করিগুম্বা দোষ অমত্তসু পুথোক্লখিবা লৈতে মরমদি, শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা পুথোকখিবী ছ'য়া ওইবী নূপীগী মূর্তিশিং অদুবু মাগী মাগী মনাক্তদা অতম লেঙ্‌দনা লৈবী মশাগী নূপী অঃমক্তি থনখি। মতুগীসু অমুক মরম লৈরি মতুদি—গোপশিংনা অঃগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মায়া অদুদা তুম্মংখি। মনাক্তা শাগোন্নরিবীশিং অদুগী মওঙ্ মতৌসু ( যোগমায়াগী পাংগলনা ) গোপীশিংমক্তা চামিন থকমিন্নবা অমদি লৈপুন ওইনবনচিংবগী অভ্যাস অদু নত্তনসু অদুম্মক ওইথোকপা য়াই। মতম মতম অত্তদা শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী গোপীশিংদি রাস-লীলা য়াওদুনা লৈখিবনা অসিগুম্বা থোদো থৌওঙশিং অসিদদি যোগমায়াগী থৃংশেম অদুবু তঙাইফদনা অদুম্মক য়ানফম থোকই।

৩৪। **কন্যকা—পরকীয়া মখল অনিগী মরক্তা** লুহোঙ্‌দ্রিবী, ইকাইথীবী, মপানা য়োক্লিবী, চিংনবা লৈতনা মমান্নবীশিংগা কোয়না শান্নদুনা লৈরিবী **অমদি** মুগ্ধা-নায়িকাগী গুণনা তিল্লিবী ( পঙ্‌জরিবী—শৃঙ্গাররতিগী মরম থঙ্‌জদ্রিবী ) **অদুগুম্বী** নূপীমচাশিং **অদুবু** 'কন্যা' হায়না থঙ্‌নৈ। **করিগুম্বদসু** কনাগুম্বীনা প্রখরা-স্বভাব (খরা হেঞ্জিনবা মগুণ চেনবী) **ওইবদগী মখোয় অসিগী মরক্তা** 'মধ্যা-নায়িকা'গী মতৌনা তিনবসু ময়াওরকই।

**৩৫। ব্রজদা শ্রীমতী রাধিকামচিংবী—দেবীবু ঈড়াৎ-পূজা তৌজখিবী কুমারীশিং অদু 'কন্যানি'। —হে কুমারী পূম্নমক ! নখোয় পূম্নমক ব্রজদা হন্নখরো,**

যথা— ১৬। বিস্রব্ধা সখি ! ধূলিকেলিষু পটাসংবীতবক্ষঃস্থলা
বালাসীতি ন বল্লবস্তব পিতা জামাতরং মৃগ্যতি।
ত্বন্তু ভ্রান্তবিলোচনান্তমচিরাদাকর্ণ্য বৃন্দাবনে
কূজন্তীং শিখিপিচ্ছমৌলিমুরলীং সোৎকম্পমাঘূর্ণসি ॥ (৩৬)

**অথ পরোঢ়া**

২১। গোপৈর্ব্যূঢ়া অপি হরেঃ সদা সম্ভোগলালসাঃ।
পরোঢ়া বল্লভাস্তস্য ব্রজনার্য্যোঽপ্রসূতিকাঃ ॥ (৩৭)

যথা— ১৭। কাত্যায়নীকুসুমকামনয়া কিমর্থং
কান্তারকুক্ষিকুহরং কুতুকাদ্‌গতাসি ?
সদ্যস্তনং স্তনযুগে তব কণ্টকাঙ্কং
পত্যুঃ স্বসা সখি ! সশঙ্কমুদীক্ষতেঽসৌ ॥ (৩৮)

---

নখোয়গী অপাম্বদ্ শোয়দনা থুংগনি' অসিনাচ'বা শ্রীকৃষ্ণনা পীনবীখিবা বর অসিনা মরম ওইদুনা মখোয়না নীংজবা থুংজখি ( শ্রীকৃষ্ণবু ফংজখি )—মরম অদুনা মখোয় অসিসু শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী মক্তনি।

৩৬। শ্রীকৃষ্ণগা মরী থোক্লবী কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমনা শ্রীকৃষ্ণগী মুরলী মখোন তাবদগী ভাব অমা তৌরক্লবী গোপ-লৈশাবী অমদা হায়রকই—'হে সখি ! কয়াদ ঙক্লিবা ! নঙ্দি হজীকসু লৈঙোই মৎক্তদা য়াওন্দুনা শান্নবা য়াম্না পামজ-রিবীনি, হজীকফাওবদা থাবোম অদুবুসু ফিনা খুমজিন্দরি ; নঙ্বু পোকপা পম্মোনদি নঙ্বু অঙাং ওইরি হায়দুনা মঙ্গাক ওইননবা কনাবুসু থিরুবা তৌদ্রি ॥ অদুগুম্বা ফিবমদা লৈরিবী নহাক্না বৃন্দাবন উমংদা য়াহোং মতুনা মকোক্কী লৈতেং ওইনবা শ্রীকৃষ্ণগী মুরলী খোম্বাঙ্দদি নমিৎ ননাদ্ হেক ইথক থকপমথৈ নশা ফাওবা নীকহন্দুনা অসুম কোয়না চৎলিবোইরেকো।

৩৭। পরোঢ়া—গোপশিংদা লুহোঙ্লবী ওইদুনসু শ্রীহরিতগী লৈপুন লালসাদা ( অপাম্বদা ) লূপচবী, মচানচিংবদি চেন্দবী অদুগুম্বী ব্রজগী নূপীশিংবু 'পরোঢ়া' হায়না কৌই।

৩৮। শ্রীকৃষ্ণগা শান্নমিন্নরুবদগী বৃন্দাবন উমংদগী থোরক্ত্না য়য়ুম মায়কৈ পাংলকপী চন্দ্রাবলীগী থাবোম অনিমক্তা লৈপুন-খুদম উবদগী মনম্না চিংনরবদা পন্নানা লৌশিং তৌদুনা চন্দ্রাবলীদা হায়রকই—'সখি ! কাত্যায়নী পূজাগীদমক

২২। এতাঃ সর্ব্বাতিশায়িন্যঃ শোভাসাদ্‌গুণ্যবৈভবৈঃ।
রমাদিভ্যোঽপ্যরুপ্রেমমাধুর্য্য-ভরভূষিতাঃ॥ (৩৯)

তথা চ শ্রীদশমে (১০।৪৭।৬০)—

১৮। নায়ং শ্রিয়োঽঙ্গ উ নিতান্তরতেঃ প্রসাদঃ
স্বর্য্যোষিতাং নলিনগন্ধরুচাং কুতোঽন্যাঃ।
রাসোৎসবেঽস্য ভুজদণ্ডগৃহীতকণ্ঠ-
লব্ধাশিষাং য উদগাদ্‌ব্রজসুন্দরীণাম্‌॥ (৪০)

---

লৈ থিবা চৎপদা করিগীদমক্তা নঙ্‌না ইথৌ থোবা শানা অশূকপা, অকুংবা উরক্তা চঙ্‌শিল্লুরিবনো? নঙ্‌গী থাবোম অনিমক্তা তিংখংনা হুক্লীক্তা খোগায়বিরকখিবগী ময়ি লৈরিবগ্ন উরগা ননম্মা ইবেম্মা অসিনদি চিংন-কোঙ্গোয় হুক্তনা অসুম মূম্না মূম্না য়েংহুনতা লৈরিবসি নঙ্‌দি উদবরা?

৩৯। অসিগুম্বী পরোঢ়া ওইবী ব্রজদেবীশিং অসিদি নীংথিবা ফজবা গুণদা অমদি মতিক মঙান্দা (পরকীয়া ওইবী কন্যাশিংমক্তগীসু) থোইগৎপীনি অমসুং মন্নং লক্ষ্মীমক্তগীসু মখোয়না হেন্না মহাপ্রেমমাধুর্য্য তিনবীনি।

৪০। উদ্ধবনা হায়রকই—'ওম্বোকপনি! লাংঙরীক-মরুমতা মচাউবা ঐখোয়গী বাদি থমখো, পূক্লীং হকচাং অমত্তা ওইরিবী লক্ষ্মীদেবীমরুসু অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী থৌজান অসিবুদি থক ফংখিবা লৈখিদরি—মতাং অসিদা 'থৌজান' বাহৈ অসিবু পূক্লীংগী নুংঙাইবা মতৌ ফোঙদোকপনি খঙগনি। অসিগুম্না 'লক্ষ্মীমকি মরাইবক্তা তমখিদে' হায়বসিনা, থম্বাল লৈনম চেনবী, সনা কুচু মানবী, বৈকুণ্ঠদা লৈবী, মর্ত্ত্যলোককী লীলানচিংবদা চঙ্‌খোম্না হৈথোই-শিংথোইবী অত্নগুম্বী নূপীশিং অত্ননসু মসিবু লেপ্পমক ফংখিবা লৈতে হায়বা খঙ্‌লবনা হিরম অসিদা প্রাকৃত স্বর্গদা লৈবী অয়গুম্বী নূপীশিংগী বাফমদি থক পুশিল্লুবা য়াদে। থৌজান অত্নমক্তি—শ্রীলক্ষ্মীমরুসু ফংঙমদ্রবা, অথোইবা য়াগগী মশক ওইবদগী অঙকপা খিবীকমকীসু ঙরুবা ওইবা অত্নগুম্বা য়াসোৎসবনচিংবা লীলাশিংদা কামগীসু কাম ওইবা—লক্ষ্মীমরুসু ফংঙম উঙমজদ্রিবা অত্নগুম্বা শ্রীকৃষ্ণমকী নীংথিরবা পাম্বোম অনিনা চেংলো চান্না মঙক্তা কোনশিনবীয়বী অত্নগুম্বী ব্রজগী নীংথিবীশিংনা ফংখিবা নুংঙাইবা-ইরাং মখল অত্নবুদি তশেংনমক লক্ষ্মীমরুসু ফংজঙমদ্রিবমক্কি। লক্ষ্মীমকপুসু হহবা

২৩। তাস্ত্রিধা সাধনপরা দেব্যো নিত্যপ্রিয়াস্তথা ॥ (৪১)

**তত্র সাধনপরাঃ**—

২৪। স্যুর্যৌথিক্যস্তযৌথিক্য ইতি তত্রাদিমা দ্বিধা ॥ (৪২)

**তত্র যৌথিক্যঃ**—

২৫। যৌথিক্যস্তত্র সংভূয় গণশঃ সাধনে রতাঃ।
দ্বিবিধাস্তাস্তু মুনযস্তথোপনিষদো মতাঃ ॥ (৪৩)

**তত্র মুনয়ঃ**—

২৬। গোপালোপাসকাঃ পূর্ব্বমপ্রাপ্তাভীষ্টসিদ্ধয়ঃ।
চিরাদুদ্বুদ্ধরতয়ো রামসৌন্দর্য্যবীক্ষয়া ॥ (৪৪)

২৭। মুনয়স্তন্নিজাভীষ্ট-সিদ্ধিসম্পাদনে রতাঃ।
লব্ধভাবা ব্রজে গোপ্যো জাতাঃ পাদ্ম ইতীরিতম্ ॥ (৪৫)

২৮। কথাপ্যন্যা কিল বৃহদ্বামনে চেতি বিশ্রুতিঃ।
সিদ্ধিং কতিচিদেবাসাং বাল্যাবস্থে প্রপেদিরে ॥
ইতি কেচিৎ প্রভাষন্তে প্রকটার্থানুসারিণঃ ॥ (৪৬)

---

উৎপা 'ব্রজগী নাংথিবী' হায়বা বাহৈ অসি খঙহল্লিবদি ( ব্যঞ্জনা বৃত্তিন ) মখোয়গী ফজবা নীংথিবা মতৌনা শ্রীলক্ষ্মীদগী য়াম্না হেন্না য়াংই হায়বনি।

৪১—৪৬। পরকীয়া নায়িকা মথল অহুমনি মদুদি—**সাধনপরা**, **দেবী** অমসুং **নিত্যপ্রিয়া**। মসিগী মনুংদা 'সাধনপরা'গীসু অমুক অনি থোক্লি—**যৌথিকী** অমসুং **অযৌথিকী**। যৌথিকী হায়বদি সজাতীবর্গতবু ( মায়বা কাণ্ডবু ) খঙনৈ। মখোয় অসিনা মাগী মাগী কাণ্ডবুগা তিন্নরা সাধন তৌমিন্নৈ। যৌথিকীগীসু অমুক মথল অনিনি—**মুনিচরী** অমসুং **শ্রুতিচরী**। মসিগী মনুংদা মুনিচরিগী মশক্তি—পদ্মপুরাণদা হায়বা মতুংইননা দণ্ডকারণ্যদা লৈবা মুনি খরনা—হায়দি গোপাল উপাসনা তৌরম্লবসু মখোয়না তাল্লিবা পংথৈ অহু থক ফংজবা ঙম্লমদে। মতুং য়াম্না কুইথরগা শ্রীরামচন্দ্রগী নীংথিবা মতৌ উবরক্লবদা কাইনথণ্ডদা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণদা রতি লৈবা হৌরকখি অমসুং লোয়নননা মখোয়না পামজরিবা পংথৈ অদুবু ফংজনবা অকনবা সাধন কয়া তৌজরবা তুংদা প্রেম-ভক্তি-ভাব ফংলক্তনা মবৈদা ব্রজগোপী ওইনা মপোক্ত ঊয়জরকল্লিবনি। অতপা বৃহদ্বামন

অথ উপনিষদঃ—

২৯। সমন্তাৎ সূক্ষ্মদর্শিন্যো, মহোপনিষদোঽখিলাঃ।
গোপীনাং বীক্ষ্য সৌভাগ্যমসমোর্দ্ধং সুবিস্মিতাঃ॥ (৪৭)

৩০। তপাংসি শ্রদ্ধয়া কৃত্বা প্রেমাঢ্যা জজ্ঞিরে ব্রজে।
বল্লব্য ইতি পৌবাণী তথোপনিষদী প্রথা॥ (৪৮)

অথ অযৌথিক্যঃ—

৩১। তদ্ভাববদ্ধরাগা যে জনাস্তে সাধনে রতাঃ।
তদ্‌যোগ্যমনুরাগৌঘং প্রাপ্যোৎকণ্ঠানুসারতঃ॥ (৪৯)

৩২। তা একশোঽথবা দ্বিত্রাঃ কালে কালে ব্রজেঽভবন্‌
প্রাচীনাশ্চ নবাশ্চ স্যুরযৌথিক্যস্ততো দ্বিধা॥ (৫০)

৩৩। নিত্যপ্রিয়াভিঃ সালোক্যং প্রাচীনাশ্চিরমাগতাঃ।
ব্রজে জাতা নবাস্ত্বেতা মর্ত্ত্যামর্ত্ত্যাদি-যোনিতঃ॥ (৫১)

---

পুরাণদদি অতোপ্পা অমা ওইনা ভাবঃ লৈ মতুদি—ব্রজদা পোকখিবী মুনিচরী-গোপীশিং অসিগী মরক্তস্ মীশক থরতনা রাস হৌগৎপা মতাংদা সিদ্ধি ফংজবা ওমখি। মপানগী ওইবা অর্থদা কনা কনাগুম্বনদি হায়রিবা মত অসিবু য়ানৈ।

৪৭—৪৮। **উপনিষৎ**—অকুপ্পা তত্ত্ব পুম্নমক য়েনা থঙ্‌লবী অতুগুম্বী মহোপ-নিষৎশিংমক্তা (কৃপলেন কৃষ্ণগী মনুংদা হেন্না কৃপ্পা অমূক করি লৈরিবগে হায়না মতুগী তত্ত্ব থিতুনতা লৈবী শ্বেতাশ্বতরনচিংবী অধ্যায় তরুক্তা শাবী উপনিষদশিং) অসিগুম্বী ব্রজগোপীশিংগী মথক্তা অমা লৈত্রবী অতুগুম্বী লাইবক ফবগী মতৌ অদুবু উজবদা পুমণক ওকখিতুনা য়েনা থাজবগা লোয়নননা অকনবা তপ কয়া তৌজখি-বদগী মমৈদা প্রেমগী-লম্না-লল-ওইনবী অতগুম্বী গোপীগী মপোক ওইনা পোকচ-রবা ফংখি। বৃহদ্বামন পুরাণদা, পদ্মপুরাণদা অমদি উপনিষদ্‌তা (শ্রুতিস্তবদা) অসুম্না ইরি।

৪৯—৫১। **অযৌথিকী**—অসুম তৌনা গোপী ভাবতা লুপচতুনা সাধন তৌজরবা অমদি অচেৎপা উৎকণ্ঠা লোয়নরবা রাগানুগাগী ভজনদা হেন্না হেন্না অসুম চঙ্‌শিল্লরক্লবা মীওইশিং অতুমক্তা মতম অমমমদা অসুম্না অমা অনি নত্রগা অহুম ওইনা ব্রজদা হেক হেক পোক্লরে। অসিগুম্বী অযৌথিকী অসিগী মথক অনিনি মতুদি প্রাচীনা অমসুং নবীনা। প্রাচীনা অযৌথিকী কাঙ্‌বুদি য়ায়া

অথ দেব্যঃ—

৩৪। দেবেষ্বংশেন জাতস্য কৃষ্ণস্য দিবি তুষ্টয়ে।
নিত্যপ্রিয়াণামংশাস্তু যা যাতা দেবযোনয়ঃ॥ (৫২)

৩৫। অত্র দেবাবতরণে জনিত্বা গোপকন্যকাঃ।
তা অংশিনীনামেবাসাং প্রিয়সখ্যোঽভবন্ ব্রজে॥ (৫৩)

অথ নিত্যপ্রিয়াঃ—

৩৬। রাধা-চন্দ্রাবলীমুখ্যাঃ প্রোক্তাঃ নিত্যপ্রিয়া ব্রজে।
কৃষ্ণবন্নিত্যসৌন্দর্য্যবৈদগ্ধ্যাদি-গুণাশ্রয়াঃ॥ (৫৪)

তথা চ ব্রহ্মসংহিতায়াম্ (৫।৪৮)—

১৯। আনন্দচিন্ময়রসপ্রতিভাবিতাভি-
স্তাভির্য এব নিজরূপতয়া কলাভিঃ।
গোলোক এব নিবসত্যখিলাত্মভূতো
গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি॥ (৫৫)

---

কুইপ্রবা মতমদগী হৌনা অহ্নমক নিত্যপ্রিয়া গোপীশিংগা চপমান্নবা গুণ পূম্নমক ফংজগ্গবনি (সালোক্য প্রাপ্তি) অদূগা নবীনা কাঙ্‌বুনা মী, লাই অমদি গন্ধর্বনচিংবা মপোক কম্না ওন্দূনা পোকলুরগা নম্রগনা মীওইবী নূপী নম্রগা শক্তি-অমোমন-চিংবীগী যোনিদা চঙ্‌হ্নুনা ব্রজমগুলদা পোক্লজব ফংই।

৫২—৫৩। **দেবী কাঙ্‌ব্রু**—শ্রীকৃষ্ণনা অংশ অবতার ওইনা দেবযোনিদা পোকপা মতমদা ইবুংঙোমাগী সেবাগীদমক দেবী ওইনা পোক্লখিবী অংগুম্বী নিত্যকান্তা অহ্নমক্ত্ব ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণ অবতার তৌররবদা গোপকুমারী ওইনা অমূক পোকচহ্নুনা ভগবানগী অংশগী মশক ওইবী অংশিনী হায়না খঙনবী অহ্নুগুম্বী নিত্যপ্রিয়াশিং অহ্নুগী চান্নজবী সখী ওইনা লৈনরখি।

৫৪। ব্রজদা শ্রীরাধা অমদি চন্দ্রাবলীতনা নিত্যপ্রিয়াশিংগী মকোক ওইবনি। শ্রীকৃষ্ণগুম্না মখোয়সু নীংথিবা ফজবা মতৌনচিংবদা থক অবাংপা লৈভবীনি।

৫৫। ব্রহ্মসংহিতাদা হায়রি—আনন্দ অমসূং চিৎস্বরূপ ওইবা অহ্নুগুম্বা রস অহ্নুতনা অভং-অথম লৈতবমখৈ থোমজিন্দূনতা মরৈবী, মশাগী মশা অহ্নমক ওইবী অহ্নুগুম্বী শক্তিশিং অদূগা লোয়ননা মচেং ভাদ্রবা (অখণ্ড ওইবা) অহ্নুগুম্বা পরমাত্মাগী শক্কম লোহ্নুনা মতম পূম্নমক্তা, মহাবৈকুণ্ঠগী মথক্তা লৈবা কৃষ্ণলোকতা, অহ্নুগা

৩৭। তত্র শাস্ত্রপ্রসিদ্ধাস্তু রাধা চন্দ্রাবলী তথা।
বিশাখা ললিতা শ্যামা পদ্মা শৈব্যা চ ভদ্রিকা।
তারা বিচিত্রা গোপালী ধনিষ্ঠা পালিকাদয়ঃ ॥ (৫৬)

৩৮। চন্দ্রাবল্যেব সোমাভা গান্ধর্ব্বা রাধিকৈব সা।
অনুরাধা তু ললিতা নৈতাস্তেনোদিতাঃ পৃথক্ ॥ (৫৭)

৩৯। লোকপ্রসিদ্ধনাম্নস্তু খঞ্জনাক্ষী মনোরমা।
মঙ্গলা বিমলা লীলা কৃষ্ণা শাবী বিশারদা।
তারাবলী চকোবাক্ষী শঙ্কবী কুঙ্কুমাদয়ঃ ॥ (৫৮)

৪০। ইত্যাদীনাস্তু শতশো যূথানি ব্রজসুভ্রুবাম্।
লক্ষসংখ্যাস্তু কথিতা যূথে যূথে ববাঙ্গনাঃ ॥ (৫৯)

৪১। সর্ব্বা যূথাধিপা এতা রাধাদ্যাঃ কুঙ্কুমান্তিমাঃ।
বিশাখাং ললিতাং পদ্মাং শৈব্যাঞ্চ প্রোহ্য কীর্ত্তিতাঃ॥ (৬০)

৪২। কিন্তু সৌভাগ্যধৌবেয়া অষ্টৌ রাধাদযো মতাঃ।
যূথাধিপাত্বেঽপ্যৌচিত্যং দধানা ললিতাদয়ঃ।
স্বেষ্টরাধাদিভাবস্য লোভাৎ সখ্যরুচিং দধুঃ ॥ (৬১)

ইতি শ্রীউজ্জ্বলনীলমণৌ শ্রীহবিপ্রিয়া প্রকরণম্।

---

মীগী মশক লৌবিন্থনা মর্ত্তা-বৃন্দাবন অসিদা লেঙ্‌দনা ভাম্বোইবীবিবা অহুগুম্বা আদিপুরুষ (মানা মহাল্লবা) গোবিন্দবু ঐনা নীংজৈ।

৫৬—৬১। ভবিষ্যোত্তর অমসূং স্কান্দ, প্রহ্লাদ সংহিতানচিংবা শাস্ত্রদা তাকপা নিতাপ্রেয়সীশিংদি—শ্রীরাধা, চন্দ্রাবলী, বিশাখা, ললিতা, শ্যামা, পদ্মা, শৈব্যা, ভদ্রা, তারা, চিত্রা, গোপালী, ধনিষ্ঠা, পালিকা অসিনচিংবীনি। চন্দ্রাবলীগী অতোপ্পা মমিং অমদি 'সোমাভা' হায়না কৌই, শ্রীরাধাগীনা—গান্ধর্ব্বা অদুগা ললিতাগীনা অনুরাধা অসুম্না খঙ্‌নৈ। মরম অসিনা মখোয়গীদি অমুক তোপ্পা মমিং হায়রুদ্রে।

মরোল অহম্না খঙ্‌নরবী নিত্যকান্তা গুইবীশিংদি—খঞ্জনাক্ষী, মনোরমা, মঙ্গলা, বিমলা, লীলা, কৃষ্ণা, শারী, বিশারদা, তারালী, চকোরাক্ষী, শঙ্করী অমসূং কুঙ্কুমা অসিনচিংবীনি। মখোয় থূদীংমকী যূথ ১০০।১০০ না থুজিং গুইনা লৈ।

বিশাখা, ললিতা, পদ্মা অমসুং শৈব্যা—সখী মরি অসি নত্তনা শ্রীরাধানচিংত্থনা কৃষ্ণ্মা ফাওবদি খুদীংমক্লা য়ুথেশ্বরী ওইবীমক্তদি, তোইগুম্বসুং অত্থমদি ওইরগা হেন্না লাইবক ফবদগী শ্রীরাধানচিংবী মীশক নিপানতবু অথোইবা ওইনা লৌখংনৈ। ললিতানচিংবী সখীশিংদি য়ুথেশ্বরী ওইবদা হেন্না মতিক চাবী ওইরবদসু মশানা য়েৌনা পামজবা শ্রীরাধানচিংবনা পেনবিখিবা অদুগুম্বা মতৌ অদুতবু য়েৌনা খৌরাংজবনা সখী ওইনতা অসুম লৈজনীংখি। ললিতা অমদি বিশাখানা শ্রীরাধাগী অত্থগা পদ্মা, শৈব্যা অনিনা চন্দ্রাবলীগী সখীশিংগী লুচিংবীনি।

শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবীশিংগী মরম তাকপা লোইরে।

---

## অথ শ্রীরাধা-প্রকরণম্

১। তত্রাপি সর্ব্বথা শ্রেষ্ঠে রাধাচন্দ্রাবলীত্যুভে।
যূথয়োস্তু যযোঃ সন্তি কোটিসংখ্যা মৃগীদৃশঃ ॥ (১)

২। অভূদাকুলিতো রাসঃ প্রমদাশতকোটিভিঃ।
পুলিনে যামুনে তস্মিন্নিত্যেষাগমিকী প্রথা ॥ (২)

৩। তয়োরপ্যুভয়োর্মধ্যে রাধিকা সর্ব্বথাধিকা।
মহাভাবস্বরূপেযং গুণৈরতিবরীয়সী ॥ (৩)

৪। গোপালোত্তরতাপন্যাং যদ্গান্ধর্ব্বেতি বিশ্রুতা।
রাধেত্যৃক্‌পরিশিষ্টে চ মাধবেন সহোদিতা।
অতস্তদীয়-মাহাত্ম্যং পাদ্মে দেবর্ষিণোদিতম্ ॥ (৪)

তথাহি—১। যথা রাধাপ্রিয়া বিষ্ণোস্তস্যাঃ কুণ্ডং প্রিয়ং তথা।
সর্ব্বগোপীষু সৈবৈকা বিষ্ণোবত্যন্তবল্লভা ॥ (৫)

---

**হৃজোক শ্রীরাধাগী মরমদা অমুক নৈনরি।**

১—২। মথক্তা হায়প্রবা যূথেশ্বরী নিপানগী মরক্তা শ্রীরাধা অমসুং চন্দ্রাবলীনা হিরম পূম্নমক্তা খ্বায়দগী থোইদোকপীনি, মখোয়গী যূথদি ব্রজগী নীংথিবী কোটি কোটিনা খুজিং ওইনা লৈ। ক্রমদীপিকানচিংবা আগম-শাস্ত্রনা হায়রি মহূদি—যমুনা মপান্দা শান্নখিবা রাস অদুদা নীংথিজবী নূপী কোটি ১০০।১০০ না খুজিং ওইনা তিল্লখি।

৩। শ্রীরাধা চন্দ্রাবলী অনিগী মরক্তসু হিরম পূম্নমক্তা শ্রীরাধানা পূমহেন হেনবীনি; ইবেম্মা মহাক্তি মহাভাবকী সংশওবী শক্তম পুবীনি হায়বদি মাগী শাবান মূর্ত্তি পূম্নমক মহাভাবগী মশক্নি, মরমদি, মহাক হ্লাদিনী-শক্তিগী মচি ওইবা শরুক্তনা ওইখিবীনি অদুগা গুণ পূম্নমকসু খ্বায়দগী হেনবীনি।

৪—৭। গোপালোত্তরতাপনীদা মহাক অসিবু 'গান্ধর্ব্বা' কৌদুনা মগুণ শক্নি, ঋক্-পরিশিষ্টনা মাধবকা লোয়নননা মহাকপু 'রাধা' হায়না শীংথাব্নি। ইবেম্মা মাগী মগুণদি পদ্মপুরাণদা দেবর্ষি নারদনসু হায়রি—'শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী খ্বায়দগী হেনবী চান্নবী ওইবগুম শ্রীরাধাকুণ্ডবুসু লুনা তৌবীব্নিবনি (কুণ্ডগী ঈশিং কংফান,

৫। হ্লাদিনী যা মহাশক্তিঃ সর্ব্বশক্তিববীয়সী।
তৎসারভাবরূপেয়মিতি তন্ত্রে প্রতিষ্ঠিতা ॥ (৬)

৬। সুষ্ঠুকান্তস্বরূপেয়ং সর্ব্বদা বার্ষভানবী।
ধৃতষোড়শশৃঙ্গারা দ্বাদশাভরণাশ্রিতা ॥ (৭)

তত্র **সুষ্ঠুকান্তস্বরূপা**, যথা—

২। কচাস্তব সুকুঞ্চিতা মুখমধীরদীর্ঘেক্ষণং
কঠোরকুচভাগুবঃ ক্রশিমশালি মধ্যস্থলম্।
নতে শিরসি দোর্লতে করজরত্নবমৌ করৌ
বিধুনয়তি রাধিকে! ত্রিজগদেষরূপোৎসবঃ ॥ (৮)

সিংডি থাক, নিকুঞ্জ লৈকোন শাংলিবা লৈ-সু খিবীক, উচৈ-রাহৈশিং, মফম অংগী উচেকশিংনা খোংবা মখোন অসিনচিংবগী মবক্তা মান তৌবা, ফম্বা, হিপ্পা, শাম্নব, কোয়না য়েংবা মনম লৌবা, মহাউ তংবা অমদি নাকোংনা মখোল তাবনচিংবদা।) হায়বদি শ্রীরাধাকুণ্ডনা মাগী পেম্নবীকমনি। গোপী পূম্নমক্কী মরক্তা ইবেম্মা মহাক অসিনা খ্বায়দগী হেন্না লুনা তৌবী চায়খোইবীনি। শক্তি পূম্নমক্কগী হেন্দোক থোইদোকপী হ্লাদিনী কৌবী মহাশক্তি অমগী মচিতগী মশক ওইবী *'মাদন' হায়না খঙনবী মহাভাবকী মশকমক ওইবী অদুগুম্বী শ্রীরাধাদি শ্রীকৃষ্ণগা অমত্তা ওইবীনি (তাদাত্ম্য—তোঙানবা পোৎ অনিনা তিনশিন্নখিবা—য়োংনা মৈ ঈকুগা মৈগী শক্তিমক ওইবা, মাগী মশক্তি মাঙখিবা লৈতবা—মতৌ অদু 'তাদাত্ম্য' নি) —হায়বা তত্ত্ব অসিমক সিদ্ধান্ত বিচারনা লেপ্পম্মা। অসিগুম্বী শ্রীবৃষভানু নিংথৌগী মচাইবেম্মা অসিদি পূক্নীং শুদ্ধংনবগী মশক ওইবী শাবান মূর্ত্তি নীংথিজবীনি (সুষ্ঠুকান্তরূপানি), শৃঙ্গার মখল ১৬ না লৈতেংবী অমসুং ফিজেৎ-লৈতেংতনা মখল ১২ শুবীনি।

৮। সুষ্ঠুকান্তস্বরূপা—শ্রীরাধাদা বৃন্দানা হায়রকই—'হে রাধে! ইবেম্মা

* মাদনাখ্য মহাভাব—হ্লাদিনী সার ওইবা প্রেমনা রতিনচিংবা মহাভাব ফাওবদা ওইরিবা মতাং মতাং খুদোংগী অমুম মথং মথং তাহ্মোরক্না 'মোহন' নচিংবা ভাব খিবীকুগীসু অথোইবা অহেনবতবু চিংথোরক্লবা অদু ওইরবদি মতুনা 'মাদনাখ্য মহাভাব' হায়বসি ওই। মতৌ অসি শ্রীরাধাতদা লেংদনা লৈ।
গৌঃ বৈঃ অঃ ৬৯৯

অথ ধৃত ষোড়শশৃঙ্গারা—

৩। স্নাতা নাসাগ্রজাগ্রন্মণিরসিতপটা সূত্রিণী বদ্ধবেণী
সোত্তংসা চর্চ্চিতাঙ্গী কুসুমিতচিকুরা স্রগ্বিণী পদ্মহস্তা।
তাম্বূলাস্যোরুবিন্দুস্তবকিতচিবুকা কজ্জলাক্ষী সুচিত্রা
রাধালক্তোজ্জ্বলাঙ্‌ঘ্রিঃ স্ফুরতি তিলকিনী ষোড়শাকল্পিনীয়ম্ ॥ (৯)

অথ দ্বাদশাভরণাশ্রিতা—

৪। দিব্যশ্চূড়ামণিন্দ্রঃ পুরটবিরচিতাঃ কুণ্ডলদ্বন্দ্বকাঞ্চী-
নিষ্কাশ্চক্রীশলাকাযুগবলয়ঘটাঃ কণ্ঠভূষোর্ম্মিকাশ্চ।
হারাস্তারানুকারা ভুজকটকতুলাকোটয়ো রত্নকপ্তা-
স্তুঙ্গা পাদাঙ্গুরীয়চ্ছবিরিতি রবিভির্ভূষণৈর্ভাতি রাধা ॥ (১০)

---

নহাক্কী শংজোইদি নীংথিনা খোইখোয়নৈ, মায়থোং থম্বালনা ঈরাং পুবীনি অত্রগী মথক্তা মিংক্ষম অত্না অমূক কয়াগী মতিক শাংনা য়াংলিবা, চকন চকন লাউবা হাবোম অনি অগনা থীক-হাগী ফজবতা হেলহল্লি, নখ্‌াঙ্‌না কয়াগী মতিক চেংলিবা—থাগৎনীংঙাই মশক্লি, লেঙ্‌জুম অনিনা তাংথক নাইদনা হীকথরি অত্নগা নথূৎ অনিমক্কী থূৎচা-থূজীনশিং অত্নুনা অমূক কয়াগী মতিক ফজরিবা—অসিগুম্বী নঙগী নিংথিবী নশক নভো মপৈ অসিনা মল্লোল অহম্মক্কী নীংথিবা ফজবা পোং খিবীকপু মাগী মাগী লৈজবা নাপন পূম্মক মাঙ্‌হন্দুনা থক থক নীক্লা থাঙ্‌হল্লি।
[ অ ১০।৯ ]।

৯। **ধৃতষোড়শশৃঙ্গারা**—পৌর্ণমাসীনা হায়রকই,—শ্রীরাধানা স্নান তৌবা লোইরত্নুনা ফিজেৎ লৈতেং তৌরক্লি। নাতোন শৃমাঙদা মুক্তানা লংলি, শংলেন ফীজোন থোল্লি, খ্‌াঙদনা খ্‌াঙলাক কোক্তা বেণী, নাকোঙদা নাখুম ( নাপ লৈতেং ? ) হকচাংদনা কর্পূর, কস্তুরী অমদি চন্দনমচিংবা তৈরি, শম্বুন্দা শমজিরৈ, ভকশমদা লৈ-পরেং, থূৎতনা থম্বাল ( পায়হনা শাম্নবা ), চীন্দনা পানা, খদাঙদা কস্তুরী বিন্দু, মিৎয়াদা কাঁজল, চায়রুংনচিংবদনা মৃগমদনা য়েকপা ঙা-কিয়োং মানবা চন্দন মথিন ( পত্রভঙ্গা ), শ্রীচরণদা যাবক অমসূং লাইপক্তনা তিলক—অসিগুম্বা লৈতেং মখল ১৬ অসি তৌত্নুনা ঙাম্থোইবীরি।

১০। **দ্বাদশাভরণাশ্রিতা**—পৌর্ণমাসীনা হায়রি—'শ্রীরাধানা কোক্তা মণি, নাপদা কুণ্ডল, নীংজোন্দনা সনাগী মেখলা, থোরীদনা সনাগী তকমা ( মপাক ),

৭। অথ বৃন্দাবনেশ্বর্য্যাঃ কীর্ত্তান্তে প্রবরা গুণাঃ।
মধুরেয়ং নববয়াশ্চলাপাঙ্গোজ্জ্বলস্মিতা ॥ (১১)

৮। চারুসৌভাগ্যরেখাঢ্যা গন্ধোন্মাদিতমাধবা।
সঙ্গীতপ্রসরাভিজ্ঞা রম্যবাঙ্ নর্ম্মপণ্ডিতা ॥ (১২)

৯। বিনীতা করুণাপূর্ণা বিদগ্ধা পাটবান্বিতা।
লজ্জাশীলা সুমর্য্যাদা ধৈর্য্যগাম্ভীর্য্যশালিনী ॥ (১৩)

১০। সুবিলাসা মহাভাবপরমোৎকর্ষতর্ষিণী।
গোকুলপ্রেমবসতির্জগচ্ছ্রেণীলসদযশাঃ ॥ (১৪)

১১। গুর্ব্বর্পিতগুরুস্নেহা সখিপ্রণয়িতাবশা।
কৃষ্ণপ্রিয়াবলীমুখ্যা সন্ততাশ্রবকেশবা।
বহুনা কিং গুণাস্তস্যাঃ সংখ্যাতিতা হরেরিব ॥ (১৫)

---

নাকোঙ্ মথক্তনা চক্রী ( নাগী মথকথংবা শরক্তা হুৎলগা য়ানবা কোরিয়ানগুম্বা লৈতেং ) অনি অমসুং শলাকা ( শম থায়বদা শীজিন্নবা শবো-তেন ) অনি খৃজেংদা খুজি ময়াম, খোরীদা ঙকোয়লীকপরে, খুৎচাশিংদনা খুদোপ্ শিং, থবাক্তা তারাহার ( থরাম্মীচাকপরেং ), পাম্বোমদা পাম্বোম ফাবী অমসুং চরণদনা মখল মখা অয়াম্বা মণি থায়বা নূপুর অমদি খোঙদোপশিংগী মঙান—অসিগুম্বা লৈতেং ১২ অসি তৌই ( সিন্ধু ৩।৫।৮ )।

১১—১৫। শ্রীমতী রাধিকাগী অথোইবা গুণশিংদি—হুজীক বৃন্দাবনেশ্বরীগী অথোই অথোইবা গুণ কয়ামরুম তায়রি। মাদি খোৎচ নৌজবী ( মধুরা ) মতৌ নীংথিবীনি, চহি নৌরিবীনি ( নববয়স্কা ) মিৎচিনা খোইখোয়বীনি, মেঙনা খোংনা নোকপীনি, সৌভাগ্য রেখানা ( খোঙ্ খুৎকী অফবা ময়ি ) লৈতেংবীনি, মশাগী অঙ্গগন্ধনা শ্রীকৃষ্ণমকপু ঙাওহনবীনি, ইশৈ চঙখোয়া হৈবীনি. বাঙাঙ্ নীংথিবী, মশাগী চীংলেম্বা কায়দনা ফাগি তৌবা হৈবী, নোয়ুকপী, খোজানবী-হৈবী, থবক খুদীংমক্তা চঙখোনবী ( হৈশিংবী ), বাঙাঙ-শাঙাঙ হৈবী ( বাপা চানা চানা অওক অথোং হৈবী ), ইকাইথীগনবী, হোনলোনচৎ য়োনা থঙবী. পুক্নীং লৈতাবী, চীংলেম্বী, লীলাদা হৈশিংবী, হেক্কিনবা মহাভাবনা লাঙ্তরুগনবী, গোকুলগী প্রেমগী ভুংফম ওইবী, মক্ত্রবা মিংচংনা মরোল অহম্মক শীনবা থুংবী. গুরুজনশিংনা খ্বায়দগী হেন্না নুনা চায় ভৌজবী, সখীশিংবু নুনা তৌবী,

১২। ইত্যঙ্গোক্তিমনঃ স্থাস্তে পরসম্বন্ধগাস্তথা।
গুণা বৃন্দাবনেশ্বর্য্যা ইহ প্রোক্তাশ্চতুর্ব্বিধাঃ॥ (১৬)

১৩। মাধুর্য্যং চারুতা নব্যং বযঃ কৈশোরমধ্যমম্।
সৌভাগ্যরেখা পাদাদিস্থিতাশ্চন্দ্রকলাদয়ঃ॥ (১৭)

১৪।- সাধুমার্গাদচলনং মর্য্যাদেত্যুদিতং বুধৈঃ।
লজ্জাভিজাত্যশীলাদৌর্ধৈর্য্যং দুঃখসহিষ্ণুতা॥ (১৮)

১৫। ব্যক্তত্বাল্লক্ষিতত্বাচ্চ নান্যেষাং লক্ষণং কৃতম্॥ (১৯)

তত্র **মধুরা,** যথা বিদগ্ধমাধবে—(১।৩১)

৫। বলাদক্ষ্ণোর্লক্ষ্মীঃ কবলয়তি নব্যং কুবলয়ং
মুখোল্লাসঃ ফুল্লং কমলবনমুল্লঙ্ঘযতি চ।

---

কৃষ্ণপ্রিয়াগী লুচিংবী অমদি কৃষ্ণনা মতম পৃম্নমক্তা মথা পোম্না লৈবীনি। মসিদগী তেনবা গুণ অতৈদি করিবু হায়রুগনি? মাগী মগুণসু শ্রীকৃষ্ণগীগুম্না শীংথারুবদা হুম্ব। নত্তে।

১৬—১৯। মথক্তা হায়খ্রিবা গুণ ২৫ অসিবু আঙ্গিক (হকচাংগী ওইবা), বাচিক (রাঙাঙ-শাঙাঙগী ওইবা), **মানসিক** (পৃক্লীংতগী ওইবা) অমসুং **পর-সম্বন্ধগত** (শ্রীকৃষ্ণবু ঐগীনি অসুম্না খনবা) অসুম্না মখল মরি থোক্লা খায়দোকই। **মাধুর্য্য** নচিংবা **গুণ** তরুকনা **শারীরিক্তি** (হকচাংগী ওইবা নীংথিজবনি), **সঙ্গীতপ্রসরাভিজ্ঞা** (চঙ্খোম্না ঈশৈ হৈবী) অসিনা **'বাচিক'** নি (**রাঙাংগী** শব্দ=চৌনগী ওইবা মতৌনি), **বিনীতা** (নোম্লুকপা মতৌ) নচিংবনা **মানসিক** (পৃক্লীংগী মতৌ) তবানি অহুগা **গোকুলপ্রেমবসতি** (গোকুলগী প্রেমগী তুংফম ওইবী) অসিনচিংবনা **পরসম্বন্ধগতনি** (শ্রীকৃষ্ণবু ঐগীনি খনবা)। মসিগী **মন্নুং**দা **'মাধুর্য্য'** না নীংথিজবা মতৌ, 'নব্যবয়ঃ' হায়বনা মধ্যকৈশোর (**চহি ১০ হেল্লবী**). **'সৌভাগ্যরেখা'** হায়বনা খোঙনচিংবদা লৈবা চন্দ্রকলানচিংবা ময়ি, **'মর্য্যাদা'—রাহৈ** খোনফমদা সাধু মার্গবু **থক** থাদোক্তবা (রাঙাঙ্ নুংশিবা, **অয়ানবা ভোদবা**), **'লজ্জা'** না **ইকাইখুম্নবা** অমদি **লমচৎ-শাজং কজবনচিংবা মতৌনা মাগী** ওইবা, **'ধৈর্য্য'—অবা** অনা খাঙ্হৈবা। **অমুক্তা** হেন্না শেংনা **অর্থ খঙ্ননবদি রসামৃতনা** তাকপা **লক্ষণনচিংবগী** মশক **লৈত্রবনা** মতাং অসিদদি নৌনা **অমুক উত্রে**।

দশাং কষ্টামষ্টাপদমপি নয়ত্যাঙ্গিরুচি-
বিচিত্রং রাধায়াঃ কিমপি কিল রূপং বিলসতি ॥ (২০)

**অথ নববয়াঃ—**

৬। শ্রোণিঃ স্যন্দনতাং কৃশোদরি ! কুচদ্বন্দ্বং ক্রমাচ্চক্রতাং
ভ্রূশ্চাপশ্রিয়মীক্ষণদ্বয়মিদং যাত্যাশুগত্বং তব ।
সৈনাপত্যমতঃ প্রদায ভুবি তে কামং পশূনাং পতিং
ধুন্বন জিত্বরমানিনং ত্বযি নিজং সাম্রাজ্যভারং ন্যধাৎ ॥ (২১)

---

২০। **মধুরা**—আচকপদা মতাশিংগা শান্নরিবী শ্রীরাধাবু উরগা পৌর্ণমাসীনা মথন্তা শোঙ্গরকই—শ্রীবাধাগী অঙকপা শককম অসি কয়াগী মতিক ফজরিবনো ? নীংথিবী মাগী মিংয়েং অসিনা থম্বাল অশংবা কাওববু হেক থকচিল্লিদকো, মকারামজবী মায়থোং অসিনা ফুগায়না শাংলবী থম্বালগী বনগী নীংথিজবা ফাওববু নম্নাংলি, মশাগী মঙাল অসিনা সনা অহিংববু ফাওবা মকশিলহল্লি। ( বি ৬। ২৬ ;২। ৪৯, ৩। ২৭ ; ল ৯। ৯, ২। ২৩, ১০। ৮, ১১ , অ ৮। ৭০. ৭২, ৭৩, ৩৩, ২৬, ৩৯ ; ১০ ' ১৭ )।

২১। **নববয়া :**— বৃন্দানা হায়রকই, 'খ্বাঙ্জেংবী হে রাধিকে। নঙ্গী নীংজোন অহ্লনা রথ ওইরি, নীংথিবী থাবোম অনি অহ্লনা চক্রগুমলি, খোইখোয়নবী পীশূম্না লীরুং শক্লি, মিংস্না অনিমক অহ্লনা তেনগী মশক ওইরি— মরম অহ্লননি, কন্দর্পরাজনা ( কামদেব ) লানঙম ফোরান থেংনীংবা পশুপতি রুদ্রবু খত্তোক্লম্নগা নঙোন-তদা সেনাপতি বরিহ্লনা মাগী মরৈবাক পূম্নমক্কী ভার অপুন্ব শিন্নথোক্লরিবা !!' [ হায়বদি—নঙ্গী নীংজোন অহ্দি স্বেদশালিনি, স্বেদ—হয়াউবা, অকিবা অমদি শাউবদগী থোকপা হুমাং ), থাবোম অনি অহ্লনা চক্রগুম কোইরপ কোয়রি, পীশূম অনি অহ্লনা লীরুংগুম খোইখোয়নরি, তথকপী নঙ্গী মিংস্না অনি অহ্ উবদনা নুমিংচক্লা মায় পাকচনীংহ্লনতা লৈবা পশুপতি ( শা-মশগী মপু ওইবা ) শ্রীকৃষ্ণবু মায়থীবা পীনবগীমক কন্দর্প নিংথৌনা ( কামদেবনা ) নঙ্তবু সেনাপতি হাগুনা মরোল অহম্মকপু তম্নাংপা ওবা অহ্গুবা মশাগী মপাঙ্গল পূম্নমক নহাক নথত্তদা শিন্নরি ]। মতাং অসিদা হকচাং কায়াং থুদীংমক্তা ঈনখংলকপা, মথোন কারকপগী মত্তৌ ওাক্তা কোঙ্দোক্লবসু মরুওইনদি কায়াং মরিথক্তগী মত্তৌদ্ব উংলি— অহ্মদি ওইরগা লোয়না লোয়নবা কায়াং অত্তেগী মত্তৌবুসু অহম্মক ঈরোয়ননা উংলে হায়বসি খঙ্নেগদবা ওই।

অথ চলাপাঙ্গী—

৭। তড়িদতিচলতাং তে কিং দৃগন্তাদপাঠিদ্
-বিধুমুখি ! তড়িতো বা কিং তবায়ং দৃগন্তঃ।
ধ্রুবমিহ গুরুতাভূত্ত্বদ্দৃগন্তস্য রাধে
-বরমতিজবিনাং মে যেন জিগ্যে মনোঽপি ॥ (২২)

অথ উজ্জ্বলস্মিতা—

৮। তব বদনবিধৌ বিধৌতমধ্যাং
স্মিতসুধয়াধরলেখিকামুদীক্ষ্য।
সখি ! লঘুরঘভিচ্চকোরবর্য্যঃ
প্রমদমদোদ্ধুরবুদ্ধিরুজ্জিহীতে ॥ (২৩)

অথ চারুসৌভাগ্যরেখাঢ্যা—

৯। অঘহর ! ভজতুষ্টিং পশ্য যচ্চন্দ্রলেখা
বলয়কুসুমবল্লীকুণ্ডলাকারভাগ্‌ভিঃ।

---

২২। চলাপাঙ্গী :—ফাগিগী রাঙাঙ্—'হে থাদগী হেন্না থোইবী রাধে !' নঙ্গী মিৎচি মিৎয়েং অত্না নোংথাঙ লৈমদা তথকপী মতৌবু তম্বীখিবরা ? নত্রগা নঙ্গী মিৎচি মিৎয়েংগী তথকচবী মতৌ অদুবু নোংথাঙ্দগী লৌহৌবরা হা ! ঐনা খনবদি নঙোন্দগী নোংথাঙ্মা তমজখিবনি করিনা হায়রবু, মথোঙ্-য়াঙ্না শীৎপা নুংশিৎমক্তগীসু হেন্না য়াঙ্লবা ঐগী পুক্নীং অসিমকপু মত্না লায়না জয় তৌরি। [ বি ২।৫১, ২৯; ল ১।১৭, অ ১০।১৯ ]।

২৩। উজ্জ্বলস্মিতা—সঙ্কেততা ( অরোনবা মফমদা ) লৈরিবী রাধাগী নাক্তা শ্রীকৃষ্ণনা য়ৌরক্লবদা বৃন্দানা হায়রকই— 'হে সখি রাধে !' নঙ্গী চীৱান অনিগী কারক্তা মোমোন-মীনোকপী-মায়থোং-থম্বাল-অমৃতনা তচোং তচোংলিবত্নু উবদা পুক্নীং হুনবগী মশক ওইরবা অথোইবা নোংইন-চেক্লা-শক্তম লৌবা অত্নুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা হরাউ মথোই কানা তহা তহানা পাইশিল্লক্তুনা ওাক্লিবসে য়েংজো।

২৪। চারু সৌভাগ্যরেখাঢ্যা— মতম অমদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমক্তা 'কেক্ল-লোংপী' শান্নখি। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী লোংফম খঙ্ত্রত্না খঙ্গানরিবত্নু উবদা শ্রীরাধাগী খোঙ্নল উরুবদগী হরাউজরবা সুবল সখানা বাহৈ থোমজিন্দুনা

অভিদধতি নিলীনামত্র সৌভাগ্যরেখা-
বিততিভিরনুবিদ্ধাঃ সুষ্ঠু রাধাং পদাঙ্কাঃ ॥ (২৪)

**অথ গন্ধোন্মাদিত মাধবা—**

১০। বল্লীমণ্ডলপল্লবালিভিরিতঃ সঙ্গোপনায়াত্মনো
মা বৃন্দাবনচক্রবর্ত্তিনি কৃথা যত্নং মুধা মাধবি !
ভ্রাম্যদ্ভিঃ স্ববিরোধিভিঃ পরিমলৈরুন্মাদনৈঃ সূচিতাং
কৃষ্ণস্ত্বাং ভ্রমরাধিপঃ সখি !ধুবন্ ধূর্ত্তো ধ্রুবং ধাস্যতিঃ ॥ (২৫)

**অথ সঙ্গীতপ্রসরাভিজ্ঞা—**

১১। কৃষ্ণসারহর-পঞ্চমস্বরে, মুগ্ধগীতকুতুকানি রাধিকে !
প্রেক্ষতেঽত্রহরিণানুধাবিতাং, ত্বাং ন যাবদতিরোষণঃ পতিঃ ॥ (২৬)

---

হায়রকই—'অঘ হিংচাববু হাৎপা হে অথোবা !' য়ারুগন্. মাগী খূয়া-মস্নি-ঙাক্তা কুংনা তারিবসে য়েংউ— থা মচেৎ, খূজ্জি-মওঙ্, লৈ, উরা অমদি কুণ্ডলনচিংবা সৌভাগ্যরেখাশিং ( অফবা মস্নি ) অসিনা শেংনা মশাগী লৈফম মথি কোংহন্দুনা কুঞ্জ অসিগী মনুংদা মহাক লোংলি। [ বি ৭।৩৮, গো ১১।৬৬. ৫১ ]

২৫। অমাংগোম্ন তান্নবীদা অমদি লৈ হেকপা লাকপদা শ্রীরাধানা থাপ্লা লাকপা শ্রীকৃষ্ণবু উরগা লেংত্তুনা লৈগে খল্লবদা প্রিয়সখী অমনা স্নেহ তৌঠ্না ( প্রমাণ পাম্থেনা উত্তুনা ) হায়রকই, 'হে ইতা মাধবি ( মাধবকী চান্নজবী ), হে বৃন্দাবন অসিদা হাইনা হুম্না পানজরিবী ! অকৃংবা উরী উনা মরক্তা নশাবু লোংকে হোৎনরিবত্ন করিবু কান্নগদগে ? শাগোম্নরিবা নশাগী য়েক্লবা অমদি অতোপ্পবু ঙাওচৎনহনবা নুংশিরবা নশাগী মনম অঃনদি মায়কৈ শীন্না পাওজেল্লি ! মতাং চাউবা হায়বদি অতৈগা মান্নদ্রবা নঙ্গী ননম অঃতবু তোপ্পা খঙ্লবা অমদি কামগী রাখন্দা হালেংবা লৈত্রবা অহুণ্ডম্বা কৃষ্ণ অসিনা শোয়দনমক নশা-ভনিক ভনিকহনবমখৈ থক্তোকপিখিগনি।' অমরোমদা হায়রগনা 'হে লৈরাং বাসন্তী ! শ্রীবৃন্দাবন উমং অসিদা নহাক্লা উরী পুম্নমক্তগী থ্বায়দগী চেন্না নপান ফবী ওইবনা, নঙ্যি বৃন্দাবনগী মবেম্মা ওইরি। অহুণ্ডবী নঙ্নেবু কমদৌনা লোংপা ঙমগনি ? মচু মূবা খোইরাবা অসিনা মায়কৈ পূম্বা শীন্না চাইথোক্লিবা ঙাওনীংঙাই মশক ওইরবা অহুণ্ডম্বা নশাগী নুংশিবা মনম্না চিংলক্তুনা শোয়দনমক নঙবু থক্তোক-লরগনি।' [ গো ৬। ৫৩ ]

অথ রম্যবাক্—

১২। সুবদনে! বদনে তব রাধিকে,
ফুরতি কেয়মিহাক্ষরমাধুরী?
বিকলতাং লভতে কিল কোকিলঃ
সখি! যয়াদ্য সুধাপি মুধার্থতাম্॥ (২৭)

অথ নর্ম্মপণ্ডিতা—

১৩। বংশ্যাস্ত্বমুপাধ্যায়ঃ, কিমুপাধ্যায়ী তবাত্র বংশী বা?
কুলযুবতিধর্ম্মহরণা-দন্তি যয়োর্নাপরং কর্ম্ম॥ (২৮)

যথা বা-১৪। দেব! প্রসীদ বৃষবর্দ্ধন! পুণ্যকীর্ত্তে,
সাধ্বীগণস্তনশিবার্চ্চননিত্যপূত!

২৬। **সঙ্গীত প্রসরাভিজ্ঞা**— নোংমা শ্রীরাধানা মশাগী সঙ্গাইদা লৈবা লৈগী খাংপোক-শঙ্ অমদা তুঙ্গবিদ্যা সখীগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ শকচনীংঙনা স্বর আলাপ তৌরম্বা উবদা. মতম চানরবী ললিতানা পাখৎনা হায়রকই— 'হে ইবেম্মা, রাধিকে! অসিগুম্বী নঙ্গী পঞ্চম স্বরগী আলাপ অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু খক লৈতাফম খঙ্হন্দ্রিবনি, অহনা শাউগল্লবা নঙ্গী নপুরোইবনি হায়রিবা অভিমন্যু অসিনা ননাক্তদা অসুম কোয়রৈ লৈশিন্দুনতা লৈবা কৃষ্ণবু উখিদ্ননা তোক্লরগনি— ঈশৈগী ঈরাংদককা লূপচরুগনু। অমরোমদা হায়রগনা—'হে রাধে! নঙগী ঈশৈবু তারগা কৃষ্ণসার কোবা শজিশিংগী রাননবা মরম ওই, নপুরোয়বসু শাউগল্লি, মরম অদুনা শজিলাবশিংনা নতুং কোরইন ইন্নবদু উখিদনবা ঈশৈগী ঈরাং হৌবা তোগনু। [অ ৫। ১৪১]।

২৭। **রম্যবাক্**—শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, 'হে নোংখিবী! নঙ্গী নচীন্দগী খোরক-লিবা ময়েক্তী খোঙ্খোকশিং অসিনা কয়াগী মতিক অঙকপা ফংবা ঙংশিন্নিবনো? মাগী নীংখিবা নুংশিবা খোঙ্খাঙনা কোকিল কাওববু লৈফম খঙহন্দরি (মখোল খোকহন্দরি হায়বদি মতীম কাখোক্লদ্রি) অমসুং নুংশিবা ময়েক্তী খোঙ্খোক অদুনা অমৃতমকপু কাওবা অরেম্বা ওইহল্লি (নখোয়না অমৃতদগীসু হেন্না থুম্লি)।'

২৮। **নর্ম্মপণ্ডিতা**— শ্রীরাধানা হায়—'হে ইবুংঙো। নঙ্গী বাঁশী অসিবু নঙনা তম্বীবরা নত্রগা বাঁশীনবু নঙবু তম্বিরিবরা? কয়িনা হায়রবু—মুম্বাঙবী নুপীমচৈগী ধর্ম্ম মাঙহন্নবা তৌবা নত্তনা মখোয় অনিমক্তী কয়িগুম্বা নথো অমত্তমু খক লৈনদে।'

নির্ম্মঞ্ছনং তব ভজে রবি পূজনায়
স্নাতাস্মি হন্ত মম ন স্পৃশ ন স্পৃশাঙ্গম্ ॥ (২৯)

অথ বিনীতা

১৫। অপি গোকুলে প্রসিদ্ধা, জ্রভ্রমিভিঃ পরিজনৈর্নিষিদ্ধাপি।
পীঠং মুমোচ রাধা, ভদ্রিকামপি দূরতঃ প্রেক্ষ্য ॥ (৩০)

যথা বা বিদগ্ধমাধবে—(৫।১৫)

১৬। ভূয়ো ভূয়ঃ কলিবিলসিতৈঃ সাপরাধাপি রাধা
শ্লাঘ্যোন্নাহং যদঘরিপুণা বাঢ়মঙ্গীকৃতাস্মি।

২৯। শ্রীকৃষ্ণনা, মাবুতা উন্নজনবগীদমক করিগুম্বা মরম অমা পুথোক্তনা বৃন্দাবন উমং তাম্না লাকচরবী অত্তগুম্বী শ্রীরাধাগী লম্বী থত্তনা মাবু মশা শোক্ক-দবগী থোরাঙ তোরক্লবদা শ্রীরাধানা নোনজ বাহৈনা হায়রকই—'হে লমচংনা লাই ওইবও! ধর্ম্মবু ঙাকপিবা মপু ওইবও, হে পুণাগী থবক্তনা অথোইবা মিংচৎ শন্দোকপিরিবা! সতী ওইবী নুপীগী থবাক-থাবোম মওঙ লোবা ভগবান শিববু ঈড়াং পূজা তৌবতনা নঙ্গীদি পাপ চঙ্ত্রবনি! নঙ্গী য়াইফবতা ওইসনু—ঐনা নঙ্বু খুরুমজরি, থোজানবীয়ু; সূর্য্য পূজাগীদমক ঐদি ঈরুজথোক্তনা শেংজরক্লবীনি, ইশা শোকপিবক্তনু শোক্লক্তনু (শাউরঙ্ননা)!! হে বৃষাসুর হাংপা (বণগী মশক লোবা হিংচাববু হাংপা), বণ হাংলুবগী পাপ্না থল্লবা, হে মিংচৎথোরবা! (কয়েম্নহ্না) হে নরমচংনা লাইওইবা— নঙনা ঐগী ইশা শোকপা তৌরক্তনু অসিনচিংবা। নুংগী অর্থনা— শ্লোক্তা য়াওরিবা—'ন' 'ন' অনি অসিনা পুবা অর্থদনা 'শোকপিয়ু, শোকপিয়ু' হায়বা ভাব ফোংদোক্লি॥ [প ২৮১, ২৮২, ২৮৪, প্রার্থনামৃত ৮, অ ৬।৪, ৮।১৮৮]।

৩০। **বিনীতা**—অচীকপদা নোংমা মশাগী সঙ্গাই মাংগোম্ন্দা সখীশিং লোয়ননা ফম্লিবী শ্রীরাধাগী মীরমলেনগী মত্তৌ নত্তবা মওঙ্গী হেন্না অনোনবা শাজৎ চংপা উবদগী ইওক ওক্লবী বৃন্দানা পৌর্ণমাসীদা হায়রকই— 'গোকুলগী অথোইবীমক ওইরিবী মহাক্না— সখীমখৈনা মমিৎ খত্তনা হন্না হন্না থিংলবমক্তদসু (রাধানা) ভদ্রাবু থাপ্না লাকপা উজবদা ফম্ফম লাংদগী হৌগংলি। (ভদ্রা সখীদি নঙ্গী ননাইনি, ফোয়োয় ইনবীনি। মা-ওম্বী অমনা লাকপদবু নঙ্না হৌগত্তনা লুনা চান্না ওক্লবগীবু করি কায়রিবলো— অসিনচিংবা)।

তত্র ক্ষামোদরি ! কিমপরং কারণং বঃ সখীনাং
দত্তামোদাং প্রগুণকরুণামঞ্জরীমন্তরেণ ? (৩১)

অথ করুণাপূর্ণা—

১৭ । তার্ণস্সূচিশিখয়াপি তর্ণকং, বিদ্ধবক্ত্রমবলোক্য সাস্রয়া ।
লিপ্যতে ক্ষতমবাপ্তবাধয়া, কৃষ্ণ যেন কৃপয়াস্য রাধয়া ॥ (৩২)

অথ বিদগ্ধা—

১৮ । আচার্য্যা ধাতুচিত্রে পচনবিরচনাচাতুরীচারুচিত্তা
বাগ্‌যুদ্ধে মুগ্ধয়ন্তী গুরুমপি চ গিরাং পণ্ডিতা মাল্যগুম্ফে ।
পাঠে শারীশুকানাং পটুরজিতমপি দ্যূতকেলিষু জিষ্ণু-
বিদ্যাবিদ্যোতিবুদ্ধিঃ স্ফুরতি রতিকলাশালিনী রাধিকেয়ম্ ॥ (৩৩)

---

৩১ । মোল্লুক শাজংকী হৌনবী মত্তৌ উৎননবগীদমক মশামক্তী সখীশিংগী মকামক্তদসু অসিগুম্বা মান্নবা মওঙগী ব্যবহার উৎখিবগী থূদম অমগা অমুক পীরি—কলহান্তরিতাগী মমৈ ভাবকপদা উৎকণ্ঠাগী মওঙ অমুক হল্লিন্নরুবী ওইহৃনসু খণ্ডিতাগী মতাংদা ওইখিবা মশাগী চং়গন্নবা মত্তৌশিং অদূবু নীংশিংলুবদগী মহ্নতনা মরম ওইহ্নুনা কৃষ্ণনা হজীক অসিদা মাবু মীরাইবীথিবা ওইবা য়াই হায়না খঞ্জং়না শ্রীরাধানা হেন্না হেন্নহ্নম লাঙ্‌তক্লরকখি তৌইগুম্বসুং অসিগী মমাঙ্‌দা বিশা-খানা শ্রীকৃষ্ণগী পাউ লৌরুনবগীদক লোন্না থারুবী নান্দীমুখীনা বিশাখাগী মফমদা তমললি—‘হে তীংদা ওঙদা নীংথিজবী ! শান্নবা ঈরাংদা ৰাথোক ওইহন্নবা ঐনা ভোয়না হোংনরুবতনা ইশাগী ইরাল ওইরবসু মীচঙ সংগন নাইদবা মত্তৌদা মাওম্বা অমা লৈত্রবা অহ্নগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অহ্নমা তশেংনমক য়াবীহৌরবনি, অদূবু ঐনদি থৌদোক অসিদা নখোয়গুম্বী সখীশিংগী নুংঙাইনবা ওইবা অবক্র-করুণা-স্বরূপমঞ্জরীগী ( ইভিং তিংবা, হেন্না নুংঙাইহন্নবা ওইবা, নীংথিরবা অনুরাগতনা থনবা অমদি থম্মোই থোংপা নৌবগী মত্তৌ ) মত্তৌ নত্তবা অতোপ্পা মরম অমত্তসু ঐনা উজ-খঙ্‌জরকপা লৈখিদে ॥ [ অ ৮ । ১৩৪ ]

৩২ । করুণাপূর্ণা—নান্দীমুখীনা পৌর্ণমাসীদা হায়রকই—অনৌবা নাপী মশ্নোনমরুসু পোকপদমক ঙায়রিবা যম্লাউ মচাগী মচীন য়াংথংপিবা উবদা মিংস্না-ঈরা চেন্দ্রনা থবায় শোক্লা অমদি থূংলৈ থূনা শ্রীরাধানা যম্লাউ অহ্নগী শোক্লিবা মফম অহ্নদা কৃষ্ণ্ম মহী তৈশিনবীরি ।

অথ পাটবাম্বিতা, যথা বিদগ্ধমাধবে—(৩৩)

১৯। ছিন্নঃ প্রিয়ো মণিসরঃ সখি ! মৌক্তিকানি
বৃত্তান্যহং বিচিনুয়ামিতি কৈতবেন ॥
মুগ্ধং বিবৃত্য ময়ি হন্ত দৃগন্তভঙ্গীং
রাধা গুরোরপি পুরঃ প্রণয়াদ্ব্যতানীং ॥ (৩৪)

---

৩৩। বিদগ্ধা—তম্বা থোক্তুবী শ্রীরাধাগী শিল্প কলাবু উবদগী শ্রীকৃষ্ণনা পৃমগুক হেক গুক্লিবা মতৌহ্ উবদা মখোয়বুদি তাহনবা তৌদনা বৃন্দানা পৌর্ণমাসীগী মমাঙমক্তদা ললিতানচিংবী সখীশিংবু য়েংনা হায়রকই—লৈত্তাঙনচিংবনা য়েকপা খোংপদা শ্রীমতীসে ওম্থোক্লা হৈখ্রে, থোংবা থাকপগী থবক্তসু মথেনমকোয়-থোকপা হৈবগী মবুদ্ধিনা কয়াগী মতিক মরাং কায়না লৈগ্রবা, রাহৈরাতাগী লানফমদনা বৃহস্পতিমকপুসু হেক ঙকহনবা ঙম্মী, লৈ-পরেং লেংবনা হৈরিবা, লৈচম্না থঙলিবা, চোঙা-তেনরা মরোম তম্বীবনা হৈবিবা, মী অমনা থোইক্রবা ঙমদ্রবা শ্রীকৃষ্ণমকপু চৌবব শান্নবদা লায়না মায়থীহল্লি, অসুমনা তোঙান তোঙানবা বিদ্যা মথল ১৪ মক্তা মশাগী মবুক্কি থৌবা মতৌ উংলি, রতি লীলাদনা কয়াগী মতিক চঙ্খোল্লিবা—য়েংউ অংগুম্বী শ্রীরাধা অহুনা ঙাল্লিবসে ( অ ১০।২ )

৩৪। পাটবাম্বিতা—পূর্ব্বরাগগী মতাংদা লাইকু অমদগী রাধানা শ্রীকৃষ্ণগ থেংনজবরবদা সূর্য্য পূজাগী পোংলম পুহ্না তাঞ্জা অহ্মক্তদা মফম অহুদা লাকখিবী জটিলানা শ্রীরাধাবু মাগী সখীশিংগা লোয়ননা য়ুম তান্না পুহ্না লাকখি। মতম অহুদা ওইখিবী শ্রীমতীগী মাম্না লাঙ্তক্রবা মতৌ অহুমক মান্না শ্রীকৃষ্ণনা মধুমঙ্গল সখাদা মাম্না নীংঙমদবগা লোয়ননা তমহুমা তাহল্লি—'য়েংউ সখি! ওম্থোকপনি, ঐগী মুক্তা পরেং তংখ্রে কমদোগনি! য়ুম য়োরগা অতোপ্পা পরেং অমা নৌনা লেংহ্না পীগে, মফম অসিদি মমায় থাবা অা নন্দগী মচা অসিনা ফংহল্লবনি, খুদোং থীরবা অচীকপা মফম অসিদদি অমুক অসুম লৈথক্রবা ফম্রে' অসুম্না নখোয়না হায়বা থোক্লবদি অসুম হায়না ঐনা পাউথুমগনি মহুদি—'মসিদি ঐনা থবায়না য়োনা পামজবা লীকনি, মসিবু ঐনা হুজেক্লমহুনা চংপংদি ঙম্মোই।" 'করে, কৃপগ্রবা মুক্তা মতুমশিং অদুবু লৈঙোই মরক অসিদা কমদৌনবু থুম্লগদগে?' অসুম্না অমুক হায়রকপা থোক্লবদি ঐনা খুমগনি মহুদি—'মতুম তাবনি, থোইনা

**অথ লজ্জাশীলা—**

২০। ব্রজনরপতিসূনুর্দুর্লভালোকনোঽয়ং
স্ফুরতি রহসি তাম্যত্যেষ ভর্যাজ্জনোঽপি।
বিরম জননি! লজ্জে কিঞ্চিদুদ্‌ঘাট্য বক্ত্রং
নিমিষমিহ মনাগপ্যক্ষিকোণং ক্ষিপামি॥ (৩৫)

**অথ সুমর্য্যাদা—**

২১। প্রাণানকৃতহারা, সখি! রাধা-চাতকী বরং ত্যজতি।
ন তু কৃষ্ণমুদিরমুক্তা,-দমৃতাদ্‌বৃত্তিং ভজেদপরাম্॥ (৩৬)

---

পীকপসু নত্তে অপোবা পোংনি, থিবদা কুইগদবা নত্তে! অহৃনা ঐহাক মখোয়বু খুঙ্গখিগে'' অসুম্না হায়শিন্নহৃনা শ্রীরাধানা ওস্থোকপনি! মনেমগী মমাঙ্‌মক্তদা নীংথিবী শাথেক্লা মশা লৈথোরক্তৃনা য়েৌনা নুংশিবা মিংয়েংনা (নুংশি পাউদম মিংয়েংনা) ঐবু তম্না মিংচিনা য়েংথোরকখি।'' [প ২২৮,২৪৪]

৩৫। **লজ্জাশীলা**—শ্রীকৃষ্ণগী দর্শননচিংবা ফংজনিংহৃনা নোংমা শ্রীরাধানা লৈ থিবা শানা বৃন্দাবন উমংদা চঙ্‌লক্লবদা অমসুং অচীকপা মফম অমদা মাবু দর্শন ফংজরবদা য়েংবগী থবক্তা অপনবা পীরিবী ইকাই থীবী মশাগী মত্তৌবু য়েংলগা মথস্তা তোম্হনা অসুম শোঞ্জরকই—''দর্শন ফংঙমদ্রবা অহৃগুম্বা ব্রজনিংথৌগী মজাইবুংঙো অসে, ঙসিদি অচীকপদা লৈবীরমলে—অসিমক্তদা ঐগুম্বী অমগীদি য়েংজবদা অবাবা ওইরি; মরম অহৃনা হে ইকাই থীবী ইতারোয়, মিংকুপ অমথক্তুংদি নঙ্‌না মঙ্‌গী নথৌ অহৃ থাদোকপিয়ু—ইমায় থজীক্তুং হাংদোক্লগা হাইফেত্তুং মিংচিনা য়েংজবা ফাওবদংতদি ফংহনবীয়ু। [বি ২।৮]।

৩৬। **সুমর্য্যাদা**—নোংমথক, চায়জবী মরূপ ওইবদগী শ্যামলানা শ্রীরাধাগী নুমিৎ থুদিংগী ওইবা মথৌ মশিনগী মরমদা অসুম হংলকপদা চাবা-থকপগী মতাংসু পল্লকপদগী বিশাখানা মঙোন্দা হায়রকই—'হে সখি! রাধাগী শক্তম লৌবী নোংগৌবী চেক্লাদি চাবা থকপা তোকখিত্তনা মথরায়হৃম থাগদৌরি; অসিমক্তদসু কৃষ্ণগী মশক ওইরবা নোংজেম-ঈরীক-অমৃত অহৃ লস্তনদি অভোপ্পা করিগুম্বা অমনদি হিংনবা য়াগনি হায়বা উত্রে। (নোং-ঈশিং, কৃষ্ণদা হায়রগনা ইবুংঙো মাগী অধরামৃত—চীনবানগী থোইহী)।

যথা বা, ২২। আহূয়মানা ব্রজনাথয়াস্মি. যুক্তোঽভিসারঃ সখি! নাধুনা মে।
ন তাদৃশীনাং হি গুরূত্তমানা, মাজ্ঞাস্ববজ্ঞা বলতে শিবায় ॥ (৩৭)

যথা বা—

২৩। পূর্ণাশীঃ পূর্ণিমাসাবনবহিতভয়া যা ত্বয়াস্যৈ বিতীর্ণা
বষ্টি ত্বামেব তন্বন্নখিলমধুবিমোৎসেকমস্যাং মুকুন্দঃ।
দিষ্ট্যা পর্ব্বোদগাত্তে স্বয়মভিসরণে চিত্তমাধৎস্ব বৎসে!
যুক্ত্যাপ্যুক্তা যযেতি দ্যুমণিসখসুতা প্রাহিণোদেব চিত্রাম্ ॥ (৩৮)

---

৩৭। মর্য্যাদাগী (থোগল্লোনগী) হৌনবী নিয়ম মতু'ইন্ন মথক থোংবা গুরুজনশিংনচিংবগী য়াথং মখা পোন্না চৎপগী মতৌ অমা থূদম ঙইনা উৎলি। শ্রীকৃষ্ণনা নোংমা যণশেনবা লেঙ্ব্রবদা বৃন্দাবনদা থাখিনবা—কৃষ্ণনা হারুনবা 'রসালা' নচি'বা অথুম অহাউবু শেমহন শাহন্নবগীদমক ব্রজেশ্বরীনা শ্রীরাধাবু লৌরুনবা ধনিষ্ঠাবু থাখি। অমবে'মদা, অসুম থোকউ হায়বত্থনা মতম অত্থমক্তদা শ্রীকৃষ্ণবু সঙ্কেতকুঞ্জদা থা'ব্রগা দূতী অমনা অমুক শ্রীরাধাগী নাক তান্না লাকখি। অসুম্না মতম অমত্তদা ধনিষ্ঠাসু দূতীসু অনিমক চপমান্নন থু'নরবহ্ উরগা শ্রীমতীনা তৌফম থোকপা মথৌ লেপ্লগা দূতীদা তাকপিবকই— 'য়েংউ সখি। ইমা ইবেম্মা যশোদানা ঐবু হুকীকমক লা'কুবা কৌহল্লরি, মহাক্রুম্বা থক্তী গুরুজন অমগী য়াথং হিক্তোকলুবহ্ অকবা নত্তে, অহ্না হুক্নীক মতাং অসিমক্তদা ঐ অসিনা অভিসার তৌরুবহ্ ফজফাগ্রে। (রসালা—শঙ্গোম অফম্বা, চিনি, খোইহী, ঘি, গোল মরিচ, উচিথি. অমদি লবঙ্গনচিংবনা য়ান্নহ্না শেম্বা—কস্তুরা অমদি যা-চন্দননচিংবা তৈত্থনা মনম মু'শিহল্লবা, লৈপাক্তী কেগামদা হাপ্লা, কর্পূরনসু মনম হাপ্লবা অত্থুম্বা অচাপোৎ মথল অমনি। মসিগী মথল অহুম শুই—কৃষ্ণমক্না শেম্বা, বৃকোদরনা কৃষ্ণগীদমক শেম্বা, নক্রগা অচম্বা মওঙ্গী মথল। বৈঃ অঃ ৬৪৭)

৩৮। থূদক্তা হায়দোকখিবা অহ্থুম্বা মশাগী য়াথংগী অচুম্বা ভাকপগী মশক ওইবা মর্য্যাদাগী থূদম অমা অমুক উৎলি—সৌভাগ্য-পূর্ণিমা' হায়না খঙনবা শ্রাবণ-পূর্ণিমাদা (ইঙেন পূর্ণিমা) নুমিৎ অহ্মক্তদি শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা বিহারমক তৌনীংলুব্রবদসু য়ান্নমক কা হেন্না লাঙ্তক্লনা শ্রীরাধানা সুচিত্রা কৌবী মাগী সখীবু অভিসারদা থাবিখিনবা খনবিখি। বাকম অসি ভারবদগী পৌর্ণমাসীনা লৌশিং কয়া তৌনা শ্রীরাধাবু অভিসার তৌহনবা থেন্নবদা মদুবু

অথ ধৈর্য্যশালিনী—

২৪। তীব্রস্তর্জ্জতি ভিন্নধীর্গৃহপতিশ্ছদ্মজ্ঞয়া পদ্ময়া
হারং হারয়তে হরিপ্রণিহিতং কীশেন ভর্ত্তুঃ স্বসা।
মল্লীং লুম্পতি কৃষ্ণকাম্যকুসুমাং শৈব্যা প্রিয়া বর্করী
রাধা পশ্য তথাপ্যতীব সহনা তুষ্ণীমসৌ তিষ্ঠতি ॥ (৩৯)

অথ গাম্ভীর্য্যশালিনী—

২৫। কলহান্তরিতাপদে স্থিতিং, সখি! ধীরাদ্যগতাপি রাধিকা।
বহিরুস্ফুটমানলক্ষণা, সুহৃদ্বহা ললিতাধিয়াপ্যভুৎ ॥ (৪০)

---

য়ানীংদবগী মতৌ ওইনা শ্রীমতীনা পাবিখিবা পাউখুমনচিংবা পূম্নমক অদূবু বৃন্দাদা পৌর্ণমাসীনা অমুক তমগুনা তাহল্লখি—'ঙসিদি শ্রাবণী-পূর্ণিমা হায়বগুনি। নীংজবা 'পূম্বা থুংনবা মঙ্গলগী মশক ওইবা অহুগুম্বা নুমিৎনি; ঙসিগী থাবান অসিদা শ্রীমুকুন্দনা তাইবঙ্পানবগী মাধুর্য্যনা তিল্লবা শকক্ষম পুংনা নহাক অসিতবু থোৱা'হৌরি, মরম অগুনা হে রাধে! লাইবক ফবতনা অসিগুম্বা পর্ব (মতাং) দিন অসি থোক্লরিবনি, মদূবু থোশাদবা মতৌনা নহাক্না 'চিত্রা'বু অভিসাব তৌহনখিনবা শীল্লিবহ্ন অফবা নত্তে ইবেম্মা। নশামক্না অভিসার তৌননৰ থোরাঙউ। অসুম্না ঐনা যুক্তি কম্না পূর্থোক্তনা থেম্নবমক্তদসু বৃষভানুগী মজাইবেম্মা অগুনা চিত্রাতবু অগ্নমক থাখি।'

৩৯। ধৈর্য্যশালিনী—মীখা পোম্না লৈবী ওইবদগী শ্রীরাধানা ঙমখৈ লৈতবা থাঙ্হৈবগী মত্তৌনা থাঙঙমদ্রবা অৱাবা থাঙ্হনা লৈবহ্ন উরগা নুংশিচাউরবী পৌর্ণমাসীনা মিৎতা ঈরা লোয়ননা নান্দীমুখীদা হায়রকই— "শেমগংপা ৱাহৈনা পদ্মানা, শ্রীরাধানা মপুবোয়বনচিংববু নমথাক কম্না তৌবগী ওইদবা কম্না হায়-জিল্লরবদা হাম্নদগীসু চুগম্নহনতা লাক্লিবা অহুগুম্বা মপুরোয়বা শাবা (পতিম্মন্য) অভিমন্যুনা শাউবনা ফি ফি কামখি। কুটিলা কোবী মনম্মনা, তম্বীরবা য়োং থাজিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা থূদোন তম্নকপা লীক্লাং পরেংবু হূরানহল্লরি। শৈব্যানা. মানা লুনা য়োকচবী (মানা থাজিল্লকপী) শজি অমোম (মত অমদনা হামেঙ্ অমোম) না শ্রীকৃষ্ণনা য়োনা পামজবী, অশাৎপা লৈ-তনা পূমগৌ ঙৌনা শাৎলিবী মল্লিকা পাম্বীগী মনা মপান পূম্নমক চাথোকহল্লরি—অহুমক্তদা য়েংঙ, থাঙ্হৈবদা মপা লৈতবী রাধানা চেক মোক লাউদবমখৈ তূমিন্না অহুম্নক লৈরি!!'

অথ সুবিলাসা—

২৬। তির্য্যক্ক্ষিপ্তচলদ্দৃগঞ্চলরুচির্লাস্যোল্লসদ্ভ্রূলতা
কুন্দাভ স্মিতচন্দ্রিকোজ্জ্বলমুখী গণ্ডোচ্ছলৎকুণ্ডলা।
কন্দর্পাগমসিদ্ধমন্ত্রগহনার্দ্ধং তুহনাগিরং
হারিণ্যদ্য হরের্জহার হৃদয়ং রাধা বিলাসোর্ম্মিভিঃ॥ (৪১)

অথ মহাভাবপরমোৎকর্ষতর্ষিণী—

২৭। অশ্রূণামতিবৃষ্টিভির্দ্বিগুণয়ন্ত্যর্কাত্মজানির্ঝরং

---

৪০। **গাম্ভীর্য্যশালিনী**— নুংদনা থরায় ঙারবী, মপান থোংদনা অশাউবা মতৌ ওইরিবী অংগুম্বী শ্রীমতী রাধিকাবু উবদা বুক্কি চঙ খোল্লবী বৃন্দানা বিশাখা য়েংলুনা হায়রকই— 'হে সখি। কলহান্তরিতাগী ( খণ্ডিতাগী মতাংদা সখীশিংগী মমাঙ্‌মক্তা মখোঙ্ শোক্না হায়জরম্লবা নায়কপু থীনা হায়দুনা তাম্থোকখ্রগা কোন্না নীংঙমহৌদবী নায়িকাবু 'কলহান্তরিতা' কৌই ) অবস্থাদা লৈরবা অসিমক্তদসু মানগী মতৌতদা অংম্মক লৈরিবা 'ধীরানায়িকা' ওইবী ( চাংলেম্বা মতৌ কায়হন্দবী ) মতৌ অসিবু ললিতামরুসু খঙ লুবা ঙামদ্রে।

( প ২০৪, অ ৮।১৭২ )

৪১। **সুবিলাসা**—যমুনা মপান্দা নোংমা শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংবদগী ওইরকপা 'বিলাস' ( নুংশি-নুংঙন ফোংদোংলপা মতৌ ) কৌবা লৈতেংনা লৈতেংলবী শ্রীরাধাবু উদুনা নান্দীমুখীনা অচৌকপা মফমদা পৌর্ণমাসীদা হায়রকই—হুজীকম্ক শ্রীরাধানা নুংশি-ঈহৌ-ঈরাংনা পীরকপা মখল কয়াগী বিলাসকলানা ( কেবা মতৌনা ) শ্রীহরিগী পুক্নীং শুঙ্কংলি। নীংথিবী খোইখোয়রবী মিৎয়েংনা কয়াগী মতিক ফজরিবা—লাস্যজগোই শারমদাইদা ওইবী অংগুম্বী পীশুম-শাথেক্লা কয়াদা ফজবা—নুংশি মোমোন মীনোক্লা মরম ওইংনা কাঙ্‌থোরকপী, কুন্দ কৌবী লৈরাংগী মতৌগুম নীংথিজবী য়াগী পরেংনা মায়থোংদা থাবলগুম মঙাল চেলচল্লি—চায়রুংদনা কুণ্ডল অনিনা ভনিক ভনিক হায়রি—চৌন্দনা, কাম-শাস্ত্রনা তাকপা সিদ্ধমন্ত্রগুম শেংফাওবা মরোল ( লোক্ষম খঙ্‌দবা ) কয়া লোল্লি অহুগা মথবাক্তনা মৃত্তা পরেংনা নোমলি—( য়েংউ, মতৌশিং অসিনা কয়াগী মতিক পুক্নীং হুরিবা ) ( বি ৬। ১৫, ২১, ২২, ৭। ৫১, অ ৮। ১৪২, ৯। ১; ৮। ৪৪, গীত ১০। ১৫ )।

জ্যোৎস্নী-স্যন্দি-বিধূপলপ্রকৃতিকৃতিচ্ছায়ং, বপুর্বিভ্রতী।
কণ্ঠাস্তম্ভিটদক্ষরাদ্যপুলকৈর্লব্ধা কদম্বাকৃতিং
রাধা বেণুধর প্রবাতকদলীতুল্যা কচিদ্বর্ত্ততে॥ (৪২)

অথ গোকুলপ্রেমবসতিঃ—

২৮। প্রেমসন্তুতিভিরেব নির্ম্মমে, বেধসা নু বৃষভানুনন্দিনী ?
যাদৃশাং পদমিতা মনাংসি নঃ, স্নেহয়ত্যখিলগোষ্ঠবাসিনাম্॥ (৪৩)

---

৪২। **মহাভাবপরমোৎকর্ষতর্ষিণী**—কলহান্তরিত-দশাগী মমৈদা য়াম্না হেন্না লাঙ্‌তক্লবগী অরোইবা ভুমথৈ য়ৌরক্লবী শ্রীরাধাবু উবদগী কনাগুম্বী প্রিয়সখী অমনা কৃষ্ণগী মাক তাম্না চৎলগা রাধাগী অরাবা মতৌবু তম্নরি—হুজীক্তদা শাউরম্বী শ্রীমতীনা অসূক থুনা প্রোক প্রোক চাক্লিবা অসিবু করিগী মতৌনো ? পাউথুমদা হায়রকই—হে বেণুধর। হায়বদি, নঙ্‌গী বেণুমখোল তাবতদা থুদক্ত, শাউরম্বদগী হুজীক্লা মহাক অদু লাঙ্‌তক্লবী অমা অমুক ওইহোরে। অমুক্লা অকনবা নুংশিং-শউম ফংলবা লফুগুম মশা তনিক তনীকলি, খোঞ্জেঙ্‌দগী থোরক্লিবা খোঞ্জেলশিং অদুনা অপনবা ফংলবদগী মরোল শেংদরি, সাত্ত্বিক বিকার ফাওরকপনা মরম ওইদুনা কদম মপালগুম তুক্ষুংলি ; অতৎ অথম লৈতনা মিংশ্না অনিমক্তগী চেম্বরকপা ঈরানা ঈরোঙ্‌ নাইনা চেনখিদুনা যমুনা ঈচেলবু ঈনেৎ কাহল্লি। অদুগা থাবম্না ফীডে ফোরবা অহিংদা শিম্বরকপা চন্দ্রকান্ত কোবা মণিগুমবী নীংথিবী মঙাম্না লৈতেংবী মশাদা স্বেদ (হুমাং পাখৎপা), স্তম্ভ (য়ূম্বীগুম চপয়ুংবা) অমসুং বৈবর্ণ্য (কুহু তাইশিল্লকপা) অদুগুম্বা মতৌ অদু উরি। অমুক্লা মচি অমত্তদসু লৈতানা লৈজবা ভুমদবা মতৌনা হেন্না লাঙ্‌তক্লবা উংলি, অসুম্বা রানা থাঙ্‌বা হোৎনবদা মথরায় অদুতদি হুজীক মশাদ্গা নপ্‌তুনা লৈহোরি। ‘পদ্য অসিদা ’প্রলয়দি নত্তবা সাত্ত্বিক বিকার পূমমক্কী মতৌ অদুনা তিল্লবনা ‘মোদন’ হায়না খঙ্‌নবা অঃগুম্বা মহাভাবকী মতৌ অদু ফোংদোকলি। (মোদন—মথং মথং হেনগৎলকপা মহাভাবকী মতৌদা ওইরকপা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী তশেং তশেংবা সাত্ত্বিক বিকারশিংগী মতৌবু কোই)।

৪৩। **গোকুল প্রেমবসতি**—শ্রীকৃষ্ণগী লুক হোনবগীদমক যশোদানা কোহল্লুবী রাধাবু উবদা উপনন্দগী নুপী ‘তুঙ্গী’ কোবীনা য়াম্না নুংশিনা যশোদা রাণীদা হায়রকই—নোংদম্বা লাইনা বৃষভানুগী মজাইবেম্না অসিবু প্রেমতনা

**অথ জগচ্ছ্রেণীলসদ্‌যশাঃ—**

২৯। উৎফুল্লং কিল কুর্ব্বতী কুবলয়ং দেবেন্দ্রপত্নী-শ্রুতৌ
কুন্দং নিক্ষিপতী বিরিঞ্চিগৃহিণী-বোমৌষধীহর্ষিণী।
কর্ণোত্তংসসুধাংশুরত্নসকলং বিদ্রাব্য ভদ্রাঙ্গি!
তে, লক্ষ্মীমপ্যধুনা চকার চকিতাং রাধে! যশঃকৌমুদী॥ (৪৪)

**অথ গুর্বর্পিতগুরুস্নেহা—**

৩০ ন সুতাসি কীর্ত্তিদায়াঃ, কিন্তু মমৈবেতি তথ্যমাখ্যামি।
প্রাণিমি বীক্ষ্য মুখন্তে, কৃষ্ণস্যেবেতি কিং ত্রপসে? (৪৫)

---

তাহনা শাৱকপা ওইৱমাল্লে? মহ ক্তবু উকববদি গোকুলদা লৈবী ঐখোয় পুম্নমক্কী থম্মোই অসি তেক্তমক নুংশিবনা পুমহূম থুমগৎলকই।

৪৪। জগচ্ছ্রেণীলসদ্‌যশঃ—শ্রীরাধাগী নীংথিবী মিংচৎ মপৈ উবদগী নোংমা পৌর্ণমাসীনা শ্রীমতীবু য়েংদুনা হায়খি—'নীংথিজবী নতোতনা নঙ্গী ওইবী হে রাধিকে। ইবেম্মা নঙ্গী মিংচৎ-থানিননা থরো অশংববু (মত অমদা হায়রগনা পৃথ্বীমণ্ডলবু) পুমডান ডাম্থোকহল্লবদা ইন্দ্রগী রাণীগী নপদা চিন্নবা কুন্দ-নাচোম থেৎপিরবী (হায়বদি কুন্দ কোবা অডোব লৈরাংমকপু মায়থীবা পীহনা) অহংগুম্বী ব্রহ্মাগী নুপী সাবিত্রীগী তুখোঙ্ তুবুমগী মশক ওইবা মহৌষধীশিং পুম্নমক্কী চরাউজনবা ওইগল্লি। অমরোম্দনা হুচীক লক্ষ্মীদেবীগী নাপ লৈতেং ওইনা ডাল্লিবা চন্দ্রকান্ত মণিগী বুপথায়রবা মকুপ মথে অদুবু পেখহন্দুনা (হায়বদি থাপতোকহনখিহনা) মহাকমকপুসু ডকচানহল্লি অমদি মশাগী ইকাই-খুম্নববু মাঙ্হল্লি।' শৈরেং অসিগী মশা পুম্নমক্কা মিংচৎকা থাবন মঙানগা মশক অমত্তা ওইবা মতৌহ উংলি [অ ৮। ২৫]।

৪৫। **গুর্বর্পিতগুরুস্নেহা**—নোংমা মহোৎসব অমদা মশাগী সঙ্গাইদা কৌহন্নুহনা লাক্লবী শ্রীরাধাবু শ্রীযশোদাজা য়াম্না লাঙ্তক্লনা করিগুম্বা বারোল খরা হংলক্লবদা ইকাইজবনা মরম ওইদুনা শ্রীমতীনা ললিতাদা লোম্না লোম্না হায়রিবহ্ন উরগা যশোদানা হায়রকই—'ইবেম্মা! নঙ্দি কীর্ত্তিদাগী মচানিগোল নত্তে; ঐগী ইচানি—মসি শোয়দবা বাক্যমনি। ইচা কৃষ্ণগী মশক উজরগা ঐনা হিংনজবগুম, নঙ্বু উবত্তদসু অদুম্না নুংঙাইবা ফংজিবনি; অদুমক্তদা নঙ্না ঐবু করিগী হংগোইরি?'

**অথ সখীপ্রণয়াধীনা—**

৩১। উপদিশ সখি বৃন্দে! বল্লবেন্দ্রস্য সূনুং
কিময়মিহ সখীনাং মামধীনাং তুনোতি।
অপসরতু সশঙ্কং মন্দিরান্মানিনীনাং
কলয়তি ললিতায়াঃ কিং ন শৌটীর্য্যধাটীম্? (৪৬)

**অথ কৃষ্ণপ্রিয়াবলীমুখ্যা, যথা ললিতমাধবে—( ১০।১০ )**

৩২। সম্ভ্রামাদপাঙ্গভঙ্গি খুরলীখেলাভূবঃ সুভ্রুবঃ
স্বস্তি স্যান্মদিরেক্ষণে! ক্ষণমপি ত্বামন্তরা মে কুতঃ?
তারাণাং নিকুরম্বকেণ বৃতয়া শ্লিষ্টেঽপি সোমাভয়া
নাকাশে বৃষভানুজাং প্রিয়মৃতে নিষ্পদ্যতে স্বচ্ছতা॥ (৪৭)

---

৪৬। **সখীপ্রণয়িতাবশা**—চতুরচূড়ামণি ( হৈশিংবদা মপা লৈতবা ) ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমতীগী থম্মোইনুংগী অশাউবদু হম্বত্রে হায়বা খঙ্লদুনা বৃন্দাগা লোয়ননা অচীকপদা শ্রীমতীগী নাক তাম্না লাক্লগা হায়জ-চৎচ কয়া তৌররবদা বৃন্দাবু য়েংনা ইবেম্মনা হায়রকই— 'হে সখি বৃন্দে! ব্রজ নিংথৌগী মচাইবুংঙোদা নঙ্না খঙ্হনখো, সখীশিংগী মখা পোন্না লৈজবী ঐবু মহাক্না করিগীদমক রাহনবীরিবনো? ললিতানচিংবী হায়ঙম তৌঙমদবী সখীশিংবু মহাক্না মশক খঙ্বিদবরা? শাউরবীশিংগী মকাদগী পৃক্নীংগী শঙ্কা পুদুনা মহাকপু চথোকহনবীখো। ( সখীশিংগী মমাঙ্দদি ঐ শাউরি, মনুংদদি শাউদ্রে হায়বগী ইঙ্গিত উংলি )।

৪৭। **কৃষ্ণপ্রিয়াবলিমুখ্যা**— শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই— থাব্রাংচাক্লী মাতাঙম মিৎয়েং থকচবী রাধে! ঙাইহাক লৈতনা উরুরু লৈহনতা লৈবী মিৎমৈগী মখল মথেল কয়া নাইবী মিৎয়েংতনা নীংথিবা লীলা শাম্নফম ওইনজবী অদুগুম্বী মশক মচু চঙ্খোনবীশিং পৃম্নমক অদুনা ঐঙোন্দদি করিসু ওইদে, নঙ্বু নত্তনদি ঐগী মিৎকুপ অমা ফাওবা নুংঙাইজফম লৈতে। থবাম্মীচাক মপেন্না কোয়শিল্লবা, মপুংফাবা থানসু লৈতেংলবা আতিয়া মকোয়দা কালেন থাগী নুমিৎ মঙানগী নীংথিজবদুবু ফংব্রবদি শক তরু-তহেন্দবগুম তারা হায়না মিংগোনবী যুথেশ্বরীনচিংবনা কোয়শিল্লবী অদুগুম্বী চন্দ্রাবলী অদুমক্না আলিঙ্গন পীরবা ঐগী

অথ সস্তুতাশ্রবকেশবা—

৩৩। ষড়ঙ্ঘ্রিভিমরর্দ্দিতান্ কুসুমসঞ্চয়ানাচিনো-
দখণ্ডমপি রাধিকে ! বহুশিখণ্ডকং ত্বদ্গিরা
অমুঞ্চ নবপল্লবব্রজমুদঞ্চদর্কোজ্জ্বলং
করোতু বশগো জনঃ কিময়মন্যদাজ্ঞাপয ॥ (৪৮)

১৬। যস্যাঃ সর্ব্বোত্তমে যূথে সর্ব্বসদ্‌গুণমণ্ডিতাঃ।
সমস্তান্মাধবাকর্ষিবিভ্রমাঃ সন্তি সুভ্রুবঃ ॥ (৪৯)

---

থম্মোই অসিসু বৃষভানুগী মজাইবেম্মা নহাক অসিগী নীংথিবী ফজবী মতো অসিবু ফংজদ্রবদি তরু তরুজবা হায়বত্ থক ওইদে ( অরাবা কোক্তে )।

৪৮। সন্তুতাশ্রবকেশবা—নোংমা অচীবপদা শান্নরবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণগীদমক মুকুট ( কোক্কী লৈতেং ) অমদি লৈ-পরেংনচি বা পুম্নমক লৈগী লৈ ডাক্তনা শেমজ-নীংলবী শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু লৈ হেকহল্লনবা থাখি। অসুনা লৈ মন্নাম অমা থিরুহনা পুরক্লগা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রৈ— 'হে রাধে !' নম্নাথং মতুংইন্না খোইমুনা কায়দোংদ্রিবা লৈরাংশিং, শেগ রব সৈত্রিবা অমদি কেনবদা ভাম্নরিবা বাহেং মতুশিং—হুন্দোরকপদা ভায়রিবা নুমিৎমক্তগীসু চেম্না মচু লংবা অংগুম্ব য়েন্নৌ মনা মন্নাম অমসু পুরক্লবসিনি। নম্নাথং মথা পোনবা ঐ অসিনা হুজাক অমুক তৌজগদবা করিনো, তাকপিয়্।'' মতাং অসিদদি আশ্রবত্ন। মখ পোনবা— ফোরোম্ন ইনবা ) অদুতবু উৎননবা তৌবা ওইবনা স্বাধীন ভর্তৃকা-নায়িকাগী মতৌগুম্না লৈতেংনচিংবা শেম্বি-শাবীবা অংগুম্ব শান্নবা মশান্না অদুবু ওইনা উৎপা থূদম মতা অহ্ নত্তে। অহোম্নন্রম শ্রীকৃষ্ণনা মতম পুম্নমক্তা মাগী ফোরোম্ন ইন্নুনতা লৈবা অংগুম্বা শ্রীরাধাগী গুণ অদুতবু উৎপনি। অহুম ওইনমক স্বাধীন ভর্তৃকা নায়িকাগী করিগুম্বতদা ওইবা মতৌ অহুদি নত্তে—অনিমক্কী খেম্নরিবত্ মতাং অসিদা উৎপতনি ( গীত ১২। ১-৮ )।

৪৯-৫৩। বৃন্দাবনেশ্বরী শ্রীরাধাগী মপান নাইদ্রবা গুণ মপৈগী মওঙ্ মতৌ উৎপগা লোয়ননা ইবেম্মা মাগী চান্নবী সখীশিংগী মরমসু অমুক তাকলি মহুদি— খাম্নদগী থোইদোক হেন্দোক্লবী অহুগুম্বী শ্রীমতীগী যুথদা লৈরিবী নীংথিজবীশিং অহুদি অথোইবা গুণ পুম্নমক্তা তিনবী অমদি মথোন কারকপা মতমগী ওইবা হৌনবা শৃঙ্গারগী মতৌ খিবীক্তা লৈতেংবী ( বিভ্রম ), মতম পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু

১৭। তাস্তু বৃন্দাবনেশ্বর্য্যাঃ সখ্যঃ পঞ্চবিধাঃ মতাঃ।
সখ্যশ্চ নিত্যসখ্যশ্চ প্রাণসখ্যশ্চ কাশ্চন।
প্রিয়সখ্যশ্চ পরমপ্রেষ্ঠ-সখ্যশ্চ বিশ্রুতাঃ॥ (৫০)

১৮। সখ্যঃ কুসুমিকা-বিন্ধ্যা-ধনিষ্ঠাদ্যাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ।
নিত্যসখ্যশ্চ কস্তূরী-মণিমঞ্জরিকাদয়ঃ॥ (৫১)

১৯। প্রাণসখ্যঃ শশিমুখী-বাসন্তী-লাসিকাদয়ঃ।
গতা বৃন্দাবনেশ্বর্য্যাঃ প্রায়েণেমাঃ স্বরূপতাম্॥ (৫২)

২০। প্রিয়সখ্যঃ কুরঙ্গাক্ষী সুমধ্যা মদনালসা।
কমলা মাধুরী মঞ্জুকেশী কন্দর্পসুন্দরী।
মাধবী মালতী কামলতা শশিকলাদয়ঃ॥ (৫৩)

২১। পরমপ্রেষ্ঠসখ্যস্তু ললিতা সবিশাখিকা॥
সচিত্রা চম্পকলতা তুঙ্গবিদ্যেন্দুলেখিকা।
রঙ্গদেবী সুদেবী চেত্যষ্টৌ সর্ব্বগণাগ্রিমাঃ॥ (৫৪)

২২। আসাং সুষ্ঠু দ্বয়োরেব প্রেম্ণঃ পরমকাষ্ঠয়া।
কচিজ্জাতু কচিজ্জাতু তদাধিক্যমিবেক্ষতে॥ (৫৫)

ইতি শ্রীউজ্জ্বলনীলমণৌ শ্রীবৃন্দাবনেশ্বরী-প্রকরণম্।

---

ওল্লংপীমক্তনি। অসিগুম্বী শ্রীরাধাগী তেঙ্বাংবী সখীশিং অসি মখল মঙা ওই মত্নদি, সখী, নিত্যসখী, প্রাণসখী, প্রিয়সখী অমসুং পরমপ্রেষ্ঠসখী। সখী—কুসুমিকা, বিন্ধ্যা, ধনিষ্ঠা অসিনচিংবীনি। নিত্যসখী—কস্তুরিকা অমদি মণিমঞ্জরী-নচিংবীশিং। প্রাণসখী—শশিমুখী, বাসন্তী অমসুং লাসিকানচিংবী সখী। মখোয়শিং অসিদি শ্রীরাধাগা মশক-মতৌ চপমান্নবী ওাক্তনি। প্রিয়সখী—কুরঙ্গাক্ষী, সুমধ্যা, মদনালসা, কমলা, মাধুরী, মঞ্জুকেশী, কন্দর্পসুন্দরী, মাধবী, মালতী, কামলতা অমসুং শশিকলা অসিনচিংবী। পরমপ্রেষ্ঠসখী—ললিতা, বিশাখা, চিত্রা, চম্পকলতা, তুঙ্গবিদ্যা, ইন্দুলেখা, রঙ্গদেবী অমসুং সুদেবী—সখী নিপান অসিনা কাঙ্বু পুন্নমক্তী মকোক থোংবীনি। অসিগুম্বী সখী নিপান অসিদি শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী অহকপা প্রেমতনা মরম ওইদুনা করিগুম্বদসু অমবুনা অমদগী হেন্না লুনা তোরকপা মতমসু য়াওরকই হায়বদি করি করিগুম্বা মতমদা

শ্রীকৃষ্ণদগী রাধাবুনা অদ্গা অমূক কবিগুৰুদনা শ্রীরাধাদগী শ্রীকৃষ্ণবুনা খর' হেল্লপ্পা প্রেম লৈবা ওইনা হেক হেক উবকই, অহ্মদি ওইবগা মহ্মকসু :তম ঙাইহাক ঙাইহাক্তগী ওইনদি তোই।

শ্রীরাধা প্রকরণ মতাং অসিদা লোইরে ।।৪



# নায়িকাভেদ-প্রকরণম্

১। যূথেঽপ্যাবান্তরগণা,-স্তাসু চ কশ্চিদ্‌গণস্ত্রিচতুরাভিঃ।
ইহ পঞ্চষাভিরন্যঃ, সপ্তাষ্টাভিস্তথেত্যাদ্যাঃ ॥ (১)

কিঞ্চ-২। নাসৌ নাট্যে রসে মুখ্যে যৎ পরোঢ়া নিগদ্যতে।
তত্তু স্যাৎ প্রাকৃতক্ষুদ্রনায়িকাদ্যনুসারতঃ ॥ (২)

১। "নেষ্টা যদঙ্গিনি রসে কবিভিঃ পরোঢ়া,
তদ্‌গোকুলাম্বুজদৃশাং কুলমন্তরেণ।

---

## নায়িকা ভেদ প্রকরণ

১। অসিগুম্বা যূথ অমমমদসু 'গণ' হায়দুনা কাঙ্‌বু কাঙ্‌বু কয়া অমসু অমুক মশাং থোঙ্‌মদবমখৈ লৈরি মতুদি—সখীগণ, নিত্যসখীগণ অসিনচিংবা। অসিগুম্বা গণ ( কাঙ্‌বু ) অসিদসু গণ অমগীনা মী ৩।৪ না, গণ অমনা মী ৫।৬ না, অদুগা অতোপ্পা গণ অমগীনা অমুক মী ৭।৮ নসু শাই। অসিগুম্বা গণ মচা মচা লৌশাং-লক্ষা কয়ানা পুনশিল্লগা অচোবা গণ অমুক শাহিবনি।

২। মতাং অসিদা চিংনফম থোক্লিবনা—পরমপ্রেমপরাকাষ্ঠাশ্রয় (অথোইবা প্রেমগী খ্বাইদগী হেন্না তুংফম ওইবা) পরম মাধুর্য্য-লক্ষণনচিংবা গুণ পুম্নমক্কী লৈফম ওইবা অমদি খ্বাইদগী হেনবা অথোইবা রসগী তুংফম ওইবা মরমনা পরোঢা-নায়িকা ( মীগী নুপী ) তনা খ্বাইদগী হেনবা ওইনা নহাক্না উৎখরে। ( উ ৪।১৫ ) 'শ্রীহবিমক্কসু রাধাগী শাংথাবা গুমদ্রবী গুণ খিবীকপু শকপা শোনবা তোই অসুম হায়বা শ্লোক অসিদা 'পরোঢা' নায়িকাশিংমক্কগীসু শ্রীরাধিকানা হেনবা মতৌবু শোগত্নুনা যূদম পীরি। হৌজীক হংফম থোক্লিবদি—অদু ওইরবদি ক্লিরিগীদমক 'পরোঢা' নায়িকাবু নাট্য-শাস্ত্রনদি হন্থনা লৌরমলিবনো? মহুগী পাউখুমদা হায়রি—নাট্য-শাস্ত্রনা শৃঙ্গার-রসকী মতাংদা অদুগুম্বী পরোঢা নায়িকাবু থিংলিবদুদি প্রাকৃতনি ( মীবমলোনগীনি ), মরম অদুনা মতুদি য়াম্না হন্থবা নায়ক-নায়িকাভগী রাফমনি। মক্ক ওইবা রাফমদি অসিনি—বৈরস্য ( নোক্লিঙৈদা কপ্পগী রস থিংজিল্লকপগুম্বা তিম্নবা য়াদবা রস অনিনা পুল্লবা অদুগুম্বা মতমদা ওইবা মতৌ ) মখল অহুম থোকপা য়াই মতুদি—অহানবদা—

আশংসয়া রসবিধেরবতারিতানাং,
কংসারিণা রসিকমণ্ডলশেখরেণ ॥" (৩)

৩। ব্রজেন্দ্রনন্দনত্বেন সুষ্ঠু নিষ্ঠামুপেয়ুষঃ।

---

ধর্ম্ম কায়বা থবক্তা অনীমক্তা য়ানবা মতৌ, অনি গুবনা—মখোয়গী অরোনবদুবু কনাগুম্বনা খঙ্ঙ্গ্রবদা ওইবা হৌনবা ইকাইবা মতৌ অমসুং অহুম গুবনা—অসিগুম্বা পরকীয়া ওইবী নায়িকা অমদি নায়ক-কী মরীমতা ওইবা মীওইশিংনা মথবায় নুংঙাইতবদগী থোরকপা অশাউবনচিংবা মতৌশিং। প্রাকৃতনায়ক-নায়িকাদদি (মীরমলেনগী মতৌদদি) অহুম অসিমক লেঙ্দনা লৈ, মরম অদুনা নাট্য-শাস্ত্রনা মখোয়বু হয়না য়েংলম্বনি। তৌইগুম্বসুং মতাং অসিদদি মথক্তা পল্লিবা দোষ অহুম অসিমক ওইফম লৈতবনা খ্বায়দগী চেয়া শেংলবা, অমকপা করিসু য়াওদ্রবা অদুগুম্বা শ্রীভগবানগী রসতবু চৃপ্পদা খ্বায়গী মকোক থোংলবা অমদি ঐখোয়গুম্বা অমকপা পূকচেন চেনবা মীওইশিংবু য়োনা চানবীহৈরবা অদুগুম্বা শ্রীবাদরায়ণিনা লেপ্লিরম্লবনি ( সিন্ধু ১০।৩৩।৩৭ )—'মনাক মনাক্তা লৈবী মূর্ত্তিশিং অদুতবু মগী মাগী নূপীনি অসুম্বা থল্লুনা'—অসুম হায়বা বাহৈ অসিদা শ্রীভগবানগী চায়বীশিংদি অদুগুম্বী ছায়ামূর্ত্তিশিং অদুগা অমত্তা ওইনবা খক লৈতে, তোঙাম্নবনি, মখোয় অদুদি অতোপ্পগী নূপী হায়বদু ওইদে, অদুনা ধর্ম্মদসু অকায়বা থোক্তে! কনামসু অরোনবদুবু খঙ্খিবা লৈত্তবনা শ্রীকৃষ্ণ অমদি গোপীশিংগী করিসু ইকাইনফম ওইনখিদে। 'কনানসু কৃষ্ণবু দোষ তৌনখিবা লৈতে' অসুম হায়বা পদ অসিনা মরম ওইদুনা কনানসু ফোংনা কল্লক-য়েংখিবনচিংবা তৌনখিবা লৈতে হায়বা খঙ্হল্লি; মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ অমদি গোপীশিংগী লীলাদা পরকীয়া-রস আস্বাদন তৌবদা দোষকী মহুত্তা অথোইবা গুণগী মশক্তুম ওই।

৩। থক্কী লাইগুরুশিংগী বাহৈদসু মথকী মত অসিবু অতম্মক শোংদলম্বা উই—শৃঙ্গার-রসদা নাট্য হৈবশিংনা পরোঢ়া নায়িকাবু অথোইবা ওইনা লৌখৎ-লমম্লিবা অসিদি ব্রজগী নীংখিজবী গোপীশিংগী যূথ-নত্তবা মকমতদা হায়বনি হায়বসি খঙ্নগদবা ওই; মরমদি—শ্রীকৃষ্ণনা অথোইবা রসকী মুংঙাইবদু কংবীনীংদুনা (ভাঃ ১০।৩৩।৩৬, ১০।৪৭।২৫,৫৮ অসিনচিংবা শ্লোককী মতুংইন্না) হায়না মীরমলেন অসিদা অমুক্তসু তারক-উরকপা লৈখিদ্রবা অদুগুম্বা অথোইবা

রসকী ওমথৈ য়োংহনবা ওঙ্বা অসিগুম্বা রাস-লীলা-শান্নবগী মতৌ অসিবু রাগ-মার্গদা চৎচবা, মধুর-রসগী মহাউ তংজবা অ৽গুম্বা ভক্তশিংগী মকাদা কৃপা পীবিনীংবদা মরম ওইগ্নুনা মীরমলেন্দা মপুং ফ৽না ফোংদোকপিরখিবনা অ৽দি নিখিল-রসিক-চূড়ামণি ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্সু অসিগুম্বা রস অসিবু আস্বাদন তৌবীনীংবদা মরম ওইগ্নুনা অবতার তৌবীরকখ্রিবনি (কুমথবীরকখিবা) হায়বদি ইবুংঙো মাগী মশামক ওইবী অগুম্বী মাগী নিত্য-লীলা (লেঙ্দনা অংম্মক ইবুংঙো মঙোন্দা শাগোম্নহনা লৈবা) অগ্নদগী মীরমলেন্দা ফোংনা পুথোকপিরকখিবী মক্তনি—অসিগুম্বী গোপীশিং পুম্নমক অসি। অসিগুম্বা রস অসিবু মপুংফানা আস্বাদন তৌবদি মর্ত্তাগী ব্রজধাম অসিতদা ওইবা য়াই, গোলোকনচিংবা ধাম অতৌদদি মদু থক ওইথোক্কদবা নত্তে। মরম অগ্নুনা তশেংনমক অসিগুম্বী গোপীশিং অসিদি শ্রীকৃষ্ণগী থানবা লৈত্রবী প্রেয়সীমক্তা ওইবা মরম্না মথক্তা হায়খ্রিবা হম্বা মথলগী বৈরস্য ওইবা ধর্ম্মকায়বনচিংবা দোষ অহমগী বাফম অদুবুসু পন্থ অসিনা ককলি। মতাং অসিদা অমুক্সু হংবা য়ারিবা বাফম অমদি কংসগী য়েক্নবা শ্রীকৃষ্ণদি চাউরেন চাউবা ঈশ্বরনি, স্বয়ংপ্রভুনি, নীংলকপগা হেক্তমক তৌনীংবা তৌবা য়াবনি, শান্নীংবা লীলা শান্নবনি, অগুম্বা ইবুংঙো মাগীদি রস নংপা নত্তবা অমুক করিসু লৈরুফম থোক্কে। অগ্নুনা শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌহল্লকপী মক্তনি হায়দুনা গোপীশিংবু খ্বায়দগী হেনবীনি হায়বসিদি করম্না হায়রিবনো? মদুগী পাউথুমদা 'হেতুগর্ভ বিশেষণ'না (নুংগী অর্থ চেনবা রাহৈনা) হায়রি মদুদি—ইবুংঙো' মহাক্তি রসিক-মণ্ডল-শেখরনি হায়বদি মীরমলেন লাইরমলেননচিংবা লোক পুম্নমক্তা লৈরিবা রস-থঙ্বা পুম্নমক্কী ইবুংঙো মহাক্না মকোক্কী লৈতেংনি হায়বদি খ্বায়দগী হেনবনি, তশেংনমক ইবুংঙো মাগী চায়বী ঙাক্তা ওইদুনসু মপান থোঙ্দদি পরকীয়া-নায়ক নায়িকাগী মতৌ ওইনতা লৈবদা নাকল অনিমক্তা অপল-অহুই কয়া কয়া লৈনবদগী মহৈ মহৈ শক্তা শক্তা উনবা, কৌন-ঙাঙ্নবা অমদি শোক্ল-শম্নবনচিংবা মতৌহ্ তাঙ্না থোকপনা অমদি অরোনবা লৈপুন-নচিংবগী রাখন্দগী পোকপা লাঙ্তক্নবনচিংবা ময়াইনা মথোয়গী অনুরাগ (ঈথৌ লাংনবা) অগ্নুনা অসুম অসুম মথং মথং হেনগংলক্ত্না পরমরসকী মহাউ ওইথংলকই—মরম অগ্নুনা রসগী মপু ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ইবুংঙো মাগী রসাস্বাদন তৌবীবদা সহায় (মতেং) ওইনবিনবা অফোংবা মীরমলেনগী লীলাদা পুথবিরকপী অগুম্বী মথোয় অদুবুদি খ্বায়দগী হেনবীমক্তনি হায়বসি য়ানফম থোকই।

যাসাং ভাবস্য সা মুদ্রা সদ্ভক্তৈরপি দুর্গমা ॥ (৪)

যথা ললিতমাধবে—( ৬'১৪ )

২। গোপীনাং পশুপেন্দ্রনন্দনজুষো ভাবস্য কস্তাং কৃতী
বিজ্ঞাতুং ক্ষমতে দুরূহপদবীসঞ্চারিণঃ প্রক্রিয়াম্ ?
আবিস্কুর্ব্বতি বৈষ্ণবীমপি তনুং তস্মিন্ ভুজৈর্জিষ্ণুভি
-র্যাসাং হন্ত চতুর্ভিরদ্ভুতরুচিং রাগোদয়ঃ কুঞ্চতি ॥ (৫)

---

৪। অসুম তৌনা লৈজবা খিবীক পুন্নমক ঙম্না থাদোক্ত্না শ্রীকৃষ্ণগী লোয়নবী ওইবদা, অরোনবা লৈপুন লীলানচিংবদা অমদি পুন্নমক্তগী হেন্না খন্নায়দগী রাংনা লৈগ্রবা অদুগুম্বা প্রেম, সৌন্দর্য্য, মাধুর্য্য, বৈদগ্ধ্য অমদি সৌভাগ্য-নচিংবা পুন্নমক্তা গোপীশিংতনা পুন্নমক্তগী থোইদোকপী হায়বদু ওই। শ্রীব্রজেন্দ্র-নন্দন কৃষ্ণতদা পুক্নীং হকচাং-চপ যুংলবী অদুগুম্বী গোপীশিংগী ভাবসু অথোইবনি হায়বগী মতাংদা অঙকপা ফোংদোক্ত্না অমুক হায়রি মঙদি—ব্রজেন্দ্রনন্দনগা মশক ওইনা লৈবা 'শ্রীকৃষ্ণতনা মথোয়গা লমন্নফম ওইবা' অথোইবা ভাবনা লল্লোইনবা অদুগুম্বা অযাম্ভবা সদ্ভক্তশিংমক্তসু খঙ্লুব ঙমদে। হায়বদি অতোপ্পা মখলগী অথোইবা একান্ত (ঐকান্তিকী) ভক্তশিংনা অমদি ঐশ্বর্য্যজ্ঞাননা তিল্লবা মখোয় অদুগুম্বা ভক্তশিং অমক্তসু গোপীভাবদুদি খক খঙবা ঙমদে )। [টীকা-১।২৩]।

৫। শ্রীকৃষ্ণগী অথোইবা পরম ঐশ্বর্য্যবু মশক যুম্না খঙ্লবী সূর্য্যপত্নী (নুমিৎ কৌবা লাইগী নুপী) সংজ্ঞা কৌবীনা শ্রীরাধাদা শ্রীকৃষ্ণদি সূর্য্যমণ্ডলদা লৈবনি অসুম্না তাকপিবগী মতুংদা করিগুম্বা খরা হায়রকপা তারবদা মোমোন নোক্ত্না বিশাখানা সংজ্ঞাদা হায়রকই—গোপীশিংদি, শ্রীমৎনন্দনন্দনগী সেবাগী মশক ওইরবা, মীনা খঙনেঙমদ্রবা অদুগুম্বা কঙ্কগী (কাখল) মনুং হুজিন্না চঙশিন্নবগা হৌনবী সদাচার অপুম্বা রাগনা খঙনরবা ঙাক্তনি হায়বদি অদুগুম্বা স্বভাবনা তিনবী মক্তনি—মদুবু অশংবা কনানসু খঙলুবা ঙমদে। ওম্নোকপনি ! শ্রীকৃষ্ণনা বিষ্ণুমক্তা মাম্ননা পাখোম মরি পান্দুনা লেপ্লিররবা ফাওবদা ( অমসুং মতুনা শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙাম্নবা নত্তদুনমকসু ) মখোয়গা কাদদি মশাগী মবুংঙোদা লৈজরম্বা নুংঙাইবা ভাবকী মতৌ অদু হেক্তমক মাঙখি—ওক্লিবা হায়ববু মতৌ অসিনি।

ভুজাচতুষ্টয়ং ক্বাপি নর্ম্মণা দর্শয়ন্নপি।
বৃন্দাবনেশ্বরী প্রেম্ণা দ্বিভুজঃ ক্রিয়তে হরিঃ।। (৬)

যথা—৩। রাসারম্ভবিধৌ নিলীয় বসতা কুঞ্জে মৃগাক্ষীগণৈ,
-দৃষ্টং গোপয়িতুং সমুদ্ধুরধিয়া যা সুষ্ঠু সন্দর্শিতা।
রাধায়াঃ প্রণয়স্য হন্ত মহিমা যস্য শ্রিয়া রক্ষিতুং
সা শক্যা প্রভবিষ্ণুনাপি হরিণা নাসীচ্চতুর্ব্বাহুতা।। (৭)

---

৬। মসিদগী থঙ্নবা ঙমদে মতৃদি—মশাগী মতৌ খঙ্গীক্তং ওস্মোকখিবা ফাওবদা ব্রজগী নীংথিবীশিংনা মখোয় মখোয়গী ভাবোল্লাস ( রাখলগী নুংঙাইজবা মতৌ ) অদু হেক্তমক পীকথ-হমুখি অমসুং মতুনা তাকই মতৃদি—শ্রীকৃষ্ণতদা পূর্ব্বাং হকচাং চপ-মুংখিবা মতৌ অসিনা মরম ওইহনা মখোয়গী ভাবকীসু খরায়দগী হেনবা মশক ওইরকই ( অফবা রাখল চেল্লকই অহুগা মতুনা অসুম অসুম লংখংলক্তনা খরায়দগী হেনবসু ওইরকই )। মথংদা অমুক শ্রীরাধাগী খরায়দগী হেনবী প্রেম-মহিমাবু বর্ণন তৌরি—মতম অমদা অসুম শাল্লরম্বদগী শ্রীকৃষ্ণনা মতৌ য়েংনা নুংঙাইবীনিংহনা পাম্বোম মরি পানবা মূর্ত্তি ওইনা উৎপিখিবা মতাংদসু শ্রীমতী রাধাগী প্রেমতনা মদুবু অমুক পাম্বোম অনিতগী ওইহনবীখি।

৭। পৌর্ণমাসীগী মফমদা অঙকপা মতৌগী ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অমবু বৃন্দানা ইঙক শুক্লা তাহনখি—'বসন্ত ঋতুদা নোংমা গোবর্দ্ধন ভময়াগী 'রাসৌলী' হায়না কোবা রাস শান্নফমদা গোপীশিংগা রাস অসুম শান্নরম্বদগী অতোপ্পা করিগুম্বা মশান্ন অমা অমুক শান্নবিনীংহনা মখোয়না উন উনমক মমাঙ্দগী অহুম্মক চথোকখ্রগা শ্রীকৃষ্ণনা শৃক্লা মম্নবা অকুংবা কুঞ্জ অমগী মনুংদা চঙ্লিনখি। গোপীশিংনা অশূকপা কুঞ্জ অদুবু কোয়শিন্দুনা থমগ্রবদা মখোয়বু ঙকহনবীনবগীদমক পাইরক লৌশিং তৌহনা শ্রীকৃষ্ণনা পাম্বোম মরি পানবা মূর্ত্তি ওইনা নীংঙাইবা লৈতনা ঙাম্মোইবীরখি। ইবুংঙো মাগী অদুগুম্বা আলম্বন-বৈরূপ্য অদুবু ( মতৌ হোংববু ) উবমক্তদা মখোয়না মাবু শ্রীনারায়ণগী মূর্ত্তিমক্তি খল্লুনা খুরুমজরগা শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংহনবীনবা বর-দং নিজরগা তোকখি। মথংদা শ্রীরাধাবু উরুবা মক্তদা ইবেম্মা মাগী অঙকপা কৃষ্ণপ্রেমগী পাংগলতনা ( লীচিংতনা ) মতিক চাউরবা অদুগুম্বা শ্রীহরিমক্তসু পাম্বোম মরি

অপি চ—

৫। সামান্যায়া রসাভাস প্রসঙ্গাত্তাদৃগপ্যসৌ।
ভাবযোগাত্তু সৈরিন্ধ্রী পরকীয়ৈব সম্মতা ।। (৮)

তথা চ প্রাহুঃ:—

৪। "সামান্যা বনিতা বেশ্যা সা দ্রব্যং পরমিচ্ছতি।
গুণহীনে চ ন দ্বেষো নানুরাগো গুণিন্যপি।
শৃঙ্গারাভাস এতাসু ন শৃঙ্গারঃ কদাচন ।।" ইতি (৯)

পানবা মাগী মৃত্তি অদুবু অসুম লেঙদনা থক থম্বা ঙমখিদে ॥ মথক্কী শ্লোকতা মশাগী মতৌদগী অচম্বা মওঙ থরদংতা হোংদোকখিবা ফাওবদা মখোয়গী রাগ ময়েং ভাবগী বা হায়খ্রেদি হায়ববু হোংলুরিবা মতৌগ্না হেক্তমক মাঙখিবগী রাফমদি পনখিদ্রি, তৌইগুম্বসু মতাং অসিদদি শ্রীরাধাবু হেক উবতদা অগ্গুম্বা শকওঙ কায়বগী মতৌ অগ্ মশামক্লা চিংননা অগ্গমক মাঙহন্ত্রি—মরম অগ্না অৈত গোপীশি দগীদি লংলবী অথোইবী শ্রীরাধাগী প্রেমতনা থোইদোকপগী মতৌবু ফোংদোকলি।

৮-৯। অতোপ্পা রাহুং অমপা অমুক—ভগবানগী প্রেয়সীশিংগী মরক্তা স্বকীয়া-পরকীয়া হায়গ্না খেন্নবা মখল অনিথক উংখ্রিবসিগী মনুংদা স্বকীয়ানা রুক্মিণীনচিংবী ইবেম্মশিংনি অগ্গা পরকীয়া হায়বনা ব্রজগোপীশিংনি হায়বগী মরমদা থুদম থুদমগা লোয়ননা হায়খ্রে। অগ্গা অমরোমদা 'সৈরন্ধ্রী' (অতোপ্পা মীগী ময়ুমদা শিল্পবিদ্যা তৌগ্না লৈবী) বুসু (হায়বদি কুব্জাবুসু) ইবুংঙো মানা লোশিনবীথি হায়বদি মাগীসু কান্তভাব লৈ অসুম্না হায়খি, হন্দীক হায়বিমু মাগীনা কমদোবা? মাবুদি করম্বা গণদা (কান্তলুপতা) তিনশিনবীগদৌরি? মতুগী পাউথুমদা হায়রি—থক্কী কবিশিংগী মত মতুংইন্না সাধারণী (অচম্বী) নায়িকাদদি অশেংবা রসকী মতৌ থক ফাওবা লৈতে, অগ্গা মথেক অহুম থেক্লা খোয়রবী মনম পোনবী কুব্জাদি সাধারণী ওইরবমকসু শ্রীকৃষ্ণদা সদ্ভাব লৈজখিবা মপান্না 'পরিকীয়াগুম্মী' হায়না শীংথাখি। অ রবা থায়নগী পণ্ডিত-শিংনদি ওত্তবী 'বেশ্যা' নুপীতনা অচম্বী সাধারণী নায়িকা ওইজবনি—মাগীদি মগুণ চেনবা নায়কপু পাম্বা, মগুণ চেন্দবা নায়কপুনা পামদবা করিসু লৈতে, মানা মিতারিবদি মাগী মপোৎ মরল অদুত্তবুনি। অসিগুম্বী নায়িকাশিং অসিগী মকাদা শৃঙ্গার রসকী মতৌ লৈরবসু অশেংবা শৃঙ্গার রসকী মপুংফাবা মতৌদি থক ওইথোক্তে।

৬। স্বকীয়াশ্চ পরোঢ়াশ্চ যা দ্বিধা পরিকীর্ত্তিতাঃ।
মুগ্ধা মধ্যা প্রগল্ভেতি প্রত্যেকং তাস্ত্রিধা মতাঃ॥ (১০)

৭। ভেদত্রয়মিদং কৈশ্চিৎ স্বীয়ায়া এব বর্ণিতম্।
তথাপি সৎকবিগ্রন্থে দৃষ্টত্বাত্তদনাদৃতম্॥ (১১)

তথা প্রাচীনৈশ্চোক্তম্—

৫। "উদাহৃতিভিদাং কেচিৎ সর্ব্বাসামেব তন্বতে।
তাস্তু প্রায়েণ দৃশ্যন্তে সর্ব্বত্র ব্যবহারতঃ।" ইতি (১২)

তত্র মুগ্ধা—

৮। মুগ্ধা নববয়ঃকামা রতৌ বামা সখীবশা।
রতিচেষ্টাসু সব্রীড়চারুগূঢ়প্রযত্নভাক্। (১৩)

৯। কৃতাপরাধে দয়িতে বাষ্পরুদ্ধাবলোকনা।
প্রিয়াপ্রিয়োক্তৌ চাশক্তা মানে চ বিমুখী সদা॥ (১৪)

---

১০-১২। হৃজীক গোপী খূদীংমক্কী মতৌ মওঙ্ খেন্নবগী মশক অমূক উংলি। থম্মনা স্বকীয়া অমদি পরকীয়া হায়না নায়িকা অনিগী ব্রা মথক্তা হায়প্রে। মখোয় খূদীংমক্কী ওইনা অমূক মুগ্ধা, মধ্যা অমসূং প্রগল্ভা হায়নহনা মখল অহুম অহুম অমূক থোকলি। কনা কনা'গুম্বনদি মখল অহুমক অসি স্বকীয়া না'য়িকাদদি পূন্না লৈ হাযনবা লৈ অঢ়ম ওইনমক কবি অথোইবশিংগী লাইরিক্তদি পরকীয়াদসু অশেংবা রসকী মতৌনা তিল্লি হায়বদগী মথক্কী মত অসিবু থোশ ক্লদবনি। মথক্কী রসশাস্ত্র লেংবশি'নসু হায়রম্বা লৈ—'কনা কনা-গুম্বা কবিশিংনা ( স্বকীয়া পরকীয়া ) নায়িকা অপূম্বগী খেন্নবা মতু'ইন্না থূদম উৎলম্মী, অঢ়গুম্বা খেন্নবা পূম্নমক অঢ়গী মতু'ইন্না অম্নাম্বা মফমদা অহুম চৎনবসু উই।'

১৩-১৪। মুগ্ধা—চহি নৌরিবী, অনৌবা ঈন্নাং থেংনরকপদমক ঙায়রিবী, পায়-পায়মক রতিগী বিষয়দা ( ইকাই হংগোইবনচিংবনা ) হৈনজ্রিবী, সখীশিংগী মখা পোনবী (মখোয়গী ফোরোয় ইন্না চৎপী), রতি চেষ্টা (নূংশি-নূংঙন-থোদো) পূন্নমক্তা য়াম্না হেন্না ইকাইথীরিবী অহ্নগা অহ্নগুম্বা মতৌ অহ্নবা হেন্নহুম পূক্লীং হুরিবী, মশাগী নূংগী অশেংবা মতৌবুদি ফোংদোক্তবী, চায়বগী মরালবু

তত্র নববয়াঃ—

৬। বিরমতি শৈশবশিশিরে, প্রবিশতি যৌবনমধৌ বিশাখায়াঃ।
দীব্যতি লোচনকমলং, বদন-সুধাংশুশ্চ বিস্ফুরতি॥ (১৫)

যথা বা—৭। বাল্যধ্বান্ত সখে! প্রযাহি তরসা রাধাবপুর্ব্বীপত-
স্তারুণ্যাত্ম্যমণের্যদেষ বিজয়ারম্ভঃ পুরে। জৃম্ভতে।
কৃষ্ণব্যোম্নি রুচির্দরোত্তরলতা তারাত্যুতৌ কাপ্যুরঃ-
পূর্ব্বাদ্রৌ সুষমোন্নতিঃ স্মিতকলা পশ্যাস্য বক্ত্রাম্বুজে॥ (১৬)

---

(লমচেনবা মতৌ) উরগা মমিত্তা মপি শিঙ্ঘজবদগী হেন্দবী, নুংশিবা অমদি নুংশিদবা বাঙাং অমত্তবুসু ঙাঙ্.বা হৈনজদবী অমদি শাউরগনা চুম্নতগী মমায়দং লৈথোক্ত্না লৈজবী অসিগুম্বী মতৌনা তিনবী অদূবু 'মুগ্ধা' নায়িকা হায়না কৌই।

১৫। নববয়া:— বৃন্দানা পৌর্ণমাসীদা হায়রকই—'হৌজীক' বিশাখাগী পোগণ্ডগী মশক ওইবা শিশির ঋতু অত্ত লে'ইখিড়না (চহি ৬ চহুৎলকপদগানা ১০ ফাওবগী মতাংবু পোগণ্ড কৌই। শিশির চায়বনা নিংথমথাগী ঋতু—মাঘ-ফাল্গুন) মথোন কাবগী মশক ওইবা নুংঙাইরবা বসন্ত থা অদু (য়েন্নৌং হুনবা মতম) চঙ্.শিল্লবলে, কৱিনা হাংঙবু মাগী থম ল লৈকা মানবী মমিং অসে ফন্দোরকলে অমসুং থামানবী মায়থোংসু মকারাম্নকলে॥'

১৬। মথক্কী পদ্যদা নববয়সকী (ঈনথংপা চৌরকপগী) অহানবা মতাংগী বাবম হান্না হায়রগা হুজীক্না অমূক মতাং অহুদগীসু থরা চঙ্.শিল্লকপা অহুগুম্বা অহানবা কৈশোরগী (চহি ১০ দগীনা ১৫ ফাওবগী মতাং) মতৌ অদূবু বর্ণন তৌরি। শ্রীরাধাগী অহানবা কৈশোরগী মতাং য়ৌরকপদা ওইবা নীংথিজবী মতৌবু উরগা হৱাউজবনা লুতে ন কারবী ললিতানা অঙাং ওইবা মতৌবু (মপুক্লীংদা মশক পালহল্লুনা) কৌরগা হায়রকই— অঙাং ওইবা মতৌগা শকলোন পূবা হে অমম্বা! মতম কুইনা শাগোম্নরক্লবনা চান্নবা মরূপ ওইবও! হুজীক নঙ্গী অকবা ওইনবা বা অমা হায়বিগে তাজো। রাধা-হকচাংগী শত্তম লৌবা ঈথং অহুদগী নহাক থুনমক হন্দোকচহো। নশানা রানা চংলোইদৌরিবরা? মহুগী পাউথুমদা অমূক হায়রি—উদবরা নঙ্বো? শ্রীরাধাগী হকচাংগী শত্তম লৌবা ঈথং অসিদা মথোন কারকপা ইপোমগী

নবকামা যথা—

৮। বালে ! কংসভিদঃ স্মরোৎসবরসে প্রস্তূয়মানে ছলাৎ
প্রৌঢ়াভীরবধূভিরানতমুখী ত্বং কর্ণমধ্যস্যসি।
সব্যাজং বনমালিকাবিরচনেঽপ্যুল্লাসমালম্বসে
রঙ্গঃ কোঽয়মবান্তরদ্বদ সখি ! স্বান্তে নবীনস্তব ॥ (১৭)

রতৌ বামা

যথা—৯। নববালিকাস্মি কুরু নর্ম্ম নেদৃশং
পদবীং-বিমুঞ্চ শিখিপিঞ্ছ শেখর।

---

ইথিন মশক ওইবা নৌনা হন্দোয়রকপা মুমিৎ মঙাম্না নমাঙ্‌মক্তদা তাররি, চীংখৈ হল্লকপদা অমম্বা মাঙ্‌বগুম্, আতিয়া মকোয়না অসুম অসুম ঙাম্বোরকপগুম, থরাম্মীচাক্লা মঙান শিথরকপগুম, চীংখৈরোমদনা হায়ফম শঙ্‌দবা মেঙ্‌লবা নীংথিরবা অঙোবা মঙাম্না খজিক খজিক ঙাম্বোরকপগুম অমদি লোয়ন-লোয়ননা থম্বাল লৈরাংনসু লৈশাং তম্নকপগুম শ্রীরাধাগী অঙাং ওইবা মতৌ পুম্নমক মাঙ্‌খিনা মথোন কাবগী নোংরবা মঙাম্না মৈররবদা শ্রীকৃষ্ণনা মায়কৈতদা পুক্লীং লৈশিল্লকলি, মিৎ-নহানা হান্নদগী হেন্না থকচানরকলি, থীক-থাগী ফজখৎ-লকপা মতৌনা হায়ফম শঙ্‌দরি অমদি মায়থোং থাদনা মোন্না-মেঙ্‌না নোকপী মীনোক্লা লৈতেংলি। মরম অহনা কে অঙাং ওইবা মতমও ! অমুক থীম্বা তৌদনা নহাক চখোকচহৌবে।' [অ ৫।৬৫]

১৭। নবকামা—শ্রীকৃষ্ণদা নৌনা খোয়দাজয়কপী কনাগুম্বী ব্রজদেবীগী মফমদা মাগী থম্মোই-নামুম হাংদোকপদা হৈথোই শিংথোইরবী ঙাঙ্‌বা শকপদা হৈশিংবী কনাগুম্বী সখী অমনা মশাগী অচীকপা কা অমদা শ্রীকৃষ্ণবু মহাক্লা খোয়দারকপা মতৌ অহ কোংদোক্‌না হায়রকই—'হে নৌজরিবী ! নথক থোংবী (চহি হনবী) গোপাশিংনা অসুম রারী শানরকপদা শ্রীকৃষ্ণগী কাম-ক্রীড়াগা মরী লৈনবা বাকম অমত্তংতবু হোদোরক্লবদি নহাক্লা করিগী হেক্তমক মক লুক্তনা ননা থাংগৎনা মদুবু তারিবনে, লাইগী পূজাগীনি হায়শিন্নহনা লৈ-পরেং লেংজবতনসু নঙ্‌গী হরাউজবা ওইরি ! হায়মু য়েংসি সখি ! নঙ্‌গী থম্মোই নামুমদা নপা চাবা কনা-পাখংগী ঈথকনা মৈরবদগী অহল্লা তৌরিবনো ?
[অ ৫।৬৬]

বিচরন্তি-পশ্য পটবন্তটীমিমা-
মরবিন্দবন্ধুতুহিতুর্নতভ্রুবঃ ॥ (১৮)

যথা বা-১০।

যমুনাপুলিনে বিলোকনায়ৈ, চলিতাং স্বৈরসখীগৃহীতহস্তাম্।
অয়ি মুঞ্চ করং মমেতি-খঞ্জদ্, বচনাং খঞ্জনলোচনাং স্মরামি ॥ (১৯)

---

১৮। **রতি পরাঙ্মুখী নত্রপা বামতা**—গোপী অমনা নোংমা থবক অমগী-দমক যমুনা মপান্দা লাকচবদা শ্রীকৃষ্ণনা মাঙ্‌দা লম্বী থংলগা নীংথিবা শাথেক্তা মোমোন নোক্লা লেপ্লরবদা গোপী অদুনা অপাম্বা হাইফেং উত্তুনা খোয়থুম্লবা রাঙ'ঙ্‌না শ্রীকৃষ্ণদা হায়র্বকই (চাটুবা'ক্য)—'হে রাহোং মতুনা কোক্কী লৈতেং ওইনবও। ঐদি নৌঙ্গরিবানি (মশানা মতোমতবু নৌঙ্গরিবীনি, অঙাংনি অসুম্না হায়জবা মতৌ অসিনা নুংগী অর্থ অমা শাগোন্নবি হায়বা থঙনগনি), অদুম্না ঐঙোন্দা লোনজানসি হায়বগী মতৌ উত্তুনা লঙ নবীবক্রনু। লম্বী থাদোকউ য়েংউসে উদ্রা—যমুনা তোর্বান্দা ১িং মনা তুথবী শবতেনবী অমদি থেক-তেক্লা মীতেক মীবৌ খঙবী গোপীমক্তা কোয়না চংনরি। নঙ্‌দি মখোয়ন্তগা শান্নমিন্নবদা মতিক ওই ঐগদি নত্তে। "মসিদা" মমিং মনা তুথবী শকহেনবী ময়াম চংনরি, মখোয়দি ‧তেক মীরৌ খঙ বানি হায়বনচি'বা রাহৈ তাহনবসিনা মখোয়না উদ্রিঙৈদা ঐগ শ রসি, নুংঙাইমিয়সি হায়বসি ফোংদোকই, মরম অসিনা থক্লোইনদি য়া়ুক গাঙ্‌তক্লরবদসু মখোয়শিং অহুগী অকিবা রাঙাঙনা মপান্দদি য়ানীংদবা উৎপ মতৌবু '**বামতা**' হায়বনি (ওয়ওইনবী)।

১৯। মথক্কী খুদম অসিগী নায়িকা অসিদি হান্নন শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গগা হকথেংনগ্রবীনি মাগী 'বামতা' ওইবী মতৌ উত্তুনা হুজীক্ল। মথংদা অমুক কৃষ্ণগা হকথেংনজদ্রিবী অ গুম্বী নায়িকাগী খুদম অমগা অমুক উৎলি—নোংমা শ্রীর ধাবু উবদা মতম অদুদা ওইখিবা মাগী নুংশি-নুংওন মতোনা মরম ওইদুনা য়াম্না ইখৌ লাংলবা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীব পাগী মতৌশিং অদুবু অসুম মথক্তা চীন্দা শোল্লকই—"যমুনা মপান্দা ঐবু উবদগী চিথহৌরবী শ্রীরাধাগী মখুৎ অদুবু মোমোন নোক্লা সখী অমনা পায়রয়বদা রাহৈ মতেক মতেক্লা মহাক্লা হায়খি'—'হে চান্নবী। ঐগী খুৎ পায়গনু।' মতুদা '**বৈম্বর্ষ্য**' (খোনক্ষম কায়বা) হায়না কৌবা সাত্ত্বিক বিকার অমদি 'বিলাস' কৌবা অলঙ্কার অহুগী মতৌবু কোং-

**সখীবশা, যথা—**

১১। ব্রজরাজকুমার! কর্কশে, সুকুমারীং ত্বয়িনার্পযাম্যমুম্।
কলভেন্দ্রকরে নবোদয়াং, নলিনীং কঃ কুরুতে জনঃ কৃতী? (২০)

যথা বা—১২। ন স্বীকৃতা সখি! ময়া প্রগিহাস্তি কৌন্দী
কিং দীর্ঘরোষবিকটাং ভ্রূকুটীং তনোষি?
ক্ষিপ্তেয়মত্র মম মণ্ডন-পেটিকায়াং
চেদ্বৃন্দয়া চটুলয়া কিমহং করিষ্যে? (২১)

---

দোকখি। অদুগুম্বা খাত্রাংচাক্লা মতৌগুম মিৎস্না তথকপী শ্রীরাধা অদূবু ঐনা হুজৈক নীংশিংলকই।' অসুম্না খাত্রাংচাক্লা চাংদম্নবনা মিৎস্না অনিগী তথকপা মতৌ অমদি য়েনা ফজবী মতৌবু উৎলি। [উ ১১।৩১, অম ৪১, অ ৫।৬৮,৫৮]

১০। **সখীবশা**—নোন শ্রীকৃষ্ণদা অনুরাগ লৈরকপনা য়েনা লাঙ্তক্লজববী অদুংদি ওইরগা থক্তা লৈনী সখীগী য়াথং যংদবনা মরম ওইদুনা হৈঙম-শিংঙমদনা লৈরবী কনাগুম্বা নায়িকা অমবু ফনবগংদমক শ্রীকৃষ্ণনা হৈশিংবা মতৌনা লুচিংবী সখী অদুগা মফমদা থেমনা নেংনা চারোন কয়া তৌগনা চায়জক্ববদা লুচিংবী অন থুম্নকই— হে ব্রজনিংথৌগী মজাইবুংঙো। (তি চাবা হাৎপনচিংবা থোদোক কযানা অনদি শংগগী মো মথৈবু নমথাক জোবনচিংবনা) চূগন্নরবা অদুগুম নঙোন্দা থোংচ নোজরিবী মাবু কবম তৌনা শিন্নথোক্নি, মদু ঙমগে ই। অদুম্বা চংপা করম্বা মীওইনবু শামু লমশাদা, থিনগৎচরকপদমক ঙায়জরিবা থরে-থাবাকথাবু শিন্নখিবা য়াওগ্রবগে হায়মু।

২১। থোংচ নোজরিবী নায়িকানা সখাগা মখা পোন্না লৈবগী মতৌ অদু উৎলগা মথংদনা মখা নায়িকনা লুচিংবী সখীগী মখ পোনবা মতৌ অদূ অমুক উৎলি।—শাউরুব (ঙহন ?) কন ঙ্ধ ব্রজাঙ্গনা অমনা কল-হান্তরিতাগী মতৌ ওইরক্লবদা নগং লুচিংবা সখীবু খঙ্হন্দনা শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাগা লাকমিন্নরগা থেমদুনা নৌদুনা মাবু হরাউংল্লগা (শাউরিবী অদূবু), মশানা (কৃষ্ণ) লেংজবা লৈরাং পরেং অদু শিজিনবারমদুনা চৎপ্রবদা, লাইগী নোংদম্বনা থুদক্তা চঙ্লকখিবী লুচিংবী সখী অদুনা শিল্পবিদ্যাদা চঙ্খোল্লবা শ্রীকৃষ্ণমক্তা মথুংনা লেংবা অণ্ডকপা লৈরাং পরেং অদুবু উরুবদগী কৃষ্ণনা মোইথেম তৌদুনা শাউবা ফহলমলে হায়বা খঙ্দুনা মমীৎ কোরী কানা শাউরবা উবদগী কিজরবী

সব্রীড়-রতপ্রযত্না, যথা—

১৩। ছিত্রাণ্যেত্য পদানি কুঞ্জবসতের্দ্বারে বিলাসোন্মুখী
সদ্যঃ কম্পতরঙ্গদঙ্গলতিকা তির্য্যগ্ বিবৃত্তা হ্রিয়া ।।
ভূয়ঃ স্নিগ্ধসখীগিরাং পরিমলৈস্তল্পান্তমাসেদুষী
স্বান্তং হন্ত জহার হারিহরিণী নেত্রা মম শ্যামলা ।। (২২)

---

সখী অদুনা বা থৈদুনা হায়জরকই— 'হে সখী! কৃষ্ণনা পীরবা কুন্দ পরেং অসে ঐনদি মসিবু থক য়াজহোবা নত্তে; করিগাদমক নঙ্‌না অদুক শাউদুনা অকিবা কংনা পীশূম থেক্লরিবনো? নশানা য়াহৌদ্রবদি করিগীদমক্তা মদুবু লংথোকখিদ্রিবনো হায়গনি, মদুগী পাউথুমদি অসিনি—মায়থকপী বৃন্দা হায়বী অদুনা মসিবু ঐগী মণি মঞ্জুষিকাদা (মণি মুক্তানা শাবা লৈতেং হাপ্পবা পাত্র) থাদরম্লগা চংখিবনি, মদুবু ঐগী ইরাল ওইগদরা?

২২। সব্রীড়-রত প্রযত্না—ইহান হেক হানবা ওইনা নোংমা কুঞ্জদা অহানবা উন্নখিবা নুমিত্তা অরোনবা লীলা হোৌরমদাইদা শ্যামলানা কিরদুনা তৌখিবা মতম অদুগী মাগী থুম্নবা থোদো থোঙ্‌শিং অদুগী চাংদম্লিঙাই লৈতনা নীংখিজবা মতৌনা থম্মোই হুপ্পবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা শ্যামলানা শাদুবা লোইদুনা ময়ুমদা চনগ্রবদা য়াম্নমক লাঙ্‌তক্লনা মদুমক্কী মতৌ তমদুনা মথন্তা অমুম শোন্দুনা লৈহৌরি নত্রগা বৃন্দাবু য়েংদুনা হায়রি—'শান্নবগী ঈরাংনদি মপৃক্লীং থুম্মংলবী শ্যামলানা কুঞ্জ-সঙ্গাই-থোঙ্‌জীন্দা খোঙ্‌কাপ অনি অদুম্লক্তং চঙ্‌শিল্লম্লগা থুদক অদুমক্তদা পাখংপা, হরাউবা অমদি লাঙ্‌তক্লবনাচিংবদগী ওইরকখিবা তনিকপী মতৌনা তনোজবী উরী পাংথকপী নীংথিজবী মশা অদুদা ঈধক-ইপোম-ইথিনবু খাঙ্ঙমজদবনা অমদি হেন্না হেন্না ইকাইশিল্লকপনা ময়ুম ওইদুনা মমায় ওন্দুনা ময়ুম পাংনা অমুক মখোঙ্ থাংদোকপা হোৌরকখি। নুংশিবীহৈবী অমদি মাবু লুনা তৌজবী সখী মখৈনা তাকপিবা সাম অমদি ভেদনচিংবা কায় কায়বা পাউতাক কয়াগী খোয়থুম্নবা বাঙাঙ্‌ তাবদগী অমুক মমায় ওনশিল্লক্‌না শয্যা মনাক য়োনা চঙ্‌শিল্লকখি। ওহ্হোকপনি! পুক্লীং হুনবা মশক ওইরবী অমদি মিংয়েংতমক তথকচবী মতম অদুগী অদুগুম্বা মতৌনা তিনবী শ্যামলা অদুনা হুজীক্তা ঐগী পুক্লীং অসিবু তম্মংলি!

রোষকৃতবাষ্পমৌনা, যথা—

১৪। সিদ্ধাপরাধমপি শুদ্ধমনাঃ সখী মে
ত্বাং বক্ষ্যতে কথমদক্ষিণমক্ষমেব ?
নেমাং বিডম্বয় কদম্ববনীভুজঙ্গ
বক্তুং পিধায় কুরুতামিয়মশ্রুমোক্ষম্ ॥ (২৩)

**অথ মানে বিমুখী—**

১০। মৃদ্বী তথাক্ষমা চেতি সা মানে বিমুখী দ্বিধা ॥ (২৪)

---

২৩। **রোষকৃতবাষ্প মৌনা**—কনাগুম্বী মুগ্ধা নায়িকা অমবু দূতী থাদুনা সঙ্কেত তৌরম্লগা (অরোনবা মফমদা উন্নবা পাউ পীরম্লগা) নায়ক অদুনা অতোপ্পী নায়িকা অমনা হায়জবদগী অহিং চুপ্পদুমা মাগা লৈমিন্নরুরগা অযুক অঙনবদা হায়ন-শীংনখিবী নায়িকা অহ্গী মনাক্তা লাক্লগা ওইদবা রাহৈ শেমগত্তুনা হকল্লবা মশাগী মরাল কূপশিন্নবগীদমক মীরৈহং তৌররবদা মরিল থাবী, হায়ঙম তৌঙমদবা লৈতবী নায়িকা অদুগী সখীনা কুংশিং কুংনা হায়রকই —হে লোনম্বা। নরাল লৈরবা নঙ নি হায়বা তশেংনা থঙলবী থম্মোই মকচদবী ঐগী সখীনা বরিগীদংক্তা নঙগী নকাদা ঙাইঙমদবীগুম রা ঙাঙলকক্ম থোকপগে ? হে কদম্ব-বনগী লিনজাউ ওইবও। (কদম্ববনগী মনুংদা নঙনা কামগী ঈরাংদা মাগা তাউমিন্নরুবা নতো অহ্নসু ঐগী সখীনা লোইনা খঙই) অমুক হন্না মাবু নমথাক তৌবীরগনু—মমায় মায়থোং খুমজিন্দুনা তুমিন্না অসুম মথন্তা পিরাং শিম্বদুনা লৈজসনু—(নঙনা ফংহনবীরিবা থোশাবীদবা মীরায়বা মতো অসিবু মীনা খঙখিদুনা ইকাইবা নংজদনবা নঙসু হনখরো, মথন্তা মাসু মনীং তৌনা কপচহৌসনু।

২৪-২৫। **মানে বিমুখী**—মান তৌবদা হৈজদবী (শাউজবা হৈতবী)—মসিগী মখল অনিনি মধুদি—**অক্ষমা** (থাঙঙমজদবী) অমদি **মৃদ্বী** (মোনজবী)।

**হৌজিক মৃদ্বীগী মশক তাকলি**—তৌহন্নীংদবা অয়ানবা থবক তৌরক্লবা চায়বৰু তরাম তরাম তৌক্লবী কনাগুম্বী যূথেশ্বরী নায়িকা অমবু মাগী সখী মখৈনা চৈহত্তুনা মানগী হৌনবী মতো তৌননবা ঈনশিল্লক্লবদা নায়িকা অদুনা খুম্লকই—'চায়বীথোয়, য়েংঙোয়। শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তগী লাক্লগে হায়না হেক নীংলুষমক্তদা ঐগী ইথোঙ অসিনদি ওম্ন ভৈনবা মায়কৈদা হেক্তমক থাংজিনথি

তত্র মৃদ্বী, যথা রসসুধাকরে—

১৫। ব্যাবৃত্তিক্রমণোদ্যমেঽপি পদয়োঃ প্রত্যুদ্‌গতৌ বর্ত্তনং
ভ্রূভেদোঽপি তদীক্ষণব্যসনিনা ব্যস্মারি মে চক্ষুষা।
চাটূক্তানি করোতি-দগ্ধরসনা রূক্ষাক্ষরেঽপ্যুদ্যতা
সখ্যঃ! কিং করবাণি মানসময়ে সংঘাতভেদো মম॥ (২৫)

অক্ষমা, যথা—১৬। আভীরপঙ্কজদৃশাং বত-সাহসিক্যং
যা কেশবে ক্ষণমপি প্রণয়ন্তি মানম্।
মানেতি বর্ণযুগলেঽপি মম প্রযাতে
কর্ণাঙ্গনং বহতি বেপথুমন্তরাত্মা॥ (২৬)

---

হায়বদি মাগী মায়কৈতদা চঙ.শিনখি। লৌনম চাউবদুবু ঐনা পীশুম শুক্তনা থিংখিদ্রিবদি করিগীনো হায়না নখোয়না হংলকপা থোক্লবদি ঐনা খুমগনি—হায়বা ইন্দবী ইমিং অনি অসিনা মদুম্মা তৌগনি হায়বহ্ কাউথোকখিহ্না শ্রীকৃষ্ণতবু দর্শন ফংজনবা হেক তৎপমখৈ লাঙ্.তক্লরকখি॥ অথীবা রাহৈ খরদং হায়জগে হোৎনক্লবসু লাইবক থীবী ঐগী লৈয়েঙ্ অসিনা অথুম্বা নোঙ্গক রাহৈতমক মতায়দোরকই। অসুম তৌনা মান তৌফম থে'কপা মতমদা ঐগী ইন্দ্রি কায়াৎ পৃম্নমক অসিনদি ঐগী ইপোং অমত্তা নত্তবগুম্না মানা মানা তৌনীংবতা তৌথোক্লবকই, মতম অত্তদবু ঐনা তৌকগদবহ্ করিনো, নখোয়না অমূক্তা তাকপিয়্॥ [ অম ২৮, ৯৭ · অ ৫।৫৭ ]।

২৬। **মালে অক্ষমা**—অতোপ্পা পক্ষ অমগী যূথেশ্বরী অমনা শ্রীকৃষ্ণদা হক্লা-য়ৌনা শাউবা (মানদার্চ্য) পাউ ফংলবদা মশাগী সখী অমনা পাউ অদুবু তয়বা শানা মাগী মবেম্মদা মান তৌবগী হৌনবী মতৌ মওঙ্ তাকপা হেংনবি। মাগী সখীবু য়েংচনা যূথেশ্বরী অত্তনা নীংথিবী মিৎয়েং লোয়নননা মানা খঙজবা মশাগী মত মতুংইন্না শাউগনবী (ওইনচাউগনবী ?) নূপীমখৈবু ময়াল শীনগা লোয়নননা মশাগী মতৌ ফোংদোরকলি—'ওন্থোকপনি! মমিৎনা থম্মাল লৈকা মানজবী গোপনিঙোনশিং অসিদি কয়াগী মতিক মথৌনা লৈন-রিবনো! মরমদি, মিৎকৃপ অমত্তগী মতম ওইরবসু মখোয়না শ্রীকৃষ্ণদা ওইনজবা ঙমলি। অদুবু ঐগীদি 'শাউবা' হায়বা ময়েক অহুম অসিনা নাকোঙ্-নাকচি হেক য়োরকপমত্তদা ঐগী থম্মোই-লকায়ুং অসি ফাওববু হেক্তমক থক থক নিকহল্লি!! [ অম ৪৩, অ ৫।৮৩-৮৫ ]।

**অথ মধ্যা—**

১১। সমানলজ্জামদনা প্রোদ্যত্তারুণ্যশালিনী।
কিঞ্চিৎপ্রগল্ভবচনা মোহান্তসুরতক্ষমা।
মধ্যা স্যাৎ কোমলা কাপি মানে কুত্রাপি কর্কশা॥ (২৭)

তত্র সমানলজ্জামদনা, যথা—

১৭। বিকিরতি কিল কৃষ্ণে নেত্রপদ্মং সতৃষ্ণে,
নময়তি মুখমন্তঃ স্মেরমাবৃত্য রাধা।
নিদধতি দৃশমস্মিন্নন্যতঃ প্রেক্ষতেঽমুং,
তদপি সরসিজাক্ষী তস্য মোদং ব্যতানীৎ॥ (২৮)

প্রোদ্যত্তারুণ্যশালিনী, যথা—

১৮। ভ্রুবোর্বিক্ষেপাস্তে কবলয়তি মীনধ্বজধনুঃ-
প্রভারম্ভং রম্ভাশ্রিয়মুপহসত্যূরুযুগলম্।

---

২৭। মধ্যা—ইকাইবা অমসুং কামগী ঈরাং-ঈহৌ অনিমক্তী চাং-চপ্ মান্নবী, (মুগ্ধাগীনা কামদগী ইকাইবনা হেল্লি, প্রগল্ভাগীনা ইকাঈবদগীসু কামনা লাকহৎপা মতৌনা হেল্লি) মথোন কারকপী, মশাগী মতৌ উবদা নাপন চেঞ্জবী, ঋাঙাঙ শাঙাঙ্দসু হাইফেৎনা নাবাংজবী, লৈপুনগী মতমদনা পঙ্থজবা মতৌ কাওবা ওইবী অদুগা ওইনবা (মান) মতমদনা করিগুম্বা মতাংদা মেঙ্না থোৎনা, করিগুম্বদনা অয়াকপা অকনবা ঋাহৈ-ঋাতা শীজিন্নবী—অদুগুম্বী নায়িকাবু রস শাস্ত্রনা 'মধ্যা' হায়না খঙ্নৈ।

২৮। সমানলজ্জামদনা—(ইকাইবগা কামগী ঈহৌগা চাং মান্নবী)—লৈহেকপা শাহ্না বিশাখানা শ্রীরাধাবু সঙ্কেত কুঞ্জদা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা পুশিল্লকখদা উরী মরুমদা লোত্তুনা লৈরিবী বৃন্দানা মতুগী মওঙ. মতৌশিং অদুবু কুন্দলতাগী মফমদা হরাউ হরাউনা তমলি—শ্রীকৃষ্ণনা ঈথৌ-লাংবা মিৎয়েংনা মঙোন্দা মিৎয়া লৈনা য়েংলক্লবদা খোয়রুম-মোমোন-মীনোক কাবা হোৎনজরিবী শ্রীরাধানা মায়থোং লুকচরি অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা অতোপ্পা অমদা মিৎয়েং হোংপ্রবদনা মমিৎ লাওথোক্তুনা লাগ্তরুনা মহাক্না মবুংঙোবু য়োংকদব-মথৌ য়েংজরি। [অম ৪,৩৭; অ ৫।২৫,৭১,৭৩]।

কুচদ্বন্দ্বং ধত্তে রথচরণযূনোর্বিলসিতং
বয়োরূণাং রাধে! তরুণিমণি চূড়ামণিরসি। (২৯)

কিঞ্চিৎ-প্রগল্ভোক্তিঃ, যথোদ্ধবসন্দেশে—(৫৫)

২৯। মন্দক্রান্তোরুহপরিমলোন্মত্তসেবানুবন্ধে
পত্যুঃ কৃষ্ণভ্রমর! কুরুষে কিন্তরামন্তরায়ম্?
তৃষ্ণাভিস্ত্বং যদি কলরুত! ব্যগ্রচিত্তস্তদাগ্রে,
পুষ্পৈঃ পাণ্ডুচ্ছবিমবিরলৈর্যাহি পুন্নাগকুঞ্জম্॥ (৩০)

---

২৯। প্রোদ্যত্তারুণ্যশালিনী—ক্রীড়াকুঞ্জনুংদা মশাগী নাকন্দা ঙাম্বোইরিবী ঈনথংলকপা চহি মতাংগী (কৈশোর) মথোন কারকপা মতৌনা হেন্না নীংথিজহন্নবী শ্রীরাধাগী শাবান মৃত্তিহ্ উরুবদা, হোগংলকপ-ঈহৌ-থিংঙমন্নবা কৃষ্ণনা মাবু য়েংনা হায়রকই— 'হ রাধে। নহাক্গী পীশূম-শাথেক্লা কামগী লীরুংবু ঙমজরি, কৈবোম অনি অগ্না লফু-নেত্রাগী ফজবা মতৌবু করি লৈহন্দরি, থাবোম অনি অহ্না কাংখোঙ্ঙুম কোয়না নীংথিরি— অসুম্না নঙ্গী ফজবা নতৌশিং অসিনা নীংথিজবীশিং পুম্নমক্কী লূচিংবী ওইরি!!'

৩০। কিঞ্চিৎপ্রগল্ভোক্তি—(বাঙাঙ্ হাইফেৎ ঙনবী)—মনেম মনম্মা অনিনা রাধাবু নোংমা ফাজিন্দুনা যুমদগী হেন্দোকহনখিদ্রবদা য়োনা লাঙ্ঙ্তক্লরবা শ্রীকৃষ্ণনা লোম্না কনাসু উহন্দনা মহাক্কী উপবনদা (হৈকোন নম্রগা লৈকোন) চঙ্লক্লগা খোইমূনা ঙংবা মালহনবা খোঞ্জেলনা মানা চঙ্লকপদু রাধানা খঙ্খিনবা থূদম তৌরক্লবদা, মদুবু তাজরবা শ্রীমতী রাধানা মহাকপু কুঞ্জদা থাখিনবগীদমক কৃষ্ণবু খোইমু ওইনা লৌহ্না হায়রকই— 'হে অমূবা খোইরাব ও। ঐগী মায়থোং-থম্বাল-লৈরীক মিতাবদগী ককঙাঙনগ্না নহাক্লা করিগীদমক ঐবু ইপুরোয়বা সেবাদা অপনবা পীরিবনো? হে নুংশিবা খোম্হোক্লা ঙংবা হৈবও। খাঙ্ঙমদ্রবা ঈথৌনা মরম ওইগ্না নঙ্না লাঙ্ঙ্তক্লবা থোক্লবদি, অশাংপা মপাললনা ঙৌনা য়োম্লবা অমদি অহোবা অহাঙ্বা লৈতনা কুংলবা মাঙ্দা লৈরিবা নাগেশ্বর কুঞ্জ অহুদা চঙজখো—(হায়বদি মফম অসিদা মথি কোংলবগী কাম্নবা লৈতে; মাগী কুঞ্জদা চংলগা মফম অহুদা উম্নবা ফংগনি)। [অ ৫।৭২]

মোহান্তস্মরতক্ষমা, যথা—

২০। শ্রমজলনিবিড়াং নিমীলিতাক্ষীং, শ্লথচিকুরামনধীনবাহুবল্লীম্।
মুদিতমনসমস্মৃতান্যভাবাং, রতিশয়নে নিশি গোপিকাং স্মরামি॥ (৩১)

মানে কোমলাঃ যথা—

২১। প্রাণাস্ত্বমেব কিমিব ত্বয়ি গোপনীয়ং
মানায় কেশিমথনে সখি! নাস্মি শক্তা।
এহি প্রযাব রবিজাতটনিষ্কুটায়
কল্যাণি! ফুল্লকুসুমাবচয়চ্ছলেন। (৩২)

মানে কর্কশা, যথা বিদগ্ধমাধবে—(৫ ৩০)

২২। মুধা মানোন্নাহাদ্গ্রপয়সি কিমঙ্গানি কঠিনে
রুষং ধৎসে কিংবা প্রিয়পরিজনাভ্যর্থনবিধৌ?

---

৩১। মোহান্তস্মরতক্ষমা— অহিংগী লৈপুন মতমদা ওইখিবী শ্রীরাধাগী মতম অংগী ফজবী নাংখিবী মতো অদুগবু অসুম কাউংমদনা নীংশিংলুবদগী শ্রীকৃষ্ণনা মথন্তা শোল্লকই— 'ওষ্মোকপনি! ঙসি অহিং রাধানা সুরত-শয্যাদা (লৈপুন-ম্লাহীপ-ফমদা) মশা অপুম্বা হুমাং কাংথ্রনা, মিৎস্রা উইশিন্দুনা, নীং-খায়রবী কোক্তী শমুম্না চোইনা তাংথ্রনা, মশাগী মপামোম পাংগল হিকথখ্রনা অমদি মতম অদুগী থুম্নবা মশান্না অদুবু নত্তনা অতোপ্পা করিগুম্বা অমত্তবুসু খনখিবা লৈতবী অংগুম্বী মতাক অদুবু ঐনা হুজীক কাউংমদে!! [অম ৪০]।

৩২। মানে কোমলা— (কন্না শাউজঙমদবী) কনাগুম্বী যূথেশ্বরীনা মাগী সখীনা থৌজিন্দুনা লোনম চাউবা কৃষ্ণবু থীনা চৈরুবদগী অতোপ্পা মকম অমদা চথোকখিত্রনা (ভাঙ্লমদাইদা ঙ'ঙ্লুরবসু) হুজীক মশক উখিদ্রবদদি অমুক লাণ্ডরুবনা হেল্লকন্না মশাগী সখীদা মপুক্কী ফোংদোক্কন্না হায়-জরকই— 'হে সখি! নঙ্দি ঐগী থবায় শকপীনি, নঙ্গী নকাদদি ঐগী করিগুম্বা অরোনবা অমত্তা লৈতে। অদুবু ঐদি শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা থক শাউজবা ঙমদে, মরম অদুনা হে মাইফবী! চৎলু, যমুনাদা চৎসি। মসিদা নঙ্না করিগুম্বা 'চীরোন হৈবা কৃষ্ণবু নঙ্না হুজীক্তদা অদুক থীনসু হায়রগা, নশামক্কা চত্তনা অমুক মনাক্তা লেপ্পবা থোক্লবদি ঐখোয় অসি করিসু লৈব্ররোই (মমল

প্রকামং তে কুঞ্জালয়গৃহপতিত্বাম্যতি পুরঃ
কৃপালক্ষ্মীবন্তং চটুলয় দৃগন্তং ক্ষণমিহ ॥ (৩৩)

১২। ত্রিধাসৌ মানবৃত্তেঃ স্যাদ্ধীরাধীরোভয়াত্মিকা। (৩৪)

তত্র ধীরমধ্যা—

১৩। ধীরা তু বক্তি বক্রোক্ত্যা সোৎপ্রাসং সাগসং প্রিয়ম্ ॥ (৩৫)

যথা-২৩। স্বামিন্! যুক্তমিদং তবাঞ্জননবালক্তদ্রবৈঃ সর্ব্বতঃ
সংক্রান্তৈর্ধ্বতনীললোহিততনোর্যচ্চন্দ্রলেখাধৃতিঃ।
একং কিন্তুবলোচয়াম্যহ্‌মুচিতং হংহো পশূনাং পতে!
দেহার্দ্ধে দয়িতাং বহন্ বহুমতামত্রাসি যন্নাগতঃ ॥ (৩৬)

---

ম্নাওদঘীনি হায়গ্রনা উশীংগ্রয়োই) অমরোমদসু হজীক যমুনাদা হাপ্পু হাপ্পু চংলুবগুসু নঙগী ননেয়চিংবনা কৈরেং-তুরেং খনখিগনি' অসুম্না হায়বা থোক্লবদা ঐনা হায়গদবা উপায়দি— নৈ থিবা শানা চংলবদি নীংমাঙ অনিমক্তা অকবা ওইগনি।' [ল ৭।৩৬, অম ৯২,১৫,৭৭]

৩৩। মানে কর্কশা— (শাউরগা শাথীবী) থম্মোইনদি শাউগ্রবসু মপান থোঙদদি কৃষ্ণনা লঙজবা মরাল অদুবু খল্লবদগী শ্রীরাধাগী মায়থোং লাংশিল্লবদা বৃন্দানা মহাকপু (নুংশিনা) চৈহত্না তাকশিল্লি— 'হে। অয়েবদা চুপম্নবী করিসু নত্তবদা নহাক্না নপৃক্তা শাউনীংবনা ময়ম ওইগ্রনা নশাতগী ময়েং তাহনবা থোক্লবা তৌরিবদি করিগীদমকনো? চাম্নজবী নশাগী নরূপ-নপিজাশিংনা হায়জ-নোনজবা মতৌদসু শাউরঙনবনা করিগীদমকনো? ম্নেংউ অসে, নমাঙ-মক্তদা কুঞ্জ-সঙ্গাইগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা খমথেংনা মথল্লায় বানা লৈরিবসে। মতৌ অসি কয়াদা নুংশিরিবনো, মিংকৃপ অন্তুংতগীবু ওইয়বসু থোজানলনগৈনা চোল্লবী অহুগুবী মিংয়েং অমত্তংনা মকাতম্না ম্নেংবীবদি কৈদোই?

৩৪-৩৫। মানগী মতমদদি (শাউরিঙৈদদি) মধ্যা নায়িকা অসিবু মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই মদুদি— ধীরা, অধীরা অমসুং ধীরাধীরা। মসিগী মনুংদা ধীরমধ্যাদি— মরাল লৈরবা চাম্নববু করেম কথাইনবা বাহৈনা শাউবা মতৌ উংপী নায়িকা অদুবু 'ধীরা' নত্রগা ধীরমধ্যা' হায়না কৌই।

৩৬। অহিংগী মতমদনা অতোপ্পী ব্রজদেবী অমগা শাম্নমিন্নরুরগা কৃষ্ণনা অয়ুক অঙনবদা মশাদা লৈপুন-খুদমগা লোয়ননা মাগী মন্দিরদা লাকপা উরবদা

অথ অধীরমধ্য —১৭। অধীরা পরুষৈর্বাক্যৈর্নিরস্যেদ্বল্লভং রুষা॥ (৩৭)

যথা—২৪। উত্তুঙ্গ স্তনমণ্ডলীসহচরঃ কণ্ঠে স্ফুরন্নেষ তে
হারঃ কংসরিপো ! ক্ষপাবিলসিতং নিঃসংশয়ং শংসতি।
ধূর্ত্তাভীরবধূপ্রতারিতমতে ! মিথ্যাকথাঘর্ঘরী-
ঝঙ্কারোন্মুখর ! প্রযাহি তরসা যুক্তাত্র নাবস্থিতিঃ (৩৮)

---

শ্রীরাধানা করেম্নবা বাহৈগী মতৌ—'হে ইবুংঙো ! নণকী জুৎ-চাবা থোদোমক তৌবীরি। (থৃজীন মকমশিং অহৃগা মাম মান্নবা মপা লাক্তনা) নঙ্দি থা মচেৎ শাবা থৃদম ঙাক্তনা লৈতেংনবিরিবে ইরে। হকচাং শীনবা থুংনা পক্লকপা কাঁজল অমদি যাবককী শংমূনবা অমদি অঙাঙ্বা মচুনা মাগী লৈতেং ওইনবা অহৃগুষা মহাদেব অহৃমক ওইনা লেপ্লরে। ওয়োকপনি ! (কাঁজলনা) মহাদেবগুম শংমূনবা অহৃগ' ( যাবককী ) অঙাঙ্বা মচুনা তিনবা শক্তম লৌবসি-মক্তি নঙোন্দদি ফনহৃম পকচরুরে। অদুবু মহাদেবদগী তোপথোকপা দোষ অমস্তংদি উবগুম তৌই মহৃদি, নশা অপুম্বদি মহাদেবগা চপ মান্নহৃনসু অফাওবী, লুনা চান্না তৌফম থে'কপী চান্নবী অদুবুদি (মহাদেবনা তৌবগুমনা) ওয়গী লেংবান্দা থোংহৃনা কোয়না পুরক্তরি। ওয়োকপা অঙকপা মতৌনি। হে পশুপতি। (পশুপতি— মহাদেবগী মিংনি, অর্থ তৌরগনা শাগী মপু যণগী মপু—কৃষ্ণ। যণতগী মপু ওইবা নহাক্লবু কমদৌনা মহাদেবমক্তা মান্ননা থল্লকলিবনো—গুকক্ম থোকপা বাক্মনি॥) শা-যণ লৈবা মকমদা চত্তনা মখোয়বু য়োকপি থাকপি তৌবীরু; মকম অসিদা ঙাম্হোইবীবদি মতিক মপা চাকাত্তে। [ অ ৩।৩,৯।৫,৮ ]।

৩৭-৩৮। **অধীরমধ্যা**— শাউহৃনা অয়াকপা থোনফম্না চান্নবু লৎনবী নায়িকাবু 'অধীরা' নত্রগা 'অধীরমধ্যা' হায়না কৌই। লাল্লবমক্তদসু মশাগী দোষ কুপশিন্নবা ভাৎ-পাৎ তৌহৃনা চোইঙাঙ্ ঙাঙ্লরবা শ্রীকৃষ্ণবু 'অধীরমধ্যা' নায়িকা অমনা হায়রকই— 'হে কংসগী য়েক্লবও ! মচীন তুম্নবা থাবোমগা শাগোম্নরুরবা নঙকী লৈপরেং অহৃনা অহিংদা নঙ্না শান্নরুবা লীলাগী বারোন পুম্নমক মন্নেক শে'না তাকলি। (থবাক ঙানফমগা শান্নরুবদগী মহৃদা তৈরেম্বা চন্দনচিংবহৃ লৈপরেংদা পক্লকপা অদুবু উরি হায়বনি)। অসুম্না হায়রবমক্তদসু তাশিন্নবা তৌদনা কৃষ্ণনা মরাল কুপশিন্নবা মীরৈহৎ কয়া অমসু তৌরুবদা

**অথ ধীরাধীরমধ্যা—**

১৫। ধীরাধীরা তু বক্রোক্ত্যা সবাষ্পং বদতি প্রিয়ম্ ॥ (৩৯)

যথা—২৫। গোপেন্দ্রনন্দন ! ন রোদয় যাহি যাহি
সা তে বিধাস্যতি রুষং হৃদয়াধিদেবী।
ত্বন্মৌলিমাল্যহৃতযাবকপঙ্কমস্যাঃ
পাদদ্বয়ং পুনরনেন বিভূষয়াদ্য ॥ (৪০)

---

নায়িকা অহনা মখা অমূক ভায়রকই— 'লৌনম চাউবী গোপ-নৃপীশিং অহনা নঙ্গী নরোশিং নবৃদ্ধি ফাওবা গুম্না হুরানবাহোরমাল্লে।' (মসিনা ভাকলিবদি— অসিগুম্না ওইদবা ঙাঙ্বা, হায়জ-নোমজ মত্তে' অমসূং লৈপুন খুদম ময়াম অমা নশাগী মকম থুদীংমক্তা মকাফোংনা অহম্মক ভাকচরবা ফাওবদা ঈকাইবা খঙ্দবা নভোনা তিল্লিবহদি নশাগী ওইবা হৈনজবীনি হায়বসু নত্তে, মহু পুম্নমক লৌনম চাউবী গোপাশিং অহগা তিন্নরুবতদগী ফংলকপা অফবা নগুণ ঙাক্তনি, মরম অহনা মখোয় অহসু য়েৌনা ইকাই খঙ্দবী মক্তনি, অসুম্না হায়রিবনি)। অহমক্তদসু ইকাইবা খঙ্দবা শরৈনা করিসু ভোদবগুম অসুম ঙাঙ্হনভা লৈরবদা হেম্না শাউগৎলবী নায়িকা অহনা হায়রকই— 'অমূকসু নহাক্না ওইদবা বাঙাঙ্গী মশক ওইরবা শেংগাউ-শয়ীক্তম চীনফেন ফব' শারি! মরম অহনা মফম অসিদগী থুনমক চথোকখরো, ঐগী ইকাদদি নমায় অমূক ওল্লরুগন্। নঙ্না অসিদা লৈবা মতিক চাদ্রে।'

৩৯-৪০। মনিত্তা' ঈরা চেম্না চেম্না চাম্নবগী মকমদা অশাউবা বাঙাঙ্ ঙাঙ্লিবী নায়িকা অদুবু 'ধীরাধীরা' হায়না কৌই। মহদি — 'হে গোপেন্দ্র নন্দন ! চৎলো, চৎখরে', ঐবু অমূক কপহল্লরগনু. (নশাদা পক্লি-চুরিবা ঐগী পুক্নী' রাহম্নবা ওইরিব! অঙাঙ্বা যাবকনচিংবগী লৈপুন থুদমশিং অহউবদা' ঐ কপ্তনা লৈবা ঙমদ্রে; থুনা চৎপিখরো। অফো'বা মরাল উহনা চৈবা থাংবদা মতিক চাম্নবা ফাওবদা মহন্না ভোদনা 'চৎলো, চৎখরো' অসুম্নত্তা হায়রবসিনা পঙ্গদবদি নায়িকা অহনা থম্মোইনুংদদি কৃষ্ণবু অহম্মক লুনা ভৌরি হায়বা ভাকই)। অহগা নঙ না করিগীদমক্তা ঐবু ইরাল থৈজিন্দুনা মফম অসিদগী ভাম্নোকলিবনো' অসুম্না হায়বা থোক্লবা অহু ওইরবদি ভাও— "নঙ্গী থম্মোইনুংদা ভত্তনা শাম্নহনা লৈরিবী লাইরেম্বী অহনা নঙ্বু শাউবাথিগনি।" অসুম্না শাউবগী মরম

যথা বা—

২৬। তামেব প্রতিপদ্য কামবরদাং সেবস্ব দেবীং সদা
যস্যাঃ প্রাপ্য মহাপ্রসাদমধুনা দামোদরামোদসে।
পাদালক্তচিতং শিরস্তব মুখং তাম্বুলশেষোজ্জ্বলং
কণ্ঠশ্চায়মুরোজকুড্‌মলস্রগ্‌নির্ম্মাল্যমাল্যাঙ্কিতঃ ॥ (৪১)

১৬। সর্ব্ব এব রসোৎকর্ষো মধ্যায়ামেব যুজ্যতে ॥
যদস্যাং বর্ত্ততে ব্যক্তা মৌগ্ধ্যপ্রাগল্‌ভ্যয়োর্যুতিঃ ॥ (৪২)

---

হায়রগা নোক্লবাহৈ শীজিন্নগ্না অমুক হন্না পাউতাক পীবা ওইনমু হায়রকলি— 'নকোক্তা য়েংলিবা লৈরাং পরেং অত্না মাগী মখোঙ্‌গী যাবক মহী হুত্না পূরকলে, ( নরাঙ্গ কোক্লবা ) থম্মোইনুংদা ঈডাচ্ছরিবী লাইরেম্বী অত্নগী মখোঙ্ অনিমক্তবু হন্না হন্না মসিনা লৈতেং ওইচনজরু। ( নশাগী হৈজ-শিংজবা মতুংইন্না শেমজ-শাজরু ; হন্না হন্না ক্বিজেং লৈতেং তোবগী রাকমনা লীলাসু হন্না হন্না শান্নবগী মতো খঙ্‌হল্লি )। থুনমক চংথরো, থীস্থরবদি মাবু হেন্না শাউহনবগী অচৌবা অরানবা অমা ওইগনি। ( মসিনা তাকপনা— লৈপুন্নরুবী নায়িকাগী মফমদা নায়ককী লোইবা খন্না লৈতবা রসকী ঈহৌ চেনবা মতো উংনা ঙাঙ্‌বনা নায়িকা অদুবু মানা য়েৌনা কল্লকপগী মতৌসু উংলি।)

৪১। মথক্তী পদ্যদা ধীরামধ্যাগী মতোদগী খজীক্তং হেনগংপী নায়িকাগী খুদম উংলগা মথংদনা হজীক অমুক 'অধীরা মধ্যা নায়িকাদগী খজীক্তং অমুক হেনগংপী নায়িকাগী খুদম অমা উংলি— "নীংজবা বর পীনহৈবী অত্নগুম্বী লাইরেম্বী অদুবু থোকউ হায়বদা থোকপী, মচিগীসু মচি ওইবীনি খন্দ্রনা মতম চুপ্পা মাতগী সেবা তৌজরু, মাতগী অপাম্বা ফোরোয় ইন্না চংচরু, অসুম্না মতম পূম্নমক্তা মাগী সেবা তৌদ্রবদি নঙ্‌না মাগী থোজাল ফংলুবা ওইথোকলোই।" অত্নগা নঙনা অসুম্না হায়বা থোক্লবদি হায়বদি— 'ঐগী চাম্নবী হায়ববু নহাক্কি, মাগী সেবা তৌরু হায়না নঙনা থোদাবিরী নুপী অদুবু কনানো? মসিগী পাউথুমদা মাগী মরাল পূম্নমক অদুবু হকচাংগী ফিবম কন্নানা মরম ওইত্না মচেক্লা মৈরগা মন্নানা ফংবা অত্নগুম্বা নোক্ল-বাতৈনা হায়রকই— 'হে দামোদর! হজীক্তদা লাইরেম্বীত্নগী মহাপ্রসাদ ফংজরক্তনা হরাউজররক্লিবা— অত্নগুম্বী মহাক অত্নগী সেবা তৌজরু হায়বনি।" 'প্রসাদ হায়ববু অমুক করিনো' অসুম্না

অথ প্রগল্‌ভা—

১৭। প্রগল্‌ভা পূর্ণতারুণ্যা মদান্ধোরুরতোৎসুকা।
ভূরিভাবোদ্গমাভিজ্ঞা রসেনাক্রান্তবল্লভা।
অতি-প্রৌঢ়োক্তিচেষ্টাসৌ মানে চাত্যন্তকর্কশা॥ (৪৩)

তত্র পূর্ণতারুণ্যা, যথা—

২৭। মুষ্ণাতি স্তনযুগ্মমভ্রমুপতেঃ কুম্ভস্থলীবিভ্রমং
বিস্ফোরঞ্চ নিতম্বমণ্ডলমিদং রোধঃ শ্রিয়ং লুণ্ঠতি।
দ্বন্দ্বং লোচনয়োশ্চ লোলশফরীবিস্ফূর্জ্জিতং স্পর্দ্ধতে
তারুণ্যামৃতসম্পদা ত্বমধিকং চন্দ্রাবলি! ক্ষালিতা॥ (৪৪)

অথ মদান্ধা—

২৮। নিক্রান্তে রতিকুঞ্জতঃ পরিজনে শয্যামবাপদ্য মাং
স্বৈরং গৌরি! রিরংসয়া ময়ি দৃশং দীর্ঘাংক্ষিপত্যচ্যুতে।

---

ফংলক্লীংলব.দি মঃসু তাকপিগে—মখোঙদা ৈতবা যাবকনা নঙগী নকোক-নক্ক পূম্নমক মচু শঙলি, মাগী অশাম্নবা পানা মহীনা নঙগী মায়থোংবু লংখংহল্লি অমসুং মাগী তুমখংলবা থাবোম অনিগা (চেংনা কোম্নরুবদা) মতম কুইনা শাগোম্নরক্লবা লৈগা পরেংনা নঙগী নঙক্তা খুদম তৌরকলি— অঃগুব থোৗজাল (প্রসাদ) অদো নঙনা ফংজগনি [ অম ৩০, প ২২৫ অম ৫৩, অ ৫।৭৭ ]।

৪২। মধ্যা— মধ্যা নায়িকাদা মুগ্ধা অমসুং প্রগল্‌ভা অনিমক য়েংনদুনা লৈবনা অসিগুম্বা মধ্যাগী মতৌ অসিভদা রস-গী মরীক চুম্বা হেনবা চায়বত্ন ওই।

৪৩-৪৪। মথোন কাবগী মপূম-মরৈ ফারবী, মদান্ধা (মসিগী লক্ষণ মথংদা লাকলি) ওইবী, লৈপুন ঈখো লাংবী, মরা' কায়না রস-ভাব তৌবদা হৈশিংবী (ভাবোদয়—খঙহৌদনা লাকপা ভাব অমনা রস-ভাবনচিংবা অতৈবু হেনগৎহন্নবা মচাক ওইবা), প্রেম-রসদা চাম্নববু লাকশিনবা ওস্বী, মাগী বাঙাঙ অমদি থোদো থোঙও পূম্নমক কা-হেনগৎপী অমসুং শাউরক্লগনা য়াম্না শাথীনা অম্লাকপা মতৌ হেল্লকপী অদুবু 'প্রগল্‌ভা-নায়িকা' হায়না কৌই। পূর্ণতারুণ্যা— শাম্নকম নিকুঞ্জদা চন্দ্রাবলীগা শান্ন শায়না শ্রীকৃষ্ণনা মাগী চহি মতাংনা পীরকপা ফজবা মতৌ অদুবু থাগৎলদুনা হায়রি— 'হে চন্দ্রাবলি! নঙগী ঙানক্ম অনিনা

সভ্যঃ প্রোদ্যদ্গুরুপ্রমোদলহরীবিস্মরিতাত্মস্থিতি-
র্নাহং তত্র বিদাংবভূব কিমভূৎ কৃত্যং কিমাতঃপরম্ ॥ (৪৫)

উৎকণ্ঠিতোৎসুকা, যথা—

২৯। উদঞ্চদ্বৈবাত্যাং পৃথুনখ-পদাকীর্ণমিথুনাং
স্খলদ্বর্হাকল্পাং দলদমলগুঞ্জামণিসরাম্।
মমানঙ্গক্রীড়াং সখি! বলয়রিক্তীকৃতকরাং
মনস্তাম্মেবোচ্চৈর্নিভৃতরমণীয়াং মৃগয়তে ॥ (৪৬)

---

শাম্ ঐরাবতকী চারুং অদুবু করিসু ওইহন্দরি। মরাং-কায়রবী নীংজোন অসিনা তুরেন তোর্ধানগী ফজবদগীসু হেন্না নীংথিরি; মিৎম্না অনি অহনসু মশা খীংলবা ঙা-গী মতৌবু শীংনরি; মরম অহৃনা মিৎকুপ খুদীংমকী ওইনা হেনগৎলকপী নীংথিরবী মথোন কাবগী নচাক-নরন-ময়াম অসিনা নঙবু থোইনা নীংথিজহল্লি। [ অ ৫।৭৪ ]।

৪৫। মশাগী পরমপ্রেষ্ঠ ওইবী সখী অমনা কনাগুম্বী যূথেশ্বরী অমদা মাগা কৃষ্ণগা অহিংদা শান্নমিন্নখিবা লীলাগী মরম হংলক্লবদা সখীবু য়েংনা হায়রকই— 'হে কুচু-পানবী! কুঞ্জ সঙ্গ ইদগী সখীশিংনা চৎনগ্রবদা শ্রীকৃষ্ণনা (অচ্যুত) ঐবু শয্যা নাক্তা পুশিল্লগা থিংঙমদ্রবা লৈপুন বাথন্না ঐঙোন্দা অসুম মুন্না মুন্না শংত্রিক য়েংহনা লৈরবদা ঐগী ইশা অপুম্বা অসি খুদক্তা নুংঙাইজবা ইগোম লাংলকখি অমসুং ইশানা ইশাবু ফাওবা কাউথোকচরকখি। মথং তারকপদনা করি ওইগ্রবা মহ্ ঐনা খঙ্দ্রে। [ অম ১০১, অ ৫।৭৫ ]।

৪৬। **উৎকণ্ঠিতোৎসুকা**— হায়না শ্রীকৃষ্ণগা-লৈপুন-হকথেংনগ্রবী ব্রজসুন্দরী অমনা মদুতবু কাউঙমদনা খল্লবদগী লাঙ্তক্লবনা হেল্লক্তুনা অসুম অসুম ইকাইবগী চাংনা হম্বরক্লবদা অৎম্না অমুক শান্ননীংবগী মন্নাইনা মাগী অথোইবী সখীদা পুক্নীং ফোংদোক্লা হায়বকলি— "হে সখি। ঐগী পুক্নীং অসিনা অৎগুম্বা হকথেংনগ্রবা লৈপুনগী মতৌ অৎতবু কোয়না অসুম থিহ্নতা লৈপ্রে। লৈপুন অহ্নগী মতৌ হায়গে তাও— অনিমকী কা হেন্নবা মতৌ, অচৌবা খুজীন মফম্না অনিমকী হকচাংদা খোগায়নবা, মাগী রাহোং চূড়া অমদি অনিমক্না শিনরিবা লৈরাং পরেংশিং, য়েকপ-তৈবনচিংবা তোরিবা হকচাংগী লৈতেং অমদি ফিজেৎনচিংবগী মথোঙ্, মরম খঙ্নদবা মতৌ, মাগী গুঞ্জামালা অমদি ঐখোয় অনিমকী মুক্তা

ভূরিভাবোদ্গমাভিজ্ঞা, যথা—

৩০। সাচিপ্রেঙ্খদপাঙ্গশৃঙ্খলশিখা বিস্ফারিতভ্রূলতা,
সাকূতস্মিতকুড্মলাবৃতমুখী প্রোৎক্ষিপ্তরোমাঙ্কুরা।
কুঞ্জেগুঞ্জদলৌ বিরাজসিচিরাৎ কৃঞ্জদ্বিপঞ্চীস্বরা,
বদ্ধুং বন্ধুরগাত্রি! কৃষ্ণহরিণং শঙ্কে ত্বমাকাঙ্ক্ষসি॥ (৪৭)

রসাক্রান্তবল্লভা যথা,—

৩১। অবচিনু কুসুমানি প্রেক্ষ্য চারুণ্যরণ্যে,
বিরচয় পুনরেভির্গুনাম্ন্যুজ্জ্বলানি।

---

পরেংনা মাগী মাগী মফমদগী চোয়থনবা মওঙ্; থুজিনচিংবা থুংকী লৈতেং-শিংগী হুক্তোক নাম্বোকখিবা মতৌ অমদি চীন্দা থোক্লখিবা 'হস্' হায়বা অপেনবা খোম্বোকশিংনা মদুবু অমুক কয়াগী মতিক থুমহনখিবা।" [অ ৫।৭৬]।

৪৭। ভূরিভাবোদ্গমাভিজ্ঞা— মশাগী ময়ুমদগা অভিসার তৌহ্না লাক্লগা অরোনবা-শায়ফম কুঞ্জদা (সঙ্কেত কেলিকুঞ্জ) লৈহ্না শ্রীকৃষ্ণনা লেঙ্লকপবু খোয়াংনা ঙাইবদা ইবুংঙো মাগী মগুণ শকপতদা মুঞ্জবী ব্রজগী শকহেনবা অমবু উরুবদা মতৌত-য়েংবদা মীতেক মীয়ৌ খঙ্গনবী সখী অমনা পাওয়ৌ থানা হায়রকই— 'হে কেজবদা মকে থোক্লবী! কুঞ্জ অসিদা নঙ্না ঙাঙ্গরকপদি ফনবু কুইরেনা; (মসিনা, মহাক্লা বাসক-সজ্জাগী হৌনবী ফিজেৎ-লৈতেং তৌবা অমদি মপূক্লীং মকারাগী মতৌবু ফোংদোকলি)। কুঞ্জ অসিদা থোইমু শয়োয়সু নুংশিনা ঙংলরি, মসিনা তাকপদি কৃষ্ণসার কৌবা শজিবু (কৃষ্ণগী মশক ওইবা শজিবু) নঙ্না ফাজগে থোরাঙ্লিমাল্লে খল্লি।' শজি ফাবদা থোরানচিংবা চঙ্ই; অহুওয়া মায়কৈ-শীয়া য়েংবী তথকপী নঙ্গী মিৎয়েংনা শ্রীকৃষ্ণবু পুমনবা পোৎচঙ্ ওইনরি; থোইথোয়না শাংলবী নঙ্গী পীশুম অনি অহুনা কৃষ্ণ কৌবা শজিবু ফাননবা উরীনি, শজিবু ফাবা মতমদা শাতানবনা মশাগী মমায় কুপশিন থুমজিনবগুম নশাগী নপূক্লীং ফোংদোকপী মোমোন মীনোক্তী লৈয়োমা নঙ্গীসু নমায়-মায়থোং থজিল্লি; শজি ফায়মদাইদা মানা মীতাপদবা চেঙ্-অমদি যবনচিংবা চাইথোক্তনা থয়গুম নঙ্গী নশা পুম্মক্তসু তুথোঙ্ থুদীংগী নত্তু-চুংলি, শজিবু তক্কৎনবা খোংবা নুংশিবা বীণা মথোলগুম নুংশিরবা বীণাদা নহাকসু যড়্জনচিংবা যরশিংগী আলাপ তৌরি [ল ১০।১, অ ২।৩]।

মধুমথন ! মদঙ্গে কল্পয়াকল্পমেতৈ-
র্বস্তিষু মম ভীমং রৌতু সৌভাগ্যভেরী ॥ (৪৮)

যথা পদ্যাবল্যাম্—(২৮০)

৩২। কাকুং করোষি গৃহকোণকরীষপুঞ্জ-
গূঢ়াঙ্গ ! কিং ননু বৃথা কিতব ! প্রযাহি।
কুত্রাদ্য জীর্ণতরণিভ্রমণাতিভীত-
গোপাঙ্গনাগণবিড়ম্বনচাতুরী তে ? (৪৯)

---

৪৮। রসাক্রান্তবল্লভা— র-স-গী ঈরাংদা চৈথোই শিংথোইবী অমদি মশাগী কেজ-োজবী মতৌনা নায়কপু থুত্নম চনশিল্লবী অহুণ্ডবী নায়িকানা নায়কপু য়েংনা হায়রকই— 'হে মধুসূদন ! বনদগী ফজ ফজবা লৈ থিত্নুনা হেক্ল্রগা মত্নুনা নীংথি নীংথিবা লৈতে' শেমত্নুনা মথোন কাবী অতৈ মল্লামগী মরক্তা ঐগী লাইবক ফবগী য়াইবুং-মখোল অত্ন হোনা তাথিনবা মওঙ্দা ঐগী ইশা অপূম্বসিবু লৈতেংবীয়ু।' মতাং অসিদা 'প্রগল্ভা-নায়িকা'গী হোনবী মতৌ ওইবনা রসাক্রান্তবল্লভকী (রসন লাকহৎসবা-নায়ক) মতৌ খঙহনবদা ওইবা হোনবা নায়িকাগী য়াথং মওঙ্দা ঝাঙাঙ্-ভনবগী শক্লক অত্নগী মখেতবু তাকলি। (মতাং অসিদা শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিপাদনা হায়বদি—নায়কনা নায়িকাগী য়াথং ইন্দুনা লৈশিন্নুনা অসুম লৈরবদি মহুম তৌহল্লিবী নায়িকা অদুবু 'সম্ভত্রাশ্রব কেশবা' হায়না কৌই, অত্নগা নায়কপু মশাগী য়াথং ইন্না থবক তৌহনগে নীংবী অদুবুনা 'রসাক্রান্তবল্লভা' অত্নগা অয়াম্বা মতমদা নায়কনা মাগী য়াথংতগী মখা পোল্লা চংলবদি (লৈরবদি) নায়িকা অদুবুনা 'স্বাধীন ভর্ত্তৃকা' হায়না কৌই। [বি ৪।৩৬, ল ১।৫৪]।

৪৯। অতি প্রৌঢ়োক্তি— ঈথৌ লাংলবা শ্রীকৃষ্ণনা নোংমা পদ্মাগী ময়ুমদা লোন্না চঙলক্লগা মশাগী অরাবা-অতোনবা মতৌ অদুবু ইঙ্গিত তৌত্নুনা কোং-দোল্লরবদা পদ্মানা মত্নুগী মমাঙ্দা নৌকাবিলাসকী মতমদা মানা ওইথিবা সাধুগী মতৌ অদুবু কোথোক্তুনা ওাওবগা লোয়ননা থুদোম্বী উত্তুনা শাউনা হায়রকই, 'হে লোনম্বা ! ইমুং কাচিন্দা লৈবা অকংবা মম্বী মরক্তা করি কাল্লগনি হায়ত্নুনা লোংলবা শান্নিবনো ? হুজীকমক চেনূজখো চংলো। অফোংপা হি অমদা নমত্নুনা তোংখৎহল্লগা থোক থোক হাইহন্নুনা কিজবনসু খম থেংলবী

**অতিপ্রৌঢ়চেষ্টা, যথা—**

৩৩। সখ্যাস্তবানঙ্গরণোৎসবেহধুনা, ননর্ত্ত মুক্তালতিকা স্তনোপরি।
উৎপ্লুত্য যস্যাঃ সখি! নায়কশ্চলো, ধীরং মুহূর্মে প্রজহার কৌস্তুভম্॥ (৫০)

**মানেহত্যন্তকর্কশা, যথা উদ্ধবসন্দেশে—(৫৪)**

৩৪। মেদিন্যাং তে লুঠতি দয়িতা মালতী ম্লানপুষ্পা,
তিষ্ঠন্ দ্বারে রমণি! বিমনাঃ খিদ্যতে পদ্মনাভঃ।
ত্বক্ষোন্নিদ্রা ক্ষপয়সি নিশাং রোদয়ন্তী বয়স্যা,
মানে কস্তে নবমধুরিমা তং তু নালোচয়ামি॥ (৫১)

---

গোপী মথৈবু নঙ্না কয়াগী মভিক অকিবা ফংনা ইশক থীহনবীখিবা—ঙসিদি কদায়. হৈথোই-শিংথোইবা অহ্ঙম্বা নভৌশিং অহ্ কৈদা মাঙ্ব্রে?

৫০। **অতি প্রৌঢ়চেষ্টা**—অহিং কুঞ্জদা লৈপুন-লীলা শায়বদ ওইখিব চন্দ্রাবলীগী কা-হেনবা মতৌ অদুবু অয়ুক্তা পদ্মা সখীনা লাকপদা হৌনবা খঙ্লবা শ্রীকৃষ্ণনা অরোনবহ্ ভাকথোক্তুনা হায়খি—'হে পদ্মা! লৈপুন-লীলাদা ঙসিদি নঙ্গী সখী অসিগী থাবোম মথক্তা মাগী মুক্তা পরেংনা জগোই শাখিদো। মহ্গী লোক্নুং-কারক্তা ওম্থ্রবা লীকয়ায়-মণি অ.না ইক্কিং ফিংগৎলক্তুনা য়াংনা খৎচোং চোংখৎলকপদগী মরাল লৈজব্রবা ঐগী কৌস্তুভদা হন্না হন্না থেংগায়বিরখিদো॥'
[বি ৬।৩৫]।

৫১। **মানেহত্যন্তকর্কশা**—(শাউরগা শাথীবী)— মশাগী মরাল চেলহন্দ-নবগী থৌরাঙ্দা পাম্বৈ কয়া থোক্না পুথোকপা হৈবা শ্রীকৃষ্ণনা মিৎ-খন্তুনা থাজিললকপী বৃন্দানা শাউহ্না লৈরিবী শ্যামলাবু য়েংহ্না হায়রকই— 'হে নূপী! নঙ্না লুনা ভৌজবী মালতী লৈরাং অহ্দি মমায় মকশিন্না লৈমায়-উক্তন মরক্তা ওন্দুনা লৈরে; অমরোমদা পদ্মনাভ শ্রীকৃষ্ণসু ভৌফম খঙ্জদনা য়ানা থোঙ্দা লেপ্তুনা লৈহৌরি। নহাক নশামকসু তুম্বা য়াদহ্না য়ানা খাঙ্লি— নভৌ অহ্না নংগী সখী মথৈবুসু কপহল্লি। অসিঙম্বী নঙ.গী মান মভৌ অসিদবু কয়ম্বা অথুম্বা রস চেন্নিবা হায়বদুনো, মহ্ ঐদি করি অমত্তসু খঙ্বা ঙমদ্রে।'
[অম ৩৮]।

১৮। মানবৃত্তেঃ প্রগল্ভাপি ত্রিধা ধীরাদিভেদতঃ ॥ (৫২)

তত্র ধীরাপ্রগল্ভা—

১৯। উদাস্তে সুরতে ধীরা সাবহিত্থা চ সাদরা ॥ (৫৩)

যথা—*

৩৫। দেবী নাদ্য ময়ার্চ্চিতেতি ন হরে! তাম্বুলমাস্বাদিতং,
শিল্পং তে পরিচিত্য তন্ময্যতি গৃহীত্যজ্ঞী কৃতা ন স্রজঃ।
আহূতাস্মি গৃহে ব্রজেশিতুরিতি ক্ষিপ্রং ব্রজন্ত্যা বচ-
স্তস্যাশ্রাবি ন ভদ্রয়েতি বিনয়ৈর্মানঃ প্রমাণীকৃতঃ ॥ (৫৪)

যথা বা—

৩৬। কণ্ঠে নাদ্য করোমি ছুত্রতহতা রম্যামিমাং তে স্রজং,
বক্তুং সুষ্ঠু ন হি ক্ষমাস্মি কঠিনৈর্মেনং দ্বিজৈগ্রাহিতা।
কা ত্বাং প্রোজ্ঝ্য চলেৎ খলেয়মচিরং শ্বশ্রূর্ন চেদাহ্বয়ে-
দিত্থং পালিকয়া হরৌ বিনয়তো মন্যুর্গভীরীকৃতঃ ॥ (৫৫)

---

৫২-৫৩। শাউরিঙৈ মতমদদি প্রগল্ভা নায়িকাগীসু ধীরানচিংবা মখল অহুম থোক্লা লৈ। মতুগী মনুংদা 'ধীরপ্রগল্ভা'-গীসু মখল অনি অমুক থোকলি মতুদি—মানগী ফিবম য়োশিল্লকুবদা লৈপুনগী বাখল কাওববু থোশারক্তবী অহুপা অমনা মওঙ্ থূপচাননা মনুংদদি লুনা চান্না তৌবী অসুম্না।

* ৫৪। 'হে হরে! দেবীপূজা লোইহ্রিবনা ঙসি অসিদি ঐ পানা চান্রি; নঙ্গী থৃংক্ষমনি খঙ্হনা য়ুমগী মপুনা শাউগনি— অকিবা অসিতনা নঙ্না লেংবা লৈ-পরেংসু ঐনা লোক্তবা ঙমদ্রে। ব্রজনিংথোগী সঙ্গাইদা ঐবু কৌরিবনি' অসুম হায়দুনা ভদ্রানা শ্রীকৃষ্ণনা ঙাঙ্বা-শকপা পূম্নমক করি অমত্তা তারমদব-মথৈ থূনা য়াঙ্না অহুম্নক চথোকখি— মসিদা নোঙ্মুক-বাহৈদি থাত্রগা নুংঙমনা শাউবা মত্তৌদি উংলমলি।

৫৫। শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী মরালদগী শাউগ্রবী পালিকা হায়না কৌবী য়ুথেশ্বরীবু শাউবা ক্ষহন্নবগীদমক মশানা লেংজবা লৈপরেং অমনা থূদোন পোং ওইনগে

---

* শ্লোক অসিগী মরম টীকাদদি নৈনদ্রে, শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিপাদনসু মসিবু 'কাচিৎক' হায়না খঙ্হনবীরম্মী।

যথা বা—

৩৭। কুচালম্ভে পাণির্হি মম ভবত্যা বিঘটিতো
মুহুশ্চুম্বারম্ভে মুখমপি ন সাচীকৃতমভূৎ।
পরীরম্ভে চন্দ্রাবলি ! ন চ বপুঃ কুঞ্চিতমিদং
ক লব্ধা মানস্য স্থিতিরিয়মনালোকিতচরী ? (৫৬)

---

খন্দ্রনা মাগী লৈফম তাম্না চৎলগা হকথেংননা হায়জরুবদা পাজীনা ঙাঙ্লকখিবা নুংগী অর্থ চেনবা ৱাহৈগী মতৌ অমা— 'হে হরি ! নখূৎমক্না লেংবীরকপা নীংথিরবা লৈরাং পরেং অসিবু ফাওবা ঙসিদি ইঙক অসিদা শিজবা তৌররোই ; মরমদি, লৈ-শরেং শিবা, চন্দনচিংবনা লৈতেংবা অমদি অতোপ্পগা শম্ন-খোংনবন-চিংবা—করিসু অমত্তা তৌগ্ররোই হায়না অকনবা ব্রত অমা তৌশিল্লুরে।'— 'অদু ওইবা থোক্লবদি নঙ্গী থৌজানবীহৈবী মায়থোংনা অমত চে বী নপাউ তাহনবীদুনা ঐবু পেলহনবীয়ু' অসুম্ন-ককাসু তাকপিরকপা তৌবীগনু মরমদি. অদুক হাক্লা ৱা-ম্নাম ঙাঙ্বা ঙমজদে, মদুগী মরমনা অমুক— ব্রাহ্মণশিংনা ঐবু মৌনব্রত ( ৱা ঙাংদবগী ব্রত ) তৌহনবীরমলে। মথোয়গী ম্নাথং হিক্তোক্লুরবদি মখোয়না ঐবু শাউবা শোয়দবনি। ফল ফংবদি লায়রহনা শাপ-তুম চাহনা তোকনি। 'অদুম ওইনমক মফম অসিদা ঙাইহাক্তং পম্মুনা ঐনা হায়জবসিদ' তাবিখো, কোম্নগী কোম্না থোকপা তৌবীয়ু, করিগীদমক্তা হোবে শোবে ঐবু অদুম্না থাদোক্লমগদৌরিবনো ?' অসুম্না অমুক হায়রকপা থোক্লবদি মদুগী পাউখুমনা অসুম্না পীরিরি মদুদি—'ইনক নকপা মফমদগী মপুক ফজ্রবী ঐগী ইমেম অসিনা ঐবু কৌরকপা নত্তনবু ঐনা নঙবু থাদোক্লনা চৎখিবা ঙম্না হৌনবরা ?'— অসুম তৌনা পাজিকানা নোক্লুক-ৱাহৈত্তনা ( শাউবগী মতৌ করিসু উৎপা তৌদনা ) শ্রীহরিদা খাঙহমত্রবা মানগী মতৌবু কোঙ্দোকজি।

৫৬। শ্লোক অসিদনা অমুক 'অধীরা-প্রগল্ভা'গী হায়দগীসু হেনগৎপা ম্নাম্না হেম্না চী লেম্বা অশূকপা ( মহাগাম্ভীর্য্য ) মতৌনা তিনবা অহুঙম্বা মান মথল অমগী মতৌ উৎলি— মতম অমদা শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী মরাল লৈচন্দনবগীদমক মশামক্লা চন্দ্রাবলীগী লৈফম তাম্না লাক্লবদা চন্দ্রাবলীনা শ্রীকৃষ্ণগী অহকপা মরালবু খঙ্না খঙ্না মদুবু করিসু খঙ্দবা শাহনা মপানগী ব্যবহারদা মখুংদ তগা অহুম্নক শাম্নমিন্নরকই। মথংদা শ্রীকৃষ্ণনা চন্দ্রাবলীগী মতৌদগী মাগী মপুক্লোং

অথ অধীরপ্রগল্‌ভা—

২০। সন্তর্জ্জ্য নিষ্ঠুরং রোষাদধীরা তাড়য়েৎ প্রিয়ম্ ।। (৫৭)

যথা ৩৮। মুগ্ধাঃ কংসরিপো ! বয়ং রচয়িতুং জানীমহে নোচিতং,
তাং নীতিক্রমকোবিদাং প্রিয়সখীং বন্দেমহি শ্যামলাম্ ।
মল্লীদামভিরুচ্চলন্মধুকরৈঃ সংযম্য কণ্ঠে যয়া,
সাক্ষেপং চকিতেক্ষণস্ত্বমসকৃৎ কর্ণোৎপলৈস্তাড্যসে ।। (৫৮)

মতা অদুবু খঙ্‌লক্‌ঞনা মহাকমক্তী মতৌ তমথনা হায়রকই— 'হে চন্দ্রাবলি ! অমুক্তসু উরকখিদ্রিবা আসগুম্বা নশাগী য়েনা চীং-লেম্বী নতৌ অসিবুদি নঙ্‌না কদাইদগী লৌরুরিবনো ? 'ঐদি নঙ্‌ভগী পেন্নবা ভৌজরিবনি, ঐনবু কৈদৌঙৈদা কদাইদবু শাউবা উবীপ্রবগে ?' অসুম্না অমুক নঙ্‌না হায়রকপা থোক্লবদি হায়বসিগী পাউথুম ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা, চন্দ্রাবলীনা মাগা শান্নমিন্নবদা ইহৈ হৈনীংদবা মতৌশিং অদুবু উৎসগা মহ শোয়দনা শাউবগী মতৌনি হায়বগী থুদম উৎলকলি— 'ঐনা নঙ্‌গী থাবোমদা থুংনা শোকপদা হান্না ভৌবগুম নঙ্‌না ঐগী ইথুংপু ঈম্বোরকপা ভৌদে। চম্না হম্না চুপ্পবমক্তদসু নমান খক লৈথোকখিবা লৌভে। নশাবু ঐনা চেক্কেৎ কোনশিনখিবা মতমদসু অপনবা করিসু পীবা ভৌখিদে। ( অসি পুন্নমক অসিবু শাউদবগী থুদম হায়বদ্রা ? ) [ বি ৪।১৩, অম ১৮,৪৭,৫০, অ ৫।৭৯,৮৯ ] ।

৫৭-৫৮। **অধীর প্রগল্‌ভা** — শাউবদগী মশাগী চান্নববু থীনা হায়থনা নুংশিহৈভনা তাল্লিবী নায়িকা অদুবু 'অধীর-প্রগল্‌ভা' হায়না কৌই। মথদি—কনাগুম্বী নায়িকা অমগা শান্নশিন্নরুরগা অয়ুক্তা লাক্‌না মশাগী মরাল কুপশিন্নবা মতাং ভৌররনদা 'ধীরাধীর' ওইবী গোপী অমনা হায়রকই— 'হে কংসগী য়েক্লবও ! ঐখোয়দি অপঙ্‌বীনি, মতিক চানা নঙ্‌গী সেবা ভৌজবা হৈভে ; হে মিৎয়েং ভথকপও ! নপুক্নীং থুংনা সেবা ভৌজবদা হৈথোই-শিংথোইবী অদুগুম্বী নঙ্‌গী চান্নজবী শ্যামলা অদুবু ঐখোয়না খুরুমজে, মহাক অথুমক্তি, খোইমুনা কোয়না ওংবা নঙ্‌গী নঙক্তা শিবা অদুগুম্বা মালিকা-পরেংশিং অথুমক্তা নঙ্‌গী নঙকন্দম লাকশিন্দুনা থম্লগা ভাঙ্‌বা শকপা ভৌদনা অমদি মনাদা চিক্লিবা লৈরাং থরো অথুনা হম্না চম্না থাথুনা নঙ্‌বু রাহনজবা ওমলিবীনি।' পদ্য অসিনা উৎলিবদি 'অধীর-প্রগল্‌ভা' নায়িকাগী শক্তমদা শ্যামলাবু থুদম ওইনরি— মথু রা ভাঙ্‌লিবী অসিবু হায়বা নক্তে হায়বসি খঙ্‌নগদবা ওই।

**ধীরাধীরপ্রগল্‌ভা—**

২১। ধীরাধীরগুণোপেতা ধীরাধীরেতি কথ্যতে ॥ (৫৯)

যথা—৩৯। স্ফুরতি ন মম জাতু ক্রোধগন্ধোঽপি চিত্তে
ব্রতমনু গহনাভূৎ কিন্তু মৌনে মনীষা।
অঘহর! লঘু যাহি ব্যাজ আস্তাং যদেতাঃ
কুসুমরসনয়া ত্বাং বন্ধুমিচ্ছন্তি সখ্যঃ ॥ (৬০)

যথা বা ৪০। কৃতাগসি হরৌ পুরঃ স্তবতি-তৎ ভ্রমদ্ভ্রূলতা
তিতাড়য়িষুরুদ্ধুরা শ্রুতিতটাদ্বিকৃষ্যোৎপলম্।
ন তেন তমতাড়য়ৎ কিমপি যাহি যাহীতি সা
ক্রুবত্যজনি মঙ্গলা সখি! পরং পরাঙ্মুখী ॥ (৬১)

---

৫৯-৬০। **ধীরাধীর-প্রগল্‌ভা**— 'ধীরাধীরা'গী গুণ চেনবী নুপীবু 'ধীরাধীর-প্রগল্‌ভা' হায়না কৌই। মহাক্দি— 'হে অঘাসুর হাৎপা! ঐগী থম্মোইদা অশাউবা করিসু লৈতে।'— ''অহ্নদি ঐঙোন্দা বা-লান ঙাঙ্‌নৌ'দ্রিবা করিগীনো' অসুমা হায়রবদি, মহাক্গী মরমত্র অসিনি— ইশাগী অচেৎপা ব্রত ঙাকচনবগীদমক ঐনা বা ঙাঙ্‌দবনি, অহ্নাা থীস্থবা তৌদনা হঙ্গীকমক চৎপিয়ো।'' (মসিদা অধীরা-গী শক্লক ফোঙ্‌লি।। অহ্নদি 'হঙ্গীকমক চৎপিয়ো' অসুম হায়হ্নাা তাল্লিবদি করিগীনো অসুম্না কংলক্লবদি মহাক্গী পাউথুমনা অসিনি মহাক্দি, 'তাৎ অদো অমুক মথং তারক্লগনু, নম্রবদি য়েংউ, ঐগী সখীমখেনা নঙ্‌বু লৈরাং-থোয়ীনা পুনগদবগী থোরাঙ্‌লি।' (অর্থদি— লৈগী কাঞ্চীনা খ্বাঙ্‌লাক লৈতেং ওইনবী সখীশিংনা চায়থোক্তনা ইবুংঙো নহাক্তবু পামনজরি— মসিদনা ধীরা নায়িকাগী মপুং ফাবা মতো উৎলি। '(কাঞ্চী— লৈচু মঙানা তিনবা অমদি অঙকপা মওঙ্‌দা লেংবা লৈগী খ্বাঙ্‌লাক পরেংবু খঙ্‌নৈ)। অমরোমদসু নায়িকা মশামক্তীদি পুনবগী থবক অহ্ন তৌনী'লুম্রবসু সখীশিংনদি পুনগদবগী হোৎনরি হায়বসিনা 'ধীরা'গী শক্লক অহ্ন অহ্নক ওইরি [অ ৫।৮০,৯০]।

৬১। হায়দগীসু হাইকেং খাঙনক্তবী 'ধীর'ধীর-প্রগল্‌ভা' নায়িকাগী খুদম পীরি— য়ুথেশ্বরী মঙ্গলা কৌবীনা মরাল লৈরবা মাগী নায়ককী মফমদা চৎখিবা মাগী শাজৎ-মতা অদুবু য়ুম্না খঙবী য়ুন্দানা নান্দীমুখীদা হায়রকই—লাল্লবদগী লোংমা শ্রীকৃষ্ণনা মঙ্গলাগী মাঙদা লেপ্তুনা হায়জ-নোনজ কম্না তৌরবদা

২২। কিশোরিকাণামপ্যাসামাকৃতেঃ প্রকৃতেরপি।
প্রাগল্‌ভ্যাদিব কাসাঞ্চিৎ প্রগল্‌ভাত্বমুদীর্য্যতে॥ (৬২)

২৩। মধ্যা তথা প্রগল্‌ভা চ দ্বিধা সা পরিভিদ্যতে।
জ্যেষ্ঠা চাপি কনিষ্ঠা চ নায়কপ্রণয়ং প্রতি॥ (৬৩)

যথা—৪১। স্বপ্তে প্রেক্ষ্য পৃথক্ পুরঃ প্রিয়তমে তত্রার্পয়ন্ পুষ্পজং,
লীলায়া নয়নাঞ্চলে কিল বজ্রশ্চক্রে প্রবোধোদ্যমম্।
কৃষ্ণঃ শীতলতালবৃন্তরচনোপায়েন পশ্যাগ্রত,-
স্তারায়াঃ প্রণয়দিব প্রণয়তে নিদ্রাভিবৃদ্ধিক্রমম্॥ (৬৪)

---

পীশূম শৃক্ত্‌না মঙ্গলানা মহাকপু তাম্বোক্লবর্গাদমক অয়াকপা খোনফম থায়কই (প্রগল্‌ভা ওইরকই) অমসুং নাপ লৈতেং থবালে (থরো?)। অদুবু খুৎনদি পায়রগা মওমক্তা হেক থাবদি তৌদনা শূপ্পগী 'চৎলো চৎখরো' অসুম্নতা হায়হ্না মমায় লৈথোকখি। [অ ৫।৮১,৮।১৬২]।

৬২—৬৩। অসিগুম্বী ব্রজকিশোরীশিং অসিগী মওঙ্ মতৌ অমদি লোনচৎ-শাক্তংতা য়াকপা হেনবা মতৌনা মবম ওইহ্না (চহি হেনগৎলকপরোমদদি নত্তনা) হায়রিবা 'প্রগল্‌ভা' গী মতৌ অসি কনা কনাগুম্বীগী মকাদসু ওইবা য়াওই। অসুম্না 'মধ্যা' অমসুং 'প্রগল্‌ভা' অনিমক্কী অমুক 'জ্যেষ্ঠা' অমসুং 'কনিষ্ঠা' হায়না অনি অনি শুরি। মসি চহি অয়াম য়ামদদা থায়বা মথায় নত্তে, গোপীশিং অহুগী অথোই অহেন নাইবা প্রেমগী মতৌদগী (উ ৫।১৭) নায়কনসু মখোয়বু বাংনা অমদি হেন্না লুনা তৌবা মতৌবু য়েংহ্না মখোয়বু 'জ্যেষ্ঠা' (অহনবী) অমদি 'কনিষ্ঠা' (অতোপ্পী) অসুম হায়না নহা অহল-থায়বা মিংগৌও। মিংথোনবতনি।

৬৪। মধ্যা, জ্যেষ্ঠা অমসুং কনিষ্ঠা-গী মতৌ হায়রি—ভাব মায়বা ভিন্নবদগী মহৈ-মহৈ লুনা চায়া ভিন্নবী,—লীলা অমদি তারা হায়না কৌবী যুথেশ্বরী সখী অনিখক্তা শ্রীকৃষ্ণ-দর্শন ফংনজনীংহ্না নোংমা লৈ থিবা শানা বৃন্দাবন উমংদা চঙ্‌হ্না কোয়না অসুং থিবদগী চোক্‌থ-হুইথরক্লনা নিকুঞ্জ অমগী মনুংদা পোত্থাবদগী তু থোক্লখরে। মতম অহুদা পুম্নমক খঙ্‌লবা শ্রীকৃষ্ণনা মথায়গী মনাক্তা চঙ্‌লক্লগা তৌরখিবা মতৌশিং অদুবু অতোপ্পা কুঞ্জদা লোয়া থূপচানরিবী বৃন্দানা নান্দীমুখীদসু তাক্লনা উহল্লি—য়েংউ নহাই নান্দী—চায়বী

যথা বা—

৪২। দীব্যন্ত্যো দয়িতে সমীক্ষ্য রভসাদক্ষৈস্ত্র্যহাত্মগ্রহৈ,
গৌরীং ঘূর্ণিতয়ে৷পদিশ্য হিতবদ্ধায়প্রয়োগং ভ্রুবা।
তস্যাস্তূর্ণমুপার্জ্জয়ন্নিব জয়ং শিক্ষাবশেনাচ্যুতঃ,
শ্যামামেব চকার ধূর্ত্তনগরীসঙ্কেতবিজ্জিত্বরাম্॥ (৬৫)

---

সখী লীলা অমদি তারা-অনিমক্তা মমায় মমায়দি ওনশিন্নরগা তোপ্পা তোপ্পা (মরক লন্না) কুপ্পনুংদা নীংঙায়দনা ভূম্নরিবদ্ৰ উরগা কৃষ্ণনা লীলাগী মমিত্তা লৈগী লৈর্‌ক চাইশিন্দুনা মমিৎ শিংহন্নবা হোংবরি অহ্নগা তারাবুনা চুম্নগী নুংশিবীবতনা মরম ওইহ্নুনা (প্রাতীতিক প্রীতি—হেক্তমক লায়না খঙ্‌বা ঙম্বা মওঙ্‌গী মনু॰শি) হকচীক লা॰গম্নবা কোনাহুমাই হুম্বীহ্না মিংকপ থোক্লক্তনবা হোংবরি। (মসিদা লীলানা প্রেম হেন্না লৈবনা মাবুনা জ্যেষ্ঠা অহ্নগা তারানা রাংপনা কনিষ্ঠা ওইবহ্ন ফোঙ্‌দোকলি)।

৬৫। প্রগল্‌ভা-জ্যেষ্ঠা-কনিষ্ঠাগী মতৌ—হেন্না লুনা তিন্নজবী গৌরী অমদি শ্যামা কোবী যূথেশ্বরী ওইবী প্রগল্‌ভা-নায়িকা অনিনা পুম্না অভিসার তৌমিন্নরক্‌না শ্রীকৃষ্ণগা উন্নরগা মনীং তৌনা শান্নখি অ৷সুং হরাউজনা মখোয় অনিনা মাগী মমাঙ্‌দা চৌবর অমুক শান্নবা থোরাঙ্‌জখি। মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা তৌখিবা লীলা মতা অদুবু খঙ্‌চৌবী বৃন্দানা পৌর্ণমাসীদা তমহ্না তাহল্লি—'গৌরী-শ্যামা অনিনা হরাউনা চৌবর শান্নবা লাঙ্‌জি—থানরিবা পোম্বাদি—মায়থীবা (অপোবা) মীনা শ্রীকৃষ্ণবু অথোইবা মীগী মকাদা নুমিৎ হুমনি থম্বা অসিনি। থোদো মতাহ্ন উবদগী শ্রীকৃষ্ণনা পীগুম খত্তুনা (মিৎ খত্তুনা) গৌরীদা মানা হেক্তমক থীন্দনা থে৷ইরগদবা মতৌ মাসহন্না ইঙ্গিত তৌরকই। (অশেংবদি মহাক্কা গৌরীবু থোইহনগে খনখিবা লৈতে অহ্না মতা॰ অসিদদি গৌরীনা 'কনিষ্ঠা-প্রগল্‌ভা'নি)। অমরোমদনা চৌবর শান্নরিবীশি॰ অহ্নগী পোবা-থোইবগী মরমদা অকুপ্পা-কাঙ্‌লোন-পথাপ-পন্নি॰ মুন্না খঙ্‌জবা কৃষ্ণনা মীনা য়েংঙমত্রবা অ৷ঙম্বা মওঙ্‌গী লৌশিং পুথোক্‌না শ্যামা সখীবু মমায় পাকহনবীখি (মরম অসিনা মতাং অসিদদি শ্যামানা 'জ্যেষ্ঠা-প্রগল্‌ভা' নায়িকানি। [অম ১১, অ ৫।৮২]।

২৪। কাচিৎ কাঞ্চিদপেক্ষ্য স্যাজ্জ্যেষ্ঠেত্যাপেক্ষিকী ভিদা
অতো ভেদদ্বয়মিদং ন কৃতং গণনান্তরে ॥ (৬৬)

২৫। কন্যা মুগ্ধৈব সা কিন্তু স্বীয়ান্যোঢ়ে উভে বুধৈঃ।
মুগ্ধা মধ্যাদিভেদেন ষড়্ভেদে পরিকীর্ত্তিতে ॥ (৬৭)

২৬। মধ্যাপ্রৌঢ়ে দ্বিষড ভেদে প্রোক্তে ধীরাদিভেদতঃ।
কন্যা স্বীয়া পরোঢ়েতি মুগ্ধা চ ত্রিবিধা মতা।
ইতি তাঃ কীর্ত্তিতা পঞ্চদশ ভেদা ইহাখিলাঃ ॥ (৬৮)

২৭। অথাবস্থাষ্টকং সর্ব্বনায়িকানাং নিগদ্যতে
তত্রাভিসারিকা বাসসজ্জ চোৎকণ্ঠিতা তথা ॥ (৬৯)

২৮। খণ্ডিতা বিপ্রলব্ধা চ কলহান্তরিতাপি চ।
প্রোষিতপ্রেয়সী চৈব তথা স্বাধীনভর্ত্তৃকা ॥ (৭০)

---

৬৬—৬৮। কনাগুম্বী নায়িকা অমনা অতোপ্পী কনাগুম্বা নায়িকা অমদগী জ্যেষ্ঠা নত্রগা কনিষ্ঠা ওইরবদি মং চ ংলম খেন্নবতনা ওইগদবনি। ( আপেক্ষিক—চাংদম্নবদা ওইবা—হায়বদি জ্যেষ্ঠ নি হংযনা খঙ্লিনহ্নলা অমুক অতোপ্পী নায়িকাপা চাংদম্নক্নরবদি মানা কনিষ্ঠগী মতৌ ওই লবসু য়াই )— অসিগুম্বা খেন্নবা মথায়দোক অসিদি করিগুম্বা ধর্ম্ম অমগী মতু ইন্ন খায়দোক্কদবনি, মদুগা অকুপ্পা মরোলনা মৃৎেশ্বরী-ভেদ-প্রকরণদা হায়বকখিগনি। কন্যাগী জাংতি ( নুপীমচা ওইরিবীজিংদি ) মতম পুম্নমক্কা অমম্মক মুগ্ধা ওইনা লৈ, মাগীদি থক ফিবম হোংলকপা লৈত্তে, অদুগা স্বীয়া অমদি পরোঢা অনি অসিদি অমমমগী মথলদা মুগ্ধা, মধ্যা অমসুং প্রগল্‌ভা হায়রুন ৩। ৩ শুবনা পুম্না মথল তরুক শুই অদুগা অহুম অসিগী মনুংদসু মধ্যাগা প্রগল্‌ভাগ অনিগীদি অমুক অমমমগী ধীরানচিংবা মথল ৩।৩ থোকপনা মথল তরুক শুরি। মরম অহুনা কন্যা স্বীয়া অমদি পরোঢা হায়না মুগ্ধা মথল অহুমনি— অহুনা পুম্না নায়িকা মথল তরামঙানি।

৬৯—৭০। নায়িকা মথল তরাগু অ'সগী অমমমগী অমুক অবস্থা মতুং ইন্না ৮।৮ থোক্না খায়দোকপা য়াই। অবস্থা ৮ অদুদি—অভিসারিকা, বাসকসজ্জা, উৎকণ্ঠিতা, বিপ্রলব্ধা, খণ্ডিতা, কলহান্তরিতা, প্রোষিতভর্ত্তৃকা অমসুং স্বাধীন ভর্ত্তৃকা। হায়রিবা সংজ্ঞাশিং অসিদি রসশাস্ত্রদা ফাওরবা ( ইখঙ্ খঙ্নরবা ) অদুগুম্বা

**তত্র অভিসারিকা, যথা,—**

২৯। যাভিসারয়তে কান্তং স্বয়ং বাভিসরত্যপি।
সা জ্যোৎস্নী তামসী যানযোগ্যবেষাভিসারিকা॥ (৭১)

৩০। লজ্জয়া স্বাঙ্গলীনেব নিঃশব্দাখিলমণ্ডনা।
কৃতাবগুণ্ঠা স্নিগ্ধৈকসখীযুক্তা প্রিয়ং ব্রজেৎ॥ (৭২)

**অত্র অভিসারয়িত্রী, যথা,—**

৪৩। জানীতে ন হরির্যথা মম মনঃকন্দর্পকণ্ডূমিমাং,
মাং প্রাত্যাভিসরত্যয়ং সখি! যথা কৃত্বা ত্বয়ি প্রার্থনাম্।
চাতুর্য্যং তবসা প্রসারয় তথা সস্নেহমাসাদ্য তং,
যাবৎ প্রাণহরো ন চন্দ্রহতকঃ প্রাচীমুখং চুম্বতি॥ (৭৩)

---

পারিভাষিক ওইবা শব্দ ঙাক্তনি। স্বকীয়াগীদি মসিগী মনুংদা য়াওরিবা 'প্রোষিত-ভর্তৃকা' অমসুং 'স্বাধীন ভর্তৃকা' অনি অসিতমক লৈ, অতৈ ময়াম অদু মখোয়গী কাদদি ওইথোক্তে। অদুগা পরকীয়া নায়িকাদদি মখল ৮ মক অসি শুনা ওইবা য়াই। স্বকীয়াদা করিগুম্বা মতাংদা 'বাসকসজ্জা' অমদি 'উৎকণ্ঠা'গী শরুক থরদংদি ওইথোকপা য়াবা লৈরবসু তশেংবমক্তি মদু পরকীয়াতদা মপুং ফাবা ওই—রস খঙ্বা অথেইব ভক্তশিংনা অসুয়া মত পীনৈ।

৭১—৭২। **অভিসারিকা**—মাগী চায়ববু অভিসার তৌহনবী নত্রগা মশামক্তা অভিসার তৌরিবী অদুগুম্ব নায়িকা অদুবু 'অভিসারিকা' হায়না কৌই। মাগী মখল অনি অমুক লৈ মদুদি —**জ্যোৎস্নী** অমসুং—**তামসী**। থা পানথৎলকপদা (থাবন ফবা অহিংদা) মদুগী মতিক চানবা অঙোবা অভিসারগী ফিজেৎ অদুগা শিথরকপা (অমম্বা) মতমগীনা অমুবা ফিজেৎ-লৈতেংনচিংবা তৌহনা মথংশিংনা **জ্যোৎস্নাভিসার** অমসুং **তমোভিসার** তৌগনি। অসিগুম্বী অভিসারিকা নায়িকা অসিদি মবুংঙোগী মনাক্তা চৎপা মতমদা ইকাইজবনা মশাবু তাশিন-খোমজিনৈ, মাগী খুজি-নাশি অমদি কিঙ্কিনী-নূপুরনচিংবসু মখোল থোক্তে, ফীরু-ফীরাং খুমজিল্লগা মাবু লুনা নীংজবী সখী অমত্তংগা লোয়ননা অভিসার তৌই।

৭৩। **অভিসারয়িত্রী—শ্রীকৃষ্ণগী** মতৌ মওঙ্. মাগী নাংথিবা ফজবা অমদি মাধুর্য্যনাচংবা গুণশিংবু য়েনা থঙ্লবী কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমনা থম্মোই

অথ জ্যোৎস্ন্যাং স্বয়মভিসারিকা, যথা—

৪৪। ইন্দুস্তুন্দিলমণ্ডলঃ প্রণয়তে বৃন্দাবনে চন্দ্রিকাং,
সান্দ্রাং সুন্দরি! নন্দনো ব্রজপতেস্ত্বদ্বীথিমুদ্বীক্ষতে।
ত্বং চন্দ্রাঞ্চিতচন্দনেন খচিতা ক্ষৌমেণ চালঙ্কৃতা,
কিং বর্ত্মন্যবিবিন্দচারুচরণদ্বন্দ্বং ন সন্ধিৎসসি? (৭৪)

---

লাঙ্‌তক্লবনা হেন্দুনা ইকাই ইকি ৱাংমা লাম্না ইফোং ফোংনা মনাক্তা শ্রীকৃষ্ণবু ফোংহল্লুনবা মাগী থাজবী সখী অমবু থাবমদাইদা পাউমেল্লকই—'হে সখি! থীন্দনমক শ্রীকৃষ্ণগী নাক তান্না চংলু অহুমদি ওইরগনে য়েংঙোয়, কামনা মরম ওইঃনা লাঙ্‌তক্লিবী ঐগী পৃক্কীং মতা অসিবুদি থক্ খঙ্‌হল্লুরোইদবনি, মানা ঐবু নুংশিবীবনা মরম ওইঃনা নঙোন্দা হায়জমল্লবদগী মাবু ঐগী ইনাক তান্না অভিসার তৌহল্লকপা অংগুৱ মচেঙ্ অহু তাহন্নবা নঙ না লৌশিং তৌরক্কদবনি। (থীন্দনমক হায়বসিনা য়াম্না লাঙ্‌তক্লবা মশাগী মতৌ উংলি) মীগী মথৱায় চুপ্পা অমদি য়েৌনা অৱাবা-চৈথেংপীবা অংগুম্ব থা অহু থোক্লক্কনা হুজীকমক নোংপোক লৈমবু (মায়াইকবু) চুপ্পরগনি (হায়বদি থীন্দনা থা থোক্লক্লগনি, অহুনা শ্রীকৃষ্ণনা লেঙ্‌লকপা মতম থেঙ্‌লবদি থাগী মশক উরকপনা হান্দুনা ঐগী থৱায় অসি খাঙ্ঙমলবোই (থৱায়সু থুনমক চংগ্রগনি)।

৭৪। **জ্যোৎস্নী অভিসারিকা**—বৃন্দানা শ্রীকৃষ্ণবু সঙ্কেত কুঞ্জদা থাজিল্লম্লগা শ্রীরাধাগী নাক্তা অমুক লাক্কনা থীন্দনা মাবু কুঞ্জদা থাননবা তফিং তফিংনা হায়রখি—'হে নীংথিবা। পূর্ণিমা-থানিননা ঙসিদি ফাঙৌ ফোরে (মতম খঙ্‌হনবা), ব্রজনিংথৌগী মজাইবুংঙোনা (পাত্র-খঙ্‌হনবা, মীশক তাকপা) বৃন্দাবনদা (মফম খঙ্‌হনবা) নঙ্‌তগী লম্বা য়েংনা লৈহৌরি, কর্পূর যাল্লবা চন্দননা নশাবু লৈতেংলগা অঙৌবা ফীজোন শেৎচিন ইনশিন্দুনা, থম্বাল লৈকামক্তগীসু হেন্না থোংলবী অহুগুম্বী নখোঙ্ অহুনা চত্তনা হুজীক ফাওবা অদোমদা পাংখিদ্রিবা করিগীনো? থোংলবী নঙ্‌গী নখোঙ্ থম্বাল অহুনা কুঞ্জগী লম্বী পাংনা তফিং তফিং চংলুবা ঙমগদবসু লৈতবনা ঐনা হায়রিবসিনি, থীম্বা তৌদনা হুজীকমক যাত্রা তৌহুনা তপ্পা তপ্পা চংলবসু মাবু অহুম্মক ফংলুগদবা মরৈ, থীম্বরবদি অমরোমদা নঙ্‌বু লাক্কবনি খন্দুনা মথৱায় নুংঙাইতনা অতোপ্পা

তামস্যাং, যথা বিদগ্ধমাধবে—(৪।২২)

৪৫। তিমিরমসিভিঃ সংবীতাঙ্গ্যঃ কদম্ববনান্তরে, সখি !
বকরিপুং পুণ্যাত্মানঃ সরন্ত্যভিসারিকাঃ।
তব তু পরিতো বিদ্যুদ্বর্ণাস্তনুদ্যুতিসূচয়ো,
হরি হরি ঘনধ্বান্তান্যেতাঃ স্ববৈরিণি ভিন্দতে ॥ (৭৫)

অথ বাসকসজ্জা—

৩১। স্ববাসকবশাৎ কান্তে সমেষ্যতি নিজং বপুঃ।
সজ্জীকরোতি গেহঞ্চ যা সা বাসকসজ্জিকা ॥ (৭৬)

৩২। চেষ্টা চাস্যাঃ স্মরক্রীড়া-সঙ্কল্পো বর্ত্মবীক্ষণম্।
সখীবিনোদবার্ত্তা চ মুহুদূর্তীক্ষণাদয়ঃ ॥ (৭৭)

---

মফম অমদা মানা অমুক চখোকখিরম্বা থোক্রবদি অনিম্বক্তী অরাবা পান্দম লৈনরোই। [ গীতা ২৫, প ২০৯, প্রেমপূরাভিধ-স্তোত্রদা ]।

৭৫। তামসী—শ্রীরাধাবু লৌহল্লুনবা সুবল সখাবু থাগ্রগা গোবর্দ্ধন তময়াগী কুঞ্জদা লেঙ্‌শিন্দুনা লৈবিবা শ্রীকৃষ্ণগী ন ক তমনা অভিসার তৌবক্লিবী শ্রীরাধাবু য়েংদুনা ললিতানা হায়রকই—'হে সখি। পূণ্যচেনব গোপ-নিঙোনশিং অতৈভদি অমম্বগী মশক ওইরবা কাংজললনা মশাগা হকচাং ক য়াৎ পুম্ববু কূপশিল্লগা কদম্ব-বনগী মায়কৈদা বক-হি চাবগী য়েক্লবা কৃষ্ণগা মায়কৈ তমনা অভিসার চৎনরি। অদুগা নঙ্‌গীদি—নোংথাঙ্‌ওম লংলবী নশাগী নঙাম্না অঙানবা মৈরা ওইদুনা মায়কৈ মরিমক্তী অমম্বা চবুন চবুনবু ফাওদৎলি, ফংজোন শংলেনবুদি মশেৎলি তায়ববু লংলবী নশাগী কুহুনা ( নঙাম্না ) মদুবু ফাওদোরজ্‌না মপান্দা হায়দোরকলি। মরম অদুনা নঙ্‌গীদি নশানা অদুম্বক নশার্গী য়েক্লবা ওইজরি। [ জ ১।৩৭, ৪।৫১ ; গীত ৫।১১, ৫।১৯, প ১১৪ ; অম ৭১ , অ ৫।১১ , ৮।১১ ; বি ৩।৩০, প ১৯৬ ]।

৭৬—৭৭। বাসকসজ্জা—'অশংবা তাঞ্জাদা চায়বত্ন মরাইনা লাকচগনি' অসুম্না খন্দুনা মশাবু অমদি মযুম মকৈবু নীংথিনা শেম শাম্নিবী নায়িকা অদুবু 'বাসক-সজ্জিকা' হায়না কৌই। মাগী মতৌদি লৈপুন রাখম্না মাঙ্‌-ওইনবা, চায়বগী লম্বী য়েংনা লৈবা, সখীগা লোয়ননা নুংশি-নুংঙনগী বার্তা

যথা—৪৬। রতিক্রীড়াকুঞ্জং কুসুমশয়নীয়োজ্জ্বলরুচিং,
বপুঃ সালঙ্কারং নিজমপি বিলোক্য স্মিতমুখী।
মুহুর্ধ্যায়ং ধ্যায়ং কমপি হরিণা সঙ্গমবিধিং,
সমৃদ্ধ্যন্তী রাধা মদনমদমাদ্যন্মতিরভূৎ ॥ (৭৮)

অথ উৎকণ্ঠিতা—

৩৩। অনাগসি প্রিয়তমে চিরয়ত্যুৎসুকা তু যা।
বিরহোৎকণ্ঠিতা ভাববেদিভিঃ সা সমীরিতা ॥ (৭৯)

৩৪। অস্যাস্তু চেষ্টা হৃত্তাপো বেপথুর্হেতুতর্কণম্।
অরতির্বাষ্পমোক্ষশ্চ স্বাবস্থাকথনাদয়ঃ ॥ (৮০)

---

শামিন্নবা অমসুং ঙাইহাক লৈতনা পাউ-পুবী দূতী সখীদা তোয়না য়েংবা। অসিনচিংবা তোই।

৭৮। বৃন্দানা শেংদোক্লবা কুঞ্জবু অমদি সখীশিংনা লৈতেংবীরবী মহাক্কী মশাবু হন্না হন্না য়েংলগা শ্রীকৃষ্ণবু লেঙ্ হন্নীংলকপগী ঈখো লাংলবী অমদি মবুংঙোগা লোয়নননা শান্নমিন্নগদবা লীলা মথং-মথংগী নুংঙাইবা বাখলনা নুংবঙ্ন-হল্লবী অহ্গুম্বী শ্রীমতী রাধাবু উবদা চান্নবী সখী অমনা অতোপ্পী সখী অমদা হায়রকই—'য়েংঙ্ নহাই সখী! লৈপুন-লীলাগী মতিক চারবা কুঞ্জ সঙ্গাইবু নীংথিবা লৈগী শয্যানা অমুক্তা হেন্না লংখৎহন্দুনা অমদি মহাক মশামকপুসু লৈতেং মখল মখল তৌজহ্ননা হরাউজরবী রাধানা মোমোন মীনোক নোক্তুনা শ্রীহরিগা খঙঙমদ্রবা (ফংঙমদ্রবা) লৈপুন-মণি-লনবু মরাং কায়হন্নবা বাখন্দা কামগী ঈনোৎ-ঈহৌনা মশাবু হেক ঙাওচৎনহঞ্জরি। [বি ৪।২৪, ২৩, গীতা ২৬ গীত ৬।১২, ১১, প ২১৭, অ ৫।১৬ অসিনচিংবা]।

৭৯—৮০। **উৎকণ্ঠিতা**—মরাল লৈতবা চান্নবনা মতম য়াম্না কুইরবা ফাওবা লাকখিদ্রবদা লাঙ্তক্লরবী নায়িকাবু রস খঙ্বা কবিশিংনা 'বিরহোৎকণ্ঠিতা' (কায়না রাখম্না লাকহৎলবী) হায়না কৌই। মাগী মতৌদি—থম্মোই ঙমচাক্লে, মশা তনিক তনিকই, নায়কনা মতম চানা লাক্তবগী মরম খল্লি, রাজৈ, মিৎতগী পি শিন্থে অমসুং মতম অদুদা ওইরিবা মশাগী অতোনবা মতৌ অদুবু সখীদা তমহ্না তাহল্লি।

যথা—৪৭। সখি! কিমভবদদ্ধো রাধা কটাক্ষগুণৈরয়ং,
সমরমথবা কিং প্রারব্ধং মুরারিভিরুদ্ধুরৈঃ?
অহহ বহুলাষ্টম্যাং প্রাচীমুখেঽপ্যুদিতে বিধৌ
বিধুমুখি! ন যস্মাৎ সস্মার ব্রজেশ্বরনন্দনঃ॥ (৮১)

৩৫। বাসসজ্জাদশাশেষে মানস্য বিরতাবপি।
পারতন্ত্র্যে তথা যূনোরুৎকণ্ঠা স্যাদসঙ্গমাৎ॥ (৮২)

অথ বিপ্রলব্ধা—

৩৬। কৃত্বা সঙ্কেতমপ্রাপ্তে দৈবাজ্জীবিতবল্লভে।
ব্যথমানান্তরা প্রোক্তা বিপ্রলব্ধা মনীষিভিঃ।
নির্ব্বেদচিন্তাখেদাশ্রু-মূর্চ্ছানিঃশ্বসিতাদিভাক্॥ (৮৩)

---

৮১। শ্রীকৃষ্ণগা তৌনখিবা সঙ্কেত মতুংইন্না দূতীগী মতেংনা সঙ্কেত-কুঞ্জদা লাক্লবী চন্দ্রাবলীনা শ্রীকৃষ্ণনা লেঙ্‌লকপগী মতম থেংবা উবদা লাঙ্‌তক্করক্রুদ্ন্না লাক্তবগী মরম খন্দুনা শৈব্যাদা মথরায় বানা হায়রকই—'হে সখি। ব্রজ-নিংথৌগী মজাইবুংঙো অদুবু ঙসি রাধাগী মিংচি থৌরানা পুনশ্রবরা? নত্রগনা অকনবা হিংচাবশিংগা মায়োক্নদ্ন্না লান শোক্নশ্রবরা? ঙস্থোকপনি, নিন্দুংগী নিপান্নি পানবা থানা য়েংউ, নোংপোক মায়কৈদা ঙাল্লরে (নোংয়াই চবুক লোনশিনখরে), অসি ফাওবদা মানা ঐবু নীংশিংবীরক্তবসিগী মরম অদু করিনো?'

৮২। বাসকসজ্জাগী মমৈদা, মানগীসু মতুং কলহান্তরিতাগীদি মমাঙদা অমদি মীথা পোনবনা মরম ওইদুনা নায়কনা নায়িকাগা উমদ্রবদা হায়রিবা 'উৎকণ্ঠা' গী মতৌ অসি ওইরকই। বাসকসজ্জাগী মমৈদা ওইবনা—[বি ৪।২৫, ৩।২৫, ২৬,২৮। গীতা ২৭; গীত ৭।২,১৩,১১; প ২১৩,২১৪] মানগী মতুংগীনা [গীত ৫, ২।১৮-১৯, ২।৯, অ ৫।১১]; মীথা পোনবগীনা [বি ৩।১০,২৪; ল ১৩৯,৪৭; প ১৭১,১৭৭,১৭৮; ভক্তিকল্পলতাদা, গো ৮।৩]।

৮৩। বিপ্রলব্ধা—সঙ্কেত তৌরম্নগা করিগুম্বা মবুংঙো অদুনা লাকখিদ্রবদা মথরায় বাজরবী নায়িকা অদুবু পণ্ডিতশিংনা 'বিপ্রলব্ধা' হায়না কৌই। মাগী মতৌদি—

১। নির্বেদ—থরায় বাবা, কায়ন-মৈহুম চুবা, কলঙ্ক খবন-মৈরিনা চাকপা, অমুকসু অফবা বাখল খল্পরকপা—অসিনচিংবা মতৌনা

যথা—৪৮। বিন্দতি স্ম দিবমিন্দুরিন্দিরা,-নায়কেন সখি ! বঞ্চিতা বয়ম্ ।
কুর্ম্মহে কিমিহ শাধি সাদরং, দ্রাগিতি ক্রমমগাম্মৃগেক্ষণা ॥
(৮৪)

অথ খণ্ডিতা—

৩৭। উল্লঙ্ঘ্য সময়ং যস্যাঃ প্রেয়ানন্যোপভোগবান্ ।
ভোগলক্ষ্মাঙ্কিতঃ প্রাতরাগচ্ছেৎ সা হি খণ্ডিতা ।
এষা তু রোষনিঃশ্বাসতূষ্ণ্ণীম্ভাবাদিভাগ্ ভবেৎ ॥ (৮৫)

---

মথন্তা মিংচৎ থীরবৗনি অসুযনা থঞ্জরকপা। বাখলনা ওৎপা পি শিন্থবা, নুংঙাইতবা বাখগনা কুচু ওনবা, মানা মতোল্লে খল্লকপা, স্বরমপী হোনবা, অসিনচিংবনা অনুভাবনি।

২। চিন্তা— ফংনীংবনা ফংদবা, ফংনীংদবনা ফংবা অসিনচিংবা মতৌদগী বাখল খনবা। মসিদা—স্বর শাংনা হোনবা, লৈমায়দা মিৎয়েং থম্বা, লৈই চিংবা, কুচু ফকচিনবা, তৃষ্ণা য়াদবা, তেংথাবা, মৈশালাংবা, হকচাং ময়েং ভাথবা, ঈরা চেনবা, ভোম্থবা মতৌনচিংবা তৌই।

৩। খেদ— পুক্নীং নুংঙাইতবদগী পোকপা চোকথ-হূইথ মতৌ।

৪। অশ্রুপাত—(পি শিন্থব )—মসিগী মখলশিংদি হবাউবা, অশাউবা, অরাবা অসিং চিংদনা পি শিন্থনবা মরম ওই। হবাউবগী পিবা ংনা ঈংই, শাউবগীনা শাই— মতাং অসিদা ডাষবিবদি অরাবগী পিরাংনি।

৫। মূর্চ্ছা— জ্ঞান মংহুংনা অমদি স্বব মপী হোনবনচিংবা তৌই।

৮৪। বন গুম্বী ব্রজদেবী অমনা দূতীগী মচীন্দগী সঙ্কেতকুঞ্জদা শ্রীকৃষ্ণ লেঙ্লকনি হায়বা পাউ তাবদগী মফম অদু তাম্না লাকচহনা ঙাইবদা শিথরকপা থাগী দ্বাদশী ( ১২ নি পানবা ) অহিংগী অহুমতবা মুথক হৌখিহনা থা থোক্লক্লবদা মহাক অদু লাক্লরোইদবনি হায়বসি লেপ্তনা মাগী চাম্নজবী বৃন্দাবু য়েংহনা হায়রকই— 'হে সখি। শিরমদাই-থা ফাওবা থোকচিল্লক্লে, লক্ষ্মীগী মবুংঙো অহনা ঐখোয়বু লৎনবিরমাল্লে! ফিবম অসিদা হুজীক করিবু তৌফম থোক্লিবা চানবীহনা থুনমক তাকপিয়ু'— অসুম্না হায়রম্লগা মশা চোকথরকপনা হেম্নুনা মহাক অহন্মক লেকৎখরে। [ বি ৪।৩৭, ল ২।৬ ; বি ৪।২৭-২৮ ; গীতা ২৮ , গীত ৭।১২,১৪,১৫,২১,৩০,১৬,৩৯,৪০ , প ২।১৫,২২০,১৯৫, অ ৫।১৩, কৃষ্ণকেলি মঞ্জরি] ।

যথা—৪৯। যাবৈর্ধূমলিতং শিরো ভুজতটীং তাটঙ্কমুদ্রাঙ্কিতাং
সংক্রান্তস্তনকুঙ্কুমোজ্জ্বলমুরো মালাং পরিম্লাপিতাম্।
ঘূর্ণাকুড্মলিতে দৃশৌ ব্রজপতের্দৃষ্ট্বা প্রগে শ্যামলা,
চিত্তে রুদ্রগুণং মুখে তু সুমুখী ভেজে মুনীনাং ব্রতম্॥ (৮৬)

অথ কলহান্তরিতা—

৩৮। যা সখীনাং পুরঃ পাদপতিতং বল্লভং রুষা।
নিরস্য পশ্চাত্তপতি কলহান্তরিতা হি সা।
অস্যাঃ প্রলাপসন্তাপগ্লানি নিঃশ্বসিতাদয়ঃ॥ (৮৭)

---

৮৫। খণ্ডিতা—হায়লখিবা মতম হেন্দোকপ্রগা মশাগী চায়বনা অতোপ্পী নায়িকা অমগা লৈপুন ওইমরুবগী থৃদমনচিংবা পুন্নুনা অয়ূক অঙনবদা লাক্লবদি নায়িকা অদুবু 'খণ্ডিতা-নায়িকা' হায়না কৌই। মাগী মতৌদি শাউবা, স্বর-ক্ষুয়না হোনবা, বা ঙাঙ্দবনচিংবা তৌই।

৮৬। কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমগা অহিং চূপ্পা শাময়িয়রুরগা মশাদা লৈপুন থৃদমনচিংবা লৈরিবত্নদি হয়া য়েংবা তৌদনা অয়ূক অঙনবদা শ্যামলাগী মনাক্তা লাক্লবা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মতম অদুদা মানা চৎলিবা শাজৎ মতা অদু উহৌবা বৃন্দানা পৌর্ণমাসীদা হায়রকই—শ্রীকৃষ্ণনা অয়ূক অঙনবদা মকোক্তা যাবক মহী চুবনা অঙাঙ্বগা অমুবগা য়ায়বা মচুনা তিন্দুনা, মপাম্বোম মরুদনা নাপ-লৈভেং কুণ্ডলগী মমি তাদুনা, থবাক্তনা থাগী লৈভেং কুঙ্কুম চন্দনগী অঙাঙ্বা মচুনা ঈরং লংনা পক্লনা অমদি ভকখায়নবদগী লৈপরেংগী লৈনা পক্লনা অমদি মিৎয়া অনিমক ঙাংজুননা অমদি উইরুম উইরুম তৌনা লেপ্পরিবত্র উরগা থম্মোইনুংদা শাউবনা মথক মখা ওল্লবী শ্যামলানা চীনবান থোংদদি ইফ-ফজনা করিসু হায়বা তৌদনা অদুম তুমিয়া লৈখি।' [ গীত ২৯,৩০, বি ৪।৪০, ল ৯।৬৪, গীত ৮।১-১০, প ২১৬-১৯, কৃষ্ণকেলিমঞ্জরী, স্তবখণ্ডিতা ১-১২, প ২৬৩, বি ৪।২৯,৩৯,৪৬ ]।

৮৭। কলহান্তরিতা—সখীশিংগী মমাঙ্মক্তদা মখোঙ্ পায়দুনা হায়জরয়বা চায়ববু লংনদুনা হলহনপ্রগা মতুংদনা নীংঙমহোদবী অদুগুম্বী নায়িকা অদুবু 'কলহান্তরিতা' হায়না কৌই।

যথা—৫০। ব্রজঃ ক্ষিপ্তা দূরে স্বযমুপহৃতাঃ কেশিরিপুণা
প্রিয়া বাচস্তস্য শ্রুতিপরিসরান্তেঽপি ন কৃতাঃ।
নমন্নেষ ক্ষোণীবিলুঠিতশিখং প্রৈক্ষি ন ময়া
মনস্তেনেদং মে স্ফুটতি পুটপাকার্পিতমিব॥ (৮৮)

**অথ প্রোষিতভর্তৃকা**—

৩৯। দূরদেশং গতে কান্তে ভবেৎ প্রোষিতভর্তৃকা।
প্রিয়সঙ্কীর্তনং দৈন্যমস্যাস্তানবজাগরৌ।
মালিন্যমনবস্থানং জাড্যচিন্তাদযো মতাঃ॥ (৮৯)

যথা—৫১। বিলাসী স্বচ্ছন্দং বসতি মথুরায়াং মধুরিপু-
র্বসন্তঃ সন্তাপং প্রথয়তি সমন্তাদনুপদম্।

---

মাগী মতৌদি— চোইভাঙ্ ভাঙ্ই ( রা অমগা অমগা শয়দে ), মৈচাক ফংই, মশা চোকথৈ অমদি স্বরমপী হোল্লি।

৮৮। মীনম-শোরি-শাজংতা মপা নৈতবা অদুগুম্বা কৃষ্ণনা মনাক্তা লাক্লগা মখোঙ্মক শোক্লরবা ফাওবদা অথীবা রাহৈনা থীনা থীনা ভাঙ্দুনা শ্রীরাধানা লৎনরবদগী কৃষ্ণনা অতোপ্পা মফম অমদা চথোকপ্লবদা মানা মবূংভোদা চৎখিবা লমচৎ মতা অদুমু নীংশিংলুবদগী নীংগুমজরক্ত বী বাধানা তেংথারকখি—

'হে সখি পূম্নমক। কেশি-গুম্বা ইবূংঙোনা মশানা পীবিবম্বা খুদোন-লৈরাং-পরেংমকপু ঐনা থাপ্লা লংথোকপ্রে, মানা ভাঙ্লম্বা নুংশিরবা রাঙাঙ্ অমত্তবুসু ঐগী ইনাকোঙ্ অসিদা হাপলুদরে মকোক্লা ইখোঙ্মক শোক্লগা তুদুনা লৈখিবা মতম অদু ফাওদসু ঐগী মিংচিনা রেংখিররে— , ওস্তোকপনি। অদুগুম্বী ইশাগী ইভৌশিং অদুনা ঐবু হুক্তীক মথুম চেৎনা খুম্বা লৈপাক্কী পাত্র মনুংদা ইকৃপা খাতুগুম খাঙঙ্গরবা মৈশা ফাওহল্লরে। [ বি ৫।৬, ১২, গীত ৩১ গীত ৯।১-১০, অম ৮০,৫৯,৩৬,৫ , অ ৫।১৪ ; কৃষ্ণকেলি ]।

৮৯। প্রোষিত-ভর্তৃকা— অরাপ্পা লংফৈদা চৎপ্লবা নায়ককী নায়িকা অদুবু 'প্রোষিত-ভর্তৃকা' হায়না কৌই। মতৌদি— চান্নবগী মগুণ শকচ-শোনজবা, মশাবু তোম্বনা থনবা, মরাঙ্-কংথবা, তুম্বা য়াদবা, মকশিনবা-ফকচিনবা ( তুকক তুকাই চনবা ), করিগুম্বা অমত্তদসু হৈনীংবা পোক্তবা, তম্বা (হামচৎনবা) অমসুং লোইবা নাইদনা খন্দুনতা লৈবা।

ত্বয়াশেয়ং বৈরিণ্যহহ মদভীষ্টোত্তমবিধৌ
বিধত্তে প্রত্যুহং কিমিহ ভবিতা হন্ত শরণম্ ? (৯০)

অথ স্বাধীনভর্ত্তৃকা—

৪০। স্বায়ত্তাসন্নদয়িতা ভবেৎ স্বাধীনভর্ত্তৃকা।
সলিলারণ্যবিক্রীড়া-কুসুমাবচয়াদিকৃৎ ॥ (৯১)

যথা—৫২। মুদা কুর্ব্বন্ পত্রাঙ্কুরমনুপমং পীনকুচয়োঃ
শ্রুতিদ্বন্দ্বে গন্ধাহৃতমধুপমিন্দীবরযুগম্।
সখেলং ধম্মিল্লোপরি চ কমলং কোমলমসৌ,
নিরাবাধাং রাধাং রময়তি চিরং কেশিদমনঃ ॥ (৯২)

---

৯০। শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লেঙ্‌খ্রবদা লোইনাইরবা কায়না মৈরিনা চাবথেক্লবী শ্রীরাধাগী অবাবা রাখন্দগী থোক্লকপা রাহৈশিং—

"অকে-অমৌগী থবক্তা হৈনরবা অ২গুম্বা মধু হি'চাবগী য়েক্লবনা মথুরাদা মনীং তৌনা লৈথোকপিগ্রে, অ২গা ঐগীদমক্তি বসন্ত অসিমক্তসু থোঙ্‌থাং খুদীংগী অসুম মৈচাক হাপকৎনবতা ওইনরি। ওন্থোকপনি। ঐনা হুজীকমক অসিদা কোক হেক শিদোকগ্রগে অসুম্না ফনা খল্লুদুনসু মাগী রাখন্তবু হেক খন্থরুবদগীদি (লাকখিবসু য়াই খল্লকপনা) ম২মক হেক ওইথোকহনবসু গুমজদ্রে ।। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা ঐনা চঙ্‌জরুগদবসি কনাগী মকাদনো নম্রগা কনানা ঐবু ঙাকপি-কনবীরগনি ? [ গীতা ৩২,৯ , ভ ৪।২৪ ২৫, গীত ৮,৬,৪।১৯-২১, উদ্ধ ৭৭, ৮৯ , হ ৯৮-১১২, ল ৬।২১,৬।১.৮,৯,১৩ , প ৩১৯-৩২১,৩২৩,৩৩৫ , অ ৫।১৬ ] ।

৯১। স্বাধীন ভর্ত্তৃকা— নায়কনা নায়িকাগী মখা পোন্না (ফৌরোয় ইন্দুনা) মতম পুম্নমক্তা অসু, মাগী মনাক্তা লৈশিন্দুবা লৈরবদি অ২গুবী নায়িকা অদুবু 'স্বাধীন-ভর্ত্তৃকা' হ'য়না কৌই।

মাগী মতৌদি— জলকেলি, বনবিহার অমসুং লৈ থিবনচিংবা।

৯২। অরোনবা লীলা শায়বগী মপান্না নারাংলবী, ফিজেৎ-লৈতেং কোমথ-হীকথরবী শ্রীমতী রাধাবু কৃষ্ণনা শেমজিন-শাজিনবীরিবদুবু উরগা হরাউজরবী বৃন্দানা পৌর্ণমাসীদা হায়রকই—'কেশি-হিংচাবা হাৎপা শ্রীকৃষ্ণনা তুমখৎলবী রাধাগী থাবোম ঙানফম অনিমক্তা য়ায়মক হৈনীংনা, হরাউনা, তম্বা থোক্ত বা

যথা বা শ্রীগীতগোবিন্দে—(১২ | ২৫)

৫৩। রচয় কুচয়োঃ পত্রং চিত্রং কুরুষ্ব কপোলয়ো-
র্ঘটয় জঘনে কাঞ্চীমঞ্চ স্রজা কবরীভরম্।
কলয় বলয়শ্রেণীং পাণৌ পদে কুরু নূপুরা-
বিতি নিগদিতঃ প্রীতঃ পীতাম্বরোঽপি তথাকরোৎ॥ (৯৩)

৪১। চেদিয়ং প্রেয়সা হাতুং ক্ষণমপ্যতিদুঃশকা।
পরমপ্রেমবশ্যত্বান্মাধবীতি তদোচ্যতে॥ (৯৪)

৪২। হৃষ্টাঃ স্বাধীনপতিকা-বাসসজ্জাভিসারিকাঃ।
মণ্ডিতাশ্চ পরাঃ পঞ্চ খিন্না মণ্ডনবর্জিতাঃ।
বামগণ্ডাশ্রিতকরাশ্চিন্তাসন্তপ্তমানসাঃ॥ (৯৫)

---

উনা ময়েক য়েক্ত্না লৈতেংবীরি ; নাপ অনিমক্তনা অশংবা থম্বাল অনীথক চিনশিনবীরি—(থরো অশংবা ? ) মত্নগী মনমদা খোইমুমখৈনা লাঙ্‌তক্লরি—অমসুং নীংথিবী শম্বুন মথক্তনা থোংলবা থম্বালনা শমজিরৈ ওইনা থেংচিল্লগা অপনবা কবিসু লৈতবমখৈ মতম য়াম্না কুইনা হরাউ-নুংঙাই-ইপান লাংলি।

৯৩। মথক্কী শৈরেংদা শ্রীরাধাগী য়াথংনা তৌবা নত্তনা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগী হকচাংদা লৈতেংনচিংবা তৌবীবগী মরম হায়বগা মথংগী শৈরেং অসিদনা শ্রীরাধাগী য়াথংনা মরম ওইদ্রনা ফিজেৎ-লৈতে' তৌবীবগী মতৌ অদু অমুক উংলি। ফিজেৎ-লৈতেং কোমথ-হীকথরবী শ্রীরাধাবু শ্রীকৃষ্ণনা শেম্মি-শাবিরিবা মতৌবু খঙ্‌দ্রনা কবিনা শৈরেংলি— 'হে থরায়গী মবুংঙো ! ঐগী ভানক্ষম (থাবোম ) অনিমক্তা হা-কিয়োং, উনা ময়েক অদুগা চায়রুং অনিমক্তনা নীংথিবা লৈয়েক ( চিত্রক ) য়েকপিয়ু, খাঙ্‌দনা মেখলানা লাকশিনবীয়ু, শম্বুন্দনা শমজিরৈ পরেংনা লৈতেংবীয়ু, খুজেং অনিমক্তনা খুজি, খোঙ্‌দনা নূপুর শিজিনবীয়ু'— শ্রীমতীনা অসুম্না হায়জরবদা থোইনা পেনবিরবা সনাফীগে থোনবা শ্রীহরিনা হরাউনা মত্নমক তৌবীরি। [ বি ৩।৪৫, ৭।৪৬ ; গীতা ৩৩,১১ ; প ২৫১ ; গীত ২৪, অ ৫।৯৭, কৃষ্ণ-কেলি ]।

৯৪। মাধবী— অসিগুম্বী স্বাধীন ভর্তৃকা নায়িকাবু মাগী অথোইবা প্রেমগী মখা পোল্লুনা শ্রীকৃষ্ণনা মিৎকৃপ অমগী মতম ফাওববু থাদোকঙমখিদ্রবদি নায়িকা অদুবু 'মাধবী' হায়না খঙ্‌নৈ। [ অ ৫।১২৫ ]।

৪৩। উত্তমা মধ্যমা চাত্র কনিষ্ঠা চেতি তাস্ত্রিধা।
ব্রজেন্দ্রনন্দনে প্রেমতারতম্যেন কীর্ত্তিতাঃ॥ (৯৬)

৪৪। ভাবঃ স্যাদুত্তমাদীনাং যস্যা যাবান্ প্রিয়ে হরৌ।
তস্যাপি তস্যাং তাবান্ স্যাদিতি সর্ব্বত্র যুজ্যতে॥ (৯৭)

তত্র **উত্তমা**, যথা—

৫৪। কর্ত্তুং শর্ম্ম ক্ষণিকমপি যে সাধ্যমুজ্ঝত্যশেষং,
চিত্তোৎসঙ্গে ন ভজতি মযা দত্তখেদাপ্যসূয়াম্।
শ্রুত্বা চান্তর্বিদলতি মৃষাপ্যার্ত্তিবার্ত্তালবং মে
রাধা মূর্দ্ধন্যখিলসুদৃশাং রাজতে সদ্গুণেন॥ (৯৮)

---

৯৫—৯৬। অসিগুম্বা স্বাধান-ভর্ত্তৃকা, বাসক সজ্জিকা অমদি অভিসারিকা ওইবী নায়িকাশিংদি মপূক হরাউদ্রে অমসুং লৈজবী থাগনা মাগী মাগী ফিজেৎ-লৈতেং তোনৈ। অগ্গা অতোপ্পী মখলগী হায়বদি— বিপ্রলব্ধা, খণ্ডিতা, উৎকণ্ঠিতা, কলহান্তরিতা অমসুং প্রোষিত ভর্ত্তৃকাগী নায়িকাশিংদি মথল্লায় নুংঙাইতনা, রানা লৈনৈ. মফিজেৎ লৈতেংনচিংবসু হন্থবা মওঙ্গীনি, ওয়গী চায়রুংদা মথুংনা শোরগা লোইনাইদনা রাখলনা ওত্তনা মথরায় ওংচ রুনা রানা লৈনৈ। অসিগুম্বা মখলগী নায়িকাশিং অসিদি মানা মানা শ্রীকৃষ্ণদা লৈনজবা প্রেম অদুগী অথোই অহেন নাইবা মতুংইন্না, উত্তমা ( অথোইবী , মধ্যমা ( য়াইনবা ) অমদি কনিষ্ঠা ( অভোম্বী ) অসুম্না অমূক মখল অহুম থোক্না লৈ হায়না লৌনৈ।

৯৭। মতাং অসিদা হংনফম যোক্লিবা অমদি— ফরে, প্রেম মখল অনি-মক্তবুদি উত্তমা মধ্যমানচিংবা মতৌ অদু লৈরসন্, অদুবু শ্রীকৃষ্ণদা লৈনবা গোপীশিংগী প্রেম খেন্নবা মতুংইন্না উত্তম মধ্যম নাইনা অমূক থায়দোক্লিবদি করিগীদমকনো? পাউথুমদি— উত্তমানচিংবী নায়িকাশিংনা মানা মানা শ্রীকৃষ্ণদা লৈনজবা ভাব অদুগী মতুংইন্না ( মচাং অমদি মখল ) শ্রীকৃষ্ণনসু মদুগী মচাং অমদি মতৌ অদুমক ওইনা মখোয়বু লোয়নবী। ("যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহং" হায়বা শ্রীমুখগী য়াথং অদু মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াই )।

৯৮। **উত্তমা**— বৃন্দাগী মচৌন্দগী নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা অয়াংপা করিসু লৈত্রবী শ্রীমতী রাধিকাগী মভিক মগুণ খিবীক্তী বারম ভারবদা হেন্না মথোই-কারবা শ্রীকৃষ্ণনা চাংদমনীংঙাই লৈত্রবী শ্রীরাধাগী মভিক মগুণবু শীংথাদুনা বৃন্দাদা

মধ্যমা, যথা—

৫৫। দুর্মানমেব মনসা বহু মানয়ন্তী
কিং জ্ঞাতকৃষ্ণহৃদয়ার্ত্তিরপি প্রযাসি ?
রঙ্গে তরঙ্গমখিলাঙ্গি ! বরাঙ্গনানাং,
নাসৌ প্রিয়ে সখি ! ভবত্যনুরাগমুদ্রা ॥ (৯৯)

---

অমুক হায়রকই,— 'মিৎকুপ অমত্তংগী ঐগী নুংঙাইনবগীদমক্তসু শ্রীরাধাদি পুম্নমকপু লায়না হেক্তমক থাদোকপানি, ঐনা মাগী নুংঙাইতনবা, মাবু ৱাহন্নবা ফনা তৌহ্নসু মাগী মপুক্তা খক ৱারৌবা লৈতবীনি অদুগা কনাগুম্বনা মচীন্দা (হায়শিন্নবা মীনম্বা ওইরবদসু) ঐগী তাথীবা মরীক অমত্তং তাবতদসু মাগী থম্মোই কায়নবা মশক ওইজবীনি ; শ্রীরাধানা তাইবঙ্‌পানবা অপুন্বগী নীংথিবী নুপী অপুন্বগী খায়দগী থোইদোকপা অমা ওইনা লৈরিবসি মরম অদুতননি।'

৯৯। মধ্যমা— রঙ্গা হায়না কৌবী কনাগুম্বী যুথেশ্বরী অমনা কুঞ্জদা মাগা শান্নমিন্নরিবা শ্রীকৃষ্ণগী চীন্দগী খঙ্‌হোদনা 'রাধে' হায়না কৌরকপা, মহোশাগী ওইবা চুদুনা লৈপ্রবা মতোদগী ওইবা, মীকৌ অমবু চীঙ্লাং-খল্লাং কোক হেক হায়দোরকপা তাবদগী কল্লক-খম্বন ৱাগন্না শাউত্থনা মবুংত্তোবু থাদোরম্লগা ময়ূমদা হনখিনবগী থোরাঙ্ তৌরকপা উবদা মাবু চৈহৎতুনা বৃন্দানা হায়রকই—"হে রঙ্গে ! (ৱাহন্নবতা ওইবা) অদুগুম্ব' ফত্রবা মান (অশাউবা) অদুতবু অথোইবা লাইনীং ওইনা খল্লিবদি করিগীদমকনো ? শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোইনুংগী অৱাবা মতোবুদি নঙ্‌না করিসু খঙ্‌দবরা ? অহ্গবু করিগীদমক চৎকদোরিবনো ? গুম্মোকপগা মতৌনি ! শাউমনবদগী নশা পুম্নমক অত্থ ফাওববু ঈথক ইপোম হৌবগুম হেক নীকহজরি। হে চান্নবী ! নঙ্‌গী নতৌশিং অদুদি প্রেমগী মতৌ অমত্তা নত্রে।"

মতাং অসিদা, মরাল খরদংতগীদমকসু হেক্তমক শাউবনা মাঙ্‌ওইনবী ওইবনা মরম ওইত্থনা (লায়না হেক্তমক শৌদোক্লবা ঘিগুন্সী হায়দুনা হায়বদি য়াগ্গা হেন্না লুনা তৌমনবদগী ওইরক্লিবা মতৌনি হায়বদগী শাস্ত্রনা মসিবু 'ঘৃতস্নেহা' হায়না কৌই) শ্রীকৃষ্ণগী ৱাখিগদবা মতৌ উবদসু মদুবু থৌশারুদবা ওম্বগী মপাংগল লৈবসু নত্তবদা থৌশাদনা চৎকে তৌরুবা মতৌ অত্থনা মাবু মন্নায় ওইবী (মধ্যমা) প্রেমগী মতৌনা তিনবীনি হায়দুনা 'মধ্যমা-নায়িকা' হায়না খঙনৈ।

কনিষ্ঠা, যথা—

৫৬। দনুজভিদভিসারপ্রস্তুতো বৃষ্টিমুগ্রাং
জনগমনবিরামাদুচ্চকৈঃ স্তৌষি তুষ্টা।
কথয় কথমিদানীং জৃম্ভিতে মেঘডিম্ভে,
কুতুকিনি! বত কুঞ্জে প্রস্থিতো মন্থরাসি ॥ (১০০)

৪৫ পূর্ব্বং যাঃ পঞ্চদশধা প্রোক্তাস্তাসাং শতং তথা।
বিংশতিশ্চাভিরত্র স্যাদবস্থাভিঃ কিলাষ্টভিঃ ॥ (১০১)

৪৬। পুনশ্চ ত্রিবিধৈরেভিঃ প্রভেদৈরুত্তমাদিভিঃ।
ত্রিশতী স্পষ্টমুক্তাত্র ষষ্ট্যা যুক্তা মনীষিভিঃ ॥ (১০২)

---

১০০। কনিষ্ঠা— মশাগী চান্নবী সখীমখৈনা চৈহৎপদগী শাউরম্বদগীদি নেমথগ্রবস্ শ্রীকৃষ্ণনা তৌরম্বা মরাল অদূবু নীংশিংলুবদা পৃক্লীংগী অরাবা মতৌদি খংথা হেক থাদোকঙমদ্রিবী অদুগুম্বা কনাগুম্বী 'ধীরমধ্যা' ওইবী ব্রজদেবী অমগী মকাদা মাবু থাদোকঙমদবদগী থেমজিন্নবা থারকপী বৃন্দা সখীনা কুঞ্জদা চৎননবা থোরাঙ্, তৌদ্রবী অদুগুম্বী নায়িকা অদুগী মতৌ অদুমক শীংথাদুনা মাবু চৈহৎলি— 'হে সখি! অতোপ্পা মতমদদি (কৃষ্ণগী মরাল উদ্রিবৈদদি) শ্রীকৃষ্ণ অভিসারগী থোরাঙ্দা মী লৎননবা (মী মপাল থোক্লদনবা) নোং কম্না চুহম্নীংদুনা হরাউ লাইনীংখিবী অদুগুম্বী নহাক অদুমক্কা হায়য়ু য়েংসি হে ঈরাংপূবী! অমংবা নোং মচেৎ অমত্তুং উবতদা হুজীক্কা অমূক করিগীদমক চৎনীংলক্তি্বনো?'

মতাং অসিদা মান লোইগ্রবা ফাওবদস্ শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা তৌবদা খোয়জঙ্-দবী মতৌনা মরম ওইদুনা কনিষ্ঠ-প্রেম (অতোনবা মখলগী প্রেম) ওইবনা মানা কনিষ্ঠা ওইবগী মতৌ অদূবু খঙ্হল্লি।

১০১—১০২। হান্ননা মথক্তা খায়দোকখিবা নায়িকাগী মখল ১৫ লি। মখোয় খুদীংমক্তী ওইনা 'অভিসারিকা' নচিংবী মখল ৮। ৮ অমূক থোকপনা পূম্না মশীং ১২০ ওবা য়াই। মখোয় অদুগী মরক্তস্ অমূক উত্তমা, মধ্যমা, অমদি কনিষ্ঠা (অথোইবী, ময়ায় ওইবী, হন্থবী) অমূম্না ৩। ৩ অমূক থোক্লগা নায়িকাগী মশীং পূম্না ৩৬০ থক ওই।

কিঞ্চ—

৪৭। যথা স্যুর্নায়কাবস্থ নিখিলা এব মাধবে।
তথৈতা নাযিকাবস্থা বাধায়াং প্রায়শো মতাঃ॥ (১০৩)

ইতি শ্রীশ্রীউজ্জ্বলনীলমণৌ নায়িকাভেদ-প্রকরণম্

---

১০৩। শ্রীকৃষ্ণদা অয়াম্বা নায়ককী মতৌনা তিন্দুনা লৈবগুম শ্রীরাধা মথন্তদা নায়িকা পৃয়মক্কী মতৌ শুনা তিল্লি। শ্লোকতা য়াওরিবা "প্রায়শঃ" ঢায়বা শব্দনা স্বকীয়া অমদি কন্যাগী মতৌ খেয়বা অমসুং পরোঢাগীসু কনিষ্ঠা-নচিংবগী খেয়বা কয়া লৈবা অসি শ্রীরাধাদদি য়ায়মক মতিক চানদবা ওইবনা মখোয় অদুদুদি থাদোক্লবনি খঙ্‌নগনি।

নায়িকাভেদ প্রকরণ মতাং অসিদা লোইবে।

# অথ শ্রীযূথেশ্বরীভেদ-প্রকরণম্

১। এতাসাং যূথমুখ্যানাং বিশেষো বর্ণিতোঽপ্যসৌ
সুহৃদাদৌ ব্যবহৃতি-ব্যক্তয়ে বর্ণ্যতে পুনঃ ॥ (১)

২। সৌভাগ্যাদেরিহাধিক্যাদধিকা সাম্যতঃ সমা।
লঘুত্বাল্লঘুরিত্যুক্তাস্ত্রিধা গোকুলসুভ্রুবঃ ॥ (২)

৩। প্রত্যেকং প্রখরা মধ্যা মৃদ্বী চেতি পুনস্ত্রিধা ॥ (৩)

৪। প্রগল্ভবাক্যা প্রখরা খ্যাতা দুর্লঙ্ঘ্যভাষিতা।
তদূনত্বে ভবেন্মৃদ্বী মধ্যা তৎসাম্যমাগতা ॥ (৪)

---

## যূথেশ্বরী-ভেদ

১। যূথেশ্বরীশিং অসিগী মরমদা (মখোয়গী মতৌ মওঙ্ খেন্নবা মতুং ইন্না থোইদোক হেন্দোক্লবগী মরমদা) শম্নপ্না চাউরাকপা মওঙ্ অমদি হায়গ্রে; মথংদা হুজীক্না মখোয়গী 'সুহৃদ' (মশাগী মী ওইবা) নচিংবগী খেন্নবা মওঙ্ থাইদোক্লুনা উংননবগী মরীদা (তটস্থ, বিপক্ষ অমদি স্বপক্ষনচিংবা খেন্নবা মতুংইন্না) শন্দোক্লা অমুক নৈনরি।

২—৪। গোপীশিংগী সৌভাগ্যনচিংবগী (সৌভাগ্য—লাইবক ফবা—মসিগী ওইরকপগী মশক ওইরিবা প্রেম, ফজবা-নীংথিবা অমদি প্রেম-রসকী ওইবা লীলানচিংবদা হৈব-শিংবনচিংবা মতৌনচিংবদগী ওইবা) থ্বায়দগী হেনবা মতৌ ওইবদগী 'অধিকা', মান্নবা গুণ চেনবদগী 'সমা' অমসুং হন্থবা মতৌ ওইবদগী 'লঘু'—অসুম্না মওঙ্ অহুম থোক্লা লৈবা খেন্নবশিংগী মরম হায়রকলি। অহুম অসিগীসু অমমমগী অমুক মখল ৩।৩ থোকলি মধুদি—১। প্রখরা, ২। মধ্যা অমসুং ৩। মৃদ্বী।

প্রখরা— ৱাঙাঙ্-ৱাতা ঙনবী (নাপন তৌবী, নাৱাংবী), মানা ঙাঙ্বদা কনানসু ককলুঙমদবী মহাক অদু 'প্রখরা'নি। অসিগুম্বা অয়াকপা নত্রগা ঙনবগী মতৌ অসিদগী হন্থবা ওইনা লৈবা মৃদ্বী অমদি মধ্যা অনি অসিবু অমুক ২।২ থোকহনবা য়াই মধুদি—১। অয়াকপা নত্রগা অমেঙ্বা মতৌ মান্নবদা হায়রবদি হন্থদবা নত্রগা হেনগত্তবদা অমসুং ২। অয়াকপা নত্রগা অমেঙ্বা মতৌদা অতোপ্পী সখীগা মান্নবা মওঙ্ ওইবদগী।

তত্র অধিকাত্রিকম্—

৫। আত্যন্তিকী তথৈবাপেক্ষিকী চেত্যধিকা দ্বিধা ॥ (৫)

৬। সর্ব্বথৈবাসমোর্দ্ধা যা সা স্যাদাত্যন্তিকাধিকা।
সা রাধা স তু মধ্যেব যন্নান্যা সদৃশী ব্রজে ॥ (৬)

অত্র আত্যন্তিকাধিকা—

যথা—১। তাবস্তন্দ্রা বদতি চটুলং ফুল্লতামেতি পালী,
শালীনত্বং ত্যজতি বিমলা শ্যামলাহঙ্করোতি ;
স্বৈরং চন্দ্রাবলিরপি চলভ্রূান্নমযোত্তমাঙ্গং,
যাবৎ কর্ণে ন হি নিবিশতে হন্ত রাধেতি মন্ত্রঃ ॥ (৭)

অথ আপেক্ষিকাধিকা—

৭। মধ্যে যূথাধিনাথানামপেক্ষ্যৈকতমামিহ।
যা স্যাদন্যতমা শ্রেষ্ঠা সা প্রোক্তাপেক্ষিকাধিকা ॥ (৮)

---

৫। **অধিকাত্রিক**—অধিকা যূথেশ্বরী মখল অনিনি মঙ্দি—**আত্যন্তিকী** অমসুং **আপেক্ষিকী**।

৬। **আত্যন্তিকা অধিকা**—হিরম পুম্নমক্তা মাগা মান্নবী নত্রগা হেনগৎপী কনাগুম্বী অমত্তা য়াওদবী, মানা মহেল্লবী অদুবু 'আত্যন্তিকী অধিকা' হ'য়না কৌই। শ্রীরাধাতনা হায়বিবী আত্যন্তিকাধিকা অসি ওইবী যূথেশ্বরীনি। অদুগা মুপ্পা অমদি প্রখরানচিংবগী মখল খায়রকপদনা মহাক অসি 'মধ্যা' ওইবীনি। ব্রজদা মাগা মান্নবী অতৈ কনাসু অমত্তা লৈতে।

৭। নোংমা পুল্লপ তিম্নরখিবী সখীগী সমাজদা অসুম অসুম ঙাঙ্নরকপদা পদ্মাগী কাঙ্বুনা মরাইবক ফখিগদবগুম্বগী করেম কথাইনবগুম্বা পাউনিংখোল অমা তাবদগী (সোল্লুণ্ঠ—দুর্বাদঃ স্যাদুপালম্ভস্তত্র যঃ স্তুতিপূর্বকঃ। সোল্লুণ্ঠনং সনিন্দস্তু যস্তত্র পরিভাষণম্—জটাধরঃ) খোয়দৌ শাউগৎলবী ললিতাবু উবদা বৃন্দানা মঙোন্দা 'প্রৌঢ়ি-বাক্য'না (কাব্যগুণ মখল অমনা) হায়রকই— 'হে সখী পুম্নমক! 'রাধা' হায়বা মমেক অনি অসিনবু নাকোঙ্-চক্রদা চঙ্দ্রি-মথেদি—ভদ্রানা ঈথক-ঈরাংগী বাঙাঙ্ ঙাঙ্খিগনি, পালীসু মথোই কাজখিগনি, বিমলাসু মঙক হাইগৎখিগনি, শ্যামলাসু নাপন তৌখিগনি, অমুক করিবু হায়রু-গনি—চন্দ্রাবলীমকসু মমায় হাইগৎনা চৎচখিগনি।

**অথ অধিকপ্রখরা, যথা—**

২। পশ্য ক্ষৌণিধবাত্মজৈপেতি পুরতঃ কৃষ্ণো ভুজঙ্গাগ্রণী,-
তূর্ণং ভীরুভিবালিভিঃ সমমিতস্ত্বং যাহি মন্ত্রোজ্‌ঝিতে।
আচার্যাহমটামি ভোগিরমণীবৃন্দস্য বৃন্দাটবীং,
কিং নঃ কামিনি! কার্ম্মণেন বশতাং নীতঃ করিষ্যত্যসৌ? (৯)

---

৮। **আপেক্ষিকাধিকা**—যুথেশ্বরীশিং অসিগী মরক্তা অহেনবী অমদগী অহেনবী অমনা, হেন্না ফগৎপা গুণ চেল্লবদি মহাক অদুবু 'আপেক্ষিকী অধিকা' হায়না কৌই।

৯। মদুগী মরক্তা 'অধিক-প্রখরা'গী মতৌদি—মতম অমদা, মুদ্ধী-যুথেশ্বরী অমগা প্রখরা যুথেশ্বরীগা অনিমক্তা য়াম্না চান্ন চিন্নবা বৃন্দা-উমংদা লৈ তেকপা শানা পুন্না লাকমিন্নখি, মফম অদুদা শ্রীকৃষ্ণবু মনাঙ মক্তদা উরবদগী কিবনা পাখৎলবী মুদ্ধী সখীদা প্রখরা যুথেশ্বরীনা হায়বকই—"চাংথক্তগী হাইরকপা অমুবা লিনজাউ অমখক্তা মাঙ্‌দা চৎশিল্লক্লিবসে য়েংউ. নঙ্‌দি বশীকরণ মন্ত্র (লাকশিন্নবা লাইরা) অমত্তসু হৈজদে, মরম অ না কিগনবী অতৈ সখীশিং অসিগা চেনমিন্নজহৌরো।" নঙ সু য়ুমদা হল্লসি চৎসিদনা, অসিদা অসুম লৈদুনা করিগীদমক মসিদগী ফত্তবা যোকহনগদৌবিবনো?— অসুম্না নঙ্‌না হায়বা থোক্লবদা ঐনা খুমগদবা পাউখুমদি—'লিল অমোন অপুম্বগী গুরু ওইনা ঐদি বৃন্দাবন অসিদা ইনীং তৌনা চৎপানি— বশীকবণগী হীদাক থাদুনা থাম'ই-শিল্লগবু মাগুম্বনা ঐখোয়দা করি তৌজবব। ঙমগনি?" অমরোমদা হায়বগনা, হে মথোন কাজবী ইতা। য়েংউ অসে, কামগা ঈরাংদা হালেংবা লৈত্রবা কৃষ্ণ হায়বসে মাঙ্‌দমক লেপ্লরে। নঙ্‌দি মাবু খুদুম চনশিন্নবা পান্বে করিসু খঙ্‌জদে, মরম অদুনা সখীশিংবু পুদুনা য়ুমদা হনখবে। মসিদা, 'নঙ্‌সু য়ুমদা হল্লসি, অসুম লৈথোক্তুনা শাঙ্গৎ খোয়রবা মী অসিগী মখুত্তা তারগা অরেম্বদা ফত্তবা থোকপনা ফবা করি লৈ' অসুম্না নঙ্‌না হায়বক্তদবগী পাউখুমদি—লৈপুন-লীলা-পামজবী-নুপীশিংবু-তাকপি-তম্বীবা গুরী অদুগুম্বী ঐনি, বৃন্দাবন অসিদা ইনীং তৌনা কোয়না চত্তুনতা লৈরিবীনি, মাবু ঐনা ইশাগী ইপাংগলনা অমদি ইরাহৈ ইতৌ পুম্নমক্তা খুদুম চনশিল্লবদা মাগুম্বনা ঐখোয়দা করি তৌজরবা ঙমগনি?'

**অথ অধিকমধ্যা—**

৩। আলীভির্মে ত্বমসি বিদিতা পূর্ণিমায়াঃ প্রদোষে,
রোষেণাসৌ প্রথয়সি কথং পাটবেনাবহিত্থাম্ ?
ধৃত্বা ধূর্ত্তে! সহপবিজনাং মদ্‌গৃহে ত্বাং নিরুন্ধ্যাং,
বর্ত্মপ্রেক্ষী গুণয়তু স তে জাগরং কুঞ্জরাজঃ॥ (১০)

**অথ অধিকমৃদ্বী—**

৪। ন্যঞ্চন্মূর্দ্ধা সহ পরিজনৈর্দূরতো মা প্রযাসী,-
র্মামালোক্য প্রিয়সখি! যতঃ প্রেমপাত্রী মমাসি।

---

১০। **অধিকমধ্যা—** শ্রীকৃষ্ণনা সঙ্কেততা লেঙ্‌খিবগী পাউ দূতীগী মচীন্দগী তারবী কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমনা লমখাঙ্‌দা মানা শেত্তোক চাথোরক্লিবা ফিজেৎ-লৈতেংনচিংবা পূম্নমক অ২না ২তম অ২দা ওইরিবী মাগী মপূক্লীং মতা অদু করিনো হায়রবদু মপান্দা ইফোং ফোংনা খঙ্‌নরম্লগনি—হায়রবসি মশানা অদুম্মক খঙ্‌জরদুনা ইকাইবনা অঃদি থৈয়ায় থৈয়ায়ননা ভাঙ্‌থোক শক্তোরকপা মতৌ উবদা 'অধিক-মধ্যা' ওইবী কনাগুম্বী সখী অমনা হায়রকই—'হে নতাং চাউবী! সখীশিংগা লোয়ননা নঙ্‌বু ঐনা নণক শেংনা খঙ্‌লে। পূর্ণিমাগী য়াচঙ্‌বা মতম অসিদা নঙ্‌গী ফীঙৌ-ফীজোন, লৈ পরেং অমদি চন্দননচিংবগা লৈতেংশিং অদুতনা নপূক অ২ হোত্রোঙ্‌ উরে, অ২মক্তদা অশেংবা নতৌবু লোংপা শাবিবদি করিগীনো? অদুগা 'ফরে, মদু ওইরগনা নঙোন্দা কৈদৌবগে' অসুম্না নঙ্‌না হায়রকপা থোকপগী পাউখুমদি— নঙ্‌গী সখীশিং অসিগা পূম্না ঐগী য়ুমদা নঙ্‌বু ফাজিন্দুনা থমগনি, মতম অদুদা কুঞ্জ-নিংথৌ অদু নঙ্‌গী লম্বী য়েংবতদা মরাইনা অদুম মিংশেঙ্‌ খাঙ্‌দুনা লৈজগনি।' মতাং অসিদা লমখাঙ্‌দা, সখী-মথৈগা লোয়ননা য়ুথেশ্বরী অসিবু অ২ম্ন। থিংদুনা থমখিবা থোক্লবদি শ্রীকৃষ্ণদা পাউ পীবিকনবা কনাসু লৈররোই অদুনা মহাক অ২ম্মক মিংশেঙ্‌ খাঙ্‌বা তাবনি। অসুম্না নঙ্‌বু থিংদুনা (ফাজিন্দুনা) থম্লবদি মাগী কুঞ্জনিংথৌ ওইবা মতৌ অদুসু তোক্লগদবনি— মসিনা নোক্ল-রাহৈনি। 'থিংদুনা থমগনি' হায়না কিহনবা রাহৈ অসিমক মাগী 'মধ্যা'ওইবী মতৌনি।

১১। **অধিক মৃদ্বী—** শ্রীকৃষ্ণগা শান্নমিন্নরুবদগী সখীশিংগা হনমিন্নরক্লবী কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমনা মাবু উবদগী ইকাইজবমক্তনা থাপ্না কোইথোক্লনা

মালা মৌণ্যৌ তব পবিচিতা মৎকলাকৌশলাঢ্যা,
দ্যূতে জিত্বা দনুজদমনং যা ত্বযা স্বীকৃতাস্তি ॥ (১১)

**অথ সমাত্রিকম্—**

৮। সাম্যং ভবেদধিকযোস্তথা লঘুযুগস্য চ ॥ (১২)

**তত্র সমপ্রখরা—**

৫। ন ভবতি তব পার্শ্বে চেৎ সখী কাপি মাভূৎ,
পবিহর হৃদি কম্পং কিং হবিষ্যে বিধাতা ?
অহমতিচতুবাভির্বেষ্টিতালীঘটাভিঃ,
প্রিযসখি ! পুবতস্তে দুস্তবা বাহুদাস্মি ॥ (১৩)

---

হংগোইনা কিনা চংলিবা মতৌ অদূবু উবদা কনাগুম্বী **'অধিক মৃদ্বী'** ওইবী অমনা য়াম্না মিনুংশি চাউবা উত্তনা হায়বিরকই—'হে চান্নবী ! ঐবু উবদা নরোম্ন-ননাউশিংগ' লোম্ননা অদুম্না কোইথোক্লা চংপা তৌগনু, নঙ্বু ঐনা য়াম্না নুংশিবীরিবনি। চৌবর শান্নবদা থোইজবদগী নঙ না ফংজখিবা হুজীক নকোক্তা য়েংচবিবা শ্রীকৃষ্ণগী নির্মাল্য-মালা অদো ঐগী ইখুৎনা লেংখিবনি। (লীলা শান্নবদা হৈশিংবা মতৌদা পেনবিহ্না শ্রীকৃষ্ণনা ঙক্লা শিরবা লৈ-পরেংবু নাম্নিকা অদুদা পীবিরকখিবা অদুবু "চৌবর শান্নবদা থোইবদগী ফংজ-রকলিবনি" অসুম্না হেক্তমক হায়জিনবা মতৌ অসিনা লাক্লিবী নাম্নিকা অদুবু ঙাঙ্লিবী অসিনা কল্লক-খবন লোম্ননবা, লুনদি তৌবা অদুগুম্বা মশকনি। মাগী মতৌ ফনমক মেঙ্‌হুনসু অমদি নুংশিবীহুনসু নুংশি-নুংওন হান্নবশিগীদি শাথেক খোম্নবতনা মাগী হৌনবী ওইবনা মাবু কল্লক মিহৌবা মতৌ উৎপনি)।

১২—১৩। **সমাত্রিক—** আত্যান্তিকী অমদি আপেক্ষিকী হান্নবী অধিকা অনি অমসুং লঘু মখল অনিমক মহে মহে চপমান্নৈ (সাম্য ওই)। মদুগী মনুংদা **'সমপ্রখরা'**— হেন্না চান্নবী মৃদ্বা অমগা প্রখরা অমগা পুন্না লৈ থিবা অমদি লাইগী পূজা কৎলুনবা ওইনা বৃন্দা উমংদা চঙ্‌শিনমিন্নরকখি। লাইগী লোংদমনা মকম অদুদা শ্রীকৃষ্ণবু লাকপা উরবদা লোম্ননবী সখী অমত্তসু মনাক্তা উত্রবী মৃদ্বী অদুনা কিজমনখিবনা মথবান্ন শিশক পীকশিনগ্রবদা **সমপ্রখরানা মাবু থেমজিনবীরকই— 'হে চান্নবী ! ননাক্তা সখী অমত্তা লৈত্রে হান্নহুনা নঙ্গী কন্নি অমাঙ্বা লৈগনি ? থম্মোই তনিকনু, হন্নিনা নঙোন্দা কৈদোজরগনি ?**

অথ সমমধ্যা—

৬। লোলে ! ন স্পৃশ মাং তবালিকতটে ধাতুর্যদালক্ষ্যতে,
ত্বং স্পৃশ্যাসি কথং ভুজঙ্গরমণী দূরাদতস্ত্যজ্যসে।
ধিগ্ বামং বদসি ত্বমেব কুহকপ্রেষ্ঠাসি ভোগাঙ্কিতে,
যেনাস্য চ্যুতকঞ্চুকাঃ শুষিরতঃ সখ্যাঽপি সর্পন্তি তে॥ (১৪)

অথ সমমৃদ্বী—

৭। প্রত্যাখ্যাতু সুহৃজ্জনঃ কথময়ং তারাভিধস্তে গিরং,
প্রাণাস্ত্বং হি মমোচ্চকৈরসি শপে ধর্ম্মায় লীলাবতি !

---

হৈথোই শিংথোইবী ঐগী সখী মখেগা লোয়ননা ঐনা 'বাহুদা' হায়না কৌবী ত্বরেনশুম নমাঙ্‌দা থত্ত্বনা লেপকনি, কনাগী মতিক্কা ঐবু লাম্বোক্ত্বনা নঙ্‌বু শোক্লবা ঙমগনি ? (বাহুদা—পাম্বোম পীবী=খুৎ-তিংথোকপী=পাম্বে ওইনা খুৎ-তিংথোকপী)।

১৪। সমমধ্যা— শ্রীকৃষ্ণগা নো'মা অচীকপা লীলা শান্নমিন্নবা লোইহনা ময়ূম মায়কৈ পাংলক্লবী, লৈপুন-খূদমনা মশাগী লৈতেং ওইনরকপী কনাগুম্বী যূথেশ্বরী অমগা, মামক্কা মতো মান্নবী অমগা লমথাঙ্‌দা অরোল-অথূপ-য়াবী শান্নরি— অমনা হায়রকই— 'হে থকচানবী। হু, নয়াইপক্কা লৈঙাঙ্ পকই, নঙ্ ঐবু শোক্লজনু।' অমত্না অমুক হায়রকই— 'নঙ্‌দি শেংলেদা ( শোক্লবা য়ারেদা ? ) নঙ্‌দি লিন অমোমমক্তি [ লিন অমোম—লিনগী নুপী হায়বদি বিট-নায়ককী চান্নবী, বিটনায়ক— ফিজেৎ-লৈতেং অমদি সেৰাদা হৈশিংবা, লোনম চাউবা, য়াঙাঙ্ হৈবা, নুপীবু খুত্নম চনশিন্নবা হীদাক-লাংথক থাবা হৈবা— মহাক অদুবু 'বিট' হায়না কৌই ] , অত্না শোক্লজবা কিত্না থাপ্পা চৎচরিব-সিনি।' অহানবগীত্না অমুক হায়রকই— 'এ মায়থাবী। ওনথক্ত্বনা ঙাঙ্‌বা হৈবী। নঙ্‌দি 'কুহক'গী নুপী ওইরুরবীনি ( কুহক—লিন, অমরোমদনা লোনখ্বা কৃষ্ণ ), নশা অত্না ভোগ-গী খুদম-মক্তা পীকথন্না উরি ( ভোগ—লিনগী মভোক, অমরোমদনা লৈপুন )। য়েংউ গোবর্দ্ধনগী লোক্ল্‌ং-লৈখুন্দগী মকু হত্না থোরকপী নঙ্‌গী সখীমখেসু লিন অমোমগুম লাক্লয়ে অসে ( হায়বদি বেন্ন মখোল ভাবদা মথবাক্কী থাখুমফি মখে নাম্বনগ্রবী নঙ্‌গী সখীমখেনা মচি খুদীং খুংনা চৎনরি )।

বিন্তু তামহমর্থয়ে পবমিদং কল্যাণি! তং বল্লভং,
স্বীয়ং শাধি যথা স গৌরি! সরলে কুর্য্যাজ্জনে ন চ্ছলম্ ॥ (১৫)

যথা বা—৮। প্রহিত্য কঠিনে! নিজং পরিজনং মদার্য্যা ত্বষা,
নিকামমুপজপ্যতাং কিমু বিভীষিকাড়ম্বরৈঃ ?
ব্রজামি রবিজাতটং গুরুগিবা মৃষাশঙ্কিনি,
প্রদোষসময়ে সমং সবযসা শিবাং সেবিতুম্ ॥ (১৬)

**অথ লঘুত্রিকম্—**

৯। লঘুরাপেক্ষিকী চাত্যন্তিকী চেতি দ্বিধোদিতা ॥ (১৭)

---

১৫। **সমমৃদ্বী**— তারা কোবী যূথেশ্বরী অমনা শ্রীকৃষ্ণগী মতাংতা শাউহ্না নোংমা ওইনগ্রবদা নীতি পূম্নক শুনা হৈবা শ্রীকৃষ্ণনা মাবু শাউবা ফহন্নবগী-দমক অতোপ্পা পাম্বে অমা থিরুবা তৌদনা তারাগা লুনা তিন্নজবী লীলাবতী কোবী সখাবু মাগী মনাক্তা থাজিল্লকখি। লীলাবতীনা হান্নজ-চৎচ-য়াম্না তৌহ্না শাউবা নেমথহল্লবী তাবানা হান্নরকই—"হে য়াইফথোইবী, লীলাবতী সখি! ধর্ম্ম য়েংহ্না ঐনা বাশক্লিবসিনি, নঙ্দি ঐগী ইথরান্নমক্তি, তারা কোবী, নঙ্গী নতা ঐনা মাবু কমদোনা লংনরুগনি? অহ্ম অহ্ম ওইনমক, হে কুচ্ পানবী। নঙ্গী নফমদা ঐনা হান্নজগদবা অমত্তংদি, নঙ্গী নবূংচো অহ্নদা নঙ্না অসিদংদি হান্নবিয়্ন মগ্নদি, ইতিং তিংজবী ঐবু মতুংদা মহাক্না অমুক হন্নদি নমথাক তৌবীগনু হান্ননা।"

১৬। **হুজ্জীক, মথংদা অমুক হাইফেংনা মধ্যাগী মতৌ ওইবী অত্তুগুম্বী 'সমমৃদ্বীগী' খূদম অমা পীরি। কনাগুম্বী** সমমৃদ্বী অমনা **শ্রীকৃষ্ণগা মিলন** তৌজনবা **সঙ্কেতকুঞ্জ** তমনা অভিসার তৌহ্না **লাকচবদা লমথাঙ্দা** অতোপ্পা নায়িকা অমনা মাগী **ফিজ্জেৎ-লৈতেং** মতাহ্ উবদা **অভিসার চংলিবনি হান্নবা** খঙ্হ্না নোক্তুনা করেম্নরকপা তাবদা মানা **খুম্নকই—"হে থম্মোই কনবী! নরোয় ননাউশিংবু থাহ্না করিগীদমক্তা নঙ্না ঐগী ইনেম-বোক অহ্নগী মপুক্লীং ফংহন্দনবা শীল্লিবনো? করি নত্তবদা চিংনগনবী। য়াচঙ্বা মতম অসিদা ঐদি গুরুজনগী য়াথংনা ইমান্নবীশিংগা দেবী খূরুম্বা চংলিবনি।" ( পদ্য অসিগী অরোইবদা নায়িকাগী মৃদ্বী ওইবা মতৌ হান্নবদি থোৎচ-নৌজবা মতৌ অহ্ ফোংদোকলি )।**

তত্র আপেক্ষিকী লঘুঃ—

১০। মধ্যে যূথাধিনাথানামাপেক্ষ্যৈকতমামিহ।
যা স্যাদন্যতমা ন্যূনা সা প্রোক্তাপেক্ষিকী লঘুঃ॥ (১৮)

তত্র লঘুপ্রখরা—

৯। ত্বং মিথ্যাগুণকীর্ত্তনেন চটুলে! বৃন্দাটবীতস্করে
গাঢ়ং দেবি! নিবধ্য মাং কিমধুনা তুষ্টা তটস্থায়সে?
হৃত্বা ধৈর্যাধনানি হন্ত রভসাদাচ্ছিদ্য হ্রীবৈভবং
যেনায়ং সখি! বঞ্চিতোঽপি বহুধা দুঃখী জনো বঞ্চ্যতে॥ (১৯)

---

১৭—১৮। লঘুত্রিক—লঘু মখল অনিনি মঙদি, আপেক্ষিকী লঘু অমসুং আত্যন্তিকী লঘু।

আপেক্ষিকী লঘু—যূথেশ্বরীশিংগী মরক্তা চাংদম্নবদা অহেনবী অমনা অহেনবা অমদগী হন্নুনা লৌবদি হন্নুবী অদুবু 'আপেক্ষিকী লঘু' হায়না খঙনৈ। (অবস্থা লেম্নবা মতুংইন্না মসিগীসু মখল অহুম থোকলি মঙদি— লঘু প্রখরা, লঘু-মধ্য অমসুং লঘুমৃদ্বী। শ্রীরাধাদগীদি ললিতানচিংবী সখীশিংনা আপেক্ষিকী লঘুনি— গৌঃ বৈঃ অঃ ১০৬)।

১৯। শ্রীকৃষ্ণগা সঙ্গ তৌজবা ফংলবী কনাগুম্বী যূথেশ্বরী অমনা মাগী কাঙবু ওইবী অতোপ্পা যূথেশ্বরী অমগী মফমদা চাংদমনীংঙাই লৈত্রবা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-গুণনচিংবা তমহনা মাবুসু শ্রীকৃষ্ণদা আসক্তি লৈহনখি (অপাম্না পোকহনখি)। অদুগুম্বী মহাক অদুবু নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা বিপ্রলব্ধাগী মতোদা রাহল্লবদা মাবু কৃষ্ণদা অনুরাগ পোকহনখিবী মশাগী মমাম্নবী চান্নজবী যূথেশ্বরী অদুদা থীনা হায়রকই—'হৈথোই-শিংথোইবী! কৃষ্ণগী, ওইদ্রবা গুণ খরা তাৎ তৌদুনা ঐঙোন্দা নঙনা হায়জিন্দুনা বৃন্দাবনগী হুরানবা ডাকু অদুদা ঐ অসিবু হকচিন্না পান্না পোকহল্লমগা নহাক্না হৃজীক্তি করি তৌদবী, করি খঙদবী শাদুনা তুমিন লৈথোকলি!! ওম্মোকপনি! ঐগী লৈজরম্বা খাঙহৈবা ইরল অমদি ঈকাই-চংগোই-ললগৈ পুন্নমক হুরানবা অদুনা নমথাক তৌরগা নম হাদুনা লোইনা হুরানথোকপিখরে; অদুমক্তদা হৃজীক করিসু লৈজদ্রবা অসি ফাওবদসু হন্না চন্না নমথাক্কী মথংদা নমথাক কন্না অমা অমুক তৌবীরি।'

অথ লঘুমধ্যা—

১০। গোষ্ঠাধীশসুতস্য সা নব-নব-প্রেষ্ঠস্য যাবদ্দৃশোঃ
পন্থানং বৃষভানুজা সখি! বশীকারৌষধিজ্ঞা যযৌ।
তাবত্ত্বয্যপি রূক্ষমস্য বলবদ্দাক্ষিণ্যমেবেক্ষ্যতে
কা চন্দ্রাবলি! দেবি! দুর্ভগতয়া দূনাত্মনাং নঃ কথা? (২০)

অথ লঘুমৃদ্বী—

১১। অপসরণমিতো নঃ সাম্প্রতং সাম্প্রতং স্যাদ্-
যদপি হরিচকোরং চিত্রমালোচয়ামঃ।
কলয়ত সহচর্য্যঃ! পর্য্যটদ্গৌরদীপ্তি-
স্তটভুবি নবশোভাং সৌতি চন্দ্রাবলীয়ম্॥ (২১)

---

২০। **লঘুমধ্যা**— নোংমা চন্দ্রাবলীনা মাগী সুহৃৎপক্ষ-যূথেশ্বরী অমগী মফমদা য়াম্না নুংশিনা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা ওইরিবা মাগী প্রেম-সৌভাগ্য ( প্রেমগী মরমদা ওইবা লাইবক ফবগী মতৌ ) নচিংবগী য়াইফ-মপাউ হংলক্লবদা মনুংশা ফুয়না হোন্দুনা যূথেশ্বরী অদুনা চন্দ্রাবলীদা আক্ষেপ তৌদুনা ( ঙাদুনা ) কৈমুতিক-কৌবা ন্যায়না মরম ওইদুনা ( অকবা হীরমবু লায়না খঙ্নবা ওইবা হায়বদি, অশোনবনা পূবা ঙম্বা কোকথোংদি অকনবনসু অদুম্মক ঙম্ফম থোকপা, লূপা লাখ অমগী মপূ ওইবা মীগী মফমদা লূপা লীশিং অমদি শোয়দনা অদুম্মক মবৈরে হায়বা খঙ্নবা অসিগুম্বা মতৌ উৎপদা ন্যায় অসি শীজিন্নৈ—বৈঃ অঃ ) মশাগী মতৌবু খঙ্হল্লি। 'হে সখি! অনৌ-অনৌবা চান্নবীতবু কোয়না অসুম থিদুনতা মরৈবা অদুগুম্বা ব্রজ-নিংথৌমচাগী মিৎয়েং মমাঙ্দা বশীকরণগী ( শুন্দ্রৎনবগী ) হীদাক থেক থেক্লা খঙ্বী অদুগুম্বী বৃষভানুগী মচানিজোল অদুনা চৎখিবা নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা নহাকমক্তদসু মাগী চুগন্নবা মতৌ ওইরকখিবা অমদি নায়িকা অয়াম্বীগী মফমদসু অদুম্মক ইমান মমাম্নবা অদুগুম্বা মিৎয়েংনা য়েংবা হৌখ্রিবনি। নঙ্মক্কীসু অদুম্মা ওইখ্রবদা, ঐগুম্বী, লাইবক থীবতনা থম্মোই ওমচাক্লরবী নুপীশিংগীদি অমুক করিবু ওইরুফম থোকপগে?'

২১। **লঘুমৃদ্বী**— কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমনা মাগী মরোম্ন মনাউ ময়াম লোয়ননা করিগুম্বা মরম অমগীদমক ওইনা যমুনা মপানগী উমংদা শ্রীকৃষ্ণদর্শন

**অথ আত্যন্তিকী লঘুঃ—**

১১। অন্যা যতোঽস্তি ন ন্যূনা সা স্যাদাত্যন্তিকী লঘুঃ।
ত্রৈবিধ্যসম্ভবেঽপ্যস্যা মৃদ্বৈবোচিতা ভবেৎ॥ (২২)

যথা—১২। নিজনিখিলসখীনামাগ্রহেণাঘবৈরী
কথমপি স ময়াদ্য ব্যক্তমামন্ত্রিতোঽস্তি।
ক্ষণমুরুকরুণাভিঃ সংবরীতুং ত্রপাং মে
মত্বদবসিতলক্ষ্মীং গোষ্ঠদেব্যস্তনুধ্বম্॥ (২৩)

---

ফংজনীংঙনা লাক্লবদা মহাক্লা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন ফংজ ফংজনা ইনক নকপা মফমদা চন্দ্রাবলীসু লৈরম্বঙ উবদগী মশাগী সখীমখেদা চিংন-থম্মোইনা হায়রকই—'হে চান্নবী পুন্নমক! ঐখোয় পুন্নমক হুজীক মফম অসিদগী চেনখিবনা ফরে মরমদি, খোরা'জরকপা কৃষ্ণ-নোংইনবু ঐখোয়না তশেংনমক দর্শন ফংজবা হায়বঙ ওইরে. অদুবু অশোমদা লৈঙনা অমুক য়ে'উ, চন্দ্রাবলিনা (থাবনগী মশেক্লা) মায়কৈ শীন্না মশাগী মঙাল মশেক হাইদোকহন্দুনা যমুনা খোঙ্বান অসিবু নীংথিজহল্লি। (নীংথিবা-থানিন-মঙান-অমৃত-থকপদা হেন্না মিতাশিনবা অঙগুম্বা নোংইন-চেক্লাগী মতৌ উবদগীসু চেন্নবা মরম অমা ওইহল্লি)।

২২। **আত্যন্তিকী লঘু**—মঙোন্দগী হেম্বী অমা ফাওবা লৈত্রবী নায়িকা অদুবু 'আত্যন্তিকী লঘু' হায়না কৌই। মাগী মতৌদা 'প্রখরা' নচিংবা (অয়াকপী য়াক্তবীনচিংবা) মথল অহুম খায়দোকপা য়াফম থোক্লবসু মাগীদি অমেঙ্বী, অথোৎপী 'মৃদ্বী' ভগী মতৌনা চান্নবা হেল্লি।

১৩। ব্রজগী মনুংদা লৈবী নীংথিজবীশিংনা মশা মশাগী জন্মতিথি (পোকপা নুমিৎ— চহিগী মনু'দা তাবা পোকপগী তাবিথ) পূজানচিংবা ব্রত তৌবগী উৎসবনচিংবগী খুদোং চাবা লৌঙনা শ্রীকৃষ্ণবু বার্ত্তোন হেক চেক কচ্চঙনা কৌরগা পেন্নজে— অসিগুম্বা থোদো অসি উবদগী 'আত্যন্তিকী লঘু' ওইবী (খ্বায়দগী হেম্বী মখাদা অমা লৈত্রবী অঙগুম্বী) কনাগুম্বী যুথেশ্বরী অমনা মশাগী মতিক চাজদবী মতৌ খঙজঙনা মঙমনা তৌগে খল্লুদ্রবমকসু মাগী সখীশিং অঙনদি হন্না হন্না অমুম তকশিল্লক্লবদগী অকিবা থাদোক্তুনা (থৌনানা মাঙ্ওইনঙনা) শ্রীকৃষ্ণবু বার্ত্তোন কচ্চরুই অঙগা অমরোমদসু লাইগী নোংদমদগী মকম অমদা পুল্লপ পুন্না লৈমিন্নরবী ব্রজদেবীশিংগী সভাদা চঙ্লক্লগা মানা

১২। ন সমা ন লঘুশ্চাদ্যা ভবেন্নৈবাধিকান্তিমা।
অন্যাস্ত্রিধাধিকাশ্চ স্যুঃ সমাশ্চ লঘবশ্চ তাঃ ॥ (২৪)

১৩। বিনাত্যন্তাধিকাং তেন সর্ব্বাসু লঘুতা ভবেৎ।
সর্ব্বাস্বধিকতা চ স্যাদ্বিনৈবাত্যন্তিকীং লঘুম্ ॥ (২৫)

১৪। আদ্যৈকৈবান্তিমা দ্বেধা মধ্যস্থা নবধোদিতাঃ।
ইত্যসৌ যূথনাথানাং ভিদা দ্বাদশধোদিতা ॥ (২৬)

ইতি শ্রীশ্রীউজ্জ্বলনীলমণৌ শ্রীযূথেশ্বরীভেদ-প্রকরণম্।

তৌজগ লেপ্পিবা থবক অদু ফোংদোক্তনা মন্নামদা হায়রজবকই—'হে ব্রজগী দেবী পুম্নমক। ঐগী ইপোক নুমিংকী ওসি লাঙ্‌জরিবা মহোৎসব অসিদা ঐগী সখীমখৈনা হায়মনবদগী অঘাসুরগী য়েক্লবা শ্রীকৃষ্ণবু ইশামক্না বার্ত্তোম কচ্চরুরে, মরম অসিদগী ঐনা নিজরিবদি, য়াম্নমক থৌজানবীবা উত্তুনা নখোয়না মিংকুপ অমত্তংগীতা ওইনা এবু ইকাইবদগী কনবাত্নুনা ঐগী খাংপোকশঙ্‌গী লৈতেং ওইবীয়ু।"

২৪—২৬। **আত্যন্তিকী অধিকা** না 'সমা' অমদি লঘু থক ওইবা য়াদে। মরম অদুনা মাদি থক অনি শুদে। আত্যন্তিকী লঘুনা কৈদৌঙৈদসু অধিকা ওইরুবা য়াদে (খ্বায়দগী তোল্লবী অদুনা থক অহেনবা ওইবা য়াদে), মরম অদুনা মাদি 'সমা অমদি লঘু ওই (ফিবম হোংদবী, হন্থবী)। মরক্তা লৈরিবী অতৈ অহুমদি— **আপেক্ষিকাধিকা, সমা** অমসুং **আপেক্ষিকী লঘু**-গীদি তোঙান্নবা মখল অহুম লৈগনি। আত্যন্তিকী অধিকা নত্তনা অতৈ নায়িকা পুম্নমকপীদি লঘুগী মতৌ অসি লৈ অদুগা **'আত্যন্তিকী লঘু'** নত্তবী অতৈ পুম্নমক্তনা অধিকাগী (হেনগৎপী মতৌগী) মতৌ ওইবা য়াই, মরম অদুনা **'আত্যন্তিকাধিকা'** না অমা, **'আত্যন্তিকী লঘু'** না অমি (সমা, লঘু), মরক্তা লৈবীশিংগীনা অধিক সম অমসুং লঘু অসুম্না মখল ৯ থোক্না লৈ। অসুম্না অপুনবা যূথেশ্বরীগী মখল ১২ থক শুই, মদুদি— ১। আত্যন্তিকাধিকা, ২। আত্যন্তিকী লঘু, ৩। সমা লঘু, ৪। অধিকমধ্যা, ৫। সম মধ্যা, ৬। লঘু মধ্যা, ৭। অধিক প্রখরা, ৮। সম প্রখরা, ৯। লঘু প্রখরা, ১০। অধিক মৃদ্বী ১১। সমমৃদ্বী অমসুং ১২। লঘু মৃদ্বী—অসিনি।

যূথেশ্বরী-ভেদ-প্রকরণ লোইরে ॥৬

# অথ দূতীভেদ-প্রকরণম্

১। অথাশ্রিতসহায়ানাং কৃষ্ণসঙ্গমতৃষ্ণয়া।
এতাসাং পূর্ব্বরাগাদৌ দূত্যযুক্তির্বিলিখ্যতে ॥ (১)

২। দূতী স্বয়ং তথাপ্তা চ দ্বিধাত্র পরিকীর্ত্তিতা ॥ (২)

তত্র স্বয়ংদূতী—

৩। অত্যৌৎসুক্যক্রুটদ্‌ব্রীড়া যা চ রাগাতিমোহিতা।
স্বয়মেবাভিযুঙ্‌ক্তে সা স্বয়ংদূতী ততঃ স্মৃতা ॥ (৩)

৪। স্বাভিযোগাস্ত্রিধা প্রোক্তা বাচিকাঙ্গিকচাক্ষুষাঃ ॥ (৪)

তত্র বাচিকঃ—

৫। বাচিকো ব্যঙ্গ্য এবাত্র স শব্দার্থভবো দ্বিধা।
উক্তৌ ব্যঙ্গ্যৌ চ তৌ কৃষ্ণপুরঃস্থবিষয়ৌ দ্বিধা ॥ (৫)

---

## দূতীভেদ প্রকরণ

১—২। আশ্রিত-সহায় ওইবী (মাগী অপাম্বদ্র থুংহন্নবা হোৎনবীশিংগী মতেং লৌবী) অদ্রগুম্বী যুথেশ্বরীশিংগী পূর্ব্বরাগনচিংবা মতাংদা শ্রীকৃষ্ণ-ক্ষংজ-নীংদ্রনা দূতীবু (পাউপূবী) শাজিন্নবগী মরমদা ইরকলি। দূতী মখল অনিনি— স্বয়ংদূতী অমসুং আপ্তদূতী।

৩—৪। লাঙ্‌তক্লবনা হেজিল্লকপদগী ইকাইবা রাংমা লাল্লবী, মপূক্লীংগী রাগতনা পূমগুম হেক গুম্মৎলবী অমদি মশামক্লা মশাগী মপূক্লীং হেক্তমক ফোং-দোকচবী অদ্রগুম্বী মহাক অদুবু রস-শাস্ত্রনা 'স্বয়ং দূতী' (মশানা মশাগী পাউ পূজবী) হায়না কৌই। অসুম্না মশানা মশাগী পাউ পূজবী অসিগী মখল অহুম অমুক থোকলি মদ্রদি— বাচিক (রাঙাঙ্‌না ফোংদোকপা), আঙ্গিক (কেবা মৌবা মশাগী ফিরেপ শারেপ্পা) অমদি চাক্ষুষ (মিৎয়েং নায়েংনা)।

৫। বাচিক স্বাভিযোক— মশাগী অনীংববু ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা (প্রমাণ-পাইথেন-চিংবা তৌদ্রনা) ফোংদোক্তনা খঙ্‌হনববু 'বাচিক' কৌই। মসিগী মখল অনিনি— শব্দশক্তিনা (ৱাহৈগী মতেংনা) অমদি অর্থশক্তিনা (নুংগী অর্থনা) থোকপা অসুম্না।

তত্র কৃষ্ণবিষয়ঃ—

৬। স সাক্ষাদ্‌ব্যপদেশাভ্যাং স্যাৎ কৃষ্ণবিষয়ো দ্বিধা ॥ (৬)

তত্র সাক্ষাৎ—

৭। সাক্ষাদ্‌বহুবিধো গর্ব্বাক্ষেপযাচ্ঞাদিভির্ভবেৎ ॥ (৭)

তত্র গর্ব্বেণ শব্দোত্থো ব্যঙ্গ্যো, যথা বিদগ্ধমাধবে—( ৬ | ২০ )

১। সাধ্বীনাং ধুরি ধার্য্যা, ললিতাসঙ্গেন গর্ব্বিতা চাস্মি।
হিতমালপামি মাধব, পথিমাত্র ভুজঙ্গতাং রচয় ॥ (৮)

অর্থোত্থো, যথা—

২। তমালশ্যামাঙ্গ! ক্ষিপসি কিমপাঙ্গশ্রিয়মিতঃ
প্রসিদ্ধাহং শ্যামা ত্রিজগতি সতীনাং কুলগুরুঃ।

---

অসিগুম্বা ব্যঞ্জনা বৃত্তিগী মশক ওইবা শক্তি অনি অসিগীসু অমুক ২ | ২ থোকলি মত্তদি— শ্রীকৃষ্ণগী মবমদা ওইবা অমদি মাঙ্‌গী পোৎ অমগী মরমদা ওইবা অসুম্না।

৬—৭। **শ্রীকৃষ্ণ-বিষয়ক-ব্যঙ্গ্য**—(শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা ওইবা ফাগিগী রাহৈ)— মসিগী মথল অনিনি— সাক্ষাৎ ( হকথেংনবা ) অমদি ব্যপদেশ ( করিগুম্বা লৌশিং অমা তৌত্ননা পুক্লীং ফোংদোক্লবা তৌবা )। মসিগী মনুংদা সাক্ষাৎ ব্যঙ্গদি— গর্ব ( নাপল ), আপেক্ষ ( করি লৈতনা হায়বা ), যাজ্ঞা ( হায়জবা ), নর্ম ( অচোপ্পা য়াওদবা নুংশি-নুংঙনগী ফাগি মতৌ )— অসিনচিংবা মথল কয়া থোক্লা লৈ।

৮। নাপলনা মাঙ্‌ওইনবা '**শব্দোত্থব্যঙ্গ্য**' ( রাহৈ-রাতাগী ফাগি মতৌ )— পদ্মাগী মথৃত্তা থারকপা শ্রীকৃষ্ণমক্লা ইবা শৈরেংগী মরম খঙ্‌লবী ললিতানা লৈ থিবা শাত্তনা বৃন্দাবন মনাক্তা পুরক্লবী শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগা রারী শামিন্নরি —'হে মাধব! ঐদি সতী ওইবীশিংগী মরক্তনা অথোইবীনি ললিতাগা লৈমিন্নবনা ইশাগী নাপলনসু থোয়বীনি, নঙোন্দা হায়ঝিবিবসিনি, লম্বী-লমথাঙ্‌দা ওক্তবা থবক তৌরক্কনু। নুংগী অর্থনা য়োনা শকহেনবী ঐনি, ললিত হায়না কৌবা অথোইবা অলঙ্কারগী (ফিজেৎ-লৈতেংগী) নক্রগা ললিতকী (কেবা মোবগী) মরম পামজবতনা ইশাগী নাপন চেনবীনি, মরম অত্তনা অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিমক্তদা ঐবু নখুৎনা কোনশিনবীয়ু।'

সমারম্ভে যস্যাঃ কথমপি মনাগ্বাধনবিধৌ
মৃগীমালাপ্যেষা প্রসভমভিতো হন্তি কুপিতা ॥ (৯)

**অথ আক্ষেপেণ শব্দোত্থো ব্যঙ্গ্যো, যথা—**

৩। অধ্বানং ব্রজ-ধূর্ত্ত ! মা বৃণু স্ফুরঃ পশ্যাম্বরান্তে দৃশং
নিক্ষিপ্যোরুপয়োধরোন্নতিমিমাং নষ্টেন্দুলেখাশ্রিযম্ ।
নব্যা কঞ্চুলিকোজ্জ্বলা তনুরিযং রাগেণ বস্তুশ্রিযা
যাবন্ন স্তিমিতা সতী কুটিল ! মে বৈবর্ণ্যমাপদ্যতে ॥ (১০)

---

৯। **অর্থোত্থব্যঙ্গ্য** ( নুংগী অর্থ-চেনবা রাহৈগী মতৌ )— যূথেশ্বরী শ্যামা সখীনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংজনীংদুনা বৃন্দাবনদা লাক্লবদা কৃষ্ণগী খোইখোয়-মিৎচি-মিৎয়েংনা থম্মোই লাঙ্‌তক্লদুনা নাপন্না মাঙ্‌ওইনবা থোশাদবা রাঙাঙ্‌না কৃষ্ণদা হায়রকই—'তমাল-পান্থীগুম্‌ কুচু-শংবান্নবও হে। ( রাহৈ অসিনা নীংথিবা কুচুনা শুম্মৎপা মতৌবু উংলি ), নকোক্কগীনা নখোঙ্‌-ফাওবা—হকচাং 'পূম্বনা ঐঙোন্দা ভঙ্গি ( শাথেক তৌদুনা ) উংলিবদি করিগীদমকনো ? ঐ অসি শ্যামা কৌবী অফাওবীগনি— মরোল অহুমগী সতী ওইবী পূম্নমক্কী ( ফজবীশিংগী ) শাগৈগী গুরু ওইবীনি। ঐবু মিৎকৃপ অমগী মতম পলহনবদা 'মৃগীমালা' ( বনগী শজি অমোমশিং ) অসিনা খংশাউ শাউবক্তনা নঙ্‌বু শোয়দনা হাত্তোক্লরগনি। ( মসিদা— মফম অমদা তাঞ্জা অমদা লৈবমলিবা বনগী শজি অমোমশিং অহ নত্তনা অতৈ সখী অমত্তসু য়াওদে, মবম অদুনা হুজ্রীক ঐ ইথন্তনি, নঙ্‌না তৌনীংবা তৌবা যাগনি হায়বগী ভাব অদু উংলি— মসিনি অর্থনা খঙ্‌হনবা মতৌ )।

১০। **আক্ষেপকৃত-শব্দোত্থ-ব্যঙ্গ্য**—শ্রীকৃষ্ণগা উন্নজনবগীদমক করিগুম্বা অমা তৌশিন্নদুনা বৃন্দাবনদা লাকচবী যূথেশ্বরী অমবু শ্রীকৃষ্ণনা থৎলরবদা মানা হায়-রকপা থোওইদবা রাঙাঙ্‌— 'হে ব্রজগী লোনম্বা ! ঐগী লম্বী থৎকনু, নমাঙ্‌দা আত্তিম্না তমনা য়েংখৎলু, অকিবা ফংনা নোং মংলি, থাবনগী মেঙ্‌লবা মঙালসু মকশিনখরে। হে নমথাক হৈবও ! ঐগী থাখুম-ফি অসি অহনবনি. অঙাঙ্‌বা মচুদা অমূক্কা অরংবা কাবা অদুগুম্বা য়াম্নমক পাবা ফিনি— মসি নোংগী ঈশিংনা তচোৎ তচোৎহন্দুনা মশাগী মচু মকশিলহনবা তৌগনু ; ( অদুনা থুনমক লম্বী থাদোকউ )। হায়বদি মকা ফোংদনা ঐবু নঙ্‌না লৌশিনবীয়ু, থবাক্কী ফিনুং

অর্থোত্থো, যথা—

৪। কদম্বারণ্যানীকিতব ! বিকচং লুণ্ঠসি নবং,
মদুৎসঙ্গাদ্দিষ্ট্যা বরপরিমলং মল্লিপটলম্ ।
রুচিস্ফারং হারং হরসি যদি মে কোঽত্র শরণং,
বিদূরে যদ্গোষ্ঠং জনবিরহিতা চেয়মটবী ॥ (১১)

অথ যাচ্ঞা—

৮। যাচ্ঞা স্বার্থা পরার্থেতি দ্বিধাত্র পরিকীর্তিতা ॥ (১২)

---

অসিদা য়েংশিল্লবদি ঐগী ঙানফম অনিমক্কী তুমখৎলবা মতোন অহ্ উগনি, মতুদা করিগুম্বা খূঙ্গীন মফম অমত্তসু লৈবা নত্রি— ( কনানসু শোকখিদ্রে ), ইশা অসিসু নৌজবিবীনি অমসুং থাখুম পুনবনসু লংখৎলবীনি। পুক্নী হুনবগী মশক ওইববা নঙ্গী শ্রীঅঙ্গ-কান্তিগী অনুরাগদা পঙ্থজগনা মসিগী মচু অমা ওল্লকত্রিবা ফাওবদি নঙ্না ঐবু ফাজিনবীয়ু। ( থোঔইদবা অসিগুম্বা রাঙাঙ্না নুংগী অর্থ অমা চেলহল্লবদি মদুবু 'শব্দোত্থ স্বাভিযোগ' হায়না কৌই )।

১১। **আক্ষেপকৃত-অর্থোত্থ-ব্যঙ্গ**— কৃষ্ণগা উন্নজনবা বৃন্দাবনদা লাকপী কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমনা শ্রীকৃষ্ণবু মমাঙ্মক্তদা লৈ হেক্তুনা লৈরম্বা উবদা উশীত্তবা রাঙাঙ্না মশাগী মপুক্লাং ফোংদোকলি— 'হে কদম্ব-বনগী লোনম্বা। নঙ্না ঐগী থবাক্তগী ফুগায়না শাৎপা, মুংশিবা লৈনম চেনবা অহ্গুম্বা মল্লিকা চরোংদং মত্তুনা লৌবিথ্রিবহ্ ঐগী লাইবক ফবতনা ওইবনি, করিনা হায়রবু য়ুম্লক্তগী থাপতোরক্লবা শূক্লবা উরক অসিদা নঙ্না ঐগী ফজরবা সনাগী ক্যাং-লীকফাং অসিবুসু মুনবীখিবা থোক্লবদবু কনানা ঐবু কনবীরগনি!' মতাং অসিদা লীক মুনবা, য়ুম্লক্তগী লাপ্পা অমদি বনগী অচীকপা মতোগী রাফমন-চিংবা পন্দুনা ঙাঙ্লিবসি মশামক্লা মশামক্কী অপাম্বা ফোংদোকচহ্না মতুগী মতিক ওকর্পা তোফম থোকপা থবক তৌবীনবা কৃষ্ণদা ইঙ্গিত উৎপা ওইবনা মসি উশীত্তবা রাঙাঙ্ রাতানা তাকপা মশাগী রাকৎ ( স্বাভিযোগ ) অমনি।

১২—১৩। যাচ্ঞা মথল অনিনি মতুদি— মশাগী অমসুং মীগী। মতুগী মনুংদা **স্বার্থ যাচ্ঞাগী** ( মশাগীদমক হায়জবা ) শব্দোত্থ ব্যঙ্গগী মতোদি— কনাগুম্বী ব্রজগী শকহেনবী অমনা হায়জবগী শাথেক্তা লেপ্লগা রাহৈনা তাকপা মশাগী রাকৎ ফোংদোকলি—'হে কৃষ্ণ লৈ থিনীংবা মম্নাইনা ঐনা মথোঙ্

তত্র স্বার্থশক্ত্যা শব্দোত্থো ব্যঙ্গ্য, যথা—

১৩। পুষ্পমার্গণমনোরথোদ্ধতা
কৃষ্ণ ! মঞ্জুলতয়া তবানয়া।
রক্ষিতাস্মি সবিকাসয়া পুরো
বিস্ফুরৎসুমনসং কুরুষ্ব মাম্ ॥ (১৩)

অর্থোত্থো, যথা—

১৪। বৃন্দাবণ্যং ভুজগনিকরাক্রান্তমশ্রান্তমস্মাৎ
কাত্যায়ন্যৈ কুসুমপটলীং জাতভীর্নাহরামি।
তেন ক্রীড়োদ্ধুতফণিপতে ! শ্রদ্ধয়াস্মি প্রপন্না
ত্বামেকান্তে দিশ বিষহরং মন্ত্রমেকং প্রসীদ ॥ (১৪)

যথা বা—১৫। সমস্তমভিরক্ষিতুং জনমরন্ধ্রবীরুদ্ঘনে
বনে চরসি কীর্ত্তাসে ত্বমুরুকীর্ত্তিভাজাং ধুরি।
প্রসীদ করুণাং কুরু ত্বরিতমুদ্দিশাধ্বক্রমং,
যদূদ্বহ ! বধূজনঃ শ্রয়তু বিস্মৃতাধ্বা ব্রজম ॥ (১৫)

---

খঙ্হৌদবদগী পুক্লাং হুনা মপান শাংলিবা নঙ্গী উন্নী অসিনা ঐবু ফাজিনবী-থরে, হুগ্রীক উন্নী মতোন্দা শাংলিবা লৈ চরোং অসিদং হেক্তনা ঐঙোন্দা পীবিয়ু। হায়বদি—কামগী ঈরাংদা ঙাওচংনগনা নঙ্গী নীংথিবা মতৌনা ঐবু পুনশিনবীথরে, মরম অদুনা ঐবু মরাং কায়না নুংঙাইজবা ফংহনবীয়ু।

১৪। স্বার্থ যাজ্ঞা অর্থোত্থব্যঙ্গ্য—( মশাগীদমক হায়জবদা অর্থনা ইঙ্গিত তৌবা য়াঙাঙ্ )— হে কৃষ্ণ! বৃন্দাবন অসি হুক্কীক লিনতগী লৈফম ওইগ্রে. অদুনা কাত্যায়নী পূজাগী লৈ থিজগদববু কিগনা তোকলে ; নাপম্না ময়াইকারবা কালীলিনবু লাকশিনবীখিবও হে। ইবুংঙো নঙোন্দা চঙ্জরি, চানবীদুনা অচীকপদা ঐবুসু হু কোকহনবা ওবা লাইবা অমত্তং তাঞ্চপিয়ু।' শৈরেং অসিদা 'অচীকপা' হায়বা য়াফম অসিনা শেংমমক হায়জবগী মওঙ্দা মশাগীদমক মশানা পাউ পুজবগী মতৌ ফোংদোকলি।

১৫। প্রগল্ভাগী মথন্তা হায়জবা মতৌনা অস্নুম্না মথক্তা হায়না উৎলগা মথংদা হুক্কীক অমুক মধ্যা-নায়িকাগী মথন্তনা মথন্তগী য়া-পুজবা মতৌ উৎলি।

পরার্থযাচ্ঞয়া শব্দোত্থো, যথা—

৮। সকৃৎ পীত্বা বংশীধ্বনিনবসুধাং কর্ণচুলুকৈ-
র্মদালী বিভ্রান্তা লঘিমনিকরোত্তানিতমতিঃ।
সদাহং কংসারে! কমপি গদমাসাদ্য বিষমং
বিবর্ণা ত্বাং ধন্বন্তরিমিহ পরং নিশ্চিতবতী॥ (১৬)

---

'হে যদুনাথ! মরক হোঠ্রবা, উন্নীগী লাংভনা কৃংনা হৌববা শূক্লবা বন অসিদা মী পূম্নমকপু ঙাকপি কনবীমবগীদমক ইবুংঙো নহাক্লা কোয়্না চংপিবি। মিংচং চাউববা মীশিং অদু ফাওবনা নহাকতবু ধ্যান তৌনৈ হায়্না মীনা হায়্নবা লৈ। অদুনা লম্বী লম্মুরুরবী, য়ুমগীসু মো ওইবী ঐ অসিবু চানবীদুনা ব্রজদা হঙ্গখিবা ঙম্নবা থুনমক লম্বী তাকপিয়ু।' মতাং অসিদা হায়্নমক তোম্বা মতৌ উত্তনমকসু 'লম্মুররবী' হায়্নবা হাইহৈ অসিনা মশাগী সরোয় সনাউ কনাসু য়াংদবা মতৌ ফোংদোকপনা হায়্নজবগী মওঙ্দা অর্থনা খঙ্হনবা মশাগী হাকং শেংনা ফোংদোকলি।

১৬। পরার্থ যাচ্ঞা শব্দোত্থ ব্যাজ্য—(মীগীদমক্তা ওইনা চায়্নজবদা শীজিন্নবা হাইহৈগী মতৌ)—আপেক্ষিকী-প্রখরা-সখী অমনা মাগী যূথেশ্বরীগী পাউ পূবী ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লগা শ্লেষালঙ্কার শীজিন্নদুনা (তোপ্পা তোপ্পা অর্থ পূবা হাইনা) শ্রীকৃষ্ণদা মহাক মশামক্তী হাগবু খঙ্হল্লি— 'হে কংসগী য়েক্লবা ওইবও! নঙ্গী বংশী খোঞ্জেলগী মশক ওইবা অমৃত অদুবু নাকোঙ্-খুজোক-থন্না অমুক্তং থকলুব-তদগী ঐগী সখী অদু ঙাওচংনবী ওইখরে অমসুং মপূক্লীংগী তপ্নাং ভশোইমনবতনা মরম ওইদুনা মবুদ্ধিসু ইচোই চোইহৌরে। মতম পূম্নমক্তা থম্মোই মৈহুম চুবতনা মশাগী কুচুসু মাঙ্খরে। অসুম্না লায়্না পূদুনা লৈরবদা নহাক্তবু অথোইবা মাইবা ওইনা মানা খঙ্গহৌরি।" হায়্নবদি মাগী নাকোঙ্ চক্রনা নঙ্গী বাঁশী মখোল অমৃতবু অমুক্তং থকচরুবনা মরম ওইদুনা মতমচুপ্পদা ঙাওচংনবী ওইহৌরে, মবুদ্ধি চোইরে, হাম্মি ওমলে, কুচু য়াওখিদ্রে, মরম অদুনা লায়্না মশক লেপ্পা ঙমদনা অসুম মথং মথং লাইথেং হাপকংলকপদগী মদুবু লায়েংবীগদবদি নথন্তা মঙায় অসুম্না লেপলে, অদুনা নঙ্না অনাবা অসিবু লায়েংদুনা ফহনবীয়ু।'— অসুম চায়্নবসিদা মীগীদমক হায়্নজবা ওইনা মশাগী অপাম্বা ফোংদোকপা মতৌ অদু উৎলি।

অর্থোত্থো, যথা—

৯। অসূর্য্যম্পশ্যাপি প্রিয়সহচরীপ্রেমভিরহং
তবাভ্যর্ণং লব্ধ্বা মধুমথন! দূত্যং বিদধতী।
দ্রুতং তস্যাঃ স্নেহং নিশময় ন যাবচ্ছিশিধিযা
ধয়ন্ বক্ত্রজ্যোৎস্না নিশি হতচকোরস্তুদতি মাম্॥ (১৭)

অথ ব্যপদেশঃ—

৯। ভঙ্গ্যা ব্যাজেন কেনাপি ব্যপদেশোঽত্র কথ্যতে॥ (১৮)

১৭। **পরার্থযাজ্ঞা অর্থোত্থ-ব্যজ্য**—(মীগীদমক হায়জবদা নুংগী অর্থ চেনবা বাহৈ শীজিন্নবা)—লঘুপ্রখরা ওইবী সখী অমনা মাগী যূথেশ্বরীগী পাউ পুবা ওইনা কৃষ্ণগী নাক্তা লাক্তুনা মশাগা অপাঙ্গা ফোংদোক্লরি—'হে মধুহিংচাবতু হাৎপা। নুমিৎ মশক উজদবী (অমূজস্ পান থোকচদবী) ওইদ্রনস্ ঐগী প্রিয়সখীবু নুংশিজবতনা মরম ওইদুনা পাউ পুবী ওইনা হুজীক নতৌগী নকদা লাকচরি, মাগী নুংশি-নুংওন মতৌ অঃ থীন্দনক তাবিম্ন করিগীদমবনো হায়বতু অহিংদা থেংকপা থামক্লি খন্দুনা ককচাওনরবা নোংইন কৌবা উচেক্লা ঐগী মায়থোং থানিন অসিবু লোইবা নাইদবমখৈ চুপথোকখিঙনা ঐতু চাংল্লরগনি।' শৈরে অসিদা মশাগী মায়থোংবু থামক ওইহন্দুনা খোয়থুম্ন রস পোকহল্লগা ইংফোংমক ফোংদোক্লা মাগী সখীগী দূতী ওইশিন্নরগা মশানা মশামক্তী পাউ পুবী ওইররি, অদু নত্তনদি মরূপকী পাউ পুবী মানা লাক্লগা মশামক্তীদুম ওইনা হায়রনবগী মরম করিনো?

**দৈন্যকৃত শব্দোত্থ ব্যজ্য**—(অতোনবা মতৌগী বাহৈনা ফোংদোকপা) (প ২৫৭,৩০৯)

**অর্থোত্থ**—(অর্থ তৌরগা ফংবা—প ২৫০)

**অন্যলোকলজ্জাশঙ্কাব্যাজেব্যজ্য**—(মীগী মমাঙদা ঈকাইবা নংগনি হায়না কিবা শাশিন্নদুনা অমা ওইনা হায়রগা অমবু খঙহনবা মতৌগী বাঙাঙ—প ২০৭) অসিনচিংবগী মখলস্ লৈরি।

১৮—১৯। **ব্যপদেশ**—অতোপ্প করিগুম্বা পোৎকী বর্ণনানা মশাগী অপাম্বা খঙহনবা মতৌবু 'ব্যপদেশ' কৌই। মসিগী মনুংদা **'শব্দোত্থ-ব্যজ্য ব্যপদেশ'** —কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমনা শ্রীকৃষ্ণবু শামু লমশাগা প্রমাণ তৌদুনা চাঙলগা

তেন শব্দোত্থো, যথা—

১০। ত্যজন্ কুবলয়াধিকাং ঘনরসশ্রিয়োল্লাসিনীং
পুরঃ সুরতরঙ্গিণীং মধুবমত্তহংসস্বনাম্।
মলীমসপয়োধরামপি মদান্ধ! পদ্মিনিশাং
ভজন্ কিমিব পঙ্কিলামহহ কর্মনাশামসি॥ (১৯)

অর্থোত্থো, যথা—

১১। মধুপৈরনবঘ্রাতাং বিমুচ্য মাকন্দমঞ্জরীং মধুরাম্।
ভ্রাম্যসি মদকল! কোকিল! কথমিব বৃন্দাবনে পরিতঃ॥ (২০)

---

মশাগী অপাম্বা ফোংদোকলি—'হে নাপনবা ময়াই কারবা শামুও! নহাক্না করিগীদমক, থম্বাল অপংবনা থন্না শাংপী, অমৃতগুম ঈ'লবা অমদি লীক্লাই মহীগুম লূরবা ঈশিংনা মাগী ওইবী, ককডাওনবা কাংডশি'গী নূ'শিরবা খোঞ্জেল-নসু নিল্লিবী, নমাঙ্দা নক্সা চেল্লিবী অ্গুম্বী নীংথিরবী গঙ্গা ঈচেলবু হুন্দোক্লগা লৈখোম লৈনাংনা থল্লবী, অনৈবা ঈশিংতগী মশক ওইবা অ্গুম্বী কর্মনাশা কৌবী তুরেনবু (মগধদেশতা চেনবী পাপ-নদী) সেবা তৌরিবদি করিগীনো? ওম্বোকপনি, কয়াদা ঙক্লিবনো? "অমরোমদা হায়রগা—'হে ধূর্তা থম্বাল পায়হনা শামবা ময়াই কারবা কৃষ্ণ! পৃথিবীগী মনুংদা থায়দগী হেন্না বাংনা লৈবী, হকচিল্লবা রসকী নীংথিবা মতৌনা হরাউজবী গায়বদি হক্লবা শৃঙ্গার-রস-দা ডাওজবী, ময়াই কারবা কাংডা-মখোলগুম খোম্বোকপা অ্গুম্বী নূপুরগী নুংশিরবা খোম্বোক লোয়নবী, নমাঙ্দা নক্সা লৈরিবী ঐবু থাদোক্লগা মশাগী থাবোম অনিমক্তা ময়াই চা'য়থরবী (অর'বা কাত্রবী), পাপচেনবী অমদি রসকী লীলাদা হৈবা শিংবা মতৌ য়াওদ্রবী অ্গা তিন্নরিবরা?''

২০। অর্থোত্থব্যঙ্গ্য-ব্যপদেশ—কৃষ্ণবু কোকিলগা প্রমাণ তৌহনা হায়রি—'হে ময়াই কারবা কোকিল! খোইমূনা মনম হুখিদ্রিবী অমদি খোয়থুম্নরবী অপোম্বী হৈনৌ মপানবু থাদোক্লগা নঙ্না করিগীদমক অসুম বৃন্দাবনদা কোয়না চত্তুনা লৈরিবনো?' শৈরেং অসিদা ডাঙ্জিবী অসিনা হৈনৌ মপান অপোম্বা, অদুগা কোকিলনা কৃষ্ণবু খঙ্হল্লি—মহাক অহ্না মশামক্তা কৃষ্ণদা মশাগী পাউ পুজবী ওইরি।

অথ পুরঃস্থবিষয়—

১০। শৃণ্বতোঽপি হরের্মত্বা ব্যাজাদশ্রুতিবৎ কিল।
জল্পোঽগ্রতঃ স্থিতে জন্তৌ পুরঃস্থবিষয়ো মতঃ॥ (২১)

তত্র শব্দোত্থো যথা—

১২। আহূয়মানাস্মি কথং ত্বয়ালিনাং
স্বনৈঃ স্বপুষ্পাবচয়ায় মালতি!
আমোদপূর্ণং সুমনোভিরাশ্রিতং
পুন্নাগমেব প্রমদেন কাময়ে॥ (২২)

অর্থোত্থো যথা—

১৩। অনবচিতচরীয়ং চারুপুষ্পা লতালী
তব নিখিলবিহঙ্গাশ্চাত্র নির্দ্ধূতশঙ্কাঃ।
ত্বয়ি বিচরিতুমীহে তেন গোবর্দ্ধনাদ্য
প্রকটয় তমুপায়ং নির্বৃতা যেন যামি॥ (২৩)

---

২১—২২। পুরস্থবিষয়—তারিবা শ্রীহরিবু তাদবগুম খল্লুনা মমাঙদা লৈরিবা যগনচিংবা শাশিংবু হায়বা শানা ভাঙবা বাঙাঙবু 'পুরস্থবিষয়' হায়না কৌই। মঙগী মনুংদা 'শব্দোত্থ'গী খুদমদি—শ্রীকৃষ্ণমক্তী মাঙদা লৈরাং মালতীবু কৌহনা ব্রজগী শকহেনবী অমনা হায়রকই—'হে মালতি! খোইমূনা ঙংবা শানা নঙনা ঐবু লৈ হেক্লনবা কৌরিবদি করিগীনো? য়েনা নুংশিবা লৈনমনা মকম খুদীং থুংবী, নীংথিবা মপান শাংপী নাগেশ্বর পাম্বী অদুতবুনি ঐনা হরাউনা পামলিবদি!" মতাং অসিদা অথোইবা যোগীশিংগী চঙজফম ওইরিবা, নিপালক্তগী থোইদোকপা অদুগুম্বা (শ্রীহরি) অদুতবু ঐনা খোরাংজে হায়বসি য়েবার্থদা বাকৈনা খঙহনবা মশাগী অপাম্বা ফোংদোকপগী খুদমনি।

২৩। অর্থোত্থ পুরস্থবিষয়—শ্রীকৃষ্ণগী মাঙমক্তদা গোবর্দ্ধনবু য়েংলগা মশাগী অপাম্বা মতৌ ফোংদোকলি—'হে চীং-নিংথৌ-ও গোবর্দ্ধন! নঙগী উপাল-উরী ময়াম অসিদা শাংলিবা লৈ-পূমমক অসিবু কনানসু হান্না হেক্লখিবা লৈত্রি, মকম অসিদদি উচেক-বায়াশিং ফাওবগী অকিবা লৈতে, ময়ম অঙনা নঙগী ভময়া অসিতদা কোয়না অসুম চত্নতা লৈজনীংই। পুক্লীংনা পামজবা থবক

যথা বা—১৪। প্রসিদ্ধঃ সাধ্বীনাং ব্রতহরবিনোদে ব্রজপতেঃ
সুতোঽয়ং ত্বং বাচাপ্যলমসি নিরোদ্ধুং ন মৃদুলা
অহো ধিঙ্মূঢ়াহং তদপি গহনে গ্রন্থিললতা-
শতাক্রান্তে শ্রান্তা যদিহ বিচরামাস্য পুরতঃ॥ (২৪)

অথ আঙ্গিকাঃ—

১১। অঙ্গুলিস্ফোটনং ব্যাজসংভ্রমাদঙ্গসংবৃতিঃ।
পদা ভূলেখনং কর্ণকণ্ডূতিস্তিলকক্রিয়া॥ (২৫)

১২। বেশক্রিয়া ভ্রুবোধুতিঃ সখ্যামাশ্লেষতাড়নে।
দংশোঽধরস্য হারাদিগুম্ফো মণ্ডনশিঞ্জিতম্॥ (২৬)

১৩। দোর্মূলাদিপ্রকটনং কৃষ্ণনামাভিলেখনম্।
তরৌ লতায়া যোগাদ্যাঃ কৃষ্ণস্যাগ্রে স্যুরাঙ্গিকাঃ॥ (২৭)

---

পাঙ্থোকচরগা য়ূমদা হনজাখবা য়ানবা উপায় অমত্ত' নহাক্লা শীনবিয়ু।' শৈরে' অসিদা উচেক-রায়াশিংগী শঙ্কাসু লৈতবনা চেয়া চীকপা মফম ওই হায়বসি বাঙ্গনানা ফোংদোক্নুনা অর্থনা খঙ্হনবা মশাগী অপাম্বা মফোঙ্দোক অমা ওইরি।

২৪। মথক্কী শ্লোকতা মধ্যমা নায়িকাগী মশানা মশাগী পাউ পুজবগী খুদম উৎখ্রে। মথংদনা হুজীক প্রগল্ভাগী মতো' অমুক উৎলি। শ্রীকৃষ্ণমক্কী মাঙ্দা মশাগী সখীবু হায়রি—'হে সখি! ব্রজ-নিংথৌগী মজাইবু'ঙো অসিদি সতীওইবী নুপীশিংগী ব্রত মাঙ্হনবদা ফাওরিবনি, নঙ্দি নশানগা মোনজবী অমা ওইবনা রাহে অমা ফাওবা হায়দ্রনা থক মাবু থিজকুবা ঙমগদবা লৈত্তে; ওয়্যোকপনি! ঐ অসিমকসু পঙ্ক্রবা জাৎনি, কান্নদ্রবীনি। মরমদি, রারম পুয়মক অসিবু থঙ্ন থঙ্নমক মতাং-পানবা উরী ১০০। ১০০ না শুক্লা-কুংনা থৎপ্রবা, মী অমনা পাক চঙ্নঙমদ্রবা অসিগুম্বা উরক অসিদা চোকথ-হুইথরবী (থুনা চৎচবা ঙমদ্রবী) অমা ওইরবা অসিমক্তদসু মমাঙ্মক্তদা অসুম চৎপদি থক লেপ্পা লৈত্রি!!' মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী মাঙ্মক্তদা মশাগী সতীধর্মবু মাঙ্হনবগী রাক্ষম পন্দুনা অর্থনা মশাগী অপাম্ববু উৎলি।

২৫-২৭। **আঙ্গিক অভিযোগ—শ্রীকৃষ্ণগী** মাঙ্দা থৃৎচা থেকপা, মশাগী চীংলেম্বা মতৌনচিংবা মাঙ্দমবা ওইনা (ফিংগৎপ', চিংনবা, হৈকাইবনচিংবা

তত্র অঙ্গুলিস্ফোটনম্—

১৫। ইয়ং সতীনাং প্রবরা বরাক্ষী
কথং নু লভ্যেতি ময়ি ক্রমাঢ্যে।
বিশাখয়াস্ফোট্যত পঞ্চশাখ-
শাখাবলী মদ্ব্যসনেন সার্দ্ধম্॥ (২৮)

ব্যাজসম্ভ্রমাত্তঙ্গসংবৃত্তিঃ—

১৬। পিহিতমপি পিধত্তে মৎপুরস্তাত্তুরো যদ্-
বৃতমপি মুহুরাস্যং যৎপটেনাবৃণোতি।
ব্রজনবহরিণাক্ষী তন্মনোজস্য মন্যে
শরপরিভবঘূর্ণাঘ্রাতচিত্তেয়মাস্তে॥ (২৯)

উখিদনবা) মশা তাশিন খোমজিনবা (মফি মরোল শেমজিন ইনশিনবা), লৈমায়দা মখোঙ্না তকপা, নাকোঙ্ হোৎপা, চন্দননচিংবা থিনবা, ফিজেৎ-লৈতেং তোবা, পীশূম থেকপা, সখীবু কোনশিনবা অমদি ফুবা, চীনবান চীকপা, লৈপরেংনচিংবা লেংবা, খুজি-নাশিনচিংবগী মখোল থোকহনবা, পাম্বোম মরু হাংদোকপা, শ্রীকৃষ্ণগী মিং ইবা, উপাম্বীদা উরী য়েংশিনবা অসিনচিংবা তোই।

২৮। **অঙ্গুলিস্ফোটন**— (খুৎ-চা থেকপা)— নোংমা বিশাখাগী ফজবী নীংথিবী মতৌ উবদগা লাঙ্তক্লরবা শ্রীকৃষ্ণদা বিশাখানা মশাগী ভাব ফোংদোক্না (কৃষ্ণদা) আশা পীখি (পূক্নীং লৈতাহনখি)। অদুগুম্বা মতৌ অদুবু কৃষ্ণনা সুবল সখাদা অমুক কোম্না তমহনা তাহনখি—'হে মরূপ! ঐনা সতী অথোইবী বিশাখা অসিবু ফংনবা ৱাখন্দা লাঙ্তক্লহনা ৱারবদা মওঙ্ অসুম তৌনা মহাক্না মখুৎ অনিমক অহ থেক্লকখি, মদুতদা ঐগী অৱাবা কোক্লবা ওইখি।

২৯। **সম্ভ্রমাদিবশতঃ অঙ্গাচ্ছাদন**— (ইকাইবা ৱাক্লবা মশাবু কুপশিন-খনজিনবা) নোংমা অচীকপদা ইবুংঙো মাবু উজবা ফংবদগী পোক্লকপা ঈখোলাংবা মতৌনা কনাগুম্বী গোপী অমনা উৎথোরকপা মতৌবু উক্লরগা মদু পূম্নমক ইবুংঙো মাগী রাগতনা ওইরিবনি অসুম্না খন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা অসুম শোল্লকই— 'ব্রজগী নিংঙোল অসিনা ঐবু উবদগী হান্নদগীসু অদুম্বক কুপশিন্দুনা লৈরিবী

পদা ভুলেখনম্—

২৭। কম্রং নম্রমুখী লিলেখ চরণাঙ্গুষ্ঠেন গোষ্ঠাঙ্গনে
যৎকিঞ্চিৎ ব্রজসুন্দরী ময়ি দৃশোর্বৃত্তে নবপ্রাঘুণে।
তেনানঙ্গনিদেশপট্টপদবীমাসাদ্য মন্মানসং
ক্ষিপ্ত্বা তৎকুচশৈলসঙ্কটতটীসঙ্কৌ বলাৎ কীলিতম্॥ (৩০)

কর্ণকণ্ডূতিঃ—২৮। রক্তাঙ্গুলীশিখরঘট্টনলোলপাণি-
শিঞ্জানকঙ্কণকৃতস্মরতূর্যাশঙ্কম্।
লীলোচ্চলৎকনককুণ্ডলমত্র কর্ণ-
কণ্ডূয়নং ব্রজসরোজদৃশঃ স্মরামি॥ (৩১)

মশাগী থাবোমদু অমুকসু হল্লা কৃপশিন খনজিনবা হোৎনরি, মায়খুম খুমলিব-মক্তদা ফিনা অমুকসু খনজিনবা হোৎনরি, মাবু উরুরগ—কাওদেবনা মাগী তেল্লা মাগী থম্মোইদা থাবীতুনা মায়থীরবদগী মকোক ভাগুরবী ওইরমাল্লে হায়না ঐনা খল্লি।

৩০। চরণে ভূলেখা—( লৈপাক্লা খোঙ্বী তকপা )—ব্রজাঙ্গনদা ( ব্রজগী লন্বীদা ) মাবু উবদগী পোকপা য়াখলনা লৈমায়দা মখোঙ্না তক্লিবী ব্রজগী মথোন কাবী কনাগুম্বী অমবু উরুতুনা পৃক্লীং ঈয়াং ঈহোৌরবা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মতৌশিং অদুবু অসুম চান্দা শোল্লা শোল্লা য়াখল তৌরি—'ওম্মোকপনি! ওসি ঐনা মিৎয়েং লন্বীগী ইহান হানবা যাত্রীমক ওইরবদসু ব্রজগী নীংথিবী অসিনা য়ূমগী মাংগোন্দা পৃক্লীং হুরবা মওঙ্দা করিনো খরা য়েকলিবা মতৌ অসিবু উরগা কামকৌবা লাইগী য়াথং-চে ফংলবা ঐগী পৃক্লীং অসিবু মাগী থাবোম-চীংজাউ অনিগী খুরবা লোকৃচপ্ অসিদা নমতুনা ফাজিনখরি॥'

৩১। কর্ণকণ্ডূতি—( নাকোঙ্ হোৎপা )—অচীকপা মফম অমদা মাবু উবদগী লাঙ্তকবী মপৃক্লীংনা ৎৎলবী কনাগুম্বী ব্রজগী মথোন কাবী নূপী অমনা মশাগী মনাকোঙ্ হোৎলিবদু উরুবদগী শ্রীকৃষ্ণনা নোংমা য়াম্নমক তপথফম খঙ্খিদে। থোদো অদু উবদগী সুবলনা মানা লাঙ্তক্লিবতুগী মরম করিনো হংলরুবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই—'তঙাং তঙাংবী খুৎচাশিং অসিনা লেঙ্বদা মতুং ইল্লকপী খুজেং-খুজিশিং অসিনা নীংথিবী অসিনা মনাকোঙ্ হোৎপদা কাম

তিলকক্রিয়া—

১৯। সানন্দং শরদিন্দুসুন্দরমুখী সিন্দূরবিন্দূজ্জ্বলং
বন্ধূকদ্যুতিনা করেণ তিলকং গান্ধর্ব্বিকা কুর্ব্বতী।
ত্বামালোক্য শিখণ্ডশেখর! সকৃৎ কর্ণোচ্চলৎকুণ্ডলা
রূঢ়ং চেতসি রাগকন্দলমিব ব্যক্তং ব্যতানীদ্বহিঃ॥ (৩২)

বেশক্রিয়া—

২০। হয়ৌ পুরঃস্থে করপল্লবেন সলীলমুল্লাস্য মিলন্মরন্দম্।
নালীকনেত্রা নিজ-কর্ণপালীং পালী লবঙ্গস্তবকং নিনায়॥ (৩৩)

ভ্রুবোর্ধৃতিঃ—

২১। বিধুন্বতী মদনধনুর্ভয়ঙ্করং ভ্রুবোর্যুগং কথয় কিমদ্য খিদ্যসে।
বিশাখিকে! মুখশশিকান্তিশৃঙ্খলা ববন্ধ তে মধুরিপুগন্ধসিন্ধুরম্॥
(৩৪

---

কৌবা লাইগী য়াইবুং থীনবগুম নুংশিবা মখোল থোকহল্লিবা অতগা অসুম্মা নাকোঙ্ হোংপা অসিদা সনাগী কুণ্ডল-নাইন অসিনসু চায়রুংদা শান্নরিবা—মতৌশিং অসিনা ঐবু কাউঙমহন্দরে।।'

৩২। তিলকক্রিয়া—( চন্দন-চরাগী লৈতেং )— অচৌকপা মকম অমদা লোংমা শ্রীকৃষ্ণবু উজবা ফংলবী শ্রীমতীনা চন্দন-চরানচিংবনা লৈতেংলিবহু উরগা শ্রীবৃন্দাদেবীনা নায়ক শ্রীকৃষ্ণদা ইবেম্মগী অনুরাগ অদুবু খঙহল্লরি—'রাহোং মতুনা কোকী লৈতেং ওইনবগু হে। নঙবু উজবা ফংবতদা পুক্লীং হন্নাউ তুংজুংননা শরৎ-থানিনবু ওমজবী শ্রীমতী রাধানা ভঙাং তঙাংবী মখুৎনা লাইপক্তা অরংবা শিন্দুরগী লৈতেং নমলি—মাগী মণিকুণ্ডল অনিনা ইরং ইরং লংনা ভনিক ভনিক ঙাল্লি। অসুম ভৌনা মাগী থম্মোইনুংগী অনুরাগ ময়োন অদুবু মপান্দসু কোংদোকলি।

৩৩। বেশক্রিয়া—( ফিজেৎ-লৈতেং ) যূথেশ্বরী পালীনা লোংমা শ্রীকৃষ্ণগী মাঙদা মদাগী ফিজেৎ-লৈতেং ভৌরিবহু উরগা বৃন্দানা সুবল সখাদা হায়রকই—"মিৎল্লা থম্বাল লৈকা মানবী পালীনা শ্রীকৃষ্ণগী মাঙদা লৈত্নুনা লৈহীনা চোল্লবা লবঙ্গ-লৈরাং-চয়োংবু লোথংলগা নাপ-নাচোম ওইনা মনাকোঙদা য়াম্বরি।"

**সখ্যামাশ্লেষঃ—**

২২। পুরঃ কলয় মণ্ডলীকৃত কঠোরবক্ষোরুহং
চলৎকনককঙ্কণক্বণিততুঙ্গিতানঙ্গয়া।
অপাঙ্গমঘমর্দ্দনে নয়নবীথিনব্যাতিথৌ
প্রসার্য্য পরিষস্বজে সহচরী চিরং চিত্রয়া॥ (৩৫)

**সখীতাড়নম্—**

২৩। বিমুঞ্চ নিখিলং বশীকরণকারণান্বেষণং
মনস্তয়ি বিশাখয়া মুরহরোপহারীকৃতম্।
মুহুর্যদনযা ভবৎপদসরোজকক্ষামিল-
ত্তড়িচ্চলদৃগন্তয়া স্ফুটমতাড়ি পুষ্পৈঃ সখী॥ (৩৬)

---

৩৪। **ভ্রূকম্পন**—মশাগী ফজবী মায়থোংনা শ্রীকৃষ্ণব্ গুম্নৎপগা লোয়ননা পীশূম অনিমক থেক্ত্না জগোই শারিবী বিশাখাবু য়েংলগ তাঞ্জা অমদা বৃন্দানা লঙ্নরকই—'হে বিশাখে! কামগী লীরুংমক্তগীসু হেন্না শাথীরবী (কিফম থোকপী) অদুগুম্বী নঙ্গী পীশূম অনিমক অদু থেক্ত্না করিগীদমক নহাক্না ঙসি অবাবা ফোংদোকলিবনো? নঙ্গী মায়থোং থম্বালগী মীংথিবী মঙানগী মশক ওইবী য়োহিলংনা মধুহিংচাবগী য়েক্লবগী মশক ওইবা মন্নাই কারবা শামূলমশাবু ফাওবা লায়নমক পুনশিনপ্পবনি॥'

৩৫। **সখ্যামাশ্লেষ**—(সখীবু কোনশিনবা)— **ইহান হানবা ওইনা শ্রীকৃষ্ণবু** উজবা ফংবতদা হরাউ মথোই কাজরবী চিত্রানা মশাগী সখীবু কোনশিন্দুনা মাগী ভাব ফোংদোকলিবা মতৌ অদুবু উরগা বৃন্দানা কুন্দলতাদা হায়রকই—'য়েংউ অসে সখি! অঘাসুরগী য়েক্লবা শ্রীকৃষ্ণনা ঙসি চিত্রাগী মিৎয়েং-লম্বীদা নৌনা থোঙ্দারবা অতিথি অমা ওইররবদা মথোঙ্দগীনা মকোক ফাওবদা লৈরিবা মশাগী কায়াৎ পূম্নমক লোইনা শীজিন্নহুম্না মহাক্না মতুম ভাবী, কন্নবী মশাগী ঙানফম অনিবু উত্ত্না অমদি সনাথূজি মন্নামগী নুংশিরবা থোম্মোক্না শ্রীকৃষ্ণগী কাম য়াকায়রন্দুনা মশাগী সখীবু কুইরেমথে অসুম চেজেং কোন-শিন্নিবসে।'

৩৬। **সখী তাড়ন**—ঈনথৎলকপা চহী মতাংগী ওইবা বিশাখাগী ফজবা

**অধরদংশঃ—**

২৪। ভজতি পথি দৃশোর্ব্রজেন্দ্রসূনৌ মদনমদোন্মুদিতা পুরস্তবালী।
ইয়মিহ কুপিতেব পশ্য সখ্যে বিধুবদনা রদনচ্ছদাবদাঙ্ক্ষীৎ॥ (৩৭)

**হারাদিগুম্ফঃ—**

২৫। কেয়ং পুরঃ স্ফুরতি ফুল্লসরোরুহাক্ষী
সখ্যে যয়া সুবল! মামবলোকয়ন্ত্যা।
আবৃত্য মৌক্তিকসরে পরিগুম্ফ্যমানে
চেতোমণির্মম সখে! তরলো ব্যধায়ি॥ (৩৮)

---

অমদি কেবা যৌবনচিংবা নীংথিজবা মতৌশিংবু উবদগী মিতাবনা লাঙ্‌তক্লহ্না মাবু ক্ষংনবপ্নীদমক্তা মশল মথা অয়াম্বা পাম্বৈ থিবা তোংনরিবা অহুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু অমদি খুদক্তা মশাগী অপাম্বা কোংদোক্লিবী বিশাখাবুসু উরগা বৃন্দানা নায়ক শ্রীকৃষ্ণদা পৃক্লীং লুম্বা বাহৈনা হায়রকলি—'হে কৃষ্ণ! বিশাখাবু খুহুম চন্নবগী-দমক অহুক বানা মন্ত্র-যন্ত্রনচিংবা থিরুবগী থোইনা কান্নবা লৈতে মরমদি, মাদি ইবুংঙো নঙোন্দা মপৃক্লীং হকচাং পুম্নমক লোইনা কথোকচগ্রবী অমনি। ওইথোক্তবনি খনবীরগনু; করিনা হায়ববু নোংথাঙ্‌গুম তথকপী মাগী মমিং মিৎচি অসিনা ঙাইহাক লৈতনা ইবুংঙো নঙ্‌গী নখোঙ্‌ থম্বাল অদৃতবু তম্না ম্নেংজহ্না মশাগী সখীবু লৈনা থাহ্না কোয়ভাল তাল্লি।

৩৭। **অধরদংশ**—শ্রীকৃষ্ণবু উবদা ইবুংঙো মাগী নীংথিজবা মতৌনা পৃক্লীং-ঈরাং হোরবী চম্পকলতাগী মতৌ-মওঙ্‌ পুম্নমক অদুবু তমহ্না ম্নেংহল্লগা বৃন্দানা শ্রীরাধাদা হায়রকই—'হে রাধে! ম্নেংউ অসে—ব্রজেন্দ্র-নন্দন শ্রীকৃষ্ণনা নঙ্‌গী সখীগী মিৎম্নেং মমাঙ্‌দা তাররবদা সখী অসিনা মথং-মথং হেনগৎলকপা কামগী মরাইনা ঙাওচৎনবী ওইরক্তুনা মপানথোঙ্‌দনা মশাগী সখীদা শাউবা ওইনা মচীনবান চীক্তুনা থাঙ্‌লিবসে।'

৩৮। **হারাদি গুম্ফন**—অচীকপা করিগুম্বা মফম অমদা শ্রীকৃষ্ণবু উজবদগী লাঙ্‌তক্লবা থম্মোইনা মাগী মিৎম্নেং মমাঙ্‌দা লৈনা লৈনা মুক্তাপরেং লেংবদা পৃক্লীং চঙ্‌লিবী কনাগুম্বী ব্রজগী নীংথিবী অমবু উহ্না হীকথরবা শ্রীকৃষ্ণনা সুবলদা মাগী মপাউ হংলকই—'হে সুবল! মাঙ্‌দা উরিবী, মিৎম্না থম্বাল লৈকা মানবী নুপী অসিবু কনানো হা? ঐবু উবদা ওয়রোমদা মঙক পৈতক

**মণ্ডনশিঞ্জিতম্—**

২৬। বিলোক্য মাং শ্যামলয়া বিদূরতঃ সংকীর্য্যমাণা মণিকঙ্কণাবলী।
বিভঙ্গতী ঝঙ্কৃতিডম্বরং মুহুঃ শঙ্কে ব্রবীত্যঙ্গজরাজশাসনম্ ॥ (৩৯)

**দোর্মূলপ্রকটনম্—**

২৭। শ্যামে! দিব্যতরাঃ স্ফুরন্তি পরিতো বৃন্দাবনান্তর্লতা
যাঃ কল্যাণি! বহন্তি হন্ত মধুরামগ্রে ফলানাং ততিম্।
চিত্রেয়ং তব দোর্লতা বলয়িনী যস্যাস্ত্বয়োল্লাসিতে
মূলে নন্দিতকৃষ্ণকোকিলমভূদাবির্বরীয়ঃ ফলম্ ॥ (৪০)

**কৃষ্ণনামাভিলেখনম্—**

২৮। দূত্যমত্র তব তিষ্ঠতু বৃন্দে! তিষ্ঠতে যদিযমিন্দুমুখী মে।
নাম মে বিলিখতি প্রিয়সখ্যাঃ পশ্য গণ্ডফলকে ঘুসৃণেন ॥ (৪১)

---

ভৌরগা অসুম মুক্তাপরেং লেংনা লেংনা ঐগী থঙ্গোই মণিবুসু (লীকয়ান-লক্টী য়াম্বনবা মণি) তপথকম খঙ্‌হল্লি ॥'

৩৯। **মণ্ডনশিঞ্জিত**—যূথেশ্বরী শ্যামলানা নোংমা মাবু উৎদগী থিংঙমত্রবী কামগী ময়াইনা মশাগী মপূক্কীং ফোংদোক্লকপা মতৌবু উরগা শ্রীকৃষ্ণনা খল্লকই—লাপ্পা ঐবু উরগা শ্যামলানা মাগী মণিগী খুজিমখৈবু পূল্লপ পুনশিন্নবা হোংলবদা অতংপা লৈতনা মতৃদগী থোক্লকপা নুংশিরবা মথোলনা কামদেবগী য়াথংবু শঙ্গোক্লিবগুম নীংহল্লি।'

৪০। **বাহুমূল প্রকটন**— (লেগ্রাক হাইগংপ') —শ্রীকৃষ্ণবু উৎবদগী পোক্লকপা হকচিল্লবা রাগনা শ্যামা সখীনা মশাগী মপূক্কীং ফোংদোকলিবা মতম্‌ অদুবু উরগা লঙ্‌নহুনা বৃন্দানা মতোন্দা হায়রকই— 'হে শ্যামা সখি! বৃন্দাবন অসিগী মায়কৈ মরিমক্তা পূক্কীং হুনবগী মশক ওইবী উরী উনাতনা কোয়না কোয়না রেংপা অদুগুম্বা তমাল পাম্বীতনা থম্মা হৌরি, অদুগা মতোন্দনা থুম্ন-থুম্নবা উঁহৈতনা কুংনা য়াম্বরি; অদুবু হে য়াইফথোইবী। ঐনা ওক্লিবদি—নঙ্‌না, খুজিনা-লৈতেংবী নপাম্বোম অদু থাংগৎলদা মতুগী হৌকম-মরু অদুদা লৈরম্বা উঁহৈ অনি অদুবু হেক উৎবদা কৃষ্ণগী শক্তম লোবা কোকিলগী পেঙ্গনবা ওইহল্লিবহুনি ॥

তরৌ লতায়া যোগঃ—

২৯। রূপং নিরূপ্য কিমপি ব্রজপঙ্কজাক্ষ্যাঃ
সাক্ষাদভূবমহমর্জ্জুন! যাবদার্ত্তঃ।
সা মামধীরমধিনোৎ কলধৌতযূথ্যা-
স্তাবত্তমালবিটপে ঘটনাং বিধায় ॥ (৪২)

অথ চাক্ষুষাঃ—

১৪। নেত্রস্মিতার্দ্ধমুদ্রত্বে নেত্রান্তভ্রমকূণনে।
সাচীক্ষা বামদৃক্‌প্রেক্ষা কটাক্ষাদ্যাশ্চ চাক্ষুষাঃ॥ (৪৩)

---

৪১। **কৃষ্ণনাম লিখন**—( শ্রীকৃষ্ণগী মিংবু য়েকপা, ইবা )— চহী মতাংনা পীরকপা ইন্দুমুখীগী ফজবা-নীংথিবা মতৌ উবদা শ্রীকৃষ্ণগী খাঙদবা ঈথৌ-লাংবগী মতৌ থঙ্‌লবী বৃন্দানা পাউ চংননবা থৌরাঙ্‌জিবত্ত্ব উবদা ইন্দুমুখী মশামক্তা ফোঙ্‌লকখিবা অশেংবা মপূক্লীংগী মতৌ থঙ্‌লবদগী পূক্লীং নৈতারব্লবা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই—'হে বৃন্দে! পাউ চংলূবগী কায়বা লৈত্রে, য়েংউ, ইন্দু-মুখীনা ( মশাগী মপূক্লীং ফোঙ্‌নবগীদমক্তা ) ঐবু উহন-উহম্না, ঐবু আলিঙ্গন পীনবগীদমক্তা ওইনা মশাগী চায়রুং-পাং অসিগী মথক্তা কুঙ্কুম-চন্দননা ঐগী ইমিং ইরিবসে?'

৪২। **তরৌ লতায়া যোগঃ**—(উদা উরী য়েংশিনবা মতৌ)—ব্রজগী শক-হেনবী অমগী চাংদম্লিংঙাই নৈত্রবী নীংথিজবী মতৌ উরুবদগী হামচংশরম্লবা শ্রীকৃষ্ণনা নায়িকা অহ্না অশেংবা মপূক্লীংগী অপাক্বা ভাব ফোঙ্‌লরুবদা থারুবদগী নুংঙাইবদা মন্নাই কাহল্লবদা মানা বারুবগী মরম হংজিবা প্রিয়-নর্ম-সখা অর্জ্জুনদা হায়রকই—'হে অর্জ্জুন! নীংথিবী অসিগী ফজমনবা মতৌ উরুবনা মরম ওইদ্না হায়কম থঙ্‌দনা ঐনা বারুরবদা, থৃদক্তা মানা তমাল পাম্বীদা সনা অহিংবা মচুগী উরীনা কোয়দা য়েংশিনখিবা মতৌনা ঐগী খাঙঙমদবা ইতৌবু মাঙ্‌হনখিদ্না অহোয়নহম পেঙ্গনবা ওইহল্লি।'

৪৩। **অথ চাক্ষুষা**—( মিৎকী বাকৎ )—ম্না কাথোক্তবা মিৎতগী খোয়রুম তৌবা মীনোক, উইরুম তৌবা মিৎয়েং ( নেত্রার্দ্ধমুদ্রা ), মিৎমৈ-থৃজিনবা মতৌ, ( নেত্রান্ত সঙ্কোচ ) খোইখোয়রবী মিৎয়েং, ওইগী মিৎতা। অমদি মিৎচিতনা অসুম য়েংবা মিৎয়েংবু 'মিৎকী বাকৎ' কৌই।

তত্র নেত্রস্মিতং, যথা—

৩০। বিভ্রমং রতিপতেঃ স্থগয়ন্তীং কেশবস্য পুরতঃ কপটেন।
ত্বামবেত্য চটুলে সখি! জাত্যা, গূঢ়মত্র হসতস্তব নেত্রে॥ (৪৪)

নেত্রার্দ্ধমুদ্রা—

৩১। কবয়ো হরিবক্ত্রপুষ্করেঽস্মিন্
সখি! নেত্রে কথয়ন্তি পুষ্পবন্তৌ।
অনয়োঃ সবিধে তবাক্ষিপদ্মং
ভবিতা নার্দ্ধনিমীলিতং কথং বা? (৪৫)

নেত্রান্তভ্রমঃ—

৩২। ন হৃত্তেঽপ্যধ্যস্তা রতিরণভুহাং সঙ্গররসে
ন রম্যেঽপি ক্রীড়া-সদসি সুহৃদাং ধীরুপহিতা।

---

৪৪। **নেত্রস্মিত**—( মিৎনা নোকপা )—শ্রীকৃষ্ণবু উজবদগী পোক্লকপা কেজ-নোজবনা লৈতেংলবী শ্রীরাধাবু উবদা বৃন্দানা অর্থচেনবা মীনোক লোয়ননা হায়রকই—'সখি। লোনম্বী ওইদুনা নহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী মাঙ্দা কামগী মশক ওইবী কেজ-মোজবী নত্তৌ অদুবু থঙ্খিদনবা হোৎনরিবত্ন উবদা থকচনতনা মশিন ওইবী নমিৎ অনি অদুনদি মরোল থোক্তনা নঙ্বু হম্না হম্না নোক্লরি॥'

৪৫। **নেত্রার্দ্ধমুদ্রা**—( উইক্লম তোৌবা মিৎ )—মশানা পামজবা মতুংইন্না নোংমা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লবী অমসুং মবুংগোবু উক্লবদগী পোক্লকপী ঈথো-লাংবী মত্তৌনা মশাগী রাকৎ ফোংদোক্লিবী শ্রীরাধাবু য়েংদুনা বৃন্দানা নুংশিনা হায়রকই—'হে সখি। ব্রজনিংথো-মজাইবুংগোগী নীংথিবা মায়থোংগী মশক ওইরবা অদুগুম্বা আতিয়া মকোয় অসিতদা থমলিবী নঙ্গী মিৎফম অনি অদুবু কবিশিংনা নুমিৎ-থাগুম পৈশক্লে, মরম অদুনা অনি অসিগী মনাক্তবু নঙ্গী মিৎস্না থম্বাল অদুনা তংখায় অমা উইশিল্লোইদবগী মরম করিনো? তাৎপর্য্য—নুমিৎ-থা অনিনা মতম অমত্তদা পূম্না থোক্লরবদা থম্বালনা তংখায় অমা লৈশাংতম, তংখায় অমনা উমশিন তোৌদুনা লৈবগুম শ্রীকৃষ্ণগী মিৎস্নাদা শ্রীরাধাগী মিৎস্নানা ডিল্লুরবদি ( মিৎতা মিৎ থমলুরবদি ) উইক্লম তোৌবা হায়বসি মশানা তাজবা বাকমনি।

ত্বয়ি ক্ষিপ্তাদৃষ্টিং পরমিহ তমালায়িতমভূ-
ন্মুকুন্দেন শ্যামে ! তদপি কিমপাঙ্গং নটয়সি ? (৪৬)

৩৩। কলিন্দজাকূলপুরন্দরে দৃশো-রধ্বন্যবাপ্তে প্রথমাধ্বনীনতাম্ ।
ত্রপাঞ্চিতং কিঞ্চিদকুঞ্চি চঞ্চলং বিলক্ষয়া শ্যামলয়া দৃগঞ্চলম্ ॥
(৪৭)

সাচীক্ষা—

৩৪। তির্য্যগ্‌বিবর্ত্তিতনটন্নয়নত্রিভাগং
প্রৈক্ষিষ্ট যত্তরণিজাপুলিনে মৃগাক্ষী
হৃন্মগ্নভগ্নমকরাঙ্কশরাগ্রবন্মাং
সদ্যস্তদদ্য নিতরাং বিবশীকরোতি ॥ (৪৮)

---

৪৬। নেত্রান্ত ভ্রমণ—নোংমা কৃষ্ণবু উবদা শ্যামা সখীনা মপুক্লীং ফো'-দোকপী অ১ওবী মিৎচিনা ম্লেংলকপদা মতুগী নীংথিবা ফজবা মতৌ অতুনা শ্রীকৃষ্ণবু খুদক্তা ভুকথহল্লিবদুবু খঙ্‌লবী বৃন্দানা শ্যামা সখীবু চৈহৎলকই—'হে শ্যামা সখি। নঙ্‌গী নকাদা মিৎয়েং থমজুবদগী মুকুন্দনা ষণ কাওজাউ অনি রাইনবগী নুংঙাইবত্রমক থম্মোইদা ফাওরবসু ( নঙ্‌বু উবদা মিৎফম হোংবা য়াত্রবসু ), মতুতনা মাগী অপেনবদি ওইদরি, মরূপ মণিজাশিং লোয়ননা শান্নবগী নুংঙাইবা মরক অতুদসু মপুক্লীং চঙ্‌খিদরে, তমাল-পাম্বী অমগুম মফম অসিতদা অসুম চপ-লেপ্তনা লৈত্রে, অসি য়েরিবা ফাওবসিদা করিগীদমক নহাক্না মিৎচিনা অতুম ম্লেংতুনা লৈরিবনো হা?"

৪৭। নেত্রান্ত সঙ্কোচ—( মিৎমৈ উইশিনবা )— ইহানমক হানব ওইনা শ্রীকৃষ্ণবু উজবা ফংবদা চাংদমদীংঙাই লৈত্রবী মাগী ফজবা-নীংথিবনা পুমওক হেক ওকহল্লবী অতুওম্বী শ্যামলা সখীনা তৌথোরকপা মতৌ মওঙ্‌শিং অদুবু উরবী বৃন্দানা নান্দীমুখীদা তমলি—'যমুনা খোঙ্‌বানগী মবুংঙো ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ইহান হানবা ওইনা শ্যামলাগী মিৎয়েং লম্বীদা লেপ্পরবদা ওকচখিবতনা মহাক্না হেক পঙ্‌থখিত্রনা ঈকাই থীগনবী মশাগী তথকপী মিৎমৈ অদুবু হাইক্ষেৎনা শূপচিনজখি ।।'

৪৮। সাচীক্ষা নজ্রপা বক্রদৃষ্টি—( খোইখোয়বী মিৎয়েং )— নোংমা যমুনা পুলিনদা ( মপান্দা ) নুংগী রাখল ফোংদাকপী অতুওম্বী শ্রীরাধাগী খোইখোয়নবী

বামদৃক্প্রেক্ষা—

৩৫। পূর্ণং প্রমোদোত্তরলেন রাধে শ্যামাং রসানাং নিধিমিন্দুভাজম্।
সব্যেন নেত্রাঞ্চলিনা পিবন্তী ত্বমুন্মনাঃ কুম্ভভবায়িতাসি॥ (৪৯)

কটাক্ষঃ—

১৫। যদ্গতাগতিবিশ্রান্তিবৈচিত্র্যেণ বিবর্ত্তনম্।
তারকায়াঃ কলাভিজ্ঞাস্তং কটাক্ষং প্রচক্ষতে॥ (৫০)

যথা—৩৬। চিত্রং গৌরি! বিবর্ত্ততে ভ্রমিকরী বিশ্রম্য বিশ্রম্য তে
দৃক্তারাভ্রমরী গতাগতিমিয়ং কর্ণোৎপলে কুর্ব্বতী।

---

মিৎয়েং উরুবদগী হীকথরবা শ্রীকৃষ্ণনা মত্গী মরম হংলকলিবা সুবল সখাদা অহীকপা খোম্থাঙ্না তাকপিরকই—'হে সুবল! যমুনা পুলিনদা ঙসি শজি-মিৎতা-তাবী শ্রীরাধানা লৈনা জগোইশাবী অমদি খোইখোম্লবী মিৎচিনা ঐবু তমনা লৈহনা য়েংলকখি। অদুগুম্বা মিৎয়েং অদুনা তেক্ত্না তারক্লম্বা কামগী অথোবা তেনজীনগুম ঐগী থম্মোই-লকানুংদা চঙ্শিনখিবদগী তশেংনমক ঐ অসি পুমহীক হীকথরবমক্লি!!'

৪৯। বামদৃক্ প্রেক্ষা— (ওয়গী মিৎয়েংনা য়েংবী)— অচৌকপা বন মচি অমদা নোংমা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন ফংবগী- ঈখো-ঈরাং-ঈরোয়নানা ইবুংঙো মাগী নীংথিবা ফজবা মতৌনচিংববু করিগুম্বা অমা তৌশিন্নহনা মুম্না অমুম য়েংহনা লৈজবী শ্রীরাধাবু য়েংলগা নুংশিবা খোম্থাঙ্দা বৃন্দানা হায়রকই; 'হে রাধে! প্রেমগী ঈথক-ইরৈনা থল্লবা, মপূক চোম্লবা, শৃঙ্গারনচিংবা রস খিবীকী হোৎকম ওইবা অদুগুম্বা থানিনগী মশক ওইবা (হায়বদি রস-গী মপু ওইবা, হরাউ-মুংঙাই হোৎকম ওইবা অমদি থানিনগুম ঈংবা মায়থোংনা মাগী ওইবা), অমদি মচুনা শং-মুনবা অদুগুম্বা সমুদ্র-ইরেলবু লাঙ্তক্লবগা লোয়ননা নহাক্না ওয়গী মিৎয়েং থুজোক্লা য়াহনা পেনজবা লৈতনা চুপ চুপ চুপশিল্লিবহমক্তি অগস্ত্য-মুনিমক্কী শক্তম লৌরি!!'

৫০। কটাক্ষ— মিৎ-নহাগী লেঙ্বা ওৎপা মতৌ হায়বদি মিৎকমদি লেঙ্দবা, মিৎ-নহাতনা মিৎলু-মিৎমৈদা চৎপা নত্রগা মফম হোৎদনা লেঙ্দনা অ২গুম্বা মিৎয়েংবু 'কটাক্ষ' হায়না কৌই।

যস্যাঃ কেলিভিরাকুলীকৃতমতেঃ পদ্মালিবার্ত্তা ক সা
গান্ধর্ব্বে ! মধুসূদনস্য নিতরাং স্বস্যাপ্যভূদ্বিস্মৃতিঃ ॥ (৫১)

১৬। ইত্যেতেষামসংখ্যানাং দিগেবেয়ং প্রদর্শিতা।
যথোচিতমমী জ্ঞেয়া নায়কেঽপ্যঘবিদ্বিষি ॥ (৫২)

১৭। স্বাভিযোগা ইতি প্রোক্তাশ্চেদমী বুদ্ধিপূর্ব্বকাঃ।
স্বভাবজাস্তু ভাবজ্ঞৈরনুভাবাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥ (৫৩)

---

৫১। মহুদি—

মশাগী মিংচি-মিংয়েংদা শ্রীকৃষ্ণবু তুকথহঞরবদা তাঙ্গা অদুমক্তদা মক্কম অদুদা খঙ্হৌদনা পদ্মা সখী চঙ্লকপা উবদগী পোল্লকপা কল্লক-কনজাউ-রাখলনা, মদু পুম্নমক চন্দ্রাবলীতনা শীজিল্লক্না তৌরিবনি হায়না শ্রীরাধানা চিংনরবদা বৃন্দানা মাবু অশেংবা মরম উত্না খঙ্চল্লি—'হে কুচু অপানবী। নঙ্গী মিং-নহাগী শক্তম লৌবী খোইমু অমাম অসিনা অঙকপা মওঙ্দা কায়দোংলগা কোয়না লৈনা অসুম চত্না নাপ-লৈত্তে-থম্বালগী মায়কৈতদা হল্লা হল্লা তমশিল্লি ( নাকোঙ্ মাকচিতদা য়েংদি ); ওস্থোকপনি। মাগী মতৌ য়েংল্লুরগা পুক্নীংদা খল্লকই মহুদি, মল্লং মধুসূদন ( লৈহৌথকপা খোইমু ) মকসু লাঙ্তক্লবা থম্মোইনা মশানা মশাবু ক্ষাওবা হেক কাউথোকচরি ; অদুগুম্বা মভাংদবু লৈরাং-থম্বালগী বাদি ( হায়বদি চন্দ্রাবলীগী ) করিবু অমুক হায়-রুগদগে ? [ অ ৫।১৮,১৪৭,১৪৮,৪।১৪৪,২৭ ]।

৫২। বাচিক—( রাঙাঙ্গী শক্লক ), আঙ্গিক—( হকচাংনা ওইবা মওঙ্ ), অমদি চাক্ষুষ ( মিংয়েং নায়েংগী মতৌ ) অসুম্না তোঙান তোঙানবা মথল কম্না থোক্না খায়দোক্না মশীং লাকঙমদ্রবা স্বাভিযোগকী ( মশাগী রাকং ) চাউরাকপা মওঙ্ অমত্তং মভাং অসিদা উংলিবসিগুম্না নায়ক-চূড়ামণি-ওইবা শ্রীকৃষ্ণদসু অসিগুম্বা স্বাভিযোগ-গী মতৌশিং অসি অদুম্মক মরাং কায়না লৈ হায়বসি খঙ্নগদবা ওই।

৫৩। স্বাভিযোগ—হায়বসি মশানা ভৌজবা, মশাগী ভাব ফোংদোক্না নায়ক-কা ভিন্নজনবা হোৎনবা অদুগুম্বা মতৌ-মওঙ্শিং অদুবু হায়বনি হায়বসি খঙ্নগনি। মথক্তা হায়খ্রবা আঙ্গিক, বাচিক অমসুং চাক্ষুষ—স্বাভিযোগশিং অসিনা মশাগী লৈপুন-লৈশেম-ওইনবা-রাখলনা মাঙ্ওইনরবদি অদুগুম্বা থৌদৌ-

অথ আপ্তদূতী—

১৮। ন বিশ্রম্ভস্য ভঙ্গং যা কুর্যাৎ প্রাণাত্যয়েষ্বপি।
স্নিগ্ধা চ বাগ্মিনী চাসৌ দূতী স্যাদ্‌গোপসুভ্রুবাম্
অমিতার্থা নিসৃষ্টার্থা পত্রহারীতি সা ত্রিধা ॥ (৫৪)

তত্র অমিতার্থা—

১৯। জ্ঞাত্বেঙ্গিতেন যা ভাবং দ্বয়োরেকতরস্য বা।
উপায়ৈর্মেলয়েত্তৌ দ্বাবমিতার্থা ভবেদিয়ম্ ॥ (৫৫)

যথা। ৩৭। সা তে বকান্তক! কটাক্ষশরার্দ্দিতাপি
জীর্ণং ত্রপা-কবচমেব বৃথা বহন্তী।
বর্ণৈর্নুনোদ মুখচন্দ্র-বিগাহিভির্মাং
গর্ম্যোদ্দর্শাং গুণতয়া ন কিল শ্রুতীনাম্ ॥ (৫৬)

---

থোৗওঙ্‌শিং পুন্নমক অদ্ব হায়রিবা 'স্বাভিযোগ' অসি ওইগনি; অদুগা মসিমা করিওন্না মবুংঙোবু দর্শন ফংজবনচিংবদগী মশানা অদুম্মক (খুৎশেম য়াওদনা) ওইজরকপা মতৌ ওইরবদি মখোয় অদুবুনা মশাগী থম্মোইমুংগী ওইবা নুংগী ভাব অদুবু খঙ্‌নবা 'অনুভাব' হায়বদু ওই হায়না রস-ভাব-মুন্না খঙ্‌লবা কবিশিংনা হায়রৈ।

৫৪। আপ্তদূতী—মথরায়মক থাগদোরবা ফাওবদা মশাগী থাজববুদি খক মাঙ্‌হন্দবী, য়াঙাঙ্‌-য়াতা চঙ্‌খোনবী অমদি নুংশি হৈবা মতৌনা তিনবী অদুবু রসশাস্ত্রনা 'আপ্তদূতী' হায়না কৌরৈ। মসিগী মথল অহুমনি—

১। অমিতার্থা (নায়ক-নায়িকা অনিমকী ইঙ্গিত মতুংইন্না মীনা য়েৎ-ঙমদবা মওঙ্‌দা মশীং থীঙমদবমথৈ কায়নবা তৌবী)।

২। নিসৃষ্টার্থা (করিওন্না অকরুবা থবক অমা শিন্নখিবদা মদুতবু পাঙ্‌থোকপী)।

৩। পত্রহারিণী—(চিঠি নত্রগা চীন্না পাউ পুবগী থবক্তমক তৌবী)।

৫৫। অমিতার্থা দূতী—নায়ক নত্রগা নায়িকাগী ইঙ্গিত মতুংইন্না মথল কয়াগী পাথৈনা অনিমকপু উন্নহনবা ওবী অদুবু 'অমিতার্থা' হায়না কৌই।

৫৬। মচুদি—শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংবদগী ওইবা লাঙ্‌তক্রবনা পাথৈ নৈজন্নবী

অথ নিসৃষ্টার্থা—

২০। বিন্যস্তকার্য্যভারা স্যাদ্দ্বয়োরেকতরেণ যা।
যুক্ত্যোভৌ ঘটয়েদেষা নিসৃষ্টার্থা নিগদ্যতে॥ (৫৭)

যথা—

৩৮। অঘদমন! জগত্যনর্ঘরূপা, বিলসতি সা গুণরত্নরাশিরেকা।
ধিগপটুমতিরস্মি যৎ পুরস্তাৎ, কঠিনমণেস্তব বক্তু মুদ্যতাম্॥ (৫৮)

---

অমগুম রানা খাঙ্লবমক্তদসু ঈকাইবা লাংনা থৎখিবদগী মানা মপানদা চখোকচনীংবগী ভাব অদুদুদি কনাগী মকাদসু ফোংদোকচদবী অদুগুম্বী শ্রীরাধাগী মতৌবু মুম্না খঙ্লবী অমিতার্থা দূতী অমনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লগা কৌদুনা হায়রকই—'হে বকাসুর হাৎপা! নঙ্গী মিৎচি লাংদা থুবগী অরা-চৈনা খাঙ্জরবমক্তদসু শ্রীরাধানা ঈকাইথীবীগী মশক ওইরবা অমনবা লানফি (কবচ) অমনা কাদবদা মশাবু য়োমশিল্লদুনা লৈহৌরি। মাগী মমায় মায়থোং থানিনবু শানবা থুংনা কুপশিল্লিবা মচু অদুদি (ঐনা তম্বা থোক্তে) মিৎনা য়েংদুনা উরগভা খঙ্গদবা মঙায়, মদুবু নাকোঙ্না তাগদবদি নত্রে হায়বদি মাগী মায়থোংগী মকশিল্লবী (লৈচিন থাংলবী) মচু অদুভনা ঐবু নঙ্গী নকা য়োহল্লকলিবনি।

৫৭। নিসৃষ্টার্থা দূতী—নায়ক নত্রগা নায়িকানা শিন্নবা থোদা লৌরগা মরৌশিং-মবুদ্ধিতনা অনিগী লৈপুন ওইনহনবী অদুবু 'নিসৃষ্টার্থা' দূতী হায়না কৌই।

৫৮। শ্রীকৃষ্ণগা উন্নবা ফংহন্নবগীদমক শ্রীরাধানা শীরকপী কনাগুম্বী 'নিসৃষ্টার্থা' দূতী অমনা কৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লগা বাপা চানা শ্রীরাধাগী মতিক মগুণবু শকলরি—'অঘাসুরগী য়েক্লবও হে! মালেম লৈকোয়বুং অসিদা চাংদম-নীংঙাই লৈতনা ফজবী. নীংথিবী মিৎয়ানা অমগা মান্নবা লৈতবী (মানা মহেল্লবী), অথোইবা নীংখিবা গুণতগী তুংনফম-ইরেজলগীসু অনিগুব্রবা তুংফম ওইরিবী অদুগুম্বী শ্রীমতী রাধানা পূম্নমক্কী মথক্তা তোমথিন ঙাম্মি। অদুবু ঐ অসিমক্তি ওম্বোকপনি। খায়দগীসু হেন্না পঙ্বীনি, করিনা হায়রববু খায়দগীসু হেন্না চুগন্নবা নঙ্ অসিগী নকামক্তদসু মাগী মপাউ তম্লনবা হোৎনবা শাম্নি।' মশাবু হৈথোই-শিংথোইজদবী অপঙ্বী ভাহন্দুনা মানা শীজিন্নকপা মঙঙ্ অদুবুদি

অথ পত্রহারী—

২১। সন্দেশমাত্রং যা যূনোর্নয়েৎ সা পত্রহারিকা ॥ (৫৯)

যথা—৩৯। ত্বয়া নিভৃতমর্পিতা ময়ি মুকুন্দ! সন্দেশবাগ্
ব্রজাম্বুজদৃশাদ্য যা শ্রুতিপুটেন তাং স্বীকুরু।
প্রবিশ্য মম নির্ভরে যদিহ সান্দ্রনিদ্রোৎসবে
কদর্থয়সি ধূর্ত্ত! মাং কিমিব যুক্তমেতত্তব ॥ (৬০)

২২। তাঃ শিল্পকারী দৈবজ্ঞা লিঙ্গিনী পরিচারিকা।
ধাত্রেয়ী বনদেবী চ সখী চেত্যাদয়ো ব্রজে ॥ (৬১)

তত্র শিল্পকারী—

৪০। ত্বামাহুঃ প্রমাদাকৃতিং ভগবতস্তুষ্টির্দ্বিতীয়াং তনুং
তত্তূর্ণং লিখ রূপমত্র ভুবনে যদ্ বেৎসি লোকোত্তরম্।

---

থূপচানরিবা মতৌ অসিনা শ্রীরাধাবু মানা হেন্না লূনা তৌজবা মতৌ উত্তূনা হেন্না লাঙ্‌তরূবা পোকহল্লি। শ্রীকৃষ্ণগী চূগন্নবা মতৌবু মাগী মবুদ্ধি থেনবত্তনা ওইহনবা তাহন্দুনা (অশিংবী অমা ওইরবদি কৃষ্ণগুন্নবু কদাইদগী চূগন্নবদ্র ঙমগদগে?) শ্রীরাধাগী নুং-পান অনিমক্তী ম্লোন' নীংথিজবা মতৌ অদুবু কোং-দোকপদা হেন্না চেংশিন্নবা মরম ওইহল্লি।

৫৯। পত্রহারী দূতী—নায়ক নত্রগা নায়িকাগী পাউদমক পুবী দূতী অদুবু 'পত্রহারিণী' কৌই।

৬০। কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমনা থাম্নকপী পত্রহারিণী অমনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লগা অচীকপদা মবেম্মগী চীনবাউ অদুবু তমজি—'হে মুকুন্দ। অচীকপদা ঙসি ব্রজদেবীনা শিন্নরকপা পাউ অসিবু মূন্না তাবিরগা মহৃদা নহাক্না ম্লাবীয়্—হে লৌনম্বা। ম্লৌনা তূমথুন হন্দুনা নৈজবী (ইশিংনা তূমদুনা নৈজবী) ঐবু নঙ্‌না নত্তবা থবক তৌবীম্রিবদুবু নঙ্‌ঙ্গী অমগী মতিক চাবা ওইথিবরা?' [ অ ৫ | ১৪৫ ]

৬১। অসিগুম্বী 'আপ্তদূতী'শিং অসিগী মমুংদা ব্রজদা—শিল্পকারী, দৈবজ্ঞা, লিঙ্গিনী (লাইনীংবীনচিংবগী ফিজেৎ-লেৎপী), পরিচারিকা, ধাত্রীকন্যা (বৃন্দান-চিংবী) বন লাইরেম্বী অমসুং সখীনচিংবীশিংসু ম্লাওল্লি।

ইত্যভ্যর্থিতয়া ময়াদ্য ফলকে ত্বাং প্রেক্ষ্য সা চিত্রিতং
চিত্রা চিত্রদশাং গতা সহচরী নেত্রেষু চিত্রীয়তে ॥ (৬২)

দৈবজ্ঞা—৪১। তবাদ্য শুভরোহিণী-বৃষভরাশিভাজঃ পরা-
মবেত্য গণনাদহং সুখসমৃদ্ধিমত্রাগতা।
তদেহি মুদিরাকৃতে! পরমচিত্রকোদণ্ডভা-
গখণ্ডবিধুমণ্ডলা ভবতি বিদ্যুদুদ্দ্যোততাম্ ॥ (৬৩)

---

৬২। **শিল্পকারী দূতী**—( লাইয়েকপনচিংবা শিল্পবিদ্যাদা হৈশিংবী )—শিল্পকলা হৈবী কনাগুম্বী দূতী অমনা শ্রীকৃষ্ণগী পাউ পুদুনা চিত্রাগী যুমদা লাকলি, মথংদা চিত্রানা মীরমলেনগী নত্তবা ফজবা শক অমা য়েক্লনবা থোদা পীবা মতুংইন্না মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি অমা য়েক্তুনা উহনখি—মূর্ত্তি অদুবু হেক উবমত্তদা চিত্রানা ওইখিবা মতৌ অদুমক মহাক্না শ্রীকৃষ্ণদা লাক্লগা তমলখি—'হে কৃষ্ণ! চিত্রানা ঐঙোন্দা হায়খি—হে লাইয়েকপী! শাস্ত্রনা হায়, নঙ্দি ভগবান বিশ্বকর্ম্মাগী অনিশুবা মূর্ত্তিনি, নূপীগী শক্তমদা মানা হৃজীক অবতার তৌরকপীনি, মরম অদুনা মরোল অহম্মক্তগী খায়দগী থোইদোক্লা নীংথিজবা অদুগুম্বা শকফম অমত্তং য়েক্তুনা ঐবু উহনবীয়ু' অসুম্না চিত্রাদেবীনা হায়জরবদা ঐনা ঙসি পাংগী মথক্তা নঙ্গী মূর্ত্তিবু য়েক্তুনা উহল্লুবদা চিত্রা অদো অঙকপগী মতৌ অমা ওইরকখি, মাগী মতৌ অদুবু উনরবদা মশাগী সখীশিং ফাওবনা খম থেংনা ঙক্লখি হায়বদি—অয়েকপা লাইমক্কুম চঙক্লখিদুনা চপয়ুংনা লৈখি ( চিত্র-অয়েকপা ) ॥"

৬৩। **দৈবজ্ঞা**—শ্রীকৃষ্ণনা থারকপী দৈবজ্ঞা ( লাইফাও ঙম্বী ) কনাগুম্বী দূতী অমনা মথৌ পাঙ্থোক্লবা শ্রীরাধাগী নাক্তা লাক্লগা মাগী ইঙ্গিত-ফোরোয়-মতুংইন্না পাঙ্থোক্লীংবা পাঙ্থোক্লদুনা মাবু সঙ্কেততা ( অরোনবা মফমদা ) পুদুনা চৎখি। মথংদমা সখাশিংগা কোয়না শায়দুনা লৈরম্বা শ্রীকৃষ্ণগী নাক তাম্না অমুক লাক্লগা মহাকপু সঙ্কেত মফম অদু তাম্না চৎহনখিনবগীদমক মাগী রাশি-চক্রনচিংবগী মরম খঙ্হনবীবা শানা মাবু কৌদুনা হায়রকই—'ঐনা পাদম তৌদুনা য়েংবদা খঙ্লে, ঙসিদি য়াম্না ফবা রোহিণী-নক্ষত্রনা পানবা, বৃষরাশিনা তিনবা; নঙ্গী ওইজ-ওইথক ফংজো হায়বা অদুগুম্বা নুমিৎ অদুমক্কি। মরম অদুনা অমংবা নোংলেন নোংহো কুচু মানবগ হে। ঐগী তুং ইল্লকউ, অঙকপা

লিঙ্গিনী—২৩। লিঙ্গিনী তাপসীবেশা পৌর্ণমাসীষদীরিতা ॥ (৬৪)

যথা—

৪২। সরলে ! ন বিধেহি পুত্রি ! চিন্তাং, বশগস্তে ভবিতা ব্রজেন্দ্রসূনুঃ
যদহং চতুরাত্র সিদ্ধমন্ত্রা, জরতী প্রব্রজিতা তবাস্মি দূতী ॥ (৬৫)

পরিচারিকা—২৪। লবঙ্গমঞ্জরী-ভানুমত্যাদ্যাঃ পরিচারিকাঃ ॥ (৬৬)

যথা—৪৩। সহচরপরিষত্তঃ ক্ষিপ্রমারাদ্বিকৃষ্ট-
স্তব গুণমণিমালামীশ্বরি ! গ্রাহিতশ্চ।
মধুরিপুরয়মক্ষোঃ প্রাপিতশ্চাভিকক্ষাং
ভণ পুনরপি সেয়ং কিঙ্করী কিং করোতু ॥ (৬৭)

---

লীরুং পায়বী ( পীশূমনা মাগী ওইবী ) অমদি মপুংফারবা থানিনগুম্বী ( থানিন মানবী মায়থোং ), নোংথাঙ্ মঙাল চেনবী অদুগুম্বী উরীনা নঙ্গী লৈতেং ওইসনু।'

৬৪। লিঙ্গিনী—পৌর্ণমাসীগুম্বী লাইনীংবী ফিজেৎ-শেৎপীবু খঙ্নৈ।

৬৫। শ্রীকৃষ্ণবু ফংজনীংবগী লাঙ্তক্লবনা শ্রীরাধানা বাজহৌবা মতৌ অদু পৌর্ণমাসীনা নান্দীগী চীন্নগী তারদুনা মাগী মনাক্তা লাক্লগা শ্রীরাধাবু থেমজিন্নুনা হায়রকই—'ইতিং তিংজবী, হে ইচা ইবেম্মা ! অদুক হাক্লা খল্লুগনু, ঐনা নঙ্গী নপাউ পুদুনা চৎকনি, ব্রজ-নিংথৌগী মজাইবুংঙো অদুবু নঙ্না শোয়দনা খুত্থম চনশিনগনি, অহলসু ওইরবী সংসার থাদোক্লবী ঐনা ব্রজ অসিদা হৈশিংবী, মন্ত্রসিদ্ধি ওইবীনি হায়না কাওরিবসি অসিগুম্বা হীরম অসিতদনি খঙ্উ।'

৬৬। পরিচারিকা—লবঙ্গ মঞ্জরী অমসুং ভানুমতীনচিংবীবু 'পরিচারিকা' হায়না কৌই।

৬৭। শ্রীরাধিকানা থারকপী লবঙ্গ মঞ্জরীনা সখীশিংগী মরক্তা লৈরম্বা কৃষ্ণবু মশাগী হৈশিংবা মতৌনা তাং তৌদুনা ময়াম মরক্তগী চিংথোক্লনা শ্রীরাধাগী নাক তাম্না পুয়রক্লগা হায়রকই—'হে ইবেম্মা ! সখীশিংগী মরক্তগী চিংথোক্লনা থাগ্না পুথোকচরক্লবা মধুহিংচাবগী য়েক্লবা অসিবু নঙ্গী নগুণগী মশক ওইরবা মণিপরেং অদু শিজিনজগ্রবনি। অদুগা হুজীক্লা নঙ্গী মিৎয়েং মমাঙ্দা লেপহল্লরবসিনি। হুজীক অমুক ননাইনুবী ঐনা পাঙ্থোকচকম থোকপা কয়িনো তাকপিয়ু।'

ধাত্রেয়ী—৪৪। ধাত্রেয়িকাস্মি মধুমর্দ্দন ! রাধিকায়া-
স্ত্বয্যদ্ভুতং কিমপি বক্তুমিহাগতাহম্ !
নিষ্পদ্য কৃষ্ণরুচিরম্ভ হিরণ্যগৌরী
সদ্যঃ সুধাকরকলাধবলেয়মাসীৎ ॥ (৬৮)

বনদেবী—৪৫। জাত্যাহং বনদেবতাপি ভগিনী কুত্রাপি তে প্রেমতঃ
কাপ্যম্বা জননী ক্বচিৎ প্রিয়সখী কুত্রাপি ভর্ত্তুঃ স্বসা।
গ্রীবামুন্নময় প্রসীদ রচয় ভ্রূরিঙ্গিতাদীঙ্গিতং
কূর্য্যাদ্বল্লবকুঞ্জরঃ পরিণতিং বক্ষোজকুম্ভে তব ॥ (৬৯)

অথ সখী—

২৫। স্বাত্মনোঽপ্যধিকং প্রেম কুর্ব্বাণান্যোঽন্যমচ্ছলম্।
বিশ্রম্ভিণী বয়োবেষাদিভিস্তুল্যা সখী মতা ॥ (৭০)

---

৬৮। ধাত্রেয়ী—শ্রীকৃষ্ণবু ফংদবদগী শ্রীরাধানা ঙমখৈ লৈতনা রাবা মতো উবদা ধাত্রী-পুত্রীনা (ধাত্রীনা পোকপী। ধাত্রী—শ্রীরাধাগী মমাগা পোকমিন্নবী মামনা লৌবী মনে) শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লগা ওইথোক্তবা অঙকপা অমা মান্না উরকপা ওইনা পাউদম্লরি—"হে মধুহাংপা ! (মন্নাইকাবা পুক্লীংবু মাঙ্হনবা ?) ঐ শ্রীরাধাগী য়োকচবীন্দা (ধাত্রীনা) পোকপীনি, অঙকপা থোওঙ্ অমা তম্লীংমনম্ভহ্না চেল্লক্লিবনি। মশাগী কুচুনা সনা অহিংববু ঙমজবী শ্রীরাধানা মশাবু শংলেনমচু শঙ্শিল্লগা (শ্রীকৃষ্ণতদা মপূক্লীং লৃপ্তনা) হজীক্লা অমুক থাগী মঙানঙম পূমঙো ঙোথোকহোরে (কুচু তাইফেৎ তাইবী ওইনা মশাগী ময়েং তাবসু ওইহোরে)।।"

৬৯। বনদেবী—মঙ্গলাবু শাউবা ফহল্লনবগীদমক কৃষ্ণনা থারকপী বৃন্দানা মাবু থেমহ্না হায়রকই—'ঐ অসি বন দেবীগী জাততা পোক্লবসু নঙ্গী প্রেমতনা অমুক মচে ওই, অমুক্লা মনেম শক্, করিঙঙ্বদনা লুনা তিন্নবী মরূপ অমুকসু ওই, করি করিঙঙ্বা মতাংদনা নঙ্গী ননম্মা অমুক হেক ওইহ্না নঙ্গী কান্নবতা তোরকপীনি। নঙক হাইগত্তনা হরাউনা অমুক্তং মোমোন নোক্তনা নীংথিজবী মিৎলৈ মিৎয়েংনা শারূপ-পুবা শামু-লমশাবু (কৃষ্ণ শামুবু) নঙ্গী ঙানকম হৈরাং মথক্তা চাক্তারনবা কৌশিঙ্গো ॥'

যথা—৪৬। ন মে শোকস্তস্যাং যদিয়মতিপূতৈঃ প্রিয়সখী
হতা তে দৃগ্ভঙ্গীষুভিরনুপমাং যাস্যতি গতিম্।
পরং শোচাম্যচ্চৈর্জগদিদমহং যন্মধুরিপো
বিনা তস্যাঃ প্রেক্ষামহহ ভবিতা ব্যর্থনয়নম্। (৭১)

১৬। বাচ্যং ব্যঙ্গ্যমিতি দ্বেধা তদ্দূত্যমুভয়োরপি ॥ (৭২)

তত্র কৃষ্ণপ্রিয়ায়াং বাচ্যং, যথা—

৪৭। শপ প্রহর তর্জ্জ মাং ক্ষিপ বহিষ্কুরুষ্বাত্ত বা
কদাপি মতিরাগ্রহান্ন সখি! মে বিরংস্যত্যতঃ।
প্রযামি তদহং হরেরুপনয়ায় সত্যং ব্রুবে
ন সা শ্বসিতু যা ন বামনুভবেন্নবাং সঙ্গতিম্ ॥ (৭৩)

---

৭০। সখী—মহে মহে করিসু অরোন-অথূপ থয়দবী অমনা অমবু মশা মশাদগীসু হেন্না নুংশিনজবী, থাজনবী অমসুং লেংমান্নবী অহুগা ফিজেৎ-লৈতেং, হৈবাশিংবা মতৌ, ফজবা নীংথিবা অমদি কেবা মৌবনচিংবদা চপ চপ মান্নবী মখোয় অদুবু 'সখী' হায়না কৌই।

৭১। মহুদি—শ্রীকৃষ্ণবু উরুবদগী শ্রীরাধানা উৎকণ্ঠাগী অরোইবা গুমথে য়ৌশিল্লকপদা মধ্যাগী মতৌ ওইবী কনাগুম্বী সখী অমনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লগা মাগী সখীগী অৱাবা মতৌ অদুবু তমহুনা শ্রীকৃষ্ণদা অথীবা খোনকম থাক্লকই— 'হে মধুসূদন! নঙ্গী মিৎয়েং মশক ওইরবা মক্তবা থোরবা তেন্না থাবীবদগী ঐগী-চান্নজবী সখীনা লানথিনবগী মতৌমক ওইপ্রবদসু মহুনা ঐত্তোন্দা অৱাবা করিসু লৈরুদে, অহমদি ওইরগা ওস্মোকপনি। তনৌজবী মাগী নীংথিবী মিৎয়েং নগ্রবদি তাইবঙ্পানবা অপূম্বগী মিৎ পূম্নমক অসিনা অরেম্বা তাহৌগদবা মতৌ অহুতংদি ঐনা খল্লবদা নুংঙাইতবা পোকই।" [অম ৩৪]।

৭২—৭৩। মতৌ অসুম্না সখীনা পাউ চৎপগী মওঙ্ অসি (নায়ক, নায়িকা) অনিমক্তা লৈবনা মসিবু 'বাচ্য' অমসুং 'ব্যঙ্গ্য' হায়না মখল অনি থোক্না থায়দোকই। মহুগী মনুংদা শ্রীকৃষ্ণ-প্রিয়াশিংদা 'বাচ্যদূতী'গী মওঙ্দি—

* শ্রীরাধানা নুং-হৎনা থুপচানহুনা লৈপ্রবদা শ্রীকৃষ্ণদা লৈবী মাগী অনুরাগ

---

* মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াই—মহাপুরুষশিংনা মালেম লৈমগী অৱাবা

ব্যঙ্গ্যং, যথা—৪৮। সখি ! তর্কিতাসি কামিত-কৃষ্ণাগুরুসৌরভা ত্বমিহ।
ভবদভিমতার্থবিধয়ে নৈগমসবিধং গমিষ্যামি ॥ (৭৪)

যথা বা ৪৯। ত্বমসি কিমিব বালে ! ব্যাকুলা তৃষ্ণয়োচ্চৈ
শৃণু হিতমবিলম্বাং তত্র যাত্রাং বিধেহি।
বিলসদমলরাগঃ পূর্ব্বশৈলস্য তিষ্ঠন্
বিধুরুপরি চকোরি ! ত্বৎপ্রতীক্ষাং করোতি ॥ (৭৫)

---

অদুবুদি মূমা খঙ্‌বী, লঘুপ্রখরা ওইবী সখী অমনা রাধাগী মখুৎ-মশাগী ইঙ্গিতনা মাবু ফনমক থিংহনসু শ্রীকৃষ্ণবু পুরকবগীদমক চৎকে হায়না লেপ্তুনা কত্তকপা বাহৈনা তায়রকই—'হে সখি। ঙসিদি নঙ্‌না ঐবু শিরাপ তোগে তো, ফুগে হায়রবসু ফু, চৈম্ব-থাংউ নম্রগা তাম্বোক্লীংলবসু তাম্বোকউ—অদুম ওইনমক ঐগীদি পামলিবা থবক অসিবু খক থাদোকদবা লৈত্রবনি, মরম অদুনা ঐ তশেংনমক শ্রীহরিবু পুরকবা চৎলবনি—লখোয় অনিগী নোনা তিনবা মতোবু উনীং-খঙ্‌-নীংদবী অদুগুম্বী সখীশিং অদুদি ঙম্না শিত্রসনু।'

৭৪। কৃষ্ণপ্রিয়াদা-ব্যজ্য-দূতীগী মশক্তি—তোথোরকপা মশাগী থোদো-থোওঙ্‌না শ্রীকৃষ্ণগা মিলন ওইনীংবগী ঈশোলাংবা মতোবু মূমা খঙ্‌লবী কনাগুম্বী 'সমমধ্যা' ওইবী সখী অমনা শ্রীকৃষ্ণবু পুরক্লীংহনা মুংশিবা বাঙাঙ্‌না শ্রীমতীদা স্নেহ তোহনা হায়রকই—'হে সখি। নতো উরগা ঐনা খল্লি মহুদি, নঙ্‌না অমুবা অগরুগী মুংশিবা মনমতবু খোয়াংলি ( অর্থ অমদনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তৈবা অগরু-চন্দনগী মনম ); মরম অহনা নঙ্‌না নীংলিবা অদুবু থুংহনবগীদমক ঐ লল্লোনবা ( নাগর ) অদুগী মনাক তাম্না চৎলে।

৭৫। 'সখি' অসুম হায়না কোঁহনা মশামক্তা ব্যঙ্গ্যনা পাউ চৎপগী খুদম মথক্তা অসুম্বা পীরগা হজীক মথংগী পদ্যদনা 'ব্যপদেশ-ব্যজ্য'গী ( অমদা হায়রগা অমবু খঙ্‌হনবা ) মতোবু অমুক তাকলি।

---

কোক্লনবা মীরমলেনগী অথিংবা পুম্নমক থাদোক্তুনা শিবা কিদনা, থক্তগী ভগবানবু কোৗথহনা মালেম লৈমগী অবাবা কোকপা অদুগুম্বা লৈপুন-লীলা শাগৎচরগা অদুগুম্বী মালেমগী ফজবী নীংথিবী মতোবু স্নেংজরগতা পেঙ্গনীংবা মতোনা অকনবা সাধন তোমবা মতোশিং। শ্রীচৈতন্য, শ্রীঅরবিন্দ—অসিগুম্বী সখীদূতীশিং অসিমক্তী মতোনি।

অথ কৃষ্ণে বাচ্যাম্—

৫০। তয়াস্মি কৃষ্ণ! প্রহিতা তবাগ্রে,
সৌন্দর্য্যসারোজ্জ্বলয়া ত্রিলোক্যাম্।
অভূতপূর্ব্বাং রচয়ন্ বিধির্যাং,
স্বস্যাপি বিস্মাপকতাময়াসীৎ ॥ (৭৬)

অথ ব্যঙ্গ্যম্—

২৭। তৎপ্রিয়ায়াঃ পুরঃ পশ্চাৎ কৃষ্ণে ব্যঙ্গ্যং দ্বিধা ভবেৎ।
তৎ সাক্ষাদ্ব্যপদেশাভ্যাং দ্বিবিধঞ্চ দ্বিধোদিতম্ ॥ (৭৭)

তত্র তৎপ্রিয়ায়াঃ পুরঃ কৃষ্ণে সাক্ষাদ্ব্যঙ্গ্যং, যথা—

৫১। মাধব! কলাপিনীয়ং, ন সবিধমায়াতি মে দুরারাধা।
নিজপাণিনা তদেনাং, প্রসীদ তূর্ণং গৃহাণাত্ত ॥ (৭৮)

---

অভিসারগীদমক ফিজেৎ-লৈতেংলবী শ্রীরাধানা কৃষ্ণগী পাউ লোইহনবা থাখিবী অত্তগুম্বী মাগী সখীনা কৃষ্ণবু সঙ্কেততা থনয়গা লাঙ্‌তরুনা মাগী লম্বী য়েংদুনা লৈরম্নিবী মবেম্মগী মনাক্তা অমুক হল্লক্‌না মবেম্মবু তাহন্না উশা-থক্তা তোংলিবী চকোরী (নোংইন?) চেক্লাবু কৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী লৈফম তাক্‌না থুনা অভিসার তৌহল্লি—'নৌজম্নিবী হে নোংইন চেক্লা-ও! নঙ্‌বু ঈখৌ লাংব-তনা লাকহংলবীরা? ঐনা হায়বা তাও, নঙ্‌গী ফননবনি, থীন্দনা মকম অত্তুদা অভিসার তৌজখো। ঙাঙ্‌লৈনবা মচুনা (রাগনা হায়বদি মক্ত্‌বা প্রেমনা) লৈতেংলবা থানিননা (হায়বদি কৃষ্ণ) নোংপোক-চীংথক্তা (চীংখৈ চীংদা হায়বদি নোংপোক্তা লৈবা গোবর্দ্ধন চীংজাউগী মথক্তা) থোক্ত্‌না নঙ্‌বুতবু ঙাইহ্নুনা লৈরি॥'

৭৬। কৃষ্ণদা ওইবা বাচ্যদূত্য—শ্রীরাধাগী কনাগুম্বী সখী অমনা শ্রীকৃষ্ণদা হংগংলি—'হে কৃষ্ণ! মরোল অহুমগী খায়দগী ফেনবা ফজবতনা মচাক ওইনহুনা শেম্নকপদা মাবু শেম্বা নোংদম্বা লাই অত্তু ফাওবনা ঙক্নবা ওইরিবী (শ্রীরাধা) অত্তুনা থারক্ত্‌না নমাঙ্‌দা ঐনা লেপচরবনি।

৭৭। ব্যঙ্গ্য—শ্রীকৃষ্ণপ্রিয়াগী মমাঙ্‌ অমসুং মতুং হায়না শ্রীকৃষ্ণদা তৌবা ব্যঙ্গ্য মখল অনি ওই; মখোয় অত্তুগী অমমমগীসু অমুক মখল ২। ২ থোকলি মহুদি—সাক্ষাৎ (হকথেংনবা) অমসুং ব্যপদেশ (হকথেংনদবা)।

যথা বা উদ্ধবসন্দেশে—(৫৪)

৫২। সন্তি স্ফীতা ব্রজযুবতয়স্তদ্বিনোদানুকূলা
রাগিণ্যগ্রে মম সহচরী ন ত্বয়া ঘট্টনীয়া।
দৃষ্ট্বাভ্যর্ণে শঠকুলগুরুং ত্বাং কটাক্ষার্দ্ধচন্দ্রান্
ভ্রূকোদণ্ডে ঘটয়তি জবাৎ পশ্য সংরম্ভিণীয়ম্॥ (৭৯)

---

৭৮। কৃষ্ণপ্রিয়াগী মমাঙ্‌মক্তদা হকথেংননা কৃষ্ণদা তৌকা ব্যঙ্গ্যগী মওঙ্‌—শ্রীরাধাগী কনাগুম্বী 'লঘুমৃদ্বী সখী' অমনা শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং মতুংইন্না মাবু য়ুমদগী অভিসার তৌহন্দুনা পুশিল্লক্লবদা লাপঙক তৌরিঙৈদগী হৌনা শ্রীমতীনা ঈকাই-জবনা ক্রীড়াকুঞ্জদা (শান্নবুং) চঙ্‌শিল্লু হায়বা য়াদবদগী হেন্দোক্ত্না মথন্তন্দা মথন্তবু নিন্দা তৌজরকপন্থ উবদগী সখীনা কৃষ্ণদা মবেন্মা লেঙ্‌লকপগী পাউ হংগৎচরুই—'হে মাধব। য়াহোং অমোম অসে নঙ্‌গী ননাক্তা চঙ্‌লকলোইদৌরে; ময়মদি, মন্থ ঐগী হোৎনবা য়াংমদা লৈদ্রে (নীংথিনা লৈতেৎলবী য়াধাসে নঙ্‌গী নকা য়োরকলোইদৌরে); ময়ম অদুনা চানবীগুনা মাবু হজীকমক নখুৎমক্লা লৌশিনবীয়ু।"

৭৯। অসূয়া যুবীদুভীনা পাউ পুবগী মওঙ্‌ তাক্লবা তুংদা হজীক 'প্রগল্‌ভা'না পাউ পুবগী মতৌ অমুক উৎলি। নোংমা য়াধানা ললিতাগা লোয়ননা লৈথিবা শাত্নুনা বৃন্দা উমংদা লাকলিবস্থ উত্নুনা শ্রীকৃষ্ণনা লৌশিং তৌনা মাবু ফাগে নীংলবদা অহানবমক্তদা ললিতানা খামত্নুনা কৃষ্ণদর্শন ফংবদগী ফাওরকপা প্রেমনা থুম্মত্ত্না মশাগী ফিবম কয়া উৎলয়গা মথংদা হায়রকই—'য়েংউ হে কৃষ্ণ। নঙ্‌গা শায়মিয়নবা ব্রজগী মথোনকাবী নুপী কয়া কয়া লৈরি, অদুগা মিতৌ য়েংঙমদবী, নারাংবী ঐগী চায়জবী অসিবুদি নঙ্‌না থক য়ারোহনখিগনু। (হায়বদি ব্রজগী অতৈ লৈরিবী মথোনকাবীশিং ময়াম অদুদি নঙ্‌গা শায়মিয়বদা মতিক চানবা ওইদে, অদুগা ঐগী চায়জবী অসিদি নঙ্‌তবু নীংজবীনি অমসুং শায়মিয়বদসু নঙ্‌গী মতিকমক চাবীনি)। য়েংউ অসে, লৌনম চাউবগী মকোক ওইবা নহাকপু ইনক নক্লা উবদগী খুদক্তা মানা শাউত্নুনা (হেয়া লাঙ্‌তক্লত্নুনা) মশাগী পীশুম থেকনা, মিংচিগী মশক ওইরবা থা মচেং শাবা তেন অত্নুনা তেনগা থোংলি।"

ব্যপদেশেন, যথা—

৫৩। ধবমুপেক্ষ্য কঠোরমিয়ং পুরঃ পরিমলোল্লসিতা কিল মাধবী।
শ্রয়িতুমুৎকলিকাবলিতাদ্ভুতং, ননু ভবন্তমুপৈতি হলিপ্রিয়! (৮০)

তৎপ্রিয়ায়াঃ পশ্চাৎ সাক্ষাদ্ব্যঙ্গ্যং, যথা—

৫৪। স্ফুরৎস্মরমণিপ্রভঃ স্মরমণীঘটাশ্লাঘিতাং
সদাভিমতসৌরভঃ প্রকটসৌরভোল্লাসিনীম্।
মুকুন্দ! মুদিরচ্ছবির্নবতড়িচ্ছ্রিয়ং তামসৌ
ভবানপি ন চম্পকাবলিমৃতে কিল ভ্রাজতে। (৮১)

---

৮০। কৃষ্ণপ্রিয়াগী মমাঙ্‌দা ভোবা ব্যপদেশ-ব্যঙ্গ্য—শ্রীকৃষ্ণ-সঙ্গগী আশানা বৃন্দাবনদা চঙ্‌লক্লবী কনাগুম্বী ব্রজনারী অমগী সখীনা কৃষ্ণবু উবদা মাবু কদম্ব পাম্বী ওইনা লৌহ্না মাগী সখীগী বারম খঙ্‌হল্লক্লি—'হে বলরামনা লুনা ভোজবা কদম পাম্বী-ও। নঙ্‌গী নুংশিবা লৈনম ফংবদা হরাউজগ্না মাধবী উয়ী অসিনা নীংথিবা অপোম্বা মপানভনা য়োমজি অমসুং কল্লবা ধব (মপুয়োয়বা,) হায়না কোবা উপাম্বীবু থাদোক্লমগ্না নকাভদা চঙ্‌জল্লি।' হায়বদি—'হে কৃষ্ণ! মাধবী কৌবী নায়িকা অসিনা নঙ্‌গো নুংশিবা ননমদা কা হেন্না হরাউজরগ্না চুগম্লরবা (শাথীরবা) মশাগী মপুয়োয়ববু থাদোক্লয়গা য়ায়া খোয়াংনা নকাভদা ভাংজক্লম থিজরি।" [দা ৩৯]

৮১। কৃষ্ণপ্রিয়াগী মতুংদা তোবা হকথেংনবা ব্যঙ্গ্যগী মতৌ—শ্রীকৃষ্ণ-সঙ্গগীদমক লাঙ্‌ভক্লরবী শ্রীরাধাগী অরাবা মতোবু খঙ্‌লবী প্রিয়সখী অমনা সখাশিংনা কোয়শিল্লুনা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণবু, লৈহাউ-চরোং ওইবী মবেম্মনা ঈথো লাংজহৌবা মতৌ ফোঙদোক্ত্না অনিমক্তী লৈপুনবু প্রসংশা তৌবগা লোয়ননা হায়রকই—'হে মুকুন্দ! মথক্তা অমা লৈত্রবা অত্নগুম্বা ফজবা-নীংথিবা গুণ থিবোক্তী ভুংক্ষম ওইনা নহাকপু ভাইবঙ্‌পানবমা খঙ্‌নরবসু, মত্নগা চাং চপ মায়না মমিং চৎলবী অদ্গুম্বী লৈহাউ-চরোং অত্ন নত্তনদি নঙ্‌গী থক ফজবা ওইদে, মসি ভশেংবা রাক্ষমনি। নঙ্‌না ইন্দ্রনীলমণিগী মচু পুবগুম মহাকসু নীংথিজবী নুপীশিংভনা কোয়না সেবা তোজবীনি, নহাক্লা মভম পুয়মক্তা সুরভি-শিংবু (হকচাংগী নুংশিবা মনমভবু) খোয়াংবা অত্নগুম মহাকসু মশাগী মনমভনা জগৎ-শীনবীনি। নঙ্‌না অমংবা নোংগী কুচু পুবগুম মহাকসু পুক্লীং হুনবগী

ব্যপদেশেন ব্যঙ্গ্যং, যথা—

৫৫। শৈলস্তুঙ্গশিরা বিরাজতি সরস্তস্যোত্তরে বিস্তৃতং
তত্তীরে বনমুন্নতং তদুদরে হারী লতামণ্ডপঃ।
তস্য দ্বারি গভীরসৌরভভরৈরাহ্লাদয়ন্তী দিশঃ
ফুল্লা তে মধুসূদনাদ্য পদবীমালোকতে মালতী॥ (৮২)

২৮। যথা নায়িকয়া দূত্যে বয়স্যায়া নিয়োজনম্।
কৃষ্ণায় ক্রিয়তে তস্য প্রকারোঽয়ং বিলিখ্যতে।
নিয়োজনং ক্রিয়াসাধ্যং বাচিকঞ্চেতি তদ্বিধা॥ (৮৩)

তত্র ক্রিয়াসাধ্যম্—

৫৬। দিবি বীক্ষ্য নবাম্বুদং তথাসৌ পরিরম্ভোদ্যমমাততান তন্বী।
অপি কিঞ্চিদিহানুদীর্য্য বাচা, প্রজিঘায়াযতিদে যথা বয়স্যাম্॥ (৮৪)

---

মশক ওইবা লোংথাঙ্ কুচুনা তিনবীনি, মরম অদুনা অনিমক্তী লৈপুন অদুতবু ঐখোয়না পাম্লে।

৮২। কৃষ্ণপ্রিয়াগী মতুংদা ওইবা ব্যপদেশ ব্যঙ্গ্য—য়ুমদগী অভিসার তোহন্দুনা শ্রীকুণ্ডগী মপান্দা লৈবা লীলাকুঞ্জনুংদা শ্রীরাধাবু থম্মুগা প্রিয়সখী অমনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাকপদা মীয়াম্বু উবদগী মফম অদুদা লৈরম্বা খোইমু অমদা হায়রবা শাগুনা ব্যঞ্জনা-বৃত্তিনা শ্রীমতীগী কৃষ্ণ-প্রেম অদুবু ফোংদোকলি— 'হে লৈহৌ থকপগ খোইরাবা! অরাংবা মতোম্না আতিয়া খেপ্পা অদুগুম্বা গোবর্দ্ধন চীংজাউনা মাঙ্দা ওাল্লি, মদুগী অরাং থংবদা লৈরিবা অচৌবা পুখ্রী অদুগী মপান্দা রাংথোই-চাউথোইরবা উনুং অমা লৈরিবদুগী মনুংদা-লৈবা-উরীগী শাংপোক থোঙ্জীন্দা মাম্নকৈ শীম্না লৈনম লন্দোকপী মালতী কৌবী লৈরাংনা নঙ্তগী লম্বী য়েংনা লেপ্তুনা লৈহৌরি। (হে কৃষ্ণ! শ্রীকুণ্ড মপানগী নিকুঞ্জদা শ্রীরাধানা নঙ্গী লম্বী য়েংদুনা লৈহৌরি)।

৮৩। শ্রীকৃষ্ণবু পুরক্নবগীদমক নায়িকানা মমাম্নবীবু পাউ চংগগী থবক্তা শীজিন্নবগী মওঙ্ অদু উংলি—মসিগী মখল অনিনি মদুদি—থবক্না পাঙ্থোকপা অমদি ৱাহৈনা পাঙ্থোকপা।

৮৪। থবক্না পাঙ্থোকপা মতীগী মওঙ্—য়ুম্না হোৌবা মোংহৌ মচু উবদা শ্রীকৃষ্ণগী নীংথিজবা মতৌ নীংশিংলক্না পুক্নীং রারবী, অঙাওবীগুম ঙাঙ্থোক

যথা বা—৫৭। মুহুরপি বিধুরাস্তর্বেণুমাকর্ণ্য মুগ্ধা,
স্বয়মিহ ন বয়স্যাং মাধবায় ন্যযুঙ্‌ক্তে।
অপি তু বিশদমস্যাঃ স্বেদশালিন্যরুদ্ধা
তনুমনু বিকসন্তী কণ্টকশ্রেণিরেব ॥ (৮৫)

অথ বাচিকম্—

২৯। বাচ্যং ব্যঙ্গ্যমিতি প্রোক্তং পূর্ব্ববদ্বাচিকং দ্বিধা ॥ (৮৬)

তত্র বাচ্যং, যথা—

৫৮। ত্বমসি মদসবো বহিশ্চরস্ত-ত্বয়ি মহতী পটুতা চ বাগ্মিতা চ।
লঘুর্বাপি লঘিমা ন মে যথা স্যাম্ময়ি ! সখি ! রঞ্জয় মাধবং তথাত্ম ॥ (৮৭

---

শক্তোক্লকপা অদুগুরী শ্রীরাধাগী মতো অদূবু য়েংগুমজদবী কনাগুরী চান্নবী সখী অমনা শ্রীকৃষ্ণবু পুরক্লবগীদমক চৎশ্রবদা বৃন্দানা পৌর্ণমাসীদা খঙ্‌হল্লকই—আতিন্না মকোয়দা নোংহৌ মচু উরগা শাবান-নীংখিজবী শ্রীরাধানা অমুম্না আলিঙ্গনগী (কোম্নবগী) মতৌ তৌথোরকপা উবদা, মচীন্দদি করিসু হায়দোকখিদ্রবমকসু মানা তৌথোরকপা থোদো মতা অদুতনা মরম ওইহ্রনা কৃষ্ণবু পুরক্লবা সখীবু থাজন্নিবনি।'

৮৫। মথক্কী পদ্যদা (শৈরেংদা) লাঙ্‌তক্লবদগী ওইবা পুক্নীং হকচাংনা চিংবগী অরাবনচিংবা মতৌগী থোদো থোগুঙ্‌না (থবকনা) পাঙ্‌থোকপা দূতীগী খুদম উৎথরে; হুক্তীক মথংদনা সাত্ত্বিক-বিকারনা পাঙ্‌থোকপা দূতীগী মওঙ্‌ অমুক তাকলি।—শ্রীকৃষ্ণগী বেণুনাদ তাবদগী হীকথরবী ব্রজদেবীগী সাত্ত্বিক বিকার উবদগী মাগী চান্নবী সখীনা শ্রীকৃষ্ণবু লৌক্লনবা চৎখিবগী রারোল অদুবু নান্দী মুখীনা পৌর্ণমাসীদা তমলি—'বেণুনাদ তাবদগী পুক্নীংদা মিৎকুপ খুদোংগী রানবা মরম ওইরবদসু মুগ্ধা ওইবা মরমনা মহাক্না মাধব মশামক্তা মদূবু খঙ্‌হল্লনবা মমান্নবী কনা অমত্তবু শীনজিল্লবা লৈত্রবসু হুমাংনা লৈতেংলবী মাগী মশা অপুম্বদা হরাউ-তুক্কুংলিবা মতৌ অদুতনা ইফোং ফোংনা হেক্তমক পাউ চৎপগী থোদা পীরকখি। ইকাইবনা মরম ওইগ্রনা মহাক্না মশাগী হরাউ-তুক্কুং মতৌ অদুবু খিংননবা ফনমক হোৎনদ্রনসু মথোয়শিং অদুনা হায়নবা অমত্তবুসু য়াবীখিদে।

৮৬—৮৭। বাচিক (রাঙাঙ্‌)— মসিগীসু হায়গুম্না বাচ্য অমসুং ব্যঙ্গ্য হায়না অংশমক অনি থোকই। মদুগী মনুংদা বাচ্য-ব্যঙ্গ্যদি— মরম লৈতনা শ্রীকৃষ্ণদা মান তৌক্লরগা মমৈদনা মাগী মরাল লৈরমদবা উবদগী মথরায় নুংঙাই-

অথ ব্যঙ্গ্যম্—৩০। অত্র শব্দার্থমূলত্বাদ্ব্যঙ্গ্যঞ্চ দ্বিবিধং ভবেৎ ॥ (৮৮)
তত্র শব্দমূলং যথা—

৫৯। ন হি শিক্ষিতুং বরকলাসু কৌশলং
গুণচাতুরীঞ্চ ন মৃগাক্ষি ! কাময়ে।
তমহং সমভ্যসিতুমেব সুভ্রুবাং
সখি ! কেশবন্ধনর্বিশেষমর্থয়ে ॥ (৮৯)

যথা বা—৬০। ণ পউমরাঅপ্পমুহং রঅণং কামেই গোই ! মে হিঅং।
কিন্তু সদা হীরবরং, বাঞ্ছই হারন্তরে কাহুং ॥ (৯০)

[ন পদ্মরাগপ্রমুখং, রত্নং কাময়তে গোপি ! মে হৃদয়ম্।
কিন্তু সদা হীরবরং, বাঞ্ছতি হারান্তরে কর্তুম্ ॥ ]

---

রক্তবী ব্রজসুন্দরী অমনা মাবু কৌরুনবা মশাগী সখীবু থায়কলি—'হে সখি ! নঙ্দি ঐগী মপানগী থরায়নি, নঙ্দি থবক্তা অমদি ভাঙ্থোক-শক্তোক্লকপদা য়াম্নমক হৈশিংবীনি, তপথক্কম থঙ্দ্রবা ঐগী ইতৌ অসিবুদি মরীক অমা ফাওবা কাঙ্থোক্লবা ভৌদনা নহাক্না ঙসি মাধবপু ঐগী কাদা চঙ্জহল্লু য়েংসি !!'

৮৮—৮৯। ব্যঙ্গ্য—মসিগীসু মখল অনিনি মত্রদি, শব্দমূল (ৱাহৈনা মপূং ওইবা) অমদি অর্থমূল (অর্থনা মরুওইবা)।

শব্দমূল—কনাগুম্বী ব্রজগী নহা ওইবী অমনা শ্রীকৃষ্ণগী চহি মতাং অমদি ফজবা নীংথিবা মশক মতৌনচিংবা উরুবদগী তপথক্কম থঙ্ব্রত্না ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা মরম ওইত্না কৃষ্ণবু পুরক্লবা মাগী সখীদা শিন্থারি—'শজি মিৎতা তাবী হে সখী। ঐদি অথোই অথোইবা কলাবিদ্যা অমদি হৈথোই-শিংথোইবনচিংবা ইগুণ-চেঞ্জনবা করিগুম্বা অমত্তবু থক তমশিনগে থল্লুদে; অত্নমদি ওইরগা ফজবী নূপীশিংগী লুত্তুং-শমজি পূনবগী মতৌ কয়াদি অভ্যাস তৌরি। (হায়বদি—ঐনা ফজবী নূপী পূম্নমক্কী লৈজবা মরল শক্লবা অত্নগুম্বা কেশব অদুতবু থুরুমজে)।

৯০। মথক্কী পদ্যদা ফিজেৎ-লৈতেং অমদি কেজ-মোজবগী থবক্তা থোইনা থঙ্জিম্রিবী মৃগ্নাগী পাথোন শীবগী মওঙ্ উৎংগ্র। মথংদা প্রবীণা প্রৌঢ়ানা মতেং ওইনা দূতী নেকপগী মতৌ অমুক উৎংলি।

'হে গোপি। ঐগী থম্মোই অসিদা করিগুম্বদা ঐনা থক পদ্মরাগনচিংবা মণিবু শিজনীংলুবা লৈতে অত্নমদি ওইরগা অথোইবা-অরুংবা হীরা অদুবুদি

**অথ অর্থমূলম্—**

৩১। আক্ষেপেণ স্বপত্যাদের্গোবিন্দাদেঃ প্রশংসয়া।
বৈশিষ্ট্যেন চ দেশাদেরর্থমূলমনেকধা॥ (৯১)

তত্র **স্বপত্যাদ্যাক্ষেপেণ**, যথা—

৬১। বিধাতুর্দৌরাত্ম্যান্ন হি বহতি ঘোরপ্রকৃতয়ে
রুচিং চেতঃ পত্যে হতবপুরিদং দীব্যতি রুচা।
ভজৎকক্ষামক্ষোবিষমমিদমুগ্রং প্রহরতে
যমীতীরারণ্যং কিমিহ সখি! শিক্ষাং ন তনুষে? (৯২)

---

লীকয়ান-লক্তা হাপ্লগা মতম অপুম্বদা শিজনী'ই। "সদাচীরবর"—রাহে অসিনা খণ্ড্হল্লিবদি—সদা+আহীরবর=গোপ অথোইবা শ্রীকৃষ্ণবু নায়ক-মণি ওইনা ঐনা শীজিন্নজনীংই।

৯১। **অর্থমূল-ব্যঙ্গ্য**— মশাগী মপুরোয়বনচিংববুনা থানদবা, গোবিন্দ-নচিংববুনা থাগত্ত্না মগুণ শকপ-শোনবা ভোবা অমসুং মফমনচিংবগী অথোই অহেন নাইবগী মভোনচিংবা অদুবুতা হায়হুনা লৈবা অহুগুম্বা মওঙ্গী অর্থমূল-ব্যঙ্গ্যাদি মথল য়াম্না থোকপা য়াই।

৯২। **মশাগী মপুরোয়বমচিংবর থামদবা**— শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-গুণ-নচিংবা উরু-খঙ্লুবদগী মাবু ফংজনীংবা ময়াইনা ইকাই-ইকি খঙ্জিল্লক্ত্বী অহুগুম্বী কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমনা মশাগী মপুরোয়ববু থোয়দারক্তবা মতৌ উত্ত্না মানা শ্রীকৃষ্ণগী লৈপুন-ঈথৌ-লাংজবা মতৌবু ব্যঞ্জনা ভৌহুনা মাগী সখীদা হায়রকলি—'হে সখি! নোংদম থোয়া অসুম থোকউ ভমখিবনা ঐগী থবায় অসিনা, ময়মচং মতৌনা অকিবগী মশক ওইরবা অহুগুম্বা ইপুরোয়বা অসিগী মকাদা অমুক হয়া লৈশিল্লু হায়বা য়াদরে; অমরোমদনা অনৌবা জ্ঞান ফংজরকপদগীদি ইথৌ-ইশিন অমত্তবুসু ওয়া থৌশাখিদরে (মাঙ্খ্রে) অমসুং শায়বগী ঈরাংভদা মতম পুম্মক্তা ফিজেৎ-লৈতেংতগী রাখন্দা লুপ্ত্না লৈখ্রে। অহুগা যমুনা মপানগী শূক্রবা উমং অহুনসু ঐগী মিৎয়েং মাঙ্দা চঙ্লক্ত্না থাগুমত্রবা চৈক্লুনা ঐবু য়াহল্লরি। অসি য়োরবা কাওবদা নঙ্না ঐম্বু করিগুম্বা পাউতাক অমত্তসু পীত্রিবদি করিগীদমকনো?

গোবিন্দাদেঃ প্রশংসয়া, যথা—

৬২। কুলস্ত্রীণাং নেষ্টা পরপুরুষরূপস্তুতিকথা
তথাপি ত্বং প্রাণাঃ সখি! মম বহিষ্ঠাঃ স্বয়মসি।
কিয়ানাস্তে তস্মিন্ ব্রজপতিকুমারে মধুরিমা
চ্ছটাপ্যারাদ্যস্য ম্রদয়তি দৃশোর্দ্ধ্বমমৃতৈঃ ॥ (৯৩)

যথা বা—৬৩। দূত্যচক্রচতুরাসি চঞ্চলে
নন্দনো ব্রজপতেঃ স নাগরঃ।
মাং জহাতি শিশুতা চ রক্ষিণী
মা কৃথাঃ সখি! ততঃ প্রমাদিতাম্ ॥ (৯৪)

---

৯৩। গোবিন্দনচিংবগী গুণ-প্রশংসা তৌবা—শ্রীকৃষ্ণগী ফজবা নীংথিবা রূপগুণবু উরুরবী কনাগুম্বী গোপী অমনা ফোংনদি কৃষ্ণগী গুণবু থক শকলু-শোল্লুবা হৌনদে হায়রগুনা সখী অমদা মাবু মাগী য়াম্না নকুবী মীওই অমা ওইশিন্নরগুনা শ্রীকৃষ্ণগী নীংথিবা, ফজবা মতৌবু শীংথাবগা লোয়ননা মাবু মানা য়েৌনা খোয়দাজবগী মরম অদু উৎলকলি—'হে সখি। শাগৈগী মো ওইরিবী মথোন কাবীশিংনা অতোপ্পা নিপা অমগী মশক মগুণবু থক থাগত্‌না ভাঙ্‌বা শকপা তৌহৈদে; অদুম ওইনমক নঙ্‌দি ঐগী পানগী থবায়মক্লি হায়রগুনা অকিবা লৈতনা হায়জবা ঙম্লিবনি। শ্রীব্রজেন্দ্রনন্দন কৃষ্ণ অসিগী মশাদা অঙকপা করম্বা মতৌ অমা লৈবননো খঙ্‌দে; মাগী ফজবা নীংথিবা মশক অসিগী শরুক মচেৎ অমত্তং থাপ্পা উজরুবতনসু ঐগী ইমিৎ অনি অসিদা থুম্লবা অমৃত-ঈচেল ফাওহল্লুনা পুক্লীং-হকচাং-অপুম্বা পুমইঙ্‌ হেক ঈংজনবা ওই হায়বসিদংদি ঐনা মুম্না খঙ্‌জে।

৯৪। মূল কারিকা (মথল মথলগী অর্থ চেনবা, ময়েক থরতনা শাবা কবিতাবু খঙ্‌নৈ) অসিদা 'গোবিন্দনচিংবগী গুণবু থাগৎপা' হায়বা পদ্য অসিগী অহানবা বাহৈনা তাকলিবা. পাখোন শীবদা হৈজিংবা অমসুং চহি মতাংনা ঙইবা মশাগী ফজবা-নীংথিজবা মতৌবু থাগৎপগী অতোপ্পা খুদম অমগা অমুক পীরি। কনাগুম্বী গোপী অমনা নীংথিবী ফিরেপ্পা লেপ্লগা মানা শ্রীকৃষ্ণদা মথবায় হকচাং চপ মুংথিবগী মতৌ অদু ফোংদোকলি—'হে থকচানবী। পাউ পুথোক পুশিনগী থবক্তা নঙ্‌দি য়াম্না হৈজ-শিংজবীনি, ব্রজনিংথৌগী মজাইবুংঙো

দেশাদিবৈশিষ্ট্যেন, যথা—

৬৪। বৃন্দারণ্যে ব্রততিপটলীসঙ্কটে পুষ্পহেতো-
র্ভ্রামং ভ্রামং সহচরি! চিরং শ্রান্তিমভ্যাগতাস্মি।
তদ্বিশ্রান্তিং ক্ষণমিহ করোম্যেকিকাহং নিকুঞ্জে
ত্বং কালিন্দীতটপরিসরাদাহরেথাঃ প্রসূনম্॥ (৯৫)

যথা বা—

৬৫। মধুরিতা মধুনা বিধুনাপ্যসৌ, সখি! পতঙ্গসুতাপুলিনাটবী।
সবযসা বয়সা চ বিভূষিত', তন্থুরিয়ং কিমিহ ক্ষমমুচ্যতাম্॥ (৯৬)

ইতি শ্রীশ্রীউজ্জ্বলনীলমণৌ দূতীভেদ-প্রকবণম্ ·

---

অদুসু লীলা শাস্ত্রবদা হৈশিংবা অংগুম্বা 'নাগর'নি, ইশাগী অচাং ওইবী ইতোতনা অসুক কুইবসি ঐবু ঙাকপিবক্লমলিবনি, হৃজীক্তি মচুনসু থাদে বপিরংলে, ( অদুনা হৃজীক্তি বাখল অমদি চীং-লেম্বা ইতৌনা ঐবু অমুক শেম্নবিরবে। অদুবু মতম খরতগী মমাঙ্‌দগীদি খস্থৈবনচিংবা ইশাগী লৈজরম্ব ইগুণশিং অংমকসু ঙম্বা ঐবু থাদোক্তুনা চৎনখরে ); মবম অদুনা ঐবু ঙাকপি-শেনবীবগী মরমদা থোশাবীদবা মতৌ অদু থোকহনবীগনু। পাখোন-শীবগী মওঙ্‌দা—হৌনবী পোৎলম পুম্নমক অমত্তাবা হৌনব ওৌদন শ্রীকৃষ্ণবু ফংজনব হারংদা থোশাদবা থোকহন্দনা, মদু ওইনবা হোৎনবদা অমুক থীস্তবগনু।'

৯৫। দেশাদি-বৈশিষ্ট্য বথন— (অবক্লবা মফংনচিংবগী ওবপ)- শ্রীকৃষ্ণগা উন্নজবা ফংগনি হায়বা আশানা মরম ওইদুনা কনাগুম্বী গোপী অমনা বৃন্দাবনদা লাক্লগা অসুম লৈ-নচিংবা থিরকপদা শ্রীকৃষ্ণবু মফম অদুদা ফংজনই, তেনরানা হায়রকখি—শ্রীকৃষ্ণদি যমুনা মপান্দা লৈ। মতম অদুদা লৈথিবা শানা চৎলগা শ্রীকৃষ্ণবু লৌকনবগীদমক মশাগী সখীদা থোদাদুনা থাবকলি—'হে সখি! উরীত-না মেম্নবা বৃন্দাবন অসিদা অসুম কোয়না চৎজুনতা লৈবনা ঐদি চে কথ-হৃইথরে। নিকুঞ্জ অসিদা ঐদি ঙাইহাক্তং চীক্লা পোথাহৌখিগে ( মসিনা শ্রীকৃষ্ণগা লৈপুন ওইজনীংবগী ভাব ফোংদোকলি ); নঙ্‌না কালিন্দী তোর্বান্দা লৈ থিরু চৎলু।'

৯৬। কাল-পাত্রনচিংবগীসু অকক্লবা মতৌ উৎপগী ওইনা অতোপ্পা খুদম অমগা অমুক পীরি। থাবল ফরবা বসন্তগী অহিংদা কনাগুম্বী গোপী অমনা

অকক্লবা মফমনচিংবগী মরুম তাকপগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগা য়ৌনা তিন্নজনীংবা মতৌ উত্ত্না শ্রীকৃষ্ণবু পূরক্লবা মশাগী সখীবু থাদ্রি—'হে সখি। যমুনা মপানগী বন অসিবু ( মফম তাকপা ) বসন্ত অমসূং থানিন অনিমক্লা ( থানিন—শ্রীকৃষ্ণ ) অমুক্না হেন্না খোয়থুম্নহল্লি ( মতম তাকলি )। ঐগী ইশা অসিসু হুজীক্তি আকল্লনচিংবী ( ফিজেৎ-লৈতেং ) লোয়নবীশিংনা অমদি মথোনকাবগী অহানবা মতাংনা ( প্রথম কৈশোর ) য়োমহ্রনা লৈতেংনজরি ( পাত্রগী মশক )! মতম তাঙ্গা অসিদা ঐগী তৌফম থোকপহ্ন করিনো তাকপিয়্।' পাথোন শীবগী মতাংদনা— লৈপূনগী মচাক পূম্নমক অমত্তসু ৱাংপা লৈত্রবী অসিগুম্বী ঐ অসিবু শ্রীকৃষ্ণগা উম্নবা শীনবীয়্—হাম্নবগী ভাব অদুবু ফোংদোকলি, থানিন হায়্রবা ৱাহৈ অসিনা শ্রীকৃষ্ণতবু খঙ্হনবা ওইনা মশাগী অপাঙ্গহ্ন উৎলি।' [অ ২ | ১১];

দূতী-ভেদ-প্রকরণ মতাং অসিদা লোইরে ॥৭

---

# অথ সখী-প্রকরণম্

১। প্রেমলীলাবিহারাণাং সম্যগ্ বিস্তারিকা সখী।
বিশ্রম্ভরত্নপেটী চ ততঃ সুষ্ঠু বিবিচ্যতে॥ (১)

২। একযূথানুষক্তানাং সখীনামেব মধ্যতঃ।
অধিকাদের্ভিদা জ্ঞেয়া প্রখরাদেশ্চ পূর্ব্ববৎ॥ (২)

৩। প্রেমসৌভাগ্যসাদ্‌গুণ্যাদ্যাধিক্যাদধিকা সখী।
সমা তৎসাম্যতো জ্ঞেয়া তল্লঘুত্বাত্তথা লঘুঃ॥ (৩)

৪। দুর্ল্লঙ্ঘ্যবাক্যপ্রখরা প্রখ্যাতা গৌরবোচিতা।
তদূনত্বে ভবেন্মৃদ্বী মধ্যা তৎসাম্যমাগতা॥ (৪)

৫। আত্যন্তিকাধিকত্বাদিভেদঃ পূর্ব্ববদত্র সঃ।
স্বযূথে যূথনাথৈব স্যাদত্রাত্যন্তিকাধিকা।
সা ক্বাপি প্রখরা যূথে ক্বাপি মধ্যা মৃদুঃ ক্বচিৎ॥ (৫)

---

## সখী প্রকরণ

১। **সখী**—প্রেম, লীলা অমদি শান্নবা মখল পূম্নমক মপূং ফাবা মওংদা থোকহল্লিবী অমসূং থাজবনচিংবা মণি-মুক্তাগী হাপফম-ওইবী অদু সখীনি (অতাওবা. ফংনঙমদবা অমদি খ্বায়দগী হেন্না থূপ্না—কনাসু খঙ্‌হন্দবা অ গুপ্তগী মশক ওইবনা সনা-লুপা-মণি-মুক্তানচিংবা অতাঙবা পোৎতগী তূংফম হাপফম ওইবী হায়বনি] মরম অদুনা অদুগুম্বী সখীশিংগী মখল মথেল খায়দোকপা মওঙ্ অদু হন্দক্তা মতাং অসিদা মপূং ফানা (মরীকচূম্না) নৈনরকলি।

২—৫। যূথেশ্বরীগী মতাংদা হায়রিবা অ গুম্না যূথ অমত্তদা মপূক্লীং চোইথোক্তনা অতম তূংতুনা লৈবী সখীশিংগী মরক্তসু 'অধিকা' (থোইদোকপী) অমদি 'প্রখরা' (অয়াকপা গুণ চেনবী) হায়বনচিংবগী খেন্নবশিং অদু অদুম্মক লৈগনি। সখীশিংগী মরক্তা প্রেমগী মতৌদা, লাইনক ফবদা অমদি অথোইবা মগুণ চেনবনচিংবদা পূম্নমক্তগী থোইদোকপী অদুবু **অধিকা'**, প্রেমগী মতৌদা মান্নবা থাক ওইবনা **'সম'** অদুগা লঘু ওইবা মরমদগী (হন্থবা গুণ চেনবদগী) মদুগী মখলবুনা **'লঘু'** অসুম্না হায়খিবতনি। অদুগা কনা অমত্তনসু মাগী মন্নাথংবু

তত্র আত্যন্তিকাধিকাত্রিকম্—

৬। তত্ত্রিকং সকলাপেক্ষ্যং নাতীবান্যবশং তথা।
স্বযূথে তদ্ব্যবহৃতিব্যক্তয়ে পুনরুচ্যতে॥ (৬)

তত্র অত্যন্তাধিকপ্রখরা—

১। নীলে! নীলনিচোলমর্থয় মঘে! দেহি স্রজং দামনীং
ত্বং কালাগুরুকর্দ্দমৈঃ সখি! তনুং লিম্পস্ব চম্পে! মম।
জানীহি ভ্রমরাক্ষি! কুত্র গুরবঃ পশ্য প্রদোষোদ্গমে
কুঞ্জাভিক্রমণায় মাং ত্বরয়তে স্ফারান্ধকারাবলী॥ (৭)

---

থক চীক্তোক্লব্বা ঙমদবী অমসূং মতম পূম্নমক্তা ঈকাইখুম্নফমতা মওইবী অহৃগুম্বী মহাক অহৃনা **'প্রখরা'** অসিগুম্বা ঈকাইখুম্নবা মতৌ অসি হন্থনা লৈবীশিং অহৃনা **'মৃদ্বী'** অহৃগা মাম্নবদনা **'মধ্যা'** অসুম্না থঙ্নৈ। **'আত্যন্তিকী-অধিকা'** (কা-হেন্না থোইগৎপী) নচিংবীগী মথলসু হান্নগী হান্না অহৃম্মক ওইগনি। মশাগী যূথদা যূথেশ্বরী (যূথগী মবেক্ম) ওইবী অদুবু **'আত্যন্তিকাধিকা'** হায়না কৌই। অসিগুম্বী আত্যন্তিকাধিকা ওইবী যূথেশ্বরীশিংগী মরক্তা করিগুম্বা যুথ অং-ীনা **'প্রখরা'**, করিগুম্বা অমদনা 'মধ্যা' অহৃগা অতোপ্পা করিগুম্বা অমদনা অমুক 'মৃদ্বী'গা মতৌ ওইনবসু য়াওই।

৬। মহৃগী মনু'দা **'আত্যন্তিকাধিকা'** গী **মথল অহুমদি**—অসিগুম্বী আত্যন্তিকাধিকাগী মরক্তা প্রখরা, মধ্যা অমসূং মৃদ্বী—**মথল** অহুম অসিমক মাগী মাগী যূথগী সখী পূম্নমক অদুবু থক থৌশানরুদবী (থোওইদবী হায়বদি মখোয়না মাগী মখা পোনবী) ঙাক্তনি। মহাক্তি, কৈদৌঙৈদসু থক অতোপ্পা অমনা কা-হেন্না খুহৃম চনশিল্লুবা ঙমদে (অহৃগা মখোয়দি, মক্ষম, মতম, অমসূং পাত্রগী (মীশক) মতুংইন্না করিগুম্বদসু হাইফেৎনা হায়নবদা য়ারকপা মতাংসু ময়াওই)। মশা মশাগী যূথদা মখোয় অসিনা চৎপা শাজৎ-ব্যবহারগী মতৌশিং অহৃ শেংনা থঙ্নবগীদমক মতাং অসিদা হন্না নৈনরকলি।

৭—৮। **অত্যন্তাধিক প্রখরা**—ব্রজগোপী শ্যামানা, মাগী দূতীগী মপান্দগী শ্রীকৃষ্ণবু সঙ্কেত-কুঞ্জদা লৈরে হায়বা থঙ্হনা মমশিল্লকপদং ঙাইবদা অভিসারগী মতম থীন্থনবা ওইখি। য়াচঙবা মতুংদা শূক্লা মমশিল্লকপা উরবদগীদি য়েনা ঙাইঙমদবী ওইহনা অভিসারগী মতিকচাবা ফিজেৎ-লৈতেং তৌনবগী মরীদা

৭। অধিকপ্রখরাঃ শ্যামা-মঙ্গলাদ্যাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ॥ (৮)

তত্র অত্যন্তাধিকমধ্যা—

২। অনঙ্গশরজর্জ্জরং স্ফুটতি চেন্মনো বস্তদা
মদর্থনকদর্থনৈঃ কৃতমিতঃ স্বয়ং গচ্ছত।
দৃশাং পথি ভবাদৃশীপ্রণয়িতানুরূপং সুখং
যদত্র রতহিণ্ডকঃ স কিল পাতি গোমণ্ডলম্॥ (৯)

৮। ভবন্ত্যধিকমধ্যাস্তু শ্রীরাধাপালিকাদয়ঃ॥ (১০)

---

মাগী সখী মখেবু ইফি' হেক ফি'গৎনহল্লি—'নীলা' (অশ'বী)। ঐগী ইন্নফি অশ'বগ্ন পুরকউ, মঘা। (মঘা নক্ষত্রবুসু খঙ্নৈ) নঙ্না দমনক-পুষ্পনা (দোনা মঙঙ্ মান্না শাৎপা লৈ মখল অমা, মসি পুবীদা শ্রীজগন্নাথকী লৈকোন্দা হোরি) লেংবা লৈরাং-পরে' অগ্ন পীয়ূদনা, হে চম্পা! অতকৃপা অমুবা অগরু-চন্দন অন্না ঐগী ইশা অপুম্বসি তৈশিল্লু; হে ভ্রংবাক্ষি! অহল্লম্মন-শিংনা কদাইদা কমদৌনা লৈনরিবগে নংসু অমুঙা ময়েংলুদনা? য়াচঙ্বা মতমগী অমম্বা চবুন অসিনা ঐবু অভিসারগীদমক তপথফম খঙ্হল্লে।'

শ্যামা অমদি মঙ্গলানচিংবী অসিবু 'আত্যন্তিকাধিক-প্রখরা' ওাক্তনি হায়রনা শীংথানৈ।

৯—১০। অত্যন্তাধিক মধ্যা—ললিতানচিংবী মশাগী সখীশিংগা লোয়ননা সূর্য্যপূজাগীদমক ওইনা বৃন্দাবনদা চঙ্লক্লবী শ্রীরাধানা লাপ্পা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন ফংজরবদা হয়াউজমনখিবনা মরম ওইগ্ননা ইপঙ্ হেক পঙ্থখি। অসুম্না বৃষীওম চপ লেপ্তুনা লৈথোকখ্রবদা সখীশিংনা মাঙ্দা চঙ্শিন্নবা হন্না হন্না হায়রবদা ফিবম কায়বা মশাগী মতৌ অপুম্ববু লোৎনবা হোৎনরগা নোক্তুনা হায়রকই—'লেংমান্নবী পুম্নমক! নখোয় নখোয়গী নপুক্লীং অগ্নদা কামগী তেন্না পান্দুনা খাওঙমনদবা থোক্লবদি নখোয় পুম্নমক মফম অসিদগী অগ্নমক অভিসার তৌনখরো চৎলো, ঐবুদি অরেম্বদা অগ্নম্না অরাবা হাপকৎপা তৌবীরগনু। নখোয়গুম্বী গোপীশিংগী প্রেম তৌনফমদি বুপী হুন্নানবা অসিতগা মতিক চাবনি, মাদি হুজীক ইনুং নুংঙাইথোক্লা যগগী শল্লুপ য়োক্তুনা লৈরি (যগগী শল্লুপ—ইন্দ্রি পুম্নমক) [অ ৫ | ১৪৪]

শ্রীরাধ' অমসুং পালিকানচিংবীনা 'আত্যন্তিকাধিক-মধ্যা'নি।

**তত্র অত্যন্তাধিকমৃদ্বী—**

৩। শৃণু সখি ! বচস্তথ্যং মানগ্রহে মম কা ক্ষতিঃ
স্ফুরতি মুরলীনাদে কো বা শ্রমঃ শ্রবণাবৃতৌ।
অতিকঠিনতাদুর্ব্বাদং তে নিশম্য ময়া ব্রজে
দময়িতুমমুং বিস্তক্ষিপ্তং দৃগর্দ্ধমঘদ্বিষি ॥ (১১)

৯। অধিকা মৃদ্বশ্চন্দ্রাবলীভদ্রাদয়ো মতাঃ ॥ (১২)

**অথ আপেক্ষিকাধিকাত্রিকম্—**

১০। যৌথিকীষু সখীষ্বেব যূথেশাতো লঘুষ্বিহ।
যাধিকৈকামপেক্ষ্যান্যা সা স্যাদাপেক্ষিকাধিকা ॥ (১৩)

---

১১—১২। **অত্যন্তাধিক মৃদ্বী** ওইনচুন লৈরিবী চন্দ্রাবলীগী নচা পদ্মা-সখী লৈবাংদবা উবদগী চৈথোই-শিংনা ইবদা মপা লৈবা কৃষ্ণনা নোংমা তাঙ্গা য়েংদুনা চঙ্লগা দক্ষিণ-নাযিকা ওইবী (ফনমক শ উচনসু মদু হৌবু বাউ-থোকপদি ভংজনবা) চন্দ্রাবলবু হৈ-শিংবা থাদুহন্দ্রবা ওন তায়জ-চংচ হৈ না মোইথেন খাংনা হব উংল্লাখ। মথং তারকপদ তৌখিবা থৌং-ঙ্গা মদুবু ভাব তানা শেংনা থঙ্নবী পদ্মা সখীনা মঙোন্দা শান হায়দুনা চৈহংলরবদা চন্দ্রাবলীনা নুংগী ভাবতি লোংলগা মতিক চাবা মরম উত্তুনা তায়জবগী খোনফম্না হুম্নকই—'হে সখি। শেংনা হায়গে তাংও, ঐনা শাউবা ফরুবনা মরম ওইদ্রনা হুজ্জীক অমাঙ্বা করিবু থোক্লবগে? মুরলীনাদ তাবা মতমদা নাকোঙ্ মেনশিন্দুনা থাঙ্গিবদা করিগী মতিক য়ানবা ওংখিবা। ব্রজ অপুম্বদা নঙ্বু খ্বায়দগী হেন্না শাথীবী অমা ওইনা পাউথোকলিব অদুত কোক্লবা হায়দুনা মিৎ তংপায় অমত্তংনা ঐনা মাবু হাইফেৎ অমুক্তং য়েংলুবতনি ; কৌন-ভাঙ্নবা অমদি শোক্ল-শম্নবনচিংবদি ঐনা করিসু অমওা তৌরুবা লৈত্রি।'

চন্দ্রাবলী অমসুং ভদ্রানচিংবীনা ব্রজদা 'অত্যন্তাধিক-মৃদ্বী' সখীনি।

১৩। **আপেক্ষিকাধিকাত্রিক**—যুথেশ্বরীদগীদি হেন্না লঘু ওইবী হন্থবী অদুগুম্বী মখোয় অদুগী মরক্তা অমনা অমদগী থোইগৎ-হেনগৎলবদি হেল্লিবী অদুবু **'আপেক্ষিকাধিকা'** হায়না কৌই।

তত্র অধিকপ্রখরা—

৪। সুমধ্যে! মা যাসীস্ত্বমধিকমমীভির্মৃদুলতাং
মদস্মোপাদানৈঃ শঠগুরুলগুরোর্জল্পমধুভিঃ।
অয়ি ক্রীড়ালুব্ধে! কিমু নিভৃতভৃঙ্গেন্দ্রভণিতে
কুটুঙ্গে রাধায়াঃ ক্রমমপি বিসস্মার ভবতী? (১৪)

যথা বা—৫। মুগ্ধে! তূষ্ণীং ভব শঠকলামণ্ডলাখণ্ডলেন
ত্বং মন্ত্রেণ স্ফুটমিহ বশীকৃত্য তেনানুশিষ্টা।
কুঞ্জে গোবর্দ্ধনশিখরিণো জাগরেণাত্ত রাধাং
দৃষ্ট্বাপ্যুচ্চৈঃ সখি! যদসি মে চাটুবাদে প্রবৃত্তা॥ (১৫)

১১। ললিতাদ্যাস্তু গান্ধর্ব্বাযূথেহত্র প্রখরাধিকাঃ॥ (১৬)

---

১৪। মসিগী মনুংদা 'আপেক্ষিকাধিকা-প্রখরা'গী মশক্তি— বিপ্রলব্ধাগী থাক্তা লৈরবী শ্রীমতী রাধাবু শাউবা ফংন্নবগীদমক হায়জবগী হালেংবা লৈত্রবা শ্রীকৃষ্ণনা বিশাখাবু ফাজিনখি। মশাগী ওইনা থোংচ-নৌজবী বিশাখানা ললিতানচিংবগী মমাঙ্দা শ্রীরাধাবু মান তৌরিবহ্ তোক্লনবা থেম্ন্বদা য়াম্না শাউনা ললিতানা চৈহংলকখি—'হে নাংথিজবী, শকহেনবা (নঙ্দি মপানগী নশক নত্তে অদুতনা ফজবানি—মমিৎ য়াম্বা লৌনম্বা নায়কশিংগী মরমচৎ মত্তৌবুদি থক থঙ্বা নত্তে), লৌনম শাজংতা মপা লৈত্রবা শক্ অসিগী মম্নাই কাহন্নবা ওইবা রাঙাঙ্-রাতাদা হেম্না থক পেথজরুগনু। হে ঈথক-ঈরাং-ঈরোয়নবী। (ঐখোয়গী ইবেম্মনা অসূক রারিবসি উরবমক্তদসু নঙ্না মাগী মীচঙ্দা লেপ্পবা শারি; মদু নিহৌচাউবী নঙ্গী নত্তৌ অদুতনা ওইহনবনি, অদু নত্তনা অত্তে করি মরম লৈগনি?); ককঙাওনবা খোইরাবশিংনা ভংবা খোঞ্জেত্তনা নিল্লবা অদুগুম্বা কুঞ্জনুং অদুমক্তদা শ্রীরাধাগী নুংঙাইতনবা ওইখ্রিবনি হায়বসি নহাক্তি হেক্তুনক কাউথোকপরা হা?'

১৫—১৬। যূথ অমত্তগী মনুংদা লৈবী সখীশিংগী মরক্তা অমগা অমগা চৎনবা, লোয়নবা মত্তৌ অদু থঙ্নবগীদমক মথক্তী পদ্যদা 'মধ্যা' ওইবীনা হায়জবা লৌদবা মওঙ্দা 'প্রগল্ভা' ওইবগী মত্তৌ অদু উৎলগা মথংদনা হজীক অমুক মদুমক্তা মাম্নবা মওঙ্দা 'মুগ্ধা' না হায়জবদা লৌদবগী মত্তৌসু উৎলি।

**অথ অধিকমধ্যা—**

৬। দামার্প্যতাং প্রিয়সখীপ্রহিতং ত্বয়ৈব
দামোদরে কুসুমমত্র ময়াবচেয়ম্।
নাহং ভ্রমাচ্চতুরিকে সখি!
স্পৃহনীয়া, দৃষ্টাং কদর্থয়তি মামধিকং যদেষঃ॥ (১৭)

যথা বা—৭। গীরো গম্ভীরার্থাঃ কথমিব হিতাস্তে ন শৃণুয়াং
নিগূঢ়ো মাং কিন্তু ব্যথয়তি মুরারেরবিনয়ঃ।

---

মানগী মমৈ তারকপা 'কলহান্তরিতা' দশাগী মতাংদসু ললিতা-তবু কিজবনা মপা৲থোঙ্দদি মানগী ফীজোম্না কৃপশিন্নবী শ্রীরাশনা ওইবা মতম অতুগী অবস্থা অদুবু মূন্না থঙ্লবা শ্রীকৃষ্ণনা ললিতাবু শাউবা ফহন্নবগীদমক চিত্রাবু নেক্তনা থাজিল্লকখি। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু করিসু মরাল লৈতবা অমা ওইনা প্রমাণ তৌননবা শেমগৎ-শাগত্তনা ঙাঙ্লকপা তাবদা ললিতানা চৈহত্তনা হায়রকই—'হায়, অপঙ্বী! মথা তারকনু; শোয়দে নঙ্, মীনম-শোরিবগী-ওজাহন অতুগী মন্নরা ওঙ্কংপিরে, কয়া অমসু তাকপি তীকপি তৌশিনবীরক্লে। হে লেংমায়বী! গোবর্দ্ধন চী'থকী কুণ্ডদা শ্রীরাধানা ঙসি অতি'চুপ্না মিংশেঙ থাঙ্হনা লৈখি হায়বসি নমিৎ-থীংনা নশামক্না উথ্রবমত্তদা হুন্দীক শেম-শাহনা ককা ঙাঙ্লবা শারিবকো?

শ্রীরাধাগী যূথদা ললিতা-নচিংবী অসিনা 'আপেক্ষিক-প্রখরাধিকা'নি।

১৭। **আপেক্ষিকাধিক-মধ্যা**—বিশাখানা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা হেন্না লৈপুন ওইজনীংবগী লাঙ্তক্লবা মতৌ উবীহনা শ্রীরাধানা 'চতুরিক' কৌনী স্বভাব (মতৌ মওঙ্) মায়বী মতৌ ঈংবী (স্নিগ্ধ) সখী অমবু দূতী ওইনা শিন্নখি, মতুগী মরমদি—বিশাখা অমসুং চতুরিকা অনিবু মশানা লেংজবা লৈপরেং কংহল্লুনবগী-দমক শ্রীরাধানা কৃষ্ণগী নাক্তা থাখিবদা নিকুঞ্জময়া য়োরক্লবদা বিশাখাদি লাপতক্না লৈথহোরগা চতুরিকাদা মতৌ নোম্না হায়জরকখি—'হে সখি! শ্রীরাধানা থাবিরকপা লৈ-পরেং অদু নঙ্না অশ্নক দামোদরদা কংলুরো, ঐদি অসুম মফম অসিদা লৈ হেক্তনা লৈরমগে। হে চতুরিকা! অতুগনে, ঐগী বাদি কাউহনককা পল্লুগনুকো; মানা ঐবু হেক উথিবা থোকপদা যুগোৎ চাগদবা লৈত্রবনি।'

ময়োল্লাসাত্তস্মৈ স্বয়মুপহৃতা হন্ত সখি ।
যা, কুরঙ্গাক্ষী-কেশোপরি পরিচিতা সা স্রগধুনা ॥ (১৮)

১২ । অত্র যূথে বিশাখাদ্যা ভবন্ত্যধিকমধ্যমাঃ ॥ (১৯)

অথ **অধিকমৃদ্বী**—দরাপি ন দৃগর্পিতা সখি ! শিখণ্ডচূড়ে ময়া
প্রসীদ বত মা কৃথা ময়ি বৃথা পুরোভাগিতাম্ ।
নটন্মকরকুণ্ডলং সপদি চণ্ডি ! লীলাগতিং
তনোত্যয়মদূবতঃ কিমিহ সংবিধেয়ং ময়া ? (২০)

---

১৮। মথক্তী পদ্যদা মগুণ মান্নবী মশাগী মীচঙ্দা লৈবী সখীনা পাউ পুহনবগী থবক্তা 'মধ্যা' ওইবীগী মতৌ উৎপ্রে। মথংদা হুক্সীক্লা মশামক্তগীসু থরা হেন্না লূনা তৌজবী সুহৃৎপক্ষদা লৈবী অহ্নগুম্বী সখীনা পাউ পুবগী মওঙ্ অহ্ অয়ুক উৎলি। মান তৌরিবী কনাগুম্বী গোপী অমগী শাউবা ফহন্নবগী মরীদা শ্রীকৃষ্ণদা হায়জহ্না শাউরিবী অহ্নগী সুহৃৎপক্ষগী সখী অমবু থাখিবদা মাপী মচীন্দগী হায়ক্ত-নোনঙ্গবগী বাহে-বাতাশিং অহ্ তারগা মা-নসু :দূবু হেন্না শৌগত্ত্না হায়রকই ; 'হে সখি। নঙ্না হায়রিবশিং পূম্নমক অহ্ হায়মক লূবা অমদি অর্থ-চেনবা, কান্নবসু ৬ইবা বা ঙাক্তনি—মদূবু কৱিগীদমক ঐনা তাদফম থোকপগে ? অহ্নমদি ৬ইরগা নঙ্গী কৃষ্ণ অদ্গী নুংহন্নবা, উশীৎ-থোওইদবা মতৌ অত্নতনদি ঐবু বাহন্নবা ওইরি। য়েংউ, ইথবায়মক য়াওনা মঙোম্দা খুদোনজখিবা লৈ-পরেং অদূবু মানা লৌবিবা তৌদনা মদূবু 'কুরঙ্গাক্ষী'গী শমজিদা থেৎপহ্ ঐনা উখি।"

১৯। শ্রীরাধাগী যূথদা বিশাখানচিংবীনা অধিকমধ্যা ওইবীনি।

২০। **আপেক্ষিকাধিক মৃদ্বী**—শ্রীরাধাগী চান্নজবী চিত্রা সখীনা মরমচৎ-মতৌ-থোৎচ-নৌজবী ফনা ওইজ্রনসু নোংমা অমা শাউব্রবদা মাগী মতৌ যূম্না খঙ্লবা শ্রীকৃষ্ণনা কয়া থোক্লা হায়জ-নোনজহ্না মাবু হরাউহনখি। মতৌ অদূবু উবদগী মাগী সখীনা চিত্রাবু চৈহৎলবদা চিত্রানা মশাগী অরেম্বা ঙাক্লা অমদি অশেংবা মতৌ থুপচাননা হায়রকই, হে সখি! ওন্থোকপনি। (নঙ্ অসে)। থোয়দিং মথায় অমা ফাওবা ঐনা কৃষ্ণদা য়েংলূবা লৈত্রি, নঙ্ শাউগৎখিগনু ; করি নত্তবদা ঐবু অরানবা শীগনু। হে চণ্ডি! থোনাকবী!

১৩। অধিকা মৃদবশ্চাত্র চিত্রা মধুরিকাদয়ঃ॥ (২১)

অথ সমাত্রিকম্—

১৪। গাঢ়বিশ্রম্ভনির্ভেদপ্রেমবন্ধং (ন্ধং) সমাত্রিকম্॥ (২২)

তত্র সমপ্রখরা—

৯। প্রবিশতি হরিরেষ প্রেক্ষ্য নৌ হৃষ্টচেতাঃ
সখি! সপদি মুধা ত্বং সম্ভ্রমাম্মা প্রবাসীঃ।
পৃথুভুজপরিঘাভ্যাং স্কন্ধয়োরর্পিতাভ্যাং
তটভুবি সুখমাবাং মণ্ডিতে পর্য্যটাবঃ॥ (২৩)

---

ইনক নক্না মহাক্লা লাক্‌ত্না শূমাং-মচি অসিদা, ঙা-কিয়োং শাবা লাগী নাপ-লৈতেং অদুবু জগোই শাহন্না নীংথিবা ফিরেপ্তা কৃষ্ণে ওইনা লেপ্লরবদবু, মতম অত্তদা ঐ অসিনা তৌগদবহ্ন করিনো?'

২১। অসিগুম্না শ্রীরাধাগী য়ূথদা চিত্রা অমদি মধুরিকা-নচিংবীনা 'অধিক-মৃদ্বী' ওইবী সখীনি।

২২। সমাত্রিক—য়ৌনা চেৎনা থাজনবনা মরম ওইদ্রনা থবায়-অমত্তা ওইবগুম নুংশিনত্তনা মহৈ মহৈ-লুনা তৌনবীশিং অদুবু 'সমাত্রিক' হায়না কৌই।

২৩। সম-প্রখরা—শ্রীবৃন্দাবনেশ্বরীনা নোংমা সমপ্রখরা অমসুং সমমধ্যা ওইবী মাগী চান্নবী সখী অনিবু শ্রীকৃষ্ণগা উন্নহন্নবগীদমক অচীকপদা চীন্না শ্রীকৃষ্ণগা পাওমেন্নরন্নগা সঙ্গাইদা হন্নকখি অমসুং মথংদা হায়রিবী সখী অনি অদুবু বৃন্দাবন উমংদা লৈ থিরুনবা ওইনা থাখি। মখোয় অনিবু উবদা থাপতরুা শ্রীকৃষ্ণনা মায়থোং মকারাম্না লৈরম্বহ্ন উবদা কিমনখিবদগী য়ূমদা হন্না চৎচখি-নীংলবী সমমধ্যা ওইবী সখী অদুবু সম-প্রখরা সখীনা মখোনা হাপ্পা বাহৈনা হায়রকই—'হে সখি! ঐখোয় অনিবু উবদা হরাউ মথোই কাজরবা শ্রীহরি অসে অশোমদা অসুম চঙ্‌শিল্লকলি; কবি নত্তবদা পাখত্তুনা নঙ্‌না কোক-হেক চখোকখিবা তৌগনু। য়োংশূক মানবা চাউ-শাংলবা মপাম্বোম ওনি অসিনা মানা ঐখোয়গী লেংবান্দা ফোনশিনবীয়গা ঐখোয়না যমুনা মপাম্পা নুংঙাইনা কোয়গদৌরিবনি!!'

**অথ সমমধ্যা—**

১০। শ্যামে! গৌরি! হরিঃ ক দীব্যতি সখি! ক্ষৌণীভৃতঃ কন্দরে
কিং পঞ্চাস্যনখাঃ স্ববিক্রমমধুর্বক্ষোজকুম্ভে তব?
আকর্ষত্যভিতঃ স নাগমথনস্ত্বামেব কৃত্বা রবং
মিথ্যালাস্যনটি! ত্বমেব রমসে তস্মিন্ স্বকণ্ঠিরবে॥ (২৪)

অথ **সমমৃদ্বী**—১১। প্রালম্বমিন্দুমুখি! যাদৃশমেব দত্তং
কৃষ্ণেন তুভ্যমপরং সখি! তাদৃশং মে।
ত্বৎকৃন্মদীয়মপি দিৎসসি নাদ্য মা দা,
হাস্যং বিমুঞ্চ চলিতা তব পার্শ্বতোঽস্মি॥ (২৫)

---

২৪। **সমমধ্যা**—গোবর্দ্ধন-চীংখোঙ্দগী লাকপী শ্যামা সখীবু উবদা সমমধ্যা ওইবী গৌরীনা হংলকখি—'হে শ্যামা সখি! (হে অশংবী)!

পাউখুম— হে গৌরী (হে অপানবী, কুচু চোঙবী)

বাহং—নঙ্গী থাবোমগী মশক ওইবা শামুগী মরাইপক অতোঙ্বা অত্তদা লৈরিবা ময়িশিং অত্তদি নোংশানা খোৎপিরম্লিবরা? (কৃষ্ণগী খুজীন্না নঙ্গী থাবোমদা খোত্তুনা মফম লৈহল্লক্লিবরা)

পাউখুম— হে সখি! শামুবু ঙম্বা অত্তগুম্বা নোংশা অত্তগী অঙংবা মখোলনা মচি খুদীং থুংনা কোংয়না অসুম চিংলিবদি নহাক্তবুনি (ঐবুদি নত্তে)

(নাগ-মথন=কালীনাগবু দমন তৌবা কৃষ্ণ। নোংশানা ঙংবা মখোল=বেণু মখোল)

গৌরী—'হে লাস্য-জগোই শাশিন্নবী। নখোঞ্জেল খিত্তং কৈ হায়রদুনা নঙ্তনা বেণু মখোলদা নুংঙাইজবা ঙম্বনি।'

পদ্য অসিদা বাহং পাউখুম অনিমক থোং-চপ মান্নবনা সখী অনিমক অসি 'সমমধ্যা' মশেন্নি।

২৫। **সমমৃদ্বী**—শ্রীরাধাগী সখী ইন্দুমুখীগা মদিরাগা মখোয় অনিমক অসিগী স্বভাব (মরমচং মতৌ) চপ মান্নবদগী অমনা অমবু নুংশিনজে। নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না হরাউনা মখোয় অনিমক্তা 'প্রালম্ব' (থৌরীদগী তিংনা য়াম্বা লৈগী পরেং মথল অমা) কৌবা লৈপরেং অনিথক পীবিখি, অহলনি হায়রদুনা

অথ লঘুত্রিকম্—

১৫। লঘুত্রিকং প্রিয়সখীসৌখ্যোৎকর্ষার্থচেষ্টিতম্ ॥ (২৬)

১৬। যদপ্যন্যোঽন্যনিষ্ঠং স্যাৎ সখ্যং তদপি যুজ্যতে।
সদা সাহায্যহেতুত্বামুখ্যং তত্তু লঘুত্রিকে ॥ (২৭)

১৭। লঘুরাপেক্ষা চাত্যন্তিকী চেতি দ্বিধেরিতা ॥ (২৮)

তত্র আপেক্ষিকলঘুঃ—

১৮। আপেক্ষিকলঘুশ্চাত্র কথিতা ললিতাদিষু ॥ (২৯)

তত্র লঘুপ্রখরা, যথা বিদগ্ধমাধবে— ( ৫ | ৩২ )

১২। রাধা বাষ্পময়ী ন যাতি বিরতিং কোকস্য নিষ্মিৎসতঃ,
প্রেমাস্মিন্নিতি নন্দনন্দনরতং লোভান্মনা মা কৃথাঃ।

---

লৈপরে অনি অদূবু ইন্দুমুখীগী মখুত্তা শিন্নবিখি ; লম্বীদা ইন্দুমুখীনা মদিরাবু লঙনবীংত্বনা লৈপরেং অদুবু মানা নুংশিবীত্বনা ( মদিরাদা ) পীবিবা শানা পীগে তৌরুবদা মথরায় শোক্লবী মদিরানা হায়রকই—'হে ইন্দুমুখি ! কৃষ্ণনা নঙোন্দা পীবগুম ঐঙোন্দসু প্রালম্ব অহু অহম্মক পীবিরকখিবনি। হুজীক নঙনা ঐগী শরুক অদুবু পীনিংদ্রবসু তোকউ, থোইদোক্তে ; অহুগা মীনোক অহুমক্তি থাদোকউ ; ঐ ননাক্তগী চৎলবনি !!"

২৬—২৮। **লঘুত্রিক**—লঘুপ্রখরা, লঘুমধ্যা অমসুং লঘু-মৃদ্বী ; হায়রিবী অহুম অসিদি মতম পুম্নমক্তা মা-মাগী মবেম্মা ওইবী যূথেশ্বরীতগী ফোরোয় ইম্না চত্তুনা মহাক্তগী নুংঙাইনবা থাকচবা লৈতনা পুম্নমক তৌবীমক্তনি। অহুমদি ওইরগা অসিগুম্বা মওঙ্গী কায়ব্যাপার-বহুল ওইবা ( হকচাংগী ওইবা থৌওঙ্ অয়াম্বনা তিনবা ) সখ্যগী ( লুনা চান্না তিন্নবগী ) মওঙ্ মতৌ অসিদি মরুওইনা লঘুত্রিক-তদা মতিক চানবা হায়বহু ওই ; করিনা হায়ববু মখোয়দি মতম পুম্নমক্তা কোয়না চৎপীনি, পুথোক-পুশিন তৌহ্না মতেং পাংবীনি। মী পুম্নমক্তসু উনৈ মহুদি—অসিগুম্বী লঘুশিং অসিতনা অধিকাশিংগী মতেং পাংই হায়বদি হম্বনা অলেনবীশিংগী সেবা তৌই। হায়রিবা লঘু অসিগী মখল অনিনি মহুদি—"আপেক্ষিকী" অমসুং "আত্যন্তিকী !!"

২৯—৩০। **আপেক্ষিকী লঘু**—শ্রীরাধাগা মেংনবদদি ললিতানচিংবী অসি আপেক্ষিক-লঘুনি।

ইত্থং ভূরি নিবারিতাপি তরলে! মদ্বাচি সাচীকৃত-
ভ্রূদ্বন্দ্বা ন হি গৌরবং ত্বমকরোঃ কিং নাত্র রোদিষ্যসি? (৩০)

১৯। সা লঘুপ্রখরা দ্বেধা ভবেদ্বামাথ দক্ষিণা ॥ (৩১)

তত্র বামা—

২০। মানগ্রহে সদোদ্যুক্তা তচ্ছৈথিল্যে চ কোপনা।
অভেদ্যা নায়কে প্রায়ঃ ক্রূরা বামেতি কীর্ত্ত্যতে ॥ (৩২)

তত্র মানগ্রহে সদোদ্যুক্তা, যথা পদ্যাবল্যাম্—(২২২)

১৩। কঞ্চন বঞ্চনচতুরে, প্রপঞ্চয় ত্বং মুরান্তকে মানম্।
বহুবল্লভে হি পুরুষে, দাক্ষিণ্যং দুঃখমুদ্বহতি ॥ (৩৩)

---

**লঘুপ্রখরা**—কৃষ্ণনা হায়জ-নোনজবা মতোদা শ্রীরাধাগী শাউবদি ফগ্রগা অমরোমদা কপ্‌তুম কপথোরক্লবদা রাধাগী শ্রীকৃষ্ণদা লৈবা অথোইবা অনুরাগগী মতোবু পন্দুনা ললিতানা মহাকপু চৈহৎলক্লি—

"শ্রীনন্দনন্দনদা (নন্দগী মচাদা) প্রেম কচ্চনীংবা মীশিংগীদি মমিৎকী পিরাং খক কংবা হোনদে, মরম অতনা মতুদা পৃক্লীং খক রাক্লনীংঙাই লৈতে'—অসুম হায়না হন্না হন্না ঐনা কয়ারক খামগ্রবমক্তদসু হে তয়াং তশোইবী। নঙ্‌না ঐগী ইবাহৈদা পীশূম শৃক্ত্‌না মদূবু ইকাই খুম্নখিবা লৈতে (অর্থ খঙ্‌জখিদে); অদুনবুদি হুজীক্তা কপতবা হোনবরদো?' মতাং অসিদা 'তয়াং তশোইবী' অসুম্না কোবা মিংগো অসিনা হায়বা ইন্দবগী মতৌ ফোংদোক্ত্‌না শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণদা লৈবা অচেৎপা প্রেমগী ঈহৌ-ইথিন অদৃতবু মগুণ হেনগৎহল্লি। [অ ৮ | ৯৯]।

৩১—৩২। অসিগুম্বী 'লঘু-প্রখরা'গী মখল অনি গুই মতুদি—বামা অমসুং দক্ষিণা।

**বামা**—ইতত্তনা ঙাইহাক লৈতনা শাউদুনতা লৈগনবী, শাউবা ফরগসু ওইনা-শাজৎ থাদোকঙমদবী, নায়কমক্তা লাক্লঙমদবী অমদি নায়ক-কী মফমদা চৃগম্নবী ওইনা থোকপী অতুগুম্বী নায়িকাবু রসশাস্ত্রনা 'বামা' হায়না কৌই।

৩৩। **মানগ্রহে সদোদ্যুক্তা**—দক্ষিণ-স্বভাব ওইবী মশাগী যূথেশ্বরীগী মফমদা বাম স্বভাব ওইবী কনাগুম্বী সখী অমনা মান তৌননবা ঈনশিল্লি—'লৌনম চাউবা মুরারি অসিগী মফমদদি অসিগুম্বা মান মতৌ অসিমক্তা মতিক

মানশৈথিল্যে কোপনা, যথা—

১৪। সরভসমভিব্যক্তিং যাতে নবাবিনয়োৎকরে
চটুপটিমভির্নীতা মৃদ্বী প্রসাদমঘদ্বিষা।
অসরলসখীচিল্লীব্যালীপরিভ্রমকম্পিতা
বিমুখিতমুখী ভূয়ো ভদ্রা হঠাদ্‌ভ্রুকুটিং দধে॥ (৩৪)

নায়কাভেত্বা, যথোদ্ধবসন্দেশে—(৫৩)

১৫। কামং দূরে বসতু পটিমা চাটুবৃন্দে তবায়ং
রাজ্যং স্বামিন্! বিরচয় মম প্রাঙ্গণং মা প্রবাসীঃ।
হন্ত ক্লান্তা মম সহচরী রাত্রিমেকাকিনীয়ং
নীতা কুঞ্জে নিখিলপশুপীনাগরোজ্জাগরেণ॥ (৩৫)

---

চপহেক চাবনি। য়েংউ, মমিৎ য়াম্বা (নূপী পামগনবা) নিপাগী মফমদা পূকচেন তিংথোক্লবা শাবদি রা-নবতগী মশক্তি [ হ ১১৪, প ২৩০, ২৩৬ ; অ ৩ | ১১ ]

৩৪। মান শৈথিল্যে কোপনা— শ্রীকৃষ্ণগী মরালদগী ভদ্রা সখীনা নোংমা শাউরব্দা শ্রীকৃষ্ণনা অরোনবা মফমদা হায়জ-নোনজ কয়া তৌহনা মাবু য়াহল্লে। 'বাম-প্রখরা' ওইবী কনাগুম্বী সখী অমনা থোদো অসিদা শাউহন্না ভদ্রাবু অমুক্কা হয়া শাউহনখি। অসিগুম্বা পাউ অসি খঙ্লবী সখী অমনা মদুবু মাগী প্রিয়সখীদা মথাঙ্ অমুক তমহনা তাহল্লি—খঙ্হোদবা মওঙ্দা অনৌবা অচৌবা অহকপা মরাল অমা লঙ্জবা থোকখিবদগী শাউরবী অহুমদি ওইরগা মশামক্তি 'মৃত্বভাব' ওইজবী (থোৎচ-মেঙ্জবী— ) ভদ্রাবু লৈশী লৈথোনজহনা শ্রীকৃষ্ণনা শাউবদগী ফহজরবদা মাগী বামা সখীগী লিলচা-পাশূমনা কোয়রে লৈনা চৎপহ উয়কপদগী অমুক হয়া খূদক্তা মাগী পীশূম অহ শূকথখিংনা মমায় লৈথোকখি।

৩৫। নায়কাভেদ্যা—(নায়ক্কা লাক্নমদবী) নোংমা করিগুম্বদা অসুম থোকউ তমখিবদগী রাধানা বিপ্রলব্ধাগী অবস্থাদা লৈরবদা শ্রীকৃষ্ণনা ললিতাগী নাক্তা চঙ্হনা লাইগী নোংদমনা ওইখিবা অহগুম্বা মরাল অদুবু কোকপিনবগী-দমক হায়জ-নোনজররবদা ললিতানা হায়রকই—'হে ইবুংঙো। অসিগুম্বা লৈশী-লৈথোন বাহৈ চবুন শেম্বগী হৈথোই শিংথোইবা মতৌ অহদি থাপ্পা লৈরসনু ; মফম অসিদা নঙ্না লৈবাক অমা শেমহনবুদি পানবীয় অহগা ঐগী য়ুমগী শূমাঙ্-লোমদদি তমশিনবীরক্কনু। ওহোকপনি। মগুণ চেপ্রবী অহগুম্বী গোপী কয়াগী

নায়কে ক্রূরা, যথা দানকেলিকৌমুদ্যাম্—(৫৭)

১৬। অমূর্ব্রজমৃগেক্ষণাশ্চতুরশীতিলক্ষাধিকাঃ
প্রতিস্বমিতি কীর্ত্তিতং সবয়সা তবৈবামুনা।
ইহাপি ভুবি বিশ্রুতা প্রিয়সখী মহার্ঘ্যেত্যসৌ
কথং তদপি সাহসী শঠ! জিঘৃক্ষুরেনামসি? (৩৬)

২১। যূথেঽত্র বামপ্রখরা ললিতাদ্যাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ॥ (৩৭)

অথ দক্ষিণা—

২২। অসহা মাননির্ব্বন্ধে নায়কে যুক্তবাদিনী।
সামভিস্তেন ভেদ্যা চ দক্ষিণা পরিকীর্ত্তিতা॥ (৩৮)

তত্র মাননির্ব্বন্ধাসহা, যথা শ্রীগীতগোবিন্দে—(৯। ১০)

১৭। স্নিগ্ধে যৎ পরুষাসি যৎ প্রণমতি স্তব্ধাসি যদ্রাগিণি
দ্বেষস্থাসি যদুন্মুখে বিমুখতাং যাতাসি তস্মিন্ প্রিয়ে।

---

মবুংঙো ওইবও হে। ঐগী প্রিয়সখীদি নঙ্গী প্রেমদা অহিং নোংশোম্নবা চুপ্পা মিংশেঙ্ খাঙ্জবতদা বাজনবা মরম ওইরি॥"

৩৬—৩৭। নায়কে ক্রূরা—যজ্ঞগীদমক অনৌবা ঘি পুদুনা মাগী সখীমখোগা লোয়ননা নোংমা শ্রীরাধানা গোবর্দ্ধন-পর্বতকী ময়াদা লৈবা 'নীস মণ্ডপ'কী (শ্রীকৃষ্ণগী মাশূল লৌফম ঘাটকী মমিং) কুমথফম ঘাট ময়াদা চৎলিঙৈদা পোংকী মাশূল লৌবা শাদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী লম্মী থংখি। মতম অদুদা ললিতাগা অসুম রা অওক-অথোং তৌন তৌননা নারোন্দা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাবু পায়গে হায়না হেক চঙ্শিল্লুবমক্তদা ললিতানা কুৎশিং কৃৎনা হায়দুনা থিংখি—লাক্লিবী ব্রজগোপী পুম্নমক অসিগী মমলদি মুদ্রা লক্ষা ৮৪ দগীসু হেনবীমক্তনি—নঙ্গী চান্নজবা মরূপ মধুমঙ্গলমক্তা হায়খিবনি। ঐগ' প্রিয়সখীদি খায়দগী হেন্না তাঙ্বীনি, হে লৌনম্বা! অদুমক্তদা করম্বা নথোনানা মাবু নঙ্না শোক্কে তৌজবা শারিব-বনো হা? (বি ৪। ৪৯. ৭। ২৯)

(৩৭) যুথ অসিদা ললিতানা চিংবীনা বাম-প্রখরানি খঙ্নগনি।

৩৮। দক্ষিণা—শাউবনা হেনখিদুনা খাঙতমজদবী, রাপা চানা-চানা নায়ক-তা ভাঙ্বা শকপা তৌবী অদুগা নায়কনা লৈশী-লৈথোক্লগনা হেক্তমক তেথজবী অদুগুবী মহাক অদুবু 'দক্ষিণা' হায়মা কৌই।

তদ্‌যুক্তং বিপরীতকারিণি ! তব শ্রীখণ্ডচর্চ্চা বিষং
শীতাংশুস্তপনো হিমং হুতবহঃ ক্রীড়ামুদো যাতনাঃ ॥ (৩৯)

**নায়কে যুক্তবাদিনী,** যথা পদ্যাবল্যাম্—(২৯৭)

১৮। অদোষাদ্দোষাদ্বা ত্যজতি বিপিনে তাং যদি ভবা-
নভদ্রং ভদ্রং বা ব্রজকুলপতে! ত্বাং বদতু কঃ ?
ইদন্তু ক্রূরং মে স্মরতি হৃদয়ং যৎ কিল তযা
ত্বদর্থং কান্তারে কুলতিলক! নাত্মাপি গণিতঃ ॥ (৪০)

---

৩৯। **মাননির্বন্ধসহা**—কলহান্তরিতা ওইরবী শ্রীরাধাবু প্রখরা ওইরবী মাগী প্রিয়সখী অমনা চৈহত্তৃনা ঙাঙ্‌লি—'হে সখি। নুংশিরবা নথরায়গী মবুংঙোগী কাদবু করিগীদমক অহুক শাথীরিবনো, মানা খুরুমজরবা ফাওবদা নঙ্‌দি পেথবা লৈতরি, অনুরাগী ওইবা নাগরবু নঙ্‌দি য়েক্লবগুম খল্লিবোইরে, মানা লৈশিঞ্জরকপদা নঙ্‌না লৈথোক্তৃনা থাঙ্‌লি—হে ওম্ন-তৈনবী। হোয়, নঙ্‌গী নকমদবুদি মহু মতিকমক চারবনি। হুজীকমক অসিদসু নঙ্‌গীদি শেরাঙ্গবী নতৌতনা চূনবা ওইরি—মরমদি,—নশাগী লৈতেং চন্দন অদুবু হু ওইনা, থোক্লিবা থা অসিবুনা থাঙঙমদনা-মৈশা-লাংবা নুমিৎকুম্না, ঈংলবা উনবুনা মৈ-মক ওইনা লোরি, অহ্নগা নীংথিবা লীলা শান্নববুসু নঙ্‌গীদি য়ানবা মরম ওই-হল্লি।'' ( অম ৭, প্রার্থনামৃত ৯, অ ৩ | ২৫ )।

৪০। **নায়কে যুক্ত বাদিনী**—সঙ্কেত-কুঞ্জদা লৈবী গোপী অমনা শ্রীকৃষ্ণবু লেঙ্‌হন্নীংলকপগী ঈখৌ-লাংবনা তপথফম খঙ্‌খিদে। করিগুম্বা নোংদমখোন অমনা ( লাক্লীংদবা নত্তনা ) কৃষ্ণনা লাকপা মতম হেনগ্রবদা বিপ্রলব্ধাগী দশা ফংলবী গোপী অহৃনা ময়ুমদা হনবা তাখি। মথংদা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মনাক য়োৱক্লবদা শাউবনা তপথজবা ঙমদ্রবী ওইহৃনা মহাক্না মবুংঙোদা থীনা থীনা হায়হৃনা লৎনখি। শ্রীকৃষ্ণনা মতম অহৃদা তৌষম খঙ্‌লক্তুহৃনা অনকপা কুঞ্জ মনুংদা থরায় য়ানা অসুম কুইনা ফমহৃনা লৈখি। মরম পূম্নমক শেংনা খঙ্‌লবী সখী অমনা শ্রীকৃষ্ণগী মরাল করিসু লৈতবদুবু শেংনা পঙ্‌হল্লবদা শাউরম্লিবী নায়িকা অদুনা অমুক 'কলহান্তরিতা' দশা তারক্তৃনা নীংঙমদবনা নোনা অমুক মৈচাক হাপলকখি। মতম অসিদা কৃষ্ণগী নাক্তা মাগী অতোপ্পী সখী অমা অমুক লাক্তুনা মাগী প্রিয়সখীগী হকচিল্লবা প্রেমগী মতৌ অদুবু তম্লখি—

নায়কভেদ্যা, যথা—

১৯। ন ব্যর্থাং কুরুষে মমৈব ভণিতিং মধ্যে সখীনামিতি
শ্রুত্বা খ্যাতিমসৌ কৃতী মধুবিপুর্মাং বাঢ়মাশিশ্রিয়ে।
দৃষ্ট্বা মদ্বদনং প্রসীদ রভসাদেনং পুরঃ কাতরং
কল্যাণীভিরলং কৃশোদরি! দৃশোর্ভঙ্গীভিরঙ্গীকুরু॥ (৪১)

২৩। তুঙ্গবিদ্যাদিকা চাত্র দক্ষিণপ্রখরা ভবেৎ॥ (৪২)

---

'হে ব্রজবাসীগী মবুংঙো। দোষ লৈনবু ওইরবসু লৈতনবু ওইরবসু নঙ্না মাবু বন মনুংদা থাদোকপিখিবা মতৌ অদুবু কনানদি ফৈ-ফম্তে হায়বিরকদবা লৈ? ব্রজগী মৈরা ওইনা ঙানবীব-ও হে। ফম্রবী ঐগী ইপুক্লীং অসিনা (ব্যঙ্গ্যগী বাহৈনি—থোৎচ-নৌজবী-ঐগী পুক্লীংনা) বাহৈ অসিতবু কাওঙমদনা নীংশিংহল্লি মত্নদি—* শূকগ্রবা বনগী মনুংদা মহাক্লা মশাবু অমদি মাগী ওইবা মীওই মখৈবু ফাওবা করিসু থোশাবা লৈখিদে।"

৪১—৪২। নায়কভেদ্যা— (নায়ককী ফোরোয় ইনবী)— নোংমা বিপ্রলব্ধা ওইবী শ্রীরাধাবু থেমজিলহন্নবগীদমক্তা হৈশিংলবা কৃষ্ণনা হায়জ-চৎচ তৌদ্রনা তুঙ্গবিদ্যাবু ফাজিল্লবদা মহাক্লা শ্রীরাধাগী নাক্তা লাক্লগা অবাবা খোনজম-না হায়জরকই—'হে সখি। লৈরিবী সখীশিং অসিগী মরক্তা ননাই তুঙ্গবিদ্যানা হায়জবা বাফমদি নহাক্লা অমুভসু অরেম্বা তাহনবীখিবা লৈতে হায়না মীনা ঙাঙ্ন-শোন্নবসি তাবদগী মীতেক মীরো খঙ্লবা কৃষ্ণনা ইকাদা চঙ্জরক্লবী অদ্রুম্বী ননাই ওইবী ঐ অসিগী ঈমায় অমুক্তং য়েংবীদ্রনা হুজীক শাউবা ফবীরো অদ্গা মথবায় হামচৎননা ইনক নকপা মফমদা বানা থাঙ্জরিবা মহাকপু য়াইফথোইবী নঙ্গী নুংশিহৈবী মিৎয়েংনা য়েংবীদ্রনা লৌশিনবীয়ু।' [অ ১০। ৮৪]

৪২। তুঙ্গবিদ্যা মথন্তনা য়ুথ অসিগী 'দক্ষিণ-প্রখরা' ওইবীনি।

---

* শূক্লবা বনদা অহিং অমম্বগুম মমলবা অশেংবা ভক্ত থম্মোইনা অমম্বদ্র ফাওদম্তুনা অঙানবা মঙান থিবা হোৎনবদা মশাগী অমদি মাগী মপা মমা মচীন মনাউনচিংবা মীওইশিংগী মাঙ্গদবা মওঙ্ লৈত্রনসু থক থোশাক্লবা লৈতে।

অথ লঘুমধ্যা—

২০। ত্বয়া রচিতসংকথাং পথি সমীক্ষ্য মাং মানিনী
সখী মম বিষণ্ণধীঃ কৃতকটাক্ষমাক্ষেপ্স্যতি।
ব্রজাধিপতিনন্দন! ত্বমবধেহি মন্ত্রং ব্রুবে
বিনাত্র ললিতাশ্রয়ং ভবতুপক্রমোঽয়ং বৃথা॥ (৪৩)

অথ লঘুমৃদ্বী—

২১। সখি! তব মুহুর্মূর্দ্ধ্না পাদগ্রহোঽপি ময়া কৃত-
স্তদপি চ হরৌ জাতাসি ত্বং প্রসাদপরাঙ্‌মুখী।
ভবতু যমুনাতীরে বেণোরুদঞ্চতি পঞ্চমে
বিচলিতধৃতিস্ত্বং লোলাক্ষী ময়াপি হসিষ্যসে॥ (৪৪)

অথ আত্যন্তিকলঘুঃ—

২৪। আত্যন্তিকলঘুস্তত্র প্রোক্তা কুসুমিকাদিকা।
সর্ব্বথা মৃদুরেবেযং যন্নিভান্তলঘীযসী॥ (৪৫)

---

৪৩। লঘুমধ্যা—মরম লৈনা শাউবী (সহেতুক মানবতী) শ্রীরাধাগী অশাউবা নেমহন্নবগী থবক্তা হৈশিংলবা শ্রীকৃষ্ণনা লমথাঙ্‌দা উন্নবী বিশাখাদা মানা পামলিবা রাফম অদু হোদোকলুবদা বিশাখানা অকিবা খোম্থাঙ্‌দা হায়রকই—'হে কৃষ্ণ। নঙ্‌গা ঐগা অসুম্না লম্বীদা রা-লান ঙাঙ্‌নবসি উথিবা থোক্লবদি মথরায় নুংঙাইতবা মিৎয়েংনা ঐগী প্রিয়সখীনা ঐবু খানা য়েংবীরক্কনি। অদুমকপু খায়দগী হেনন্না ফবা পাম্বৈদি—ললিতাদা চঙ্‌জবা নত্তনদি হোৎনবা 'পূবা অরেব্বা ওইগনি—মসিনি ঐগী পাউতাক্তি।

৪৪। লঘুমৃদ্বী—শাউরবী রাধাগী অশাউবা নেমথহন্নবগীদমক নেক্তুনা থাজিন্নকপী চিত্রা সখীনা মাগী মনাক্তা লাক্লগা মতম য়াম্না শাংনা হায়জ-চৎচ অমদি খুরুম খাজঙ্‌বনচিংবা তৌদ্রনা প্রার্থনা তৌরকই। অদুমক্তদসু শাউবা মফত্রবদা, থৌশাবীবা তৌদনা অহোন্নদুম লৎনবিরবদা চিত্রানসু শাউনা হায়রকই—'হে সখি। ইকোক্লা নখোঙ্‌মক শোক্তুনা ঐনা কয়ারক হন্না হন্না হায়জরবা অসি কাওবদা নহাক্লা শ্রীহরিগী মকাদা হরাউ হরাউনা থক য়েংলকপা মরৈত্রবনিনা ফরে, য়েংলসি—যমুনা মপান্দগী পঞ্চম স্বরদা খোংলকপা বেণুগী

যথা—২২। বন্দে সুন্দরি ! সন্দিশ প্রিয়সখীং মানং বিমুঞ্চত্বসৌ
সোৎকণ্ঠাপি মনস্বিনীব বসতি ত্বচ্ছঙ্কয়া বেশ্মনি।
দূরে ত্বন্মুখমীক্ষতে হরিরয়ং মৌনং শুকঃ শিক্ষতে
লাস্যং নেচ্ছতি চন্দ্রকী সবয়সঃ কাশ্মীতি ন স্বং বিদুঃ ॥ (৪৬)

২৫। প্রখরাদিষন্যতমা যূথেশৈকৈব কীর্ত্তিতা
মধ্যস্থা নবধৈবাত্ত্যা সমা লঘুরিতি দ্বিধা ॥ (৪৭)

---

খোম্থাঙ্ তারক্লবা মতম অদৃদা নপুক্লীং লাঙ্লক্ত্না নমিৎ-ননাককা চোইরকপা থোক্লবদি ঐগী মাঙ্দা চাং তাগনিদো।। [ অ ৪।১০ ]।

৪৫। **আত্যন্তিক লঘু**—কুসুমিকানচিংবী সখীশিংনা 'আত্যন্তিক লঘু'নি ; য়াম্না য়াংখৎমনবনা হায়বদি হম্থমনবনা মখোয় অসিদি মতম পুম্নমক্তা অদুম্মক 'লঘু তা ওইদুনা অসুম লৈ।

৪৬। মান লোইখিদুনা কলহান্তরিতাগী মতাং য়োরক্লবমক্তদসু ললিতাবু থোশাদবা মতো থোকখিগনি হায়বতগী অকিবনা ময়ম ওইদুনা শ্রীরাধানা মপান থোঙ্দা শাউশিন্নদুনা লৈগ্রবদা শ্রীকৃষ্ণনা নোনজরুরবী 'কুসুমিকা' কোৌবী সখীনা ললিতাগী মখোঙ্মক শোক্লা হায়জররবা ফাওবদা শাউবা হনখিদবনা থোক্লগদবা পুম্নমক্কী ওইবা য়াবা অবাবা মতো অদু পন্দুনা য়াম্না তোনবা মতোনা মানা অমুং হায়রকই—'হে নাংথিজবী। নখোঙ্মক কোন্দুনা খুরুম-জরি, ঐখোয়গী প্রিয়সখীবু শাউবা ফহন্নবা নয়াথং পীনবীয়ু। শ্রীকৃষ্ণগী-লৈপুন-ঈখো-লাংজবী ওইদুনসু নঙ্তবু কিজবদগী মহাক্লা ইমুংদা শাউবগী মতো ওইনা লৈরি ; অদুগা অমুক্তগা লৈদুনা য়েংবীয়ু—'সোমদনা শ্রীহরিনা অা-দা থাপ্লা লেপ্তুনা নঙোন্তদা মিংয়েং থমলি। চোঙা-তেনবা অমত্তসু খোংনখিদরে, রাগোংসু জগোই শাখিদরে অদুগা সখীমথৈসু মশানা মশাবু ফাওবা কাউ-থোক্লখিদুনা মখোয় মশাবু মফম কদাইদা লৈরিবনো হায়বা অদু ফাওবা খঙ্নখিদরে। অসি য়োরবা মতম অসি ফাওবদা নঙ্না মচানবীদ্রবদি, চূপন্নবা নতোতবু মীনা শোয়গ্রগনি।'

৪৭—৫২। প্রখরা, মধ্যা অমসুং মৃদ্বী হায়না খঙ্নবা—সখীশিংগী মরক্তা থায়রিবা মখল অদুম অসিগী মরক্তা যূথেশ্বরী ওইরিবী ( লুচিংবী ) মহাক মথন্তনা মাগী কাঙ্বুগী মনুংদা 'আত্যন্তিকাধিকা-প্রখরা', 'আত্যন্তিকা মধ্যা'

২৬। একৈকস্মিন্নতো যূথে ভিদা দ্বাদশধা ভবেৎ।
অথ দূত্যার্থমেতাসাং বিশেষঃ পুনরুচ্যতে ॥ (৪৮)

২৭। দূত্যমত্র তু তদ্দূরাদ্যূনোর্যদভিসারণম্ ।
তত্র তু প্রথমা নিত্যনায়িকৈবাত্র কীর্ত্তিতা ॥ (৪৯)

২৮। স্যুর্নায়িকাশ্চ সখ্যশ্চ তিস্রো মধ্যস্থিতাস্ততঃ ॥ (৫০)

২৯। তত্রাদ্যা নায়িকাপ্রায়া দ্বিতীয়া দ্বিসমা ততঃ।
তৃতীয়া তু সখীপ্রায়া নিত্যসখ্যেব পঞ্চমী ॥ (৫১)

৩০। আদ্যায়াং নিখিলাঃ সখ্যো দূত্য এব ন নায়িকাঃ
পূর্ব্বোক্তা নায়িকা এব পঞ্চম্যাং ন তু দূতিকাঃ ॥ (৫২)

---

অমসুং 'আত্যন্তিকা মৃদ্বী' হায়বদু ওই। 'আপেক্ষিকাধিকা, আপেক্ষিকা সমা অমসুং আপেক্ষিকা লঘু-কাঙ্‌বুগী মরক্তা মথল অহুম অসিনা মহৈ মহৈ অমনা অমবু নমহৎনদুনা প্রথবা, মধ্যা অমসুং মৃদ্বী হায়না খায়দোক্তুনা মথল ৯ অঃসু অমুক খায়দোকপা য়াই। অদুগা 'আত্যন্তিক-লঘু-সমা'গা লঘুগা মথল অনি অসিদি পূয়মক্লা মথোয়গী মথল ১২ ওই। অসিগুম্বী কৃষ্ণপ্রিয়াশিং অসিনা পাউপূবগী মতৌদি (দূত্য) লাপ্পা লৈনবা নায়ক নত্রগা নায়িকাবু হেক হেক অভিসার তৌহনবনি অসুম্না খঙ্‌নগনি। মথোয় অসিগী মরক্তা খ্বায়গী মকোক ওইবী (আত্যন্তিকাধিকা ওইবী) অদুবুনা 'নিত্য-নায়িকা' হায়না কৌই। মথং তারকপদা, ময়ায় ওইনা লৈবী 'আপেক্ষিকাধিকা' 'সমা' অমসুং 'আপেক্ষিক-লঘু'— মীশক অহুম অসিদি— নায়িকাসু সখীসু অদুম্মক ওইবা য়াই। মথোয়গী মরক্তা অহানবী— আপেক্ষিকা' অঃদি 'নায়িকা প্রায়া'নি (নায়িকা গুম্বীমক্লি, মকোক ওইবী যূথেশ্বরীগীনা মানা নিত্য সখীনি অদুগা লঘুশিংগীনা করিগুম্বদসু মানা সখী ওইরুবসু য়াবীনি)।

অনিগুবী—সমা অসিনা দ্বিসমা'নি (হায়বদি মথল মঙাগী মনুংদা মথোয় অসিদি নায়িকা অমসুং সখী ওইবদা থোং চপমায়বনা 'সমা'নি হায়বদি করি-গুম্বদনা 'নায়িকা', করিগুম্বদনা 'সখী' ওই অদুগা মথক্তা লৈবী অনিগীনা সখী ওইনা অদুগা মখাদা লৈবী অনিগীনা মানা 'নায়িকা' ওইবীনি)।

অহুমগুবনা—আপেক্ষিক লঘুনি, মাদি 'সখীপ্রিয়া'নি (মহাক্তি মথক্তা

তত্র নিত্যনায়িকা—

৩১। যাত্র যূথেশ্বরী প্রোক্তা সা ভবেন্নিত্যনায়িকা।
অপেক্ষ্যত্বাদতীবাস্যা মুখ্যং দূত্যং ন বিদ্যতে॥ (৫৩)

৩২। স্বযৌথিক্যসখীমধ্যে যা যত্রাতীব রাগিণী।
নিযুক্তৈবাস্তি তদ্দূত্যে সুষ্ঠু সা যূথমুখ্যয়া।
তথাপি প্রণয়াৎ ক্বাপি কদাচিদ্গৌণমীক্ষ্যতে॥ (৫৪)

৩৩ দূরে গতাগতমৃতে যদ্দূত্যং গৌণমত্র তৎ।
গৌণং হরেঃ সমক্ষঞ্চ পরোক্ষঞ্চেতি তদ্দ্বিধা। (৫৫)

তত্র সমক্ষম্—৩৪। সাঙ্কেতিকং বাচিকঞ্চ সমক্ষ দ্বিবিধং মতম্॥ (৫৬)

---

লৈবী মীশক অহুম্মক্তী সখা ওইনা থবক তৌবীনি, করিগুম্বা মতাংদনা মানা নায়িকাগী মতৌ ওইরবসু লৈ)।

মঙাগুবী—আত্যন্তিক লঘু ওইবী অদুদি 'নিত্যসখী' হায়না খঙ্‌নৈ—(মাদি কৈদোঙৈদসু নায়িকা ওইদবীনি, মতম অপুম্বদা লঘু-তমক ওইনা অদুম্মক লৈবনা মানা খক নায়িকা ওইবা ওইথোক্তে)।

অহানবী 'আত্যন্তিক-সখী'গী মফমদদি মথংগা মীশক মরিমক অসিনা দূতীগী থবক তৌই, কৈদোঙৈদসু খক মখোয়না নায়িকা ওইরবা লৈতে; অদুগা মঙাগুরকপী 'আত্যন্তিক-লঘু' ওইবীগী মতাংদনা মথক্তী মখল মরিমক্তা নায়িকাগী থবক তৌই; অদুগা মখোয় অদুনা দূতী ওইরবসু লৈতে।

**৫৩—৫৫। নিত্যনায়িকা**—যূথেশ্বরীনি হায়না মথক্তা তাকপ্রবী মহাক অদুদি 'নিত্যনায়িকা'নি, মাবুদি পুম্নমক্তা ইকাই-খুম্নবা লুনা চান্না তৌনবনা মাগীদি 'মুখ্যদূতী' ওইবগী শক্তক অদু লৈতে। মাগী যূথদা লৈবী খায়দগী হেন্না লুনা চান্না তৌবী মহাক অদুতবু যূথেশ্বরীনা মাগী পাখোঙ্লোয় ওইনৈ। অদুম ওইন-মকসু করি করিগুম্বা মকমদদি গৌণ (হন্থবী) ওইবী দূতী কনাগুম্বীসু উৎরকপা লৈ মধুদি—

**গৌণ দূত্য—(হন্থবী দূতীগী মশক)**—থাপ্না চথোক চৎশিন তৌরবা নত্তনা (অনকপদা, করিগুম্বদসু সখীবু খঙ্‌হন্দনা চথোক চৎশিন তৌদ্রনসু) পাউ পুবগী থবক তৌই। অসিগুম্বী গৌণ-দূতীগী থবক অনিদসু অমুক শ্রীহরিগী মাঙ্‌ অমদি তুংদা ওইবী অসুম্না মখল অনি অমুক থোকলি।

তত্র সাঙ্কেতিকম্—

৩৫। তত্রাদ্যং স্যাদ্দৃগস্তাদ্যৈঃ কৃষ্ণং প্রের্য্য স্বনিহ্নুতিঃ॥ (৫৭)

যথা—২৩। প্রিয়সখি! বিদিতং তে কর্ম্ম যৎ প্রেরয়ন্তী
ত্বমঘদমনমক্ষ্ণা ক্ষিপ্রমন্তর্হিতাসি।
অহহ ন হি লতাঃ স্যুস্তত্র চেৎ কণ্টকিন্যো
মম গতিরভবিষ্যৎ তৎকরাৎ কা ন বেদ্মি॥,— (৫৮)

ইদমধিকমৃদ্বীদূত্যম্।

অথ বাচিকম্—

৩৬। মিথঃ পুরো বা পশ্চাদ্বা বাক্যমেকত্র বাচিকম্॥ (৫৯)

---

৫৬—৫৮। অসিগুম্বী 'মাঙ্‌'গী ওইবী (সমক্ক) দূতী অসিগীসু অমুক মখল অনি থোকলি। (৫৭) মতুগী মনুংদা 'সাঙ্কেতিক' (খুদমনা খঙ্‌হনবী দূতী) কী মশক্তি— মিৎপান, খুৎচা অমদি পীশূম থেকপা অমসুং চীনবান লেঙ্‌বন-চিংবনা মাগী চান্নবীগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণবু থাগ্রগা মশানা মচি অমদা লোত্তুনা থুপচাননা লৈথোকখিবী অদুবু 'সাঙ্কেতিক সমক্ক দূতী' কৌই। (৫৮) মতুদি—নোংমা মমিৎ খত্তুনা শ্রীকৃষ্ণদা শৈব্যা সখীবু উৎলম্লগা চন্দ্রাবলীনা লোত্তুনা লৈগ্রবদা কৃষ্ণগা মখল কয়া থোক্লা শান্নজরুরবী শৈব্যানা শান্নবা লোইরবদা অমুক চন্না চন্দ্রাবলীগী মনাক্তা লাক্লগা লৌশিং তৌদুনা কৃষ্ণগা মাগা শান্ন-মিন্নরুবগী বাফম অদুদি ফোংদোক্তুনা চন্দ্রাবলীবু চৈহৎলকই— 'হে চান্নবী! নঙ্‌গী থোদো পুম্নমক ঐ লোইনা খঙ্‌ই, নমিৎ খত্তুনা কৃষ্ণবু নঙ্‌না ঐঙোন্দা থাজিল্লম্লগা শৎ-হেক মাঙ্‌খ্রিবনি। ওস্থোকপনি। মফম অসিদবু তিংখং-উরী হৌরমদ্রবদা ঙসি ঐনা কৃষ্ণগী মখুত্তা করি ওইরমগবা— মদু ঐনা খঙ্‌দে!!' মতাং অসিদা 'অধিক মৃদ্বী' ওইবীনা পাউ পুবগী খুদম অদু উৎলি।

৫৯। বাচিক-সমক্ক-দূত্য— (বাহৈ-বাতানা মমাঙ্‌মক্তা ওইবা দূতীগী মশক)— সখী অমসুং কৃষ্ণগী মাঙ্‌দা কৃষ্ণবু, নত্রগা কৃষ্ণগীদি মতুং (খঙ্‌দবা), সখীগীদি মমাঙ্‌দা সখীবু' নত্রগা কৃষ্ণগীনা মাঙ্‌দা সখীগীনা তুংদা কৃষ্ণগী মফমদা বা হায়ববু 'বাচিক-দূত্য' হায়না কৌই—মরম অদুনা বাচিক দূত্য অসিগী মখল অহুম গুই। মতুদি—

তত্র মিথঃ পুরঃ কৃষ্ণে বাচিকম্—

২৪। ময়াপলপনং কিয়ত্ত্বয়ি করিষ্যতে যা সখী
মমানিশমুপেন্দ্র! তে কুসুমমঞ্জরীর্লুঞ্চতি।
ইয়ং গুণবতী করে তব বিধৃত্য দত্তাস্তু সা
যথেচ্ছসি তথা কুরু স্বয়মিতো গৃহং গম্যতে॥,— (৬০)

ইদমধিকপ্রখরা-দূত্যম্।

কৃষ্ণস্য পশ্চাৎ সখ্যাং, যথা—

২৫। মৎকণ্ঠাদিহ মৌক্তিকানি বিচিনু ত্বং বীরুদারোধতঃ
স্রস্তানেষ কিলাস্তি মাল্যরচনাব্যাসক্তচিত্তো হরিঃ।
দিষ্ট্যা ক্ষেমমুপস্থিতং সুমুখি! নঃ সানৌ যদস্য চ্যুতো
হস্তাদ্বেণুরিতি প্রযামি কপটান্নিংহ্নাতুমেনং গিরৌ॥ (৬১)

—অধিকমধ্যাদূত্যমিদম্।

---

৬০। অনিমক্কী মাঙ্দা কৃষ্ণদা ওইবা বাঙাঙ্গী পাউ—যূথেশ্বরী শ্যামলানা গুণবতী কৌবী মাগী প্রিয়সখীবু মখুৎ পায়হনা শ্রীকৃষ্ণদা শিন্ন শিন্নরা হায়রকই—'হে উপেন্দ্র! (বামন নত্রগা বিষ্ণু) নঙ্গী নফমদবু ঐনা কবিবু থোইনা থূপলুগদগে? নঙ্গীদমক্তা তত্তনা পোমশাংনবী লৈতবু কোয়না অসূন থিজবী সখী অদো; অতৈ কনা নত্তে, নমাঙ্মক্তা লেপচরিবী 'গুণবতা' কৌবী অলিনি। ঙসিদি ঐনা মাবু ফাগনা পুবরুগা নখুত্তা শিন্নরিবনি, নঙ্না তৌনীংবা তৌ-হৌরা। ঐদি হজীক য়ুমদা চল্লবীনি।' মতাং অসিদা 'অধিক-প্রখরা'না দূতী ওইবা মতৌ অদু উংলি।

৬১। শ্রীকৃষ্ণগী তুংদা সখীদা তৌবা বাচিক-দূত্য (বাঙাঙ্গী শরক)—নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা লৈপুনগীদমক চিত্রাদা হায়জরয়বদা চিত্রানা য়ানীংখিদবা মতৌবু থঙ্লবী শ্রীরাধানা বুঞ্জ অহমক্কী মাংগোন্দা থরায়মক রাওনা লৈপরেং লেংবা হোৎনরিবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অদুগা মহাক্তা (চিত্রা) লৈপুন ওইহন্নবগী-দমক মকম অদু থাদোক্তুনা অতোপ্পা মফম অমদা চৎখিগে খন্দুনা হায়-শিন্নরকই— 'হে চান্নবী! কুংনা হৌরিবা উরী-কুঞ্জ অসিগী মনাক্তা ঐগী ঙক্কগী তত্তুনা কেলহৌবা মুক্তাশিং অদু অমুক্তা থূনজিল্লু চৎলু। শ্রীকৃষ্ণসে হজীক লৈরাং-পরেং লেংবদা থোইদোক্না পুক্কীং লুপলি। হে শকহেনবী! ঙসিদি,

সখ্যাঃ পশ্চাৎ কৃষ্ণে, যথ —

২৬। বিচকিলমবচেতুং সা সখী মদ্বচোভিঃ
কথমপি তটপুষ্পারণ্যমেকা গতাস্তি।
অঘহর! মম গেহাদ্‌যান্তমভ্যর্থয়ে ত্বাং
পুনরিয়মতিমুগ্ধা ন ত্বয়া খেদনীয়া ॥ (৬২)

অথ হরেঃ পরোক্ষম্ —

৩৭। তৎ পরোক্ষং হরেঃ সখ্যাঃ সখীদ্বারা যদর্পণম্।
ব্যপদেশাদিনা বাপি তৎপার্শ্বে প্রেষণাদিকম্ ॥ (৬৩)

---

লাইবক ফবদগী ঐখোয়গী মঙ্গল ওইবা অমসু লাকলে; য়েংউ অসে—শ্রীকৃষ্ণগী খুত্তগী নাম্বোক্তুনা মাগী বেণুদো চীংখোঙ্‌দা তাহ্‌না লৈরি। ঐনা চত্তুনা চীং কারক অমদা মসিবু লোংশিল্লখিগে।" মত্তাং অসিদা 'অধিক-মধ্যা' গী বাঙাঙ্‌-পাউপুগী (বাচিক দূত্য) মতৌ অদু উংলি।

৬২। সখীগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণদা ওইবা বাহৈ-দূতীগী মওঙ্ঃ— নোংমা চন্দ্রাবলীগী য়ুমদা মাগা লৈপুন লীলানচিংবা শান্নরম্বা লোইরগা শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনদা হল্লমদাইদা লৈ থিহল্লুনবা মানা (চন্দ্রাবলীনা) থাখিবী সখী অদুবু কৃষ্ণনা ফাবিরুদনবা হায়রকলি— মিংচৎ চাউজবী ঐগী সখী অদো ঐনা হায়-বতদগী মথত্তা য়াম্না বানা যমুনা মপানগী লৈ-শাংকমদা মল্লিকা হেকপা চংখিবনি; 'হে অঘহিংচাবগী য়েক্লবও। নঙ্‌দি হুজ্জীক ঐগী য়ুমদগী থোক্লবনি, কায়নরমদাই অদিদা ঐনা হায়জরি— পঙ্‌জরিবী (মুগ্ধা) ঐগী সখী অদুবু নঙ্‌না ওৎপিরুগনুকো।' মত্তাং অসিদা থীনা ভাঙ্‌বা বাহৈ বাতানা ভৌরুগদবা থবক অদুবু তাকলি— শেংনা হেক্তমক হায়দোক্তবগী মরমদি, মকম অহ্‌দা লৈরিবী অত্তে সখীশিং অহ্‌না অসুয়া চন্দ্রাবলীমক্তা ঈনশিন্দুনা থাখিবা মতৌ অসিবু খঙ্‌নবদগী মাবু শাউনখিগদবা অদুগুম্বা মরম অদু লৈবনা—মহ্‌গী অকিবদু কোক্লনবনি। অসিগুম্বা মওঙ্‌গী শঙ্কা (অকিবা, চিংনবা) মতৌ অসিনা চন্দ্রাবলীগী 'মুগ্ধী' ওইবী মত্তৌমি খঙ্‌নগনি।

৬৩। হরিগী তুংদা ওইবা দূতীগী মতৌ— সখীনা সখীবু থাবা ‌নত্রগা লৌশিং ভৌহ্‌না হরিগী মফমদা সখীবু থাবা।

তত্র সখীদ্বারা, যথা—

২৭। রুদ্ধাং বিদ্ধি গুরোর্গিরা শশিকলামাত্মদ্বিতীয়ামতঃ-
ত্বামুত্থাপ্য নয়ামি শর্ম্মণি সদা জাগর্ত্তি তে রাধিকা।
ভৃঙ্গাঃ সুভ্রু! তদঙ্গসৌরভভরৈরাকৃষ্যমাণাঃ ক্রমাৎ
পন্থানং প্রথয়ন্তি তে কুরু পুরঃ কুঞ্জপ্রবেশে ত্বরাম্॥ (৬৪)

অথ ব্যপদেশঃ—

৩৮। ব্যপদেশো হরৌ লেখোপায়নাদ্যর্পণক্রিয়া।
নিজপ্রয়োজনাশ্চর্য্যদর্শনাদিশ্চ কীর্ত্তিতঃ॥ (৬৫)

তত্র লেখ্যব্যপদেশেন, যথা,—

২৮। দূতীপদ্ধতিনুদ্ধতে পরিহর ত্বং সাচি কিং প্রেক্ষসে,
বামাক্ষি! স্বয়মাহৃতং প্রিয়সখীলেখং পুরো বাচয়।

---

৬৪। সখীনা সখীবু হরিদা পিয়রবা— শ্রীরাধানা হায়দগী মাঙ্‌জোননা কনাগুম্বা প্রিয়সখী অমগীদমক দূতীগী থবক তৌহনবীনবা সখী অহুমক্তা স্বভাব মায়রবী অমদি মাবু লুনা তৌজবী শশিকলা হায়না কৌবী সখীদা পিয়রথি। হায়রিবী শশিকলা অসিনা সখী অদুবু অভিসার তৌহন্নবা ভাঙ্গা ফংখিদবগী পাউ ভাহনা শ্রীরাধানা অমুক য়াথং মথাঙ্‌ তৌখিবী অহৃগুম্বা অতোপ্পা সখী অমনা— মহাক অহুমক্তি শশিকলাগী অনিগুবী মূর্ত্তি ওইবীনি; লৈ খিশিন্নহনা হায়রিবী সখী অদুবু বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণনা গুপ্তোইরিবা কুঞ্জ-সঙ্গাই অহুগী থোঙ্‌-জিন্দা পুরক্লগা নোক্ত্‌না হায়রকই—'হে নীংথিজবী! নঙ্‌গী অনিগুবী মূর্ত্তিমক ওইবী চান্নজবী শশিকলা অহৃদি গুসি গুরুজন ( অহল্লম্মন ) গী য়াথংনা যুমদা ফাজিন্দুনা চখোকহনখিরবনা ঐনা নঙ্‌বু অভিসার তৌহন্নবা হোৎনরকপনি, মহুমকসু, মত্তম পুম্নমক্তা নঙ্‌গী ফনমবত্তা থনবিরিবী শ্রীরাধাগী য়াথংতনা ঐনা তৌরিবনি, ঐগী থোইনা মসিদা ইথো লৈতবনি। য়েংউ, শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবা মশাগী মনম ফংবদা ককণ্ডাওনরবা থোইমু শয়োম অসিনা নঙ্‌গী লম্বী ভাকলি— অহুনা কুঞ্জনুংদা থীহনবা তৌদনা চঙ্‌ঙ্গো চৎলু।'

৬৫। ব্যপদেশ— শ্রীহরিদা চিঠি থাবা, খুদোললচিংবা কংপা, মশাগী কান্নবা নত্রগা অঙকপা থোওঙ্‌ উবনচিংবা।

শয্যা পুষ্পময়ী নিকুঞ্জভবনে সৌরভ্যপুঞ্জাবৃতা
মৃদ্বী ত্বামিযমাহ্বয়ত্যলিঘটা-কোলাহলব্যাজত

উপায়ন-ব্যপদেশেন, যথা—

২৯। প্রসীদ বসনাঞ্চলং মম বিমুঞ্চ নির্ম্মঞ্চনং
ব্রজামি ননু নির্দ্দয়! স্ফুরতি পশ্য সন্ধ্যোজ্জিতা।
বিদত্যাপি তবোন্নতং গুণমুপাহরং মন্দধীঃ
স্রজং প্রিয়সখীগিরা ব্রজপতে! ন তে দূষণম্॥ (৬৭)

৬৬। লেখ্যচ্ছলে (অইবা ওইনা)— শ্রীকৃষ্ণগা, লৈপুন ওইনৌ হায়রবদী য়াদবী কনাগুম্বী মশাগী সখী অমবু শ্রীকৃষ্ণগা লৈপুন শেম্বিগে নীংহুনা শ্রীরাধানা মহাক অদুবু চিঠি অমা পুহন্দুনা পাউ পুবী ওইনা থারক্লবদা শ্রীকৃষ্ণনা চিঠি মরোল মতুং ইন্না চথবীখি। অদুবু হীরম অসিদা মানা হৈনীংদবা উবদগী শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই— 'হে নাবাংবী! পাউ চংপী অমগী মতৌ তৌরগনু, অথোরবা মিংহ্লেংনা ঐবু অদুম্না য়েংবা করিগীনো? হে মিংহ্লেং লায়দবী। নঙ্গী প্রিয়-সখীনা পীরকপা নশানা পুরক্লিবা চিঠি অদু ঐবু পাহুনা অমুক্তা তাহল্লু; কুঞ্জ-সঙ্গাইগী নুংশিরবা মনম লৈগী শয্যা অসিনা খোইমুনা ঙংবা শারহুনা নহাকপু খুংলাম তোয়নমা কৌশিল্লি।'

৬৭। উপায়নচ্ছলে (খুদোন কংপা শানা)— 'লৈ-পরেংনচিংবা খুদোন কংপা শানা ঐগী খখী অদুবু নকাদা থারক্কে, তঙাইফদনা মাগা লীলা শান্ন-মিন্নবিয়ু'— অসুম্না হায়দগী শ্রীকৃষ্ণনা লোম্না খঙ্‌হনগ্রবী শ্রীরাধানা নুমিৎ তারক্লবদ সখী অদুবু লৈপরেং কংজুনবা ওইনা থারকখি। শ্রীকৃষ্ণনা মাগা শান্নবিনবা ফীজি পায়গ্রবদা য়াম্না লোম্না সখী অহুনা হায়জরকই— 'হে মিনুংশি খঙ্‌দবা! চানবীয়ু, ফীজি থাদোকপিয়ু, পায়বিগনু হোনদে; য়েংউ— মাঙ্‌লা উরে, হজীক চপ চানা য়াচঙ্‌বা মতমনি (মতম অসিদদি অসিগুম্বা থবক তৌহেদে অহুগা অমরোমদসু হজীক যুমগী থবক থনা তৌগদবা মতম অসিদা ইনেম-খোকনচিংবনা যুমদা ঐবু উদ্রবদা বা য়ায়গদবা লৈ)। অদুবু মসিমক্তি নঙ্গী নরাল নত্তে, অসিগুম্বা মথোঙ্ হক্তবা নঙ্গী নগুণ (দোষ) অসিবু খঙ্‌ন-খঙ্‌নমক প্রিয়সখীগী য়াথংননি হায়হুনা ঐনা লৈ পরেং থিন্নক্লিবসিমক রাখল খেনবী মতৌনি॥'

নিজপ্রয়োজন-ব্যপদেশেন, যথা—

৬০। মুক্তাবলী নিশি ময়া দয়িতা কদম্ব-
বাটীকুটীরকুহরে সখি ! বিস্মৃতাস্তি।
তামাহরেতি বৃষভানুজয়া নিযুক্তা
তাং প্রোজ্ঝ্য কিং শশিকলে ! গৃহমাগতাসি ? (৬৮)

আশ্চর্য্যদর্শন-ব্যপদেশেন, যথা—

৬১। সখি ! ব্যালীং বক্ত্রে ত্যমণিপটলং বণ্ঠসবিধে
দধচ্চন্দ্রান্মুর্দ্ধোপরি সকলরত্নানি বমতি।
অলিশ্যামো হংসঃ স্ফুটমিতি মন্তক্ষ্যাসি চলিতা
তদাশ্চর্য্যং দ্রষ্টুং কিমিব কুপিতেবাত্র মিলসি ? (৬৯)

---

৬৮। **নিজপ্রয়োজনচ্ছলে** ( মশাগী কান্নবা ওইনা )— হান্না শ্রীকৃষ্ণদা লোম্না হান্নরম্নগা মাগী মুক্তা পরেং লোইহন্নবা ওইনা পাখোন শীহ্না ক্রীড়াকুঞ্জ তান্না চৎত্রবী শশিকলানা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা মথল কয়া থোক্না শান্নমিন্নরগা লোইহ্না হন্নক্লবদা মাবু ইকাইহনগে নীংলবী ললিতানা লৌ‌ন্নরকই— 'হে শশিকলা ! 'কেলিকদম্বগী বন মনুংদা লৈবা কুঞ্জনুংদা ঙসি অহিং কাউহ্না হন্দোক্লম্বা ঐনা লুনা তৌজবা মুক্তাপরেং অদু নঙ্না চত্না অমুক্তা লৌক্ল— অসুম হায়না বৃষভানুগী মচা ইবেম্মনা পাগোন শীখিববু নঙ্না হজীক পুন্নক্তনা লাকপকো ?'

৬৯। **আশ্চর্য্যদর্শনচ্ছলে**— ( অঙকপা পোৎ উবা ওইনা )— অরুবা পাখোঙ্গী মশক ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী নীংথিজবা রূপ অমদি ফিজেৎ-লৈতেংন-চিংবগী মতো উজনবা শ্রীরাধানা কনাওম্বী সখী অমবু থান্নকখি। সখী অদুনা অরোনবা মফমদা শ্রীকৃষ্ণগা লৈপুন-লীলা কয়া শান্নমিন্নরগা যুমদা অমুক হন্নক্লবদা পুক্লো-পারোবী শাওনা অমদি ঈকাইজখিবনসু মমায় পুবা ওমদনা লুকথহ্না লৈব্রবা মতোবু উন্নগা শ্রীরাধানা কাপি তৌনা হংবীরকই— 'হে সখি ! খোইমু শকপা অশংবা-কাংঙা-লাবা অমনা অঙকপা ফংনা শান্নরি হায়। মচীন্দনা লিলহা অমবু চীকলি, খোজেঙ্-মনাক্তনা নুমিৎ কন্নানা ঙাম্রি ; মকোক্তনা মপুংফান্নবা থা কয়া থোকলি, মন্না মনুংদগীনা মণি-মুক্তামক্তা ওথোন্নক্লি— অসুম্না ঐনা হায়বা ভাবদগী অঙকপা মতো অদুবু য়েংজনীংবনা

অথ নায়িকাপ্রায়াত্রিকম্—

৩৯। আপেক্ষিকাধিকানাং যত্তিস্ৃণাং লঘুষু স্ফুটম্।
কদাচিদেব দূত্যং তা নায়িকাপ্রায়িকাস্ততঃ॥ (৭০)

তত্র অধিকপ্রখরাদূত্যম্—

৩২। পাণৌ মে পতিতাসি শন্তুলি! চিবাদত্যাকুলং মা কৃথাঃ
কাকুং তে করবাণি নিষ্ক্রয়মহং শীর্ণাভিসারৈঃ সদা।
ত্বং নিষ্ট্যাত্র নিকুঞ্জসীমনি সমানীতা কিমু স্তম্ভসে
মুক্তাস্বংকুচবুস্তগাঃ ক্ষপযতু শ্যামঃ স সিংহীপতিঃ॥ (৭১)

---

নঙ্‌না চৎচখিবনি, অ২গা হুজীক্লা করিগীদমক পোমশাউনবী ওইনা মকম অ'সিদা হল্লক্লিগা?' অমরোমদনা— চীন্দা বাঁশী, খোরীদনা নুমিৎকুম লংলবা কৌস্তুভ মণি, কোকথক্তনা বাহোং মতু থেৎপা অদুগুম্বা— খোইমুগুম্না মচু শংমুনবা, কাংঙা লাবা কৃষ্ণ অহনা পূক্লীং হূরবা বেণু খোংলি। মসিমা অসুম্না নুংগী অশেংবা অর্থ ওইরবদসু প্রমাণন'-পাম্বৈনা মদুবু অঙকপা মতৌ শ্রইহন্নুনা মতৌ অদুবু য়েংলুনবা খাবা ওইনা দূতীগী থৌওঙ্‌বু ফোংদোকলি।

৭০। নায়িকাপ্রায়াত্রয়— (নায়িকাগুম্বী মখল অহুম)— আপেক্ষিকাধিকা সখী মখস অহুম্না (প্রখরা, মধ্যা অমসুং সমা ওইবী) হৌনশা ওইবী মতৌনা লবুসখীশিংগীদমক ওইনা করিগুম্বদা পাউ পুবনচিংবা তৌবা অদুগুম্বা মতাং অদুদদি মখোয়বু 'নায়িকা-প্রায়া' হায়না কৌই।

৭১। মথগী মনুংদা 'অধিকপ্রখরা দূত্য— (ঙাঙ্‌না-চৈনা-ওইবা দূতীগী মওঙ্‌)— ললিতানা কনাগুম্বী মঙোন্দগী চন্থবী সখী অমবু লৈথিবা শানা বৃন্দাবনদা শ্রীকৃষ্ণনা শেম্বা কুঞ্জ মনাক্তা পুরক্লগা থাউনা হায়রকই— 'হে শন্তুলি দূতি! মতম কুইরবগী তুংদা ঙসিদি নঙ্‌ ঐগী খুত্তা তাররেদো, নথরায বাশিন্নদুনা হায়জররকপনচিংবা করিসু তৌকয়োই; ঐবু নঙ্‌না মতম পুম্নমক্তা অসুম অভিসার তৌহন্দুনতা লৈবদগী ইয়াঙ্‌ কংশিলহনখিবনি। ঙসিদি লাইবক ফন্নুনা নঙ্‌বু ফংলে, তৌখিবা থবকশিং অদুগী চপ চাবা লম্বন শিংগনি। নিকুঞ্জ মনাক য়ৌরক্লগা নঙ্‌না হুজীক চপ লেপ্‌না নুংবঙ্‌নরিবদি কবিগীনো? অশংবা মচুগী নোংশা-লাবা অহুনা ঙসিদি নঙ্‌গী থাবোম-থরক মুক্তাশিং অদুবু চায়থায়বা ওইসনু [ হায়বদি শ্যামসুন্দরনা নোংশা লাবগুম মখোনা মপাংগল

অথ অধিকমধ্যাদূত্যম্—

৩৩। ব্যথয়সি সদা মাং বাগ্‌ভঙ্গ্যা শনৈরনুশিষ্য যং
ছলয়সি চ মাং জ্রনর্ত্তক্যা বিসৃষ্ঠ যমুদ্ধ্যতে।
অয়মিহ বশীকৃত্য স্বৈরী ময়াপ্যুপলম্ভিত-
ত্বয়ি বিভতুতাং কৃষ্ণঃ পদ্মী স পদ্মিনি! বিভ্রমম্॥ (৭২)

অথ অধিকমৃদ্বীদূত্যম্—

৩৪। অনুদিনমভিসারং কারিতাস্মি ত্বয়াহং
কুসুমিতরবিকন্যাভীরবন্যাকুটীষু।
সকৃদহমকৃতজ্ঞা ত্বাং পুরঃ কুঞ্জমধ্যে
যদিয়মুপনয়ে কা নিষ্কৃতিস্তে ততোহভূৎ? (৭৩)

---

ফোংদোক্ত্‌না নোংশা অমোমণ্ডম নাবাংবী নঙ্‌গী থাবোম কারক্তী মৃক্তা পক্লেংবু লৈপূন-লীলাদা মতং মতং ফোয়দোংলসনু]।

৭২। **অধিক মধ্যাদূত্য**—(অধিকমধ্যা ওইবীনা দূতীগী থবক তৌবা)—মখাদা লৈবগী মশাগী প্রিয়সখীবু কৃষ্ণগী শাক্তা পুরক্লবমক্তদা ইকাইথীবনা মরম ওইদুনা লৈপূন-লীলা-শান্ননীংদবা মতৌ অদু উবদগী বিশাখানা হায়রকলি—'হে সখি! নঙ্‌না মাবু তপ্না তপ্না বাহৈ-বাতানচিংবা তাকপি-তম্বীদুনা মতম পুম্নমক্তা ঐতবু বাহনখিবা—নমিং খুত্ত্‌না থৌজিল্লক্লগা ঐবু নমথাক তৌহন-খিবা—অদুগুম্বা শান্নবদা মনীং তৌবা শ্রীকৃষ্ণবু খুদম চনশিন্দুনা ঐনসু মাবু নকাদা পুরকলি; হে থম্বাল মানবী! হজীক অমুবা মচুগী শামু (থম্বাল ফুকপা) নম্রগা খুত্তা থম্বাল পায়বা অদুগুম্বা কৃষ্ণনা থম্বালগী মশক ওইবী অথোইবী নায়িকা নহাক্‌ শান্নবা ওইসনু।'

৭৩। **অধিক মৃদ্বীদূত্য**—(অধিক মৃদ্বী ওইবীনা তৌবা দূতীগী মওঙ্‌)—চিত্রানা নোংমা মাগী প্রিয়সখীবু শ্রীকৃষ্ণগা লৈপূন ওইহন্নবগীদমক লৈথিবা শাদুনা বৃন্দাবন তান্ন' পুরক্লগা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা থাজিন্নবা হোৎনবদা সখী অদুনা য়াম্রবদগী চিত্রানা, মানা মাগীদমক তৌবীখিবা কান্নবা থবকশিং অদুবু নীং-থাদুনা হায়রকই—'হে সখি। নঙ্‌না ঐবু নুমিৎ খুদীংগী অশাংপা লৈতনা য়োম্নবা যমুনা মপানগী নিকুঞ্জ-সঙ্গাই তান্না হেক হেক অভিসার তৌহনবীখিবনি,

অথ দ্বিসমাত্রিকম্—

৪০। সমানাং প্রখরা-মধ্যা-মৃদ্বীনাস্তু পরস্পরম্।
দূত্যঞ্চ নায়িকাত্বঞ্চ সমং তা দ্বিসমাস্ততঃ॥ (৭৪)

তত্র সমপ্রখরাদূত্যম্—

৩৫। প্রাগেকান্তরমেব নিশ্চিতমভূদন্যোঽন্যদূত্যং হি নৌ
বারস্তত্র তবায়মস্তু করবৈ দূত্যং তথাপ্যদ্য তে।
ভ্রূভঙ্গং সখি! মুঞ্চ মণ্ডয় তনুং যদ্‌যাচতে মামসৌ
সব্যা তে স্ফুরতী দৃগদ্য মৃগয়ে গোষ্ঠাঙ্গনে মাধবম্॥ (৭৫)

অথ সমমধ্যাদূত্যম্—

৩৬। ত্বং ন্যস্তাসি মুরদ্বিষঃ শশিকলে! পার্শ্বে ময়া গম্যতে
দূতী হন্ত তবাহমেব কমলে! কিং ধিঙ্‌ মৃষা জল্পসি?

ভোবীমল খঙ্‌দ্রবী ঐনা অমুক্ত-ওইরবসু নঙ্‌বু মাঙ্‌গী কুঞ্জনুং অসিদা থাজিজবা ঙম্লবদি লম্নন শিংবা হায়বহ্ন ওইজগনি।'

৭৪। **দ্বিসমাত্রিক**— স্বভাব মায়বী প্রখরা, মধ্যা অমদি মৃদ্বী অহুম অসিদি অমনা অমগী দূতী নত্রগা নায়িকা অহম্মক ওইনবা য়াবনা মখোয়বু 'দ্বিসমা' হায়না খঙ্‌নৈ [ দ্বিসমা— অনিমক্তা অহম্মক মায়বা মতৌ লৈবা। অসুম্না মায়বী ২|২ অসি অহুম ওবদগী 'দ্বিসমাত্রিক' হায়না খঙ্‌নবনি ]।

৭৫। মহুগী মনুংদা **সমপ্রখরাদূত্য** ( প্রখরা ওইবা মায়বী অনিনা অমনা অমগী দূতী ওইবা মতৌ )— সমপ্রখরা ওইবী সখী অনিবু শ্রীরাধানা মথং মনাউ নাইনা ( অমুক অমুক ) অমনা অমগীদমক পাউ পুনহন্নবগীদমক শীনজিনবীখি। মখোয়গী মরক্তা নোংমা অহানবী অহুনা অনিগুবী অহুদা মশাগী পাউ চংপা নুমিৎ থোক্লবমক্তদসু উখোরকপা মাগী মতৌ মওঙ্‌শিং অদূবু খঙ্‌লবদগী অহানবী অহুনা হায়রকই— 'হে শামায়বী সখি! ঐখোয় অনিনা নোংমা নোংমগী ওইনা অমনা অমগী পাউ পুননবা হায়দগী লেপ্লখিবা ওইহ্রনসু ঙসিদি নঙ্‌গীদমক ঐনা পাউ পুবীগনি। সখি! পীশূম শূকনু। নফিজেৎলৈভেংঙউ, ওয়থংবী নমিংনা ফল্লপ ফল্লপ ভোনা মহুগীদমক ঐগী ইকাদা হায়জরিবহ্ন ঐনা খঙ্‌ই। হুজীক নয়াথং পীরো— ঐনা হুজীকমক চত্তনা ব্রজাঙ্গণদ ( ব্রজগী যুমলক্তা? ) মাধবপু কোয়না থিরুগে।'

ইত্যন্যোঽন্যবিলক্ষণপ্রণয়িতামাধুর্য্যমুগ্ধো হরি-
র্দোর্ভ্যাং তে হৃদয়ে নিধায় যুগপৎ পশ্যোন্মদঃ খেলতি ॥ (৭৬)

যথা বা—৩৭। ক্ব মালতিকয়ার্পিতা চলসি মাধবি ! ত্বং মম
ক্ব মাধবিকয়ার্পিতা ত্বমপি যাস্যলং মালতি ?
অসম্ভবসহোদগমে রহসি কৃষ্ণভৃঙ্গো যুবা
যুবামিহ ধয়ন্নয়ং বহতু কঞ্চিদানন্দথুম্ ॥ (৭৭)

---

৭৬। সমমধ্যাদূত্যম্— ( মধ্যা ওইবী অনিগী দূতী ওইনবা মতৌ )— কমলাগা শশিকলাগা অনিমক অসি শ্রীরাধাগী প্রিয়সখী মক্তনি। মথং মথং শীন্নরকপদা নুমিং অহ্ন অতোপ্পী অমগী পালি তাবা ওইরবদসু শ্রীকৃষ্ণগী নাক য়েৌরক্লগদি মখোয় অনিমক অমনা অমবু নুংশিনবতনা থৃঙ্খৎনহ্ননা অমনা অমগী দূতী ওইনতা থবক তৌননীংলবদা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয় অনিমক্তুবু যশাগী নাকল অনিমক্তা লৈহল্লগা পূম্না শান্নমিন্নবা মতৌ অদুবু উহ্ননা অতোপ্পী কনাগুম্বী সখী অমনা শ্রীরাধাদা হংগংলি— 'কমলানা শশিকলাদা হায়রকই— 'হে শশিকলা ! মুরারিগী মথূত্তা নঙবু শিন্নরম্নগা ঐ য়েৌগ্ৰগে।' শশিকলানা অমুক হায়রকই— 'কমলা ! ঙসি ঐদি নঙগী দূতী ওইনা লাকপনি।' কমলা—'ওম্পোকপনিদকো, করিবু অমুক হায়বা শারিবনো ?' অসুম তৌবা অনিগী অঙকপা ফংনা নুংশি-নজবা মতৌদা থোইনা পেনবিরবা শ্রীহরিনা চপমান্নবা পাম্পোম অনিনা মখোয় অনিমকপু থবাক্তা চেৎনা কোনশিনবীহ্ননা হৱাউ মথোই কানা শান্নবিরিবা মতৌ অসে অমুক্তা মিংয়েং তাবীয়ু ॥"

৭৭। মথক্তী অসিগুম্না মালতী অমসুং মাধবী হায়না কৌবা শ্রীরাধাগী সখী অনিথক্তা শ্রীকৃষ্ণগা শান্নমিন্নবগীদমক মহে মহে অমনা অমদা মিং থৎচিন্নহ্ননা ঈনশিন্নরক্লবদা মখোয় অনিমকপু থাম্নগা শ্রীকৃষ্ণনা কৈনৌ-ৱায়েন তৌহ্ননা তাকপিরকই— 'হে মাধবি ! নঙনা চৎকদবা কদাইদনো ? নঙবুদি দূতী মালতীনা ঐঙোন্দা শিন্নরবনি।' ৱাহৈ অসি তাবদগী মালতীনা চথোকখিগে তৌরক্লবদা মাবুসু অমুক হায়রকই— 'নঙসু কদাইদনো মালতী ! দূতী মাধবীন-দি নঙবু ঐঙোন্দা শিন্নরবী নত্তবরা ।।' মতম অহুদা মখোয় অনিমক্তা হায়রকই— 'করি ৱানো' অদুদে ? নঙদি মতম পূম্নমক্তা অমমমতগা শান্নমিন্নবনি, মদু ঙসিসু কায়হনবীগনু, ঐবুদি করিগীদমক ফাজিনবীরিবনো ? মতম অহুদা

৪১। অতীবাভেদমধুরং সৌহৃদং সমমধ্যয়োঃ।
বিরলং শক্যতে জ্ঞাতুং কিন্তু প্রেমবিশেষিভিঃ॥ (৭৮)

**অথ সমমৃদ্বীদূত্যম্—**

৩৮। দ্রুতমনুসরন্মন্দারাক্ষীং মুকুন্দ! নিবর্ত্তয়
ব্রজতি নিভৃতং যা কুঞ্জান্তঃকুটীমুপনীয় মাম্।
ইতি তব সখীবাক্যেন ত্বামহং সুখমাহ্বয়ে
স্ফুরতি হি মুহুর্মধ্যে তিষ্ঠন্ বিধুঃ সমতারয়োঃ॥ (৭৯)

---

শ্রীকৃষ্ণনা পৃক্লীংনা পায়া, শায়বিনীংবা মতৌ ফোংদোক্ত্না মদ্গী মরম উৎপিরি— 'শরৎ অমসুং বসন্তদা মথং মথং শাংনবী মালতী অমসুং মাধবী অনিমক মতম অমত্তদা পূম্না শাংমিন্নবা থক ওইথোক্ত বসু হে সখি অনিমক। ঙসিদি মথোন কারকপা মতমগী শাবান ওইবা অদুগুম্বা কৃষ্ণগী শক্তম লোবা কামদা হালেংদবা (ষিড়্গ নায়ক) থোইমুনা নথোয় অমিমকপু পূম্না থক্ত্না হায়ক্ষম খঙ্ব্রবা অদুগুম্বা নুংঙাইবা মথেল অমা ফংলগে।'

৭৮। সমমধ্যা ওইবী সখী অনিগী মহৈ মহৈ নুংশিনবা মতৌদি— অমত্তা ওইনবগী মতৌনা হেনজিনমনখিবনা য়াম্নমক থোয়থুম্নবা হেল্লি অদুগা মতম পূম্নমক্তসু মদুদি পাক হেক লায়না ফংবা পোংশক অমা নত্তে; মসিগী অশেংবা তত্ত্বদি প্রেম-রসপু মূম্না খঙ্লবশিং অদুতনা খঙ্বিবা ঙম্মী।

৭৯। সমমৃদ্বীদূত্য (মায়বী মৃদ্বী অনিগী দূতী ওইনবা মতৌ)—শ্রীরাধিকাগী প্রিয়সখী ওইবী মন্দারাক্ষীনা মাগা মশা অমত্তা ওইনবী সখীনা মাগী দূতী ওইফম থোকপা নুমিত্তা কৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লমগা মাগী সখীবুদি খঙ্হন্দনা ময়ুমদা লোম্না হনখি। মথংদা মাগী সখী অদুমক্তা অমুক হায়জবদগী কৃষ্ণমক্তা কৌরবদসু মহাক্তা হল্লকউ হায়রবা য়াখিদ্রবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই—"নঙ্গী সখীনা হায়বা— হে মুকুন্দ! থুনা চত্ত্না মন্দারাবু খাম্বীরু, মানা ঐবু কুঞ্জ-সঙ্গাই-অসি য়োনা পূবীরক্লমগা লোম্না চেনখ্রিবনি অসুম হায়বা য়াথং অসিতনা মরম ওইদুনা ঐনা নঙ্বু কৌরবনি। মসিদা নঙ্না অসুম্না হায়বা থোক্লবা মদুদি— 'ঐগী সখীনা ঐবু নুংশিবীবদগী হায়বত্তুদি হায়জসনু, নঙ্দি রস খঙ্বদা নপা লৈতবনি, অদুগুম্বা নঙ্মক্তদি করিগীদমক ঐবু কৌখীরম্রিবনো? অচৌকপা লৈপুন-লীলাদা অকি-হংগোই খজীক্তং য়াওখিবদা থক মপুং ফাম্রিবনি; মরম

অথ সখীপ্রায়াত্রিকম্—

৪২। লঘুনাং প্রখরা-মধ্যা-মৃদ্বীনাং প্রায়শঃ সদা।
দূত্যং ভবতি তেনেমাঃ সখীপ্রায়াঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ॥ (৮০)

তত্র লঘুপ্রখরাদূত্যং, যথা শ্রীগীতগোবিন্দে— (১১।২২)

৩৯। ত্বাং চিত্তেন চিরং বহন্নয়মিতি শ্রান্তো ভৃশং তাপিতঃ
কন্দর্পেণ চ পাতুমিচ্ছতি সুধাসংবাধবিম্বাধরম্।
অস্যাঙ্কং তদলঙ্কুরু ক্ষণমিহ ভ্রূক্ষেপলক্ষ্মীলব-
ক্রীতে দাস ইবোপসেবিত-পদাম্ভোজে কুতঃ সম্ভ্রমঃ? (৮১)

---

অদুনা মী অমত্তনা নায়িকা ওইকম থোকই। মসিগী পাউথুমদা ঐনা অযুক হায়গদবদি— মান্নবা থবাম্মীচাক অনিগী মরক্তা থোকচবা ফংবা থা অদুদি অযুক্তা হেন্নদুম ফজনবা ওই।' (নখোয় অনিগী মরক্তা হিপ্পগা ঐসু ঙসি খঙঙমদ্রিবা নুংঙাইবা মলাউ অমগী নীংথিবদু ফংনীংই)।

৮০। সখীপ্রায়-ত্রিক— আপেক্ষিক-লঘুগী প্রখরা, মধ্যা অমসুং মৃদ্বী সখী অহুম অসিদি মতম অপুন্নগী ওইনা দূতীগী থবক্তমক তৌহনবনা মখোয় অসিবু 'সখীপ্রায়া' হায়না কৌই।

৮১। লঘুপ্রখরা দূত্য (লঘুপ্রখরানা দূতী ওইবা মতৌ)— কলহান্তরিতা দশাগী অরে ইবদ, শ্রীকৃষ্ণনা হায়জ-নোনজ কয়া তৌবদগী শাউবা ফরক্লবসু মানগী মচিং শরদি অদুম লৈরিবনা মরম ওইদুনা শ্রীরাধানা ইকাইবদগী মথুংতোগী নাক্ত চঙ্‌শিন্নীংদ্রবদা প্রিয়সখীনা হায়রকই— 'হে শকহেনবী। মতম য়াম্না কুইনা নবুংঙো অসিনা খম্মোইনুংদা নঙ্‌তবু হাপ্তুনা অমুম পুজরকপদগী চোকথরবনি অদুগীসু মথক্তা কামগী মৈরিনসু মশা পুম্নমক চাকথেক্লবনি; মরম অদুনা অম্মতনা চোল্লবী-তয়ান ঙমজদী নঙ্‌গী চীনবান অদুতবু ঈথো লাংজরিবনি (নঙ্‌গী চীনবান অমৃত ফংজরগা মশা তেকথত্তুনা নুংঙাইজগনি) মরম অদুনা মিৎকুপ অমত্তগী ওইনা মাগী থবাকী লৈতেং ওইবীরু; ঈকাই হংখোইকম করিসু লৈতে মরমদি— নশামক্না নীংথিবী নঙ্‌গী মিৎলৈ মরীক অমনা মাবু পুমলৈ লৈঙ্গবনি; অদুনা হায়রিবসিনি, অরৈবা মীনাইনি মাবু ইকাইখুম্না লোয়নরুকম থোক্তে। মাদি নখোঙ্‌ থম্বালগী সেবাসু কয়ারক ফংজগ্রবনি। অমুম্না ফংঙমদ্রবা পোৎপু মমল খজীক্তনা ফংলবনা নঙ্‌গীদি নয়াইবক ফরবদি। হজীকমক মাগী থোয়াংবা কোকহনবীয়ু।'

অথ লঘুমধ্যাদূতাম্—

৪০। কিমিতি কুটিলিতভ্রূশ্চণ্ডি ! বৃত্তান্ত সত্য-
ত্বমিহ কুসুমহেতোঃ সৌহৃদাদাহৃতাসি।
ব্রজনরপতিপুত্রং সত্তমস্তৰ্নিলীয়
প্রিয়সখি ! তটকুঞ্জে হন্ত জানে কথং বা ॥ (৮২)

অথ লঘুমৃদ্বীদূতাম্—

৪১। কুঞ্জগেহমবগাহ্য মাধবং, সুপ্তমত্র সিচয়েন বীজয়।
ফুল্লমিন্দুকিরণৈঃ কুমুদ্বতী-কোরকপ্রকরমাহরাম্যহম্ ॥ (৮৩)

৪৩। আসাং মধ্যে ভবেৎ কাচিন্নায়িকাত্বে দরাগ্রহা।
তস্মিন্ননাগ্রহা কাচিৎ সখ্যসৌখ্যাভিলাষিণী ॥ (৮৪)

---

৮২। লঘুমধ্যাদূত্য— শ্রীরাধাগী কনাগুম্বী প্রিয়সখী অমনা মাঙজোননা লোয়া শ্রীকৃষ্ণগা পাউ ফাওনদ্রুনা করিগুম্বা কুঞ্জ অমদা মাবু লোৎলম্নগা য়ূমদা লাক্তনা মশামক্তা মায়না লুনা তিন্নজবী মাগী সখীবু লৈ থিরুসি হায়দুনা কুঞ্জ অদু তাম্না পুরকপদা শ্রীকৃষ্ণনা মাবু থৎলম্বা উবদগী বনদা পুরক্লিবী সখী অদুদা মহাক্লা পীশূম শৃক্তনা শাউনা য়েংলরুবদা দূতী ওইরিবী সখী অদুনা হায়রকই— 'হে মত্তৌ থীনা শাউরিবী। লুনা তিন্নবীনি হায়দুনা ঐনা নঙবু লৈথিবা পুথোরকপনি, ইঙন গুম্না নঙনা ঐঙোন্দা পীশূম শৃক্লিবদি করিগীনো ? হায়মু য়েংসি সখি। ব্রজেন্দ্র-নন্দন কৃষ্ণনা অসিদা অসুম্না লৈরমগনি হায়বসিদি ঐনদি করম খঙফম থোকই ?'

৮৩। লঘুমৃদ্বীদূত্য— শ্রীরাধাগী সখী অমনা মশামক্তা মায়না লুনা তিন্নজবী অতোপ্পী সখী অমবু শ্রীকৃষ্ণনা লেঙশিন্দুনা লৈবা সঙ্কেত কুঞ্জ অদু তাম্না পুরক্লগা মৃদু স্বভাব ওইবদগী ( থোংচ নৌজবা অমদি মেঙজবনা ) মফম অদুদগী চথোকখিনীংদুনা থরো লৈরীক থিরুখিগে হায়শিন্নরি। 'হে সখি। কুঞ্জ অসিগী মনুং চঙলগা নশাগী ফীজিনা চেপত্নুনা লৈরিবা মাধবকী হুমাই থোগন ভোজরু। থাবন মঙাল মরক অসিদা ঐদি অশাংপা থরো-থারীকথাগী লৈরীক থোমলুখিগে।'

৮৪। আপেক্ষিকাধিকানটিংবী গোপী মথল অহুম অসিগী মরক্তা কনা কনাগুম্বা থরনা হাইফেম্বা নায়িকাগী মত্তৌ পায়বমু য়াওই অদুগা থর অমনা

তত্র আদ্যা, যথা—

৮২। লেখামাহর নীপকুঞ্জকুহরাত্ত্বং চন্দ্রকাণাং ময়া
ন্যস্তানামিতি মদিগরা সরভসং স্মেরা স্বয়ং প্রস্থিতা।
তামুমুচ্য মদীয়িতাং শশিকলে! কিং চন্দ্রলেখাশতং
চেলেনাবৃত্তমন্যদেব দধতী লব্ধাসি নম্রা গৃহম্ ? (৮৫)

---

নায়িকা ওইনীংলুবা তৌদনা মশাগী সখী অহুতগী নূংঙাইনবা রাখলতনা মাঙ্ ওইনৈ। [শ্রীচক্রবর্ত্তি পাদনা মতাং অসিদা হায়রদি— হাইফেংনা পামজ-রিবশিং অদুসু মখোয়গী মবেম্মা ওইরিবী যূথেশ্বরী অহুগী অপাম্বনা নম্রগা মাগী ময়াথংতনা মরম ওইবনি অসুম্মা হায়নফম থোকই। যূথেশ্বরীগী অসিগুম্বা অপাম্বা অসিসু মখল অনি গুরি মহুদি— মবু'ঙোগী কাম মপূং ফাহন্নবা তৌবা অমদি মশাগী সখীশিংবু নু'শিবীবদগী মখোয়বু ফহনবীনীংবা। অসুম্মা সখীগীসু মখল অনিনি— শ্রীকৃষ্ণনা য়েৌনা মিতাবা শাবান মূর্ত্তিনা মাগী ওইবী অমদি মহুদগী হম্বা হায়বদি য়েৌনা মিতাক্লনীংঙাই ওইদবী। অহানবা মখলগী সখীশিং অসিগীদি মখল অনিমক্তী অপাম্বা পূম্ন লৈ (নায়িকা দূতী) অহুগা অকোনবী সখী অসিগীনা অপাম্বা অমত্তমক লৈ (দূতী)। নৌজরিবী শকহেনবী ঐগী ইবেম্মনা কামগী ইরেল ওইবা মবুংঙোবু •পূ'ফাবা রতি কংহনবা ভমদ্রহুনা ঐখোয়বু অসুম্মা শীনজিনবীরক্লিবনি। মরম অদুনা মাগী মতেং পাংফম থোকই অসুম্মা খনবদগী অহানবা মখলগী সখীশিংনা হাইফেংনা নায়িকাগী মতৌ ওইনীংবা পোকই। অনিগুবা মখলগী সখী মখেনা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়বু থক য়েৌনা মিতাবীবা নত্তে হায়বা খঙ্ বদগী মখোয়নদি অহুগুম্বা মতেং অদুবু থক ওইথোক্তে হায়বসি মশানা য়াঙ্গনা মবেম্মবু অমদি মরাইবক ফখিবী মবেম্মগী অতৈ সখীশিংবু লৈপূন-লীলা শায়হন্দুনা যূথেশ্বরী মবেম্মা অহুতগী নুংঙাইহন্নবা হোৎনজবতনা মখোয়গী অপাম্বা ওইজ্না কৃষ্ণ-সঙ্গবু থোইনা থৌশাজরুদে।]

**৮৫। নায়িকাগী মতৌ হাইফেং ওইনীংবী, অহানবা মখলগী সখীশিং—** শ্রীরাধিকানা মাগী প্রিয়সখী শশিকলাবু বাহোং মতু লৌহন্নবা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা থাখি। শ্রীকৃষ্ণগা পোন্না শায়মিয়রগা মানা হন্নক্রবদা নোক্লা নোক্লা শ্রীরাধানা মাবু লঙ্নবীরকই—'ঐনদি নঙ্বু কেলিকদমগী কুঞ্জনুংদা হন্দোক্লা

দ্বিতীয়া, যথা—

৪৩। মাং পুষ্পাণামবচয়মিষাদ্বৃন্দশো মা প্রহৈষী-
র্বৃন্দারণ্যে পরমিহ ভবদ্দুঃখভীত্যা প্রযামি।
সত্যং সত্যং সুমুখি! সখিতাসৌখ্যতস্তে মম স্যা-
ন্ন স্বাদীয়ানঘবিজয়িনঃ কেলিশয্যাধিরোহঃ॥ (৮৬)

অথ নিত্যসখী—

৪৪। সখ্যেনৈব সদা প্রীতা নায়িকাত্বানপেক্ষিণী।
ভবেন্নিত্যসখী সা তু দ্বিধৈকাত্যন্তিকী লঘুঃ।
আপেক্ষিকলঘুনাঞ্চ মধ্যেঽন্যা কাচিদীরিতা॥ (৮৭)

---

বাহোং মতু মখেবু লৌরুনবা থাখিবনি, হরাউ হরাউনা নঙ্নসু নখোঙ্ম্যাংনা থাংহনা নোক্লা নোক্লা অতন্নুক চংখি। হে শশিকলা! ঐনা হায়খিবা চন্দ্রলেখাবুদি (থা মচেং শাবা পোং— বাহোং মতু) নঙ্না হন্দোক্লম্লগা অতোপ্পা থা মচেং (খুজীনগী মন্নি অকোয়বা) চামা চামবু ফিনা চেংনা য়োমশিল্লগা নক্ল লূক্তুনা হল্লক্লবোইয়েকো।' [অ ১।৭]।

৮৬। **সখীগী নুংঙাইমবা খোৱাঙ্বী**— শ্রীরাধিকাগী কনাগুম্বী প্রিয়সখী অমনা শ্রীকৃষ্ণগা লৈপুন ওইনজবা পামদবা মতৌ উবদা মতম্ভা থোকচম্লবা শ্রীমতী রাধানা মাবু লৈ থিচন্নুনবা ওইনা কৃষ্ণগী নাক্তা ভত্তনা হেক হেক হম্না হম্না থাবদগী মবেম্মগী মপূক্লীং খঙ্লবী সখী অদুনা মাগী অপাম্বদুবু ভশেং ভশেংনা হংগৎচহনা মবেম্মগী মাথংদা রাজনীংদবা উংলি— 'নীংথিজবি! ঐবু লৈ থিরুনবা ওইনা হম্না হম্না বৃন্দাবন উমংদা অমুক থাবিরগনু; ইবেম্মনা নুংঙাইবীখিদবা থোক্তনবতা হায়হনা হজীক অসি ফাওবদা ঐনা চংচবনি— অদুবু ঐনা পামজবা অশেংবমক্তি নঙ্গী সখী ওইজহনা লৈমিন্নজবগী নুংঙাইবা অহদগী শ্রীকৃষ্ণগী কেলি-শয্যাদা কাখৎলুবহনা ঐতোন্দা থক হেম্না নুংঙাইজরুগদবা নত্তে।'

৮৭। **নিত্যসখী**— নায়িকা অমগী অপাম্বদু য়াওদনা মতম পুম্নমক্তা সখী ওইজবগী নুংঙাইবতবু পামজবী মহাক অদু 'নিত্যসখী'নি। মহাক অসি মখল অনি ওই— আত্যন্তিক-লঘু অমদি আপেক্ষিকী লঘু। আপেক্ষিকী লঘুগী মরক্তা হায়না মথক্তা— 'নায়িকা ওইজরুনীংদবী, সখীগী পেয়নবতা তোঙ্হনা লৈজনীংবীনি'

যথা—৪৪। রাধারঙ্গলসত্তুজ্জ্বলকলাসঞ্চারণপ্রক্রিয়া
চাতুর্য্যোত্তরমেব সেবনমহং গোবিন্দ! সংপ্রার্থয়ে।
যেনাশেষবধূজনোদ্ভটমনোরাজ্যপ্রপঞ্চাবধৌ
নৌৎসুক্যং ভবদঙ্গসঙ্গমরসেঽপ্যালম্বতে মন্মনঃ॥ (৮৮)

যথা বা—৪৫। ত্বয়া যদুপভুজ্যতে মুরজিদঙ্গসঙ্গে সুখং
তদেব বহু জানতী স্বয়মবাপ্তিতঃ শুদ্ধধীঃ।
ময়া কৃতবিলোভনাপ্যধিকচাতুরীচর্য্যয়া
কদাপি মণিমঞ্জরী ন কুরুতেঽভিসারস্পৃহাম্॥ (৮৯)

---

হায়না খঙ্‌হনপ্রবী মহাক অঙ্গদি অনিত্তবা মথলগী মনুংচম্না লৈ, হায়বদি 'অপেক্ষিকী লঘু'নি।

৮৮। শ্রীরাধাগী নিত্যসখী অমনা নোংমা মাবু শ্রীকৃষ্ণনা শান্নমিন্নবা য়াথং তাকপিরবদা অশেংবা মপৃক্লীং ফোংদোকপগা লোয়নবা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অচীকপা লীলাগী মতমদ সেবা ফংজবতনা মাগীদি অরোইবা আশানি হায়বসি উংখি— 'হে গোবিন্দ! শ্রীরাধাগা লোয়ননা ইবুংঙো নহাক্না কুন্নমক ওইনা ঙাম্বোইবীরগা অঙকপা নঙ্‌গী শৃঙ্গার রসকী মরমদা য়োনা হৈশিংবা অঙ্গওবা নওপশিং অঙ্গী মপুং ফাহন্নবা ওইনা ফংজব' অথোইবা সেবা অদুতবুনি ননাইনা পামজবদি। অসি নত্তবা অতোপ্পা অপাম্বা অমা লৈজদে অসুম্না। ইশাগী নুংঙাইনীংবা মচেৎ অমা য়াওদনা) ফংজবা সেবা অসিতগী মহৈনা নুপী ওইবী জাতিনা লোইবা খম্না লৈতনা মতম অপুম্বদা মপৃক্লীংদা নুংঙাই জবগী ইপোম লাংদুনতা লৈজবা অঙ্গওবা খায়দগী হেনবা মনুংঙাই অহৃদি ইবুংঙো নঙ্‌গা হকথেংনবা লৈপুন-লীলা অঙ্গমঙ্গদসু খক ফংবা লৈতে। মরম অদুনা ননাই ঐদি মদুবু খক ঋতাজরুদে। মতম কুইনা খোঙ্গাংজরক্লবা পামজবা সেবা অসিতবু ননাইদা পীনবীয়ু।

৮৯। শ্রীরাধাগী যূথদা মণিমঞ্জরী হায়বী সখী অসি 'আপেক্ষিক লঘু'নি। নোংমা মাবু শ্রীমতী রাধানা বৃন্দাগী সখীদা অভিসার তৌহন্নবা য়াথং পীখিবদা মণিমঞ্জরী মশানা য়াজখিদে। বৃন্দানা রাকম অসিমক, সখী ময়াম্না কোয়না খোংগাল্লিবী বৃন্দাবনেশ্বরী রাধাগী মাঙদা অঙকপগা লোয়ননা তম্নকই— 'হে রাধে! শ্রীকৃষ্ণগা লৈপুন ওইনবদা নঙ্‌না ফংজিবা নুংঙাইবা অদুবু মহাক

তত্র তদ্‌দূত্যং যথা—

৪৬। অন্তঃ প্রবিশন্তি ন সখী, কুপ্যতি মে কুঞ্জদেহলী-লীনা!
তদিমাং ভঙ্গুরিতভ্রুব-মনুনয় বৃন্দাটবীচন্দ্র! (৯০)

৪৫। প্রাখর্য্যংমার্দ্দবঞ্চাপি যত্তপ্যাপেক্ষিকং ভবেৎ।
তথাপি বিস্তরভয়াত্তদ্বিশেষোঽত্র নেরিতঃ॥ (৯১)

৪৬। প্রাখর্য্যাদিস্বভাবোঽয়ং যথাযথমুদীরিতঃ।
দেশকালাদিবৈশিষ্ট্যে স্যাদস্যাপি বিপর্যয়ঃ॥ (৯২)

---

মশানা ফংবদগী হেন্না নুংঙাইবনি অসুম্না মানা থল্লি, মতুগী মরমদি— মাগী থম্মোইনুং অসিদা করিগুম্বা অমকপা অমত্তা লৈতে। য়েংউ— ঐনা অঙম্বা শক্তি পুথোক্তনা মাবু পামহন্নবা কয়া হোৎনবা শাববু মণিমঞ্জরীনা অভিসারগী অপান্বহ থক লৈতে॥'

৯০। মখোয় অসিনা ওইবা দূতীগী মওংঙদি— শ্রীরাধাগী কনাগুম্বী নিত্যসখী অমনা শ্রীরাধাবু য়ুমদগী অভিসার তৌহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা লৈবা সঙ্কেত-কুঞ্জগী মনাক্তা পুরক্লবদা শ্রীরাধানা কুঞ্জনুংদা চঙউ হায়ব য়াখিদে, অহোয়নহুম পীশূম শূক্তনা সখী অহুদা য়েংলকখি। উপায় লৈত্রবী সখীনা শ্রীকৃষ্ণদা চঙহুনা হংগৎলুই— 'হে বৃন্দাবনগী থা ওইবও! কুঞ্জগী থোংঙজীন য়োবক্লবমক্তদসু ইবেম্মদি চঙলক্তরে, ঐবুহুম শাউনা য়েংহুনা পীশূম শূকহোরি, থেমনা নোনা মাবু ইবুংঙো নঙগী শেগাদা পুশিনবীয়।'

৯১—৯২। প্রাখর্য্য অমসুং মার্দব (অয়াকপা অমসুং অথোৎপা মতৌ)— আপেক্ষিক ওইবী অনি অসিসু হায়বদি প্রখরা (অয়াকপী) অহুসু মঙোন্দগী হেন্না প্রখরা ওইখিবী অহুগা থানরকপা মতমদদি মহাকসু মৃদ্বী (মতৌ মোনবী) ওইরকই অদুগা মৃদ্বী ওইবী মহাক অহুসু মঙোন্দগী হেন্না মৃদ্বী ওইথখিবী অহুগা য়েংনরকপদদি 'প্রখরা'গী মতৌ ওইরকপা য়াবা মরম লৈবনা মখোয় অহুগী অকুপ্পা মরোলনচিংবদি চাউথোকমনখিগদবদগী নৈনদ্রে। অসুম্না প্রখরানচিংবীগী চাউরাকপা মতৌ অমদি নৈনরে অদুবু মফম, মতম অমসুং মীশক থেয়রকপন মখোয়গী মতৌশিং অহুসু মশক ওল্লকপা য়াই হায়বসি থঙনগদবা ওই।

তত্র প্রাখর্য্যস্য বিপর্য্যয়ো, যথা—

৪৭। ধ্বান্তৈর্গাঢ়তমাং তমীমগণয়ন্ বৃষ্টিঞ্চ ধারাময়ীং
চণ্ডঞ্চানিলমণ্ডলং সখি ! হরিদ্বারং তবাসৌ শ্রিতঃ।
হা ক্রোধং বিসৃজ প্রসীদ তরসা কণ্ঠে গৃহাণ প্রিয়ং
মূর্দ্ধ্নায়ং ললিতাভিধস্তব পদং নত্বা জনো যাচতে ॥ (৯৩)

মার্দ্দবস্য বিপর্য্যয়ো, যথা—

৪৮। গুণস্তবনকূটতঃ কুটিলধীঃ সখি ! ত্বামসৌ
কটাক্ষিতবতী কথং তদপি নোজ্ঝসি প্রশ্রয়ম্ ?
রুষং কুরু করোষি চেন্ম্রদুতরাস্য চিত্রাপ্যসৌ
বিধাস্যতি তদৌচিতীং হিমঘটেব পদ্মোপরি ॥ (৯৪)

---

৯৩। **প্রখর্য্যাগী মশক ওনবা মতৌ**— নোংমা নোংজু অহিং অমদা অকনবা নোং-নুংশিং মরক্তা মতম শাংনা মান ভৌত্থনা লাক্লবী শ্রীরাধানা সঙ্গাইগী থোঙ্ লোনশিল্লগা চেগুংনা লৈখি। মাগী শাউবা থেমজিন্নবা শ্রীকৃষ্ণনা লেঙ্লক্লবদা ললিতানা খুরুমজত্থনা শ্রীরাধাদা কিনা কিনা হংগৎচরকই— 'হে চান্নথোইবী ! শূক্লবা অহিং, থক্তগী হৈথরিবা নোংলী, অকনবা নুংশিৎনচিংবা পূম্নমক অসিবু কন্নিসু থোশাবীবা ভৌদনা শ্রীহরিনা নঙ্গী থোঙ্জীন্দা হজীক লেপ্লরি। মানগী মতৌ থাদোকপীথ্রনা থীম্বা ভৌদনা হজীকমক নবুংঙোবু হরাউনা কোনশিনবীয়ু-- ননাই ললিতানা নখোঙ্ শোক্লা ইকোক নোম্না নিজরি !!'

৯৪। **মৃদ্বী ওইবীমা হোংলকপা মতৌ**— চিত্রানা নোংমা শ্রীরাধাগী থোগন তৌরিবৈদা চন্দ্রাবলীগী সখী পদ্মা চঙ্লক্কুনা মচীন্তনা মপানথোংদা লৈশী লৈথোম্না থাগৎশিন্নরবা মাগী মতৌদা খাঙ্ঙমজদ্রবী চিত্রানা মাবু চৈনন-বগীদমক ওইনা মবেম্নদা অশাউবা হাইনা মতেক মতেক হায়রকই— 'হে চান্নবি ! মপূক ফজ্রবী পদ্মানা থাগৎশিন্নত্থনা নঙোন্দা মমিং থোম্নৈনা য়েংখিবদুবু করিগীদমক নঙ্না তূমিন্না লৈরিবনো ? ঐবু শাউগে হায়রবসু শাউবীয়ু, ঙসিদি তপ্চ-ঈংজবী চিত্রানা পদ্মাবু মতিকচাবা তৌগনি।' উনগী মপেনা লৈরাং-থম্বালবু মকশিলহন্দুনা চপশিন থুইজিনহনবগুম মেঙ্জ-থোংচরবী চিত্রাসু ঙসিদি নারাংবী পদ্মাগী মতিক মরাই পূম্নমক চমহন্নগনি।

৪৭। দূত্যন্তু কুর্ব্বতী সখ্যাঃ সখী রহসি সঙ্গতা।
কৃষ্ণেন প্রার্থ্যমানাপি স্যাৎ কদাপি ন সম্মতা ॥ (৯৫)

যথা—৪৯। দূত্যেনাত্ত সুহৃজ্জনস্য রহসি প্রাপ্তাস্মি তে সন্নিধিং
কিং কন্দর্পধনুর্ভয়ঙ্করমমুং ভ্রূগুচ্ছমুদ্‌যচ্ছসি ?
প্রাণানর্পয়িতাস্মি সম্প্রতি বরং বৃন্দাটবীচন্দ্র ! তে,
ন ত্বেত্তামসমাপিত-প্রিয়সখীকৃত্যানুবন্ধাং তনুম্ ॥ (৯৬)

৪৮। মিথঃ প্রেমগুণোৎকীর্ত্তিস্তয়োরাসক্তিকারিতা।
অভিসারো দ্বয়োরেব সখ্যাঃ কৃষ্ণে সমর্পণম্ ॥ (৯৭)

---

৯৫। সখী ধর্ম্ম— ( সখী ওইবীগী মতৌ )

যূথেশ্বরীগী পাউ পূহ্না লাকপদা অচীকপদা শ্রীকৃষ্ণগা উন্নহ্না কৃষ্ণনা মাগা লোয়ননা লৈপুন-লীলা-শান্ননবা হায়রবদসু খক য়াজদবী অহ্নগুম্বী মতৌনা অশেংবী সখীগী মতৌনি।

৯৬। শ্রীরাধাগী পাউ পূহ্না কৃষ্ণগী নাক্তা লাকপী কনাগুম্বী প্রিয়সখী অমনা নোংমা মাপা লোয়ননা কৃষ্ণনা লৈপুন-লীলা শান্ননবগী হোৎনরকদবা মতৌবু খঙ্‌হ্না হায়কম থোকপা বাহৈ হায়হ্না খিংখি—"হে বৃন্দাবনগী থা ওইবও। ঐদি ঙসি ইবেম্মগী পাউপূবী ওইনা নকাদা লাকচবীনি, কামগী তেনমক্তগীসু হেন্না শাথীরবা অহ্নগুম্বা নঙ্‌গী মিৎয়েং পীশুম অহ্না ঐ হু তম-শিন্নকপদি করিগীদমকনো ? ঈথৌ পাঙ্‌থোকপা লোইদ্রিবা ফাওবদি থরায় অসি নমাঙ্‌মক্তদা লেপ্পমক থাদোকপা ঙম্বীনি, অহ্নগা ইশা অসিবুদি ঐনা খক পীথোকদবা লৈতে খঙ্‌উ।"

৯৭-৯৯। সখীগী মথৌ— নায়ককী মফমদা নায়িকাগী অহ্নগা নায়িকাদনা নায়ক-কী প্রেম অমদি মতিক মগুণবু শকপা শোনবা তৌহ্না বাংনা থাংগৎপা, মহৈ মহৈ অমনা অমবু নুংশিনহনবা, অনিমকপু অভিসার তৌহনবা, কৃষ্ণদা মাগী সখীবু শিন্নবা, ফাগি তৌবা, পূক্নীং লুমহনবা বাঙাঙ্‌ ঙাঙ্‌বা, ফিজেৎ-লৈতেং তৌবীবা, থক্মাইগী পাউদমদা হৈশিংবা, নায়িকাগী মরাল কুপশিনবা অমদি মপুরোয়বা, মনেম, মনম্মা অমদি মতৈ, মনাউনিপানচিংববু উৎ চাইবা, কায়-কায়বা পাউতাক পীবা, অনিমকপু মতম চানা উন্নহনবা, চামরনচিংবনা থোগন তৌজবা, মশা মশাগী মরাল পুথোক্‌না অনিমক্তা ভম্বী তাকপি

৪৯। নর্ম্মাশ্বাসন-নেপথ্যং হৃদয়োদ্‌ঘাটপাটবম্
ছিদ্রসংবৃতিরেতস্যাঃ পত্যাদেঃ পরিবঞ্চনা॥ (৯৮)

৫০। শিক্ষা সঙ্গমনং কালে সেবনং ব্যজনাদিভিঃ।
তয়োর্দ্বয়োরুপালম্ভঃ সন্দেশপ্রেষণং তথা।
নায়িকাপ্রাণসংরক্ষাপ্রযত্নাদ্যাঃ সখীক্রিয়াঃ॥ (৯৯)

তত্র কৃষ্ণে সখীপ্রেমোৎকীর্ত্তিঃ, যথা পদ্যাবল্যাম্—(১৮৯)

৫০। মুরহর! সাহসগরিমা, কথমিব বাচ্যঃ কুরঙ্গশাবাক্ষ্যাঃ?
খেদার্ণবপতিতাপি, প্রেমধুরাং তে ন সা ত্যজতি॥ (১০০)

সখ্যাং কৃষ্ণপ্রেমোৎকীর্ত্তিঃ, যথা তত্রৈব—(১৯১)

৫১। কেলীকলাসু কুশলা নগরে মুরারে-
রাভীরনীরজদৃশঃ কতি বা ন সন্তি?
রাধে! ত্বয়া মহদকারি তপো যদেষ
দামোদরস্ত্বয়ি পরং পরমানুরাগঃ॥ (১০১)

---

তৌবা, পাউ থাদোক থাজিন তৌবা অমসুং নায়িকাবু শিরগদবদগী ( কায়ন-মৈনা চাক্ত্না ) মথবায় কন্নবা হোংনবা— মখল ১৭ অসিনা সখীগী মথৌনি।*

১০০। শ্রীকৃষ্ণদা সখীগী প্রেমবু রাংনা খাংগৎপা—

কলহান্তরিতা ওইবী শ্রীরাধাগী কনাগুম্বী সখী অমনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লগা শ্রীরাধাগী কায়না মৈচাক্লা রাহোবগী পাউতম্বগা লোয়নননা মবেন্মগী হকচিল্লবা প্রেমগী মশক শেংনা উৎলরি— 'হে মুরারি! শজি মিত্তা তাবী শকহেনবী শ্রীরাধাগী মরিংজেন-মথৌনাগী রাদি করিবু হায়রুগনি? তমহনা থোক্তবনি॥ অরাবা সমুদ্রদা তারবা অসি ফাওবদসু হকচিল্লবা নঙ্গী প্রেম অদুদি অথুম্বক শাগোম্লহৌরি। [ বি ২।৩৮, প ১৯০, অ ৩।১২, ৮।২৩ ]।

১০১। সখীদা কৃষ্ণগী প্রেমবু খাংগৎপা— শ্রীরাধাগী মনাক্তা কনাগুম্বী সখী অমনা মবেন্মবু শ্রীকৃষ্ণনা হেন্না প্রেম লৈবগী মতৌ উত্ত্না মাবু খায়দগী হেন্না

---

* বৈষ্ণব-ভক্ত কবি পুম্নমক মওঙ্ অসুম্না সখী ভাবতা সেবা চঙ্জহনা মানসিক সেবানা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লীলা য়াওজখিবা ওাক্তনি। মখোয় মখোয়না ইরম্বা শৈথা-শৈরোন পুম্নমকী ভণতা য়েংবদা অথুম্বক থঙ্মৈ।

তত্র তস্যা গুণোৎকীর্ত্তিঃ যথা—

৫২। নির্নিন্দ নিজমিন্দিরা বপুরবেক্ষ্য যস্যাঃ শ্রিয়ং
বিচার্য্য গুণচাতুরীমচলজা চ লজ্জাং গতা।
অঘার্দ্দন! ত্বয়া বিনা জগতি কান্বুরূপাস্তি তে
পরং পরমদুর্ল্লভা মিলতু কস্যা সা মে সখী? (১০২)

তস্যাং তস্য গুণোৎকীর্ত্তিঃ, যথা ললিতমাধবে—(১।৪৯)

৫৩। মহেন্দ্রমণিমণ্ডলীমদবিড়ম্বিদেহদ্যুতি-
র্ব্রজেন্দ্রকুলচন্দ্রমাঃ স্ফুরতি কোঽপি নব্যো যুবা।
সখি! স্থিরকুলাঙ্গনানিকর-নীবিবন্ধার্গল-
চ্ছিদাকরণকৌতুকী জয়তি যস্য বংশীধ্বনিঃ॥ (১০৩)

---

লাইবক ফবী ওইনা থাগৎলরি— 'হে রাধে! লৈবাক অসিদা কেলি-কলাদা হৈথোই-শিংথোইবী গোপীমক্তনা মশীং লাকঙমদনা লৈদ্রনসু, করি পুণ্যবু তৌরক-পনো খঙ্দে, দামোদর শ্রীকৃষ্ণনা নথত্তদা নায়তোম ওইনা খ্বায়দগী হেনবা অনুরাগবু থবলি।' [প ১৯২]।

১০২। **শ্রীকৃষ্ণদা শ্রীরাধাগী মগুণ থাগৎপা**— শ্রীরাধাগী সখী অমনা ছল তৌদুনা (ভাৎ তৌদুনা) শ্রীকৃষ্ণগী মাক তান্না লাক্খি, শ্রীকৃষ্ণনা মাগা লোয়ননা শান্নবা হায়রক্লবদা চীংনা-লেমনা অমদি অশূকপা রাংনা মানা ওয়রকই— 'হে অঘ হিংচাববু হাৎপও! মাগী ফজবা উবদা লক্ষ্মীমক্সু মত্তোমতগী মশাবু করিসু লৈতনা থনবা, মাগী নীংথিবী গুণ খিবীকী রাফম খল্লবদা পার্ব্বতী-মক্তীসু ইকাইজফম ওইরিবী; অদুগুম্বী মহাক অদু নত্তনা নঙ্গা থোং মান্নবী অতৈ কনা নুপী অমা লৈবগে হায়গ্নু য়েংসি? অদুগুম্বী ফংঙমদ্রবী ঐগী সখী অদুনবু অতৈ কনা অমগা তিন্নফগদগে?' (অ ৮।৬৫, ২৮)।

১০৩। **শ্রীরাধাগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী মগুণ থাগৎপা**—

কুন্দলতানা 'কৃষ্ণ' হায়না শোল্লকপা তাবদা ইঙক হেক ঙকথ্রদুনা শ্রীরাধানা ললিতাদা হংলকই—'কৃষ্ণ' হায়রিবসিবু কনানো?' ললিতানা তাক্লকই—'হে চান্নথোইবী! রান্দেংথোইবীমক্তী মচুবু ঙমজবা ব্রজনিংথৌগী শাগৈগী থানিন অদুদি তনৌ তনৌরিবা পাখংমচা অমনি; মানা খোংবা বাঁশী খোঞ্জেল অদুদি

কৃষ্ণে সখ্যা আসক্তিকারিতা, যথা—বিদগ্ধমাধবে (২।১০)

৫৪। সা সৌরভোর্ম্মিপরিদিগ্ধদিগন্তরাপি
বন্ধ্যং জনুঃ সুতনু ! গন্ধফলী বিভর্ত্তি।
রাধে ! ন বিভ্রমভরঃ ক্রিয়তে যদঙ্কে
কামং নিপীতমধুনা মধুসূদনেন ॥ (১০৪)

তস্যাং তস্যাসক্তিকারিতা, যথা—

৫৫। যত্নেস্তস্যাং বরপরিমলারব্ধ-বিখ্যোৎসবায়াং
ন ত্বং কৃষ্ণভ্রমর ! রমসে রাধিকামল্লিকায়াম্।
অর্থঃ কো বা নব-তরুণিমোল্লাসিনস্তে ততঃ স্যাদ্
বৃন্দাটব্যামিহ বিহরণপ্রক্রিয়াচাতুরীভিঃ ? (১০৫)

---

সতী ওইবী মোমচাশিংগী খাঙ্‌লাক খদংপদা মপা লৈতবা ওইনা ফীরান থেংশিবা অদুগুম্বা মীশক অমনি।'

১০৪। শ্রীকৃষ্ণদা সখীনা অপাম্বা পোকহনবা— কৃষ্ণ অমত্তদা শ্রীরাধানা কৃষ্ণ, বেণু খোংবা অমদি কুচু শংবানবা—পাখংমচা অহুম হায়না তোঙান তোঙানবা নিপা অহুম ওইনা লাম্না থঙ্‌লুববু ললিতা বিশাখানা কোকহল্লবদা শ্রীরাধানা হরাউবনা মতোন লোমজরকপা মতৌ অদুবু উরগা সখি অসিনা হায়রকই—'শাবান নীংথিজবী হে রাধে! মশাগী নুংশিবা লৈনমনা লৈহাউ লৈরেন্না মায়গৈ খোন্না শীনবা ওইহনসু মাগী মপোক্তি অরেম্বনি হায়নীংই। করিনা— মথক্তা খোইমুনা তোংলগা মরাং কায়না লৈহী থক্ত্না লৈপুনগী নুংঙাইজবা মতৌদি মাগী মরাইবক্তা তম্নদে।' (নায়ক চূড়ামণি ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা লেঙ্‌লক্ত্না মথাদা কোল্লগা মচীনবান লৈহী থকপিদ্রিবী, লৈপুন-লীলাগী নীংথিবা মতৌ উৎপিরদ্রিবী অদুগুম্বী নুপীগী মপোক্তি অরেম্বনি অরেম্বা।)

১০৫। সখীবু কৃষ্ণনা পাম্বা পোকহনবা— শ্রীরাধাগী কনাগুম্বী সখীনা ইঙ্গিত কংহনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাকলগা খোইমুদা ঙাঙ্‌বা শানা মাবু কৌদুনা রাপা চানা মাতগী (রাধাগী) মগুণ শক্ত্না শ্রীরাধাগী অপাম্বা পোকহল্লি— 'হে খোইরাবও! অসিগুম্বী রাধিকাগী মথুংনা থাজবা মল্লিকা-লৈরাং-পাম্বীগী খায়দগী হেনবা নুংশিরবা লৈনমতনা পুম্নমকপু শীনবা থুংনা নুংঙাইবা কংহন-বীরি। নঙ্‌নবু মদুদা লুপ্ত্না শায়জরবদা ঈনখংলকপা মতমগী ঈহোনা বৃন্দাবন

কৃষ্ণস্যাভিসারণং, যথা—

৫৬। অবরুদ্ধসুধাংশুবৈভবং বিধুদন্তং সখি ! সর্ব্বতোমুখম্।
ইহ কৃষ্ণঘনং প্রগৃহ্য তং, ললিতা-প্রাবৃড়িয়ং সমাগতা ॥ (১০৬)

সখ্যা অভিসারণং, যথা গীতগোবিন্দ—(৫।১৮)

৫৭। ত্বদ্বাম্যেন সমং সমগ্রমধুনা তিগ্মাংশুরস্তং গতো
গোবিন্দস্য মনোরথেন চ সমং প্রাপ্তং তমঃ সান্দ্রতাম্।
কোকানাং করুণস্বনেন সদৃশী দীর্ঘা মদভ্যর্থনা
তন্মুগ্ধে ! বিফলং বিলম্বনমসৌ রম্যোঽভিসারক্ষণঃ ॥ (১০৭)

---

উমং অসিদা কোয়নবা চত্‌না অমুম লৈবা অত্নদি করি তোংজরি ? ( হে কৃষ্ণগী মশক ওইবা কাম-কেলিদা হালেংরবা নায়ক-ও। মশক মগুণ অমদি রস চেনবনচিংবদা থোইদোক্লবী, মেত্‌লবী মশাগী মিংচৎনা পুম্নমকপু নুংঙাই-হল্লিবী অত্ওবী শ্রীরাধা অত্নদা নত্‌নবু লুপ্ত্‌না শায়জবা ফংরবদা অসিওয়া নত্‌গী তনৌ তনৌবা ঈনথংনকপগী ঈহৌ মঙায়। লৈতেংত্না বৃন্দাবনদা কোয়না শায়বগী করিদবু মহৈ য়ানবা ওইরিবগে ? ) ( অ ৮।৪৫ )।

১০৬। **শ্রীকৃষ্ণবু অভিসার তৌহনবা**—শ্রীরাধাগী নাক তায়া ললিতানা পুরকপা শ্রীকৃষ্ণবু উরগা হরাউজরবী তুঙ্গবিদ্যানা ললিতাগা কৃষ্ণবু মশাগী সখী ময়ামগী মমাঙ্‌দা রূপকালঙ্কার তৌহ্না ( প্রমাণ-পাঠ্রে ) হায়রকই—'য়েংউ অসে, সখি। পুক্নীং হুরবী নোংজু লাইরেম্বীনা থানিন মঙানমকপু হেক থৎপা অত্ওয়া নোংলৌগী শিঙ্গরকফম ওইবা অমংবা নোংলেনবু পুদুনা লাক্লিবসে।'
( ললিতা সখীনা, মশাগী মায়থোংগী নীংথিজবতনা নোংমদোন থানিন-মকপু নমহৎপা অত্ওয়া শ্রীকৃষ্ণবু পুরকলি— অত্ঙা কৃষ্ণ অত্মক্তি মীনা উথিগনি হায়বগী কিবনা মমিৎ-মনা তথক তথক্লা মায়কৈ শীন্না অসুম য়েংলি )।

১০৭। **সখীবু অভিসার তৌহনবা**—শ্রীরাধাবু শাউবা ফরে হায়বা খত্‌লহ্না প্রিয়সখীনা মাবু শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা থীন্দনা অভিসার তৌহনবা হোংলরি। 'হে রাধে ! নত্‌গী অশাউবগা লোয়ননা নুমিৎ কোবা লাই অত্সু ময়ুম মশাইগোন তমথরে, অমরোমদা গোবিন্দগী পুক্নীংগী অপাম্বগা উয়োয়নন অমখা লাইরেম্বীসু চত্‌শিল্লক্কে। কায়না মৈহুম চুনরবা ঙানুথংগোং মত্তে মনাউগী অহিং নোংশোয়বা কপ্পবগী লোইনাইরবা অরা-ভেংথারোনগুম ঐনসু নঙোন্দ

কৃষ্ণে সখ্যাঃ সমর্পণং, যথা—

৫৮। তদন্তরমুপাসিতুং কমলযোনিমীর্জুর্গা
যদঙ্গমুপসেবিতুং তরুণিমাপি চক্রে তপঃ।
নবপ্রণয়মাধুরীপ্রমদমেদুরেয়ং সখী
ময়াদ্য ভবতঃ করে মুরহরোপহারীকৃতা॥ (১০৮)

নর্ম্ম, যথা বিদগ্ধমাধবে—(১।৩৩)

৫৯। দেহং তে ভুবনান্তরালবিরলচ্ছায়া-বিলাসাস্পদং
মা কৌতূহলচঞ্চলাক্ষি। লতিকাজালে প্রবেশং কৃথাঃ।
নব্যামঞ্জনপুঞ্জমঞ্জুলরুচিঃ কুঞ্জেচরী দেবতা
কান্তাং কান্তিভিরঙ্কিতামিহ বনে নিঃশঙ্কমাকর্ষতি॥ (১০৯)

---

হায়জরক্লিবসি কুইরবনি। মরম অদুনা হে পঙ্থরবী! (তম্মাংলবী, পঙ্লবী) হুজীক ফাওবা পম্বদুনা অসুম লৈবগী কান্নবা করিসু লৈতে, তাঞ্জা অসিদি অভিসারগী চপচারবা পূক্লীং হুবা মতমনি॥'

১০৮। কৃষ্ণদা সখীবু শিন্নবা—পূর্ব্বরাগনা মরম ওইদুনা নীংথিবী মচু মমেন কম্নানা থম্মোই লৈতেংনরবী শ্রীরাধাবু অভিসার তৌহল্লকুগা ললিতানা, মীরমলেন্দা থোক্ত্বী অদুগুম্বী মাগী অঙকপা গুণশিংগী নীংথিবা মতৌ পূন্নমক তম্বগা লোয়মনা শ্রীকৃষ্ণদা শিন্নরি—'হে মুরারি! মাগী থম্মোই লকানুংদা চঙ্জফম ফংজনবগীদমক ধৈর্য্য (লৈতাবা, মোংহাদবা, অখাঙ্ কনবনচিংবা), বৈদগ্ধ্য (অথোইবা কলানচিংবা রসকী তুংফম ওইবা), কারুণ্য (নুংশিবী-হৈবা),— অসিনচিংবা মঙ্গলগী মশক ওইরবা গুণগী মপৈশিং অসিনা ব্রহ্মাবু রানা ঈড়াং-পূজা তৌনজরিবী, নীংথিরবী মাগী মশাদা থূপচবা ফংলুনবগীদমক নীংথিবা ঈনখংলকপগী ইপোমনা রানা তপ তৌখিবী—অদুগুম্বী ঐগী প্রিয়সখী অদুবু হুজীক ঐনা নখূত্তা থূদোন তমজরি। মহাকমক্তি পূর্ব্বরাগগী মেঙ্লবা, থূন্নবা অদুগুম্বা মতৌ খিবীক্লা য়োনা নুংঙাইহন্দুনা প্রেমতগী তুংফম ওইরবীনি।

১০৯। নর্ম— শ্রীবৃন্দাবনদা ললিতানা শোল্লকপা 'কহু' হায়বা মিং অসিবু তারুবদগী খোয়রাঙ্ খোয়শাউনরবী ওইরবদসু শ্রীরাধানা মশাগী মতৌবু লোংশিল্লগা মফম অদুগী নিকুঞ্জ মথক্তগী অমূনবা গুঞ্জাফল মপৈ মপৈবু হেকপা হোৎনরি। মতম অদুদা ললিতানা য়াম্না নুংশিনা নোক্লা নোক্লা ফাদি তৌরকই—

আশ্বাসনং যথা,—

৬০। মা গাঃ ক্লমং সখি! মুহুর্বৃষভানুপুত্রি!
ভানুং প্রতীহি চরমাচলচংক্রমোৎকম্।
আনন্দয়ন্নয়নমুদ্ধুর-ধেনুধূলী-
ধ্বান্তং বিধূয় বিধুরেষ পুরোজ্জিহীতে॥ (১১০)

নেপথ্যং, যথা—৬১। ভালে ময়া তে মৃগনাভিনাসৌ
যঃ পত্রভঙ্গোঽস্তি বিরচ্যমানঃ।
স বিন্দুরূপেণ পতচ্ছ্রমাম্বু-
লিপ্তো হরের্বক্ত্রমলঙ্করোতু॥ (১১১)

---

'ঈথক-ঈরাং-ঈহৌতনা মিংয়েং থকচানরবী হে রাধে। মরোল অহুমনা ফংন-ঙমদ্রবা, নীংথিবা মঙান-মপৈগী হরাউনা শান্নজফম ওইরিবী অহুগুম্বী নঙ্গী নশা অদূবু উরী-রারীতগী লাংলক অহুদা থক চঙ্শিলহল্লগনু। মিত্তা থাবা কাজল মপৈ মক্তগীসু হেন্না পূক্লীং হুবা মঙাল চেনবা অহুগুম্বা কুঞ্জগী মবুংঙো অমথক বন অসিগী মনুংদা লৈবনিকো। মহাক অহুদি—চহী নৌরিবী, (নঙ্গুম্বী), নীংথিবা মঙাল চেনবী কনাগুম্বীবু উবা থোক্লবদি চিংনবা লৈতনা পাক হেক্তমক চিংশিনখিবনিকো। [বি ৩।৪৪, ৬।৩৪, ৩।৩০, ৩১, ৩৫, ৪।৪২, ৬।২৬, ল ২।১৫, ২০, ২৪, দা ৪১, গো ১১।১৪, ২৩, ২৭, প ২০৮, ২০১, ৩০৪, ৩০৬, অ ৩।৮, ৮।১২৪, কৃষ্ণ ৪।৪২]।

১১০। **আশ্বাসন (পূক্লীং ফাবা)**— শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন উমংদা ষণ শেনবা চৎপ্রবদা কান্ননা মৈনা ন্নায়রবী শ্রীরাধাবু নুমিদাং ন্নাইরম ওইবক্লবদা বিশাখানা থেমজুনা মপূক্লীং ফানবা হায়রকলি—'হে সখি! বৃষভানুনা পোকপী। কোরো-হনবনা হুজীক হোবে হোবেনা নোংচুপ-চীংয়া য়োননবা খোঙ্শাল্লক্লে, অহুমক্তদা নঙ্না মিংকুপ থুদিংগী শদৌ থোংবহু তৌরগনু। য়েংউ অসে, ইচাই চাইনা চৎপা শল্লপ মপৈগী মখোঙ্-খোঙ্থাংদা হাইগৎলকপা উফুনগী মশক ওইরবা অমম্বা চবুনবু নমহত্তুনা মিংকী পেন্ননীংঙাই ওইরবা থানিল (কৃষ্ণ) অহুনা মাঙ্দা থোক্লরে। [প ১৮৫. ২৪৭, বি ৪।৪]।

১১১। **নেপথ্য (ফিজেৎ লৈতেং তৌবা)**— শ্রীরাধাগী লাইপক্তা উনা ময়েক য়েক্লা য়েক্লা হরাউজবনা লকা-থল্লবী চিত্রানা মানা উনা ময়েক য়েকচমন

হৃদয়োদ্ঘাটপাটবং যথা—

৬২। তথ্যং বদাত্র ন হি সঙ্কুচ পঙ্কজাভং
দ্বন্দ্বং দৃশোরিহ কিশোরি! নিমীলয়ন্তী।
কা রজ্যতে সখি! বিবোঢ়রি গোকুলেঽস্মিন্
ক্ষুণ্ণা ন বীথিরিয়মেকিকয়া ত্বয়ৈব॥ (১১২)

যথা বা—

৬৩। বয়ন্তে সাম্রাজ্যং সখি! বিতনুরে পুষ্পধনুষো
জিহীতে সৌন্দর্য্যং ত্রিভুবনদৃগাসেচনকতাম্।
ন দাস্যেঽপ্যৌচিত্যং বহতি পরিণেত্তা পরিণত-
স্ত্বমেকা হ্রীদম্ভে বত বিমুষিতাসি ব্রজকুলে॥ (১১৩)

---

মহৈ য়াম্লবনি অসূম্মা হায়হনা নুংশিনা চান্না শ্রীরাধানা শান্নরুগদবা লীলাগী মরম উত্তনা কাগি তৌরকলি—'হে সখি! কস্তুরী চন্দন্না মতাফবী-নঙ্গী লাইপক্তা ঐনা য়েক্লিবা উনা মপ্লোন অসিবু লৈপূন-লীলাদগী থোক্লকপা, খোয়দাজরবী হুমাংনা মূথত্তনা কেল্লকপা মরীক মরীক অহনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোং-থম্বাল-লৈতেং ওইনবা কংলূরসনু।'

১১২। **হৃদয়োদ্ঘাটনে পটুতা** (থম্মোই-লকা-মুখল-হাইদোকপদা হৈশিংবী)—পূর্ব্বরাগগী মতাংদা শ্রীকৃষ্ণবু উজবনচিংবদগী পোক্লকপা খায়দগী হেন্ন' লাঙ্তক্লবা মতৌনা তপথকম খঙ্দ্রবী অমা ওইরবমক্তদসু ইকাইবনা মরম ওইহনা মপানগী মিৎয়েংদা থুপচানরবী মবেম্মগী মতৌবু মুম্না খঙ্লবী ললিতানা লৌশিং তৌহনা লৈরিবা গোপ-নুপী পুম্নমক্না সতীধর্ম্ম তাক্লা চত্তবগী রাকমতমক অসুম তাঙ্হনা রাধাগী থম্মোইদগী ঈকাইবা অমসুং অকিবা পুম্নমকপু মাঙ্হন্নগা শ্রীরাধাগী মচীনমক্তদগী অশেংবা মানা পামলিবহ্ন করিবুনো খঙ্নীংহনা হংলকই—'হে মথোন কারকপী নীংথিবী! মিৎস্না থবাল অহ্ন উইশিনগনু, নশাগী থম্মোই লায়ুম অহ্ন হাংদোক্লা হায়মু নজ্রগনা মিৎস্না উইশিন উইশিন্না অহ্নমক খঙ্হল্লকউ। হে সখি! হায়মু য়েংসি। গোকুল অসিগী করম্বী নুপীনবু লুহোঙ্হনা পাম্মরিবা মপুরোয়বগী কাদা ধর্ম্ম কায়দবী ওইনা শেংনা লৈনবা কনা য়াওরিবগে? অসুম তৌনা মপুরোয়ববু থাদোক্তনা শ্রীকৃষ্ণ-রতিগী-মশক-ওইবা-লম্বীদা-চৎপা হায়বা মতৌ অসিদা নহাক নথত্তনা লাজ-তারবী অমা ওইবা নত্তে॥ (গীতা ৭)।

ছিন্নসংবৃতির্যথা বিদগ্ধমাধবে—( ৬।১ )

৬৪। মুদা ক্ষিপ্তৈঃ পর্ব্বোত্তরলহৃদয়াভির্ব্বতিভিঃ
পয়ঃপূরৈঃ পীতীকৃতমতিহরিদ্রাদ্রবময়ৈঃ।
দুকূলং দোর্ম্মূলোপরি পরিদধানাং প্রিয়সখীং
কথং রাধামার্য্যে! কুটিলিতদৃগন্তং কলয়সি? (১১৪)

---

১১৩। মথক্কী পদ্য অসিদা পূর্ক্কীংগী মরোল থোদোকপদা হৈশিংবা মতৌগী চাউরাকপা মশক অমা উৎলপা হন্দক্লা মতাং অসিদা মতিকচাবা মরম উত্ত্না খুদম অমসু অমুক পৌরি। শ্রীকৃষ্ণদা খারদগী থোইদোক হেন্দোক্লবা অহুগুবা অনুরাগগী মতৌ ফংলবঃ কুদসু ঈকাইজমনবনা খামানা মশামক্কী সখী-শিংদা মপূর্ক্কীংগী মতৌ অদুবু উৎথোকপ্রবনি হায়রবসি ফাওবা খঙ্দবা মতৌদা মাগী সখীনা তাকপিবা মওঙ্দা ওইনা মাগী ইকাইবা শরুক য়াওদনা মাগী ভাব অদুবু য়াকায়হন্দুনা থম্মোই-লকাগী য়ারোলবু হাংদোরকলি—'হে সখি! মথোন কাথৎলকপা নঙ্গী নতৌ অসিদা কাংদেবনা মাগী লৈতাকম শেমখরে; নঙ্গী ফজবা নীংথিজবনা মরোল অহূনগী মী পূন্নমক্তা মখোয়গী মমিৎপু পেলহন্নবা ওমখৈ অমা য়াংপা ওমহন্দরে; (মখল মখা অয়াম্বা নীংথিরবা গুণতগী মপৈনা নঙোম্বদা পুল্লপ তিল্লববী ওইহনসু পাম্বৈদং বাংপদগী মহু পুন্নমক অহু অরেম্বদা তোকলে, য়েংউদনা— ) অহল ওইরবা নপুরোয়বনি হায়রিবা অসিদি নঙ্গী ননাইমকসু ওইশীত্তে, (করিনা, নঙ্গী ফজবা গুণ ময়াম অসিগী চামা থোকপগী অমা ফাওবা মঙোন্দা লৈজদে)। হে ঈকাইজবনা চাকথেক্লবী! অবাবগী মশক্কি। গোকুল অপুম্বা অসিগী মনুংদা ঈকাই হায়দুনা নথম্বনা নায়তোম তাহোরগে হায়রিবরা হায়বদি নঙ নত্তবী অতৈ পুন্নমক্তি কৃষ্ণতজা লুপ্পপ্রবনি!!'

১১৪। ছিন্ন সংবৃতি (নায়িকাগী দোষ কুপশিনবা)—অহিং নোংশোয়বা কুঞ্জদা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শান্নমিন্নরগা নোংঙাল্লমদাইদা য়ুম য়ুমদা হন্নখিরমদাইদা নুমিৎ থোক্লকপনা হাল্লরগনি হায়বগী মিপাইনবনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমক্তা ঐগীনি মাগীনি মথোঙ খঙ্নদনা ফীজোন ওয়না শেৎচিন্নখি। অয়ুক্তা শ্রীকৃষ্ণগী সনা-ফীগে ফীজোন্না লৈতেংবী মমৌ-নুপীবু উরগা জটিলানা বিশাখাবু চৈহৎলক্লবদা হনুবী অদুবু নমথাক তোহুনা অমা ওইনা বিশাখানা উত্ত্না হায়রকই—

পত্যাদেঃ পরিবঞ্চনা, যথা—

৬৫। শ্যামাঙ্গঃ পটুরেষ কর্ম্মণি বটুর্গর্গস্য শিষ্যো ময়া
রাধামর্চ্চয়িতুং প্রগে দিনকরং সম্মন্ত্যয়ং প্রাপিতঃ।
তেনাভীর! পয়স্ত্বমাগময় গাং দুগ্ধ্বা পতঙ্গপ্রিয়াং
পিঙ্গাক্ষীমরুণামহন্ত করবাণ্যেভিঃ সরোজৈঃ স্রজম্॥ (১১৫)

শিক্ষা, যথা—

৬৬। ত্বমীরয় সমীরণং বরসরোজবল্লীদলৈ-
বিধেহি সখি! মন্থরং চরণপদ্মসংবাহনম্।

---

'অবোক ইবেম্মা! শ্রীরাধাবু অত্থক কন্না য়েংশিনবীবা করিগীনো? মৈবা মঙানগী কুম্মৈদা (অঙানবা থাউমৈ মবক্তা শান্নবা) ঈরাং-ঈথক ইহৌনরবী, তন্নাং তশোন্নবী নহামচা মথৈনা হরাউ মথোই কান্না মহে মচৈ চাইশিন্নরকপা য়াইঙঙ্, মহী অকুংবনা মাগী মফি অসি মচু শঙ্খ্রিবনি, অহনবি সখীনা ফি অসিবু মপান্থোম মকুদা (লেংজুম) হাইগৎলিবা, মসিদা চিংনবিফম থোকপা করিসু লৈতে। (বি ৩।৪৭, প ৩১১, প্রার্থনা ১, গো ২।৫৬)।

১১৫। মপুরোয়বনচিংববু নমথাক তৌবা— কৃষ্ণতবু কিবনা নোংমদি জটিলানা য়াম্না চেকশিন্না মমৌ নূপাবু ফাজিল্লগা ময়ূমদা থমখি (ইমুংদগী হেন্দোকহনখিদে)। শ্রীকৃষ্ণনা অহিং রাধাগী সঙ্গাইদা লোন্না লেঙ্শিল্লক্লগা শান্নরখি—অসুম্না অহিং হৌথ্রবদা লীলাগী ফীজোন্দা অহম্মক মপান থোকপা ঙমদ্রবদগী পাইরক লৌশিংনা ব্রাহ্মণমচা অমগী ফীজোন শেৎলগা অত্থম্মক লৈপ্রে। অসুম্না লৈরবা শ্রীকৃষ্ণবু গর্গ মুনিগী শিষ্যনি অসুম্না ললিতাবু মশক তাকহল্লগা অভিমন্যুবু অতোপ্পা অমদা শংগোম শুমলুনবা ওইনা থাদোকখিনবা হোৎনরি—'হে গোপ অথোইবও! ঙসিদি অয়ুক য়াম্না ঙন্না রাধাবু সূর্য্যপূজা তৌহন্নবগীদমক ঐনা কুচু-মূবা ব্রাহ্মণ-মচা অসিবু হান্না লৌক্লরিবনিং—মহাক গর্গাচার্য্যগী শিষ্যনি, থবকসু চঙ্থোন্না তৌবা হৈ (পূজানচিংবা য়াম্না হৈ), পিঙ্গাক্ষী (মমিৎ পিঙ্গলা থুংবী) অমদি অরুণা (অঙাঙ্বী) কৌবী সূর্য্য ভগবাননা পামজবী ষণবীশিংগী মথোম শুম্নগা পুবীরকউ, মতম অহদা ঐনা থম্বালশিং অসিগী পরেং লেংজরমগে॥'

মুখে ঘটয় বীটিকামবদলয্য কর্পূরিণীং
হরেরিতি নবাঙ্গনা প্রণয়িনীপদং বিন্দতি ॥ (১১৬)

যথা বা—

৬৭। কুর্ব্বীথাঃ পরমাদরং প্রিয়সুহৃদ্বর্গে সদা প্রেয়সঃ
কামং তস্য রহস্যসংবৃতিবিধৌ নির্ব্বন্ধমঙ্গীকুরু।
মা চেতস্তদসম্মতে সখি! নিজাভীষ্টেঽপি কৃত্যে কৃথাঃ
প্রাপ্স্যত্যেবমনর্গলোঽপি স হরিস্তূর্ণং তবাধীনতাম্ ॥ (১১৭)

অথ কালে সঙ্গমনং যথা—

৬৮। বাসরীয়বিরহক্লমবিদ্ধাং, লোচনোৎপলবলদ্ভ্রমরালিম্।
রাধিকাকুমুদিনীং বিধুনেয়ং, সংযুনক্তি ললিতোত্তরসন্ধ্যা ॥ (১১৮)

---

১১৬। **শিক্ষা**—পূর্ব্বরাগগী মতুংদা ললিতানা শ্রীরাধাবু য়ুমদগী অভিসার তৌহল্লকই অহানবা উন্নবা ওইবনা কিবদগী বুদ্ধি লৌশিং মাঙ্লবী শ্রীরাধাবু তপ্না মেঙ্বী খোম্থাঙ্দা ললিতানা পাউতাক পীরি—'হে সখি! নীংথিবা থম্বাল লৈকাশিংতনা ( ধম্ন' ? ) নঙ্ন' শ্রীকৃষ্ণগী হুমাই থোগন তৌজরু, তপ্না মেঙ্না শ্রীচরণগী সেবা ফংজরু; পানা-মনাগী মশিং মখৈ লৌথোক্লগা মহুদা কর্পূর হাপ্তুনা খিলি তপ্নগা শ্রীমুখদা নথৃৎমক্লা ইনজরু—অসুম তৌনা শ্রীহরিগী সেবা তৌজরবদি শোয়দনমক নঙ্না অনোবী চান্নবী অমগী মফম অহু ফংজরুবা ঙমগনি !!'

১১৭। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণগী মাঙ্মক্তদা পাউতাক পীহ্না তাকপগী মওঙ্ উৎলগা মথংদনা শ্রীকৃষ্ণ য়াওদবদসু (তু দসু) তৌগদবা থবক্তী শিল্লম অপূম্বা তাকপি তম্বীবগী থৃদম অমৃক উৎলি। শ্রীকৃষ্ণদি য়াওদনা (মতুংদা) কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমনা মশাগী সখাদা-কৃষ্ণবু শুন্নৎনবা উপায় হংলকপদা সখীহ্না হায়রকই—'হে সখি! শ্রীকৃষ্ণগা চান্নবা মরূপশিং মখৈ, মতম অপূম্বদা লুনা চান্না তৌগনি। (শ্রীকৃষ্ণদা রতি লৈপ্রবা, মানা চানবীরবা ভক্তমখৈবু)। শ্রীকৃষ্ণগী অরোনবা অথূপ্পা পূম্নমকপু চেকশিন্না ঙাক্তনি অহুগা শ্রীকৃষ্ণনা য়াদবা থবক্তি নশানা ফনমক পামহুনসু মহুদা থক নপূক্লীং থিংজিল্লোইদবনি; অসুম্না পূমতোপ তোপ্পী অমা ওইবা অসিভনসু শ্রীহরিবু নঙ্গী ওইজবা অহুম্মক ফংগনি। ( বি ৩।৪৬, ৫০, ল ৭।৩ ; প ১৯৭, অম ৮ )।

**অথ ব্যজনাদিনা সেবা, যথা—**

৬৯। চামরীকৃতলতাচমরীকা, কুঞ্জধাম্নি ললিতা লুলিতাঙ্গীম্।
স্বিন্নদাকৃতিমবীজযদেনাং, পেজুষীমঘহরোরসি রাধাম্ ॥ (১১৯)

অথ তয়োর্দ্বয়োরুপালম্ভঃ ; তত্র হরেরুপালম্ভো, যথা—

৭০। সৌম্যমূর্ত্তিরুপনীয় নির্ভরং, শারদার্ক ইব রাগমগ্রতঃ।
ত্বং ভজন্ সপদি তীব্রতাং কুতঃ, পূতনার্দ্দন! তুনোষি মে সখীম্? (১২০)

---

১১৮। **কালে সজমন** ( মতম চানা লৈপূন ওইবা )—কৃষ্ণ কায়নবদা বারবী রাধাবু ললিতানা হেক য়াচঙ্‌লকপমক্তদা শ্রীকৃষ্ণগা উন্নহনবত্ন উবদা হয়াউ-মথোই কাজরবী তুঙ্গবিদ্যা সখানা মনাক্তা লৈবী সখীশি দা পোৎশক অহুম-থকপু পন্দুনা বর্ণন তৌরি মঙ্দি—অয়ুক নুংথিন্দা খোইমু শয়োমনা শকহেনবী থম্বালতদা কোয়না য়েম্বা উবদগী খোয়বাঙ্‌ খোয়শাউনরম্নবী সন্ধ্যা মতুংগী পূক্নীং হুরবী থরো-থারীকথনা হুজীক থা-গা লোয়ননা তিন্নজরি। ( হায়বদি য়াচঙ্‌বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণ-কায়নবনা বাজরবী শ্রীরাধাগী মিৎয়্না থম্বালদা শমজোই তাশিল্লবা উবদগী ললিতানা মহাকপু শ্রীকৃষ্ণগা উন্নংম্নবা শীল্লি। গীত ১১।১-২২, প ২৪৫, অ ৭।৩৮, ১০।১১ ৪৩ )।

১১৯। **হুমাই হুম্বনতিংবা সেবা তৌবা**— নিকুঞ্জ-কেলি লোইরবদা হেন্না বারবী, চোকথ-হুইথরবী রাধানা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদা হাকথঙ্না তারবদা, হুমাংতনা মশাগী লৈতেং ওইনরিবদুবু উরবী ললিতানা অনৌবা উনাতনা শেম্বা হুমাইনা তপ্না তপ্না থৌগঞ্জঙ্না হকচীক লাংহল্লি ; অসিগুম্বা, সেবা-ফংজবগী মরাইবক ফবা মতৌদা হয়াউজবমক্তনা মশানা মশাবু মূলহঞ্জরবী ললিতাবু উবদা মাগী প্রিয়সখীমক্তা মাগী মরাইবক অদুবু থাগত্তনা হায়রি—হীকথরবী অমসুং হুমাংনা লৈত্তেংনরবী শ্রীমতী রাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগী তম্পাকথক্তা তাঙ্না লৈবা উবদা উনা ময়োন অনৌবতনা শেম্বা হুমাইনা কুঞ্জসঙ্গাই-নুংদা ললিতানা মাগী থৌগন ফংজরি ।।' ( ল ৬।৩৬-৩৭, প্রেমপুর ৫, গো ২।৬০,৬১,৬৬-১৬৪,১৪।৫৮-৫৯, কৃষ্ণা ২।৪৯-৭৯, গো ১৫।১০০-১০৭ )।

১২০। **শ্রীহরিদা থীনা হায়বা**— করিগুম্বা অমদগী শ্রীরাধানা নোংমা বিপ্রলব্ধা-দশাদা লৈখ্রবদা মাগী অশাউবদুবু নেমথহন্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা মথল কয়া

সখ্যা উপালম্ভো, যথা—

৭১। বিপক্ষে দাক্ষিণ্যং প্রণয়সি পরং কেলিকুতুকে
মুকুন্দেনারব্ধে কলয়সি পৃথুং বেপথুভরম্।
মুধৈবাভ্যস্যন্তী সহচরি! সদা মণ্ডনকলাং
কুতোমৌগ্ধ্যেন ত্বং সময়মনভিজ্ঞে! গময়সি? (১২১)

অথ সন্দেশপ্রেষণং, যথা হংসদূতে—(৭৫)

৭২। ত্বয়া গোষ্ঠং গোষ্ঠীতিলক! কিল চেদ্বিস্মৃতমিদং
ন তূর্ণং ধূমোর্ণাপতিরপি বিধত্তে যদি কৃপাম্!
অহর্বৃন্দং বৃন্দাবনকুসুমপালীপরিমলৈ
র্দুরালোকং শোকাস্পদমথ কথং নেষ্যতি সখী? (১২২)

---

থোক্লা থেম্লকখি--মতম অ.দা ললিতানা থীনা অমদি শাউনা কৃষ্ণদা হায়রকই—'হে পূতনা হাংপ! (পিশক পাক্লিঙৈমক্তদগী অহম্মক নূপী-হাৎপগী হালেংবা লৈবক্তবনা হুজ্রীক্তদি থম্মোই নুংগুম কল্লবও হে)। তাজীন্দনা অথোৎ-অমেঙ্নতৌ উৎলম্লগা (মমৈদনা মীবু রাহম্নবা ওইবা, মীশক খঙ্দবা, অমসু অমসু ইমান মাম্লনা উবা অহুগুম্বা নতৌ-নওঙ্না) থংম্লাক ম্লাকশিল্লকপা লাংবন-নুংশাগুম হুজ্রীক ঐগী প্রিয়সখীবু রাহনবদি করিগীদমকনো? (বি ২।৫৪, ৪।৩২, ৩।৮; প ২৪২-৪৩, ৩৬৫; গী ৪।২০, অ ৮।৯৬,১১৬)।

১২১। **সখীবু থীনা হায়বা**—শ্রীরাধানা নোংমা সখীশিংনা হাম্নজরবা ফাওবদা থোশাবা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণদা ওইনহ্নুনা শাউগ্রবদা মহাকপু নেমথহম্নবগী-দমক ললিতানা মবেম্মগী গুণ মখৈবু দোষ ওইনা উত্ত্না থীনা হায়রকলি মহ্নদি—'হে শাম্নবা ঈরাংদা ঈথক-ইপোম ঈহৌবী! নঙ্দি য়েক্লবা মীচঙ্ভদা নপূক ফবা শাই অহগা মুকুন্দগা শান্নমিন্নবা মতাংদদি নশা অহু হেক থক থক নীকই। হে সখি! হে হৈথোই শিংথোইদবী অপঙ্বী! মতম চঙ্না নহাক্লা শিল্প-কলাবু তমজবা শারুবদি অরেম্বগী মশক্তি, নশাগী অপঙ্বী নতৌ অহুতবু মীঙোন্দা অসুম উৎথোক্লবা (মীমাঙ্ থোকহম্নবা) মতম মাঙ্হনখিবতনি। (বি ৪।৪৫, ৭।৫৩, গীত ৯।১০, অ ৭।৩৭)।

১২২। **পাউ থাবা**—শ্রীরাধানা মূর্চ্ছা ওইগ্রবদা পূমঙাও-ঙাওরবী ওইহ্নুনা ললিতানা কৃষ্ণগী মফমদা কাংঙবু পাউ পূহন্দুনা থারকলি—'হে শাগৈগী মৈরা

অথ নায়িকাপ্রাণসংরক্ষাপ্রযত্নো, যথা—

৭৩। ত্বামায়াস্তং কথয়সি মৃষা কুর্ব্বতী দিব্যমুগ্রং
মূর্চ্ছারম্ভে তব মণিময়ীং দর্শয়ত্যাশু মূর্ত্তিম্।
বন্যে বেণৌ ধ্বনতি মরুতা কর্ণবোধং বিধত্তে
বক্ষত্যস্যাঃ কথমপি তনুং মাধবী যাদবেন্দ্র! (১২৩)

( ইতি সখীক্রিয়া প্রকবণম্। )

---

ওইবও। তশেংনমক ইবুংঙো নহাক্না গোকুলবু কাওবা ওইরবা অঙ্গা অমরোমদা যম কৌবা অশিবা লাই অহনসু থুনা থৌজানবীখিদ্রবা অদুম তৌবা থোক্লবদি ঐগী চান্নবী সখী অসিনা নৈগী নৈনমতনা হারবা অসিগুম্বী শ্রীবৃন্দাবন অসিদা লোইনাইদ্রবা অমদি অব্বাবনা থল্লবা অহুঙবা মতমশিং অদুবু মতৌ করমনা লেনবা ঙমগদগে? [হ ৭৪-৯৭, ১২৮-১৩৭]।

১২৩। **নায়িকাগী মথৱায় কন্নবা হোৎনবা**—উদ্ধবনা ব্রজদগী **হল্লকবদা** অচীকপদা শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা শ্রীরাধাগী মপাউ হংলি। 'মাধবী সখীনা হোৎনজবতনা ( সেবাতনা ) শ্রীরাধানা ঙসি ফাওবদা হিংদুনা লৈরি।' অসুম হায়বা লোয়ননা উদ্ধবনা শ্রীরাধাগী থমথেংলবা কৃষ্ণ-কায়নবগী অৱাবা মঙোশিং অদুবু তমলি। "হে যাদব অথোইবও। ঐনা বাশকুনা হায়জরিবসিনি, 'মহাক শোয়দনা লাক্লগনি' অসুম তৌনা ওইদবা ৱাশক কয়া কয়া শকুনা, ইবেম্মনা রাম্থগে তৌরক্লবদনা মণিনা শাবা ইবুংঙো নঙগী শ্রীমূর্ত্তিবু উত্তুনা অমদি, উমংগী রা পাম্বীনা মহৈ-মচৈ অমগা অমগা তক্লবদা থোরকপা মথোন অদুবু বেণুগী খোম্থাংঙুম লোঙ্হনা শ্রীরাধানা রাম্থখিগনি কিবনা মচাক্না মবেম্মগী মনাক্কোঙ মেনশিন্দুনা—অসুম তৌনা মাধবীনা ৱানা শানা মবেম্মগী মথৱায়দ দি কনজনবা হোৎনজৌরি॥" ( ল ৩।৩৪, উ ৬ )।

সখীগী মথৌশিংগী মবক্তা মথক্তা হায়রিবা থবক মখল ১৭ অসিতসু নত্তুনা অতৈ মতৌ মথৌ কয়া অমসু অসুম্না নৈবা য়াই। অনিমক্কী মশক মচু, মতিক মগুণ ফজবা মতৌ অমদি প্রেমনচিংববু থাগৎপা, য়েক্লবা মীচঙগী ( বিপক্ষগী ) সখীশিংগী মরমদা খঙদোক্কীংবা মনুংগী হীবম কয়া খঙদোক্লবা হোৎনবা, শ্রীনন্দালয়দা চত্তুনা যূথেশ্বরীনা থোংবা থাকপা তৌবা চান-থক্লবা পোৎলমনচিংবা কৎলবা, ধনিষ্ঠা অমদি সুবলনচিংবদগী শ্রীকৃষ্ণগী ঈ-পাউনচিংবা

৫১। অথাসামপরঃ কোঽপি বিশেষঃ পুনরুচ্যতে।
অসমঞ্চ সমঞ্চেতি স্নেহং সখ্যঃ স্বপক্ষগাঃ।
কৃষ্ণে যূথাধিপায়াঞ্চ বহন্ত্যো দ্বিবিধা মতাঃ॥ (১২৪)

অথ অসমস্নেহাঃ—

৫২। অধিকং প্রিয়সখ্যাস্তু হরৌ তস্যাং ততস্তথা।
বহন্তাঃ স্নেহমসমস্নেহাস্তু দ্বিবিধা মতাঃ॥ (১২৫)

তত্র হরৌ স্নেহাধিকাঃ—

৫৩। অহং হরেরিতি স্বান্তে গূঢ়ামভিমতিং গতাঃ।
অনাত্র কাপ্যনাসক্ত্যা স্বেষ্টাং যূথেশ্বরীং শ্রিতাঃ॥ (১২৬)

৫৪। মনাগেবাধিকং স্নেহং বহন্ত্যস্তত্র মাধবে।
তদ্দূত্যাদিবতাশ্চেমা হরৌ স্নেহাধিকা মতাঃ॥ (১২৭)

---

অরেপ্পা ওইনা খঙ্‌নবা হোংনবা অসিনচিংবা কয়া কয়া। মসিগী মনুংদা **শ্রীরাধাগী ফজবা নীংখিবা থাবনা** ( গো ১১।২৯. ৩১, ৩৯, ৪৩, ৪৭, ৪৯, ৫৫, ৫৬, ৫৭, ৫৮, ৬২, ৬০, ৬৩, ৬৪, ৬৮, ৬৯, ৭৩, ৭৬-৮০, ৮২, ৮৫, ৯১-১৪৫ )। **শ্রীকৃষ্ণগী ফজবা থাবনা** ( গো ১৬।১১, ১৪ ১৭, ২১-১০৯. ১৭।৭-৪১ )। **শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী অপূনবা বর্ণনানা** ( গো ১১।১৩৭, ১৪২, অ ৮।১৬৩, ১৩ )।

মতাং অসিদা সখীগী মথৌ মশিনগী মরম তাকপা মতাং লোইরে।

১২৪। অসিগুম্বী সখীশিং অসিগী অতোপ্পা থোইদোকপা মতৌ খরগী মরমদা অমুক হান্নবি। মশাগী যূথদা লৈবী সখী মখেতগী মরক্তা শ্রীকৃষ্ণ অমদি মশাগী যূথেশ্বরীদা মান্নবা মওঙ্‌দা নত্রগা মান্নদবা মওঙ্‌দা নুংশিনবা মতৌ লৈনবনা মান্নদনা নুংশিবা অমদি থোংমান্ননা অনিমক্তা নুংশিজবা অমুম হায়না অনি থোক্লা অমুক লৈবি।

১২৫। মখোয়গী মখল অনিনি মতূদি—শ্রীহরিদগীদি প্রিয়সখীবুনা অমদি মশাগী প্রিয়সখীদগীদি শ্রীহরিবুনা হেন্না নুংশিজবা মতৌ লৈবা অমুম্না।

১২৬—১২৭। **শ্রীহরিতবু হেন্না নুনা তৌজবী**— ঐ অসি হবিতগীনি অমুম্না কনা খঙ্‌হন্দনা মশাগী থম্মোই-লকানুংদা মথন্তা লোত্তনা থমজবী, অতোপ্পী কনাগুম্বী যূথেশ্বরীগী কাদদি মাগী ভাবকা ( রাখল ) মান্নদবা উবদগী হৈনদনা মশাগী যূথেশ্বরীতবু নুনা চান্না তৌজহনা মাগী মকাক্তদা থূপচহনা

যথা—৭৪। ন মে চেতস্ত্বন্যদ্বচসি পুনরন্যৎ কথমপি
স্তবীয়ান্ মানস্তে সখি ! ময়ি সুখং ন প্রথয়তি।
রবেস্তাপেনেব ক্ষণমুদয়তা যেন জনিতো
বকারের্বক্ত্রেন্দুচ্ছবিশবলিমা মাং গ্রপয়তি ॥ (১২৮)

যথা বা — ৭৫।

সুরকুলমখিলং প্রণম্য মূর্দ্ধ্না, প্রবরমমুং বরমর্থয়ে বরাঙ্গি !
মুহুরভিমতসেবয়া যথাহং, সুবলসখং সুখয়ামি রাধিকাঞ্চ ॥ (১২৯)

---

লৈবী অমসুং অদুমক্তদসু শ্রীহরিগী কাদা লৈজবী মশাগী প্রেমনা মানা চঙ্জরিবী যুথেশ্বরী অদুমক্তদগীসু হাইফেং হেনজিনবী ওইবনা শ্রীকৃষ্ণগী পাউপূবী দূতী ওইবদনা হেন্না নমনা (কৃষ্ণতগী মীচঙ্দা লেপ্পগী মওঙ্দা) পামজবী অদুগুম্বী মথোয় অদুবু 'হরিবু হেন্না নুংশিবী' অসুন্না খঙ্নৈ।

১২৮। নোংমা হকচিন্না শাউদুনা লৈরিবী শ্রীরাধাগী মফমদা দক্ষিণ-প্রখরা ওইবী সখী অমনা (মরম চানা উত্তনা কন্না ঙাঙ্বী) মবেম্মবু করিসু থানবা তৌদনা মশাগী অচেৎপা মতৌ উত্তনা হায়রি— 'হে সখি। অতৈ অতৈ সখীগুম্না ঐদি পুক্কা-চানগা তোঙান তোঙান্নবী অদু নত্তে, য়েংউ—অসিগুম্বী নঙ্গী দুর্জ্জয়মানগী মতৌ অসিনা (ময়েং তাহন-ঙমদ্রবা মান) ঐবু থক নুংঙাইবা ফংহনবা নত্তে; করিনা হায়রবদু অয়াকপা নুমিৎ মঙানগুম নঙ্গী মান অসিনা থাঙঙমদ্রবা মৈশা লাংহনখিবনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোং ৎম্বালবু মকশিলহনখিবদা (মদুবু উরগা) মদুনা ঐঙোন্দসু নুংঙাইতবা পোকহল্লি।

১২৯। মথক্কী পদ্য অসিদা প্রখরা সখীনা কৃষ্ণদা হেন্না নুংশিবগী মতৌ উৎলগা হজীক্না মধ্যা ওইবী সখীনা অদুগুম্বা মনুংশি অদু নুংশিবগী মতৌ অমুক উৎলি। দক্ষিণ-মধ্যা ওইবী শ্রীরাধাগী সখী অমনা মাগী পক্ষদা লৈবী সখী-শিংগী মরক্তা করিগুম্ব। মতাং অমদা মশাগী সখীনা ফাগি তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণগা মহাক্কা লৈনবা থোইদোকপা মরী অদুগী মরম হংলকপদা হায়রকই— 'হে সখি। লাই পুম্নমকপু ঐনা ইকোক নোম্না খুরুমজদুনা ঐনা নিজবা থায়দগী হেনবা বর অমত্তংদি—করিনো হায়রবদু সুবলগী সখা ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু অমদি করিগুম্বদনা শ্রীরাধাবুসু ঐ ইশাগী পামজবা সেবাদা পেলহনজবা ঙমজবা— অসিতনি।" মতাং অসিদা শ্রীরাধাগী সেবাবুনা হস্তরপ্না হায়বা মওঙ্ ফোং-

৫৫। যাঃ পূর্ব্বং সখ্য ইত্যুক্তাস্তাস্তু স্নেহাধিকা হরৌ॥ (১৩০)

অথ প্রিয়সখ্যাং স্নেহাধিকাঃ—

৫৬। তদীয়তাভিমানিন্যো যাঃ স্নেহং সর্ব্বদাশ্রিতাঃ।
সখ্যামল্লাধিকং কৃষ্ণাৎ সখীস্নেহাধিকাস্তু তাঃ॥ (১৩১)

যথা—৭৬। বিরমতু তব বৃন্দে! দূত্যচাতুর্য্যচর্য্যা
সহচরি! বিনিবৃত্য ব্রূহি গোষ্ঠেন্দ্রসূনুম্।
বিষমবিষধরেষ শর্ব্বরী প্রাবৃষেণ্যা
কথমিহ গিরিকুঞ্জে ভীরুরেষা প্রহেয়া? (১৩২)

যথা বা—৭৭।

বয়মিদমনুভূয় শিক্ষয়াম, কুরু চতুরে! সহ রাধয়ৈব সখ্যম্।
প্রিয়সহচবি! যত্র বাঢ়মস্ত-র্ভবতি হবিপ্রণযপ্রমোদলক্ষ্মীঃ॥ (১৩৩)

---

দোকপনা, শ্রীকৃষ্ণবুনা হেন্না লূনা নিঙ্ জবা অদু উৎলি। (১৩০) মথক্তা হান্ননসু হান্নগ্রবী কুসুমিকা অমদি বিন্ধ্যানচিংবী সখীশিং অহনা শ্রীহরিতদা হেন্না নুংশিনবী মক্তনি খঙ্ নগনি।

১৩১—১৩২। প্রিয়সখীবু হেন্না লুমা তৌবা—মহাক মশামক্তীনি অসুন্না খঞ্জহনা মতম পূন্নমক্তা লূনা চান্না তৌজবী অমসুং শ্রীকৃষ্ণদগীদি রাধাবুনা খন্না লুম্বা হেনবী (হেন্না লূনা তৌজবী) অদুগুম্বী মখোন্ন অদু 'সখীস্নেহাধিকা' নি, মদুদি— শ্রীকৃষ্ণবু সঙ্কেত-তা লৈহল্লম্নগা শ্রীরাধাবু অভিসার তৌহন্নবা অমুক লাকপী বৃন্দাবু শ্রীরাধাগী প্রাণসখী শশিকলানা কিনা কিনা হায়জরকই—'হে সহচরি! নঙ্গী হৈশিংবী দূতীগী মতৌ অসি থাদোকপীয়ু, মক্ষম অসিদগী হনগ্রগা শ্রীকৃষ্ণ অদুদা হায়বিরু মদুদি—নোংজু অহিংসু ওইবা, অকিবগী মশক ওইরবা লিনগী মপৈনসু কোয়না চত্তুনা লৈবা অসিগুম্বা মতমদা মিপাই চাউগল্লবা (কিগনজবী) সখী অসিবু মতৌ করন্না চীংয়া-কুঞ্জ অদু য়ৌনা থারুগদগে?'

১৩৩। মথক্তী পদ্যদা সখীবু হেন্না নুংশিবা প্রখরাগী মতৌ উৎলগা মখংগী পদ্য অসিদনা মধ্যাগী মতৌ অমুক উৎলি। নৌজরিবী কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমনা শ্রীকৃষ্ণদা লৈবা অনুরাগনচিংবগী মতৌবু পামজহনা শ্রীরাধাগী নিত্য-প্রিয়সখী-কস্তুরীদা য়ায়া লোন্না নুংশিনা হংজররবদা মঙোন্দা কস্তুরীনা তাক পিরি। 'হে হৈশিংজবী! ইশামক্লা থেংনহনা খঙ্ লবদগী ঐখোয়না নঙোন্দা

৫৭। যাঃ পূর্ব্বং প্রাণসখ্যশ্চ নিত্যসখ্যশ্চ কীর্ত্তিতাঃ।
সখীস্নেহাধিকা জ্ঞেয়াস্তা এবাত্র মনীষিভিঃ॥ (১৩৪)

অথ সমস্নেহাঃ—

৫৮। কৃষ্ণে স্বপ্রিয়সখ্যাঞ্চ বহন্ত্যঃ কমপি স্ফুটম্।
স্নেহমন্যূনতাধিক্যং সমস্নেহাস্তু ভূরিশঃ॥ (১৩৫)

যথা—৭৮। বিনা কৃষ্ণং রাধা ব্যথয়তি সমন্তান্মম মনো
বিনা রাধাং কৃষ্ণোঽপ্যহহ সখি ! মাং বিক্লবয়তি।
যদিঃ সা মে মা ভূৎ ক্ষণমপি ন যত্র ক্ষণত্রুহৌ
যুগেনাক্ষ্ণোর্লিহ্যাং যুগপদনয়োর্বক্ত্রশশিনৌ॥ (১৩৬)

---

তাকপিরিবনি—নহাক রাধাগা মরূপ শান্নজো, মরমদি—রাধাগা তিন্নজবা হান্নবসিগী মনুংদা নুংঙাইরবা কৃষ্ণপ্রেমগী লল অদুসু মশানা অতুম্মক মরাং কান্না য়াওজরবনি।'

১৩৪। শশিমুখী, বাসন্তীনচিংবী সখীশিংবু প্রাণসখীনি ; কস্তূরী, মণিমঞ্জরী-নচিংবীনা নিত্যসখীনি হান্নবগী মরমদি মথক্তা হান্নমা খঙ্‌হনশ্রে—'সখী-স্নেহাধিকা' হান্নমা কৌদুনা অখঙ্‌ অহৈশিংনা খঙ্‌নরিবহ্ন মখোয় অসিবুনি হান্নবা খঙ্‌নগনি।

১৩৫। **সমস্নেহা**—শ্রীকৃষ্ণ অমদি মশাগী প্রিয়সখীদা অথোই-অহেন নাইনদনা চপমান্নমা নুংশিজবা মতৌ ফোংদোকপী সখীশিং অদুবু 'সমস্নেহা' হান্নমা কৌই ; মখোয় অদুগী মশীংদি য়াম্না য়ামশ্রে।

১৩৬। নোংমা কুরঙ্গাক্ষীনা শ্রীরাধাগী শাউবা ফহন্নবগীদমক হোৎনবদা অরেম্বা তাদুনা মহৈ য়ানখিদ্রবদা নীংঙমজদবা মতৌনা মশাগী কাঙ্‌বু-লক্তা মানা পামজন্নিবদু উত্তনা হায়জরকই—'হে সখি। কৃষ্ণ য়াওদবী রাধানা ঐগী পুক্নীংবু রাহনবতা থৎই, অদুগা অমরোমদসু রাধা য়াওদবা কৃষ্ণনসু—ওস্থোকপনি, ঐবু লাইবক থীবতমক ওইহল্লি। মরম অদুনা হে নীংথিজবী ! ঐনা নিজন্নিবমক্তবু—নুংঙাইবা ঈথক-ঈহৌবা অদুওম্বা শ্রীরাধা-কৃষ্ণ অনিমক্কী অপুনবা মায়খোং থানিন অনিবু ইমিং অনি অসিনা অমুক্তদা পুম্না য়েংজদুনা থকচিনজবা ফংলোইদবা অদুওম্বা মপোক অদুতদি ঐনা থক ফংজরুদবা অসিতনি॥' [অ ৮। ১২১]

৫৯। তুল্যপ্রমাণকং প্রেম বহন্ত্যোঽপি দ্বয়োরিমাঃ।
রাধায়া বয়মিত্যুচ্চৈরভিমানমুপাশ্রিতাঃ।
পরমপ্রেষ্ঠসখ্যশ্চ প্রিয়সখ্যশ্চ তা মতাঃ॥ (১৩৭)
ইতি শ্রীশ্রীউজ্জ্বলনীলমণৌ সখী-প্রকরণম্।

---

১৩৭। অসিগুম্বা মথলগী সখীশিং অসিনা শ্রীরাধা-কৃষ্ণদা মান্নবা প্রেম লৈত্নসু 'ঐখোয় অসিদি শ্রীরাধাতগীনি' অসুম হায়বা মপুক্কীং অসিবুদি অত্নম্মক শাগোয়ত্না লৈ। পরমপ্রেষ্ঠসখী ওইবী শ্রীললিতানচিংবীশিং অমসুং প্রিয়সখী ওইবী কুরঙ্গাক্ষীনচিংবী সখী পুম্নমক—হায়রিবা 'সমস্নেহা'শিং অসিমত্তনি।

মশক নাইবী সখীশিংগী মরম তাকপা ৮ শুবা প্রকরণ অত্ন মতাং অসির্দা লোইরে॥ ৮

# অথ শ্রীহরিবল্লভাপ্রকরণম্

১। আসাং চতুর্বিধো ভেদঃ সর্বাসাং ব্রজসুভ্রুবাম্।
স্যাৎ স্বপক্ষঃ সুহৃৎপক্ষস্তটস্থঃ প্রতিপক্ষকঃ॥ (১)

২। সুহৃৎপক্ষ-তটস্থৌ তু প্রাসঙ্গিকতয়োদিতৌ।
দ্বৌ স্বপক্ষবিপক্ষাখ্যৌ ভেদাবেব রসপ্রদৌ॥ (২)

৩। প্রোক্তস্তত্র স্বপক্ষস্য বিশেষঃ পূর্বমেব হি।
সুহৃৎপক্ষাদিভেদানাং দিগেব কিল দর্শ্যতে॥ (৩)

তত্র সুহৃৎপক্ষঃ—৪। সুহৃৎপক্ষো ভবেদিষ্টসাধকোঽনিষ্টবাধকঃ॥ (৪)

তত্র ইষ্টসাধকত্বং, যথা—

১। অত্যাকর্ণয় মদ্গিরং পরিজনৈরেভিঃ সমং শ্যামলে!
রাধায়াস্ত্বয়ি সৌহৃদং সখি! জগচ্চিত্তেষু চিত্রীয়তে।
উল্লাসাস্তবদাখ্যয়া যদনিশং তস্যাঙ্গরাগস্তয়া
সান্দ্রশ্চন্দ্রকশেখরস্য সময়ে চন্দ্রান্বিতঃ প্রেষ্যতে॥ (৫)

---

## শ্রীহরিবল্লভা প্রকরণম্

১—৪। অসিগুম্বী ব্রজসুন্দরী শিং (ব্রজগী শকহেনবী) অসিগী মথল মরি গুই মতৃদি—স্বপক্ষ, সুহৃৎপক্ষ, তটস্থ অমসুং প্রতিপক্ষ। সুহৃৎপক্ষ অমসুং তটস্থ পক্ষদি মথক্তা হাম্না হায়খিবদা য়াওব্রে। স্বপক্ষ অমসুং বিপক্ষ ( মীচঙ্ অমদি য়েক্লবা ) হায়বা মথল অনি অসিদি য়াম্মক রস চেন্নি। স্বপক্ষগী মরমদি হান্নসু মথক্তা তোপ্পা নৈনব্রে। হজীক মথং অসিদদি সুহৃৎপক্ষন-চিংবা মথল পূম্মক্কী মরমদা চাউরাকপা মওঙ্দং খঙ্হনবা ওইনা অমুক হায়রকনি।

সুহৃৎপক্ষ ( লুনা ভিন্নবা মরূপ মীচঙ্ )—মসিগীসু মথল অনিনি মতৃদি—ইষ্ট-সাধক ( অপাম্বা থুংহনবা নত্রগা কংহনবা ) অমসুং অনিষ্ট-সাধক ( কত্তবদগী ঙাকথোকপা )।

৫। মতৃগী মনুংদা ইষ্ট-সাধক-কী মশক্তি—শ্রীরাধাগী সুহৃৎ-পক্ষনি হায়না খঙ্নরবী শ্যামা সখীগী মফমদা নৈবা, মরোল অহম্মকগী থোইদোক য়েন্নোকপা

অনিষ্টবাধকত্বং, যথা—

২। গীর্ভির্মূঢ়জনস্য খণ্ডিতমভির্ভাণ্ডীরমূলে মুধা
কিং গন্তাস্মি তবোদিতে বলবতী শ্যামে! প্রতীতির্মম্।
নির্ব্যাজং বটরাজরোধসি বধূবেশক্রিয়োদ্ভাসিনা
কংসারিঃ সুবলেন গোষ্ঠনগরীবৈহাসিকঃ ক্রীড়তি॥ (৬)

অথ তটস্থঃ—৫। যো বিপক্ষসুহৃৎপক্ষঃ সঃ তটস্থ ইহোচ্যতে॥ (৭)

---

শ্রীরাধাগী মরূপ ওইনা তিন্নবগী মতৌ অহৃনা মী পূম্নমকপূ ফাওবা হেক ওকহল্লিবহ্ উরগা নুংঙাইজবমক্তনা মথোই কাজরবী বৃন্দানা মশাগী সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা কমলিবী শ্যামাবু য়েংহ্না হায়রকই—"হে শ্যামা সখি! শংবানবী! মতম কুইনা ঐনা অসুম উহ্নতা লাক্লবা মশক অমবু ওসিদি অসুম ফোংদোক্তনা লোয়া লৈবা ওমদ্রে। ঐনা হায়রিবসি নঙ্গী নপিজা পূম্নমক্তা লোয়ননা তাও। হে সখি! নঙ্গী নকাদা লৈরিবা শ্রীরাধাগী মরূপ ওইবগী মতৌ অসিদি তাইবঙ্-মী পূম্নমক্তী পূক্লীংদা অওকপা অমা পোকহল্লি। মহ্ অসুম তৌই তাও। নহাক্তা শ্রীকৃষ্ণগীদমক কর্পূর-য়ামরবা চন্দন-অগরু-কুঙ্কুম অমদি কস্তুরীনা শেম্বা হকচাংদা তৈনবা পোংলম পূম্নমকতা হয়াউনা নঙ্গী নমিং থারগা হেক হেক মানা মতম পূম্নমক্তা (কৃষ্ণদা) থাখি।

৬। **অনিষ্টবাধক**—নোংমা ভাণ্ডীর কৌবা বৃন্দাবনগী বট-পাম্বী মথোঙ্দা শ্রীকৃষ্ণগা শান্নমিন্নরিবী শ্রীরাধাবু উবদগী কলঙ্ক-খঙ্গন বাখল্লা থাওওমদ্রহ্না পদ্মানা (চন্দ্রাবলীগী সখী) থোদোক পূম্নমক জটিলাদা চীথদনা তমহ্না মাগী মপুক্লীং লাঙ্হনখি; জটিলানা মক্‌ম অহ্নমক্তদা চংলুনবা থোরাঙ্লবদা শ্যাম-লানা চঙ্লক্‌ন্না মতিকচাবা মরম পুথোক্লগা শুপায়না মরোল খঙ্হল্লরবদা চিংনবা কোক্লবী জটিলানা হায়রকই—'অপঙ্বা মীগী মরাদগী শেন্নায়রুহ্না ঐনা খোংলাংখোঙ্ তায়া চংকে তৌরুবনি; অদুবু হে শ্যামা! নঙ্না হায়রবা পূম্নমক ঐনা য়োনা থাজে। তশেংনমক ঐনা খঙ্বা ওমলে, বট অচৌবদুগী মথোঙ্দা ঐগী ইমৌগী ফিজেৎ-শেংপা সুবল-সখানা ব্রজপুরগী বিদূষক ওইবা কৃষ্ণগা শান্নজবা ওইরিগনি। [কৃষ্ণ কেলি মঞ্জরী] (বিদূষক—কাপি হৈবা মী)

৭—৮। **তটস্থ**—য়েক্লবগী সুহৃৎ-পক্ষবু রসশাস্ত্রনা 'তটস্থ' হায়না কৌই মহ্দি—পদ্মানা শ্যামাবু মপাঙ্গনা থাগৎপা ওইনা উজ্জলগা মুংগী অর্থদনা চৈবা

যথা — ৩। খেদং ন ব্যসনে তনোষি বহসে নোল্লাসমস্যাঃ শুভে
দোষাণাং প্রকটীকৃতৌ ন হি ধিয়ং ধৎসে গুণানামপি।
অব্যাক্ষিপ্তমনোগতিঃ সুবদনে! দ্বেষেণ রাগেণ চ
ত্বং শ্যামে! মুনিবৃত্তিরত্র সততং চন্দ্রাবলৌ দৃশ্যসে॥ (৮)

অথ বিপক্ষঃ—৬। মিথোদ্বেষী বিপক্ষঃ স্যাদিষ্টহানিষ্টকারকঃ॥ (৯)

তত্র ইষ্টহন্তৃত্বং, যথা—

৪। রাধে! ত্বৎপদবীনিবেশিতদৃশং কুঞ্জে হরিং জানতী
পদ্মা তত্র নিনায় হন্ত কুটিলা চন্দ্রাবলীং ছদ্মনা।
ইত্যাকর্ণ্য মুকুন্দ! সা সুবলতঃ স্তব্ধা তথাস্থ স্থিতা
দৃষ্ট্বা নীলপটীং তনৌ জটিলয়া প্রাতর্যথা তর্জ্জিতা॥ (১০)

---

খঙ্‌হনবা রাইনা মাগী মতৌবু ফোংদোকলি—'হে শ্যামা সখি! চন্দ্রাবলীনা রাবদা নঙ্‌দি থোইনা রাগগনু, মাগী অফবা ওইরকপা মতাংদসু নঙ্‌দি থক হরাউবা লৈতেদনা। থীনা হায়বদসু শাউনা ঙাঙ্‌বদসু নঙ্‌গী থম্মোই অদুদি থক শয়া অমা ফাওবা লেঙ্‌বা লৈত্রিবনি। মরম অদুনা হে নীংথিজবী। চন্দ্রাবলীগী মরমদা অফ-ফত্ত করিসু হায়বা তৌদনা তুমিন লৈথোকপা মীদি ব্রজ অসিগী মনুংদা নহাক নথন্তনি।

৯—১০। বিপক্ষ—নীংজবা অপাম্ববু মাঙ্‌নবা শীনবা অমদি অমনা অমগী মাঙ্‌-তাকবা শরো তৌনদুনা মহৈ মহৈ ক্রক ক্রক য়েংনবা মশেনবু অমনা অমগী 'বিপক্ষ' কৌই। (১০) মদুগী মনুংদা অনীংবা অপাম্ববু থুংহন্দনবা শীনবগী মশক্তি—শ্রীরাধাবু অভিসার তৌহন্দুনা মাগী মনাক্তা পুরক্কবগীদমক নোংমা দূতীবু থাগ্রগা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগী লম্বী য়েংদুনা অসুম লৈখি। করিগুম্বা অমা তৌদুনা অরোনবা মতৌ অসিবু খঙ্‌গ্রবদগী খায়দগী হেন্না লৌনম চাউরবী পদ্মানা চন্দ্রাবলীবু অভিসার তৌহল্লরে—পাউ অসিবু শ্রীরাধানা সুবলগী মচীন্দগী মথাঙ্‌ অমুক তারবদা মানা ওইখিবা মতৌ অদুমক বৃন্দানা শ্রীকৃষ্ণদা অমুক তমদুনা তাহল্লি—'হে মুকুন্দ! ঙসি শ্রীরাধানা সুবলগী মচীন্দগী তাজবা ফংখি মদুদি—শ্রীকৃষ্ণনা কুঞ্জ-সঙ্গাইদা লেপ্তুনা নঙ্গী লম্বী য়েংনা লৈরিঙৈদা মদুবু খঙ্‌গ্রবী পদ্মানা লৌশিং তৌদুনা মফম অদুদা চন্দ্রাবলীবু পুদুনা চংখরে।' রা অসি হেক তাবা খুদক্তা শ্রীমতীনা অমুকী মতিক চঙরুখি, (মশাগী মপানগী

অথানিষ্টকারিত্বং, যথা—

৫। কুতঃ পদ্মে পুত্রি! ক্ষিতিধরতটাদস্মি জটিলে!
বধূর্দৃষ্টা দৃষ্টা ক নু রবিনিকেতস্য পুরতঃ।
চিরং নায়াত্যেষা কথমিব নিরুদ্ধাত্র হরিণা
তবাধ্বানং পশ্যত্যহহ ভবতী ধাবতু রুষা॥ (১১)

৭। ছদ্মের্ষ্যা-চাপলাসূয়া-মৎসরামর্ষগর্বিতম্।
ব্যক্তিং যাত্যুক্তিচেষ্টাভিঃ প্রতিপক্ষসখীষ্বিদম্॥ (১২)

---

ফিবম পূম্নমক কাউথোকখিদ্রনা) মদ্রদা, অয়ুক অঙনবগী মতম অদ্রদা, অমম্বা অহিংদা অভিসার ভৌবগী হৌনবী ফিজেৎ-লৈতেংনচিংবা অমূক তৌরিবদূবু উবদা জটিলানা মাবু ঙাঙ্বি-চৈবীখি।

১১। **অনিষ্টকারিত্ব**—( মাঙ্নবা ভৌবা ) গোবর্দ্ধন-চীংয়া-নাপোম ময়াদা লৈবা রণবাড়ীগী ( ব্রজগী ছাতাইদগী মোইরাং লায়জি-পাংবদা মাইল অহুম লাপ্পা লৈবা—শ্রীরাধা কৃষ্ণনা মাগী মাগী সখী অমসুং সখাশিং লোয়ননা লান-শোক্লবী-লীলা শাম্নখিবা অদ্রগুম্বা মফম অমা ) সূর্য্যমন্দির মনাক্তা কৃষ্ণগা লোয়ননা শাম্নরিবী রাধাগী মরমদা দূতীগী পাউদম্না থঙ্লবী পদ্মানা লৌশিং ভৌদ্রনা জটিলাগী মমূমদা লাক্লবদা, মঙোন্দা হংলকপা মতুংইন্না মপূক ফত্তবনা মরম ওইদ্রনা শাম্নরিবা লীলা অদূবু থুগায়-য়ৈখায়নবগীদমক হনুবী অদ্রগা অসুম রারী শানরখি। জটিলানা হংলকই—'পদ্মা! নঙ্ কদাইদগী লাকপনো? পাউখুম—গোবর্দ্ধন চীংয়াদগী। রাহং—ঐগী ইমৌনূপীবু উবরা? পাউখুম—উরকই। রাহং—কদাইদা। পাউখুম—সূর্য্যমন্দির মমাঙ্দা। রাহং—অসুক কুইনা যুমদা হল্লক্তবদি করিগীনো? পাউখুম—সূর্য্যমন্দিরগী মমাঙ্দা কৃষ্ণনা ফাবিহৌরবদা নঙ্ভগী লম্বী য়েংহ্রনা লৈজহৌরি, মরম অদ্রনা নহাক নশামক্লা য়ায়মক শাউনা মফম অদু ভায়া চেনখিফম থোকই॥'

১২। য়েক্লবা মীচঙ্গী সখীশিংগী মরাহে অমদি মথোয়না ভৌথোক্লরকপা থোদো থোওঙ্ পূম্নমক্তা—মীনম শোরিবা, ভৌশিন্নবা ( ছদ্ম ), কল্লক-য়েংথী মভৌ ( ঈর্ষ্যা ), ঈকাইবা থঙ্দবা ( ধার্ষ্ট্য ), মীগী মগুণ অদুবু দোষকী মশক ওইহনবা ( অসূয়া ), মীগী অফবা মভৌ য়েংঙমদবা ( মাৎসর্য্য ), থাঙ্-ঙমদবা ( অমর্ষ ) অমসুং নাপন ভৌবা ( গর্ব )—অসিগুম্বা মভৌ অসিনা ভিল্লি।

তত্র ছদ্ম, যথা—

৬। শ্রুত্বা কীচকমত্রিমূর্দ্ধ্নি পশবঃ শ্যামঞ্চ দৃষ্ট্বাম্বুদং
ধাবন্ত্বল্পধিয়ঃ কথং ত্বমপি ধিগ্ধীরাধিকং ধাবসি ?
ইত্যুচ্চৈরনৃতোত্তরেণ তরলাং প্রত্যায্য পদ্মামসৌ
প্রাপ্তা পশ্য গৃহং করোতি ললিতা রাধাপ্রয়াণে ত্বরাম্॥ (১৩)

অথ ঈর্ষ্যা—৭। উদ্ঘটয্য কুটিলং কচপক্ষং
দেবি ! দর্শয়সি কিং বনমালাম্ ?
নীলযষ্টিবদমুং মদলিন্দে
লোকয়ালি ! বনমালিনমেব॥ (১৪)

---

১৩। ছদ্ম—কৃষ্ণগী বেণু মখোল তারবদা অমসুং মত্থগী হেক মথংদনা শ্রীকৃষ্ণমকপুসু গোবর্দ্ধন চীংথক্তা থাপ্পা দর্শন ফংজরবী পদ্মানা য়ায়মক হরাউনা মায়কৈ অদোমদা চঙ্শিনজরকথি। ললিতানা তাং তৌত্থনা মানা তারিবা বেণু মখোল অমদি উরিবা কৃষ্ণ অদুবু অতোপ্পা অমা ওইনা থাজহন্দুন' মাবু খায়গা শ্রীরাধাবু খুংলৈ থুনা অভিসার তৌহন্নবা হোৎনরকপা মতৌ উবদা বৃন্দানা হরাউনা নান্দীমুখীদা তমলকই—'য়েংউ অসে ! পদ্মাবু নমথাক তৌত্থনা ললিতানা হায়রি—চীংথক্তা বা-মশেল তরুবা মখোল তারগা অমদি চীংয়াঙ্-পকপা অমুবা নোংহৌবু উরগা অপঙ্বা শা-মথৈনা চেনবদি চেন্নজসনু—অত্থগা অত্থক তপচবী নৌজবী নঙ্মক্লদি মদুবু তম্মা করিগীদমক থোঙ্জেল য়াঙ্-শিন্নকম থোকপগে ?—অসুম্মা ওইদবা হায়জিন্দুনা পদ্মাবু নমথাক তৌরম্লগা ললিতানা য়ুমদা হন্নক্তুনা তক্লিং তক্লিংনা শ্রীরাধাগী অভিসার তৌহন্নবা হোৎনররি !!'

১৪। ঈর্ষ্যা—(কল্পকপা) নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা পীবিরকপা মশাগী লৈ-পরেংবু মকোক্তা শমজিরৈ ওইনা (গর্ভক) থেৎচিল্লগা পদ্মানা করিনো অমা তৌশিন্নহ্থনা ললিতাগী ময়াঙ্দা মশম থাদোক্লগা লৈপরেং অদুবু লেন্নরকপা উবদা থাঙ্-গুমত্রবী ললিতানা লাইগী নোংদমদগী থুদক অত্থমক্তদা লাক্তুনা মশাগী শৃমাঙ্ মচিদা লেপ্পরবা শ্রীকৃষ্ণদা খুদোম্বী থিন্দুনা উৎলগা হেম্না লাইবক ফবী ওইনা লেন্নরবা পদ্মাগী নাপন অদুবু নমথখিং—'দেবী ! ,নশম থাদোক্তুন-ককা লৈপরেং উচ্চনবা হোৎনরবা শারি ? য়েংজো চায় সখি অসে। ঐগী

যথা বা—

৮। নির্ব্বন্ধপ্রবণেন কংসরিপুণা প্রাগর্প্যমাণোঽপি যঃ
প্রাজ্ঞাং দোষমবেক্ষ্য নায়কমণৌ ন স্বীকৃতোঽভুন্ময়া।
হারঃ সম্প্রতি সোঽয়মেব বিষমো লুব্ধে ! ক লব্ধস্ত্বয়া
দ্রাগিষ্টোঽপ্যুরগক্ষতাঙ্গুলিনিভো দুষ্টঃ সখি ! ত্যজ্যতাম্ ॥ (১৫)

অথ চাপলম্—

৯। নাত্মানং ব্যথয় বৃথা নিকুঞ্জমধ্যে
খদ্যোতি ! দ্যুতিমিহ কুর্ব্বতী সরাগম্।
কৃষ্ণাভ্রে গিরিবরসঙ্গতেঽনুরূপা
সোমাভা বিলসিতুমত্র বিদ্যুদেব ॥ (১৬)

---

শৃমাঙ্-মচিদ (বৃন্ত মমাঙ্দা) বনমালী (লৈ অহ্নগী মপু) মশামক্তা ঐগী প্রেমদা হাত্নুনা অশ'বা য়ুখী অমগুম চপ য়ু'না লেপ্তুনা লৈরিবসে (উজদবরা ?) ॥'

১৫। নোংমা শ্রীরাধাবু শাউবা ফহন্দুনা মনাক্তা পুরক্লবদা শ্রীকৃষ্ণনা চিত্রাবু পেনবিরহ্নুনা ঙক্কী লীকপরেং লোথোক্লগা মনা পীবিরকখি, চিত্রাগী ঙক্তা লীক অদুবু উবদগী প্রোক প্রোক চাকথেক্লবী পদ্মানা অত্তোপ্পা অমদা পীথোকপা তেৌনদ্রবা অহ্নক মমল য়াম্লবা লীক অদুবু ফাওবা মমল করিসু লৈতবা পোং অমগুম হায়রকখি—'হে সখি! মমাঙ্তৈদা (মতম অমদা) শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্লমক পীজনা'না লীক অসিবু ঐত্তোন্দা থুদোন তমজনীংখিবদা মহ্নগী ময়ায়দা লীকয়ান (দোলক) ওইনরিবা মণি অত্ত ফজমন্দবদগী ঐনা লৌবিখিদ্রবনি (হুন্দোক-খাকনি)। ওস্থোকপনি। হে মিতাগনবী, পামগনবী! অহ্নুগুম্বা চন্নফম লৈত্রবা লীক অদুবুদি নঙ্না কদাইদগীবু খুল্লক্লিবনো হা? ফংজদ-চাকচা ওইবত্তনা নঙ্না পোংকী অফবা ফত্তবা য়েংলুবা তৌদনা লৌশিল্লবা ওইরবদি (হায়বি-রিবসিনি) হুজীকমক মহ্ন থাপ্পা হুন্দোকখো। য়েংউ, নঙ্নদি লীক অদুবু ফনমক পাম্লমগদবমক লৈরবসু মত্ত লিম্না চীকগ্রবা নশাগী খুৎচাগুম্বনি, নশাবু য়াইফহন্নীংলবদি মদুবু থুদক্তা থাদোকচখো।

১৬। **চাপল** (অয়াকপা, অহেনবা খোনফম থাবা)—নোংমা শ্রীরাধাবু সঙ্কেত-তা লৈহল্লম্লগা শ্রীকৃষ্ণবু লৌরুনবগীদমক বিশাখানা গোবর্দ্ধনগী নিকুঞ্জ-তম্না চংখিবদা শ্রীকৃষ্ণনা চন্দ্রাবলীগা পদ্মাগা লোয়ননা রারী শানহ্নুনা লৈরম্বদগী

অথ অসূয়া—

১০। যন্তাণ্ডীরে তব সহচরী তাণ্ডবং সা ব্যতানীৎ, পদ্মে !
শৈব্যা সমজনি ন তৎ কস্য বিস্মাপনায় ?
সা চেত্তন্বী প্রকৃতিলড়হা শিক্ষিতা চাভবিষ্য-
স্মন্যে সর্ব্বং জগদপি ততঃ প্রেক্ষয়ামোহয়িষ্যৎ ॥ (১৭)

অথ মৎসরঃ—

১১। অলং চক্রে রাধাহৃদয়মূরুহারেণ হরিণা
স্রজা ধূর্ত্তেনেয়ং তব তু কবরশ্রীরবরয়া ।

---

তাঞ্জা ঙাইবা ওইনা মনাক্কী নিকুঞ্জ অমদা নাথৈঙ্গনা লৈখিবা মতৌ অদূবু উহৌরবী পদ্মানা বিশাখাদু তন্দনমক ওইনা লোঠ্রগা করেম কথাইনবা রাহৈনা মখোয়গী মরাইবক ফবা মতৌবু উৎলকলি—'কৃষ্ণৎ-কাফেৎ তৌররিবী হে তন্দন-ও। রাগনা থন্দূনা নঙ্না অরেম্বদা নিকুঞ্জ-নুংদা নশাগী নঙান শন্দোক্লবা হোৎনবদা নপাঙ্গল অতুক রাহঞ্জরিবদি করিগীদমকনো ? হুজীক্তি—চীংদোন-থক্কী অমংবা নোংহৌদা চন্দ্রকান্ত মণিতনা ( থানিন মঙান চেনবী নোংথাং মচুতনা ) শান্নবদা মতিক চাবা মতমনি। ( হায়বদি কৃষ্ণনা হুজীক চন্দ্রাবলীভগা লোয়ননা গোবর্দ্ধন চীংথক্তা শান্নবা থোরাঙ্লি )।

১৭। অসূয়া ( মীগী মগুণবু দোষ ওইহনবা ) —ভাণ্ডীরবট মখোঙদা ( খোংনাংবো'ং মখোঙদা ) শ্রীকৃষ্ণ অমদি চন্দ্রাবলী অনিমক্লা হায়জবদগী শৈব্যানা জগোই শারিবদূবু উরুবদা খাঙুমদ্রবী তুঙ্গবিদ্যানা পদ্মাগা লম্বোদা থেংনরবদা চীনবান খোয়থুমশিন্নবা রাঙাঙনা থীনা হায়ররকই — 'হে সখি, পদ্মা। নঙগী সখি শৈব্যানা ভাণ্ডীর মখোঙদা * নিপা জগোই শাখিবদূবু অউবা কনানা ঙক্লরোইদবা য়াওবগে ? অদূবু মতৌ মঙঙ ফজবী অমদি শাবান নীংথিজবী শৈব্যা অসিনা কল্লিগুম্বা নৃত্য-কলা অসিবু নীংথিনা তম্নকপী অমদং ওইরম্লবদি তাইবঙ পানবা পূম্নমক অসিবু ফাওবা মমিংনা থৎপতদা হেক্তমক গুম্বাৎপা ঙম্নমগদবনি ।।'

---

* তুঙ্গবিদ্যাগী রাঙাং অসিনা—'শৈব্যানা নিপা জগোই শাখি' হায়বনা নূপীনসু তাণ্ডব শেংনা শাবা য়াই হায়বা তাকলি।

মনো স্বস্থাতীতং মুনিবদবিকল্পঞ্চ দধতী
তথাপি ত্বং মুগ্ধে ! ন বিপিনবিনোদাদ্বিরমসি ॥ (১৮)

অথ অমর্ষঃ—

১২। স্ফুটস্তিরিব কোরকৈরলঘুভিশ্চ গুঞ্জাফলৈ-
র্ময়াত্ত বিরচয্য যন্মুরহরায় বিশ্রাণিতম্ ।
ত্বয়াত্র সখি ! রাধিকাশ্রবসি বীক্ষ্য তৎকুণ্ডলং
মনঃ স্বমুদঘাটি যন্তুদত্তিলাঘবায়ৈব নঃ ॥ (১৯)

---

১৮। মাৎসর্য্য ( মীহো চাউবা )—মতম অমদা মদা মশাগী সখিশিংগা লোয়ননা শ্রীরাধা অমসুং চন্দ্রাবলীগা শ্রীকৃষ্ণগা বনদা পূল্লা শান্নমিন্নবা হো-রব্রবদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাদা লীক, চন্দ্রাবলিদনা লৈপরেং হুকপীখি । শ্রীরাধাগী ঙওা মমল নাইদ্রবা লীক শিবচ্র উবগা কল্লকপনা য়েংঙমদ্রবী পদ্মানা চন্দ্রা-বলীদা মাবু পঙমল্লি হায়না মরাল শীরক্লি ।— 'লৌনম চাউবা কৃষ্ণনা মমল য়াম্নবা লীক পরেংবুনা রাধাগী থাবোম ঙালহনবা অচ্গা শমজিরৈ পরেংনা নঙগী শমজিদা থেংচিনবীবা ! হে অপঙ্বী ! অচ্মক্তদা নহাক্লা মুনি শারচ্না অশাউবা, নুংনাঙ্বা অমদি খায়জী খাইবুং তৌবা শারচ্না করিসু লৈতব শাদুনা বন-বিহার তৌবদা নপূক্লীংচ্ম চঙ্জবা শারি !'

১৯। অমর্ষঃ— ( খাঙঙমদবা ) মথল কয়াগী অপোম্বা লৈ খিবীক্লা অঙৌবা অঙাঙবা মচ্না তিনবা অমুনবা গুঞ্জাফল ময়ামগনা পূনশিন্দুনা চন্দ্রাবলীনা খায়দগী হেল্লা হৈশিংবা উত্তুনা মথুৎমক্লা নাচোম শেঃজরগা মদুবু শ্রীকৃষ্ণদা খুদোন কংখি। নীংথিজরবা মদৃগুম্বা নাপ-লৈতেং অনি অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগী নাকোঙ্দা চিনবীখি—মদুবু উবদগী পদ্মানা খায়গী মমাঙ্মক্তদা মীয়াম অদুবু হেক নোকহনবমখৈ কৃষ্ণবু থীনা থীনা চৈবগা থাংবগা তৌরকখি। থোদোক অচ্গী রায়ম তারবী চন্দ্রাবলীনা থম্মোইনুংদা ঙমখৈ লৈতনা রাচ্না পদ্মাবু চৈহৎলকখি—"হে সখি। পোমশাৎনরবী লৈরাংগা মতুম তারবা গুঞ্জাফলগনা ঐনা নাচোম শেম্নগা শ্রীকৃষ্ণদা কংখিবা অদুবু শ্রীর ধাগী নাকোঙ্দা লৈতেংনবা উরুরগা নঙনা উৎথোরক্লিবা নপূক মতা অচ্নদি ঐথোয় অসিবু হেল্লা হন্থহনবা নত্তনা মচ্না নুংঙাইননীংঙাই ওইবদি করিসু য়াওদে !!'

অথ গর্ব্বিতম্—

৮। অহঙ্কারোঽভিমানশ্চ দর্প উদ্ধসিতং তথা।
মদ ঔদ্ধত্যমিত্যেষ গর্ব্বঃ ষোঢ়া নিগদ্যতে॥ (২০)

তত্র অহঙ্কারঃ—৯। অহঙ্কারঃ পরাক্ষেপঃ স্বপক্ষগুণবর্ণনাৎ॥ (২১)

যথা—১৩। আকাশে রুচিলবমিন্দ্রনীলশোভে
সোমাভা জনয়তি তাবদস্ফুটশ্রীঃ।
নেত্রাণাং তিমিরহরা বরেণ্যদীপ্তিঃ
সা যাবন্ন হি বৃষভানুজাভ্যুদেতি॥ (২২)

অভিমানঃ—১০। অভিমানো নিজপ্রেমোৎকর্ষাখ্যানন্তু ভঙ্গিতঃ॥ (২৩)

---

২০। গর্ব (নাপন)—মসিগী মখল তরুকনি মদুদি অহঙ্কার, অভিমান, দর্প, উদ্ধসিত, মদ অমসূং ঔদ্ধত্য (থোদো থোওহ্ তিন্নদবনা মমিং তোপ্প-খিবতনি)।

২১—২২। অহঙ্কার—মশাগী কাঙ্‌বুতবু থাগৎনদুনা, মহৈ মহৈ অমনা অমবু হুস্থনবা মতৌ (নাপল মখল অমা) ললিতাগী মমাঙ্‌দা নোংমা পদ্মানা মাগী কাঙ্‌বুতবু অসুম থাগৎলকপা মতৌদা খাঙ্‌বা ঙমদ্রদুনা ললিতানা হেনজিনবা রাতৈ শীজিন্নদুনা নাপনগা লোয়ননা (অতিশয়োক্তি অহঙ্কার) মাগী মীচঙ্‌না মগুণ হেনবগী মতৌ উৎলকলি—'ইন্দ্রনীলমণিগুম মচু শংমূনবা আতিয়া মথক্তা শেংলবা অমদি লংলবা মঙান চেনবা অমসূং মিৎ পানবা অপূম্বগী অমম্বা কোকহনবা ঙম্বা অহুগুম্বা কালেন খাদা থোকপা নুমিৎ কৌবা লাই অদুগী মঙাম্না তাশিল্লদ্রিমখৈদি মপূং ফাজদ্রিবা থা-মচেৎ পিশক অদুসু মফজৈ (হায়নবদি মশাগী মঙান নীংথিজবা অমদি মিৎ পূয়মক্তা পেন্নফম ওইবা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা ঙাক্রিদৈমখৈদি চন্দ্রাবলীসু হাইফেৎ-শাফেৎনা অদুম খজীক মফজৈ)। [বি ৭। ২৬. ২৫, ২৮]।

২৩—২৪। অভিমান (মশাগী মীচঙ্‌বু খাগৎপা)— মদুগী মনুংদা শ্রীকৃষ্ণদা লৈবা মশাগী মীচঙ্‌গী প্রেমনা হেনবা মতৌ উৎপা—নোংমা চম্পক-লতানা পদ্মাগা উন্নবদা মাম্বা শকখিবা কৃষ্ণ-লীলাগী ঈশৈ অদুবু তাহল্লু হায়রকখি। মদু তাবদা শাউগৎলবা চম্পক-লতানা চৌন্দ-ইফ-ফজনা হায়রগা থীনা চৈবগী মতৌ

তত্র কৃষ্ণে স্বপক্ষপ্রেমাখ্যানং, যথা—

১৪। ত্বং ধং রধীঃ ফণিহ্রদে হরিঝম্পগাথাং
নিষ্কম্পমেব যদিয়ং গদিতুং প্রবৃত্তা।
তত্রানুষঙ্গিকতয়াপ্যুদিতে কদম্বে
বক্ষঃ পিনষ্টি রুদতী তরলা সখী মে ॥ (২৪)

স্বপক্ষে কৃষ্ণপ্রেমাখ্যানং, যথা—

১৫। ধন্যাসি কৃষ্ণকরকল্পিতপত্রবল্লী
রম্যালিকা বিহরসে মদমন্থরাঙ্গী।
হা বঞ্চিতাস্মি কলিতে ললিতামুখেন্দৌ
জাড্যং স যাত্যখিলশিল্পধুরন্ধরোঽপি ॥ (২৫)

---

ফোংদোক্ত্না মাগী মীচঙ্না শ্রীকৃষ্ণদা হেন্না প্রেম লৈবদু উৎলকলি—'হে নীংথিজবী। নঙ্দি ম্নাম্না নপূক্লাং ঈংনা তপ্না উই মরমদি—শ্রীকৃষ্ণনা কালী-হ্রদদা চোংথখ্রবদা নঙদি থম্মোই নীকপনচিংবা করিসু অমত্তা তৌদনা কৃষ্ণনা ঈশিংদা চোংথখিবগী-শৈথা-ঈশৈ (ঝম্পগীতিকা) নীংথিনা শকচবা ঙমখি। অদুগা ঐগী সখীদি শাগোম্নদুনা লৈবনা মরম ওইদুনা 'কদম্ব' হাম্নবা ৱাহৈ অসি-মত্তং পল্লবা ফাওবদা মথবাক্তা খুদুম্না শুদূনা কপচৈ !! [ বি ৭। ১৯, অ ৩। ২০ ]।

২৫। **মশাগী মীচঙ্গী কৃষ্ণপ্রেমগী মতৌব্ন থাগৎপা**—মাগী মীচঙ্গা হেন্না লাইবক ফবা মতৌবু লেম্নবগুম নাৱাংলবী পদ্মানা নোংমা মঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণগী খুৎ-মক্লা হকথেংননা য়েকপিরকখিবা 'পত্রভঙ্গ' (উনাময়েক) অদূবু মথোমক ওইনা শ্রীমতী রাধিকাগী সখী ময়াম মরক্তা উৎলখি। মতৌ য়েংবদা থাঙ্-ঙমদ্রবী বিশাখানা লৈবাকমচা তাম্নবা নীংথিবা লোন্দানা থীনা হায়বগা লোয়ননা মাগী মীচঙ্দা শ্রীকৃষ্ণনা হেন্না প্রেম লৈবীবা মতৌবু থঙ্হল্লকলি—'হে সখি! নঙ্দি হেন্না য়াইফবীনি মরমদি—নরাইপক্তা শ্রীকৃষ্ণমক্কী খুৎনা পত্রভঙ্গ য়েকপিরকপনা হেন্নদুম নীংথিজরে; অদুনা ওইরমাল্লে, নঙ্না নরাইবক ফবগী নাপননা ঙাওদুনা ঙাহৌ থেংহৌ চৎলিবদো !! ওষ্তোকপনি। ঐখোয়নতনি লাইবক থীরিবদি, য়েংউদনসে—তাইবঙ্ পানবগী শিল্পকলা পূম্নমক্তা মাগা পাবীনবা লৈত্রবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অসিনা ললিতাগী মায়থোং থানিন অসিবু উজবা ফংবতদা মথরায় পান্দবগুম চপ লেপ্লিবসে। (মসিগী ভাবর্ত্তি—নঙ্গী

দর্পঃ—১১। গর্ব্বমাচক্ষতে দর্পং বিহারোৎকর্ষসূচকম্ ॥ (২৬)

১৬। বিদ্বঃ পুণ্যবতীশিখামণিমিহ ত্বামেব হর্ম্যে যয়া
নীয়ন্তে শরদিন্দুধামধবলাঃ স্বাপোৎসবেন ক্ষপাঃ।
কোঽয়ং নঃ ফলতি স্ম কর্ম্মবিটপী বৃন্দাটবীকন্দরে
শ্যামঃ কোঽপি করী করোতি হৃদয়োন্মাদেন নিদ্রাক্ষয়ম্ ॥ (২৭)

উদ্ধসিতম্—১২। উপহাসো বিপক্ষস্য সাক্ষাদুদ্ধসিতং ভবেৎ ॥ (২৮)

---

নশা কনমক শোকখিবা ওইদুনসু শ্রীকৃষ্ণদি খক বিকার পোকখিবা (ফিবম হোংখিবা) লৈতবনা হেন্নহুম ময়েং তাথরুরবা অহুঙম্বা মাগী প্রেম অহুনা হুজীক ললিতাবু চুম্নদং মশক উজবা ফংখিবদগী অশেংবা সাত্ত্বিক-বিকার ফাওরিবা মতৌ অসিনা ইবুংঙো মাগী অথোক্কবা প্রেম হায়বহু লৈবত্তনদি অসুম্না মশাগী মীচঙ্গী মশুগতবু থাগৎপনি)।

২৬—২৭। দর্প—(নাপন—চঙ্‌থোম্না শাম্নবগী মতৌ উৎপদা)—নোংমথক ললিতাবু তুমনীংবনা ইমুন মূন্দুনা মমিং উইরুম উইরুম তৌবা উবদগী নোক্না ৱাহৈনা পদ্মানা মহুগী মরম হংলকখিবদা ললিতানা ইরেম লেমনা, ফজনা থীনা হায়দুনা মাগী মীচঙ্‌না শ্রীকৃষ্ণগা শাম্নবগী থোইদোক হেন্নোকপা মতৌবু ফোংদোকল্লি। 'হে সখি! ঐখোয় পুম্নমক্তা নঙ বু পুণ্য চেনবী নূপী মখেগী লুচিংবী, মকোক থোংবীনি অসুম্না খঙ্‌জবা ঙমলে করিনা, মেরাগী থাবলনা তাউথোক্লবী অহিং-তাংলৌ পুম্নমক্তা নীংঙাইবা লৈতনা নঙ্‌দি নশাগী ইমুংদা লৈতানা তুমখুন হুন্দুনা লেপ্লোকপা ঙম্মী, অদুবু ঐখোয়গীদি, তৌজরকপা কর্ম্মগী হায়ফম খঙ্‌দ্রবা ফল হায়বহুরা করিনো মহুসু মথোঙ্‌ খঙ্‌দ্রে—মচু শংমূনবা অঙাওবা শামু অমনা বৃন্দাবন উমংগী মম্নবা গুহাদা চঙ্‌শিল্লরুগা হেক্তমক ঐগোয়বু তুম্বা কায়হল্লে। [বি ৭। ২২, ৬]।

২৮—২৯। উদ্ধসিত—হকথেংননা য়েক্নবা কাঙ্‌বুদা নোক্নবা। নোংমা পদ্মাবু সঙ্কেত কুঞ্জদা থনম্নগা মাগী প্রিয়সখীনা কৃষ্ণবু লৌরুনবগীদমক কৃষ্ণগী নাক তাম্না অমুক চৎখিবদা কৃষ্ণদি লমথাঙ্‌দা অতোপ্পী নায়িকা অমগা থেংনবদগী মানা ঙাঙ্‌বা শকপা তাবদা যুন্দুনা লৈরম্বা মতৌবু উরুবদগী মথবায় ৱানা পদ্মাগী সখীনা অশাংবা স্বর মপ্পী অমা হোন্দোরকপা উবদা ইন্দুলেখানা নোক্নরকই—'হে সখি! নুংশা মপী হোল্লগনু, ফংঙমদ্রবা শ্রীকৃষ্ণবু ফংনীংবহু

যথা—১৭। নোচ্চৈর্নিশ্বসিতি প্রসীদ পরমে মুঞ্চ গ্রহং দুর্লভে
ম্লানিং তে সখি! বীক্ষ্য হন্ত কৃপয়া মচ্চিত্তমুত্তাম্যতি।
বদ্ধঃ পশ্য বিভঙ্গুরেঽত্র ললিতাবাগ্বাগুরাড়ম্বরে
জানীতে ন কিল স্বমেব সরলে শ্যামঃ কুরঙ্গীপতিঃ॥ (২৯)

মদঃ—১৩। সেবাদ্যুৎকর্ষকৃদ্গর্ব্বো মদ ইত্যভিধীয়তে॥ (৩০)

যথা—১৮। জগতি ললিতে! ধন্যা যূয়ং সুগন্ধিভিরদ্ভুতৈঃ-
রবিরবিরতিং যাভিঃ পুষ্পৈরমীভিরুপাস্যতে।
বত বিধিবশাজ্জাতং বন্যস্রজি ব্যসনং তথা
দলমপি ন নঃ কাত্যায়ন্যৈ যথা পরিশিষ্যতে॥ (৩১)

ঔদ্ধত্যম্—১৪। স্পষ্টং স্বোৎকৃষ্টতাখ্যানমৌদ্ধত্যমিতি কীর্ত্যতে॥ (৩২)

---

থাদোকউ, মতু ওইথোকপা অমা নত্তে। নঙ্‌না নমায় মকৃপা উরগা ঐনা হেন্না নুংঙাইবীদরে। য়েংউদো অসে, হে শিংথোইজবী। লেঙ্‌বা ওৎপা য়াদনা অসুম ক্রক্ ক্রক্ ফাজিন্নকপা ললিতাগী রাহৈ থোনকমগী মশক ওইরবা শজি-কা-ন-লাংদা থুদ্রনা অশংবা শজি অসিনা তোঁফম খঙ্‌জদ্রিবা মতৌ অসে কয়াদনো?'

৩০—৩১। মদ—(চঙ্‌খোনবা সেবা মতৌনা ওইবা নাপন)। যমুনা মপানগী কুঞ্জদা লৈ থিদ্রনা লৈরিবী ললিতাবু নোংমা পদ্মানা করিগীদমক লৈ থিরিবনো হংলক্লবদা, ললিতানা মহুবু 'সূর্য্য-পূজাগীদমকনি হায়না খুম্নকখি। মতু তাবদা পদ্মানা লৌশিং তৌনা মাগী কাঙ্‌বুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাবু হেন্না চঙ্‌খোন্না তৌবগী নুংঙাইজবা মতৌ ফোংদোকলি—'হে ললিতা! পৃথিবী অসিদা নখোয়দি পুণ্য-চেনবীনি, মরমদি, মনম নুংশিরবা লৈশিং অসিনা নখোয়দি তত্তনা সূর্য্য-পূজা কৎচবতু ঙমলি; অদুবু ওন্থোকপনি। ঐগী ইবেম্মদি লৈ-পরেং লেংবত্তদা অসুপকী মতিক মথরায় লূপশিন্নি মহুদি, কাত্যায়নী পূজাগীনি হায়দুনা লৈ মনা অমত্তং ফাওবা হেক তাবা ফংদে।' মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা চঙ্‌খোনবগী মতৌদা পদ্মানা তৌবা নাপনগী মওঙ্‌ উৎলি।

৩২—৩৩। ঔদ্ধত্য—(মশাগী মীচঙ্‌গী অহেনবা অফবা মতৌবু মচীন্না থোক্না ফোংনা হেক্তমক হায়বা)। নোংমা ললিতাগী মমাঙ্‌দা পদ্মানা শ্রীরাধাগী কাঙ্‌বুবু থোশাদবা উৎপা লোয়ননা মাগী কাঙ্‌বুনা হেন্না লাইবক ফবগী

যথা—

১৯। কস্তাবদ্‌ব্রজমণ্ডলে স বলতে গান্ধর্ব্বিকা স্পর্দ্ধতাং
সার্দ্ধং হন্ত জনেন যেন জগতীজজ্ঘালকীর্ত্তিধ্বজা।
কুল্যায়াঃ কৃপণাবলীষু কৃপযা কামং দ্রবচ্চেতসো
যস্যাঃ প্রেরণয়া ক্ষণং ভবতি বং পদ্মে। নিষেব্যো হরিঃ॥ (৩৩)

কিঞ্চ—১৫। শ্লিষ্টোক্তিশ্চ ক্বচিত্তাসাং নিন্দাগর্ভোপজাযতে॥ (৩৪)

যথা—

২০। গোবিন্দাহিতমণ্ডনা বিধুবতাবাপ্তিপ্রসঙ্গোজ্ঝিতা
দক্ষানল্পকলা বযোঘনরুচিং তন্বা মুহুস্তন্বতী।
সর্ব্বাঙ্গুত্তমসাধুতাপদকৃতির্ভব্যে ভবত্যাঃ সখী
নাসৌভাগ্যভবাৎ কদাপি বিবতিং প্রাপ্নোতি সৌদামিনী॥ (৩৫)

---

মতৌদা কবেম কথ'ইনবা মতৌনা শেম-শেমহ্না অসুম ঙাঙ্‌লকপা তাবদা খাঙ্‌বা ঙমদ্রবী ললিতানা হক-থোক্না শাউদ্রনা মহৌশানা লোয়নরকপী থোইদোক হেন্দে'কপী মবেম্মগী গুণ মপৈবু মথং মথং লোইবা নাইদনা হায়থরক্কনা মাগী মমৗ যৈথেকলি—'হে পদ্মা! মাগী মিংচৎ-ফীরাম্না পৃথিবী 'পূম্বা থুংনা ফব-ফব হায়রিবী অহ্গুম্বী ব'ধাগা লাম্ব' পারগদবী কনা নূপী'বু ব্রজমণ্ডল অ'সিদা পে'কলিবগে? ঐখোয়গী ইবেম্মাদি অচৌবা শাগৈদা পোকপীনি, অহ্না নখোয়গুম্বী অত্তোল অতাং নূপাশিং অসিবু উবমক্তদা মাগী থম্মোইদি নুংশিবীবনা হেক্তমক শোদোকলিবীনি, অহ্গা ইবেম্মা মানা য়ানীবতনা নখোযনা মিৎকূপ অমত্তংগীসু ওইনা শ্রীহরিগী সেবা তৌজবা ফংবনি॥' [দা ১২]।

৩৪—৩৫। ব্রজগোপীশিং অসিগী মরক্তা করি করিওম্বদসু অর্থ অনি চৎপী বাহৈনা (মপান্দনা অমা মনুংদনা অমা ওইবা) মহৈ-মহৈ নিন্দা তৌনবসু য়াওরকই মহ্দি—চন্দ্রাবলীগী সখী সৌদামিনী হায়বী অহ্গী মমক মত্তো, ফিজেৎ-লৈতেং অমদি তোথোরকপা থোদো থোওঙ্‌ পূম্নমক শাথীনা য়েংনীংদবা পোকপদগী শাউনীংলক্কনা তুঙ্গবিদ্যানা (রাধাগী সখী) সৌদামিনীগা লুনা তিম্নজবী ভব্যা হায়না কৌবী সখীদা য়াম্না ফজনা হায়বা মরোলনা নিন্দা

যথা বা—২১। সমস্তজনলোচনোৎসববিনোদনিষ্পাদিনী
বিলক্ষণগতিক্রিয়া-বিচলিতাঙ্গহারস্থিতিঃ।
নিরস্য হরিতালজং রুচিতরঙ্গমাত্মোজ্জিতৈঃ
সখী নটতি তে রসস্খলিতমত্র খেলাবতী॥ (৩৬)

---

ত্তৌরি—'হে ভব্যা। নঙ্গী মরূপ সোদামিনীগী মরাইবক ফবগী মত্তৌ অসিদি লোইবা নাইদে হায়॥ (মসিনা হায়রিবা নুংগী মীচৈদি—নোংমা নোংমগী অসুম মরাইবক থীজিল্লকপগী হায়বদি লৈখা তাশিল্লকপগী লোইবা নাইদে) করিনা, গোবিন্দনা মাবু লৈতেংনচিংবা কন্না পীবিরি (নিন্দাদনা—শ্রীগোবিন্দনা পামদবা লৈতেংমক্তনা মাগী লৈতেং ওইনরি)। মসিনা মাগী রাননবা মরম করিসু লৈতে। (হায়বদি গোবিন্দনা কৈদৌঙৈদসু মাগা শান্নমিন্ননীংদে), মাদি য়ায়মক হৈশিংবীনি অমসুং অয়াবা শিল্পবিদ্যাসু চঙ্খোন্না হৈবীনি (হায়বদি—মাদি মী থৎনবা য়াম্না হৈ), মথোন কারকপগী অনৌবা মঙান্না মশাবু য়োনা নীংথিজহল্লি (মশাগী মঙান্না য়োংশৃক্কী মত্তৌগুমলি)। মানা তৌথোরকপা খুদীংমক খায়দগী হেন্না চঙ্খোল্লি (হায়বদি—মাগী থোদৌ থোওঙ, পুন্নমক খায়দগী হয়বা মওঙ, ঙাক্তনি অমসুং মতুনা পুকচেন চাউবা মীশিংগী রাননবতা ওইহল্লি)।

৩৬। মথক্কী পদ্যদা কলাবিদ্যা অমদি রস-গী মরমদা ওইবা হৈবশিংবন-চিংববু থীনা হায়বগী অর্থ চেনবা করেয়বা রাঙাং ওইনা শীজিন্নবা উৎলগা হন্দক্না গুণ-নচিংববু নিন্দা তৌবগী অর্থদা অর্থ-অনি-চৎপী রাহৈগী খুদম অমুক উৎলি—নোংমা যমুনা পুলিনদা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজদেবীশিংগা রাস শান্নবা লৌরক্লবদা শৈব্যাগী সখী 'খেলাবতী' না শাবা তাণ্ডব জগোইদা হান্ননা মথক্তা হায়খিবতুগুম ললিতানা থাগৎশিন্নতুনা শৈব্যাবু নিন্দা তৌরি—'হে শৈব্যা। নঙ্গী সখী খেলাবতীনা শারিবা জগোই অসিনা কয়াগী মতিক বস চেল্লিবনো। (নিন্দা তৌরিবনা—শারিবা জগোই অসিদি রস কায়রে); মী পুন্নমক্কী মমিত্তা অপেনবা পোকহল্লি (হায়বদি অরাবতুম ওইহল্লি)। জগোই শাবগী লেঙ্ব, ওৎপনচিংবদসু মানা শিরিবা লীক অসিবু মফম লেঙ্হন্দরি (হায়বদি নাট-শাস্ত্রনা তাকপা লক্ষণ নত্তবা অতুগুম্বা শাজৎ-শাথেক্লা নাট্য-কলাগী অশেংবা মত্তৌবু মাঙ্হন্নবা ওইরি), অরুংবা মশাগী মঙান্না য়াইঙঙ্ মকুপকী মচুমকপু

১৬। যাস্তু যূথাধিনাথাঃ স্যুঃ সাক্ষান্নের্ষ্যন্তি তাঃ স্ফুটম্।
বিপক্ষায় স্বগাম্ভীর্য্যমর্য্যাদাদিগুণোদয়াৎ॥ (৩৭)

যথা—২২। বিপক্ষরমণীসখীং পিশুনিতোরুগর্ব্বচ্ছটাং
বিলোক্য কিল মঙ্গলা বিরলহাসফেনোজ্জ্বলম্।
ততান তমনাকুলং বিনয়নির্ঝরং যেন সা
নিজে তরসি মজ্জিতা সপদি লজ্জিতা বিব্যথে॥ (৩৮)

১৭। বিপক্ষযূথনাথায়াঃ পুরতঃ প্রকটং ন হি।
জল্পন্তি লঘবঃ সের্ষ্যং প্রায়শঃ প্রখরা অপি॥ (৩৯)

---

মায়থীবা পীরি (হায়বদি মশা অসি লেঙ্মনবনা মরম ওইত্রমা শ্রীকৃষ্ণনা পীরিবা কালক্রিয়াগী (মতমগী) মচাং-খঙ্হনবা অহ্রুম্বা ভাল অমদি লয়চংকী ওইফম থোকপা মওঙ্ থুগায়রি—তালসু লয়সু চা-ন-দ্রি)।

৩৭। য়েক্লবা সখীশিংগী মরক্তা ওইনবা কল্লক খবয়চিংবগী মওঙ্ মতৌদি উংগ্রে; (মসিনা সখীশিংগী বানি)। অহ্রগা যূথেশ্বরী ওইবীশিং অংমক্তি মোং হাদবী, পূক্নীং লৈতাবী অমদি চীং-লেম্বা মতৌনচিংবা গুণ থিবীক্লা লৈত্তেংনবী ডাক্তা ওইবনা সখীশিং অসিনা তোবগুম ইফো হেক ফোংদোক্লা য়েক্লবগী মকাদা কল্লক য়েংথানচিংবগী মতৌ অহ্র থক ফোংদোক্লবা লৈতে।

৩৮। যূথেশ্বরী মঙ্গলাগী মমুমদা বিপক্ষ যূথেশ্বরীগী সখীনা লাক্নুনা নোংমা অর্থ কয়া থোক্লা পূবা য়াবা রাংতাংনা মাগী মীচঙ্না মরাইবককবগী মতৌতবু থাংগত্নুনা অসুম ওাঙ্বগা শকপগা তোরবদা ফাওবা ফজবী লোন-চত্তনা মরম ওইত্ননা অমেঙ্বা নোল্লুক রাহৈতনা সখী অদুবু হেক খুমফম খঙ্হন্দবমখৈ ইকাইবা পীখিবা মতৌ অহ্র উবদগী কনাগুম্বী প্রিয়সখী অমনা মাগী মরূপ অমগী মফমদা তমলি—'মঙ্গলানা য়েক্লবী যূথেশ্বরীগী সখী অসিগী খ্বায়দগী হেনবী নাপনগী মতৌ অহ্র উরবমক্তদসু করিসু ফিংগৎপা তোদনা অমেঙ্বী, নীংথিবী নোল্লুক শাক্সৎতনা মরম ওইত্রনা চাইফেৎ-নোকপী, অমেঙ্বী মোমোন মীনোক অমত্তং উৎলকখি অমসুং অহ্রগুম্বী মাগী মীনোক ঈফূৎ অত্রদগী থোরকপা ঈচেলদা সখী অদুবু তাউথহন্দুনা হেক ঈরাক্লহনখিবা মতৌ অদুবু উরুবদসু মথক্তা অমুক ঈকাইজরকপনা নুংঙাইফম খঙ্জখিদে।

যথা— ২৩। দিষ্ট্যা দুস্তরতো মদুক্তিনিগড়ান্মুক্তাসি মুগ্ধে! ক্ষণা
দভার্ণে বৃষভানুভা বিজয়তে যদ্ভানুজায়াস্তটে।
নাতথ্যং প্রথয়ামি দেব্যপি গিরাং বাগ্‌দ্যূতকেলীষু মে
নির্ধূতপ্রতিভোদ্গমা ভগবতী লজ্জার্ণবে মজ্জতি॥ (৪০)

১৮। হরিপ্রিয়জনে ভাবা দ্বেষাদ্যা নোচিতা ইতি।
যে ব্যাহরন্তি তে জ্ঞেয়া অপূর্ব্বরসিকাঃ ক্ষিতৌ। (৪১)

---

৩৯। লঘু ওইবী সখাশিংদি ফনমক প্রখরা ওইরবদসু বিপক্ষ-যূথেশ্বরীগী মমাঙ্‌মক্তদদি থক কল্লক-খম্বন য়াঙাঙ্‌ ঙাঙ্‌লুবা লৈতে।

৪০। শ্রীরাধাগা লাকমিন্নবী বিশাখানা করিগুম্বা অমদগী ফজবী লোন্দাদা চন্দ্রাবলীগী পক্ষবু নিন্দা তৌরকপা উবদা (তাথী তাওই তৌরকপদা) শাউগৎলবী পদ্মানা কামখৎলক্লিবা থম্মোইনুংগী অশাউবা মৈরি পুম্নমক ফাজিন্দুনা থম্লগা লুনা চাম্না তৌবা মতৌনা বিশাখাদা হায়রকই—'হে শিংজম্রিবী! নরাইবক ফবতনা, মতমগী মগুণনা (তাঙ্গা চাবনা) ঙসি নঙ্‌না ঐগী য়াহৈগী মশক ওইরবা অকনবা য়োংহিংদগী নাস্থোকচবা ঙমজবনিদকো! মরমদি— যমুনা মপান্দা ইনাকমক্তদা বৃষভানু নিংথৌগী মজাইবেম্মনা ঙাম্মোইদুনা লৈবীরি। ঐগী য়াঙাঙ্‌গী পাংগল নঙ্‌বু অমুক্তা খঙ্‌খিদ্রিবরা? তশেংনমক হায়রিবসিনি, য়াহৈগী চৌবর শাম্নবদা সরস্বতী ফাওবনা ইমাঙ্‌দা লেপঙমদদুনা ঈকাইবা ইরেলদা লুপত্রিবনি খঙ্‌জো।'

৪১। মতাং অসিদা শঙ্কা তৌফম থোকপদি—কল্লকপা, মিহৌবা অসিনদি বা অসিদি সাধক-ভক্তশিং ফাওবনসু হংগোইনরিবা মশাক, সাক্ষাৎ ভগবৎপ্রেয়সী ওইরবা গোপীশিং অসিমক্তদদি মদু য়ায়মক নিন্দা তৌনফম থোকই, অদুদি করিগাদমক্তা মখোয়বু কল্লক-মিহৌনচিংবগী মতৌনা তিনবী ওইনা হায়রিবনো? হিরম অসিদা রস খঙ্‌দবশিংবু নিন্দা তৌবগা লোয়ননা মখোয়শিং অসিগী অথোইবা রস চেনবগী অহেনবা-গুণগী মতৌ অদুবু উৎলি—"হরিপ্রিয়াশিংদদি অসিগুম্বা কল্লক-য়েংথী মতৌনা মুক্তবা ভাব অসি থক থম্নবা হৌনদে"—অমুম্না হায়নীংবা মীওইশিং অদুদি তাইবঙ্‌পানবা অসিদা মী অমত্তনসু খঙ্‌নবা লৈত্রক্ক অদুগুম্বা রসপু মখোয়তনদি খঙ্‌লবনি। (হায়বদি রস খঙ্‌দ্রিবদি মখোয় অদুমক্তি)॥'

যথা, বা—

১৯। সম্মোহনস্তু কন্দর্পবৃন্দেভ্যোঽপ্যঘবিদ্বিষঃ।
মূর্ত্তো নর্ম্মপ্রিয়সখঃ শৃঙ্গারো বর্ত্ততে ব্রজে॥ (৪২)

২০। ক্ষিপেন্মিথো বিজাতীয়ভাবযোরেষ পক্ষয়োঃ।
ঈর্ষ্যাদীন স্বপরিবারান্ যোগে স্বপ্রেষ্ঠতুষ্টয়ে।
অতএব হি বিশ্লেষে স্নেহস্তাসাং প্রকাশতে॥ (৪৩)

যথা ললিতমাধবে– (৩।৩৯)

২৪। সান্দ্রৈঃ সুন্দরি! বৃন্দশো হরিপরিম্বঙ্গৈরিদং মঙ্গলং
দৃষ্টং তে হতরাধয়াঙ্গনয়া দিষ্ট্যাদ্য চন্দ্রাবলি!
ত্রাগেনাং নিহিতেন কণ্ঠমভিতঃ শীর্ণেন কংসদ্বিষঃ
কর্ণোত্তংসস্মুগন্ধিনা নিজভুজদ্বন্দ্বেন সন্ধুক্ষয়॥ (৪৪)

---

৪২—৪৩। কন্দর্পগী জাত মখৈবু শুম্নাৎপা ঙম্বা অহুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মরমগী-দমক শৃঙ্গার-রসংক্লা শক্তম য়াত্তুনা ব্রজদা নর্ম-প্রিয়-সখাগী মশক ওইনা ঙাল্লরি। মহাক্লা মাগী চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা পেনবিনবগীদমক সম্ভোগ-শৃঙ্গারগী মতাংদা (লৈপুন-লীলানচিংবদা) জাত তিন্নদবা (ওন্ন-তৈনবা) ভাব মখল অনিনা, কল্লকপনচিংবা কাঙ্‌বু মশেনবু (মাৎসর্য্য, দম্ভ, অসূয়া, আমর্ষ, গর্ব—অসিনচিংবদু) হেক হেকথাজিল্লি, মরম অসিতমনি বিপ্রলম্ভগী মখল ওইবা প্রবাসকী মতাংদা (যণ-শেনবনচিংবা অনকপা লংফৈ চৎপদা) শ্রীকৃষ্ণ-প্রেয়সী ওইবীশিংতদা নুংশিবা মতৌ উনরিবা।

৪৪। শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লেঙ্‌থ্রবদা 'দিব্যোন্মাদ' দশাদা লৈরবী (পূম-ঙাওমক ঙাওরবী) শ্রীরাধানা গোবর্দ্ধন চীংগী চীংমায়দা লৈবা লীক্লাই-নুংদা (মিংশেলগুম লংবা থো হায়না খঙ্‌নবা অহুঙবা নুংগী মখল) মশাগী মমি তারিবদু উবদা মদুবু চন্দ্রাবলী ওইনা লৌহনা কৌবগা তেংথারকই—'হে নীংথিজবী! হন্না হন্না শ্রীকৃষ্ণনা চেৎনা কোনবীবা আলিঙ্গনবু ফংজহৌবনা মঙ্গলগী মশক ওইরবী অহুঙবী নঙ্‌গী নশা অসিবু লাইবক ফহনা ঙসি রাধা ঐনা উজবা ফংলরে। হে চন্দ্রাবলি! মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাপ-লৈতেং-থম্বালগী লৈনম চুহৌরবী কংশিল্লবী নপাম্বোম অনি অদুনা থীন্দনমক ঐগী ঙক্তা কোনশিনবীদুনা থরায় অসিবু কনবীয়ু।'

২১। যূথেশায়াঃ স্বপক্ষাদিভেদহেতুরথোচ্যতে।
ভাবস্য সর্ব্বথৈবাত্র সাজাত্যে স্যাৎ সপক্ষতা॥ (৪৫)

২২। মনাগেতস্য বৈজাত্যে সুহৃৎপক্ষত্বমীরিতম্।
সাজাত্যস্য তথাল্পত্বে সতি জ্ঞেয়া তটস্থতা।
সর্ব্বথা খলু বৈজাত্যে নিশ্চিতা প্রতিপক্ষতা॥ (৪৬)

২৩। মিথোভাবস্য বৈজাত্যে ন ভাবো রোচতে মিথঃ।
অরোচকতয়ৈবায়মক্ষান্তিং জনয়েৎ পরাম্॥ (৪৭)

যথা—

২৫। যা মধ্যস্থপদেন সঙ্কুলতরা শুদ্ধা প্রকৃত্যা জড়া
বৈদগ্ধীনলিনীনিমীলন-পটুর্দোষান্তরোল্লাসিনী।
আশায়াঃ স্ফুরণং হরের্জনয়িতুং যুক্তাত্র চন্দ্রাবলী
সাপি স্যাদিতি লোচয়ন্ সখি! জনঃ কঃ সোঢ়ুমীষ্টে ক্ষিতৌ? (৪৮)

---

৪৫—৪৬। হুড়্ক যুথেশ্বরশিংগী মশাগী মীচঙ্, সুহৃৎপক্ষ, তটস্থপক্ষ অমসূং য়েক্লবগী মীচঙ্নচিংবা খায়দোকপগী মরম অহ্ অমূক হায়গে।

**স্বপক্ষ**—হীরম পূম্নমক্তা ভাব মখল চপ মান্নববু 'স্বপক্ষ' (মশাগী মীচঙ্) কৌই।

**সুহৃৎপক্ষ**—তাইফেত্তং ভাব খেন্নবা নত্তনা অতৈ লোইনা মান্নবা।

**তটস্থ-পক্ষ**—ভাব মান্নরবসু হন্থবা মওঙ্গী ওইখিবা।

**প্রতি-পক্ষ**—ভাব মখল পূম্নমক্তা ওন্ন-তৈনবা ঙাক্তা ওইবা অসুম্না লেপকদবা ওই।

৪৭। প্রতিপক্ষ ভাবনা (বিপক্ষ—য়েংথীনবা) খাঙ্মদবা মতৌনা তিনবগী মবমদি অসিনি—হীরম থূদীংমক্তা মহৈ মচৈ ওন্ন-তৈনবা শাজৎ চৎনরবদি (ভাব তিম্নদ্রবদি) হৈনদবা, পাম্নদবা মওঙ্ ঙাক্তা ওইরকই। অসিগুম্বা হৈংনদবা মরম অমত্তংনা থিংঙমদ্রবা মওঙ্দা খাঙ্বা ঙমদবা মতৌ ওইহল্লকই।

৪৮। নোংমা চন্দ্রাবলীনা শ্রীকৃষ্ণদা খ্বায়দগী হেনবা মওঙ্গী লোনচৎ শাজৎনচিংবনা থোগন ফংজখিবা উবদা শ্রীরাধাগী থম্মোইনুংদা খাঙ্-ঙমখিদে, মশাগী সখীগী মচীনমক্তুগীসু রাফম অসিমক ওইনা তারবদগী অনিমক্কী অপাম্বহ্

২৬। ষোড়শ্যাস্তমুড়োর্বিমুঞ্চ সহসা নামাপি বামাশয়ে!
তস্যা দুর্বিনয়ৈর্মুনেরপি মনঃ শান্তাত্মনঃ কুপ্যতি।
ধিগ্‌গোষ্ঠেন্দ্রসুতে সমস্তগুণিনাং মৌলৌ ব্রজাত্যচ্চিতে
পাদান্তে পতিতেঽপি নৈব কুরুতে ভ্রূক্ষেপমপ্যত্র যা॥ (৪৯)

২৪। যত্র স্যান্নিজভাবস্য প্রায়স্তুল্যপ্রমাণতা।
পক্ষঃ স এব মৈত্রায় বিদ্বেষায় চ যুজ্যতে॥ (৫০)

---

চপমান্নরম্নবদা শ্রীরাধানা শ্যামা সখীদা হায়রকই—'হে শ্যামা সখি। অসিগুম্বী চন্দ্রাবলী অসিমক্তসু শ্রীহরিগী আশা থুংহনবা ঙম্মী হায়বসি খল্লবদা পৃথিবী অসিদা কনানদু পুক্লীং ফাহ্না লৈতারুবা ঙমগদগে?"

৪৯। শ্রীকৃষ্ণনা মান তৌরিবী রাধাগী চরণ শোক্লা খুরুমহ্না হায়জরবা ফাওবদা মাগী অশাউবদুবু ফহনবা ঙমখিদে—রাফম অসি পদ্মাগী মচৌঙ্গী তারবদা খাঙ্‌-ঙমদ্রবী চন্দ্রাবলীনা রাধাবু চৈনা চৈনা "অদুগুম্বা রা অদুবু ঐখোয়না রা ওইনা ঙাঙ্‌নরুবা হোনদে" হায়্‌না পদ্ম'বুসু খামজিনখি—'হে শাউগৎলবী! মাগী অশে'বা মমিং অ্‌দি থমখো, নক্ষত্র ১৬ (থরাম্নীচাক-শিংগী মমিং—অশ্বিণী, ভরণী, কৃত্তিকা, রোহিণী, মৃগশিরা, আর্দ্রা, পুনর্বসু, পুষ্যা, অশ্লেষা, মঘা, উত্তরষাঢা, শ্রবণা, ধনিষ্ঠা, শতভিষা, পূর্ব্বভাদ্রপদ, উত্তরভাদ্রপদ অমসুং রেবতী) কী মমিং অদু ফাওবা পল্লুগনু। মাগী মরাই হাইগৎপা মতৌতনা মপুক্লীং তপ্লবা মুনি ফাওবগী পুক্লী'দা অশাউবা পোক-হল্লিবী অদুগুম্বী মহাক অদুগা মান্নবা তোনবী অমা লৈরবনি, ব্রজগী মীয়াম অপুম্বগী ইকাইখুম্নফম ওইরিবা ব্রজনিংথৌগী মচা ইবুংঙো অদুমক্লা মখোঙ্‌মক শোক্লা তুদুনা হায়জরবমক্তদসু মিং চনা ফাওবা হন্ন য়েংদবকো।"

৫০। মওঙ্‌ অমুম্না মহৈ মহৈ অমগা অমগা থানদবা, য়েংননীংদবা অমদি পান্নদবা মতৌ তৌনবসিবু য়েংথীনবগী মরমনি হায়না লেপনৈ। মথক্কী পদ্য অনিমক্তা মদুগী খুদম পীনা ভাব খেন্নবগী অরাংপ, অহেনবা মতৌনা মরূপ ওইনবা অমদি য়েংথীবগী মতৌ তৌনবগী (মৈত্রী অমসুং প্রতিপক্ষ) মওঙ্‌ হোনবী মতু' ইন্না তাকপ্রে। অন্নাম্নদা মশাগী ভাবকা মান্নবা অদুগুম্বা মওঙ্‌তদা মিত্র (মরূপ) অমসুং বিপক্ষ (য়েংথীনবা) হায়বসি থোকই। তাৎপর্য্যদি—মূল শ্লোক অসিদা 'প্রায়ঃ' হায়বা শব্দ অসিমা হ্লাওরম্বনা খঙ্‌নগদবদি—হাইকেৎ প্রমাণ

২৫। নাংশোঽপ্যন্যত্র রাধায়াঃ প্রেমাদিগুণসম্পদাম্।
রসেনৈব বিপক্ষাদৌ মিথঃ সাম্যমিবার্প্যতে॥ (৫১)

২৬। ভাবস্যাত্যন্তিকাধিক্যে সাজাত্যং সর্ব্বথা দ্বয়োঃ।
তথা তুল্যপ্রমাণত্বমেবং প্রায়ঃ সুদুর্ঘটম্॥ (৫২)

২৭। স্যাচ্চেদ্‌ঘুণাক্ষরন্যায়াৎ সুহৃত্ত্বেবেহ সম্মতা।
রসস্বভাবাদত্রাপি বৈপক্ষ্যমিতি কেচন॥ (৫৩)

ইতি শ্রীশ্রীউজ্জ্বলনীলমণৌ শ্রীহরিবল্লভা-প্রকরণম্।

---

চাত্রবা ফাওবদা, মশক খজীক্তংতমক চোংদোকপা অহুগুম্বা মজাতী ওইবা (মশেন্দি অহুম্মক ওইবা) অহুগুম্ব' অদুবুনা 'সুহৃৎপক্ষ' (মরূপকী মায়কৈ) হায়না কৌই; অহুগা হিরম পূম্নমক্তা জাত তিম্নদবা (মান্নদবা ভাব ওইবা) অদুবুনা 'বিপক্ষ' (য়েক্লবগী মায়কৈ) অসুম্না খঙ্‌নৈ।

৫১। ভোইগুম্বসূং ওইথোক্ত্রবা অথোইবা শ্রীরাধা'গী প্রেমনচি'বা গুণ মপৈগী শরুক অসিদি চন্দ্রাবলী'নচি'বী অতোপ্পী অমদদি খক লৈবা নত্তে; অদুগা পক্ষ অনিমকপু হেক্তমক মান্নবা মওংতং'গী খুদম ওইনরিবদি করিগীনো? মদুগী পান্তখুমদা হায়রি—রসকী মায়কৈন। মান্নরুবন্দগী য়েক্লবনচিংবদা অমগা অমগা মান্নবগুম্বা ভাবকী মতৌদং ওইহনবন্তনি; তশেংনমক্তি খক মান্নরুবা লৈতে, মরমদি—মঙোন্দগী হেনগৎখিবী অমা লৈত্রবী, খ্বায়দগী হেনবা গুণ মপৈগী তু'নকম ওইবী অমা ওইনা শ্রীরাধাবু তোমখিনন' খঙ্‌নখ্রবা ওইবনা।

৫২। আত্যন্তিকাধিকাদদি হায়বদি যূথেশ্বরী অনিগী মরক্তদি হীরম পূম্নমক্তা ভাবকী মান্নবা মওংতং অমদি মান্নবা চা'দমগী মশক অহুপক ওইথোক্তে, (৫৩) করিগুম্বদা 'ঘুণাক্ষরন্যায়'গী মতু'ইন্না (খুন—উ-র-দ। চাবা ত'ল—শূম। রা-উদা শূম চারগা মখুন হৎলি, মদুদগী তারকপা শূম মকূপ্প। পরেং শাহুনা করিগুম্বদসু লাইরিক মৈয়েকমক ওইনা হেক শাজিনবা য়ারকপসু য়াওই; অহু-গুমহুনা ওইহন্নীংবা ওইহনবদা মসিগী ন্যায় অসিবু শীজিন্নৈ) যূথেশ্বরী অনি অদুবু ভাব-মান্নবনি অসুম্না লৌরুরবসু মদু সুহৃৎপক্ষ ফাওবতমক ওইগনি, মরমদি—মতম পূম্নমক্তা পূম্না লৈমিন্নবনচিংবা স্বপক্ষ (মশেন অমত্তা ওইবা) গী মতৌ অহুদি মফম অহুদা খক ওইথোকলুবা য়াদে! মতাং অসিদা (হাইফেৎ মান্নানা উরবসু) কনা কনাগুম্বনদি শৃঙ্গার-রসকী হৌনবী শাজৎ মতুংইন্ন' বিপক্ষ

( স্নেংথীনবা ) ওইনা অহুম্মক প্রমাণ তৌনৈ; অসুম তৌনা সুহৃৎ-পক্ষ অমসূং স্বপক্ষগী লক্ষণনা তিল্লবসু ( মন্তৌ ওইরবসু ) মশাগী নত্তবা অতোপ্পা মকম ময়মক্তদি 'বিপক্ষনি' অসুম্না লৌনৈ।

শ্রীহরিবল্লভাগী মশক তাকপা মতাং অসিদা
লোইরে ॥ ৯

---

# অথ উদ্দীপন-বিভাব-প্রকরণম্

অথ বিভাবেষুদ্দীপনাঃ-

১। উদ্দীপনা বিভাবা হরেস্তদীয়প্রিয়াণাঞ্চ।
কথিতা গুণ-নাম-চরিত-মণ্ডন-সম্বন্ধিনস্তটস্থাশ্চ ॥ (১)

তত্র গুণাঃ—২। গুণাস্ত্রিধা মানসাঃ স্যুর্বাচিকাঃ কায়িকাস্তথা ॥ (২)

তত্র মানসাঃ—৩ গুণাঃ কৃতজ্ঞতাক্ষান্তিকরুণাদ্যাস্তু মানসাঃ ॥ (৩)

যথা—১। বশমল্লিকয়াপি সেবয়ামুং,
বিহিতেহপ্যাগসি দুঃসহে স্মিতাস্যম্।
পরদুঃখলবেহপি কাতরং মে
হরিমুদ্বীক্ষ্য মনস্তনোতি তৃষ্ণাম্ ॥ (৪)

---

## উদ্দীপন-বিভাব প্রকরণম্

১। বিভাব মখল অনিনি—আলম্বন অমসূং উদ্দীপন। মথক্কী প্রকরণশিংদা আলম্বন বিভাবকী মরম অয়াম্বা চায়গ্রে। হৌজিক্কা উদ্দীপন-বিভাব-বর্ণন তৌরি। করিগুম্বা ভাব অমবু য়াকায়হল্লিবা পোৎ পূম্নমক অদু উদ্দীপন বিভাবনি। শ্রীহরি অমসূং মাগী প্রেয়সীশিংগী গুণ, নাম, চরিত্র, মণ্ডন ( ফিজেৎ-লৈতেং ) অমসূং তটস্থ ( বিপক্ষগী সুহৃৎপক্ষ—অস্থায়ী ) নচিংবা ভাব পূম্নমক শৃঙ্গার রস-দদি উদ্দীপন বিভাব ওাক্তনি।

২—৪। মদুগী মনুংদা গুণগী মশক্তি—গুণ মখল অহুমনি মদুদি—মানসিক

অথ বাচিকাঃ—৪। বাচিকাস্তু গুণাঃ প্রোক্তাঃ কর্ণানন্দকতাদয়ঃ ॥ (৫)

যথা—২। কর্ণাপহারিবর্ণা,-মশ্রুতচরমাধুরীভিরভ্যস্তাম্।
আলি! রসালাং মাধব,-বাচং নাচম্য তৃপ্যামি ॥ (৬)

অথ কায়িকাঃ—

৫। তে বয়ো রূপলাবণ্যে সৌন্দর্য্যমভিরূপতা।
মাধুর্য্যং মার্দবাদ্যাশ্চ কায়িকাঃ কথিতা গুণাঃ ॥ (৭)

---

( পুক্নীংগী ওইবা ), বাচিক ( ৱাঙাঙ্গী ওইবা ), অমসুং কায়িক ( হকচাংগী ওইবা )। মসিগী মনুংদা পুক্নীংগী ওইবা উদ্দিপনদি—তৌবিমল খঙ্বা ( কৃতজ্ঞতা ), ঙাকপিহৈবা ( ক্ষমা ) অমসুং নুংশিবীহৈবা ( করুণ ) অসিনচিংবনি।

কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমনা শ্রীকৃষ্ণ-দর্শন ফংজরুবগী মরাইনা মপূক্তা ফাওরকপা, অতৈ অমগা মান্নরবা অদুগুম্বা ইবুংঙো মাগী গুণ খিবীকপু শীংথাক্তরকলি—'হে সখি! সেবা খজীক্তুং তৌজবতনসু হেক্তমক পেনবিবা (তৌবীমল খঙ্বা) অচৌবা ইরাল অমা লঙ্শিনজরুরবদসু মোমোন নোকপিবদগী হেন্দবা ( ঙাকপিহৈবা ) অমসুং মীগী অরাবা খজীক্তুং উবতদসু হেক্তমক রাবিবা মতৌ তৌবা ( মিনুংশি খঙ্বিবা ) অদুগুম্ব শ্রীহরি অদুবু উজনীংবনা ঐগী পূক্নীং অসি তপথক্ম খঙ্দরে।'

৫—৬। বাচিক গুণ—তাবদা নাকোঙ্গী পেন্নবা ওইবা ৱাহৈ ( ৱাঙাঙ্ ) অদু বাচিক-গুণ ( ৱ ঙাঙ্গী ওইবা গুণ ) নি। কনাগুম্বা প্রিয়নর্মসখা অমগা শ্রীকৃষ্ণগা ফাগি তৌনহুনা নোক্নরম্মী। কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমনা অনকপা নিকুঞ্জ অমদা লৈরুনা মাগী অমৃত চেনবা ৱাহৈশিং অদুবু থক্না থক্না মাগী সখী অমদা মানা মদুবু থকপগী পেঞ্জবা লৈতবা মতৌ অদুবু কোংদোকলি—'হে সখি! মাগী ৱাঙাঙ্শিং অদুনা নাকোঙ্ অনি অসিবু অতৈ হীরম পুম্নমক্তগী চিংথোক্তুনা মঙোন্তদা লৈশিলহল্লি। মদো অমৃক্তসু তাখিদ্রিবা মপান নাইদনা খোয়থুম্নবা ঙাক্তনি—অদুগুম্বা মাধবকী থুম্নবা ৱাঙাঙ্-শাঙাঙ্শিং অদুবু থকচিঞ্জবদা ঐনা থক পেঞ্জবা কোৱা লৈতরে।

---

* বিভাববিষয়— ( হীরম ), আশ্রয় ( তাংজকম ) অমসুং উদ্বোধক ( য়াকায়চল্লিবা ) অদুগী মশক ওইনা রতিবু ( ভাব ) মশক পালহল্লবা মরমশিং অদুবু 'বিভাব' হায়না কৌই ( গৌঃ বৈঃ অঃ ৭১৮ )।

তত্র বয়ঃ—

৬। বয়শ্চতুর্বিবধং তত্র কথিতং মধুরে রসে।
বয়ঃসন্ধিস্তথা নব্যং ব্যক্তং পূর্ণমিতি ক্রমাৎ ॥ (৮)

৭। বয়োমুখা গুণাঃ পূর্ব্বমুক্তাঃ কেশবসংশ্রয়াঃ।
তেন তেঽত্র প্রবক্ষ্যন্তে প্রায়শস্তৎপ্রিয়াগ্রগাঃ ॥ (৯)

তত্র বয়ঃসন্ধিঃ—৮। বাল্যযৌবনয়োঃসন্ধির্বয়ঃসন্ধিরিতীর্য্যতে ॥ (১০)

স কৃষ্ণস্য, যথা—

৩। যান্তী শ্যামলতাং বিমুচ্য কপিশচ্ছায়াং স্মবক্ষ্যাপত্তে-
রত্নাজ্ঞালিপিবর্ণপঙ্ক্তিপদবীমাপ্নোতি রোমাবলী।
বাল্যত্যুচ্ছলিতং মনাগভিনবাং তারুণ্যনীরচ্ছটাং
লব্ধা কিঞ্চিদধীরমক্ষিশফরদ্বন্দ্বঞ্চ কংসদ্বিষঃ ॥ (১১)

---

৭। কায়িক গুণ ( হকচাংগী ওইবা গুণ )—চহি মতাং (বয়স), শকওঙ্
শাবান ( রূপ ), নীংথিবা মঙান (লাবণ্য), ঈনথংলকপা হকচাংগী ওইবা হৌনবা
কায়াৎশিংগী মপুম মরৈ ফাবা অমসুং তবোপ তপোপ্পা নীংথিজবা মতৌ
( সৌন্দর্য্য ), থোইদোকপা মগুণনা মাগা নক্লকবা পোংকী মথৈবুসু মাগা অদুম্মক
মায়ক্লবা মতৌ; অচম্বা অর্থদনা ফজবদা মপা লৈজবা কন্দর্পমক হেক ওইবা
অদুগুম্বা ( অভিরূপতা ), রাহৈনা ফোঙ্দোকওমদবা অদুগুম্বা হকচাংগী ফজবা
নীংথিবা মতৌ ( মাধুর্য্য ) অমসুং অথোংপা অনৌবতনা তিনবা ( মার্দব )
প্রেমগী মতৌ ওইবা থম্মোই চেনবা অমসুং প্রেমগী মখা পোনবা মতৌ।
করিগুম্বা অথোংপা পোং অমগা শোক্ল-শয়বা কাওবদা থাঙ্ডমদবা—মসিগী
মতৌ অহুম গুই মদুদি—উত্তম, মধ্যম, কনিষ্ঠ (অথোইবা, ময়ায় ওইবা, অতোনবা)
শ্রীরাধাগী কলহান্তরিতা দশাগী মতাংদা মসি থেংনৈ অসিনচিংবা।

৮—৯। বয়স—মধুর রসদা মসিগী মখল মরি গুই মদুদি—বয়ঃসন্ধি,
নব্য, ব্যক্ত অমসুং পূর্ণ। শ্রীকৃষ্ণগী বয়সকী কায়িক-গুণগী রাকমদি ভক্তি
রসামৃতসিন্ধুদা ( ২। ১। ৩০৮—৯২ ) হায়খ্রে; হজীক্তি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেয়সীশিংগী
মফমদা লৈবা অদুগুম্বা গুণশিং অদুগী মরমতমক ওইনা নৈনরি।

১০—১১। বয়সঃসন্ধি—অঙাং ওইরিঙৈ মতমগা ঈনথংলকপা মতাংগা
তাইনবা হায়বদি মথোন কাবগী অহানবা মতাং অদুবু 'বয়ঃসন্ধি' হায়না

তন্মাধুর্য্যম্—

৪। দশার্দ্ধশরলুব্ধকং চলমবেক্ষ্য লক্ষ্যেচ্ছয়া
বিশস্তমিহ সাম্প্রতং ভবদপাঙ্গশৃঙ্গোপরি।
সদাশ্রুনিকরোক্ষিতা ব্রজমহেন্দ্র! বৃন্দাবনে
কুরঙ্গনয়নাবলী দরপরিপ্লবত্বং গতা॥ (১২)

তৎপ্রিয়াণাং, যথা—

৫। বাঢ়ং কিঙ্কিণিমাহরত্যুপচয়ং জ্ঞাত্বা নিতম্বো গুণী
স্বস্থ ধ্বংসমবেত্য বষ্টি বলিভির্যোগং তুসন্মধ্যমম্।

---

কোই। শ্রীকৃষ্ণগী অসিগুম্বা মতমগী মূদোরকপা হকচাংগী ফজবদুবু উরুবদা মূনপ্লবী গোপী অমনা অচৌকপদা মমাম্নবী সখী অমদা তমলি— য়েংউ অসে কংসগী য়েরুবা কৃষ্ণগী মশাদা হৌরিবা তু পূম্নমক্তা ঙৌরি ঙৌরি তৌরম্বা তোক্তনা মুশিল্লকলি! মদুবু উরগা কাম কৌবা লাইগী ম্নাথং য়েরুনবা ময়েক অহুমক মান্না উরি। তনৌ তনৌবা ঈনথংলকপা মঙানগী ঈশিং ঈনোৎ ফংবদা ঙা-গী মশক ওইরবা মিৎশ্না অনি অসিমু কোয়না তাউহনা শান্ননী'বা মতৌগুম উরি। [ ভ ৩।৩৭২ ৭৭ ]।

১২। বয়ঃসন্ধিগী নীংথিবা মতৌ—মিৎকুপ খুদোংগী ওইনা অসুম হেনগৎলকপা নীংথিবা ফজবনা তিনবা তম্বা থোক্তবা শ্রীকৃষ্ণগী পূক্লীং শুম্মৎপা মতৌ উবদগী থম্মোই শুম্মৎনগ্রবী ব্রজদেবীশিংগী মতৌবু বৃন্দানা শ্রীকৃষ্ণদা তমহনা তাহল্লি—'হে ব্রজগী শোরারেন ওইবও! ইবুংঙো নঙ্গী নীংথিবা মিৎয়েংগী মশক ওইরবা চী'গী চীংদোনথক্তা কাম কৌবা শাদানবনা সন্ধান তৌনা তৌনা চঙ্খিবা উবদগী বৃন্দাবনগী শজি মপেগী মমিৎশিং অদো মতম পূম্নমক্তা পিরাংতনা থূম্মৎনরি অমদি কিজমনখিবনা ইথক থকৎনরি। (হায়বদি—হান্নবা অমূক্তসু উখিদ্রিবা অহুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী নীংথিবা খোয়খোয়বা মিৎচি-মিৎয়েংনচিংবগী নী'থিবা মতৌ উবদগী গোপীশিংনা লাঙ্তক্লরি)।

১৩। প্রেয়সীশিংগী বয়ঃসন্ধি—ঈনথংলকপগী অহানবা মতাংদা ওইবা শ্রীরাধাগী নীংথিবা ফজবা মতৌ উবদা মদুবু শীংথাহনা বৃন্দানা হায়রি—'অহানবা-মথোন-কাবগী-মতৌ-ওইবা অহুগুম্বা নিংথৌ অহুনা শ্রীরাধা-হকচাংগী মতৌ ওইবা লৈবাকপু (রাজ্য) ফংজবদা থাঙ্লোক-লৈতেংনা লাকশিল্লবী

বক্ষঃ সাধুফলদ্বয়ং বিচিনুতে রাজ্ঞোপহারক্ষমং
রাধায়াস্তনুরাজ্যমঞ্চতি নবে ক্ষৌণীপতৌ যৌবনে ॥ (১৩)

তন্মাধুর্য্যম্—

৬। আশান্তে পতিতুং কটাক্ষমধুপো মন্দং দৃগিন্দীবরে
কিঞ্চিদ্‌ব্রীড়বিসাঙ্কুরং মৃগয়তে চেতোমরালার্ভকঃ।
নর্ম্মালাপমধুচ্ছটাস্থ বদনাম্ভোজে তবোদীয়তে
শঙ্কে সুন্দরি! মাধবোৎসবকরীং কাঞ্চিদ্দশামঞ্চসি ॥ (১৪)

অথ নব্যম্—

৯। দরোদ্ভিন্নস্তনং কিঞ্চিচ্চলাক্ষং মন্থরস্মিতম্।
মনাগভিস্ফুরদ্ভাবং নব্যং যৌবনমুচ্যতে ॥ (১৫)

---

অহুগুম্বী নীংজোন অহ্না নোয়থোক চাউথোরকপা মশাগী মতৌদা হরাউজহ্না শরীকমচা মথৈবু ( কিঙ্কিনী ) মখোল থোকহল্লকলি। মায়থীরগনি হায়না কিজরবী চেংলবী খ্বাঙ্না পূক্কী পূকথূপ মথৈগা মীচঙ্ ওইনজনীংবা মতৌ ফোঙ্দোকলি। থবাক ঙানফমনা মথোন কাবা নিংথৌদা থুদোন তমজবদা মতিক চারবা নীংথিবা হৈরাং অনিখক লাঙ্হনা থমজরি ॥ [ল ৪। ২৬, দা ৩৩, গো ১১। ৫৪ ]।

১৪। শ্রীরাধাগী বয়ঃসন্ধিদা ফজবা মতৌ—ঈনথৎলকপা মতমগী শ্রীরাধাগী ফজবা মতৌ উবদা হরাউজরবী বৃন্দানা র'ধা মশামক্তদা অসুগ্না হায়রি—"হে নীংথিজবী! ঙসিদি নঙ্গী নমিৎকী মশক ওইরবা অশংবা থবালদা মিৎচিগী মশক ওইববা খোইমুনা তপ্না তপ্না অসুম কায়দোংলগদবগী হোৎনরি, পূক্কীংগী মশক ওইরবা কাংঙা মচানসু হাইফেৎ ঈকাইথীবগী মশক ওইরবা অহুগুম্বা থম্না খেঙ্গোং ময়োনতবু কোয়না থিবা হোৎনরি; মায়থোং থম্বাল অহুদসু নাপ-চীকপা রাহৈগী মশক ওইনা নীংথিবা মঙাল ফোংদোকলি। ঐনা খল্লি, নঙ্গী নশাদা বসন্তগী ( মাধবকী ) পেম্মনবা ওইবা হায়কম খঙ্ব্রবা অহুগুম্বা করিনো মওঙ্ অমদি ওইরকপগুম তৌরে। ( শ্রীরাধাগী মিৎয়াদা মিৎচিনা খোয়না য়েংবগী মতৌ; থম্মোইগী ঈকাইথীজবা মওঙ, অমদি চীন্দনা অরোনবা রাঙাঙ্গী মতৌ তৌবহ্ উরকলি )।

যথা—৭। উরঃ স্তোকোচ্ছুনং বচনমুদয়দ্বক্রিমলবং
দরোদঘূর্ণা দৃষ্টির্জঘনতটমীষদ্‌ঘনতরম্।
মনাগঙ্গ্যক্তো রোমাবলিরপচিতং কিঞ্চিদুদরং
হরেঃ সেবৌচিত্যং তব সুবদনে! বিন্দতি বয়ঃ॥ (১৬)

তন্মাধুর্য্যম্—

৮। বারং বারং বিচরসি হরেরঙ্গ বিশ্রামবেদ্যা-
মুদ্‌ভ্রান্তাসি স্ফুরতি পবনে তদ্বপুর্গন্ধভাজি।
বালে! নেত্রে বিকিরসি মুহুর্নৈচিকীনাং পদব্যাং
ভাবাগ্নিস্তে স্ফুটমিহ মনোধাম্নি ধূমায়িতোঽস্তি॥ (১৭)

---

১৫। **নব্যবয়স**—থবাক ঙানফমনা হাইফেৎ থোংথরকপা নোয়থোরকপা, মিৎয়েং নায়েংদা হাইফেৎ থকচানরকপা, মায়থোংদনা মোমোন মীনোক অংদি অহানবা ওইনা থম্মোইদা ঈরাং পোক্লকপগী মতৌনচিংবা ওইরকপা মতাং অদুবু রস-শাস্ত্রনা 'নব্য-যৌবন' হায়না খঙ্‌নৈ। শ্রীকৃষ্ণগী অহানবা মথোন কাবা মতৌদি [ ভ।২ ১। ৩১২-১৯ দা ]।

১৬। বৃন্দানা শ্রীরাধাগী মথোন কাখৎলকপগী অহানবা মতৌ উবদা হরাউজহ্না অসুম মদুবু শাংথাহ্না হায়বগা লোয়ননা পাউতাক পীবগী মওঙ্‌দা শ্রীকৃষ্ণগী পাউ-পুবগী মতৌ উৎলি—'মায়থোং নীংথিজবী! নঙ্‌গী থাবোম অনিমক হুজীক্তি তোংখৎলকলে, রাঙাঙ্‌ খোয়রকলে (অর্থ চেল্লকলে), মিৎয়েংসু খোইখোয়রকলে, নীংজোন-ফল্লকলে, তুখোঙ্‌ খুদীং লংখৎলকলে অমদি নপুকসু হাপচিল্লকলে। অসিগুম্বী নঙ্‌গী ঈনখৎলকপগী নতৌ অসিনা শ্রীহরিগী সেবা তৌবদা মতিক চাবী অমা ওইরকলে।"

১৭। **নবযৌবনগী নীংথিবা মতৌ**—মথোন কাবগী অহানবা থাক য়োরক্লবী, মশাদা নীংথিবা অনৌবা ইপোম-ঈথক-ঈহৌরক্লবী গোপী অমবু অহল ওইরপ্পী গোপী অমনা মথোন কাবক্লিবী অদুগী মতৌ মওঙ্‌নচিংববু পন্দুনা মথোন কাবগী অনৌবা ঈথক্লা শ্রীকৃষ্ণগী কা-দা ভাব ময়োন চোংলকপনি অসুম্না লোহ্না হায়রি—"হে নীংথিজবী! নঙ্‌না ঙসি শ্রীহরিগী বিশ্রামবেদি (পোশাকম) দা হন্না হন্না চৎলগা মাগী শ্রীঅঙ্গগন্ধ (মশাগী নুংশিবা মনম) চেল্লবা অদুগুম্বা নুংশিৎ শউম ফংলুবদগী ঙাওচৎনহ্না নীংথিজরবা অমদি ফজবা

অথ ব্যক্তম্—

১০। বক্ষঃ প্রব্যক্তবক্ষোজং মধ্যঞ্চ সুবলিত্রয়ম্।
উজ্জ্বলানি তথাঙ্গানি ব্যক্তে স্ফুরতি যৌবনে॥ (১৮)

যথা—৯। রথাঙ্গমিথুনং নবং প্রকটয়ত্যুরোজদ্যুতি-
র্ব্যনক্তি যুগলং দৃশোঃ শফরবৃত্তিমিন্দ্রাবলি!
বিভর্ত্তি চ বলিত্রয়ং তব তরঙ্গভঙ্গোদ্গমং
ত্বমত্র সরসীকৃতা তরুণিমশ্রিয়া রাজসি॥ (১৯)

তন্মাধুর্য্যম্—

১০। ভ্রাজন্তে বরদন্তিমৌক্তিকগণা যস্যাল্লিখন্তির্নখৈঃ
ক্ষিপ্তাঃ পুষ্করমালয়াবৃতরুচঃ কুঞ্জেষু কুঞ্জেশ্বরী।
শৌটীর্য্যাব্ধিকরোজপঞ্জরতটে সংবেশয়ন্ত্যা কথং
স শ্রীমান্ হরিণেক্ষণে! হরিরভূন্মেত্রেণ বদ্ধস্ত্বয়া? (২০)

---

মতৌনা তিল্লবা বগ শন্নুপকী শল্লমতদা তোয়না মিংয়েং থবা অধ্ঙবা নতৌনা তাকলি—নঙ্গী থম্মোই লকানুং-অদো রাথল মৈরি-মৈথু লাংবা হৌরকলে।”

১৮। ব্যক্ত যৌবন—থবাক্তা খাবোম অনিনা খোমিং কাখংলকপা, পুক-ঙীগাঙ্দা ময়ি মথূপ অহুম কাওরকপা অমদি হকচাং কায়াং পুন্নমক্কী মঙাম চেন-খংলকপা অহৌঙবা মতাং অদুবু ‘ব্যক্ত-যৌবন’ (ঈনখংলকপা) হায়না কৌই। শ্রীকৃষ্ণগী ব্যক্ত-যৌবনদি [সিন্ধু ২। ১। ৩২০-৩২৬]

১৯। ইন্দ্রাবলীগী মধ্যকৈশোর (মথোন কাবগী ময়াম চনশিল্লকপা মতাং) গী নীংথিবা মতৌ উরগা বৃন্দানা হরাউনা শীংথাহ্নবা হায়রি—‘হে ইন্দ্রাবলি! নঙ্গী থাবোম অনিগী নীংথিবা মঙাম্না য়েংবদা ঙানু খংগোং মচা অনি মাল্লি, নমিৎ অনি অহ্নবা ঈশিংদা চাবা ঙাঙম্না তথকলি; পুকথূপ-মন্নিশিং অহ্নসু ঈথক হৌবগী ঈনোৎ কান্নি, মরম অহ্নবা ব্রজ অসিদা মথোন কাবগী নীংথিবা নরল অহ্নতনা লৈতেংহ্নবা নঙ্না নীংথিবী পুখ্রীগুম (রস চেনবী ওইহ্নবা) ঙাল্লিবনি।’

২০। মধ্যকৈশোরগী নীংথিবা মতৌ—শ্রীরাধাগী মধ্যকৈশোরগী য়েংনা নীংথিজবা মতৌনা ককঙাওনহল্লবা শ্রীকৃষ্ণবু উবদা বৃন্দানা শ্রীরাধাগী মকমদা

অথ পূর্ণম্—

১১। নিতম্বো বিপুলো মধ্যং কৃশমঙ্গং বরদ্যুতি।
পীনৌ কুচাবূরুযুগ্মং রম্ভাভং পূর্ণযৌবনে॥ (২১)

যথা—১১। দৃশোর্দ্বন্দ্বং বক্রাং হরতি শফরোল্লাসলহরী
মখণ্ডং ভ্রূণশ্রীর্বিধুমধুরিমাণং দময়তি।
কুচৌ কুম্ভভ্রান্তিং মুহুরবিকলাং কন্দলয়ত-
স্তবাপূর্ব্বং লীলাবতি! বয়সি পূর্ণে বপুরভূৎ॥ (২২)

---

মথুং মশা অমদি মমায় মমিংকী মতোগ। লোয়নননা রাধাগী থোদো থোওঙ্ মথেবু থাগৎ থাগৎনা শ্রীকৃষ্ণনা বাবগী মতোবু তমলি—'নোংশাগী খুজীমা শামূগী মরাইবক হোৗপায়রগা মতুদা য়াওরম্বা তাঙ্লবা মৃক্তা মথেবু মাগী তৎলবা মনাতোননা মঙান চেলহনখিদবা হায়বদি মায়কৈ মরিমক্তা কুঞ্জ-কুঞ্জ খুদীংদা চাইথোক্ত্না লৈতেংহনখিবা, সমূদ্রগুম্না কনবা থোবদা মপা লৈত্রবা, মক্ত্রবা গুণ খিবীক্লা লৈতেংবা অঃগুম্বা মহাক (নোংশা) অহ্নমকপু নহাক্লা শূপ্নগী মাখন থোরাভগী মপাম্না ফাজিন পুনশিন্দুনা শারং-মনু°দা হেক থমজিনবা ঙমলিদকে? ' হায়বদি 'নীংথিবী য়াগী পরেংনা লৈতেং-ওইনবী হে রাধে! চায়বীশিংগী থাবোমদা খুজীমা খোৎলুবদগী মতুদা শিরম্বা মমল য়ায়বা যুক্তা পরেংগী মঙানবু মানা শিরিবা থম্বাল পরেংনা খনজিন্দুনা মঙান কৃপশিল্লগা কুঞ্জ-খুদীংদা কোয়না শায়তুনা নীংথিবা হেনগৎহল্লিবা অমদি কনবদসু মপা লৈত্রবা, শ্রীলক্ষ্মীগসু লোয়নতুনতা লৈরিবা অত্রগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু ফাওবা হে শজি মিংতা তাবী। মতৌ করমনা নহাক্লা মিংয়েং অমত্তনা ফাজিন্দুনা নঙ্গী ঙানফম কারক্তা নমতুনা চঙ্হনগদোরিবনো?'

২১। পূর্ণযৌবন (মপুং-মরৈ ফাবা)—নীংজোন ফল্লকপা, নোয়থোরকপা খাঙ্ চেংশিল্লকপা, হকচাংদা নীংথিবা মঙাল চেল্লকপা, থবাক্তা খোমীং কাখৎলকপা অমদি ফৈবোম তাবনা লফুগুম মপূম-মরৈ ফাজিল্লকপা—অসিন-চিংবা মতৌনা তিনববু 'পূর্ণ-যোবন' হায়না কৌই। শ্রীকৃষ্ণগী ঈনখৎলকপগী অরোইবা মভাংগী বাফমদি (শেষ কৈশোর) [সিন্ধু ২। ৪। ৩২৭-৩৩৪ য়েংউ]।

২২। লীলাবতী হায়না কৌবী যুথেশ্বরী অমগী মথোন কাবগী অরোইবা থাক-কী ওইবা নীংথিজবা শাবান মূর্ত্তি অদুবু উবদা বৃন্দানা মাবু য়েংহনা

তন্মাধুর্য্যম্—

১২। ন বিত্রস্তা কা তে প্রতিযুবতিরাসীন্মুখরুচা
দধার স্তৈমিত্যং প্রণয়ঘনবৃষ্ট্যা তব ন কা ?
ব্রজে শিষ্যা কাভূন্ন হি তব কলায়ামিতি হরে-
র্নিকুঞ্জস্বারাজ্যে ত্বমসি রসিকে ! পট্টমহিষী ॥ (২৩)

১২। তারুণ্যস্য নবত্বেঽপি কাসাঞ্চিদ্ব্রজসুভ্রুবাম্ ।
শোভাপূর্ত্তিবিশেষেণ পূর্ণতেব প্রকাশতে ॥ (২৪)

হায়রকই—'হে লীলাবতি। নঙ্‌গী নমিৎ অনি অত্তুনা ভানা ঈশিংদা কোয়না চাত্তুনা শায়বদগী হেন্না নীংথিজরি, মায়থোংগী ফজবা মতৌনা পূর্ণিমা থানিন-মকপু নক্কংলি অগ্গা নঙ্‌গী থাবোম অনি অত্তুনা মিৎকুপ থূদীংগী অসুম চফু মওঙ্‌ লৌরকলি ; অগ্না নঙ্‌গী মথোন কাবগী মপুং-মরৈ ফাবা মতৌ অসিমক্তি হেন্না ভরুীংভাই ভাক্তগী মশক ওইরি।

২৩। পূর্ণ-যৌবনগী নীংথিজবা মতৌ—মপুং-মরৈ ফাররুবী শ্রীরাধাগী হেন্না নীংথিজবী মতৌ অদুবু উবদা চরাউবনা লুতোন কাজরবী বৃন্দানা ময়াম মরক্তা মাগী মমিং ফান্দুনা থাগৎলক্রি—'হে রাধে! নঙ্‌গী মায়থোংগী ফজবা উবদা য়েক্রুবী-মথোন কাবী কনানবু পাখৎনদবা য়াওরিবগে ? কুংলবী-নঙ্‌গী নুংশি-নোংজু মতৌ উবদা ভরুদবী কনা নুপীবু লৈরিবগে ? নীংথিবা রস-গী কলাদা করম্বী ব্রজগোপীনা নঙ্‌গী সেবক ওইনদবা য়াওবিবগে (নতৌ তম্মদবী য়াওবগে)? হে রস চেনবী! নীংথিবা নিকুঞ্জগী মশক ওইরবা শ্রীহরিগী রাজ্যদা নহাক্তনা মহারাণী ওইনা ভাল্লি।

২৪। মথক্তা নায়িকা-প্রকরণদা (উ ৫।২৭) শ্রীরাধানচিংবনা মধ্যা ওইবগী মতাং তাকপদা মধ্যানায়িকাবু অনৌবা ঈথক ইপোম-ঈহৌবী (প্রোদ্যত্তারুণ্যশালিনী) হায়না হায়খ্রে, অত্তুমক্তদা হৃজীক করি করিগুম্বনা অমুক মখোয়বু মপুং-মরৈ ফারবী অমগী ঈথক ইপোমনা লৈতেংবী ওইনা হায়রিবসিদি করিগীমো হায়বা রাহং লাকপগী পাউখুমদি—'রাধানচিংবী কনা কনাগুম্বী ব্রজদেবীশিংগীদি অহানবা ঈনথৎলকপগী ফজথৎলকপা মতাং ওইদুনসু নোয়বা পেনবা হেনবনা (মপোপ মতাং ফবা হেনবনা) মরম ওইগ্না মপুম মরৈ ফারবীমক ওইনা উবা লৈ।" মরম অত্তুনা মতাং অসিদসু মথক্তা (উ ৫।৪৩) 'প্রগল্‌ভাপূর্ণতারুণ্য' অসিনচিংবা হায়রিবনি।

অথ রূপম্—

১৩। অঙ্গান্যভূষিতান্যেব কেনচিদ্ভূষণাদিনা।
যেন ভূষিতবদ্ভাতি তদ্রূপমিতি কথ্যতে॥ (২৫)

যথা দানকেলিকৌমুদ্যাম্ (২২)

১৩। ত্রপতে বিলোক্য পদ্মা, ললিতে! রাধাং বিনাপ্যলঙ্কারম্।
তদলং মণিময়মণ্ডন,-মণ্ডলরচনাপ্রয়াসেন॥ (২৬)

যথা বা বিদগ্ধমাধবে—( ৭। ৪৮ )

১৪। নীতং তে পুনরুক্ততাং ভ্রমরকৈঃ কস্তুরিকাপত্রকং
নেত্রাভ্যাং বিফলীকৃতং কুবলয়দ্বন্দ্বঞ্চ কর্ণার্পিতম্।
হারশ্চ স্মিতকান্তিভঙ্গিভিরলং পিষ্টানুপেষীকৃতঃ
কিং রাধে! তব মণ্ডনেন নিতরামঙ্গৈরসি দ্যোতিতা॥ (২৭)

---

২৫—২৬। রূপ ( শকক্ষম )—করিগুম্বা ফিজেৎ-লৈতেং অমত্তা তৌদ্রব-মত্তুদসু হকচাং অপূম্ববু য়েনা লৈতেংলবগুম অহন্মক ফজনা উহল্লিবহ্ 'রূপ' নি। (২৬) লৈতেংগী অরূম্বা পুঙমজদ্রবী শ্রীরাধাগী হকচাংদগী বিশাখানা মথং মথং লৈতেং পুম্নমক লোথোকপা হোৎনরি ; মতম অসিদা উবা মহোশাগী মশাগী ওইজবা শ্রীরাধাগী হেন্না নীংথিজবা মতৌদা হরাউজরবী বৃন্দানা হায়-রকই—'হে বিশাখা! লৈতেং য়াওদবী শ্রীমতীগী নীংথিবী মশাবু উরগা পদ্মামক্না ঈকাইজবনা হেক লৈতাকম খঙ্দ্রিবী অহ্ণুম্বী মাগী মশা অহনদি অমুক মণিগী লৈতেং থোমজিল্লবগী থোইনা কান্নবা লৈতে।'

২৭। বৃন্দানা খঙ্বা শ্রীরাধাগী ফজবা নীংথিবা মতৌদগী শ্রীকৃষ্ণনা খঙ্বনা অমুক্তা হেন্‌বা মতৌগী থুদম অমগা অমুক পীরি—'সৌভাগ্য-পূর্ণিমা' নুমিত্তা ( ইঙেন পূর্ণিমা—নুমিৎ অসিদা মপুরোয়বনা মশাগী নুপীবু ফিজেৎ-লৈতেং তৌবীরবদি লাইবক ফবী ওই হায়বদগী নুমিৎ অসিবু 'সৌভাগ্য-পূর্ণিমা' হায়না খঙ্নৈ ) গৌরী-তীর্থদা ( ব্রজগী পৈঠ গ্রামদগী থারোমদা মাইল অহুম লাপ্না লৈবা মফম অমা ) শান্নরিবা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাবু লৈতেং তৌবী-তৌবীনা হায়রকই—'হে রাধে! নঙ্গী লাইপক্তা য়েকলিবা উনা মন্নোন মন্নেক অসিবুসু থোইগোয়বী শমজোই শম্নাং অহনা করিসু ওইহন্দরি ; নাপ—নাচোম ওইনা

**অথ মার্দ্দবম্—**

১৮। মার্দ্দবং কোমলস্যাপি সংস্পর্শাসহতোচ্যতে।
উত্তমং মধ্যমং প্রোক্তং কনিষ্ঠং চেতি তত্রিধা ॥ (৩৮)

তত্র উত্তমম্—২১। অভিনব-নবমালিকাময়ং সা,
শয়নবরং নিশি রাধিকাধিশিশ্যে।
ন কুসুমপটলং দয়াপি জগ্লৌ
তদনুভবাত্তনুরেব সব্রণাসীৎ ॥ (৩৯)

মধ্যমং, যথা—২২। চিত্রং ধনিষ্ঠে! তনুবাসসোঽপি
চীনস্য পীনস্তনি! সঙ্গমেন।
লিপ্তেব তে লোহিতচন্দনেন
মূর্ত্তির্বিদূনা সখি! লোহিতাসীৎ ॥ (৪০)

---

মানবা শ্রীকৃষ্ণগী মেঙ্‌লবা মঙাম্না ঐগী থম্মোইবু লায়না ফাজিনম্রে। তম্বা থোক্তুবা মাগী ফিরেপ শারেপনা ঐগী মিৎয়েংবু চিংশিল্লি; মরম অদুনা হায়কম খঙ্‌দ্রবা মাগী অসিগুম্বা ফজবা মতোগী অহানবা ওইনা থেংনরিবা মশক অসিতনা মোগী-শীংদা চল্লবী নুপী মথৈগী সভীধর্ম্মদা অকায়বা পীরি ॥'

৩৮—৩৯। **মার্দব**—থোংগ্রবা পোৎনা শোক্ন্‌-থেংনুবা কাওবদা থাঙ্‌ঙমদবা মতোবু 'মার্দব' হায়না কৌই। উত্তম, মধ্যম অমসুং কনিষ্ঠ (অহেনবা, ময়াম অমসুং অতোনবা) হায়না মসিগী মখল অহুম ওই।

**উত্তম মার্দব**—ক্রীড়াকুঞ্জদা অহিং শামখিবা লীলাগী রা ঙাঙ্‌লকপা মতাংদা তম্বা থোক্তুবা শ্রীরাধাগী হকচাংগী নীংথিজবা মতোবু নীংশিংলুবদগী চক্লা ঙক্লবী বিশাখানা চিত্রাদা হায়রকই—'হে সখি! ঙরাং অহিং শ্রীরাধানা অথোৎপা অনৌবা নীংথিজরবা মল্লিকাতনা শেম্বা শয্যা মথক্তা চেপ্তুনা লৈখি; অদুবু অঙকপদি পশ্বখিকম থোকলিবা লৈগী মপেন্ অদুনদি করিসু ভোদনা লৈগা থেংনবদগী শ্রীরাধাগী হকচাং অদুনা ইথাম থামজিল্লকপগুম হেক তোথি।'

৪০। **মধ্যম মার্দব**—কৃপ্‌গ্রবা লংলাগী মৃগাক্ষি শেৎপা ইনবদা ধনিষ্ঠাগী মশা লোকপা মতোন্ উবদা বৃন্দানা হায়রকই—'হে সখি, ধনিষ্ঠা! অঙকপনি! থোৎগ্রবা অকুপ্পা লংলানা শাবা ফিনা থেংবতদসু নঙ্‌গী নশাগী কুচু মাঙ্‌থিদ্না অঙাঙ্‌বা মচুগী চন্দনমক্তা মাম্না উরি' ॥

কনিষ্ঠং, যথা রসসুধাকরে—

২৩। আমোদমামোদনমাদধানং, নিদ্রান-নালালকচঞ্চরীকম্।
ক্ষণেন পদ্মামুখপদ্মমাসী-ত্ত্বিষা রবেঃ কোমলয়াপি তাম্রম্ ॥ (৪১)

অথ নাম, যথা—

২৪। তটভুবি রবিপুত্র্যাঃ পশ্য গৌরাঙ্গি ! রঙ্গী
স্ফুরতি সখি ! কুরঙ্গীমণ্ডলে কৃষ্ণসারঃ।
ইতি ভবদভিধানং শৃণ্বতী সা মহূক্তৌ
স্মুতনুরতনুঘূর্ণাপুরপূর্ণা বভূব ॥ (৪২)

---

৪১। কনিষ্ঠ মার্দব—হন্জোরকপদা ঙায়রিবা অমুক অঙনবগী নুংশা মঙাম্না হাইকেত্তং য়েখিবা ফাওবদা কুচু মাঙ্‌লবী পদ্মাবু উরগা মাগী সখীনা মাগা অমুক লোয়নরিবী সখী অমদা মথবায় নুংঙাইতনা তমলি—'হে শামাম্নবী। য়েংবদা পেম্মনীংঙাই ওইরবী—পুক্কীং হুরবা নুংশিবা মনম মহাতনা লৈতেংনবী পদ্মাগী মায়থোং থম্বান্দা অমুবা শমজোইগী মশক ওইরবা খোইমু মখেনা হুমাং মরীক মরীকা নপ্পহ্না নীংথিরি, অদুবু ঙকঁজবদি যেঙ্‌লবা নুমিৎ মঙাম্না মহুগী মথক্তা হেক তাশিল্লবমক্তদা মহু মিংকুপ্তা হেক ঙাংশঙ্ ঙাংশিনখিবগ্নি। মথক্তা ( উ ১৪। ৭ ) হায়প্রবা হকচাংগী ওইবা গুণশিংগী ( কায়িকগুণ ) মরক্তা মসি 'অপাজ বিক্ষেপ' কী মতাংদসু তাকপ্রে মহুদি [ ল ২। ১১, প ১৭৩ ]।

৪২। নাম—কৃষ্ণসার কৌবা শজি-লাবনা যমুনা খোঙ্‌বানদা শজি-অমোমশিংগা শজীক চামিম্নহ্না লৈবহ্ উরগা ললিতানা কৃষ্ণসারগী মমিং পন্দুনা য়েংহন্নবা তাক্লকপদা শ্রীরাধানা 'কৃষ্ণ' হায়বা ময়েক অনি অসিদং হেক তাবদা কৃষ্ণনামদগী পোকহল্লকপা উদ্দীপন ভাবনা লাঙ্‌তক্লবী ওইরকখি; মতৌ অদুবু ললিতানা কৃষ্ণগী নাক য়োরক্লবদা তম্নখি মহুদি—'হে সখি। কুচু পানজবী। য়েংউ অসে, যমুনা তোর্বান্দা ফজরবা মচুগী কৃষ্ণসার শজিনা শজি অমোমশিংগী মরক্তা ঙাম্লিবসে'—হে কৃষ্ণ। অসুম্না ঐনা হায়বা বাঙাঙ্‌দা নঙ্‌গী নমিং তাওখিবদগী শ্রীরাধা অসে মশক উদবা ইপাই কোকঙাও অমনা হায়বদি কামগী মম্লাইমক্তনা হেক লাকহংপী ওইরকখি ( বি ১। ১৫, ৬। ২৪, উৎকলিকা ১৪ )।

অথ অভিরূপতা—

১৬। যদাত্মীয়গুণোৎকর্ষৈর্বস্তুন্যান্নিকটস্থিতম্।
সারূপ্যং নয়তি প্রাজ্ঞৈরাভিরূপ্যং তদুচ্যতে॥ (৩৩)

যথা—১৮। মগ্না শুভ্রে দশনকিরণে স্ফাটিকীব স্ফুরন্তী
লগ্না শোণে করসরসিজে পদ্মরাগীব গৌরি!
গণ্ডোপান্তে কুবলয়রুচা বৈন্দ্রনীলীব জাতা
স্মৃতে রত্নত্রয়ধিয়মসৌ পশ্য কৃষ্ণস্য বংশী॥ (৩৪)

---

নশা অসে পান্দম লৈতনা লীংথিজবী হায়বগুমক ওইরি'!! [ বি ৫। ২০; ল ১। ৪০, ১। ৫৬, ৫৫ ]।

৩৩। অভিরূপতা—মশাগী মগুণতনা মনাক্তা লৈবা পোৎকী মথৈবুস্ মাগা অদুগুমক মশক চপ-মান্নহনবা ওব। অদুগুব। মতোবু 'অভিরূপতা' হায়না কৌই।

৩৪। কালিন্দী মপানগী মাধবীকুঞ্জ মনাক্তা বংশী পায়দুনা ভাম্থোইরিবা শ্রীকৃষ্ণবু লাপতক্লা উজবদগী মায়থোং মকায়ামলবী রাধানা, কৃষ্ণগী হকচাং কায়াংমথৈগা নকুবতনা মরম ওইদুনা বাঁশীবুস্ মথোর-মথোরগী ( কায়াংশিংগী ) মচু ওইনা হেক হেক উবনা অঙকপা মতৌ ওইবা অমদি মানা মরাইবক ফখিবগী মতোবু থাগৎলদুনা মশাগী সখী গৌরীবু য়েংহ্না হায়রকই—'য়েংজো নহার গৌরি! কয়াদা ঙক্লিবনোনে হায়! শ্রীকৃষ্ণগী অঙোবা য়াগী পরেংগা শম্নজবদগী বাঁশী অসে লীক্লাইগুম ইরুং লংগ্রে নহার, অদুগা তঙাং-তঙাংবা থুংনা পায়বিবদগী পদ্মরাগ মণিগী মচুস্ মাল্লি অদুগা অমুক থম্বাল অশংবগী মচুবু ওমজবা চায়রুংগা নপ্পজরুবদগীস্ ইন্দ্রনীলমণিগী মঙানস্ চেল্লি। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশী অসে মণি মথল অহুমনা শাবগুম নীংলি। হে সখি! নঙগী কুচুদি চুয়তগী পানজবতনি। অদুগা বাঁশী অসিদি কৃষ্ণগা নকুবদগী মচু মথল মথলনা তিন্দুনা নীংথিরি। মথরায় পানবস্ নত্তবা অকংবা রা-মকক অসিনা ফাওবা কৃষ্ণগা শম্নজরুবনা মরম ওইদুনা অমুক নীংথিজরবসিনদি নীংথিবী নশক-নগুণতনা থোইদোক্লবী নঙগীদি মসিদগীস্ শরুক কোটি অমা হেন্না ফজগনি—মরম অদুনা থীল্লগনু, কৃষ্ণগী নাক্তা চঙ্‌শিঙ্খরো—মসি অরোনবা রাফমনি। অদুগা রা অমনা অমুক—বাঁশী অসি হুজীকমক্তি চুমগী খুত্তদা লৈরিবনি, মসিবু কৃষ্ণনা অমুক্তং খোংপ্রবদদি মকম অসিদা কৃষ্ণ লৈবগী পাউ

যথা বা—১৯। বক্ষোজে তব চম্পকচ্ছবিমবষ্টম্ভোরুকুম্ভোপমে
রাধে! কোকনদশ্রিয়ঃ করতলে সিন্দূরতঃ সুন্দরে।
ভ্রাগিন্দিন্দিরবন্ধুরেষু চিকুরেষ্বিন্দীবরাভাং বহ-
ন্নেকঃ কৈরবকোরকো বিতনুতে পুষ্পত্রয়ীবিভ্রমম্॥ (৩৫)

অথ মাধুর্য্যম্—১৭। রূপং কিমপ্যনির্ব্বাচ্যং তনোর্মাধুর্য্যমুচ্যতে॥ (৩৬)

যথা—২০। কিমপি হৃদয়মভ্রশ্যামলং ধাম রুন্ধে
দৃশমহহ বিলুণ্ঠত্যাঙ্গিকী কাপি মুদ্রা।
চটুলয়তি কুলস্ত্রীধর্ম্মচর্য্যাং বকারেঃ
সুমুখি! নববিবর্ত্তঃ কোঽপ্যসৌ মাধুরীণাম্॥ (৩৭)

---

থঙ্লবী গোপী পূম্নমক্না মসিতম্না ফুজিন্নরক্লবদি নঙ্গী ননীং থুংখিদবসু য়াই [অ ৩। ২৪]!

৩৫। **শ্রীরাধাগী অঙ্গকান্তিগী অভিরূপ ওইবা মওঙ্**—লোংমা বৃন্দানা :হকলুবা পোমশাংনবা থরো অমা পায়রুনা ঙাহোইরিবী শ্রীরাধাগা লোয়ননা অসুম শায়-শায়না শ্রীকৃষ্ণনা লৈ অদূবু নমহনা মথুত্তগী মূরগা লক্ননীংহনা মহনা মাগী থবাক থাবোমনচিংবা মফমদা হেক হেক শোকখি। শোকলু-:শোক্লবা রাধাগী হকচাং কায়াংশিংগা লৈ অদুগা হেক হেক অমত্তা ওইশিন্ন-খিবা মতৌ উবদগী মদূবু থাগৎপদা মহাক্না শ্রীরাধাগী নীংথিবী অঙ্গকান্তি (মশাগী মঙাল) অদূবু শাংথারকলি। 'হে বাধে! কয়াদা ঙক্লিবনো? পোমশাংনবী লৈরাং থরো অমথক্তংনা লৈ মথল অহুম ঙবঙম ভৌরি!! সনাগী চফ্-মওঙ্ মানবী নঙ্গী থাবোম মনাক নক্লবদনা থুদক্না মসিগী মচু লৈহাউ লৈরেন মাল্লি, সিন্দূরদগী হেন্না নীংথিজবী নথুবাক্তা লৈরিঙৈদনা অঙাঙ্বা থম্বালমক হেক মাল্লি অদুগা খোইমূদগীসু হেন্না মূশিনগ্রবী নঙ্গী নীংথিবী শম্নাং চবুনগী মনাক নক্লবদনা অশংবা থম্বালগী মঙাল চেল্লি। [অ ৮। ১৫৫]।

৩৬—৩৭। **মাধুর্য্য**—চীয়দি হায়দোকফম থঙ্দবা অদুঙবা হকচাংগী করিঙম্বা নীংথিবা মতৌবু 'মাধুর্য্য' কৌই।

শ্রীকৃষ্ণগী কজবা নীংথিবা মতৌদা ঙাওচংনরবী ব্রজগোপী অমনা মাগী সখীদা মপূক্নীং ফোংদোকলি—"হে নীংথিবী! কুয়না হৌবা লোংহৌ-কুচু

অথ লাবণ্যম্—

১৪। মুক্তাফলেষু ছায়ায়াস্তরলত্বমিবান্তরা।
প্রতিভাতি যদঙ্গেষু লাবণ্যং তদিহোচ্যতে॥ (২৮)

যথা—১৫। জগদমলরুচির্বিচিত্য রাধে
ব্যধিত বিধিস্তব নূনমঙ্গকানি।
মণিময়মুকুরং কুরঙ্গনত্রে,
কিরণগণেন বিড়ম্বয়ন্তি যানি॥ (২৯)

যথা বা—১৬ শৃণু সখি! তব কর্ণে বর্ণয়াম্যত্র নীচৈ-
র্বিরচয় মুখচন্দ্রং মা বৃথারাদ্বিবর্ণম্।
ইয়মুরসি মুরারেরস্তি নান্যা মৃগাক্ষী
মরকতমুকুরাভে বিম্বিতাসি ত্বমেব॥ (৩০)

---

লৈতেংলিবা থম্বাল অশংবা অসিমকপূ ফাওবা নঙ্গী তরু তরুবী মিৎস্না অনি অসিনা হেন্না নীংথিরি, অদুগা মেঙ্না নোকপী মীনোক্তী থোম্বাঙ্ অদুনা শিরিবা লীকথাঙ্-পরে' অসিবুসু চেষ্টরি; লৈতেং মাওদ্রবসু অদুম্মক মশানা চঙ্খোঞ্জরবী অসিগুম্বী নঙ্গী নশা অসিদবু ফিজেৎ-লৈতেং থোমজিন্নবগী অমুক করিবু কান্নরুগদগে?'

২৮। লাবণ্য—মুক্তা মপৈ মরক্তগী মায়কৈ মরিমক্তা কোম্বনা হাইদোরকপা অদুগুম্বা মক্ত্ববা নীংথিবা মঙানগুম হকচাং কান্নাংশিংদগী হাইদোরকপা অমদি তরু তরুনা মিৎকুপ থুদোংগী অসুম ঙাম্বোরকপা অদুগুম্বা হকচাংগী মঙান চবুন অদুবু 'লাবণ্য' কৌই।

২৯। বনদা শ্রীরাধাগা লোয়ননা অসুম শান্ন শান্ননা শ্রীকৃষ্ণনা নীংথিবী মাগী মশাগী মঙান অঙগী মরমদা থাগৎলক্লি—'হে রাধে! জগৎ অপূর্বগী লূরবা-মক্ত্ববা-মঙান পূম্নমক লোইনা থোমজিন্নগা ব্রহ্মা কোবা লাইনা নঙ্গী নশা অসিতবু শেম্নকপা ওইরমাল্লে; করিনা হায়রবদু হে-শঙ্কি মিৎতা তাবী। নঙ্গী নশা অপূর্বদগী থোরকপা নঙান অসিনা মণিগী মিৎশেলমকপুসু মকশিলহল্লি'।

৩০। শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ লাবণ্য—ললিতাগা লোয়ননা সঙ্গাইদগী অভিসার তৌরক্লবী শ্রীরাধানা মাতগী লৰী রেংথুনা সঙ্কেত-কুঞ্জদা লৈরম্লিবা শ্রীকৃষ্ণগী

অথ সৌন্দর্য্যম্—

১৫। অঙ্গপ্রত্যঙ্গকানাং যঃ সন্নিবেশো যথোচিতম্।
সুশ্লিষ্ট-সন্ধিবন্ধঃ স্যাত্তৎ সৌন্দর্য্যমিতীর্য্যতে॥ (৩১)

যথা—১৭। অখণ্ডেন্দোস্তুল্যং মুখমুরুকুচজ্যোতিতমুরো
ভুজৌ স্রস্তাবংসে করপরিমিতং মধ্যমভিতঃ।
পরিস্ফারা শ্রোণী ক্রমলঘিমভাগূরুযুগলং
তবাপূর্ব্বং রাধে! কিমপি কমনীয়ং বপুরভূৎ॥ (৩২)

---

নাক য়োৈরক্লবদা মাগী (কৃষ্ণ) অরংবা মশাগী মঙানদা মমি তারিবা মাগী (রাধা) শকফম অদুবু উবদা অতোপ্পী নুপী অমনি খন্দুনা শ্রীমতীনা শাউখি। মদুগী মরম খঙ্‌দবী ললিতানা অসুম্না থেমজিনবা হোংনরি—'হে সখি! ননাকোঙ্‌দা রা অমখক লোম্না হায়গে তাও। (লাউনা হায়রবদি নঙ্‌গী শেরান্নবদু শ্রীকৃষ্ণনা খঙ্‌খিদুনা ঐখোয় পুম্নমকপু নোকখিগনি, অদুনা লোম্না হায়গে), মুরারিগী মনাকমক্তদা নমায় অদু করি নত্তবদা মকশিল্লুগনু, মরমদি মদু খুদক্তা অমুক হেক্তমক কোক্লবা হোংনবা ঙমলোই। শ্রীকৃষ্ণগী থবাক অসিদি মণি অশংবগী মিংশেলগুম লংত্রিক্ লংবনি, মদুদা নশাগী নমি তাশিল্লিবনি. অতোপ্পী নুপীগী রা ওইনা খল্লুবত্ত নঙ্‌গী শেরান্নবী নতৌত্তনা ওইবনি। [গো ১৭। ১৪, অ ৮। ১৭৭, ১৯২, ৫। ১৯৪]।

৩১। সৌন্দর্য্য—পাম্বোমনচিংবা হকচাংগী অমদি লেংক্লুম অমসুং খুদাংনচিংবা কান্নাং খুদীংগী চকন-চকনবা, চেংশিনবা অমদি পুম্নুম তাবা উরীগুম নীংথিজবা মতৌনা মাগী মাগী ফিরেপ ওইনবা, তাং তাং খুদীংমক্তসু নোয়থোক চাউথোরক্তনা অমত্তা ওইশিন্নখিবা অদুবু রস-শাস্ত্রনা 'সৌন্দর্য্য' (ফজবা) কৌই হায়।

৩২। শ্রীরাধাগা অসুম শান্ন-শান্নমিন্ননা নীংথিবী মাগী ফজবা মতৌ উবদা হরাউরবা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই—'হে রাধে! নঙ্‌গী মায়থোংনা পুর্ণিমা-থানিনগুমলি, মপুম মরৈ মায়রবী কল্লবী থাবোম অনিনা ঙানফম-লৈতেং ওইনরি। লেংক্লুমদনা পাম্বোম উরীনা হীকথরি, খাঙ্‌না শায়শিনবমক য়ানা চেংশিল্লি, নীংজোম্না কয়াগী মতিক ফল্লিবা অদুগা থকলোমদগী অসুম অসুম হুইথরকপী ফৈবোম অনি অসিনা কয়াগী মতিক নীংথিরিবা—মরমশিং অসিনা নঙ্‌গী

**অথ চরিতম্—১৯। অনুভাবাশ্চ লীলা চেত্যুচ্যতে চরিতং দ্বিধা।**
**অগ্রেহনুভাবা বক্তব্যা লীলেয়ং কথ্যতেহধুনা ॥ (৪৩)**

**২০। লীলা স্যাচ্চারুবিক্রীড়া তাণ্ডবং বেণুবাদনম্।**
গোদোহঃ পর্ব্বতোদ্ধারো গোহুতির্গমনাদিকা ॥ **(৪৪)**

**তত্র চারুবিক্রীড়া—**

**২১। রাসকন্দুকখেলাদ্যা চারুক্রীড়াত্র কীর্ত্তিতা ॥ (৪৫)**

**তত্র রাসঃ—**

২৫। **তং বিলাসবতি রাসমণ্ডলে. পুণ্ডরীকনয়নং সুরাঙ্গনাঃ।**
প্রেক্ষ্য সস্তৃতবিহারবিভ্রমং, **বভ্রমুর্মদনসংভ্রমোর্ম্মিভিঃ ॥ (৪৬)**

**কন্দুকক্রীড়া—২৬। অরুণরুচিমুদস্য ক্ষেপণীং কুঞ্চিতাগ্রাং**
**সরভসমভিধাবন্ বিভ্রমদ্দীর্ঘবেণিঃ।**

---

৪৩—৪৫। **চরিত—মথল অনিনি মদুদি অনুভাব অমসুং লীলা। অনুভাবকী** মরমদি মথংদা লাকখিগনি ( মদুদি ভাব হাবনচিংবা **অলঙ্কার** ২০ গী মরমনি ), **হজীক্লা লীলাতগী মরমদা হায়রি।**

**লীলা** কৌবদি—পুক্লৌং হুবা মশান্না, তাণ্ডব **জগোই.** বেণু-খোংবা, **শাজাম** গুম্বা, গোবর্দ্ধন থাংগৎপা, **মণশিংবু** খোমজিন-কৌশিনবা **অমসুং মণশেনবা** চৎপা অসিনচিংববু খণ্ড্নৈ। মসিগী মনুংদা **অমুক 'চারুবিক্রীড়া'** কৌবদি রাসনচিংবা অমসুং কন্দুকখেলনচিংবনি।

৪৬। **রাস—**গ্রন্থকারনা ( লাইরিক লেংবনা ) হায়রি—**'ব্রজগী নীংথিজবী-**শিংগা ত্তৌর্য্যত্রিক ( পুং-ঈশৈ-জগোইনচিংবা ) **মথল কয়াগী শান্নবা** মশান্না কয়ানা তিল্লবা অঙ্গুম্বা রাসমণ্ডলদা স্বর্গগী **লাইরেম্বীশিংনা** মরোল অহম্মক্লা খণ্ড্নরবা অদুগুম্বা মিৎয়া **থম্বাল** মৈকা মানবা **শ্রীকৃষ্ণবু** মথত্তনা পুমশুপ শুপ্পা মশক ওইনা মপুমফানা **লীলানচিংবা** শান্নরিবদুবু **উরগা কামগী ঈথক্লা লাকহত্ত্না** পুমণ্ডাওমক হেক ভাওনরি। ( সিন্ধু ২। ৪। ৩৪৪, ল ৯। ৪৬ )। **কুঞ্জক্রীড়া** ( কুঞ্জদা-শান্নবনা ) না বি ৬। ৩২, ৭। ৪৩, ৪৪ )।

৪৭। **কন্দুকক্রীড়া—**( কাঙ্‌জৈ শান্নবা ) কেলি-কদম পাম্বীশিংগী **উথা** উরুমদা, যমুনা মপান্দা সথাশিংগা লোয়নননা কাঙ্‌ক্রম থোম্বী ( কাঙ্‌জৈ )

বিরচয়তি মুকুন্দঃ কন্দুকান্দোলনৃত্যদ্-
বিপুলনয়নভঙ্গীবিভ্রমঃ কৌতুকং নঃ ॥ (৪৭)

তাণ্ডবম্—

২৭। প্রচলপ্রচলাক-কুণ্ডলোঽয়ং, স্বসুহৃন্মণ্ডলচর্চ্চরীপরীতঃ।
হরিরত্র নটন্ পতঙ্গপুত্রী,-তটবঙ্গে মম রঙ্গমাতনোতি ॥ (৪৮)

বেণুবাদনং, যথা ললিতমাধবে—( ৪।২৭ )

২৮। জঙ্ঘাধস্তটসঙ্গি দক্ষিণপদং কিঞ্চিদ্বিভুগ্নত্রিকং
সাচিস্তম্ভিতকন্ধরং সখি। তিরঃসঞ্চারিনেত্রাঞ্চলম্।
বংশী কুড্মলিতে দধানমধরে লোলাঙ্গুলীসঙ্গতাং
রিঙ্গদ্ভ্রূভ্রমরং বরাঙ্গি! পরমানন্দং পুরঃ স্বীকুরু ॥ (৪৯)

---

শান্নবগী ফিজেৎনা হেন্না নীংথিজরবা শ্রীকৃষ্ণবু উবদা ইনক-নকপা উন্নী মরুমদা লৈবী রাধানা হয়াউজমন্দুনা থবায় তানা চিত্রাগী মকমদা মতম অত্থদা ওইরিবা কৃষ্ণগী ফজবা মতৌবু উমত্থনা তাহল্লি— 'কৃষ্ণনা মরু কোনথংপা মচু ঙাঙ্‌লৈনবা কাঙ্‌জৈ থাংগত্ত্বনা মায়কৈ থুংনা কোয়না চেনবদা অশাংবা শমজোই মপৈনা ফর ফর হাইরি। কাঙ্‌ক্রমনা চেনখিবা মকম পুন্নমক্তা তাম্নত্থনা য়েংখিবা নীংথিবা মিংয়েংগী উথক উথকপা মতৌনা অয়েংবা ঐখোয়বু কৃষ্মে ওইহল্লি।

৪৮। তাণ্ডব—যমুনা মপানগী শান্নবুংদা সখাশিংনা রৈবা পুংলোনগী তাল চানা চানা নীংথিবা জগোই শাল্লিবা শ্রীকৃষ্ণবু উবদা উরী-বারীনা মশা য়োমশিন্দুনা য়েংলিবী রাধানা বিশাখাদা হায়রকই—'য়েংউ সখি! যমুনা মপানগী শান্নবুংদা শ্রীকৃষ্ণনা শারিবা জগোই অসিনা ঐবু কয়াগী মতিক হরাউহল্লিবা—বাহোং মতুনা শেম্বা চুড়ানা ( কুণ্ডল-চবুন ) মাগী মকোক্তা ফর ফর হাইরি অহ্থগা মমান্নবা সখা মখেনা থাবা 'চর্চ্চরী' কৌবা তালদা নেত্ত্বনা মহাক্না নীংথিবা জগোই শাল্লি। ( চর্চ্চরী—হরাউহ্না শান্নবগী তাল মথল অমা—'বিরামান্তলঘুবন্দ্বাপ্যষ্টৌ লঘু চ চর্চ্চরী' গোঃ বৈঃ অঃ ২৬৪। ঈশৈদসু প্রবন্ধ-গীতি অমা ওইনা বসন্তগী মতমদা 'চর্চ্চরী' কৌবা অমা শীজিন্নবা লৈ—'একান্তরবিরামান্তশ্চর্চ্চরী ষোড়শক্রকৈঃ।' গোঃ বৈঃ অঃ ১১১৮ )।

৪৯। বেণুবাদন—ললিতান্দা শ্রীরাধাবু বেণু খোংবদা পুক্নীং লুপ্নিবা শ্রীকৃষ্ণবু উহল্লি—'হে নীংথিবী রাধে! য়েংজো অসে—শ্রীকৃষ্ণনা ওয়পী-খুবোম-শা মখাদা

:গোদোহো, যথা পদ্যাবল্যাম্—(২৬৬):

২৯। অঙ্গুষ্ঠাগ্রিমযন্ত্রিতাঙ্গুলিরসৌ পাদার্ধনীরুদ্ধভূ-
রাপীনাঞ্চলমার্দ্রয়ন্নিহ পুরো দ্বিত্রৈঃ পয়োবিন্দুভিঃ।
ন্যগ্জানুদ্বয়মধ্যযন্ত্রিতঘটীবক্ত্রান্তরালধ্বনি-
দ্ধারাধ্বানমনোহরং সখি! পয়ো গাং দোগ্ধি দামোদরঃ॥ (৫০)

পর্বতোদ্ধারঃ—৩০। উত্তম্য কন্দুকিতমন্দরসোদরাদ্রিং
সব্যং করং কটিমনু স্থগয়ন্নসব্যম্।
স্মেরাননশ্চলদৃগঞ্চলচঞ্চরীক-
শ্চিত্তাম্বুজং মম হরিশ্চটুলীচকার॥ (৫১)

---

য়েংকী খোঙ্না কারণ চন্দনা থম্নগা মখাঙ্ হাইফেং কোল্লপ তৌহ্না লেংজুমনা পৈতক তৌহ্না লেঙ্হন্দনা থম্নগা, মখা পুম্নমক্কা নোংখাঙ্ত্তম অসুম থেক্কা খোয়না লেঙ্লি ; বেণুগী মথুল পুম্নমক্তা মমিং মনা শিংলবা খুৎচা মখৈনা খত্তনা উমশিল্লবা চীনবান্দনা বাঁশী খোংলি—মাগী পীশুম খোইমু অনিমু অগোই শারি—হে সখি! মাঙ্দা ত্তাল্লিবা নুংত্তাইবগী চবুন-শক্তম ওইবা শ্রীকৃষ্ণ অসিদা নঙ্গী মিংয়েং-মিংচি-ইঙ্গিতনা নশাগী পামজবহ্ কোংদোকচখা (প ২৬১)।

৫০। গো-দোহন—মুমিদাংবাইরম শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন উমংদগী লেঙ্লক্লগা সঙ্গাইদা শঙ্গোম ত্তখা হোৎনবদা থৌচিল্লিবা মতৌগী ক্ষজবা অদুবু কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমনা মাগী লোয়নবী সখীদা উহল্লকলি—'হে সখি! য়েংউ. শ্রীকৃষ্ণনা লৈমায়দা খোঙ্দোম্না নেৎলগা (নীংপাঙ্নরগা) কোনশিল্লিবা অমদি লুকথরিবা খুকউ অনিগী কারক্তা নীংথিনা খোময়া চক্ষু থমগ্নৃনা, খুৎপী অনিগী মতোম্না খুৎচা অভৈবু কোনশিনহল্লগা ঈশিং মল্লীক অহুম মরিদংনা চান্না খীক্তনা চোংহল্লবা চক্ষু মনুং অহ্নদা শঙ্গোমগী পুক্লাং হুন্নবা মখোল থোকহন থোকহন্না অসুম মরী মরী ত্তমথরি!!'

৫১। পর্বতোদ্ধার—(গোবর্দ্ধন চীং থাংগৎপা)—শ্রীকৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন ধারণ তৌরিবৈদা ওইবা ফিরেপকী নীংথিজবা মতৌ অদুবু উরগা রাধানা বিশাখাদা মানা ত্তঙ্গৎপা মশাগী মতৌবু খঙ্হল্লকলি—'হে সখি! মন্দর কৌবা চীংজাউ মক্কা মান্নবা গোবর্দ্ধন চীংজাউবু শ্রীকৃষ্ণনা কাঙ্ক্রম অমগুম্না ওয়গী খুৎনা ইরায়-লায়না থাংগৎলগা য়েংকী খুৎনা খাঙ্দা মেৎলি—মায়খোংদনা মোমোন

গোহুতিঃ—

৩১। পিশাঙ্গি! মণিকস্তনি! প্রণতশৃঙ্গি! পিঙ্গেক্ষণে,
মৃদঙ্গমুখি! ধূমলে! শবলি! হংসি! বংশীপ্রিয়ে!
ইতি স্বসুরভীকুলং মুহুরুদীর্ণহীহীধ্বনি-
র্বিদূরগতমাহ্বয়ন্ হরতি হন্ত চিত্তং হরিঃ॥ (৫২)

গমনম্—৩২। অনুপদ-মদমন্দান্দোলি-দোরর্গলশ্রীঃ
সুরগজগুরুগর্ব্বস্তম্ভিগম্ভীরকেলিঃ।
সহচরি! দরচঞ্চচ্চারুচূড়ারুচির্মাং
মদয়তি গতিমুদ্রামাধুরী মাধবস্য॥ (৫৩)

---

মীনোক, মিৎল্লা খোইমুনা কোয়না লৈনা য়েংবা মতৌ—অসিগুম্বা শ্রীহরিনা ঐগী থম্মোই থম্বাল অসিবু ফেৎ ফেৎ নোমহল্লি। (মন্দর—লাই হিংচাবনা সমুদ্র নৈনখিবা চীং অমগী মমিংনি, লৈফমদি—সুমেরু পর্বতকী নাকল্লনি)।

৫২। গোহুতি (ষণ খোমগৎপা)—নুমিদা'ঙাইরম বৃন্দাবনদগী হল্লকুগা সন্দাই য়েৌরক্লবদা শ্রীকৃষ্ণনা, ইবুংঙো মানা লুনা চান্না তৌবীবা ষণবী মথৈবু মমিং কান্না কান্না কোয়না কৌশিনবীরিবদুবু উবদা তপথফম খঙ্জত্রবী রাধানা ললিতাগী মফমদা মশাগী লৈতাফম খঙ্দবা মতৌবু ফোঙ্দোরক্লি—'ওল্মোকপনি! লাপ্পা লাপ্পা চাইথোকশ্রবা ষণবী মথৈবু কৌশিন্নবন্নীদমক শ্রীকৃষ্ণনা ঙাইহাক লৈতনা চীন্না মো, মো হায়না খোংবগা লোয়নননা—হে পিশঙ্গি (য়োংমানবী)। মণিবস্তনি। প্রণত শৃঙ্গি (চীগোনবী), পিঙ্গেক্ষনি (পিঙ্গলাথুংবী, খায়দগী হেনবী ষণবী), মৃদঙ্গমুখী (পুংমায় মানবী), ধূমলি (উৎমানবী), শবলি (অরাংবী), হংসি (কাংশু মানবী), হে বংশীপ্রিয়া (বাঁশী মখোল পামজবী)—অসুম্বা কৌবা তাহনবীহুনা শ্রীহরিনা ঐগী থম্মোই অসিবু লায়না চিংলি।

৫৩। গমন (শাজৎ)—নুমিদাংঙাইরমদা বৃন্দাবনদগী হল্লকুবা শ্রীকৃষ্ণবু থোইনা লাগুমা উবদা মাগী নীংথিবা শাজৎ-শাথেকী ফজবা মতৌনা হয়াউ মখোই কাহল্লবী শ্রীরাধানা লাঙ্তরুবগা লোয়নননা ইন্দুলেখাদা হায়রকই—'হে লোয়নবী! খোঙ্থাং খুদীংমক্লা মনাতোন নোমহো নোমহো তৌহুনা নু। অমদি লেম্মা চৎপা মন্নাই কারবা শামু ঐরাবতকী (শোরারেনগী কায়দোংশা) অরাংবা

অথ মণ্ডনম্—২২। চতুর্দ্ধা মণ্ডনং বাসোভূষামাল্যানুলেপনৈঃ॥ (৫৪)

তত্র বস্ত্রং, যথা—

৩৩। অম্বরং রচিতধৈর্য্যসম্বরং রম্যমম্বরমণিপ্রভোজ্জ্বলম্।
শুভ্রু! কিং ন হি কটীরমণ্ডলে, পুণ্ডরীকনয়নস্য পশ্যসি? (৫৫)

যথা বা—৩৪। অমলকমলরাগরাগমেতত্তব
জয়তি স্ফুটমদ্ভুতং দুকূলম্।
মম হৃদি নিজরাগমত্র রাধে
দবদপি যদ্দ্বিগুণং বভূব রক্তম্॥ (৫৬)

---

নাপন কাওববু নম্মংপা, মীনা থঙ্-ওমত্রবা অমদি ভমণ্ডমত্রবা নীংথিবা শাজংনা মাগী ওইবা অমসুং মহুনা মরম ওইদুনা কেং কেং হাইবা অরংবা চূড়াগী নীংথিবা মঙাল মশেক্না মায়কৈ থোরা ঙালহল্লিবা অংগুবা মুরারিগী শাজং-শাথেক্তী নীংথিবা মতৌনা ঐবু ঙাওচংনবী ওইহল্লি !!'

৫৪—৫৫। মণ্ডন (লৈতেংনচিংবা)—মণ্ডন মথল মরিনি মগুদি—বস্ত্র (ফিজেৎ), ভূষা (লৈতেং), মালা (লৈপরেং) অমসুং অনুলেপন (হকচাংদা য়েকপা থোংপা)।

বস্ত্র—সনাকীগে থোনবা শ্রীকৃষ্ণবু উবদা পৃক্নীং হকচাং নুপ্পবী, মিংয়েং হোংদনা য়েংবতদা মুল্লিবী অদুগুম্বী ব্রজগোপী অমবু মাগী সখীনা খাংলুবদা মানা হায়রকই—'হে পীশূম শাথেকপী। শ্রীকৃষ্ণনা নুমিৎ মঙালগুম লংলবা অমদি পৃক্নীং তুরবা সন ফংগে কৈজোমনা খাঙ্দা থোক্নুনা ঐগী খাঙ্ হৈবা ইভৌবু মাঙ্হল্লিবসি নঙ্দি উদবোইরেকো? [সিন্ধু ২।৪।৩৪৭]

৫৬। শ্রীকৃষ্ণগী কীজোম্না উদ্দীপন ওইহনবগী মতৌ উৎলগা মথংদা শ্রীরাধাগী কীজোমসু অদুম্না ভোইহনবগী মতৌ অমুক উৎলি। ক্রীড়ানিকুঞ্জদা শ্রীরাধাগা অসুম শান্ন শান্নরা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী মশাদা পকচরুবদগী থোইনা য়েম্না নীংথিবা ওইরবা অদুগুম্বা ফিগী মরমদা অসুম্না হায়রকলি—'হে রাধে। অসিগুম্বা পদ্মরাগ মণিগুম অঙাঙ্বা মঙাল চেন্নবা অঙকপগী মশক ওইরবা নঙ্গী মুগায়েন কীজোম অসিনা জয় ওইরি। পোং পুরমক্না অতোপ্পা মফমদা মাগী মণ্ডবু শিন্নথোকপ্পগা মশাগী মণ্ড কৰিসু লৈহোন্দবনা তাইবঙ্ পানবা

ভূষা, যথা—৩৫। প্রহরতু হরিণা কদম্বপুষ্পৈঃ
প্রিয়সখি ! শেখরিতং যদঙ্গজাস্ত্রম্।
বত কথমমুনাবতংসিতোঽসৌ
মম হৃদি বিধ্যতি নীলকণ্ঠপক্ষঃ ? (৫৭)

যথা বা—৩৬। হারেণ তারদ্যুতিনা কপোল-
প্রেঙ্খোলিনা কুণ্ডলয়োর্যুগেন।
উত্তুঙ্গভাসা কনকাঙ্গদেন
মাং লালিতেয়ং ললিতা থিনোতি। (৫৮)

---

অসিগী মতোনি, অদুবু নঙ্গী মৃগারেন অসিদি ঐগী থম্মোইদা মশাগ: মচুনা শঙ্জিনগ্রবা ওইহনসু হেম-হেমদুম মচু শাঙ্শিল্লকলি!!’

৫৭। ভূষা—(লৈতেং) নুমিৎ লৈথরক্লবদা বনগী লৈ-সুনচিংবনা মশাগী লৈতেং ওইনদুনা বৃন্দাবন ৩-ংদগী যণগারক্লিবা শ্রীকৃষ্ণবু উবদা মাগী নীংথিবা লৈতেংশিং অদুমক্লা থম্মোই-ল কানুং-নৈহৎলবা শ্রীরাধানা মথবায় বাবা মতোনা বিশাখাদা হায়রকই—‘হে সখি। কামদেবগী অথোইবা থৃংলাইযক ওইনা মমিং চৎলবা কদম-মপাল-পরেং অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী কোকথক্তা লৈতেং ওইনদুনা ঐবু চৈনাখোল ফংহনবদি তোঙ্গসনু মফরি অদুগা মাগী মকোক্তা লৈতেং ওইনরিবা রাহোং মতু-চবুন অসিমক্লসু ঐগী থম্মোইদা চৈনাখোল ফাওহল্লিবা অসিমক্তি চকমল্লি, কল্লিগীদমকনো, অমুক্তা হায়দুগবা ?

(শ্লেষ অর্থদা—নীলকণ্ঠদি (থোরাদা অমুবা দাগ লৈবা) রুদ্রনি (মহাদেবনি), মানা মাগী মতেং পাংদুনা কল্লিগীদমক চৈনা ফংহল্লিবনো ? কামদেবনা মাগী শ্লেক্লবা মহাদেবদা অথোইবা মতেংদুম পীরল্লি—ওকগ্রবা হায়বদুনি” ) ( মহাদেবনা অকনবা তপ তৌরিদৈদা কামদেবনা মদুবু থুগায়ক্লবদগী মহাদেবগী অশাউবা মৈরিনা শ্লেংলকপদা কামনা উৎ ওইনা ভূমখি, অদুবু মাগী নুপী রতি কোবীনা হায়জ-নোনজবদগী নুংশিবীদুনা মহাদেবনা কামদেববু মশক লৈথিগ্রবসু (শক্লাইদ্রবমবদু) মাগী মপাংগলদি অদুম্বক লৈজনবা বর পীবিখি। অদুগুম্বা মাগী মাঙ্নবা শীনগ্রবা মহাদেব অদুমক্তা মানা হুজীক মতেং পাংজরি )।

৫৮। শ্রীকৃষ্ণগী লৈতেংনচিংবনা উদ্দীপন ওইহনবগী অসিগুবা মতোবু উৎলগা হুজীক্লা মথংদা অমুক প্রেয়সীশিংগী ফিজেৎ-লৈতেংনা উদ্দীপন ওইহনবগী রাকম অমুক উৎলি।

মাল্যানুলেপনে, যথা রসসুধাকরে—

৩৭। আলোলৈরনুমীয়তে মধুকরৈঃ কেশেষু মাল্যগ্রহঃ
কান্তিঃ কাপি কপোলয়োঃ প্রথয়তে তাম্বূলমন্তর্গতম্।
অঙ্গানামনুভূয়তে পরিমলৈরালেপনপ্রক্রিয়া
বেষঃ কোঽপি বিদগ্ধ এষ সুদৃশঃ সূতে সুখং চক্ষুষোঃ॥ (৫৯)

যথা বা—

৩৮। অনঙ্গরাগায় বভূব সদ্য-স্তবাঙ্গরাগোঽপি কিমঙ্গনাসু ?
উদ্দামভাবায় তথা কিমাসী-দ্দামাপি দামোদর ! তাবকীনম্ ? (৬০)

---

ব্রজগী করিগুম্বা নহী অমদা চৎলবী ললিতাগী ফিজেৎ-লৈতেংগী ফজবা মতৌ উরুবদা হরাউরবা কৃষ্ণনা সুবল সগাদা মদুবু থাগৎলদুনা হায়রকই—অরংবা মঙান চেল্লবা মজু্বা মুক্তানচিংবগী লীকশরেং, চারকুংদা হাইরিবা নাপলৈতেং-কুণ্ডল অমসুং মীংথিবা মঙান চেল্লবা অশেংবা সনাখুজিনচিংবনা য়োনা লৈতেংলবী ললিতানা ঐবু য়োনা পেলহল্লি।

৫৯। মালা অমসুং অনুলেপন—(লৈপরেং অমসুং হকচাংদা তৈবা চন্দন-নচিংবা লৈতেং)—বৃন্দাবনগী উমংদা লৈ থিবা লাকপী শ্রীরাধাবু বিশাখানা য়াম্নমক হৈশিংনা লৈতেংলকলি; মাবু উরগা শ্রীকৃষ্ণনা প্রিয়নর্মসখা উজ্জল য়েংত্না হায়রকই—শ্রীরাধাগী শম্বুন্দা নীংথিবা শমজিরৈ পরেং থেৎলি হায়বসি থকচানরবা খোইমুশিংনা কোয়পাই পাইনরিবা অসিদগী খঙনবা ঙমলি, হায়ফম খঙদ্রবী চায়রুং অনিগী লংলবা মঙালননা অশায়বা য়ানুংগী পানা (ক।) অসিবু কাওবা করিসু লৈতনা থানবা তৌদ্রি; নাতোম্না ফংলিবা নুংশিবা মনম অসিনা কস্তুরী-চন্দনগা-কর্পূরগা তকথায়নহ্না মশাগী লৈতেংনরি হায়বত্র খঙবা ঙমলি—অসিগুম্বা শ্রীরাধাগী লৈতেংশিং অসিনা হায়কম খঙদবমথৈ ঐবু নুংঙাইবা পোঁকহল্লি।

৬০। মথক্তী অসুয়া শ্রীকৃষ্ণগী মালা অমদি অনুলেপননসু উদ্দীপন ওইবগী মতৌ অদু অমুক উৎলি। শ্রীকৃষ্ণগী নীংথিরবা হকচাংদা তৈত্নিবা চন্দননচিংবগী ফজবা মতৌ উবদগী থম্মোই য়াকায়রক্লবী (উদ্দীপন ভাবনা লৈতেংলবী) ব্রজগী নহা মথৈগী মপুক্তীং-ঈরাং-ঈহৌনবা মতৌবু মুয়া খঙলবী বৃন্দানা নাপচীকপা খাহৈনা শ্রীকৃষ্ণদা পাউদমলি—'হে দামোদর! নঙগী নশাদা

অথ সম্বন্ধিনঃ—২৩। লগ্নাঃ সন্নিহিতাশ্চেতি দ্বিধা সম্বন্ধিনো মতাঃ ॥ (৬১)

তত্র লগ্নাঃ—২৪। বংশী-শৃঙ্গীরবৌ গীতং সৌরভ্যং ভূষণক্বণঃ।
পদাঙ্কাস্তা বিপঞ্চ্যাদিনিক্বাণাঃ শিল্পকৌশলম্।
ইত্যাদয়োঽত্র কথিতা লগ্নাঃ সম্বন্ধিনো বুধৈঃ ॥ (৬২)

তত্র বংশীরবো, দানকেলিকৌমুদ্যাম্—(৩২)

৩৯। বেণোরেষ কলম্বনস্তরুলতাব্যাজ্রম্ভণে দোহদং
সন্ধ্যাগর্জ্জভরঃ পিকদ্বিজকুহূস্বাধ্যায়পারায়ণে!
আভীরেন্দুমুখীস্মরানলশিখোৎসেকে সলীলানিলো
রাধাধৈর্য্যধরাধরেন্দ্রদমনে দম্ভোলিরুন্মীলতি ॥ (৬৩)

---

তৈরিবা মচু মমেন্নচিংবা অসিবু নহা ওইবীশিংগী কাম য়াকায়কন্নবগীদবক্রা? শিরিবা লৈগী পরেং অসিসু মখোয়গী পৃক্সীংদা পোরোল থাত্রবা অচুওম্বা ভাব পোহন্নবগীদমক্তরা? (সিন্ধু ২। ৪। ৩৫৪-৩৫৮, ৩৬২, বর্ণা ১১, অ ৫। ১৩৩, ভা ১০। ৩১।১০)।

৬১—৬২। সম্বন্ধী (মরী)—মসিগী মখল অনি ওই মচুদি—লগ্ন অমসুং সন্নিহিত (হকথেংনবা অমসুং নকুবা)। হকথেংনবা (লগ্ন-সম্বন্ধী) গী মওঙ্দি—বাঁশী অমদি শিঙ্গা মখোল, ঈশৈ, নুংশিবা মনম, লৈতেং মখোল, খোঙ্গুল, বীণা মখোল অমসুং শিল্প কৌশল (খুৎশা হৈবা মতৌ, য়েকপা খোৎপা অমদি লৈগী লৈতেংনচিংবা শেম-শাবদা হৈশিংবা) অসিনচিংবসিবু রস অসিদা 'লগ্ন-সম্বন্ধী' (হকথেংনবা মরী) হায়না কৌই।

৬৩। বংশীরব (বাঁশী খোল্লেল)—শ্রীগোবর্দ্ধনগী দানঘাটকী (নীল মণ্ডপ ঘট্ট) মখক্তা লৈদুনা শ্রীকৃষ্ণনা খোংলকপা বেণুগী রাগ-অমৃত (নুংশিরবা সুর) অদুবু থক্লু্যদগী হয়াউবনা মথোই হাপকংনরবী শ্রীরাধানচিংবীগী মনাক্তা বৃন্দানা বেণুগী মওঙবু থায়কলি। 'শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিরবা বেণু মখোল অসিনা উরী-উপাল পূম্নমক্কী মকাদা মকারামনা হোজ-শাৎচবা ওম্বা ওইহল্লি; কোকিলগী কুহু-খোল্লেনওম্বা ব্রাহ্মণশিংগী বেদ-পাঠগী মভাংদনা য়াচঙ্ বগী ইদিল অচুওমলি, নহা ওইবী ব্রজগোপীশিংগী কামগী মৈরী চুখৎপদনা মসিনা অকনবা নোংলৈ নুংশিংনি অমুগা শ্রীরাধাগী অভগ্না অরেম্বা থাঙ্হৈবগী চিঙ্জাউবু থুগায়বদনা মসিনা বজ্রমক্কী মশক্কি।

যথা বা রসসুধাকরে—

৪০। মাধবো মধুরমাধবীলতা,-মণ্ডপে পটুরটন্মধুব্রতে।
সংজগৌ শ্রবণচারু গোপিকা,-মানমীনবড়িশেন বেণুনা ॥ (৬৪)

২৫। কৃষ্ণবক্ত্রেন্দুনির্ধূতং মুরলীনিনদামৃতম্।
উদ্দীপনানাং সর্ব্বেষাং মধ্যে প্রবরমীর্য্যতে ॥ (৬৫)

শৃঙ্গীরবঃ—৪১। কংসারাতেঃ পিবতু মুরলী তস্য সদ্বংশজন্মা
সা বক্ত্রেন্দুং স্ফুটমকুটিলা পঞ্চমোদগারগুর্বী।
আস্বাত্তামুং ত্বমপি বিষমা ভঙ্গুরাঙ্গারকালী
তুঙ্গং শৃঙ্গি! ধ্বনসি যদিদং তত্তু দুঃখাকরোতি ॥ (৬৬)

---

৬৪। শ্রীব্রজসুন্দরীশিংবু চিংনবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা বেণু খোংলকপদা বৃন্দানা হরাউজ্না হায়রকই—খোইম্ মপে মপেনা য়োমশিন্নুন। কোয়না ঙংনা পাইরিবা অহৃগুম্বী মাধবী-লতাগী থাংপোক্তা শ্রীকৃষ্ণনা, হেক ভাবদা নাকোঙ্গী পেয়জ-নীংঙাই ওইরবা অহৃগুম্বা বেণুগী ঈশৈ হৌগৎলক্লবদা ব্রজগোপীশিংগী মানগী মশক ওইরবা ঙা-গী মপৈশিং অদো খোইদা গুম্না থুাথনগুমম্রে।

৬৫। মতাং অসিদা হায়রিবা উদ্দীপন পুম্নমক অসিগী মনুংদা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোং থানিনদগী চেম্বরকপা মুরলী খোম্বাঙ্ অসিনা পুম্নমক্কী হেনবনি অসুম্না হায়রি মহৃদি ( সিন্ধু ২।১।৩৬৪-৩৭২. বি ১।৩৭, ৩।৭, ৫।১৬, ২৬,৬।১১, ১২, ৫।১৭, ২২, ৪।৩৫, ১।৩৫, ৩।১, পঁ ১৫৬, ১৮২-৮৪, ২৫৪-৫৫, গো ১০।৭৪, ৭৫, অ ৮।১১১, ৮।৪১, প ২০৩, ২৩৩, ২৮৫-৮৮, ২৯২, ৩০৭ )।

৬৬। শৃঙ্গীরব (পেরেসিঙ্গা মখোল)—যগ খোমজিন্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা যমুনা তোর্বান্দা খোংলকপা সিঙ্গা মখোল তাবদগী শ্রীরাধানা 'অধিরূঢ় মহাভাবদশা' গী (সাত্ত্বিকবিকার লোয়নবা অহেনবা থাকী মহাভাবকী) মওঙ্দা লৈরবদা পেরে-সিঙ্গাবু কন্নকপা মতৌনা নিন্দা তৌরকলি—'হে শা মচিনা ওইব সিঙ্গা-ও। অফবা শাগৈদা পোক্লকপা, চুমজ্রিং চুম্বা ( শাজৎ খোয়দবা), অমদি খোম্বাঙ্ মঙাওবা ( পঞ্চম স্বর ), মুরলীনা শ্রীকৃষ্ণগী নীংথিবা চীনবান অমৃতবু থকচবা কংবদি গুক্লু-নীংঙাই কয়িসু লৈতে ; অহৃগা নঙ্ওবা নপুক চুমদবা, চক্কি-চাউবা, খোয়চৎনবা, নচুসু মুশীন মুনা কাহৎপা অমনা মাগী চীনবান খোইহী থকচবা শাগিবা অক্রকক্তি মী পুম্নমকী নুংঙাইতনীংঙাই মশক্তি ॥' ( সিন্ধু ৪।৩৭৩-৭৫, গো ৩।২৮ )।

অথ গীতম্,—

৪২। মানানলং মে শময়ন্ সমিদ্ধং, গানামৃতং বর্ষতি কৃষ্ণমেঘঃ।
মা ক্রুধ্য বাত্যাসি সখি! প্রসীদ, দূরে নয়ামুং নিজবিভ্রমেণ॥ (৬৭)

সৌরভম্—৪৩। মিলতি পরিমলোর্ম্মিঃ কস্য রোমশ্রিয়াসৌ
মম তনুলতিকায়াং কুর্ব্বতী কুড্মলানি।
সখি! বিদিতমিহাগ্রে মাধবঃ প্রাদুরাসীদ্-
ভুবি সুরভিতয়া যঃ খ্যাতিমঙ্গীকরোতি। (৬৮)

যথা বা—

৪৪। মদয়তি হৃদয়ং কিমপ্যকাণ্ডে, মম যদিদং নবসৌরভং বরীয়ঃ।
তদিহ কুসুমসংগ্রহায় রাধা শিখরিতটে শিখরদ্বিজা বিবেশ॥ (৬৯)

---

৬৭। গীত (ঈশৈ)—মোনজ-থোংচবী (স্বভাব ওইবী) কনাগুম্বী গোপী অমগী শাউবা থেমজিন্নবগীদমক ময়ুমদা য়োরকুবা শ্রীকৃষ্ণগী চীন্দা শক্লকপা নীংথিবা স্বর খিবীক্লা ভিল্লবা ঈশৈ তাবদগী মশাগী অশাউবত্ত নেমথপ্রবদা, মঙোন্দা ওনশিন্দুনা শাউরিবী মশাগী সখী অমদা মানা হায়রকই—'হে সখি! কৃষ্ণগী মশক ওইরবা নোংলেম্না ঐগী অশাউবা মৃৎহন্নবগীদমক ঈশৈগী মশক ওইরবা নোংলীনা কৃংনা হৈথবীরকলি; মরম অদুনা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ-শক্লা নঙ্না ঐবু শাউবগী শউম্ অদুনা হায়বদি মীনা লাম্বা ভমত্রবী অদুগুম্বী নঙ্গী হৈশিংবী রাঙাঙ্ শীজিন্নদুনা মাবু নশামক্লা হেক থাপতোকচহনখো কৈদোই?'

৬৮। সৌরভ (নুংশিবা মনম)—ললিতাগা লোয়ননা লৈ থিজিন্নবা শানা লাকপী শ্রীরাধানা বৃন্দাবন উমং য়োরকুবদা য়ায়া লাপ্লিঙৈদগী শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-গন্ধ ফংলবদা মহুগী পুক্লীং হুবা মতৌ অদুবু শংথানা হায়রকলি—'হে সখি! কনাগী মশাগী নুংশিবা মনমনা কদোমদগীনো লাক্তুনা ঐগী ইশাদা হরাউ-তুজুং-ইরল-মশক উহল্লরিবনো? ওহোকপনি। লেপ্লমক থঙ্বা ভমলে, তাইবঙ্ পানবা পুন্নমক্লা মাবু 'সুরভি' (নুংশিবা মনম পুন্নমকী হৌফমনি) হায়না খঙ্নরিবা অদুগুম্বা মাধব (বসন্ত—কৃষ্ণ) অদুনা মাঙ্দা শোয়দনমক চঙ্লক্লে (হায়বদি তাইবঙ্ অপুম্ববু পেলহনবা ঙম্বা অদুগুম্বা নুংশিবা মনম চেনবা শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবা অঙ্গ-গন্ধনা ঐগী ইশাদা সাত্বিক বিকার ফাওহল্লি) [ল ৭।২৪-২৫, গো ৮।৭১, ১৭।৯]।

ভূষণকণঃ—৪৫। কলহংসনাদমিহ হংসগামিনী,
নিশময্য হংসম্ভহিতুস্তটান্তরে।
তব নূপুরধ্বনিধিয়া পারিপ্লবা,
কলসীং ন বেদ শিরসশ্চ্যুতামপি ॥ (৭০)

যথা বা ললিতমাধবে—( ১।৫১ )

৪৬। মধুরিমলহরীভিঃ স্তম্ভয়ত্যম্বরে য',
স্মরমদসরসানাং সারসানাং রুতানি।
ইয়মুদয়তি রাধাকিঙ্কিণীঝঙ্কৃতির্ম্মে
হৃদি পরিণময়ন্তী বিক্রিয়াড়ম্বরাণি ॥ (৭১)

---

৬৯। শ্রীরাধাগী অঙ্গ গন্ধ—গোবর্দ্ধন ভময়াদা সখা মথেগা অমুম শান্নহ্না লৈরবা শ্রীকৃষ্ণনা খঙ্‌হৌদনা নুংশিবা অঙ্গ-গন্ধ অমা ফংলবদা ইনক নক্লা শ্রীরাধাবু লৈরে হায়না খল্লকই—'মেঙ্‌লবা অমদি থুম্নবা খায়দগী চেম্না নুংশিরবা মনম অমনা ইখঙ্‌মক খঙ্‌হৌদবা মতৌনা ঐগী থম্মোইবু নৈথায়ররিবা অসিনদি ঐনা খল্লি, শ্রীরাধানা অনকপা চীংয়া অসিদা শোয়দনা লৈ থিবা লাক্রমগনি !!' [ বি ৬। ১৭. ল ৮। ২৬, গো ১১। ১১৭ ]।

'৭০। ভূষণ-শব্দ ( লৈতেং মখোল )—ইষ্ট-দেবতা ওইবা নুমিৎ কোবা লাইগী পূজাগীদমক্তা যমুনাগী ঈশিং শোকপা লাকপী শ্রীরাধানা মফম অহুদা কাংঙগী মখোল তারকপদা তুম্মংখিবা মতৌ অদুবু বিশাখানা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা তমহ্না তাহল্লি—'কাংঙগী শাজৎ-ওমজবী শ্রীরাধানা ওসি যমুনা মপান্দা কাংঙ মখোন তারুবদগী মদুবু ইবুংঙো নঙ্‌গী নুংশিরবা নূপুর খোঙ্‌হাঙ্‌নি অমুয়া খল্লুনা অমুকী মতিক পাখংখি ( কিংগৎলকথি ) মতুদি—মকোক্তগী সনাবুন তাখিবা ফাওবদা মানা মত্ করিসু খঙ্‌বা তৌখিদে। [ সিন্ধু ২। ১। ৩৭৫ ]।

৭১। শ্রীরাধাগী লৈতেং মঃখোল—নুমিৎ তারমদাইদা বৃন্দাবনদগী ব্রজ তান্না হল্লকপা লমীদা মহাক্তবু য়েংজনবা সখীশিং লোয়নদা থোক্লকপী শ্রীরাধাগী কিঙ্কিণী মখোল তাবদগী কিবম কন্না থোক্লা হোংলক্লবা শ্রীকৃষ্ণনা তারিবা খোজেল অহুগী মতম থাহ্না হায়রকলি—'ফজবা নীংখিবা মতৌনা আতিয়াদা কোয়না তাউনা পাইরিবা অমদি কামগী ময়াইনা তাওচংনরবা অহুত্তবা বাইনু কোবা উচেকশিংগী ( সারস ) নুংশিবা খোঙ্‌হাঙ্‌মকপুম্ নমহংখিবদগী মখোয়বু

পদাঙ্কাত্তাঃ, যথা দানকেলিকৌমুদ্যাম্—(১৩)

৪৭। পদততিভিরলঙ্কৃতোজ্জ্বলেয়ং
ধ্বজকুলিশাঙ্কুশপঙ্কজাঙ্কিতাভিঃ।
নখরলুঠিতকুড্মলা বনালী
কিমপি ধিনোতি ধুনোতি চান্তরং মে॥ (৭২)

বিপঞ্চীনিক্কাণো, যথা ললিতমাধবে—( ১।৩৬ )

৪৮। স্মরকেলিনাট্যনান্দীং, শব্দব্রহ্মশ্রিয়ং মুহুর্হরতী।
বহতি মুদং মম মহতী,-মিহ মহিতা শ্যামলা-মহতী॥ (৭৩)

---

ইকাইজখনা অমুক মখা ভানা খোংহল্লবা অহুঙবা রাধাগী কিঙ্কিণী ( খাংগী লৈভেং ) মখোললনা ঐগী থম্মোই অশিবু মথক মখা ওলহল্লি॥' [ ল ১।৪৩, ৫০, ৩৭, অ ৬।৩ ]।

৭২। পদাঙ্কাদি (খোঙ্গুলগী চিংবা)—যজ্ঞগীদমক্তা সখীশিং লোয়ননা শ্রীরাধানা অনোবা থি পুত্থনা লাকপদা গোবর্দ্ধন-চাংয়াগী লম্বীদা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-চিহ্ন ( খোঙ্গুল ) নচিংবা উবদা ললিতানচিংবী সখীশিংদা অঙকপা ফোংদোক্ত্না হায়রকই—'বনগী লম্বীশিং অসিনা ধ্বজ (ফীরান), বজ্র, অঙ্কুশ (পাযু কাটি) অমসুং পদ্ম (থম্বাল) নচিংবা মগি চেনবা খোঙ্গুল ডাক্তনা লৈভেং ওইনরি অমদি মত্থনা মরম ওইত্থনা হয়াউজবনা মকারামলি, মসিদা শাংলিবী লৈরাং লৈয়োনশিং অসিমু শ্রীকৃষ্ণগী খুৎনা শোকপি-নানবীরঘনা মথোই কানরি, মরম অহুনা লৈরিবা বনশিং অসিনা ঐবু ওমথৈ লৈতনা পেলহল্লি—অমরোমদসু মাবু উজবা ফংদবনসু বাহল্লি।'

৭৩। বিপঞ্চী শব্দ ( বীণা মখোল )—নুমিদাংবাইরম বৃন্দাবনদগী সঙ্গাই ভমনা লেঙ্লকপা মতমদা ( যশধারকপদা ) মহাক্কবু উজনীংবনা ব্রজগী খুনয়ালম্বীদা থোকচরকপী শ্যামাগী বীণা খোঙ্গেল তাবদা শ্রীকৃষ্ণন' মধুমঙ্গল সখাদা হায়রকই—'হৗয়া হৗয়া পাঠ তৌবা বেদধ্বনিগী নীংথিবা খোঙ্গেলমক্তা মায়না মগুণ হক্তবী খ্যায়দগী হেন্না চঙ্খোনবী শ্যামলাগী মহতী-বীণা অসিনা লৈপুন-লীলাগী শৈহৌ-ঈশৈ ওইনা ঐবু ওমথৈ লৈতনা নুংঙাইবা ফংহল্লি।' *

---

* মহতী বীণা—মসিগী বীণা মথল অসিদি শ্রীরাধা, শ্যামলা অমদি শ্রীনারদ অহুম অসিতনা পায়। ৭৩ নংগী পদ্য অসিনা ভাকলি মত্থদি গোপীশিংনা অকোংবা লম্বীমক্তদসু বীণানচিংবা অহুম্মক খোংলম্মী।

শিল্পকৌশলং, যথা—

৪৯। বরকুসুমনিবেশপ্রক্রিয়াসৌষ্ঠবেন
প্রকটিতহরিশিল্পা পট্টসূত্রোজ্জ্বলশ্রীঃ।
হৃদি বিনিহিতকম্পা নির্ম্মিমীতে স্রগেষা
নিশিতশরপরীতস্মারতূণীরশঙ্কাম্ ॥ (৭৪)

অথ সন্নিহিতাঃ—

২৬। নির্ম্মাল্যাদ্যাঃ সন্নিহিতা বর্হগুঞ্জাদ্রিধাতবঃ।
নৈচিকীনাং সমুদয়ো লগুড়ী-বেণু-শৃঙ্গিকাঃ ॥ (৭৫)

২৭। তৎপ্রেষ্ঠদৃষ্টির্গোধূলির্বৃন্দারণ্যং তদাশ্রিতাঃ।
গোবর্দ্ধনো রবিসুতা তথা রাসস্থলাদয়ঃ ॥ (৭৬)

তত্র নির্ম্মাল্যাদ্যাঃ, যথা বিদগ্ধমাধবাদৌ—( ২।৪২ )

৫০। অঙ্গোত্তীর্ণবিলেপনং সখি! সমাকৃষ্টিক্রিয়ায়াং মণি-
র্মন্ত্রো হন্ত মুহুর্বশীকৃতিবিধৌ নামাস্য বংশীপতেঃ।

---

৭৪। **শিল্প কৌশল** (খুৎশা-হৈবগী থবক)—শ্রীকৃষ্ণগী খুৎমক্না লেংবা লৈ-পরেং অমা বৃন্দাগী মখুত্তা শিন্নহনা রাধাদা পীরুনবা থারকখি—লৈ-পরেং অদু ফংজবদা অথোইবা ভাবনা লৈতেংলবী রাধানা মহুগী মশুণ শকচরি—'ফজ-ফজরবা লৈতনা নীংথিবা লৈচন লেমহনা লে'বগী হৈশিংবা মতৌ অসি উবতদা মসিবু শ্রীহরিমকী শিল্পকলানি হায়বসি অহুম্মক তাকলি। কাত্রং লংজানা লেংবা অসিগুম্বা লৈরাং পরেং অসিগী ফজবদা মপা লৈত্রিবা অসিগুম্না ঐগী থম্মোই লকানুংবুসু নীকহনবা অসিনদি মসিবু ঐনা থোরবা তেনতনা থল্লবা কামদেবগী তেন্দোং অহুমক ওইনা নীংলি।'

৭৫—৭৬। **সন্নিহিত**—নির্মাল্যনচিংবা, বাহোংমতু, গুঞ্জা, লৈঙাঙ্, নৈচিকী ( চঙ্খোনবী মণবী ), লগুড়ী ( লাঠি—চৈতুপ ), বেণু, শৃঙ্গী ( শিঙ্গা ), কৃষ্ণগী চান্নবা সখাশিংবু উবা, গোধূলি ( মণগী খোঙ্গাওদা হোবা উফুন্ ), বৃন্দাবন উমং, বৃন্দাবনগী উচেক বান্নাশিং, শজি-শঙাই, কুঞ্জনচিংবা শান্নকম, গোবর্দ্ধন, যমুনা অমসুং রাসস্থলী ( রাস-শান্নকম ) অসিনচিংববু 'সন্নিহিত' হায়না কৌই।

নির্ম্মাল্যস্রগিয়ং মহৌষধিরিহ স্বান্তস্য সম্মোহনে
নাসাং কস্তিস্পৃণাং-গৃণাতি পরমাচিন্ত্যাং প্রভাবাবলীম্ ॥ (৭৭)

যথা বা ললিতমাধবে—( ৬।২৬ )

৫১। ত্বক্‌লেহস্মিন্ কার্ত্তস্বরমহসি বিস্তারিতদৃশো
বপুঃ কিন্তে ফুল্লৈর্বহতি তুলনাং নীপকুসুমৈঃ ?
ত্রুটন্তীভিঃ কিংবা স্ফটিকমণিমালাভিরুপমাং
লভন্তেহমী ক্ষামোদরি ! নয়নয়োস্তোয়পৃষতাঃ ॥ (৭৮)

---

৭৭। **নির্মাল্যনচিংবা**—পূর্ব্বরাগগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণদা কামলেখ ( চিঠি—কস্তুরীনচি'বনা ইননবা মুক ওইহনা অথাবা অপাকপা লৈকাদা ইবা অহুগা কুঙ্কুম চন্দন্না মোহর নম্বা অমসূং থম্বৌ মশিংগী লংজানা পুনশিনবা নুংশি-নুংঙনগী চিঠি ) কংথ্রবা তুংদা বিশাখাগী মচীন্দগী মাবু শ্রীকৃষ্ণনা তাং তৌহনা থোশাবীদবগী মতৌ উংলকপদুবু চান্নবা ওইনা থাজহনা শ্রীরাধানা রাম্নখি। মথংদা বিশাখাগী মখুত্তা পায়রম্বা শ্রীকৃষ্ণনা থোম্লুরবা রঙ্গণ-মালাগী ( লৈ অঙাংবগী পরেং ) নির্মাল্যগী নুংশিবা ফংবদগী জ্ঞান তারকখি। জ্ঞান তারকপগী মরম হংলক্রবদা বিশাখানা লৈপরেং অহু রাধাদা কংশিল্লগা মহুগী মতিক মগুণ-নচিংবগী মরম তাহল্লকই—'হে সখি! শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গচন্দননচি'বনা মথোনকাবী-শিংবু আকর্ষণ তৌবদা ( চিংবদা ) অথোইবা মণিগী মশক্তি, বংশীগী মবুংঙো ( বাশীবু মানা তৌহন্নীংবা তৌহনবা ) অসিগী মমিংনা মখোয়বু শুন্নাংনবগী ( মহী মন্নাই চমহন্নবগী ) অথোইবা মন্ত্রনি অহুগা মাগী নির্মাল্য মালা অসিসু থম্মোই শুন্নাংপদা অথোইবা মগুণ চেনবা হীদাক অমগুম কান্নরিবা পোংশক অমনি। অহুম অসিগী ( হায়বদি মণি, মন্ত্র, হীদাক ) মীনা খঙ্‌নগুমদ্রবা তৌবা ওম্বা মগুণবু শক্ত-শোন্নদবা কনাবু য়াওবগে ?'

৭৮। দ্বারকাদা সত্যভামা ওইবী রাধানা শ্রীকৃষ্ণগী সনা-ফীগে ফীজোন উবদগী লাঙ্‌তক্রবা মতৌ উবদা রুক্মিনী ওইবী চন্দ্রাবলীনা ঙকথ্রহনা নববৃন্দাদু থাহনা রাধানা লাঙ্‌তক্রিবহুগী মরম হংলম্লুই—'হে তীংদা ওঙ্‌দা ফজবী ! সনা অহিংবা মচুগী মৃগাক্ষি অসিবু উরগা করিগীদমক্তা নহাক্না মিৎয়েং মকারামনা নশা পূয়মক্তা কদম মপানগুম হয়াউ তুঙ্গুংনরিবনো ; অহুগা করিগীদমক্তা মিৎ-ম্নাদগী পিরাং মরীনা মুক্তা পরেংগুম ভক্তনা শিঙ্করিবনো ?' [ ল ৬।২৫ ]।

অথ বর্হগুঞ্জে, যথা বিদগ্ধমাধবে—( ২।১৬ )

৫২। অগ্রে প্রেক্ষ্য শিখণ্ডখণ্ডমচিরাদুৎকম্পমালম্বতে
গুঞ্জানাঞ্চ বিলোকনামুহুরসৌ সাস্রং পরিক্রোশতি।
নো জানে জনয়ন্নপূর্ব্বনটনক্রীড়াচমৎকারিতাং
বালায়াঃ কিল চিত্তভূমিমবিশৎ কোঽয়ং নবীনগ্রহঃ॥ (৭৯)

অদ্রিধাতুর্যথা—

৫৩। আভীরবৃন্দাধিপনন্দনস্য ক’লবরালঙ্করণোজ্জ্বলশ্রীঃ।
ক্ষিপ্তেন্দ্রগোপাংশুরপাংশুলোঽয়ং তনোতি রাগং মম ধাতুরাগঃ॥ (৮০)

নৈচিকীসমুদয়ো, যথা—

৫৪। সন্ধ্যাস্তোতে বিলসতি গতাঃ প্রেক্ষ্য গোষ্ঠপ্রকোষ্ঠে
হম্বারম্ভোন্মুখরিতমুখী নৈচিকীস্তদ্বিহীনাঃ।

---

৭৯। বর্হা, গুঞ্জা ( বাহোংমত্নু অমসূং চংনিং পরেং ? )—পূর্ব্বরাগগী মতমদা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণ ফংদবদগী ভাওচৎনরকপা মতৌ উহ্না ভূত চঙ্লে থনবদগী মুখরানা পৌর্ণমাসীদা মথবায় রানা তম্নখি—‘রাধা অসে যমাঙ্দা বাহোংমত্নু মচেৎ অমত্তং উরুবদগী মশা পুন্নমক খুদক্তা চেঙ্-খৈবত্তম নীক্লকখি অত্নগা গুঞ্জামালা ( গুঞ্জা—অমূবা মরীক মরীক য়াওবা অভাঙ্বা উহৈ মচা—রত্তি অমগী ওম্নবা চাং—চংনিং ? ) উরগনা ভাইহাক লৈতনা মমিত্তগী মপি শিঙ্খ্নুনা হীক হীক কপই। অনৌবা করগ্বা ফত্রবা গ্রহ অমনা নুপীমচা অসিগী মপুক্তা চঙ্বিরবননো খঙ্দ্রে॥’ শ্রীরাধানা তৌথোরকপা মতৌনা ‘অনৌবা গ্রহ চঙ্বত্তম উহল্লি, মরমদি হান্নরা অমুক্তসু উখিদ্রিবা মওঙ্দা মখোঙ্-মখুৎ কাওবনচিংবা তৌদ্ধনা জগোই কন্না শাবনচিংবা মতৌনা অউবা মী মখৈগী পুক্তীংদা অঙকপা পোকংল্লি॥

৮০। অদ্রিধাতু ( চীংগী লৈভাঙ্ )—গোবর্দ্ধন চীংয়াদা বিশাখাগা লোয়ননা কোয়না অসুম লৈ থিরিবী রাধানা চীংগী লৈভাঙ্ উরুবদগী অথোইবা ভাবনা লৈতেংলক্লবী শ্রীরাধানা মহুগী মতিক মঙণ শীংথারকলি—‘ব্রজেন্দ্র নন্দনগী শ্রীঅঙ্গদা থোনবা সনা ফিগে ফীজোন মচুগুম ফজরবা অমদি নোংজু পাম্বাদা থোকপা ইন্দ্রগোপ কৌবা তীল অহুগী মচুমকপু ওমজবা লংলবা লৈভাঙ্ অসিনা ঐবু শ্রীকৃষ্ণগী রতি পোকহল্লি।’

অন্তশ্চিন্তাচুলুকিতমতির্যাদবেন্দ্রাদ্য মন্দা
কষ্টং চন্দ্রাবলিরিহ কথং প্রাণবন্ধং করোতু ? (৮১)

লগুড়ী, যথা—৫৫। বিষ্টভ্য যাং ভুবি পুরঃ শিখরার্পিতেন
বিন্যস্তচারুচিবুকেন করদ্বয়েন।
দীব্যন্ হরির্গিরিতটে মুদমাদধান্নঃ
সা হন্ত যষ্টিরধুনা হৃদয়ং পিনষ্টি॥ (৮২)

বেণুর্যথা—৫৬। হৃদি ন্যস্তা বংশী তদধরসুধাভাগিতি ময়া
তুরন্তং বিশ্লেষজ্বরগরলমস্যাঃ শময়িতুম্।
বিতেনে সা তূর্ণং শতগুণমিদং যাদবপতে
বিরক্তো যত্রেশস্তমিহ ন হি বা কঃ প্রহরতি ? (৮৩)

---

৮১। **মৈচিকী মন্নাম** ( চঙ্খোনবী মণ চাজেনবীশিং )—মথুরাদা লৈপ্রবা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী মক্ষমদা পাউদম্বীরুনবা পদ্মানা কনাওম্বা লম্বী চংপা অমদা চন্দ্রাবলীগী কান্নন মৈরি বায়বগী মতৌ অদুবু খঙ্‌হল্লক্লি—'হে যাদবকী মবুংঙো ! নুমিৎ লৈথরক্লবা নুমিদাংবাইরমগী মতমদা বনদগী ব্রজ-তমনা কাখৎনরকপী চঙ্খোনবী মণবী মথৈনা ইবুংঙো নঙ্‌বু ফংজপ্রবনা অতৎ অথম লৈতনা 'মো, মো' খোংনা কপ্পরি। ওহোকপনি। বাখলনা লাকহন্তনা বুদ্ধি মাঙ্‌লবী, লাইবক থীরবী অমদি মতৌ ফত্রবী চন্দ্রাবলীনা হজীক ব্রজ অসিদবু করম্না হিংত্রনা লৈরুগনি ?'

৮২। লগুড়ী ( চৈও—লাঠি )—শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লেঙ্‌প্রবদা ইবুংঙো মানা পায়বিরম্বা চৈও (লাঠি) অদুবু উরুবদগী কান্নন-ইকৌনা নৌনা লাকহৎলবী কনাওম্বী গোপী অমনা ভেংথা শৈরোল শক্লকলি—'অবাবনি। শ্রীকৃষ্ণনা অসুম শান্নরম্বদগী মাঙ্‌দা উরিবা মকম অসিমক্তদা খুৎ অনিনা মথোক্তা পায়রগা নীংথিরবা মাগী খদাঙ্‌না মথক্তা শোত্না গোবর্দ্ধন-চীংরা অসিদা ঙাহ্‌না লেপ্লগা ঐখোয় খিবীকপু নুংঙাইহনবীরম্বা অদুগুম্বা চৈও অজুনা হজীক অসিদা থম্মোই মনুং ওৎথান্নবা ওইরি।' [ বি ৭।৩৬, ল ১।২৭, সিন্ধু ৩।৩।৬৯ ]।

৮৩। বেণু ( বাঁশী )—শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লেঙ্‌প্রবদা ইবুংঙো মানা থম্বীরম্বা বেণুনা শোকলুবদগী কান্নন-মৈহম-মৈরি হেনগৎলকখিবী শ্রীরাধাগী মপাউবু

শৃঙ্গিকা, যথা—

৫৭। বলিতং বিলোচনাগ্রে, শবলং ধূলিভিরিদং বলাবরজ !
বলবৎ কুবলয়নয়না,-স্তব গবলং কবলয়ত্যন্ত ॥ (৮৪)

তৎপ্রেষ্ঠদৃষ্টির্যথা—

৫৮। সখি ! মৃগমদলেখয়া বিশাখা,-হৃদি মকরীরপি রাধিকা লিখন্তী।
সুবলমবকলয্য ঘূর্ণিতাগ্রে, পুলকবতী বনমালিনং লিলেখ ॥ (৮৫)

---

ললিতা সখীনা মবুংঙোদা তম্বীরুনবা লম্বী চৎপা নিপা অমদা শিন্নজরকলি—'হে মথুরাগী মবুংঙো ! কায়ন-মৈরি মৈশাগী মশক ওইরবা, লাকওম-খিংওমদ্রবা শ্রীরাধাগী মশাদা রাহল্লিবা হু অসিগী ময়াই চমহনগে নীংহ্না ঐনা ইবুংঙো নঙ্গী অধরামৃত থকচখিবী ( নঙ্না চুপ্লিখিবী ) বাঁশী অসিবু মাগী থম্মোইদা হাপচরুই, অদুবু অরাবনি। কায়ন-মৈরি অদু নেমথখিবদি লায়রহ্না হান্নদগীহ্ম শরুক চামা হেনগৎনা খুদক্তা চাকখৎলকই !!! মবুংঙোনা শাউরবা মীবু কনা মনাইনদি য়ৈহত্তবা য়াওবনো অদুবুদি ?'

৮৪। শৃঙ্গিকা ( পেরেশিঙ্গা—মসি শা মচিনা খোংননবা ওইনা শীজিন্নবনি, মচীবু 'শৃঙ্গ' কৌই, শৃঙ্গদগী শৃঙ্গিকা নত্রগা শৃঙ্গী, মৈতৈলোন্দনা শিঙ্গা হায়নখি, অদুমদি ওইরগা ঐখোয়নদি মথক্তা 'পেরে' হায়বা রাহৈ অমগা নপশিন্নৈ ! মমৈদা মসিগী মওঙ্ লৌহ্না কোংঙৌনচিংবনা শারগা খোংনববুসু মমিং অসিদা অদুম্মক খঙ্নখি। অশাবদি য়াম্না হেন্না চাওই )—ব্রজদগী হল্লরুগা উজ্জবনা মশামক্তা সংশঙ্না উরকপা মতু'ইন্না ব্রজদেবীশিংগী মপাউবু শ্রীকৃষ্ণদা হংগৎলরি—'হে কৃষ্ণ। মিৎরেং মমাঙ্দা তারিবা, উফুন-রাইফুন্না লৈতেংলবা নঙ্গী শিঙ্গা অহ্না মিৎয়া থম্বাল-লৈকা মানজবী ব্রজদেবীশিংবু হুজীক অকনবা মৈশা খাঙ্হলহৌরি।'

৮৫। কৃষ্ণগী চান্নবা সখাশিংবু উবা—শ্রীরাধানা বিশাখাবু উনা ময়োন্ন-চিংবা য়েক্তুনা লৈতেংবীরিঙৈদা সুবলবু উরকপদগী হায়কম খঙ্দবা মওঙ্দা ভারোন্নবী অমা ওইরকখিবগী মতৌ অদু শশিমুখীনা ইন্দুলেখাদা ইঙক ওক্লা তমলখি—'হে সখি। বিশাখাগী থম্মোইদা শ্রীমতী রাধানা ওসি কস্তুরী চন্দননা ঙা কিয়োং য়েক্লিঙৈদা মাঙ্দা সুবলবু উরুবদগীদি হরাউ ভুজুংননা মশা পুম্নমক তরঙ্-মাঙ্গ মতৌওম ( ঙা কিয়োংগী মহুত্তা ) কৃষ্ণগী মূর্তিদুম য়েকথোরকখি।'

[ সিন্ধু ২।৪।৮৩, অ ১০।১৪ ]।

যথা বা ললিতমাধবে—( ৬।৪৩ )

৫৯। নিখিলসুহৃদামর্থারম্ভে বিলম্বিতচেতসো,
মসৃণিতশিখো যঃ প্রাপ্তোঽভূন্মনাঙ্ মৃদুতামিব।
স খলু ললিতাসান্দ্রস্নেহপ্রসঙ্গঘনীভবন্
পুনরপি বলাদিন্ধে রাধাবিয়োগময়ঃ শিখী ॥ (৮৬)

গোধূলির্যথা উদ্ধবসন্দেশে—(৩৮)

৬০। আ প্রত্যূষাদপি সুমনসাং বীথিভির্গ্রথ্যমানা
ধত্তে নাসৌ সখি ! কথমহো বৈজয়ন্তী সমাপ্তিম্ ?
ধিন্বন্ গোপীনয়নশিখিনো ব্যোমকক্ষাং জগাহে
সোঽয়ং মুগ্ধে ! নিবিড়ধবলাধূলিচক্রাম্বুবাহঃ ॥ (৮৭)

---

৮৬। শ্রীরাধাগী প্রিয়সখী ললিতাবু উবদা ওইরকপা শ্রীকৃষ্ণগী উদ্দীপন—জাম্বুবানগী মযুমদা ললিতাগা থে'নরুবদগী হৌগৎলকপা রাধা কায়ন-মৈরীনা-লাকহৎলবা অঃওবা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদা হল্লকপা মধুমঙ্গল সখাগী মমাঙ্দা মিৎয়া ঈরা-ঈহৌননা ; খোনফম নীক্ত' ভাকপিরকই—'বসুদেব অমসুং উগ্রসেন-নচি'বগী কায়নবা থবক্তা ( জরাসন্ধনচিংবনা ওৎ-নৈবা ফনবা ) ঐগী পূক্নীং লূপশিন্নবতনা শ্রীরাধাগী কায়ন-মৈরীবু হাইফেৎ-নেমথহনবা ঙম্বনি. অদুবু হে মরূপ ! হৃজীক অমুক ললিতাগী হকচিন্নবী ন্নং'শি-নুংওন মতৌ থেংনরুবদগীদি ( মহুনা থাউ হায়ঙম থোক্ত্না ) নৌনা মৈরি কাথৎলক্লে। অসিগুবা মৈরী অসিবু মুৎহন্নবা পাঁখ করি অমত্তসু লৈতে ; অহোই অহোইননা অসুম হেনগৎ-লকপতনি।

৮৭। গোধূলি ( যণ খোঙ্গাও উফুন )— বৃন্দাবন উমংদা যণ শেনবা লেঙ্গ্রবা শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তা কনাগুবী ব্রজদেবী অমনা অয়ুক্তগীনা নুংথিল নুমিদাং বাইরম ফাওবগী মতম চঙ্হন্না মণাগী হৈজবী কলা কৌশল পূন্নমক অমত্তা থাক্তনা শীজিন্নহনা মতম হৌখিবা খঙ্দনা বৈজয়ন্তীমালা লেংবা হোৎনবদা পূক্নীং হকচাং লূপলিঙৈদা যণগী খোঙ্গাও উফুন্না আতিয়া মথক্তা ইফুল ফুন্নকপহ উবদগী শ্রীকৃষ্ণ লেঙ্লক্লে হায়বা খঙ্লবী মাগী প্রিয়সখী অমনা মহাকপু চৈহৎলক্লি—'হে সখি ! অয়ুক অঙগনবদগী কৌনা লৈরাং মপৈ অমনা বৈজয়ন্তী পরেং লেংবা হোরকখিবনা হঙ্গীক ফাওবসু লোইশিনবা ঙমদরি ! হে অপঙ্বী !

বৃন্দারণ্যং যথা তত্রৈব—(৮৩)

৬১। আশাপাশৈঃ সাখ! নবনবৈঃ কুর্বতী প্রাণবন্ধং
জাত্যা ভীরুঃ কতি পুনরহং বাসরাণি ক্ষমিষ্যে ?
এতে বৃন্দাবনবিটপিনঃ স্মারয়ন্তো বিলাসা-
মুৎফুল্লাস্তাম্মম কিল বলান্মর্ম্ম নির্ম্মূলয়ন্তি ॥ (৮৮)

তদাশ্রিতাঃ—

২৮। তদাশ্রিতাঃ খগা ভৃঙ্গা মৃগাঃ কুঞ্জা লতাস্তথা।
তুলসী কর্ণিকারশ্চ কদম্বাদ্যাশ্চ কীর্ত্তিতাঃ ॥ (৮৯)

---

লৈ লেংবা হোৎনবদা নঙ্‌না মতম হৌখিবা শঙ্‌ত্রি, অদুবু অমুক্তং নমায় অদু হাইগঙ্‌না য়েংউ, ঙোরোক ঙোবা-বণ শম্নুপকী খোঙ্গাও-উফুন-মরীকী মশক ওইরবা লৈচিম্না গোপীগী মমিংকী মশক ওইরবা রাহোং মপৈবু পেলহন্দুনা আতিয়া মকোয় শীল্লক্লে ॥'

৮৮। বৃন্দাবন—মাথুর-বিরহদা লাঙ্‌তক্লরবী শ্রীমতীবু ললিতানা থেম-জিন্দুনা লৈতাহন্নবা হোৎনরুবদা শ্রীরাধানা হায়রকই—'ললিতা, চায়বী! মহৌশানা কিগঙ্গরবী ঐগাকবু ঙসি ঙসি হয়েং হয়েং তোঃনা আশাগী থৌরীনা থরায়বু ফাজিন্দুনা অমুম্না কয়াবু কুইনা লেনখিগদগে ? হৈরাং-লৈরাংতনা মরাংকায়রবা মাঙ্‌দা উরিবা বৃন্দাবন উমং অসিগী উপাল রাপানশিং অসিনা শায়খিবা লীলা পুম্নমকপু অসুম নীংশিংহনবতনা ঐগী থম্মোই-লকানুং অসিবু নমদুনা মরু ফুক্লোকলি। [ বি ১।২৩, ২৭।৩১, ৫।৩৮, ৬।৩, ল ৭।২৭ ; ৮।১৯-২০, ১৩, ৩।৫২. স্তবমালাগী বৃন্দাবনাষ্টকনচিংবা, কৃষ্ণা ৩।৪২-৫৭. জ ১।২৬, ল ৮।৮, অ ৫।১৪৬ ]।

৮৯। বৃন্দাবনগী পোৎলমশিং—উচেক-রায়াশি", শজি-শঙাইশিং, খোইমু, কুঞ্জ খিবীক, উয়া-রারীশিং, তুলসী, কর্ণিকার ( লৈ মথল অমা, মত্ত অমদনা সহস্রদল—লৈকা লীশিং অমা পানবা, থবাল মওঙ্‌ মানবা-চিন্তামণিগী মশক ওইরবা শ্রীগোকুলগী ময়োন থোকপা মকম অমা ) অমসুং কদম পাম্বী ( মপান পীক্লা শাৎপা কেলি পাম্বী মথল অমা ) অসিনচিংববু 'তদাশ্রিত' হায়না খঙ্‌নৈ।

তত্র খগাঃ, যথা ললিতমাধবে—( ১০।১৬ )

৬২। কস্তান্ পশ্যন্ ভবতপঙ্গ তস্মিন্নপিঞ্ছাবতংসান
কংসারাতে ! ন খলু শিখিনঃ খিদ্যতে গোষ্ঠবাসী ?
উন্মীলন্তং নবজলধরং নীলমপ্যাপি মত্বা
যে ত্বামস্তম্ভিতমতয়স্তম্বতে তাণ্ডবানি ॥ (৯০)

ভৃঙ্গাঃ, যথা—৬৩। বৃন্দাবনে প্রবসি যে নিনদং বিপঞ্চী-
নিষ্ঠ্যূতপঞ্চম-মনোহরমাহরন্তঃ।
তে ষট্পদাঃ কুলিশঘট্টনঘোরমেতং
দৈবে বিরোধিনি ভবন্তি ন কে বিপক্ষাঃ ? (৯১)

মৃগাঃ, যথা তত্রৈব—৬৪। হরি হরি ভবতীভিঃ স্বান্তহারী হরিণ্যো
হরিরিহ বিমপাঙ্গাতিথ্যসঙ্গী ব্যধায়ি।
যদস্তুরণিত-বংশীকাকলীভির্মুখেভ্যঃ
স্তুখতৃণকবলা বঃ সামিলীঢ়াঃ স্খলন্তি ॥ (৯২)

---

৯০। মহূগী মহুংদা উচেক-রায়াশিং ( খগ )—ব্রজরাজনচিংবগা লোয়ননা দ্বারকাদা লাকখিন্নবী পৌর্ণমাসীনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রকই—'হে কংসগী য়েক্লবও ! নহাক্কী কোকথক্তা দৈভেং ওইহল্লনবগীদমক নীংখিরবা মতু মথৈনা হেক হেক খৃদোন তম্নজখিবা অত্নুওবা বৃন্দাবনগী বাহোং লাবশিং অহনা হজীক, আত্তিয়াদা কোয়না ভাউবা অমংবা অমূবা নোংলেনবু উরগা ( মচু মাম্নবনা মরম ওইহনা নঙ্‌বু লাক্লবোই নীংহনা ) হরাউনা জগোই শানজবহ্ উনক্লবা ব্রজবাসী কনানা মথবায় বানদবা য়াওবগে ? [ ল ৮।২৮ ]।

৯১। ভৃঙ্গ ( খোইমূ )— মাথুর বিরহনা লাকহত্তুনা বাজরবী কনাওবী গোপী অমনা খোইমূনা ওংবা মখোল তাবদগী মৈচাক হেনগৎলক্লনা মাগী সখীশিং মরক্তা অবা ভেংথানা কপলি—'বৃন্দাবন অসিদা লৈরিবা খোইমূ মপেশিং অসিনা ওংবদা হান্নদি বীণাগী পঞ্চম-স্বর মক্তগীসু হেন্না নুংশিরবহ্ হজীক থবায়গী মবুংঙোগা কায়নরবসিদদি বজ্রতাবগী অখাক অরাউ মখোন্দগীসু হেন্না তমথীনা খোকলয়ে !! ওহোকপনি, নোংদম্বা মহাক্লবু তায়োম্নবীপ্রবদা য়েক্লদবা কনাবু য়াওপ্রবগে ?'

কুঞ্জাঃ, যথা উদ্ধবসন্দেশে—( ১২৫ )

৬৫। লব্ধান্দোলঃ প্রণয়রভসাদেষ তাম্রোষ্ঠি ! নম্রঃ
প্রম্লায়ন্তীং কিমপি ভবতীং যাচতে নন্দসূনুঃ।
প্রেমোদ্দামপ্রমদপদবীসাক্ষিণী শৈলকক্ষে
দ্রষ্টব্যা তে কথমপি ন সা মাধবীকুঞ্জলেখা ॥ (৯৩)

লতাদির্যথা—৬৬। তুলসি ! বিলসসি ত্বং মল্লি ! জাতাসি ফুল্লা
স্থলকমলিনি ! ভৃঙ্গৈঃ সঙ্গতাঙ্গী বিভাসি।
কথয়ত বত সখ্যঃ ! ক্ষিপ্রমস্মাসু কস্মিন্
বসতি কপটকন্দঃ কন্দরে নন্দসূনুঃ ? (৯৪)

---

৯২। মৃগ ( শক্তি শঙাই )—মাথুর বিরহ দশাদা দিব্যোন্মাদগী ( হায়রকম খঙ্দবা মওঙ্গী ওইবা থোঙ্না পূক্লাং হুবা মওঙ্দা অঙকপা অকাউবা মতৌ ওইরক্লবদি মদুবু 'দিব্যোন্মাদ' কৌই, মসিগী মখল অনিনি—উদ্‌ঘূর্ণা, চিত্রজল্প ) মতাংদা উদ্‌ঘূর্ণা অবস্থা য়োরক্‌না ( ফিবম কয়া থোক্লা কারক্‌না ) অচুম অরানগী রাখল খল্লবা ওমশিল্লক্লবী শ্রীমতী রাধানা শক্তি অমোমশিংদা শ্রীকৃষ্ণগী মপাউ হংজরকলি—"হে শ্রীহরি। ( অরাবা লাইশোন ) হে শক্তি অমোম পূম্নমক ! মাগা নুংশিবা বাঁশী মখোন তাবদা হাউনা চাজরবা তিংথৌ ময়োন অনৌবা কাওবা শায়গনি হায়রবা কাউথোকখিদ্রনা নচীন্দগী নৈমায়দা তাখিবা অদুগুম্বা থম্মোই ওম্নাংনবগী মশক ওইবা শ্রীহরি অদুনা করিগুম্বদা নখোয়গী মিংয়েং মমাঙ্দা চংখিবদা থেংনহৌবা নৈবরা ?" [ ল ৮।২৩ ]

৯৩। কুঞ্জ—শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীউদ্ধবপু থাদ্রনা শ্রীমতীদা পাউ হায়হল্লরি—'হে চীনবান তগ্রাংবী। নন্দগী মচা ওইবা ঐ অসিনা নঙ্গী প্রেমনা থুম্নাংখিদ্রনা লাঙ্তক্লবা পূক্লীংনা য়ায়া নোল্লক, কায়ন-মৈশামা-লাকহংলবী নহাক্লী নফমদা হায়জগদবা অমত্তংদি—গোবর্দ্ধন চীংয়াদা নৈবী প্রেমগী ঈফুং ফাওনফম সাক্ষী-ওইবী অদুগুবী মাধবী-লতাগী কুঞ্জশিং অদুবু করিগুম্বদসু থক ওনশিল্লুনা য়েংবীরুগনু।।'

৯৪। লতা ( উরী-বারীশিং )—মাথুর বিরহদা দিব্যোন্মাদগী থাক য়ৌ-শিল্লরবী শ্রীরাধানা তুলসীনচিংবীবু ( পাম্বীবু ) মহাক মশাগী সখীনি হায়না

কর্ণিকারো, যথা ললিতমাধবে—( ৭।১৫ )

৬৭। রাসান্তিরোহিততনুঃ সখি ! যস্য পুষ্পৈ-
শ্চূড়াং চকার চিকুরে মম পিঞ্ছচূড়ঃ ।
কূলে কলিন্দদুহিতুর্ধৃতকন্দলোঽয়ং
মাং দন্দহীতি স মুহুর্নবকর্ণিকারঃ ॥ (৯৫)

কদম্বো, যথা—

৬৮। সখি ! রোপিতো দ্বিপত্রঃ, শতপত্রাক্ষেণ যো ব্রজদ্বারি ।
সোঽয়ং কদম্বডিম্ভঃ, ফুল্লো বল্লববধূর্দ্দদতি ॥ (৯৬)

---

থন্দুনা কোরগা শ্রীকৃষ্ণগী লৈকম হংলকলি—'হে তুলসী। নঙ্‌দি রাম্না নথবার নুংঙাইনা উরি। হে মল্লিকা। নঙ্‌দি নকাকম্না শাৎলিবকো। হে স্থলকমল-ও ( লৈকং থম্বাল )। নঙ্‌দি থোইমূশিংগা হেদো-হেদাউ-ঈরাংদা ঈথক হৌরি। হে সখী পুম্নক! লৌনম চাউবা কৃষ্ণনা হৃজীক অশূকপা কয়বা গুলদা লোৎলিবগে, থীন্দনা অমুক্তা ঐঙোন্দা তাকপিয়ুগবা।।' ( ল ৭।৮, ২৮ ; ৮।৩২,৩৩ )।

৯৫। কর্ণিকার ( লৈ জাৎ অমা )—হান্নরা উম্রবা কর্ণিকা পাম্বীদু নববৃন্দাবনমক্তদা হৌরম্বা উবদা পূক্লীং লাঙ্‌ডক্লরবী রাধানা, মাঙ্‌লমচত্তা শামখিবা লীলাগী বা পন্দুনা তেংথারি—'হে সখি! বাহোং মতুনা কোকী লৈতেং ওইনবা অত্থুম্বা ইবুংঙো মহাক্না রাসস্থলী ( রাস শাম্রকম ) দগী অন্তর্ধান তৌবীরক্লবদা ( উহন্দনা মাঙ্‌লক্লবদা ) মাগী অশাৎপা লৈরাংনা ঐগী কোক্তা থেৎনবা নাচোম শেম্বিখিবা অত্রুম্বা কর্ণিকার কোবা পাম্বীনা যমুনা মপান্দা হৃজীক অনৌবা য়েম্নীং হন্দুনা ঙাইহাক লৈতনা ঐবু মৈশা লাংহম্নবা ওইরি।।'

৯৬। কদম্ব—মাথুর বিরহগী মতাংদা, মতম অমদা শ্রীকৃষ্ণগী খুৎমক্না থারম্বা কদম পাম্বীমচা অত্থুনা চাউথৎলক্তুনা হৃজীক মপান শারকপা উবদা থোইনা হেম্না মৈহুম চুরবী কনাগুম্বী গোপীনা মথবায় রানা মাগী সখীদা হায়রকই—'হে সখি। মিংনা থম্বাল লৈকা মানবা কৃষ্ণনা ব্রজ-খুনজীন্দা থাবীরম্বা মনা অনিথক্তা পানবা কদম পাম্বীমচা পিশক অত্থুনা ঙসিদি মপান শাত্থুনা গোপ-শাগৈগী মৌ মথৈবু অম্বা মৈশা লাংহল্লি।' [ বি ৭।৩১, ল ৭।২৯, ৮।৩১ ]।

গোবর্দ্ধনো, যথা ললিতমাধবে—( ৩।৪২ )

৬৯। গোবর্দ্ধন ! ত্বমিহ গোকুলসঙ্গিভূমৌ
তুঙ্গৈঃ শিরোভিরভিপত্য নভো বিভাসি।
তেনাবলোক্য হরিতঃ পরিতো বদাশু
কুত্রাস্তু বল্লবমণিঃ খলু খেলতীতি ॥ (৯৭)

রবিসুতা, যথা পদ্যাবল্যাম্—(৩৬৮)

৭০। মথুরাপথিক ! মুরারে,-রুপগেয়ং দ্বারি বল্লবীবচনম্।
পুনরপি যমুনাসলিলে, কালিয়গরলানলো জ্বলতি ॥ (৯৮)

রাসস্থলী, যথা—

৭১। গোষ্ঠাদপ্যবলোক্য মানশিখরোচ্চ্যায়শ্রিয়া দূরতঃ
সদ্যঃ খেদিনি চিত্তচত্বর ভটে বংশীবটেনার্পিতা।
কুর্ব্বাণা হৃতবৃত্তিমিন্দ্রিয়গণং সা যাদবেন্দ্রাস্তু তে
কষ্টং রাসবিহারভূর্বিহরতি প্রাণৈঃ কুরঙ্গীদৃশাম্ ॥ (৯৯)

---

৯৭। গোবর্দ্ধন—মাথুর বিরহদা দিব্যোন্মাদ-থিত্রাত্তা ওইরবী শ্রীরাধানা গোবর্দ্ধনদা হংলকই—'হে গোবর্দ্ধন। নঙ্গদি গোকুলগী লৈমাংরথক অসিদা লেপ্লগা নশাগী অরাংবা চীংদোল্লা আত্তিয়া খেংলিবনি। য়েংঙোয়! মারকৈ মরিমক্তা নঙক লৈনা য়েংলগা গোপগী মবুংঙো কৃষ্ণবু কদোমদা শান্নরিবগে অমুক্তা তাকপিয়ুগবা ?' [ ল ৮।২৭ ]।

৯৮। যমুনা—কায়ন-মৈহুমনা লাকচংলবী শ্রীরাধানা কৃষ্ণগী কুচুগা মান্নবী যমুনাগী ঈশিংবু উরগা পৃক্লীং থক-খা ওল্লি, মাগী লাঙ্ভক্রবী মভো অদুবু য়েংঙমজদ্রবী ললিতানা মথুরা তান্না চংগা নিপা অমবু কৌহ্না কৃষ্ণদা তন্ন্নবা মঙোন্দা পাউ চেল্লি—'হে মথুরা যাত্রি-ও। নঙ্না মথুরা য়োরগা মুরারিগী সনথোঙ্ অগ্নদা ঈথৈ অসিমত্তা অমুক্তা শকপিরম্মুগবা—যমুনাগী ঈশিং অপূবহ্ কালিগী মূনা অমুক চাকখংহৌরে হান্ননা।' ( বি ৫।৪০, ল ৩।৫৪, ৮।৩০ )।

৯৯। রাসস্থলী—ব্রজদগী লাক্ত্না মথুরা য়োরক্লবা উদ্ধবনা হকথেংননা উরকপা, মকম অদুগী ব্রজদেবীশিংগী অরাবা মভো অদুবু শ্রীকৃষ্ণদা চৌক্লা হংগংলরি—'হে যাদবকী মবুংঙো! লাপ্লবা ব্রজমণ্ডলমক্তগীসু মাগী নীংথিবা

অথ তটস্থাঃ—

২৯। তটস্থাশ্চন্দ্রিকামেঘবিদ্যুতো মাধবস্তথা।
শরৎপূর্ণসুধাংশুশ্চ গন্ধবাহ-খগাদয়ঃ ॥ (১০০)

তত্র চন্দ্রিকা যথা রসসুধাকরে—

৭২। দুরাসদে চন্দ্রিকয়া সখীগণৈ-
র্তমালিকুঞ্জে ললিতা নিগূহিতা।
চকোরচঞ্চুচ্যুতকৌমুদীকণং
কুতোঽপি দৃষ্ট্বা ভজতি স্ম মূর্চ্ছনাম্। (১০১)

মেঘো, যথা রসসুধাকরে—

৭৩। বাসঃ পীতং কুতুকিনি! কুতঃ কুত্র বর্হং মদান্ধে!
কংসারির্বা ক নু সখি! মুধা সম্ভ্রমাদ্যা প্রযাহি।
পশ্যোত্তুঙ্গে ক্ষণরুচিঘটালিঙ্গিত শৈলশৃঙ্গে
নব্যঃ শক্রং দধত্তুদয়তে কার্ম্মুকং বার্ম্মুগেষঃ ॥ (১০২)

---

মতোনবু অহুম্মক উবা ফংবা অহুগুম্বা বংশীবট অহুনা, নঙবু কান্নবা মৈচাক-মক্তনা কাহংনরবী গোপীশিংগী থম্মোই লকানুংদা অহুগুম্বা রাসস্থলী অদুবু ফাওবা শিন্নথোকহোরে। অরাবনি। অহুগুম্বা নঙ্গী রাস শান্নফম অহুমক্না ছজীক গোপ-চনুশিংগী মপুক্কীংনচিংবা ইত্রি পুম্নমকপু পঙথহন্দুনা থম্লগা মথোন্নগী মথরায় অহুতগা অসুম শান্নহুনা লৈহৌরি। ( ল ৯।৪৪, ৭।৩১ )।

১০০। **তটস্থ**—থাবল মঙান, অমংবা নোং, নোংথাঙ্, বসন্ত ঋতু, পূর্ণিমা-থানিন, নুংশিং অমদি উচেক-রাম্নানচিংববু 'তটস্থ-উদ্দীপন' হায়না কৌই।

১০১। **চন্দ্রিকা** ( থাবল )—বিপ্রলব্ধা দশাদা ললিতানা থাবল মঙান খজীক্তং উরুবদগী পঙথপ্রবদা, পাউ অদুবু বৃন্দানা মথরায় শোরা পৌর্ণমাসীদা তমলি—'থাগী মঙাম্না চঙ্ঙমত্রবা উরীগী নিকুঞ্জদা সখীশিংনা ললিতাবু লোত্তুনা থন্নবমক্তদসু কদোমদগীনো খঙ্হোদবা মভোনা নোংইন কোবা উচেকী মচীন্দগী নাম্বরকখিবা থাবন মচেৎ অমত্তং উরুবতদগীসু মহাক্না বাহুরি।' ( বি ৩।২১ )।

১০২। **মেঘ** (অমংবা নোং)—গোবর্দ্ধন চীংদোম্দা চুমথাঙ্ অমদি নোংথাঙ্ অনিমক লোয়নবা অমংবা নোং মতুম অমবু উরুবদগী বাহোং-চুফা অমদি সনা

বিদ্যুৎ, যথা রসসুধাকরে—

৭৪। বর্ষাসু তাসু ক্ষণরুক্‌প্রকাশাদ্-
গোপাঙ্গনা মাধবমালিলিঙ্গ।
বিদ্যুচ্চ সা বীক্ষ্য তদঙ্গশোভাং
হ্রীণেব তূর্ণং জলদং জগাহে॥ (১০৩)

বসন্তো, যথা—

৭৫। ঋতুহতকঃ সখি! ভুবনে, কিমবতিতীর্ষুর্বভূবাত্র?
মন্দাদরমলিবৃন্দং, বৃন্দাবনকুন্দসঙ্গমে যদভূৎ। (১০৪)

---

ক্ষীগেনা লৈতেংবা শ্রীকৃষ্ণবু নীংশিংলক্ত্না কনাগুম্বী ব্রজদেবী অমনা (মদুবু কৃষ্ণমক্তি খন্দুনা) চেনশিন্নবদা মাগী সখীনা খামলি—'প্রেমনা ঙাওচৎনরবী হে সখি! সনা ক্ষীগেনা কদায় অহ্ৎগা ব্রাহোং চুড়ানা কদায়? কামগী ময়াইনা নমিৎসু তাঙ্‌লবী! কংসগী য়েক্লবা কৃষ্ণবু নঙ্‌না কদাইদ উরিবনো? করি নত্তবদা অত্থক ক্ষিংনা চেল্লিবা করিগীনো? য়েংউদনা অসে—গিরিরাজ গোবর্দ্ধনগী বাংলবা চীংদোন্দা নোংথাঙ্‌গা নোংগা য়েৎনরি; অত্থগা অপাবা লৈচিল্লক্তনা চুমথাঙ্‌না খাল্লি।'

১০৩। বিদ্যুৎ (নোংথাঙ্)—কবিগী প্রৌঢ়োক্তিনি (মপুং ওইবা করিগুম্বা অমা পাঙ্‌থোক্লবা হোৎনবদা চানদবনা চ-নবা মরম ওইনা উত্তুনা কর্ম্মনা তৌববু প্রৌঢ়োক্তি-অলঙ্কার কৌই)। নোংঙ্গুথাগী নোংলক্তা কুপ্প নোংথাঙ্ উবদা কনাগুম্বী গোপী অমনা মাধবপু আলিঙ্গন তৌখি; অসুম্না অশংবা কুচুগা অপানবী কুচুগা মচু অনিনা পুনশিন্নখিবদগী ক্ষাওরকপা ক্ষজপ্পবা হকচাংগী অপুনবা মঙান অদুবু উরকপদগীদি কুপ্পবা নোংথাঙ্ অত্থসু ইকাইজরক্লহনা অমংবা নোংলক্তা চঙ্‌হনা লোৎখি॥'

১০৪। বসন্ত—মাথুর হিরহগী মতাংদা, খোইমুগী ঈরাং উরুবদগী বসন্ত ঋতু ওইরমাল্লে খন্দুনা কায়ন-মৈহম চুরবী গোপী অমনা মশাগী সখীরোমদা ওনশিল্লগা বসন্তবু চৈরকলি—'হে সখি! মীগী নুংঙাইবা পুময়কপু মাঙ্‌হন্নবা মশক ওইবা অত্থগুম্বা বসন্ত অদো অবুক হন্না মালেম লৈকোয়বুং অসিদা থুংলগে হায়রমাল্লে? করিনা হায়ববু বৃন্দাবনদা শাৎলিবা লৈরাং কুন্দশিং অসিদা খোইমু অমত্তসু ইনবা তৌখিদরে।' [ল ৪।১৪, গীত ৩।২৭, অম ৭৮]।

শরৎ, যথা—

৭৬। কলহংসোজ্জ্বলজন্মা, প্রকটিতবৃন্দাবনোরুমাধুর্য্যা।
ধৃতিমপহর্ত্তুং সখি! মে দূতীব হরেঃ শরন্মিলিতা॥ (১০৫)

পূর্ণসুধাংশুর্যথা—

৭৭। রাকাসুধাংশুরভবন্নতমাংসি হর্ত্তুং
বৃন্দাটবীজঠরগাণ্যধুনাপি শক্তঃ।
রাকাসুধাংশুমুখি! তানি ভবোন্নতানি
হৃৎকন্দরান্তরচরাণি কথং জহার? (১০৬)

গন্ধবাহো, যথা শ্রীগীতগোবিন্দে (৭।৩৯)

৭৮। মনোভবানন্দন চন্দনানিল,
প্রসীদ রে দক্ষিণ! মুঞ্চ বামতাম্।

---

১০৫। শরৎ—শরৎ-থা চঙ্‌লকপা উবদগী মাগী মতিক মম্লাইবু কিজবী কনাগুম্বী গোপী অমনা মশাগী সখীবু য়েংহ্নবা মথরায়মক য়ানা হায়রকই—'হে সখি! ঐ অসিবু লৈতাফম থঙ্‌ভন্দনবগীদমক্তা শরৎ কৌবা ঋতু অসিনা মাধবকী পাউ পুত্লনা দূতী ওইনা লাক্লিবরা? মসিনা শ্রীবৃন্দাবন অসিবু য়েৌনা নীংথিজহন্দুনা পৃক্লীং হুরবা, তরু-তরুবা মখোঙ্লেলনা কাংগুশিংনা খোংবা শাত্নলা ঐগোন্দা কৃষ্ণগী প্রেম-গুণনচিংববু তাওম্নবা লাক্লিবা ওইরমাল্লে!!' (ল ৯।১, অম ১০৩)

১০৬। পূর্ণিমা থানিন—মান তৌরিবী কনাগুম্বী গোপী অমবু শাউবা ফওম্নবগীদমক মাগী সখী মখে চঙ্‌হ্নন হায়জ-চৎচ-তৌবা-মতৌ পুম্নমক্তসু কায়ফম থঙ্‌খিদ্রবদা পূর্ণিমা-থানিন উরকপদগীদি মশা মথন্তা অহুম্মক শাউবা হম্ভজিবদুবু থঙ্‌লবী মাগী চান্নজবী সখীনা নোক্লা নোক্লা ফাগি ওইনা অঙকপগা লোয়ননা মতোন্দা হংলকই—'হে থাজ মায়থোং ঙমজবী! মপূং ফারবী থানিন মঙান অসিনা হুজীকমকসু অমম্বা মপৈ পুম্নমকপু লোইনমকসু তকথোকখিবা ঙমখ্রিবৈনা (থোক্লম-থোকফাখ্রিবৈনা) নঙ্‌গী থম্মোই-লকানুংগী থুম্লবা-কাচিন শাইদাংবী, তমোগুণনা মনাং ওইনবী অত্নগুম্বী মান কৌবী (ওন্তবী) অদুবু মসিনা করম্না মাঙ্‌হনবা ঙমখ্রিবনো মহ্ন অঙকপা অমনি!!' (বি ৩।৫৪, ল ১।৩২, ৯।১০, গীত ৭।২, ভা ১০।২৯।৩)।

ক্ষণং জগৎপ্রা'ণ! বিধায় মাধবং,
পুরো মম প্রাণহরো ভবিষ্যসি ॥ (১০৭)

খগাঃ, যথা—৭৯।

মানেন সার্দ্ধং পশুপালসুভ্রুবাং,
মরালমালা চলিতা ঘনাগমে।
কদম্বকুঞ্জে বিজিহীর্ষয়া সমং,
সমাগতা নাগরি! চাতকাবলী ॥ (১০৮)

১০৭। গন্ধবাহ (নৈলম পুবা নুংশিং)—শাউহনা মবুংঙোবু থীনা হায়হনা ভাম্বোকপ্রবদগী অমুক কোয়া নীংঙহৌদবী, (কলহান্তরিত-কান্ত ওইবী), অমুক ফংলরোই অসুম্না খনবনা খাঙ্ডমত্রবী রাধানা নিন্দা তৌবগা লোয়নবা মলয়া নুংশিংপু কৌরগা মথরায় রানা হায়জরকখি—'হে চন্দন মনম চেনবা নাম্নিবা নুংশিংও! (ঈংনা মনম পুবা), খা-দগী হুয়কপা হে ভাইবঙ্ থরায় ওইরিবও! (অগ্না জীব পাম্বা পুম্নমক্না লুনা ভোনজফম ওইবা)! অদুগুম্বা নহাক্না তোন্নবী ইকাতদা ওন্নবা শাজং চঙ্না নুংশি হৈভবা মতো উৎপদি হৌনদবা মতৌনি। মরম অত্নুনা অত্ওম্বা শাজং অত্ থদোকপিয় মসিদা নঙনা 'ঐগী ওন্নবা শাজং হায়বদি করিনো' অসুম্না হায়রকপা থোক্লবদি মত্নগী পাউথুমদা হায়রি—'হে পুক্লীং ঈরাং পোকহনবও। (কামবু য়াকায়হনবও) থরায়গী মবুংঙোগা কায়নরবা ঐগী ইকাদবু মভাং অসিদা কাম য়াকায়হনবীবা থোক্লবদি থরায় অসি মাঙ্গদবভনি।' কাম য়াকায়বদি ঐভগী ইথৌনি, মদুবু ঐনা করম্না থাদোকলুকম থোকপগে অসুম্না হায়রবদি মত্নগী পাউথুমদা ঐনা অমুক হায়গনি—'ভাঙ্গা অসিতদদি নঙ্না ঐবু চানবীয় ম্নিংকুপ অমতংগীসু ওইনা ঐগী ইমাঙদা নঙ্না মাধবপু লেপহনবীরম্নগা থুদক্না ঐগী ইথরায় অসিবু চুম্নিয়ু।' [ল ৮।২১.৯।১৬, গীত ১।৩৬, অম ১২৩]

১০৮। খগ (উচেক-হায়া)—নোংজু-পাম্বা হৌগৎলকপমতদা মত্নগী কৈভৌনা থম্মোই ওমচারবী কুনাওবী গোপী অমনা (চামবী সখীগী মকাদা মৰ্ত্তম অঙাম্বা ওইরিবা-মতিক্না ইণবু উত্না হায়রি—'হে হৈথোই শিংথোইবী! নোংজুংথা অসিদদি কাংও মরেপনু গোপানহাশিংগী মানগা (শাউবগা) লোয়নননা ওলো মহাক উথিদরে; অমরোমদনা কদম্বনগী কুঞ্জনুংদা শান্নজনীংবগী ঈরাং

৩৯। আদিশব্দাৎ সখীস্নেহ আত্মন্যুদ্দীপনো বরঃ (১০৯)

যথা—৮০। হরিমবেক্ষ্য পুরো গুরুতো ভিয়া,
মুহুরভুগ্নমুকুলয়ববিভ্রমা।
ললিতয়া বিবৃতে নিজসৌহৃদে,
চলদৃগঞ্চলমাধিত রাধিকা॥ (১১০)

ইতি শ্রীশ্রীউজ্জ্বলনীলমণাবুদ্দীপনবিভাব-প্রকরণম্।

---

ঈরোয়নবী নোংগোবীনা মখি কোংনবা হৌরকনে। [য়াচঙ্বা মতমগী উদ্দীপনদি বি ৪।৫ য়েংউ]।

১০৯। (উ ১০।১০০) উচেক-য়ায়ানচিংবা হায়হনা অতৈগী ভাবসু উংলম্‌সিনা মসি মাবু (গোপী অদুমু) মাগী সখীশিংনা নুংশিবীবা মতৌ অঠুমক্রসু অখোইবা উদ্দীপন অমনি হায়না লৌগনি।

১১০। ব্রজগী লম্বী অমদা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন ফংলুবদগী হয়াউজরবদসু গুরুজনশিংবু কিজবী শ্রীমতী রাধানা, মাবু ললিতাতনদি নুনা তৌবীবা উবদা মায়খোং মকারামজনা শ্রীকৃষ্ণবু থবায়মক হেক কৃকদবমথৈ যুম্না য়েংগনা লৈজরি—পাউ অসিবু নান্দীমুখীনা বৃন্দাদা তমহনা তাহল্লি—"কৃষ্ণ দর্শন ফংজরবী শ্রীরাধানা গুরুজনবু কিবনা মরম ওইদুনা ময়োন চোথংলক্লিবা পুক্নীংগী য়াগবু মিংকুপ খুদীংগা তত্তনা নমথনবা হোৎনরি। মাবু নুনা তৌজবা মতৌনা ললিতানা পুক্নীং ফাবিগ্রবতদা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণদা তথকপী মাগী মিৎয়েং কৎচরকখি॥

উদ্দীপন প্রকরণ মতাং অসিদা লোইরে।
মতাং অসিনা শ্রীশ্রীউজ্জ্বলনীলমণিগী অহানবা তংখাইনি।

---

